# আইনগী মীৎয়েংদগী



ডা. চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

BY AAINGI MEETYENGDAGI
by Dr. Chongtham Narendra Singh

1st Publication in 2004
by. SH. GOPAL SHARMA
on behalf of Poknapham Publications
Imphal -795 001



অহাম্বা থোকপা ঃ জুন, ২০০৪ ইং,



কোপী মশীং ঃ ৫০০

মমল ঃ লুপা ৮০/-

নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার. ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১



স্বর্গীয়া চোংথাম নুপীমচা দেবী

লাইরিক অসি লাইওইখ্রবী

ইমাবোক্কী স্মৃতিদা নচা

ডা. চোংথাম নরেন্দ্র সিংহনা কচ্চরি।

# অফোঙবগী ৱারোল

আইনগা মরী লৈনবা মণিপুরী লাইরিক অসি হৌজিক মণিপুরদা মশীং পংয়াম য়ামদ্রি হায়বা য়াই। সমাজ অমা লৈবা তারবদি আইনগী মীৎয়েংসু খঙবা তারকই। মরম অসিনা পোক্লফম পাউচেনা চাং নাইনা আইনগী মীৎয়েংদগী হায়বা আইনগী মরমদা নৈনবা ৱারেং কয়া ফোঙখি। মসি মীচম অমনসু ইরাই লাযনা খঙবা য়াবগী মওংদা ডা চোংথোম নবেন্দ্র সিংহনা ইখিবা ঙাক্তনি। তশেংনা হায়রবদা ৱাবেং ময়াম অসিনা মীয়ামদা কান্নবা খরদি পীথি হায়জনিংই। হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতম অসিদা মীওইবগী ৱাখলদসু অহোংবা লাকই। অহোংবা লাক্রিমখৈ সমাজদা মখল কয়াগী থৌদোকসু থোরকই। থায়না চৎনরম্বা কয়া হৌজিক্কা মীরোলগা কবন্না মবি লৈনহল্লকপা হায়বসিসু আইনগী ওইবা মীৎয়েং দরকার ওইবকই: 'আইন্দা মান্নবে হায়বা সমাজ অমদা ফোংনা মান্নদবা চৎনবী'; তর্পন উসব লাক্রবদা, কাউনখ্রবা, চৈবাউবদা ঙমু থাদোকপগী চৎনবীবু ঙসি আইননা শককঙনবা হোৎনবা হায়বনাচিংবা ৱারেংশিং অসিনা করিগুম্বা খরদি আইনগা মরি লৈননা ফোঙদোকপা ঙম্মি। মীওইবা খুন্নাই অমা লৈবা তাবর্বদি আইনগী মফমসু লৈবা তাই। অদুবু অনীগী লেনরিবা মরি অসিদি মী খুদিংমক্কা খঙফম থোকই। ঐখোয়না মসিবু খঙবা ঙম্লবদি মালেমদগী ক্রাইমগী মর্শীং অসি য়াম্না হন্থগনি, শান্তি ওইবা লমদম অমা শাগৎপদসু মতেং ওইগনি থাজে। অসিগুম্বা থাজবা অসিগী পান্দমদা পোক্লফম পব্রিকেসন্সনা আইনগী মীৎয়েংদগী কৌবা লাইবিক অসি মীয়ামগী খুত্তা য়ৌখিননবা পুথোকচবনি। পোক্লফম পাউচেদা ফোঙখিবা আইনগা মরী লৈনবা ৱারেংশিং অদু পুন্না খোমজিল্লগা মদুদগী অনুক মচং ওইবা খবা খন্দোক পঞ্জিন তৌজবগা লাইরিক অসি পুথোকচখিবনি। মীয়ামগী ৱাখলদা আইনগী মরমদা করিগুম্বা খবদং ওইরবসু খঙহনবা ঙম্লবদি লাইবিক অসি পুথোকচবগী মহৈ ফংলে হায়না খঞ্জগনি।

মতুংদা লাইরিক অসিগী মরমদা অফ ফত্তা কয়া ফোঙদোকপীরক্লবদি হবাওনা লৌজগনি।

ইম্ফাল,

১৫ জুন, ২০০৪ ইং।

শামুরাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মা

# অইবগী ৱারোল

ঙসিদি মীওইবগী খোঙথাং খুদিং আইন্না য়েংশিনবা যুগ অমনি। অমবোমদা আইন খঙদে হায়বসি হায়বা য়াদবা ৱানি। মীপূম খুদিংমক আইন খঙই হায়না লৌই। অদুবু অশেংবদি কনাসু আইনসি খঙনা ইন্না চৎনদবনি। মীওইবা হায়বসিসু আইন য়াম্না থুগায়গনবা কাঙলুপ্নি। ককচেংসু অমগী মতুং অমনা ইন্দুনা পরেং নাইনা চৎলি শামু লমশাসু অদুমঙায় অদুবু, মীওইবদি য়ানদুনা শেমখিবা নিয়ম য়াম্না থুগাইগল্লি। অমরোমদা আইন হায়বসিনা খ্বায়দগী মকোক্তা লৈ, ইন্দুনা চৎতবা য়াদে। অদুগা আইন ইন্দুনা চৎনলবদি সংসারসি ফনা য়াম্না শান্তী লৈনি। ৱাখল খরসিদগী আইনগী মীৎয়েংদা হায়দুনা মিংথোনবা কাখল অমা পোক্লফমদা থাংজ খুদিংগী ইখি। মদুদা অঙাংশিংগী অধিকার, নুপীগী অধিকার, খুন্নাইমন্নবগী মরী লৈনবা আইন, মহৌশাগী শক্তম য়োকখৎনবা আইনগী থৌদাং, মীফম মীপুন, কায়বা য়াদবা মণিপুরগী ঙমখৈ, এরেস্ট মেমোনচিংবা হীরম কয়ানি। মদুদা ইখিবদু মীচম প্রজাদা খজিক্তা ওইরবসু মীৎ খোঙ ওইগদ্রা হায়না খঞ্জখিবনি। অদুবু, খবব হায়বসিদি নোংমখক্তা ফোঙলগা অদুম লোইখি। আইনগী শিক্ষারোমদা য়েংলুরবদি লাইরিক ওইনা থম্বনা, হেন্না পান্দমগা চুনবা ওই হায়দুনা খন্দুনা লৈরম্বনি। অদুবু, মপা চানবা হাযবা তাবে পোক্লফমগী ইডিটর শ্রীশাস্নরাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মানা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্নবা থৌদাং পায়খৎপিরকপসিদা হায়ফম খঙদনা তৌবিমল খঙবা ফোঙদোকচনীংই। আর্টিকলদি মশিং য়াম্ম। লৈজখি অদুবু মদু ময়ামদুগী মনুংদা খরা খনগৎলগা ফোঙদোকপিরকপনি। ঈশ্বরনা চানবিববদি মখাসু ফোঙদোকচদুনা অঙম্বা সেবা ফংজরকখিগনি।

চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

## য়াওরিবশিং

# ৱাইল্ড লাইফ ৱিক্ অমদি আইনগী মীৎয়েং

**চহী** খুদীংগী ওক্টোবর থাদা ৱাইল্ড লাইফ ৱিক নত্রগা বণপ্রাণী সপ্তাহগী থৌরম পাঙথোক্কুনা লাকই। হন্দক্কীসু ওক্টোবরগী তাং ৪ দা মণিপুরগীসু ৱাইল্ড লাইফ হৌদোকখ্রে। থৌরম অদুদা তিনখিবা মীয়াম্না লম্লক্কী শা-উচেকশিং কনমিন্নসি হায়না ৱাশক লৌনখি। সংসারসি লেঙলি-পাল্লিবা জীব মযাম অমা হীংদুনা পুন্না লৈমিন্নবকপনি। য়ুমদা যোকপা শা হুই, হৌদোঙ, শন, ইরোই, শগোল, হামেং কয়াসু নোংমা উমংগী শা ওইরম্বনি অদুবু, ফাদুনা তেহল্লগা মীগী থবক্তা মতেং পাংবা কান্নববা শা ওইরি। লৌউ-শীংউবনা মরু ওইবা শিনফম ওইরবা ভারত্তা বৈজ্ঞানিক ওইবা লৌউ-শীংউ অমদি কাঙলোন, খুৎশেমগী হার হাপ্পা ওইনা শীজিন্নবগী চৎনবী ফন্না কুইনা চথখিগদৌরি। অদুনা ভারতকী শেন-থুমগী ফীভমদা শাগী পাঙ্গল অমদি মতেংনো চাউরবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি। লম্লক্কী শা-ঙানসু লমদম অমা মশক তাকই। শঙাই লৈবা লমদম হায়রগা মণিপুববু নীংশিংহল্লি। মৱম অদুনা লম্লক্কী শা-ঙা উচেক-ৱায়াশিংবু নীংশিংবা থৌরম লৈনম্বসিমক য়াম্না লৈবাকমচা তাবা চৎন-লোনচৎ অমনি।

অসিগুম্বা থৌরমসিনা মীপুম তিংনা লম্লক্কী জীব পানবা পুন্নমকপু নীংশিংহন্দুনা মখোয়সু হীংমিন্নবগী অধিকার লৈফম থোকই হায়না অয়াবা পীবনি। ৱাইল্ড লাইফ ৱিক্ ফন্না তৌদুনসু মপু লৈতবা লেঙলি-পাল্লিবসিংগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্কবদি মীওইবনা ওইদুনা লৈরি। উমংদগী লাইরেল ফারক্লগা লাইনি হায়দুনা লাওথোক্কুনা মযামদা পৈশা কৎহন্দুনা শেল তানবা, খুঙ্গং অমদি চীংগী কৈথেলদা শজি, শঙাই অমদি লমওক্কী শদুম যোনবা, মীয়াম্নসু মুন্নবা, শহরগী কৈথেলগী লুকমায়দা লাং থাক্কুনা ফাবকপা লমঙানু যেন্নচিংবা কয়া ফোংনা য়োনবা। তাঙনা ফংবা রোয়েল বেঙ্গোল টাইগর অমা নুংবা সব-ডিভিজন্দা কাপ্তুনা হাত্তোক্লগা শদুম য়োনবা। কাপ্লিবা মীদু দণ্ডি তৌবদি লায়রদুনা থৌনা ফবগী মনাদুম পীয়ু হায়না থৌরকপা। অসিগুম্বা চমন্নবা মযামসিদা তুংদা হৌরক্কদবা হৌরক্লিবা অঙাং শিংদসু ৱারকপা য়াবোইদবা থবক কয়া অমা উরি। শা-ঙা ফন্না য়ামনা তাকশিল্লক্লে, চীং-মান্দা কৈ মরাঙ কায়না লৈত্রে। মণিপুরগী বেভিন্ন্য মেপ্তা ময়াং ইম্ফালগী নোংচুপ্তা লৈবা লমহাঙ শমুশঙ হায়না খঙনবা মফম এলিফেন্ট গ্রেজিং গ্রাউন্দ হায়না ঙসিবু য়াওদুনা লৈবি। শামুদি অমত্তা লৈত্রবনি। চুম্না মানমারগা লোম্নবা তবেৎ তুরেলগী অকোয়বদা মবক মরক্তা চাক্তাবা চঙলকপগী পাওদা ঙায়ববনি।

আইন্নসু জীব পানবশিংবু যোকখৎনবা লাঙতক্কদুনা লাক্লি। ১৯৩১ দা মণিপুব ষ্টেট

দনবাবগী প্রেসিডেন্ট কেপ্তেন হার্ভীনা মণিপুর গেম ব লস কৌবা আইন চৎনহল্লমই। ভারতকী ওইনা য়েংলুরগসু বৃটিশকী ভারত ওইরিঙেদগী শা-উচেকশিং কননবা আইন শেম্লমকই। অহানবদা উচেকসিং কনবগী ৱাখল্লোমদা নম্লা লৈরমই। ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট ১৮৮৭ হায়নসি লম্লক্কী উচেকশিং কননবা আইন অহানবনি। আইন্দু কয়া পাক চাউনা কোন্দে চুমগী মরূম কোকপা কোনবা মতমদা উমংগী উচেক ফাবাহাৎপা য়াদবগত্তা ওইনা তৌই। মথংদা পুথোরকপা আইনসি ৱাইল্ড বার্ডস এণ্ড এনিমেলস (প্রোটেক্সন) এক্ট, ১৯১২ হায়নসিনি। আইনসিগী মতুং ইন্না প্রোভিন্সিয়েল গোভর্ণমেন্টনা চহী চুপ্পা অমা নত্রগা অমা ক্লোজ ইয়র হায়না লাউথোকপা ঙমই। মদুগী ফলদি মদুগী মনুংদা কনাগুম্বা অমত্তনা লম্লক্কী শা-ঙা অমত্তা ফাবা হাৎপা, য়োনবা পৃম্নমক থিংই। অদু কায়না চংপদু ফঙি তৌগনি হায়না লাওথোকই। ১৯৩৫ দা আইনসি শেমদোকই। শেমদোক্লবা আইনসিগী মখাদা প্রোভিন্সিয়েল গোভর্ণমেন্টনা মাগী মনুং চনবা লম মচেং খবা সেংকচুরারী অমনি হায়না লাওথোকপা ঙমহল্লি। মসিগী আইনসিনা সেকঁচুরারী খা হায়নবা চৎনলোনচৎ অহানবা ওইনা তৌদোকপনি।

১৯৫০ দা ভারতকী লৈঙাক পথাপ্পা চংলল্লবদা বাইল্ড লাইফকী মতাংদা আইন শেম্বগী পাঙ্গনদি সেভেন সেদ্যুলগী লিষ্ট II এন্ট্রি ১০ গুবদা ষ্টেটশিংদা শিন্নরে। মদুগী মতুংদা ডাইরেক্টিব প্রিন্সিপল ওইনা ষ্টেটশিংনা শা-ঙা লেওলি-পাম্লিবা জীবশিংবু য়োকখৎনবা নিয়ম শেমদুনা চংনহল্লু হায়না হায়রগা নাগরিকসিংগী থৌদাং ওইনা মথোয়বু ঙাকশেন্নবা খাংনম ইদুনা য়াংকই।

১৯৭২ দা ভারতকী পার্লিয়ামেন্টনা ডি ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট পুথোকখি। মদু ১৯৭৩ গী ফেব্রুয়ারীগী তাং ১ দগী চৎনবা হৌবকই। আইনসিগী পান্দমদি লম্লক্কী জীব পানবশিং, ঙাক-শেনবা অমাদি মদুগা মরী লৈনবা থবকশিং পায়খৎনবনি। মণিপুরদা আইন্দু তাং ১৫/৫/৭৩ দগী চৎনবা হৌবকই। আইনসিগী মখাদা শেম্মারুলস ডি ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন মণিপুর রুলস ১৯৭৪ সু মণিপুর শীনবা পুংনা চৎনবকই। কনাগুম্বনা উমংগী শা-উচেক ফাগে হায়ববদি ৱাইল্ড এনিমেল ট্রেপিং লাইসেন্স অমা লৌনবা চে অমা চিফ ৱাইল্ড লাইফ বাডেন্দা থাগদবনি। অদুগুম্বা লাইশেন্স অমা পায়ববা মীওইতনা শা উচেক কাপ্পা, ফাবা য়াগনি।

লমদমসিদসু মণিপুর জুলোজিকলে গার্ডেন হায়দুনা ১৯৭৬ তা ইবোইশেন্সদা লিং খৎতুনা লৈরি। অসুম হায়না আইনগী পাম্বৈবোমদা য়েংলুববদি উমংগী জীব পানবশিং য়োকখৎনবা পথাপ অদুম মরাং কায়না লৈজরিবনি। অদুবু, তৌফম থোকপগা তৌথোরকপগদি য়াম্না চানদনা লৈবগুম তৌই। উমংগী শা উচেক কাপ্পবা কনাসু লাইসেন্স লৌবগী চৎনবা লৈনদে। জুলোজিকেল গার্ডেন্দসু চৎলুবা খুদীংগী শা মশীং হন্তবম্বা নত্রগা মশক ওল্লম্বা থেংনৈ। শা মশীং কয়া লৈবগে. উচেক্না কয়ানো. নাবা য়েকপা তৌদুনা লায়েং

বনা কয়ানো, কয়ানা শিখ্রবগে, কযা পোক্লকপগে ময়াম্না যাম্না খঙনীংগনি অদুবু, খওনবা পাম্নেদি লৈতে। শারঙদা উপাক মথক্তা য়াম্না মোৎনা থম্নীবা শা-উচেক মযামসিদি শা ঙা য়োকখৎপা ওইনসু মীযাম্না লৌনদবা য়াওই, শা-ঙা ওৎপা ওইনা থোকই পাম্লু পুগনি।

আইন্দুগী মতুং ইন্না ১৯৯১ দা রাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট শেমদোকখ্রে। শামু ময়া লল্লোনবদা অথিংবা থমই। মদুদা শামু মযা লল্লোনবা খুৎপু অমনা অথিংবদু শীংনদুনা দিল্লি হায়কোর্টতা কেশ অমা থাঙ্গৎলকখি। মদু এম এস আইভোবী ত্রেডস এণ্ড মেনুফেকচরিং এসোসিয়েসন ভার্সস য়ুনিয়ন ওফ ইণ্ডিযা হায়না এ আই আর ১৯৯৭ দিল্লি ২৬৭ তা ফোঙখ্রে। কোর্টনা হায়খি, শামু ময়া লল্লোনবদা অথিংবা থম্বদা কনাগী কারবাবদসু আইন্দা অকায়বা অমত্তা থোক্তে। মমল তাঙনা য়োনবা লৈবা তৌনরিবা শামু ময়াসি ফংনক্তবদগী শামু কয়া হাতুনা শামু হায়বা শা অসিগী মশাং হস্থরকপা কন্নবা আইন শেম্বা কাঙবুনা আইন শেমদোক্তুনা অথিংবা থম্বদা লৈঙাক পথাপ্তা শীংনবগী রা ফম লৈতে তৌ ফম যাম্না থোকপা মরম চাবা অমনি হায়না রাই পীখ্রে।

অসুম্না রাইল্ড লাইফ রিক্ লোইশিনখ্রবসু উমংগী লেঙঙি পাম্লিবা জীবশিংবু য়োকখৎপগী তঙাইফদবা অমদি আইন্না পীবিবা থৌদাং কয়ামরুম অমসুং আইনশিংসিগী পান্দম মশক খঙনা নাগরিক খুদীংমক্না চৎফম থোকই। ঙসিদি শা-উচেকশিংবু নুংশিবিবা যোকখৎপা অমদি হীংহনবসি নাগরিক খুদীংমক্কী ফন্দামেন্টেল ডিয়ুটি ওইরবনি। অদুগুম্বা আইন সংবিধান্না পীরিবা রা ফম চৎনহন্নবনি থুগায়নবা নত্তে। অদুনা খুদক্তা লেপহনবা ঙমদ্রবসু মপু লৈতবা শা-উচেকশিংসি হাৎপা কাপ্পা ফাবা আইন্না য়াদবনি হায়বা বাফম মীপুম তিংনা খঙহন্নবা তৌবা চুমই। নত্রবদি রাইল্ড লাইফ রিক্ হায়দুনা মী খাইনা তৌনৈ হায়দুনা লম্নক্কী শা-ঙাশিংনা কৈথেলগী লূকমায়দা য়োন্দুনা মীযামগী অহাওবা ইক্লাং ওইনা লৌনবদি পান্দমদুগা শীংনবা থোক্কনি চেকশীনবা চুমই।

# মীয়াম তোংবা গাড়ী মনুংদা চুরুপ থকপা

**মীয়াম** তোংনবা অচেনবা বস মনুংদা নো স্মোকিং হায়না ময়েক ইদুনা থেৎলম্মী লোয়নননা লমদমসিগী লোন্দা অমুক চুরুপ থকপিগনু হায়নসু থাই। হায়বিবা মবোলসি ইদুনা বস মনুংদা থেৎলকপসি চহী মশীং নাইদনা কুইখ্রে। অদুমকপু মসিনা থোইদোক্না বস মনুংদা চুরুপ-বেরী থকপা তোকপদি তৌদে। বসমনুংদা চুরুপ-বেরী অদুম থক্লে। অদুবু পামদবা মী ফনা লৈজরবসু ফত্তবা হৈনবীদুদা চুখিবা মীনা নম্না বস তোংবনা ওইবমালে ময়াম অমা নাতোন মেনদুনা অদুম মখাঙনৈ। চুরুপ থকপা কাঙবুনা কামথোরকপা মৈখূদু, থকচদবা কাঙবুনা হোঞ্জিন্নদা চুরুপ থকপা মী অমদা পোকপা যাবা অনাবা পূম্বা পোকপা যাই হায়বসি অখঙ- অহৈশিংনো নাখে অমা শেংনা হায়খ্রে। অদুমক্না মতম অমদদি নো স্মোকি , হায়নতা থানরম্বদু য়োর স্মোকিং ইজ ইঞ্জুরিয়স তু মাই হেল্থ হায়না থাবা হৌনরবনি। মসি লৈবাকমচা তানা মীওই পূম্বা ভাব তানবা যারবনি। ভাবতকী স্টেট কয়া অমা ইকুই কুইদনা আইন শেমদুনা চুরুপ-বেরী থকপদা লৈগদবা অথিংবা অমদি অযাবা মতাং য়াওবা নিয়াম শেম্নখ্রে।

অসুম্না নাইং অমা শেংনা, নংত্রগনা লৈবাক মচা তানা কয়া অমনা রায়েনশঙ অচৌবদা কাদুনা মীয়ামগী তীঞ্জেল-লাইচেন থোকতনবা চেকশীন-থৌরাঙ ওইনা চুরুপ থকপদা অথিংবা থরা থম্বা রায়েনশঙনা লাউথোকপা আইন ওইনা লৈহন্নবা হোৎনৈ। মীওইবগী হিংবগী অধিকার, অকোযবগী নুংশিৎনুংশা শেংনা লৈহন্নবগী পান্দে, মীয়ামগী তীঞ্জেন-লাইচেন খোক্কদবা থৌদৌক পূম্বা থাদোকপা, হায়রিবা পান্দম মযামসিমক্না ঙসিদি মীয়াম তিনবা মফমদা চুরুপ থকটনদুনা নুংশিৎ-নুংশা শেংহন্দবগী থৌদোকসি খিংনননবা রায়েনশঙ অচৌবা কাদুনা কেশ কযা তৌনবক্রে। কেরেলাদিদি ১৯৯৮ দা কেরেলা হায়কোর্টনা হুকুম ওইনা থোকখ্রে মদুদি, কেরেলা মনুংদা কনামত্তা মীযাম তিনফমদা চুরুপ থকপা যারোই। মীযাম তিনবা মফমদা চুরুপ থকপা য়ারোই হায়বনি। মরম অদুনা লনাই ওইনা ময়ূমদা, চীংযাদা, তুলেল মপান্দা, লমহাঙদা নাইতোম থোক্কুনা চুরুপ-বেরী থক্লমববুদি অথিংবদুদা য়াওদে। মসমিক্না চুরুপ-বেবী থক্ত্রবদি লৈবা ঙমদবা মীওইদসু য়েৎপা থোক্ত্রে অমরোমদা চুরুপ থকচদবা মীযাম মরক্তা যাওজরিবা কাঙবুদসু রাই চিনবা লৈহন্দ্রে। অদুওম্বা কোটকী রাইসি পুক্নীং থৌগৎনীংঙাইনি।

অদুবু, চুরুপ-বেরী থকপা মীওইগী ফত্তবা হৈনবী ওইবা তাই মখোয় মীয়াম মরক্তা চঙদুনা থক্নীংঙি বস মনুংদা তোংখৎলগা থকপা হৌই। বস খাম্মীঙৈদা ইথক থক্কে, মীগা

ঙীরী শানবা মায় হেক ওনশীন্নবগা ফৰীৎখাউদগী চুরুপ-বেবী পুথোরকই। কনাগুমবা কয়ানা খোন ফজদবা মীচৈদা চৈবিরকই। অদুবু ইকায়বা লৈনদে মতুংসু অমুক হেক্তা মতৌই। মরু ওইনা লমদম অমদগী লমদম অমা লান্না চেল্লিবা বসশিংসি থৌরিবা ড্রাইভরশিংনা তুম্নীংদনবনি হায়দুনা অহৌবা ঈশৈ থাজানবা অমদি চুকপ থকচীনবনা তোংলিবা চীক্লা চৎচনীংবা কয়াদা ৱাই চিলহল্লি অদুবু ইখন খন্থদবগুম তৌই। অদুনদি হায়নবদা য়াদ্রবা মতমদদি চৈরাক পীহন্নবা পাম্মে পুথোক্কুনা চৈনা কিহন্দুনা মশানা থিংজনবা লম্বী ওইনা আইন অমা লৈহল্লগা আইনদু কায়রিবা মীওইসিংদু ৱাররুবা থবক খরা পায়নৎনবা থৌদৌ খরা লমদম খরদা হৌনরে। কেরেলাদা থোকপা কেশ অমা পুথোক্কুনা খুদম পীবা য়াই। কেশ অদুগী মমিং নেবু জোন ভারগীজ ভার্সস পি কে বাবু ২০০০ ক্রিমিনেল লো জর্নেল ১৯০৩ হায়না কৌই।

জোন ভারগীজ তাং ২৬।১০।৯৯ গী নুমিদাং পুং ৭ ৩০ তাবদা কেরেলা স্টেট রোদ ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেসনগী সুপরফাস্ট বস অমা তোংদুনা ট্রিসুবদগী টিরুভন্তপুরম ফাওবা লাকখি। গাডীদুগী বস ড্রাইভর ওইরিবা পি কে বাবুনা লেপ্পুনা চুরুপ থক্কুনা অমদি মনাক নক্লা ফম্না মীওই অনী অমসু চমখৎনদুনা চুকপ থক্কনরকপদা বস অদু কাওমে খুরম্মী। কেরেলা হায়কোর্টনা লাওথোকপা মীয়াম তিনফমদা চুরুপ থকপা যাদে হায়না হুকুমদু খুগাইদুনা কন্টেম্পত ওব কোর্টকী মরমদা দন্দী তৌফম থোকই হায়দুনা ড্রাইভরসিগী মথক্তা কেশ তৌবকপনি।

কোর্ট কাররুবদা ড্রাইভরদু চুরুপ থকই হাযবা নাফমদুদি য়ারে তৌবতবু মদুম তৌরিবদু গাড়ী থৌবদা তুম্নাংদনবনি মতুংদাদি তৌবরোই হায়না মখাল মাজখি। কোর্টনা হায়খি মীযাম তিন ফমদা চুকপ থকপা য়াদে হায়না লাউথোকখ্রবমক্তদা মসিবু কায়না চৎলশ্নসি ভাকপিনীংঙাই ওইদে। মরম অদুনা ড্রাইভরদু ফাইন ওইনা লুপা ১০০০ অদুগা লোং মদুগী কোর্ট হৌরকপদগী লোইবা ফাওবা বন্দী থম্বা হায়না ৱাইদু তাখি।

কেশ অসি নৈননীংঙাই ওইবা অমনি। মৰমদি, লৈবাকমচা তাবা মীওইৱা মাগী চোকথবা নাইদবা থৌদৌ অমদি মীয়ামগী য়াইফনবা ৱায়েনশঙনা মীংশিংনাশিংনা লৈবিনা হাযবসিনা মীয়াম মরক্তা য়াওরকপা লমতেনবা খবদি লাকশীন্দনা লৈবাক্কী নিয়ম চৎনহনবা চাওরবা লম্বী অমা ওইবি। লমদর্নসিদা অমুক মায় ওনশীন্দুনা য়েংউ ঐখোয়গীদি লৈবাকমচা তাবা কয়া অমসু ইচোং চোংথোকপিরক্তে ৱায়েনশঙগী ৱাযেনসু লৈতে প্রাজাসু মাগী মৃত্মোন-কৈরোন্নবগী য়াইফবদা ইখন খনবিদে। অদুবু ঐখোয় মীওইবনি ভারতকী নাগরিকনি লৈভাক পথাপদি হায়রি রাইত তু লাইফ, রুল ওব লো। অদবু ঐখোয় মসিগী ৱাইস্তোক মপাং ফানা খঙনবা হোৎনাদ্র।

মীয়াম তোংবা বসতা, সিনেমা হোলদা, পেট্রোল পম্পশিংদা, ওফিসশিং কাশিংদা,

লাবেংশঙ মনুংদা এরোপ্লেনগী টোইলেটতা, পামজবা কনাগী লন্নাই কাদা, "নো স্মোকিং" খানে। হন্দক নৌনা ইনগ্নকপা মবোল অমনা 'য়োব স্মোকিং ইজ ইঞ্জুবিয়স টু মাই হেল্‌থ' অদোম্না ফানবিরিবা মৈখূদু ঐগী হকচাঙগীদি অমাঙবনি কাউবিগনু হায়বনি। চুকপ বেড়ী থকপনা হকচাঙদা কয়া য়াম্না মাঙবগে ডাক্তরশিং না হেন্না খঙই। অদুবু, মৈখূ থকপনা হকচাঙগী কান্নবা অমত্তা পুরক্তে হায়বতা নত্তনা থকচদবা কাঙবুশিংনা মৈখূদু হোঞ্জিনবদা অথক পামীদা শোকপা অদুম্মূক অদুম শোকফম থোকই হায়বসি ময়াম্না খঙনরবা রাফমনি। মসিমসু অচুম্বনি মৈখূ থকপা হৈনরুবা মী অমনা মদু য়াম্না লায়না থাদোকপা ঙমদে। মৈখূ য়াওদ্রবদি মখোয়না রাথল খনবা ঙমদে, অদুনা তূম্লমদাইদা, মীকপ থোবকপদা, মনুং চঙবদা, গাডী থৌবদা মৈখূ থক্ত্রবদি ঙমদ্রবা নিশা পুরবা মীশিংনা য়াম্না হেনগৎলকই। ডাক্তরনা হায়বা নত্রবসু ঐখোয়না উবা ফংই মৈখূ শীজীন্নবা মীশিংনা টিবিনা নাবা লোক কংখূ খুবাতা তাদনতা লৈবক্লবনি। চুরূপ বেরী থকপা মী অমা মাগী হকচাংদা করিমত্তা কান্নবা পীদ্রবা মৈখূ অদুগীদমক্তা মশাগী শেম্বোক্কী অয়াম্বা শরুক চাদিং তৌথোকই অমসুং লেপ্পা লৈতনা মৈখূ ওলহন্দুনা কামথোকই অদুনা অশেংবা নুংশিৎ ফংবা রাৎলবা মী চিল্লবা সহবদা, ইমুংদা, মপান্দা, লমহাঙদা হীদাক মনা চাকপগী মৈখুনা মোৎশিল্লবা নুংশিৎশিংদু থকচদবা কাঙবুনা হোঞ্জিন্দুনা মৈখূ থকপদগী লাকপা য়াবা লায়না থরা থকচদবা মীওইশিংদা লাকহন্নবা মচাক অমা ওইরে।

মৈখূ শীজীন্নবগী মওং মখল য়ামই মমিং পল্লবদা সিগার, পাইপ, চুরূপ, বেড়ী হীদাকফু, হেসিস, মরজুয়ানা, গঞ্জা, হেরোইন নম্বর ফোরসু মৈখূ ওইনা শীজীন্নবা মওং লৈ। লাইগী পূজা তৌবগী মমিংদা গঞ্জা থকপগী চৎনবী লৈ। ঙসিদি গঞ্জা হেরোইন অমদি নম্বর ফোরগুম্বদি নাকোটিক ড্রক চিংখ্রে, অদুনা মদু শিজিন্নবা থিংবা ডি নাকোটিক ড্রগ এণ্ড সাইকোট্রোপিক সবষ্টেনসস এক্ট, ১৯৮৬ লৈখ্রে। আসামদদি ডি আসাম গঞ্জা এণ্ড ভাং প্রোহিবিসন এক্ট ১৯৫২ চৎনদুনা ঙসি ফাওবা লৈবি মদুনা গঞ্জা শীজীন্নবগী চৎনবিদা অথিংবা থমদুনা লাকই। মণিপুরদদি অদুগুম্বা থিংবা আইন অমদি চৎনবী লৈবক্তে।

চুরূপ বেরীগী মতাংদনা, সাহেবশিংনা ইন্দুনা চৎপা চুরূপ বেরী থকপগী চৎনবী নুপী লৈবা কা অমদা মৈখু থকপা তারবদি নুপীদুগী অয়াবা হান্না লৌবগা য়ারগদা থকপা হায়বগী চৎনবী কন্নানসু খঙননবা হোৎনরুদে। মফমসিদদি ইশানা ইশাবু রারকচনবগী চৎনবীসু লৈনদে। মীনা নুংঙাইহনি নুংঙাবোই পাম্লম্লি পাম্লম্মোই ইখন খন্দনা রারী অমা হেক হৌবপকদা ফুরিৎখাউদগী চুরূপ পুথোক্লুনা চমখৎপা মীগী য়েংদবা লমচৎ মফমসিদদি চৎনরি। বস তোংবা ময়াম মরক্তা মীনা মনমদু হৈনরমগনি হৈনবম্মোই খন্দনা হেক্তা মৈখূ চমখৎলকপা উদুতা লৈরবনি। অদুনা চুরূপ বেরীনচিংবা মৈখূ থকপদা অথিংবা থম্মম থোকপবা, তৌবা য়াবা রাইংনি।

চুরূপ বেরী থিংউ হায়না হায়বা আইনমক্তি হৌজিক ফাওবা লোত্রি হায়বা য়াই।

অদুবু, হকচাংগী মাঙগদবা ওইবা পোৎ চৈ শীজীন্নবদা অথিংবা থম্নবা মতাংদি ভারতকী লৈঙাক পথাপ্তা য়াওবা থেংনৈ। কন্সটিট্যুসনগী আর্টিকল ৪৭ শুবদা পীবিবা স্টেটশিংগী থৌদাং ওইনা প্রজাশিংগী মচি ওইবা চীঞ্জাক মবাং কায়হনবা অমদি মীয়াম পুম্নমক্কী হকশেলগী থাক বাংখৎহন্নবা থবক পায়খৎলু হায়বনি। অদুনা সরকারনা আইন শেমদুনা প্রজাগী হকচাঙ মাঙগদবা পোৎ-চৈ শীজীন্নবা অথিংবা থম্মা ওমই। চুরূপ বেবীসু হকচাঙ মাঙনবা পোৎনি অদুনা. অথিংবো থম্মম থোক্ত্রা?

হকচাঙগী লেংদুনা শেম্নমক্তি নত্তবা মৈপোক লাংহৌ থোকপা [illegible] শেম্মা আইন অমা ওইনা সিনেমা ড্রামা তোলসিংদা অমদি কুম্মৈ তৌফম শঙদা মৈখু থকপা থিংবগী আইন অমদি ওনিসু মণিপুরদা চংনি। মদু আসাম প্রোহিবিসন [illegible] স্মোকিং ইন সো হাউসেস এক্ট, ১৯৫১ কৌই। আইন্দু আসামদা চংননবা শেম্মনি। মণিপুরনা য়ুনিয়ন টেরিটোরি ওইরিঙৈদা সেন্ট্রেল গোবর্ণমেন্টকী হুকুম অমগী মতুং ইন্না ১৯৫৫ গী নবেম্বর থাদগী মণিপুরদা চংনহনখি। আইন্দুগী মতুং ইন্না কনাগুম্বনা সিনেমা উংলিবা হোল মনুংদা মৈখু [illegible] মদু সব ইন্সপেক্টরদগী তাদবা পুলিস অমনা বারেন্ট য়াওদ্রনসু ফানা য়াই অমসুং [illegible] ওইনা [illegible] ১০০ ফাওবা তৌবা য়াই. সিনেমা ড্রামা উৎপা মপুম্নি না মৈখু থকপা [illegible] মরোল ইদুনা [illegible] মীয়ামদা মৈখুগী অথিংবা [illegible] শঙহনগদবনি

[illegible] ওইনদি চুকপ [illegible] পাক্ত্রবা মীশি মীয়ামক থোকহনবা [illegible] সরকারগী পোলিসি অমা ওইনা [illegible] । অমলোমদা চুকপ [illegible] শাকা [illegible] থবক হংদনা মী কয় [illegible] অমসু থবক কংই। অদুনা [illegible] চংপা [illegible] অমা ওইনা [illegible] অধিকার ইশানা [illegible] থকপা [illegible] [illegible] থকপা [illegible] মশানা [illegible] বারেপ ওইনা [illegible] [illegible] ওইনা [illegible]। অদুনা [illegible] মখমদা [illegible] "[illegible] সিগারেট স্মোকিং ইজ ইঞ্জুরিয়স টু হেল্থ" হায়নিবগে [illegible] চুকপ থকপদি [illegible] নাতনিরেং, হায়বনি। চুকপ থকপা [illegible] অমা [illegible] [illegible] মদুগী অইনা বাঙিংদু পাননবা খুদোংচাবদু [illegible]। অদুবু, মদুনা [illegible] চুকপ থ[illegible] চুকপ থকপা [illegible] অমা ওইনা [illegible] হংউই।

থাকগী [illegible] নমশিংনো নহাশিংদা মৈখু থকপগী চংনবিদা চাংশাখিদনক [illegible] তৌহৈদে হায়বা চঙন-লেনচংনা থাংবো থম্মমই। চঙ-লোনচং [illegible] মদুদা নীং সিংবা য়াবদি শেম্মোক লৌরিউডদা মৈখু থকপা য়াদবা, অহল-লমাশিংগী [illegible] মৈখু থকপা থক[illegible] বাদি নাইদবনি হায়বশ্বনাচিংদা [illegible] নহাশিংগী হকশেলগী [illegible] শেম্মম্মনি ওসি অদুম্মা চংনবিদ খুন্নুর্নে হায়না লৌনবকই মদুগী [illegible] চুকপ থকপা উদুনবা লৈরবা বাকমনি।

মবম অদুনা হকচাঙ ফবনা তাইবঙ মীগী অথোইবা লম্নি হায়বা য়েৎনীংঙাই ওইদ্রবা রাফর্মশিংসি নীংশিংনরগা ফত্তে থক্কনু হায়না খূৎ থোক্নমক থিংবা ঙমদ্রবসু চহী অমগী মনুংদা নোংমতমমদি মীওইবগী অত্যাচারদা মশা নারবা পৃথিবীসিগী অমদি হিংমিন্নগদৌরিবা মৈখূ থক্কবসিংগী য়েংদুনা মৈখূ থকপগী চৎনবী অমদি জর্দা, খৈনি, ক্বাদা হীদাকমনা হাপ্পা অমদি হীদাকমনা নাতোন্দা চিংখৎপিগী চৎনবী নোংমত্তংগী ওইনা লেপ্লসি হায়না হায়বদি তুংগী হৌবক্লিবসিংগী ওইনা তৌদ্রবা য়াদ্রবনি। থাদোকপা ঙম্লদ্রবা নিশাসি লেপ্পবগীদমক্তা এপ্রিলগী তাং ৭ না "নো স্মোকিং ডে" অদুগা মেগী তাং ৩১ না "নো টোবেকো ডে" হায়না লাউথোক্লমই হায়বা তুংগী নহাবোলশিংনা খঙজরকসনু অমসুং ফনীংবা কাঙবু য়াও রক্কবদি মৈখূ থকপগী চৎনবিদগী লাপ্পা হীদাক মনা চাকপা মৈখূনা মালেমসি খূদুম চনশিনখবদগী নাম্থোকচদুনা তরু-তরুবা নুংশিৎনা মেঙনা হুম্বা মালেম অমদা হিংবা ফং জরকপা ওইসনু।

# মীয়াম অনা-অয়েক লৈতনা হিংনবগীদমক্তা মৈখূ থকপা থিংবা

**মৈখূ** তশেংনা থক্লিবশিংদগী মৈখূ থকচদবা মীওইশিংনা স্বর হোঞ্জনবদগী মাঙনদুগা য়েংনবদা থক্তবা কাঙবুদামাঙবনাহেল্লি হায়বা অখঙ-অহৈশিংনা থি-হূমদুনা পুথোকপা ৱাফম লৈখ্রে। মীপূম তিংনা অনা-অয়েক লৈহন্দনবগী পান্দমদা নো স্মোকিং হায়না অখন্নবা নুমিৎ এপ্রিলগী তাং৭ অসি মালেম পূম্বনা পাঙথোক্লবি। য়ামদ্রবদা নুমিৎ সিমতংদি চূকপ বিবিনচিংবা মৈখূ থকপা পূম্ববা লেপ্লিয়ু হায়না হায়নবক্রি। ভারতকী রেল স্টেসনশিংদা চূকপ-বেবি য়োনবা পুম্বা থিংখ্রে। অসুম্না চূকপ থকপনা থকচদবা কাঙবুশিংগী হকচাং ফাওবা মাঙহনবা ঙম্মী হায়বা ৱাফম খঙনরক্লুনা চূরুপ-বেবী থকপদা নিয়ম কয়ামক্রম শেমখোক্লবক্রে। খূদম ওইনা লায়েংশঙ, লাইব্রেরী তম্ফমশঙ, লোযশঙ অমদি বস, ট্রেনচিংবদা 'নো স্মোকিং' থাবা হৌনরকপা নৎত্রগা 'য়োর স্মোকিং ইজ ইঞ্জুরিয়স তু মাই হেল্থ' থেংক য়ূ ফোর নোত স্মোকিং', নো স্মোকিং জোন' হায়বা ৱাহৈ পরেং কয়ামক্রম্না মীয়াম পূম্বদা মক ওইনা মৈখূ থকপা কাঙবুদা গণতন্ত্রগী চৎনলোনচৎতা মীয়মগী অৱা-অনা কযাদা তেঙবাংনবগী চৎনলোনচৎতা অতোপ্পনা পামদবা থবক তোকপগুম চূরুপ থকপদা মীযামদা ওৎ নৈবোইদবা খূৎথক্তা থক্লবগী বাকৎ অমনি।

মৈ চেকশিনবগী পান্দমদা মৈবু লৌইশিনখমজিন্নবা মৈখূ থকপদা অথিংবা খৱদি অদুম লৈবকপনি খূদম ওইনা হরাও-কুম্মৈ তৌফমদা চুরুপ থকপিগনু হায়না হাযরিবা, বস, ট্রেন অমদি এরোপ্লিন্দা নো স্মোকিং ইনিবাপূম্বা মৈহৌ-লাংপোক্তগী কঞ্জনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা চথবকপনি। অতোপ্পা মৈখূ থকচদবা কাঙবুসিংগী অনা অযেক্তগী কনবিনবা তৌবা নত্তে। অদুবু, ঙসিদি মৈতৌ-লাংপোক থোক্তনবা চেকশিন-থৌরাঙদুগী মথক্তা মশা নাববা পৃথিবীসি মৈখূনা লাকশিনখিবদগী কন্নবগী ৱাখলসু খন্দবা য়ারক্রে মরু ওইনা হকচাং মাঙহনবা ঙম্বাহীদাক মনা চাকপগী মৈখু।

স্বর হোনবদা চঙলিবা ওক্সিজেনগী শেংবগী চাংদা শোকহল্লকইবা মৈখু পূম্না ইফন্তা ফংত্রবনি। অদুমকপু করিগুম্বা মৈখু খৱদি হকচাংদা নুংঙাইবা অমদি শান্তি পুবকপা ঙম্বা খূদম ওইনা নুমিদাংৱাইরম যাচঙলকপা মতম উচেক-ৱায়া পূম্বনা ময়ূমদা হজিন্নবকনবা অনকপা শান্নবুংদা চেন-চোংদুনা শান্নবা চৎচখিনা মচাশিং অমমমতা মমিং পল্লদুনা কৌশিল্লদুনা দুপথাউমৈ থারদুনা লাইগী ওইবা থৌৱম পাঙথোকচবদা মেক্রুক্লা মৈখু কাহনবগী মৈখুদি মীযম পূম্বা মনম নুংশি হাযনা স্বর হোঞ্জিন্নে। লাইনীংফম কয়াদসু দুপকী

মৈথূনা মীয়ামগী পুক্লীংদা নুংঙাইবা অমাফাওহল্লি। মদুগী ওন্না-তৈনবদা মৈথূ হৈনজদবা অমদা থকনীংবা কাঙবুনা থকচিল্লকপদা হাযবা ঙমজদবা কাঙবুনা শূক্তোক্তুনা খাঙবা ইখঙ খঙনদবগুম তৌই।

আইনগী ৱাফম নৈনদ্রিঙৈদা লৈবাক মীয়ামগী লনাই অমদি কাঙলুপকী চৎনলোনচৎতা অমুক্তং খন্থদুনা য়েংবা চুম্মী। মুসলিমশিংগী লাইনীংফম, খৃষ্টানগী চর্চ অমত্তদা চুরুপ-বেরি থরুদে। অদুবু, লমদমসিদদি ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক অমদা চু রুপ-বেরী য়েনশিন্দুনা থকপা কাঙবু ময়াম অমদা লেম্না য়েল্লকপা চুরূপ-বেরি ময়ামদুনা কাংমৈ খুবদৌনা হিদাক মনা চাকপগী মৈথুনা লৈচিল থাহল্লি। থকচদবা কাঙবুনা হুমাই হুমদুনা খাঙনৈ। ঐখোয়সু হরি সংকীর্ত্তন অমা নৎত্রগা মপুগী মিংলেন শোনবগী থৌরম অমা য়াওনা চথরিবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম থবক অমদা ফাওবদি চুরুপ-বেরি থকপগী চৎনলোনচৎ পৃম্বা ইশানা খঙনা থিংফম থোকপনি। অদুবু হৌজিক ফাওবদি ৱাফম অসোমদা কযা কন্না খন্নরক্লি অদুগা খন্থবগী মতমদি ওইরে। য়ামদ্রবদা থক্লীংলগা থক্কনি হায়বা ইশাগী নীংতম্বদ্ ঈশ্বর ভক্তিগী য়েং দুনা অখন্নবা মফম মতম খবদদি কখোকপা চুম্মী। মসিমক যাম্না চাউবা দান অমনি হায়না লৌবা য়াই। অদুনা দান ধর্ম্ম হায়বসি তৌবা ঙন্নদদুনা লৈনবিবনি। মবম অদুনা কনাগুম্বা মৈথূ থকপিবা কাঙবু অমনা শেল ইচঙ চঙদনা মীয়ামগী চাউববা দান অমা তৌবিদ্না ধর্ম্মদাতা অমগী শক্লোন লৌবিবা য়ারবা চাওরবা খুদোংচাবা অমনি। মসিনা লনাইগী ৱানি। আইনলোমদসু তপ্না তপ্না মৈথূ থকপা থিংনরক্তুনা ৱায়েনশঙ অচৌবকাসু য়ৌনরকই। অদুগুম্বা কেশ মযামগী মনুংদা টিরুমালা মার্চেন্তস রেলফেয়র এসোসিয়েসন ভার্সস স্টেট ওব আন্ধ্র প্রদেশ এ আই আর ১৯৯৯ আন্ধ্র প্রদেশ ৯২ হাযবা কেশ অসিমক খৃদম অমনি।

আন্ধ্র প্রদেসকী টিরুমালা চীঙ্গোন্না কোনবা লমদম পৃম্বসি লাইগী মরননি। চীঙ্গোলসিনা কোল্লিবা চীংদুম ঈশ্বরগী মশাইকোন্নি হায়না খঙনরবা মফম পৃম্বদা কনাগুম্বা অমত্তনা চূরুপ-বেরি যোনবা পায়রম্বা অমদি থরুপা য়াদবা হাযবা নিয়মসি শেমদুনা আন্ধ্র প্রদেশ চেরিতেবল এন্দ হিন্দু রিলিজস ইন্সতিত্যুসন্স এন্দ এন্দাওমেন্তস এক্ট, ১৯৮৭ সি শেমখি। টিরুমালাগী কারবার ৱালাশিংগী সংস্থান অসিনা পোৎ-চৈ য়োনবা লীদুনা থম্বা পৃম্বা থিংবা নিয়ম অসি ভারতকী লৈঙাক-পথাপ্তা পীরিবা নাগরিকশিংগী নীংতম্বা ওইনা পায়নীংবা শিনফম, কারবাব অমদি শেঙ্গোক লম্বী অমা পায়জবা য়াবগী ফন্দামেন্তেল রাইত অদু নিয়ম অদুনা অথিংবা থম্বনা চূরুপ বেরি য়োনবদা অথিংবা পীরে হায়না শীংনরকই।

আন্ধ্র প্রদেসকী হায় কোর্টনা মরম অনীদং পীবদুনা কারবারৱালাসিংগী ৱাকৎ অদু কক্‌খিরম্মী। অহানবা মরমদি, ভারত্তা পায়নীংবা শেঙ্গোক লম্বী অমা পায়জবা য়াববসু মদুদা মীয়ামগী য়েংদুনা অথিংবা থম্বা য়াই। লাই নীংবা লাকচবা মীয়াম্না শেংলবা মফমনি য়ানরবা লাইনীংফমসিদা উশিৎ-থৌওইদবা মানবা চূরুপ থকপগী চৎনবী থিংরদি মায়ামগীদমক্তনি। অমনা টিরুমালা চীঙ্গোন্দি লাইগী মরননি অদুনা লাইগী লম মনুংদুদা

কারবারব্রালাসিংনা চঙশিন্দুনা বেবী-চূব্দপ য়োনবগী থবক চত্থবগী নীংতম্বা দাবী তৌবা য়াফম থোক্কে।

ব্রায়েনশঙগী রাইসিনা মীৎ-খোঙ ওইবা য়াবদি কারবারব্রালাসিংনা চুব্রূপ-বেবি ফনা য়োঞ্জরবসু প্রজাসিংনা থকফম চানা থক্করবসু অব্রাবসি খরদি কোকপা য়াই হকচাং ফবনা তাইবঙমীগী অথোইবা লন্নি। ব্রাফমসি মঙদা থম্লগা তীঞ্জেন-লায়চেন কোক্লবা লম্বী ওইনা মৈখু থকপদা মীয়াম মরক্তা মফম মতম য়েংদনা থকচিনবগী ব্যাবহার য়াওদবা চৎনবী পূম্বসি থাদোক্কুনা মী শোক্লোইদবা উরোইদবা ইশাগী য়ূম-ইঙ্খোল মচী ময়াদা মফম চাবদা থকপগী চৎনবী য়োকখৎফম থোকই। চুব্দপ থকপগী চৎনবীদা নুপী লৈরবদি মখোয়দা হংলগা মখোয়না য়ানীংদবা তৌদ্রবা কান্দা থকপগী ইথিক্স অদুদগা ঙাক্লা থক্করবদি হেন্না মচু তাগদবা মাল্লি।

# মৈখূ থোকহনবা থিংবগী পান্দমদা আইন

**য়াচঙবা** মতম ধূপ-থাউমৈ কৎনবা অমদি নোংঙানবদা ধূপ থাবা অমদি লাইশঙ কয়াদা থারিবা ধূপ পুম্নমক মৈখূ থোকহল্লি। অদুবু মেক্রুক চাকপদগী থোকপা মৈখূ অমদি মনম নুংশিবা ধূপতগী থোকপা মৈখূনদি পুক্কীংদা নুংঙাইবা ফাওহল্লি। লমদমসিদা করিগুম্বা নুমিৎ খবদা খোইজু লৈখাম্না মৈখূ খুদোক্কুনা তীন-কাঙ তানথোকপগী কাঙমৈ খূবস্ চৎনরকই। য়ুম কয়াদি শীংনা চাক-ঈশিং থোংনরম্বা, ফুঙ্গাদা মতম চুপ্পদা ৱামৈ খুদুনতা লৈবা অমদি ফুঙ্গা মৈ মুৎহন্দনা থম্বগী চৎনবী লৈবম্বা পুম্নমকসনি লমদম অসিদা মৈখূ থোকপগী চৎনবী অদুম লৈরম্মী। চীংদা লম্মৈ থাবগী চৎনবীনা লমন্তা থাদদি তমদা ফাওবা নুংদাংৱইরিমসদা মীৎথূপ্পনা মীৎ পাঙবা ঙম্নদদুনা লাক্লে।

ঙসিদি শীং শীজিন্নবা তোক্কদুনা গেসনাচাক-ঈশিং থোংনরবা মতমসিদসু মৈখূ খুবগী চাংদি নোংমে-নোংমগী হেনগৎলকই। খুঙংগী অচাওবা লমদমসু চেক শাফম কনাদগী থোক্লকপা হৈনদ্রবা মনম চেল্লবা মৈখূনা অকোয়বগী অশেংবা নুংশিৎ-নুংশা পুম্বা ঈমাংথোক্লপি। য়ুম্লক কৈরক্লনা গাড়ী কনামরম লোইশল্লক্লনা অঙনবা অয়ুক্তা দিজেলনা চৎনবা গাড়ী কয়ানা ঙংলকপদা খাঙঙমদবা মু চেল্লল, মৈখূনা লৈচিল থাহল্লবা, প্লাষ্টিক মৈ থাবগী থুক খূক লাউরবা মনম্না হানবা পুন্সি অমদা ঙসি ঐখোয়না অশেংবা নুংশিৎ থিদি। কনানা হংনরি অশেংবা নুংশিৎতি মীওইবনা হোনবদা ইগ্নাই লোইশিল্লক্রমলে। ঙসি অকোয়বদা লৈরিবা ফীভম অমদি শক্তমবু মাঙহন্দনা থম্বগী কান্নবা অমদি ওঙাইফদবাঅদু ভাব তানরকপা মতমসিদদি মৈখূনা লান্দ্রকপদা মীওইবা কাঙলপতি ফনা য়াম্না সহীদ ওইখিবা য়াবগী ফীভম য়ৌশিল্লক্লে। ৱাখল অসোমদা ঙাইহাক খন্দুনা মৈখূ থিংবগী মায়কৈদা আইনগী থৌরাঙলোমদা মায় ওনসিনবা চুমগদবা মাল্লি।

১২৭৩ দা ইংলণ্ডদা আইন ওইনা লাউথোকখি,"লণ্ডন মনুংদা কোয়লা থাবা যারোই" মরমদি মদুনা মীগী স্বর হোনবদা অপনবা ওই। ইদৱার্দ ১ বনা ১৩০৬ তা নীপা অমা নিয়মসি কায়না চৎলুবগীদমক্তা অঙাং ওলহনখি।

থৌদোক খরসিদগী ঐখোয়না ভাব তাবা য়ারে নোংচুপ লমদমদা অদুঙৈদগী মৈখূনা মীওইবগী পুন্সিদা অমাঙ-অতা থোকহনবগী ৱাফম য়েৎনবা লৈতনা য়ানখ্রে। ঙসি লমদমসিদা মৈখূ হেন্না লাংহল্লিবসি মপানগী লমদমগী লৈরকপা সেকেন্দ হেন্দ গাড়ী ময়াম অমা লমদমদুদদি থৌবদা মৈখূ থোকই হায়দুনা থিংখ্রবা কয়া অমা মফমসিদা পুরক্লুনা লম্বী-সোবোক্তা থৌরিবা মৈখূ কা হেন্না কামথোকপা গাড়ী ময়ামসিনি। মসি থিংবা নৎত্রগা

মশীং হস্থহন্নবা হোৎনবদি লায়বদুনা গাড়ী মশীং য়াম্না হেনগৎলকই। সরকারনা অথিংবা নৎত্রগা য়েংশিন্দবগী থবক্তা মৈখূনা শ্বব ফুলহল্লবা লমজাও-সোরোক্তা চৎলিবা ঐখোয় পূম্বগী হিংবগী অধিকাবদা শীংনরবনি। মসিগী মতাঙদা দিল্লীগী কেস অমা সুপ্রিম কোর্ট যৌরকখি। কেশ অদু এম সি হেমতা ভার্সস য়ুনিয়ন ওব ইন্দিয়া কৌই। এ আই আর ১৯৯৯ সুপ্রিম কোর্ট ২৯১ দা ফোঙলস্পী।

কেশসিগী রাহৌদি ভূরিলাল কমিতি হাযবা কমিতি অমা শেমদুনা দিল্লী শহরদা গাড়ীগী মৈখূ থোকহনবগী চাংদা য়েংদুনা চেলহনবা য়াবা গাড়ীগী মগুন লেপ্পনি। কমিতিদুনা রেজিস্টার তৌবা নুমিৎতগী চহী ১৫ শুরবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী পূম্না ১৯৯৮ গী অক্টোবরগী তাং ২ দগী দিল্লী শহরগী সোরোক্তা চেলহনবা থিংবগী য়ারেপ লানখৎখি। সরকারনা য়ারেপ অদু অয়াবা পীকই। অদুদগী রায়েনশঙগী রায়েন অমা পাম্নরক্তুনা সুপ্রিম কোর্টতা থাঙ্গৎলকখিবনি। ১৯৯৭ তা দিল্লীদা রেজিস্তার তৌরবা চহী ২০ হেল্লবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী ৯,৩৪৯ লৈরম্মী। মসিগী গাড়ীশিংসি কাববারগা মরী লৈনবা কমর্সিয়েল ভেহিকল ভাক্কনি।

কোর্টনা উবাফংখি অদুদ মৈখূ কা হেন্না থোকলবা চহী অহল ওইরবা গাড়ী পূম্নমক চেনবা থিংবনা শহরসিদা চিংলিবা মীয়ামগী যাইফনি। মরম অদুনক্তা কোর্টনা ১৯৯৮ গী দিসেম্বরগী তাং ৩১ দা চহী ১৫ হেল্লবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী পূম্নমক্কী দিল্লী শহরদা চেনবগী অরোইবা নুমিৎ ওইগদবনি হায়না য়ারেপ লাওথোকখি।

দিল্লীগী ট্রাফিক্কা মরী লৈনবা লোয়নসঙাসিংদা চহী ১০ হেল্লবা গাড়ী পূম্না ফাংগৎনবা থৌবাংগু হৌরকখি। ঙসি চহীমক ফারক্লে। অসুম্না অতৌনা শহরদা চেনবা থিংখ্রবা মৈখূ য়াম্না থোকই হায়দুনা কোন্নাক ওইনা হোৎনা য়োনখ্রগদবা গাড়ী ময়াম অমা অথিংবা লেতনা সহরদমসিদা পূশিল্লকুনা অহীং-নুংথিল নাইদনা থৈ কার্যৌম্না লৈতিল থাম্লি। ফকমসি শহরবা মতম য়ৌরে। কনাগুম্বা লৈবাক মচা তাবা থবক তৌবগী খল্লবাদি হায় কোর্টতা কেশ তৌদুনা অথিংবা থম্নবা হোৎনবা চুমগনি। অশেংবা নুংশিংতি মীওইবগী থৌদোনা মপূং ফানা লোইখিদৌবে. থিংবা ঙমগনি মতম চানা ভাব তানরবদি। ফংবা থবক্তি হোরেং হয়েং য়েথোকফদে।

# ইতিহাসকী খূদম ওইনা চীংদোন্দা লেপ্লিবা দাক বাংলো অমা

**মিসেস** গ্রীমউদনা ইরম্বা 'মাই থ্রী ইয়র্স এক্সপেরিয়েন্স ইন মণিপুর' দা লমদমসিবু ওঙ্খোক্লা নুংশিনা মরীক চুম্না থাদুনা ইবা ফোঙদোক্লবা লাইরিক অমা ওইনা মণিপুরগী ইতিহাস ইবিরম্মী। ফোঙবা মতমদগী থিবদা চহী চামমা শুরবা লাইরিক অসি কনানা ইশোন শোন্নবিদনা মশক খঙবিদনা লৈরি। তাম্লবা নোংচুপকী লন্দন হায়বা লৈবাক্তুদা লাইরিকসিনা সনা লৈবাক্কী মগুণ শক্তি লেপ্তুনা চহী চাম্মা চুপ্পা চীংনা কোয়না পনশাবা, হাওনা কোয়না পনঙাকপা চরোয়না তেতু খোংবা ক্বাক্বা লানবাউ শীনবা কান্দা ইনুংনা শোরা তৈবা লমদম অমা, নুমিদাংৱাইগীনা কান্দুদা নুনিংনা চীংয়াবু থাংবা কান্দা তময়ানা কৌরী চেনবা লমদম অমা।

অঙনবা অয়ুক জানুৱারী থা শোক ২০০০ গী নোংমাইজিং নুমিৎ অমনি ঐগী লোয়নবা এদভোকেট চন্দ্রকুমার, লোকেল মরূপ চীংতম লুৱাং অমদি ইশামক কাংচুপকী চীংদোন্দা লৈখিবা কাউনখ্রবা দাক বাংলো অমা থিবা চৎখি। অঙাং ওইরিঙৈদা সিংদা দাম্না মরূ ফাওবা হুনদ্রিবা মতমদা কাংচুপ্তা চৎপদা অহলশিংনা হায়খি চীংদোন্দা বৃটিশশিংনা শারম্বা দাক বংলো অমা লৈ। মতমদুদা চীংয়ায়কা য়ৌবা অদুৱাই ফাওবা কারুরগা কূম্লকখি। মরক মরক্তা কনাগুম্বনকাসু রা ফমদু হায়নরকপা য়াওই। অদু বু ইকুই কুইদনা মিসেস গ্রীমউদকী লাইরিক্তু পারুবদা মহাক্লা দাক বাংলোদুদা মাগী মপুরোইবা এজেন্ট সাহেবতুগা হাপ্তা খুদীংগী চৎতুনা অনৌবা অনৌবী ওইরঙৈ পুন্সি লেনমিন্নখিবা শোক ১৮৮৮ দা শাবা লোইখিবা কাংচুপ চীংদোনগী দাক বাংলোসিগী মরমদা পল্লম্মী মরীক চুম্না। দাক বাং লোদুদগী য়েংখিবদা মণিপুর তম্পাক শীন-থুংনা উবা ফংবদা নত্তনা লোক্তাক পাৎনা পাক-চাউনা শন্দোক্তুনা লৈবসু উবা ফংবগী মতাঙসু ইরম্মী। হন্দক্তি চৎনীংবা অমা ফাওরকই। চৎসি হায়না নুমিৎ লেপ্তুনা তকশিল্লকর্পদি চীংতম লুৱাংননি। পুক্লীংদা শাজিল্লি দাক ৱাং লোদু কমদৌরমগনি চহী চাম্মগা তরা শুরদুনা হনুরবা শক্তম অমদদি শোয়দনা লৌরম্বা তাবনি।

অয়ুক্কী পুং ৯ তাবদা কাংচুপ চীংখোঙদা ফংবা চান-থক্লবা চেঙপা চিনি অঙাঙবা তলনচিংবা খরা হাপচীল্লগা চীংদু কাবা হৌরকখি। মৌ অমনা চীংখোঙদদি হায়হৌই হোরেল বাংলো য়ৌবদা নুমিৎ য়ুংলনি। ঐখোয় মশেল হায়নৈ অদুক ৱাংবাজাৎলনে। চঙশিনবদি লেপ্তে মাঙদা উরি লম্বী অদুদা অদুঙৈদা মোতোর সাইকলকাসু কারম্মী হায় মিসেস গ্রীমউদত্তি দোলাইদা অদুগা মাগী মপুরোইবা এজেন্ত সাহেবনা শগোলদা তোংলগা ৪৪ শুবা গুর্খা

রেজিমেন্তকী সিপায় ময়াম্না ঙাক-শেল্লদুনা লেল্লাদুনা চৎখিবা ওইনা তৌই। চহী চাম্মগা তরাগী মতুংদা ঐখোয়না চৎলিবসিদি খোঙননি। লম্বীসু ঈশিংনা তৌখায়খিদুনা ইকায় কায়রে অদুঙৈদদি কয়লাসপু থারম্মী হায।

পূং অনীমখায় চুপ্পা কায়রবা মতুংদা চীংমীশিংগী খুল অমা থেংনৈ 'কোতজিম' কৌই কুকি খুলনি। মফমদুদা লম্পাক অমদা নহা ময়াম অমা বোলিবোল শান্নদুনা লৈরম্মী। ঐখোয় মরিনা কারকপা উবদা ঙক্কুনা লৈরম্মী। মখোয়দা হংলগা খঙলে কোতজিম খুলদগী ঙম্না কারবা লম্বী অমদা মিনিত কুপ্থা লেপ্পুনা কারগা শোঙলবা উরক্কুদা লৈরম্মী দাক বাং লোদু লোৎলদুনা। চীং কুইনা কারকপগী অৱাবদু খংকোক কোকখি, খল্লকই যৌদি যৌরেদনা।

দাক বাংলোদুগী মচুদু ইৱাউ ৱাউরে অহকপা নুংনা ফক্লাং ওইবা য়াম্না চাউবা য়ুম্মক্তি নত্তবা দাক বাংলোগী মওংদা জিঙঘনা ঙম্না কুপ্পা য়ুম্কসু নত্তবা আসাম তাইপ য়ুমশা ওইনা তৌবা পীক্তকপা য়ুমজাও অমনি। অদুঙৈদা শীজিন্নরম্বা গেত অদু খরা পৈরপ তৌনা অদুম লৈবি। কোম্ভোংদা হৌরিবা আতোরগুলাব পাম্বী মরিখক্তি মরাঙ কায়না ঙাঙনা শাৎলি। সাহেবসিংনা লৈবম্বা য়ুমদি অদুম মমাল্লি। য়ুমদুদগী শঙতপ ময়াম অমনা শৈম্প্রে নাপ্রে তৌদুনা তপথদুনা য়েরুমদা হান্নক তৈবগুম্না তৌরে। য়ুমদু ইকোয় কোয়না ৱানা চেকশিন্না সঙ্গল পল্লোন অনী খায়। কোম্ভোংদু শো লোল্লম্মী য়ুমদুগী মমাযদা থারী 'রিপিতর স্তেসন কাংচুপ'। মফমদুদা থাজদনা মণিপুর রাইফলস ৭ শুবা বতালিয়ানগী প্লাতুন অমা লৈরম্মী পাউ থাদোক থাজিনগী অকনবা থবক পায়খৎলিবা মরু ওইবা মফম অমদুম ওইরম্মী। মদুমক্তা দাক বাংলোদু হিংদুনা লৈবম্বনি নৎত্রবদি নহান্না জিঙঘ ফকথ্রগদবনি।

ঐখোযগী শক তাকচরদুনা ঐখোয়না চঙগে হায়না হায়নরম্মী। মফমদু পূবা অঙম্বা এল চোংলোই অমদি ইবোয়াইমগা খঙনরে। ঐখোযবু চা গ্লাস অমমম্ পীথক্কুনা তরাম্না তৌবিরকই।

অকোয়বদু যেংবদা লৈরম্বা কাঙবুশিংনা ঐখোয়বু ফজনা মতেঙ পাংবিরকই। মফমদু মতম অমা ইংলিসকী কোলোনী মচা অমা তাবম্বগী খুদম ফংঙি। দাক বাংলোদুগী মনীং মক্তা মতমদুদা লৈরম্বা য়ুম খবগী য়ুম্ফম ইসোঙ শোজিন্দুনা লৈরম্মী। মফমদুদা লৈবা মীওইশিংনা চাননবা নুংনা ইকোয় কোয়না চনসিনবিরবা পুখ্রী অমা লৈবি। মতম অমদা ঈশিং চিংখৎনবা পমপ অমসু পাল্লসা মফম থেংনৈ। পুখ্রীদুদি দাক বাংলোদুদা লৈরিবা সেক্যুরিতি মীওইশিংনা হৌজিক হৌজিক চানবি মওং তানা লৈরি। বাংলোদুগী মনীং খরগা চৎথরগা মতমদুগী মোংফম ওইবম্বা মফম অমসু থেংনৈ। নুংকাদু ইফব ফক্তোক্রে শোঙবনা চঙবসু ৱারে। ঐখোয় নুং মচেৎ খরা খুল্লকই। মতম ফনা শাংনা মফমদুদা লেল্লবা মতুংদা নুংদাংৱাইরম ওইশিল্লকতুনা অকনবা নুংশিৎ শীৎলকপা মতমদুদা ঐখোয় ওমলোমদা কুমথবকই।

মথক্তা লৈহৌবা কাঙবুদুনা হায়হৌই "ঐখোযবু থিবিরকপা যাম্না নুংঙাই লমদমসিগী

মীনি হায়বা ফাউবা কাওরুববনি।" হংনবদা খঙলে মখোয় অদুক ৱাংখ্রবা চীংদা থবক মফম তাহল্লগা হিল এলারেন্স পীবিদে অনৌবা পে রিবিজন চৎনগনি হায়বা পুক্নীং থৌগৎপা পাবী অমা ফাওবা তাহন্দে। পুক্নীংদা খল্লি ওস্লোকপনি মতম অমদদি খ্বাইদগী ফম চাউববা পোলিতিকেল এজেন্ত অমদি মাগী নুপীনা হাপ্লা খুদীংগী চৎতুনা য়েংশিল্লম্বা ম ফমনি। ঙসিদিমদুদা লোযশঙ ওইরিবা ফম্নাইবা কয়াদু শনম মীনম তাদনা মথৌদি কায়বা লৈতনা শৃহৌই অদুবু মখোযগী মথৌদুদা থাগৎপিদ্রবা, চীংথবিরবা, কাউথোকপিরবা কয়াদু মচীন্দগী ফোঙদোক্রুবসু মায়থোঙদুনা তাকই মখোয য়াম্না ৱারৌহৌই। আইনগী মী ওইনা ঐনা হায়বম্মী হায়নদুনা য়েংখো য়াদ্রগা ঐ কেশ তৌগে হ্যমেন রাইত হায়দুনা অসুক য়াম্না ঙাওনবিবসি সিদি হ্যমেন রাইত নৎত্রা ? পুক্নীংদদি খল্লি। হে ঈশ্বর মখোযগী অবাবা কোকপিয় কোর্টতা চৎনদবা ওইসনু।

আইনলোমদা অমসু নীংশিংলকই দি মণিপুর এনসিয়েন্ত এন্দ হিস্তোরিকল মোনুমেন্তস এন্দ আর্কিওলোজিকেল সাইত এন্দ রিমেন্স এক্ট, ১৯৭৬ হায়বা আইন অমা লমদমসিদসু চৎনাব। আইন্দুগী মতুং ইন্না চহী চাম্মা চুপ্না লেপ্তুনা লৈরবা ইতিহাসকী শরুক অমা ওইরবা শঙ যুম-কৈনচিংবা কয়াসি 'এনসিয়েন্ত মোনুমেন্ত' কৌই। মসিবু তেকহন-কায়হন্দনা থম্না হায়বসি সরকারগী মথৌ ওই। আর্কিওলোজিগী সুপবিন্তেন্দেন্তনা মদুগী মথৌদু পায়খৎকদবনি। অদুবু, আইনদুনা ফনা হায়দুনা কৈদৌনি। চহী চাম্মগা তরা শুরবা দাক নাং লোদু লৈদি লৈহৌবি অদুবু অকোবা মফমদুদা লৈরম্না কোলোনীদুগী মমিদি ইমাঙ মাঙহৌরে খরা লৈরবদি পূংমৃৎ মৃৎখিবসু য়াই।

লমদমসিদদি ইতিহাসপু থৌওইদে। দি সি লম্ফেলগী ওফিস মৈ চাকপদা অবিবা লেন্দ রেকোর্দ ময়াম অমা চাকখ্রে। মথং মথং ওইনা ওফিসকী ফাইল মৈ থাবসু কন্না চৎথনরি। অকোয়বদা লৈরম্না ইতিহাসকী শকফম কন্নীংবগী অপাম্বা সরকারগীসু লৈবা উদে। লাঙতক্লবদা হেল্লকই ঙরাংগী ৱারী খঙদনা ঙসি ঐখোয পানবা ওইথোক্তবনি। মিসেস গ্রীমউদপু থাগৎনীংঙি কাংচুপ চীংদোনগী বংলোনা নীংখায়থ্রবসু মাগী লাইবিক্তি ইতিহাস ওইনা লৈহৌগনি চীংদোনগী হনুরবা বাংলো অৱাংবা চীংদোন্দগী পাকথরদুনা তম্পাকলোমদা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈবি লমদমসিদা চহী চামমা চুপ্না থোকখ্রবা থৌদোক ময়াম অমগী সাক্ষি ওইনা।

# লাইনীং লম্বীগা মরী লৈননা মাইক পানবা অমদি আইন

**মাইক** পান্দুনা লৈকায় তানবা লাও-খোংবা চরাওনবা হায়বসি হরাও-কুম্মৈ অমা থোকপা মতমদা অদুম তৌন্দুনা লাকই। খুদম ওইনা যাওশঙগী চাকচানবা লীলা তৌবা মতমদা মাইক পানবা, কালেন থা য়ৌরকপদা লাই হরাওবগী থৌরম কয়াদা মাইক পানবা, ত্রাইবেলসিংগী হরাও-কুম্মৈ গাংঙাইগুম্বদসু মাইক পান্দুনা অহাং-নুংথিল লেপ্তুনা অহৌবা মাইক মখোলনা পূমনিল নিলহনবমখৈ হরাও-তয়াম, খৃষ্টমাস নিউ য়ারগা মরী লৈননা চর্চ কয়াদা মাইক পান্নৈ, মুসলিমশিংগীসু নোংঙাল্লমদাই নুংদাংবাইনচিংবা মতমদা লাইনীংফমদগী ঈশৈ ওইনা লাওবদি নুংতিগী তৌই। অসুম্না জাৎ শুনা মীওইবগী লাইনীং লম্বীদা মাইক্কা চাওরবা পাম্মৈ অমা ওইনা শীজিন্নদুনা লাকই।

মসিদা নত্তনা কনাগুম্বনা লনাইগী হবাও-তয়াম্বগী থৌরমদসু মাইক পানবগী চৎনবী লৈরম্লনি। মদুমক্তি খরা তোক্লখিবগুম তৌরে। ঙসিদি ইমুং অমদা ইলেক্ট্রোনিক্কী অখোংবী খুৎলায় কয়ানা ঈশৈ কয়া হৌনা হৌনা থাবগী চৎনবী উবা ফংলকলি। মসিদা নত্তনা তেপ রেকোদর, কম্পেক্ত দিস প্লেয়র, তেলিভিজন, ভি সি পিনচিংবা কয়ানসু ৱাফমসিদা হেন্না হাপকৎলকপতনি। মরম অদুনা অহৌবা মাইক খোংবা হায়বসিনা অৱাংবদা পানখৎতুনা হেন্না মী তাহন্নবা হৌনা লৈখৎতুনা খোংনৈ। ঙসিদি ঈঞ্জিন পানবা গাড়ীগী মখোল অহৌবা গ্যেস হোরোন মখোল কোকথক্তা পাইবা এরোপ্লেনগী মখোল মীযামগী মীনিল মখোল পূম্নমকসিনা নোইজ পোলুসন হায়না চরাঙনবগী ৱা ই চিনবসি হম্বহনবগী ৱাখল্লোন অমা কন্না লৈনরকপা মতমসিদা লাইনীং লম্বীগা মরী লৈননা মাইক পানবা অহৌবা মখোল থোকহনবা হায়বসি হম্বহন্নবা আইন্না করি তৌবা তাবগে হায়না ৱাফমসু মরু ওইরকই।

ভাবতকী লৈঙাক পথাপ লোমদা য়েংলুরবদি ময়াম্না সেক্যুলাবিজমনি হায়না হায়নরিবা পথাপ আর্টিকল ২৫ নি। আর্টিকল অসিদা হায়রিবদি পব্লিক ওর্দর, হেল্থ অমদি মোরেলিতিদদি শোকহন্দনা ভাবত্তা মীওই পূম্নমক্না চৎনীংবা লাইনীং লম্বী অমা চৎচবা, চৎলু হায়না তাকপা অমদি শন্দোকপা য়াগনি হায়বনি। অদুনদি ধর্ম্ম (লাইনীং লম্বী) অমা চৎপদা মদুনা পব্লিক ওর্দর কায়রবা, হেল্থতা চৈথেঙ পীরবা মোরেলীতিদা শীংনরবদি মদু আইন্না থিংবা য়াই।

ভাবতকী লমদম মচি-মচিদা মাইক শীজিন্নবদা অথিংবা থম্বা আইন খরা খরা অদুম লৈনরকই। লমদমসিগী ওইনদি বিহার কন্ট্রোল ওব য়ূজ এন্দ প্লে ওব লাউদ স্পিকরস এক্ট,

১৯৫৫ হায়নবা আইনসি মণিপুরনা য়ুনিয়ন তেৰিতোরী ওইরিঙৈদা ভারত সরকারগী ওর্দর তাং ১৪।৩।৫৬ না মণিপুরদা চংনহল্লম্মী। আইনসি ঙসি সু মৃৎথৎত্রি। আইনসিগী মতুং ইন্নদি দিষ্ট্রক্ট মেজিষ্ট্রেতনা পার্মিত অমা পীরবদি মদু পায়রগা মাইক অমা খোংবা অদুম য়াংহল্লি। পার্মিত য়াওদনা মাইক খোংহল্লগা ফাগৎপা য়াবগী ৱাদনি। আইন্দুদা য়াওবা ৱাফম অমদিকনাগুম্বা অমত্তনা মাইক অমা নুমিদাংগী পূং ১০ দগী অয়ুক্কী পূং ৫ ফাওবগী মনুং দা পার্মিসন য়াওদ্রবদি খোংবা য়ারোই হায়বনি। অদুর্নাদি পার্মিসন যাওরবদি মদুগী মনুংসু খোংবা যাগদৌবি। আইনসি য়াম্না লিরবা আইন ওইবনা মদুদা মাইক অমগী হৌনা খোংবা য়াবগী চাং ওন্নবা অমদি য়েংশিন্নবা মদু কায়না চংলম্বদা ফাবা-পুনবা য়াবা মতাঙদি য়াওদে।

ঙসিদি এনবাইরোমেন্ট প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ চংলবা মতুংদদি অহৌবা মখোলসু থোকহনবদা থিংবদগী চাং লেপ্তুনা মদুদগী হেন্না থোকহনবদা নোইজ পোলুসন থোকহনবগী দন্দি তৌবা য়ারবা মতমসিদা অসিগুম্বা অরিবা আইনসি ইকান কান্নদ্রে। লাইনীং লম্বীগা মরী লৈননা মাইক পানবদা কবিগুম্বা মাইক পান্দুনা লাওবসি লাইনীং লম্বীদু চংপদা চঙদবা য়াদবা পোৎশক ওইবা তারবদি মদু থিংলা য়াফম থোক্কে। অদুনা লাইনীং লম্বী অমা চংপদা মাইক্কী মতেঙ লৌবসি কদায়ফাওবা লাই নীংবদা তৌদবা যাদবনো হায়বা ৱাফমসি ৱায়েনশঙ য়ৌনরক্কে। মৌলানা মুফতি সৈদ মহম্মদ নুরুর রহমন বরকাতি ভার্সস ষ্টেট ওব ৱেষ্ট বেঙ্গোল এ আই আর ১৯৯৯ কলকত্তা হায়বা কেশ অসিদা লাকখিবা ৱা ফমদি মুসলিমগী লাই নীংবদা নোংঙাল্লমদাইদা অল্লাগী মিংলেন মাইক্তা লাওদনা মীপুম তিংননা তাহন্নবা থৌদৌসি মীগী তুম্বাহীপ্পদা অকায়বা ওই হায়দুনা থিংবা য়াবরা হায়বা ৱাহংদুনি।

এপ্রিলগী তাং১,১৯৯৬ তগী ৱেষ্ট বেঙ্গোল মনুংদা মাইক্রোফোন শীজিন্নবগী অয়া-য়াদা নিয়ম অমা লাউথোকখি মদুদি করিগুম্বা মাইক অমত্তা নুমিদাং পূং ৯ দগী অয়ুক্কী পূং ৭ ফাওবা কনামত্তনা শীজিন্নবা য়াদবা শীজিন্নবা তারবসু মদু সরকারগী থবক্কী মরী লৈননা পাইবক-পাইখুগী ওইবা পাও অমা লাউথোকপদা শীজিন্নগদবনি । এতৈ মতমদা শীজিন্নবদা ৱেষ্ট বেঙ্গোল পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দনা শেম্বা নিয়ম ইন্না দিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেত অমদগী পার্মিসন অমা য়াওবগা শীজিন্নগদবা হৌবগী চাংদু পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দনা লেপ্পা চাংদু ইন্দুনা চংকদবা, লাইনীং লম্বীগা মরী লৈনবদা শীজিন্নগে হায়রবদি লাইবাও অমদি তত্বদু ভক্তশিং না তাহনবা ঙম্বগী চাংদা শীজিন্নগদবা। লোয়ননা কনাগুম্বা কায়না চংলম্বদা পোৎ-চৈ ফাগৎপা য়াবগী নিয়মনি।

মুসলিম ধর্ম্মগী ওইনা অজান লাওবা হাযদুনা নোংঙাল্লমদাইদা লাওরিবসি লাইনীং সি চংপদা চঙদবা য়াদবা থবক্তি হায়বসি ৱায়েনশঙনা য়াই অদুবু, অজান লাওবদা মাইক শীজিন্নগদবনি হায়বসিদি ধর্ম্মদু চংপদা চঙদবা যাদবা ওইদে। মাইক হায়বসি বিজ্ঞানগী খূদোলনি অমদি মসিনা মখোল হৌহনবা ঙম্মী। অহৌবা মখোলনা মীগী হকচাং নুংঙইবা চীক্না পানবদা কায়বদা নত্তনা লাইথুং-তীনথুং পোকহল্লি হায়বসি মালেম পূম্বা য়ানরবনি।

অজান হায়বসি অদুঙৈদগী ইমামদু নৎত্রগা লাইনীংফমদুগী মপূদুগী খোঞ্জেলদুখওনা লাওগদবনি। অজান লাউবসি ধর্ম্ম শন্দোকপা নত্তে লাইনীংবগী চঙদবা যাদবা মতৌ অমনি। ৱাখল-লোনসি ফোঙদোক্লগা কলকত্তা হায়কোর্টনা হায়খি মুসলমানশিংনা অজান লাওবদা মাইক শীজিন্নগদবনি হায়বা ফন্দামেন্টেল রাইত অমত্তা লৈতে। কোর্টনা হায়খি হুকুমসি তাবা মতুংদগী কনাগুম্বা ৱেষ্ট বেঙ্গোল সরকারনা শেম্বা মাইক শীজিন্ননবা নিয়ম থুগাইবা থেংনবদা খোংনবা পোৎ-চৈ পূম্বা ফাজিন্দুনা সরকারনা খোমগৎকদবনি পুলিস ষ্টেসনগী ওফিসর ইন চার্জশিংসু মুসলিম লাইনীংফমশিংবু চেকশিন্না শেন্নদুনা করিগুম্বা লাইনীংফম অমনা অয়ুক্কী পূং ৭ কী মমাঙদা মাইক শীজিন্নবা থেংনরবদি ফাগৎনবা য়াথংসু পী। ৱাফম অমনা মাইকশীজিন্নবা পার্মিসন ফংলবশিংসু পোল্যুসন কন্ট্রোল বোর্দনা লেপ্পা দেসিবেলগী চাংদু হেন্দনবাকন্না শেন্নগদবনি।

লমদমসোমদা মায় ওনশিন্দুনা য়েংলুরবদি মাইক শীজিন্ননবগী হৌবগী চাং লেপ্পা কা হায়বদু হৌদ্রি পোল্যুসন কন্ট্রোল বোর্দতি লৈরে থবক্তি লৈত্রি। অহিংদা হরাও-কুম্মৈ মতমদা ঈশৈগী নাইত হৌরকপদা অহল কয়া ঈশিং চাইদুনা লাক্লরিবনি। লাই হরাওবগী জগোয় শাবগী পূং ধুলোক অয়েবী অখোংবী কয়াদু মাইক্তা হৌবা য়াবগী হৌনা থাদোক্লরকই মীয়াম্না ৱানা ৱানা খাঙনৈ য়াওশঙনচিংবা কয়াদা অহীং তুম্বদা মাইক্লা অকায়বা কয়া পীখ্রে কনাসু অমগী অমগী অৱাবা য়েংনদে নয়ূমদা খোংবরা ইয়ুমদা খোংজবনি শোমদনা অতো প্লা য়ুমদনা নাহেদুনা খাঙনবনি।

আইন য়াম্না শোথহৌরে বিহারগী মাইক খোংবগী আইন মতমগা চুনদ্রে। পোল্যুসন কন্ট্রোল বোদনা হৌবগীচাং লেপ্পা মথৌ তারে। কলকত্তা হায়কোর্টনা তৌবগুম লমদমসিগীসু হায়কোর্টনা নিয়ম অমা লাওথোকহন্নবা লৈবাক মচা তাবা মীওই খরা চোংথোরক্তুনা ৱায়েনশঙগী থোঙথীনবা মতম ওইরে। মতমসিগী চঙদবা য়াদবদি ৱাখল খনবনি চবাঙনরবদি ৱাখল থোক্তে ৱাখল থোক্লবা লম্বীসি ফাংপা চুম্মী।

# বম্বুলা থাবগী নীংতম্বা অমসুং আইন

**পোকখায়বগী** মখোল থোকহন্নবা বম্বুলা হাযনা খঙনবা পোকখায়বী পোৎশক অসি মীয়ামনা ইশী শীজিন্নরবা খঙনরবা পোৎশক অমনি। লমদমসিদা দূর্গা পূজা, দীৱালী, ন্যু ইয়ার দেনচিংবা নুমিৎতা বম্বুলা থাবগী চৎনবী, লৈরকই। অতোপ্পা লমদদি লৃহোংবা নুমিৎ ফাওবদা বম্বুলা থানৈ। লমদসিদদি ক্লাক যাত্রা নুমিৎতা ক্লাক তানবদা তোপ কাপ্পা চৎনরকই। হরাও-তয়াম্বদা বম্বুলা থাবা নত্তবদা অৱাবা ফোঙদোকপদসু বম্বলু কাপ্পা যাওই খুদম ওইনা ফম্নাইবা শিবদা নোংমৈ থায় আর্মিগী ফাউন্দেসন দে গুম্বদসু অহীং নোংমৈ থায়।

ইকুই কুইদ্রি, ভারতকী হায়কোর্ট কয়াদা চরাঙনবনা ৱাই চিনবা ৱাফম পৃথোক্লদুনা বাযেনবিনবা কেশ কয়া অমা থানরকই। মীবু খৎহনবা পাখৎহনবদা চমহ্লহনবা পোকহনবা ঙমবা পোকখাযবগী মখোলসি মশা ৱাইশংদবী নুপী কয়াদা অঙাং লাইযৈ চৎপা, ইপাই ফত্তবা কনাদা লমহ্নন নুংশিৎ কাঙহনবা, থম্মোয শোনবা কনা অমদা লাইমন নুংশিৎ হৌহনবা, দাক্তরগী লোন্দা 'কার্দিয়াক এরেস্ত' কা হায়বা লাযনা থোকহন্দুনা মীশি-মীনা ফাওবা থোকহনবা য়াবা ওই। অখঙ-অহৈগী বিজ্ঞানীক ওইবা পাউজেলদা মখোল হৌবগী চাংসি দেসিবেল হায়বা মখোল হৌবা ওন্নবা পথাপসিদা ওল্লগা দেসিবেল ৮০/৯০ গী চাং য়ৌরক্লবদি মীঙোন্দা অমাঙবা থোকহনবা ঙম্মী হায়বা ৱরেপ লৈরে।

ঙসি ঐখোয়গী অকোয়বদা চরাংনবা, নিনবা মখোল কয়া অমা ঐখোয়না থেংনবদগী চেনবদা হিংদবা হায়বা মতাঙদু ফাওবা য়ৌবক্লবনি, খম্ভকদবগী ৱানি। ইঞ্জিন পানবাগাডী ময়ামগী মখোল, মীয়ামগী হরাও-তয়াম্দ, লাইনীংবা, মখল-মখা কয়াদা মাইক পানদুনা খোংজিল্লকপা, য়ূম্লক-কৈরক্তা লৈনরিবা কাঙবুসিংনা যুম্লোন্নবগী খন্দনা বোদঙ, ভিদিও তেপ রেকোর্দর, তিভি নচংবি কয়া অমা হৌনা খোংজিন্নরকপা, য়ূম্লক-কৈরক্তা চেঙ তককম, থোকহল্লিবা অয়াকপা মখোল পূম্নমকসিনা পূর্নশিল্লগা নিলবা মখোল থোক্লুনা মশানা লৈরবনি। কলকত্তাগুম্বা অচৌবা শহরদদি নিনবগী চাংসি ওনবদা দেসিবেল ৯২ গী চাং য়ৌনরে হায়দুনা পেন্নদবা খোল্লাও কয়া লাওনবক্লবনি। অসিগুম্বা মতমসিদা ঐখোয়গী লমদমসিদসু বম্বুলা থাবা অমদি মদুদা থোরক্লিবা মখোলগী চাং ওনবা অমদি অথিংবা খবা থম্বাবু জ্ঞান তানবা মীয়মদা খঙহনবা হায়বা ৱাফমলোনদা খবদং খম্ভবা চুমগনি।

বম্বুলা থাবনা মৈহৌ লাংপোক থোকহনবদা চাওরবা মরম অমা শোয়দনা ওই। দীৱালী নুমিৎতা ইম্ফাল সহরগী বাজার ময়ামদা দুকান পরেংশিংনা মৈ থান্দুনা কৃম্মে পাঙথোক্লবা নুমিৎসিদা মীনা হিয়াঙথাং বরদু ঙায়বা নুমিৎসিদা মীবক্তা বম্বুলা, রোকেত, মৈকাপ্পিনচিং

বা কয়া অমা চমদুনা লংশিনবদা মী কযাগী মফি-মরেল চাকপা য়াওনখ্রে। যুম্লক্তা বস্মুলা শা ফম ওইশিল্লবদগী কাম্লক মৈ হৌবক্তুনা পোকখায়বদা ইমুং খবা তুম্ন মাঙদুনা মুৎপা যাওখ্রে, মী কযা অমনা শোইনাইবা নংখ্রে।

ঙসি আইননা অহৌবা মখোল থোকহনবদা অযা-য়াদা লেপ্পা ঙম্বা পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দ লিংখৎনখ্রে। লমদমসিগীসু লৈতবদি নত্তে অদু বু মীগা মীমায়দবগী বানি। দি এয়ার কন্ট্রোল ওব পোলুসন এক্ট, ১৯৮১ হায়বা আইনসিগী মখাদা লিংবা পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দনা হৌবা যাবগী চাংদ্দু লৈপ্লে।

কলকত্তা হায়কোর্টকী মমাঙদা বস্মুলাগা মরী লৈনবা কেশ অমা থোকখি। কেশ অদু বড়বাজার ফয়ার বার্কস দিলর্স এসোসিয়েসন ভার্সস কমিশনার ওব পুলিস কলকত্তা কৌই, এ আই আর ১৯৯৮ কলকত্তা ১২১ হায়না মিংথোন্দুনা ফোঙখ্রে। কলকত্তাগী পুলিস কমিশনারনা থোকপা চেরোল অমনা বস্মুলা শাবা, যোনবা অমদি লীদুনা থম্বা পূম্বা অথিং বা অমা থম্মী। থম্বগী পান্দমসি বস্মুলা মখোল হায়বসিসু নিনবদা খুৎ থাজীনবা অমনি। লমদম খুদীংদা ইন্দষ্ট্রিয়েল এরিয়া, কমর্সিয়েল এরিযা, রেদিদেন্সিয়েল এবিযা অমদি সাইলেন্ট জোন হায়না অদুম খায়দোক্লে। ঐখোয়গী লমদমদসু সাইলেন্ট জোন লাওথোকখ্রে সেক্রেতরীয়েত মমাঙ, রাজভবন, কোর্ট অমদি হোস্পিতালগী অকোয়বা ম ফমশিংনি। অদুম হায়না মীগী লমদম কলকত্তাদা মখোল থোকহনবদা হৌবগী চাং লেপ্পুনা লাওথোক্লনা লৈখ্রবনি।

ভারতকী মনুংদদি বস্মুলা সাবা কাঙবুগীসু শিন ফমদ পাগবগী নীং তম্বা ফন্দামেন্তল রাইত অমসু লৈ, অমরোমদা প্রাজাশিংসু ইংনা-চীক্লা হিংজনবা রাইত ভু লাইয লৈরি। পুন্নমক্তু যেংলগা কোর্টনা লাওথোবকই, বেষ্ট বেঙ্গোল পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দনা পঙদনা বস্মুলা থাবদা মখোল হৌবদ থিংনবগী চাং অমা লেপ্পহনবা, অমসুং অদুদা লেপ্পা মখোল হৌবগী চাংদুদগী অহেনবা বস্মুলা পূম্বা থিংবদা মীয়াম্না ইন্দুনা চংবেঙবনি।

ঐখোয়গী লমদসু পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দ মাগীসুম্না থবক তৌরম্লাগদ্রি। পুলিস এক্টকী মখাদা পামভবা পুলিস ওফিসর কনানা,অতোপ্পা অমনা দিষ্ট্রিক্ত মেজিস্ত্রেতনা হন্দ্রেদ ফোর্তিফোর চপ্তাইরগা থিংবদুনদিআইনগী মতু, ইম্না তৌফম থোক্লা তৌবা থবক ওইদে। লমদমসিদি বস্মুলা মরক্তা অশেংবা মরু চৎপী খরসু অদুম মথাওশিল্লকই। ঐখোয় কলকত্তাগী লমদমদা মীগী শিংবা অমদি খম্বগী থাক উবা যংলে ঐখোয়দি পঙশিন্দুনা লৈদৌবিব্রা?

দীবালী লাক্লে, মৈ য়েংবা কাঙবুদা বস্মুলা লংশিনবদগী অঙাংমচা মানবা থৌদৌ চন্দকসু তৌদৌরিব্রা? ঈংনা চীক্লা পানবা লমদম অমদদি অহৌবা মখোলদি কনাসু পাম্লদ্রে ঙসিদি, লমদমসিদসু অদু মঙায়।

রায়েশঙ, আইন, পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দ কা হায়বা রা ফমসু মরু ওই, অদুবু বস্মুলা শীজিন্নবগী নিয়ম খবা, মসিনা পুবকপা অমাঙবা, লৌফম থোকপা চেকশিন থৌরাঙলোমদা

খরগা হেন্না জ্ঞান তানবা হোৎনবদি চুম্মী। চেকশিল্পগা চেক য়ুম শাই ফাদোক্লগা ফারা শাই হাযবদুনি। বম্বুলা হরাও-তযাম্বা ফোঙদোকপদা শীজিন্নবা পোৎশর্কাস মীগী মাঙনবস্ ওইবা যাই।

# চরাঙনবা মরক্তা অচীকপা থিরিবা মীওইশিংগী দায়ত্ব

**মীওইবনা** হরাও-তয়াম্বা ফোঙদোকপসিদা অহৌবা মখোল থোকহল্লি। খুদম ওইনা দুর্গা পূজা, দীৱালী, শান্ন-খাৎনবা লৈবাক্কী মিংচৎ পুরকপা অসিনচিংবা মতাঙ কয়াদা বম্বুলা থাবগী চৎনবী ঙসিস্যু চথদুনা লাকই। অচৌ-অশাং লৈবাক্কী নিংথৌগুম্না শিবদুস নোংমৈ কাপ্পী অসুম্না অহৌবা বম্বুলাগী মখোলনা অৱাবা অমদিনুংঙাইবা ফোঙদোক্লবগী চৎনবী উদুনা লৈরবা পোৎশক্নি।

মখোল হাবসি নুংশিববা খোযথুম্নবা খোঞ্জেল নৎত্রবদি মীনা ইতা তানীংদ্রবনি। মৈতৈ ৱাহৈদা ৱা ঙাঙবা ফাওবদা ঙাঙথোকপদা মোধুর চেল্লি হায়না হাযনবা, অমনা ৱা ঙাঙবদা শৌ শৌ লাউবীনি হায়না খঙনবী নুপীগী ৱারীসু ময়াম্না অদুম মখঙনৈ। প্রকৃতি, মতৌশাগী ওইবা খোঙ্হোক কয়াদসু মীনা তাবদা ৱাবা থূক থূক লাওবা পোকহনবা ঙমবা যাওই থূদম ওইনা নোংখোংবা, থাকপা পুম্নমক মীনু পাখংহনবা ঙম্মী। অহৌবা মখোলনা ইপাই হৌবা অমাদি লমদ্দা নুংশিং কাঙহনবা মাসদা নত্তনা অঙাং মীবোনবী নুপী ফাওবা লাইযে চৎপা যাবনি হাবসি বৈজ্ঞানীকশিংগী মোৎনি। মী চিনবা সহরদা কল-কারখানাদগী থোরকপামখোল, মৈখু থোকপী ইঞ্জিন পানবা গাড়ীদগী থোবকপা মখোল, মাইক নৎত্রগা লাউড স্পিকর কযাদগী থোককপা মখোল মীয়মগী মীনিল মখোল ময়ামসি পূনশিল্লগা মশানা চরাঙনবা অমা অকোযবসিদা থোকহন্দুনা লৈরকই। পুঙদেনু চু শুম্বগী তোনু, ফৌ তকফম মিলনাচিংনদগী থোরকপা মখোল পঙনিল নিন্দবা নত্তে।

মীওইবনা থোকহল্লিবা চরাঙনবা মরকসিদা মীওইবনা অটীকপা কন্না পাম্লরকই। হায়নবা হৌরকই "নোইজ পোলুসন' থিংবা তাই। খাইদগী লুবিবদি চরাঙনবা থিংনবগী ৱাখল্লোমদা আইন্দি কয়া কন্না মীৎশিংনাশিন্না লৈবা ডাদ্রি। অহৌবা মখোল নমথনবা আইন মরাঙ কায়না লৈত্রি। অদুতবু, ইরৈমক লৈতবদি নত্তে। ইন্দিয়ান পেনাল কোদতা পব্লিক নুইসেন্স তৌহনবা মীওই অমা দন্দি তৌগনি হায়না লাউথোক্লুনা লাকই। অহৌবা মখোল থোকহনবা মযামগী পুন্সিদা ওৎ-নৈবা খোক্লবদি অদুম দন্দি তৌবদি যাই। ভারতকী লৈঙাক পথাপ্তা নাগবিক অমনা পায়নীংবা শিনফম, শেঙ্হোক লম্বী অমাদি কাববাব অমা পায়জবা য়াহল্লবস্ কনাগুম্বা অমনা পায়বা শিনফম অমদগী থোকহনবা মখোল অমনা মীগী পুন্সিদা চয়েৎনবদি য়াফম থোক্তে। মীওইবগী পুন্সিবু আইন অমগী মতুং ইন্না খুৎ থিংজিনবা নত্তনা য়ারোই হায়দুনা বাইত তু লাইফ ঐখোবগী অধিকারনি। মবম অদুনা

অহৌবা মখোলনা নিন্দুনা পোখাবা ফংহন্দবা হায়বসিমক রাইত তু লাইফতা শীংনবনি।

লো ওব তোর্ত হায়বসিদা নোইজ পোলুসন হায়বসি নুইসেন্স অমনি অমসুং কেশ তৌবা যাবা মতাঙ ওইদুনা লাকই। রেপিয়ার ভাসর্সসস লন্দন ত্রামরেজ (১৮৯২) ২ চান্সরী ৫৮৯ হায়বা কেশ অসিদা নিপা অমনা গাড়ী চেন্ননবা শগোল ময়াম অমা লোইরম্মী। শগোলশিংদুনা হৌনা হৌনা খোংবা অমদি নমথীবা মনম যান্না থোকহনবদু থিংনবা য়ূম্লোন্ননা লৈরিবা অমনা কেশ তৌরকপা অমদা ৱায়েনশঙনা য়ূম্লক্তা শগোল ময়াম লোইবা থিংনবা হুকুম তাখি।

হলভি ভার্সস ইসো পেত্রোলিয়ম কম্পেনী (১৯৬১) ১ বুইকলি লো রিপোর্ত ৪৮৩ হায়বা কেশ অসিদনা নিপা অমনা সিলবর ফোক্স মচা লৌনবগী থৌরম অমা ময়ূমদা লিংখৎলি। হায়বিবা থবকসি চবাঙনবা য়াদে সিলবর ফোক্স মচা লাইয়ৈ চৎখিবা য়াবা করিগুম্বদা মচা ফাওবা চাথোকখিবা যাই। য়ূম্লোন্নবা অমনা থৌওইনা মাগী ময়ূমদা নোংমৈ কাপ্তুনা মখোল থোকহন্দুনা সিলবব ফোক্স মচা লৌবা য়াদনবা তৌরম্মী। কোর্টনা মরম চাদনা অহৌবা মখোল থোকহনবা থিংনবা হুকুম তাখি।

ক্রিষ্টি ভার্সস দাভে (১৮৯৩) ১ চান্সরী এ ১৬ হায়বা কেশ অসিদা নিপা অমনা মাগী ময়ূমদা ঈশৈ তম্মম অমা লিংখৎলি। ঈশৈ তম্বা লাকপা মীওইশিংনা তেবলদা ফক্লাংদা কোল-লীক্তা থীন্দুনা য়ূম্লোন্ননা লৈবা কাঙবু তূম্বা হীপ্পা য়ারমদে। কোর্টনা অথিংবা হুকুম অমা পীরদুনা ঈশৈ তম্মম অদু থিংজিন্নবা য়াথং পীখি।

ভারত্তসু কেশ খরদি ফোঙদুনা য়াওরকই। চিরঞ্জি লাল ভাসচ্চুস লাডলি প্রসাদ এ আই আর ১৯৬০ এলাহাবাদ ৬৩২ হায়বা কেশ অসি মুসৌরিগী বাজারমক্তা য়াম তক্না মিল অমা লিংখৎলক্তুনা মদুগী নীকপগী মনিলনা য়ূম্লোন্নবা অমা পোথাফম খঙদনা লৈবা তারক্রবদা কেশ অদু তৌনরকপনি। কোর্টনা অথিংবা হুকুম অমা পীখি।

মসুদ আলম ভার্সস কমিশনার ওব পুলিস (১৯২০) ২৪ কলকত্তা বুইকলি নোত ২৯৩ হায়বা কেশ অসিদনা অহৌবা মাইক্কী মখোলনা অচীক-অশা অমত্তা নাইহন্দবসি ধর্ম্মসাস্ত্রগী মবী লৈনবা থবক্কীনি হায়দুনা অথিংবা থম্বা য়াদবরা? লাউবসি মীয়ামগী য়েংদুনা অথিংবা থম্মুবনি। কলকত্তা হায় কোর্টনা হুকুম অদু শৌগৎতুনা হায়খি ভারত্তা চৎনীং বা লাইনীং লম্বী অমা চৎপা য়াববসু মীয়ামগী য়েংদুনা লাইনীং লম্বীদুদা অথিংবা খরা থম্বা যাই। অদুনা অহৌবা মাইক্কী মখোলনা মীয়ামদা অচীক-অশা খাযহন্দবদু ধর্ম্মগী য়েংদুনা মীয়াম্না ৱাই চিন্দুনা লৈহনবা চুমদে।

গাড়ী কয়াদা নাকোং রৈশিনবা মখোল থোকহনবা হোবোন (গ্যাস হোর্ন) খোংবা ঐখোযনা তানি। মদু শীজিন্নবা থিংনবা উরিষ্যা হায় কোর্টতা কেশ লাকখ্রে। নারায়ণ বিহাবিদাস ভার্সস ষ্টেট মনুংদা অহৌবা হোবোন খোংবা থিংবগী হুকুম থোক্তুনা লাউথোকখ্রে।

অসুম্না মীবমদা অমদি ইরমদমদা ৱায়েনশঙনা অহৌবা মখোলনা মীতোপ্তা ওৎ-

নৈববু থিংনবা হুকুম খরা থোকখিবা থেংনৈ। অদুবু, লমদমসিদদি আইনসু ব্রায়েনশঙস্ অহৌবা মখোলবু থিংনবা চৎনপথাপ অমত্তা লাউথোকপিদে। মতাঙসিদা খস্তবা যাবদি ভারত সরকারনা লাউথোকপা হৌবা য়াবগী চাং অদু মফমসিদসু লেপ্তুনা চৎনহনবা চুম্মী। পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দ অমা মফমসিদসু শেমখ্রে। বোর্দনা হৌবগী চাং কদায় ফাওবা য়াবগে হায়বা চাং অমা ঙসিসু লেপ্তুনা লাউথোকপা তাদে। মীযামসু পঙখন খস্থদমালে।

মতমগী মতুং ইন্না আইনসু শেল্লক্কনি হৌহনবা য়াবগী চাংসু লেপ্লকখিনি। মদু ফাওবগী ওইনা অহৌবা মখোল হায়বসি দিহে মাঙনবা মচাক্লি হায়বসি য়ূম য়ূমদা অঙাংশিংনা তমজরক্লবা অহলশিংনা হোৎনবিবা চুম্মী।

# অহৌবা মখোল থোকহনবনা মীয়াম্বু ৱাই চিলহনবদা আইনগী পান্থে

**মীওইবগী** থৌদৌমক্না মীয়ামগী ঈংনা-চীক্না লৈবা পুন্সিদা ৱাই চিলহনবা খঙন-উনদুনা লৈববা ৱাফম অমনি। ৱাই চিলহনবা ময়ামদুগী মনুংদা অহৌবা মখোল থোকহন্দুনা ৱাই চিলহনবনা খ্বাইদগী খাঙবা ৱাই। বিজ্ঞানগী পান্থে কয়ানা অনৌবা খুৎশু-খুৎলায় পুথোরকপসিমকসু মরম অমনি। খুদম ওইনা রেলগাড়ী, এরোপ্লেন, হৱা-গাড়ী মখোল য়াম্না হৌই। ইঞ্জিন পানবা গাড়ী কয়ানা মশীং য়ামখৎঙৈদগী লেপ্তবা মখোল অমগুমনসু থোকহল্লবনি। অমরোমদা উ খায়ফম, চেঙ তকফমনচিংবা কায়াদগীসু মখোল য়াম্না থোকই। মৈ লাক্তবা মতমদা মৈ থোক্লবা ইঞ্জিন মচা কয়া থাগৎনরকপদা লৈকায় অমা ইলিন নিল্লি। অসুম্না মতমগী লোন্দদা 'নোইজ পোল্যুসন' হায়দুনা মখোলনা ৱাই চিলহনবগী অৱাবা নোংম-নোংমগী হাপকৎলকই। ময়ামসিগী মওংসি ইনৎ নত্তবদা মখোলনা হিংবদা ৱাই চিলহনবদি রেডিও, ভিডিও, টি. ভি. অমদি লাউদ স্পিকর লনাই-লনাইগী খোংগৎনরকপা লনাইগী দরকার ওইবা হৌহনবগী চাংদুদগী য়াম্না হেন্না থাদুনা হৌহল্লি। থংনবা মীওই কয়াগী তূম্বা-চাবদা ৱাই চিলহল্লি। য়াওশঙ মতমগী থাবল চোংবা, দূর্গা পূজা মতমগী দূর্গা নত্রগা পাঙ্থোইবী ঈরাৎনফম, শুমাঙ লীলা তৌফম, উমং লাই হারওফম্নচিংবা মফমসিং দগীদি অথেঙবা অহীং মীনা তূম্না-হীপ্নবা মতমদা অহৌবা মখোল থাদোরকই। অসুম্না অহৌবা মখোল হাইবসি মীযাম্না য়াম্না পান্নদ্রবা মতৌ অমনি। অসুম্না মশামক্তি চঙলক্তনবা অরাপ্পদা মীওই অমনা তৌবা থৌদৌ অমনা মীয়াম অমগী ৱাই চিন্নবা তৌরব পসি 'পব্লিক নুইসেন্স' হায়দুনা আইনগী লোন্দা কৌনৈ। ইন্দিয়ান পেনাল কোটকী সেক্সন ২৬৮ দা পব্লিক নুইসেন্স শন্দোক্না তাকই। কনাগুম্বনা পব্লিক নুইসেন্সকী মবাল লৈগদবদি, মহাক্না আইন্না পীবা মথৌ অমা কাযনা চৎপনা ময়ামগী খুদোংথীবা, অশোক-অপন ওইবা নত্রগা মীয়মাগী ৱাই চিন্ননবা তৌরুববা নত্রগা মফম অমদা লৈনিবা অখন্নবা মীওইসিংগী নত্রগা ম ফমদুদা থবক শুরিবা মীওইশিংগী শোয়দনা অশোক-অপন নত্রগা ৱাই চিলহনবা থোক্লবা মতমদুদনি। মীযামগী ওইবা ৱাই চিলহনবা অমবু মদুনা কান্নবদি খরা পুরকই হাযদুনা ঙাকপিনীংঙাই ওইদে।

মসিদা ৱাই চিলহনবা হায়বিবসি অখন্নবা মীওই অমগী ৱাইচিলহনববু নত্তে মদু মীয়ামগী ওইগদবনি। অদুনা মী অমনা হেক লৈবা তারকপদা মখোল খরা, মনম খরা থোকহনবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি মদু মানা সমাজ অমদা হিংবদা চঙবা পোৎচঙ অমনি। অদুনা কনাগুম্বনা

লমজাও মপান্দা য়ুম-ইখ্নোল অমা লৈদুনা লৈবা হৌরগা লমজাওদা চৎলিবা গাড়ীগী মখোন্না ৱাই চিলহনবদুগীদমক্তা আইনগী পাম্বৈনা থিংবা ওইথোক্তবনি। অদুম হায়না ইচম চম্না য়ুম্লোন-কৈরোন্নবনা রেডিও টি. ভি নচিংবা থাদুনা মাগী নুংঙাইনবা খোংজবদুসু পং কায় কায়বা নত্তে। অদুবু, থোকহল্লিবা মখোন্দুনা মরম চাদবমখৈ হৌনা খোংবা তারক্লবদি ৱাফম অমা লাকই মদুদি, খল অমদা ওন্দুনা চপ চান্ননা থমগদবা ৱাফমদুদি মপু অমনা ময়ুম্নি হায়দুনা মানা তৌনীংবতা তৌবা য়াবদুগা মানা তৌরিবদুনা য়ুম্লোন্নবগী মীওইশিং দা ৱাই চিলহন্দনবা মথৌদুগনি। মদুগী খলদু চপ চানা থম্নরবদি অহৌবা মখোল থোকহনবনা পংকায় কায়ফম থোক্তে। মীনা কৃংনা তারকপা হায়বসিমক ইনিল নিনবা হেগৎলক্লবা মরম অমনি। ১৯০৮ দা ইংলণ্ডদা থোকপা কেশ হেল্‌ঠ ভার্সস মেয়োর ওব ব্রাইটোন হায়বা কেশ অদুদা পা ৱার ষ্টেশন অমদগী থোক্লকপা ঙংদুনা লৈবা মখোল অমনা ব্রাইটোন চর্চকী মীওইশিংদা ৱাই চিলহল্লি হায়দুনা থিংনবা ৱাকৎলকপদু কোর্টনা থিংবিয়ু য়াখিদে। কোর্টনা হায়রকপদি ঙংবা মখোন্দুনা কৈরোয়-লৈকায়গী অতৈদদি ৱাই চিলহনদ্রগা চর্চকী মীওইশিংদু খক্তাদা ৱাই চিল্লি হায়বনি অদুনা অহৌবা মখোল তাবা হৈনদবা অখন্নবা মীওই খক্কী য়েংদুনা কনাগুম্বা আইন্না য়াবা মথৌ তৌজবা কাঙবু অয়েৎপা পীবা য়া ফম থোক্তে হায়বনি। অদুবু ১৮৭৩ দা ইংলণ্ডদা থোকপা কেশ বোল ভার্সস রে হায়বা অমদা য়ুম্নক্তা লৈবা ইখ্নোল অমদা শগোল ময়াম অমা লোইশিনবনা মরম ওইদুনা অহীং-নুংথিল খাক্তনা শগোল ময়াম্না খোংবদা য়ুম্লোন্নবগী তৃম্বাদা ৱাই চিলহল্লি হায়দুনা থাঙ্গৎলকপা ৱাকৎ অদুদা অয়াবা পীখি। অদুম হায়না ৱাকর ভার্সস ব্রুস্টর হায়বা ১৮৬৭ তা থোকপা ইংলণ্ডগী কেশ অমদা য়ুম্নক্তা হোটেল ওইশিল্লগা মী জাৎ শুনা তিলহল্লগা, অহীং জগোয় শারদুনা অহৌবা ঈশৈ থারদুনা, বম্বলা মখোল থোকহন্দুনা হৱাউ-তযাম্বগী থবক চথবদু য়ুম্লোন্নবগী ৱাই চিলহল্লি হায়দুনা অথিংবা পীখি। অদুবু ১৯২৯ দা কলিকতা হায় কোর্টকী মমাঙদা লাকখিবা কেশ কোটি হিং ভার্সস আই এন সাইলাস হায়বা কেশ অমদা ড্রামা হোল অমদা নুমিৎ য়ুং বা মতুংদগী পুং ৪ ফাওবা অমদি পুং ৮ দগী নোংয়ায় ফাওবা থৌরম চথবগী মখোন্দুনা হিংবদা ৱাই চিলহল্লি হায়না কেশ থারকপদা কোর্টনা অখন্নবা মীওই খরগী ৱাইচিনবা খত্তনা য়ারোই মীয়ামগী ৱাই চিলহনবা ওইগদবনি হায়দুনা অথিংবা থমখিদে।

অখনন্না মাইক্লা প্রজাদা ৱাই চিলহনবা হাযবা ৱা ফমসিদা অয়া-য়াদা লেপ্পবা আইন অমা ১৯৫৫ দা বিহারদা চৎননবা শেমখি। অইন অদু দি বিহার কন্ট্রোল ওব দি ইযুজ এণ্ড প্লে ওব লাউদস্পিকর এক্ট, ১৯৫৫ হায়না মিং থোল্লি। বিহারদা চৎননবা শেম্না আইন অদু তাং ১৪-৩-১৯৫৬ তগী মতমদুগী য়ুনিয়ন টেরিটোবি ওইরম্বা মণিপুরদা চৎনহনখি। আইনদু লাউদ স্পিকর অমা খোংবা অমদি শীজিন্নবা লাকশিন্নবা শেম্বনি। লাউদ স্পিকব হায়বদি যন্ত্র, চীন্দগী থোকপা নত্রগা রেকোর্ড তৌরবা অপীকপা মখোলবু হৌহন্নবা খুৎলায় নত্রগা যন্ত্র অমবু খঙনগনি।

আইনসিগী মতুং ইন্না কনাগুম্বা অমনা লাউদ স্পিকর অমা শীজিন্নবা অমদি খোংবা থিংবসি

ক) হোস্পিতাল অমা নত্রগা টেলিফোন এক্সচেঞ্জ অমগী মনাক নক্লা শীজিন্নবা ;

খ) সরকারনা শকখঙবা মহৈ তম্মম শঙ, স্কুল, কলেজ, য়ুনিবর্সিটি অমদি ছাত্র লৈনবা হোষ্টেল মনাক নক্লা শীজিন্নবা,

গ) কোর্ট অমগী মনাক নক্লা শীজিন্নবা অমসুং

ঘ) নুমিদাংগী পূং ১০ দগী অয়ুক্কী পূং ৫ ফাওবগী মনংদা পার্মিসন য়াওদনা শীজিন্নবা।

অদুবু মথক্কী ক, খ, ঘ দা য়াওরিবা ব্রা ফম ম্যুনিসিপা লএরিয়া নত্তবা মফমদদি গেজেটতা ফোঙদুনা চৎনগনি হায়দ্রিমখৈ চৎনরোই।

করিগুম্বা মহৈ-মশিং তম্বগা মরী লৈননা, হরাউ-কুম্মৈগা মরী লৈননা, লৈবাক্কী য়াইফনবা মতাংদা নত্রগা লো এণ্ড ওর্ডরগা মরী লৈনবা মতাংদদি পার্মিসন অমা হান্না লৌরগা লাউদ স্পিকর অমা অদুম শীজিন্নবা য়াই। কনাগুম্বনা লাউদ স্পিকর অমা শীজিন্ননীং বা মতাংদা ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেট লমদু কোল্লিবদুদা দরখাস্ত অমা থারগা কোর্ট ফী ষ্টাম্প (লুপা) অমা নপ্তুনা থাগনি। পার্মিসন অদু লৌবগী ফী অমত্তা চঙদবা মতাংদি মীগী য়াইফনবা থৌরম অমদি লো এণ্ড ওর্ডবগী মতাংদা শীজিন্নবদনি। এসিসটেন্ট সব-ইস্পপেক্টরদগী তাদবা পুলিস অমনা পার্মিসন যাওদনা লাউদ স্পিকর শীজিন্নরমবা অমা ফাগৎতুনা পুখিবা ঙমই। পার্মিসন য়াওদনা লাউদ স্পিকর শীজিন্নরমবা অমা নুপা ১০০ ফাওবা ফাইন তৌবায়াই অমদি কোর্টনা ফাগৎখিবা লাউদ স্পিকর অদু সরকারনা লৌহনখ্রনি।

আইনসি মতমগা চুনদ্রবনি অদুমকপু মসিমক চৎনরবদি অহৌবা মখোল থোকহনবা য়েংশিন্নবা আইন অমা ফাওবদি চৎনরগদবনি। অদুবু মদুসু চৎনদ্রে। ঙসি অহৌবা লাউদ স্পিকর কযানা মবম চাদনা হৌনা-হৌনা খোংদুনা লাইমন লৈবা অহলকাদি চৎখিবা যাবা য়ৌনা শীজিন্নরি। লৈবাক মচা তাবাকয়ার্নদি হায়রি 'নাশা মীগীসু খরা থল্লু'। চুমথোক্লবা তাববদি ইশা ইশাগী হৌগদবনি। অহৌবা মখোল কনাসু তানীংদে হায়বসি কাউনরোইদবনি।

# লোম্লোক্তবী উমংগী ৱাকৎনা ৱায়েনশঙ মকোক য়ৌরক্লবদা

**নীংতম্বা** ভারত ওইদ্রিঙৈদগী হৌনা ইণ্ডিয়ান ফোরেষ্ট এক্ট ১৯২৭ চৎনদুনা লাক্লি.

অদুমক্তুদা উমং কোকথোকপা

অনৌবা উপালথাবগী চৎনবী নৌতবা নোংম-নোংমগী ময়েক শেংলকই।

উ হায়বসিদি মহা বৈষ্ণবনি, মীনা মশা ককথৎলি শীং ওইনবা, লম্মৈ থাদুনা হিংনা হিংনা মৈদা লৌবী অদুমক্তুদা মাদি অখাঙ কল্লি মাগী য়েক্লবদা ওইরবা মীওইবগী সেবাদি লৎপা লৈতে। উমং হায়রগা উগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা লেঙলি পাল্লিবা পৃস্ববুসু নীংশিং ফম থোকই। মরমদি উমং কোকথোকপদা উশাদা কায়দোংফম ওইরমবা উচেক-ৱায়া কয়া, মোংশাং উরক্তা য়ুমদাংফম ওইরমবা শা-ঙা কয়াদি কঙাওনদুনা লৈফম চা ফম খঙহন্দে।

লমদম অমা মশক তাকপদা উমংনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকই। নোংশা লৈবা গীর ফোরেষ্ট হায়বগা গুজরাট নীংশিংহল্লি, শমুগঙ্গা হায়রগা আসামগী জঙ্গল, শামু অঙৌবা হায়রগা থায়লেণ্ডগী সিয়াম, শঙাই নৈবা লমদম হায়রগা মণিপুরগী সুম্ম অতাওবী কৈবুল লমজাউবু নীংশিংহল্লি।

য়ুম-কৈশাদনা সভ্যতাগী জগৎ অমদা খোঙদাদ্রিঙৈদা মীওইবসু উমং-ৱামংদা, লৈকুং-লৈরায়দা লৈরমই হাযবা ৱারী কয়া ঐখোয়না তাদুনা লাকই। য়ুম-কৈ শাবা হৈরক্লবা মতমদসু উমংগী উ-ৱা য়ান্দুনা কোকথোক্লগা য়ুমশাদুনা উগী মতেংনযুম পানবা হৌরকই। মৈ শীজিন্নবা হৈরক্লবা মতমদসু অতৈ মহুৎ লৈরমদবনা উনা শীং ওইনা শীজিন্নরকই। লৌ উবা হৈরকপা মতুংদগী উমং লম্মৈ থাদোক্তুনা য়ুম হায়দুনা চাংমায়দা লৌ উবা লৌরকই। অচার্য্য জগদিশচন্দ্র বসুগী মমিং নীংশিংলকই। মহাক্না বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পুখোক্তুনা মী ওইবা পৃম্বা খঙহল্লমই, উপাল-ৱাপালসু থৱায় পাল্লি মখোয়সু অৱা-অনা ফাওই মীওইবনা ফাওবগুম্না। অদু ওইরবদি মীওইবগী মীওৎ-মীনৈদা তৃমিন্না খাঙলিবা উমংসি মীওইবা ঐখোয়না মদুগী দোষ পুবা তাবনি। লোম্লোক্তবী মাগী ৱাকৎ নোংমতসু তাবিরন্দে। অদু বু তৃমিন্না লৈবিবসি মাগী ৱাকৎনি। লৈবাক্না কাংখোং চাইনরকপা মতম মীওইবগী পুন্সি হেক্তা পীখম্লবা য়াবা থৌদৌনা খূরক হাঙদনা চথরকপা মতমসিদা কনানবু মরোল থোক্তবা উমংগী অৱাববু খঙবিবগে হ চহী খুদীংগী জুন থাদা লাইফ ইনভাইরোনমেন্ট ডে, জুলাই থাদা বণ মহোৎসব, ওক্টোবর থাদা ধনপ্রানী সপ্তাহ নত্রগা বাইল্ড লাইফ বুইক চথদুনতা লাকই।

লম্লক্কী শা-উচেকসু নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লকই। ইম্ফাল শহরগী মনাক নক্না লৈরিবা

মহাপলী উমংদা লৈবিবা য়োং ময়াম অমা, মতম অমদা উমংদুদা য়াম্বদুনা লৈরম্বা শেকপী কয়া অমা, যৃম্লক্তা লৈবা উ-ব্রা কয়াদা তোংলবা উচিনাও, ক্বাক, খোইনীং, চোঙা, শেন্দ্রাং অমদি শেম্বাং, মনীং ময়াদা অতূঙবা ঈসিংদা লৈগদবা উরেং কোম্হৌ, লৈচিন থাবা অযূক্তা সঙ্গু পাইবমবা তেনব্রা ময়াম অমা, নুমিদাং ব্রাইরমদা পাইরমবা উরোক পরেং অয়াম্বা মরাই চায়থরক্লে মীওইবগী শাফুদা।

লম্লক্কী শা উচেক হাৎপা কাপ্পা থিংনবা শোক ১৯৩১ দা মণিপুব ষ্টেট দরবারনা শেম্বা গেম রুলস চৎনরমই। দি ৱাইল্ড লাইফ (প্রোটেক্সন) এক্ট ১৯৭২ হায়নবা আইনসি মণিপুব শীনবা থুংনা মেগী তাং ১৫, ১৯৭৩ দগী চৎনরকই। আইন অদুগী মখাদা শেম্বা ডি ৱাইল্ড লাইফ (প্রোটেক্সন) মণিপুর রুলস ১৯৭৪ চৎনবসু হৌরকই। অদুমক্তদা মীয়ামগী পুর্কীংদা উমং অমদি মাগী মপাং ময়াম অমা য়োকখৎপগী থৌদাং ইরৌ লৌনদে। কাববারৱালা কয়ানা উমংদগী থোকপা মমল য়াম্লবা উ চীংশু, উনিংথৌ, লৈহাউনচিংবা কয়া য়াম্বৎহন্দুনা শেম্বোক লম্বী ওইনথোকই। অসুক পাক চাওখ্রবা উমংশিংসি করম্বা মওং দা শীজিন্নগদগে হায়বা ভাবত পূম্বগী ওইবা চৎনালোনচৎ অমত্তা শেমদনা লৈ।

অহানবা থৌদাং ওইনা ভারতকী পার্লিয়ামেন্টনা ডি ফোরেষ্ট (কঞ্জার্বেসন ) এক্ট ১৯৮০ শেমদুন চহীদুগী ওক্টোবর তাং ২৫ দগী চৎনহল্লকই। আইন অদুগী পান্দমদি উমং য়োকখৎপা অমদি মদুগা মরী লৈনবা ৱাফম য়েংশিন্নবনি। আইন্দুগী মতুং ইন্না ফোরেষ্ট ওইরম্বা মফম অমা ফোবেষ্ট ওইদ্রে হায়না লাউথোকপা অমদি ফোরেষ্টকী মনুং চনবা লম অমা ফোরেষ্ট নত্তবা মবমগীদমক্তা শীজিন্নবা থিংই। ফোরেষ্ট নত্তবা মরম হায়বদি উমং কোকথোকপা অমদি উ থাবা নত্তবা অতৈ মরম পূম্নমকি। পূম্নকসি করিগুম্বা তৌরবা তাবব্সু সেন্ত্রেল গোভর্ণমেন্টকী অয়াবা য়াওরগা তৌবা নত্তনা য়াদে। আইনসিগী মতুং ইন্না সেন্ত্রেল গোভর্ণমেন্টনা এডভাইজবি কমিটি অমা শেমগদবনি। এডভাইজবি কমিটিদুনা করম্বা মতাংদা উমং কোকথোকপা অমদি উমংগী মনুং চনবা লম অমা উমংগী মরম নত্তবদা করম্না শীজিন্নগদগে হায়বা পাউতাক পীগদবনি।

টি এন গোদাভর্মন ভাসস ইউনিয়ন ওব ইণ্ডিয়া এ আই আর ১৯৯৭ সুপ্রিম কোর্ট ১২২৮ দা ভারতকী ৱায়েনশঙ মকোক্লা ফোবেষ্ট কঞ্জার্বেসন এক্টকী পান্দমবু অসুম্না তাকই, "আইন অসি মহৌশাগী শক্তমদা লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমক্লা অমগী মপাল অমনা তাংবা হায়বা চৎনবীদুগী খলদু চানা থম্লবা শেম্লকপনি। অদুনা সবকারনবু মপুং ওইবে লনাই গীবু ওইরে উমং পূম্বদা চৎনগদবা আইন্নি।"

মথক্তা পল্লিবা গোদাভর্মনগী কেশশি লোইদ্রি। অদুবু কেশ অসি লোইদ্রবসু লোইদ্রিঙৈদা চৎননবা হুকুম খরা তারকই। হুকমদু অৱাং নোংপোকলোমগী মতাংস্তু য়াওরকই। চৎনগদবা হুকুমশিংদু শম্লপ্পা ঃ

১। সেন্ত্রেল গোভর্ণমেন্টকী অয়াবা য়াওদনা ভারতকী মনুংদা উ খায়ফম নত্রগা প্লাইবুদ

কারখনা অমত্তা তৌবা য়ারোই। মরম অদুনা লাইসেন্স পায়রমদনা চথবম্বা উ খায়ফম পূম্বা ষ্টেট গোভর্ণমেন্টনা থিগৎতুনা খুদক্তা থবক লেপহনবা।

২। অরুনাচল প্রদেশকী টিরাপ অমদি চেংলাং লমদমদা উ য়ানবা পূম্বা মপূং ফানা থিংলবনি। অদুনা আসামগী ঙমখৈদগী কিলোমিটব ১০০ গী মনুংদা কনাগুম্বনা চলাইরম্বা উ খায়ফম নত্রগা প্লাইবুউ কারখনা পূম্বা খুদক্তা থিংগদবনি। ষ্টেট গোভর্মমেন্টনা থিগৎপা হৌগদবনি অমদি ফংবগা থিংগদবনি।

৩। ষ্টেট অমগী ব্লার্কিং প্লান অমগী মখাদা পায়খৎপা নত্তনা উ য়ানবা পূম্নমক লেপখিগদবনি।

৪। অরাং-নোংপোক্কী লমদমদা বেল লম্বী, লৈকং লম্বী অমদি ঈশিং লম্বীদা ষ্টেট অমদগী ষ্টেট অমদা ককথৎলবা উ পুথোক পুশিন তৌবা যারোই। অদুবু দিফেন্স অমদি অতৈ সরকারগী থবক্কীদমক্তা শীজিন্ননবা মশক খঙলবা মশীং কল্পবা উ পুবদি অথিংবা লৈরোই।

৫। ষ্টেট গোভর্ণমেন্টনা লমদমদুদা লৈবা উ খায়ফম অমদি প্লাইবুড কারখনা মশীং কয়া লৈবগে অমদি মদুগী মপুশিংদু কনানো থিদোক্কদবনি।

৭। ষ্টেট গোভর্ণমেন্টনা প্রিন্সিপাল চিফ কাঞ্জার্বেটর ওব ফোরেষ্ট অমদি অতোপ্পা মশক্লাইবা ফম্নাইবা অমগা য়াওহল্লগা কমিটি অমা শারগা হুকুমসি চৎনহন্নবা থবক পায়খৎকদবনি।

হুকুমসি অরাং নোপোক লমমদদা চৎনহন্নবা হায় পল্লার কমিটি অমা শেমহনখ্রে। কমিটিদু টি ভি রাজেশ্বরনা চেয়রমেন, আই জি ফোরেষ্ট ওইরম্বদগী থবক্তগী পোখারবা আর এ কোল অমদি মিনিষ্ট্রি ওব ইনবাইরোনমেন্ট এণ্ড ফোরেষ্ট কি ফম্নাইবা অমগনা মেম্বর অনী শাগনি। কমিটিদুনা ককথৎলগা পুদদুনা লৈবিবা, পুনবা শেম শরবা উ অমদি উ খায়ফমসিংদুদা লৈরিবা উ পূম্বা কদায়দগীনো কবম হায়না পুরকপনো হায়বা থিঙদোক্কদবনি। কমিটিদুনা উসিংদু য়োম্লোকপা য়াগনি অমসুং শেম্লোক্তুনা উমং লোয়শঙদা থমজিনগদবনি। লনাইগী য়ুমদা থাজবা উ য়ানবা অমদি উমংদা ঐৌববু ওইববসু না য়ানবদি অথিংবা লেতে।

উমংগী রাকৎতা রায়েনশঙনা তারিবা অমদি উমং কয়নবা তারিবা হুকুমসিনা তাকই মীওইবগী চয়েৎনবা কয়া লৈখায় তাহন্নবা থোঁদাংদা চোকথরবা রায়েনশঙ মকোক ঙসিদি উমংলোমদা মাব ওনশিল্লকপগুম তৌই। অদু বু প্রজানা রায়েনশঙগী যাথংসি চৎনহনগদৌবিবরা। মনা কনবা সরকার অমদি প্রজা অমনা আইন থুগায়বা হৈবনা অশিংবা শক্লরবা যুগসিদা হুকুমসি লৈবাক পূম্বগী ওইবনা খবতা ওইরসু চৎনদর্দি য়ারোই। কেশ অসি লোইশল্লকপদা ভারতকী রায়েনশঙ মকোক্তা লাউখোরকপা নেসনেল ফোরেষ্ট পোলিসি অমা শেম্নবগী পায়খৎকদবা থোঁদাং মযামদুসু ঙাইনবি উমংগী রাকৎসিগা মরী লৈননা।

# কাঙনা লান্দারক্কুনা প্রজাশিংনা কঙাওনরবদা ৱায়েনশঙনা চোংথোরকপা

শজিবু থা অদুৱাইদগী মেরা থা অদুৱাই ফাওবদা লমদম অয়াম্বাদা কাঙ মরাঙ কায়না লৈগল্লি। মরু ওইনা নোংজু থা মতমদা অতৃংবা ঈশিং, কোংকুৎ, খোংবাল কয়াদা কাঙ মচা পোকফম ওইগল্লি। কাঙদগী নাম্বোক্লবা কাঙমৈ খুবা, মোসকুইতো রেপেলেন্ট হাইদুনা কাঙ ভাম্বোকপনচিংবা পাম্মে কযানা কাঙগা লম্বা তৌদুনা অদুম লাকই। হোৎনা হোৎননা কাঙনা খবদি অদুম চৈখি। নিংথম থানা চঙলকপদা কাঙদগী নংবা অৱাবা কোকপা ফং জৈ অমুক নোংজুথা য়ৌরকপদা কাঙগী লান্দা অৱাবা অদুম নংনৈ। অঙাংগী লাইরিক কয়াদা সমাজগী নৈনরোলদা হকশেল কাঙলোন্দা ইদুনা য়াওরবা কাঙনা চীকপদগী থোকপা যাবা লায়না কযাগী মনুংদা মেলেরিয়া ময়াম্না খঙনরবনি। মসিসু তম্মীরকই লায়নাসি এনোফেলিস হায়বা কাঙ তোংবদা মনীংয়ুংখৎনা তোংবা অদুগুম্বা কাঙদুনা চীকপদগী থোকহনবনি। হৌখিবা চহী খরদা জপানিজ এনসেফেলাইটিস হায়না হায়নবা লায়নাদু লমদমসিদসু যৌবক্কুনা অনা অয়েক ফনা য়াম্না থোক্লখি ডাক্তবদা ফনা য়াম্না পুখৎলকখি খদসু শিখি। হকশেল লোয়শঙনা লাওথোকখিবা মতুং ইন্না লায়নাদু মীৎনা উবা ফংদবা জপানিজ-বি এনসেফেলাইটিস হায়বা মহীক মখল অমনা থোকহল্লি। লায়নাদু শা উচেকশিং দা নাবা লায়নানি। ক্যুলেক্স কৌবা কাঙনা লায়নাদু নাববা শা উচেকশিংদা চীক্লুবগা মীদা অমুক চীকপা মীদা মহীক অদুনা চঙখ্রগা থোপতা চঙদুনা লায়নাদুনা নাহল্লি। য়ুম কয়াদা লায়নাদুনা নাবা মী য়াওখি। মদু উরুবদা খঙই মীদু লাউ- খোংই জ্ঞান মাঙই ময়াম্না ফানৈ। লায়নাদুনা নারুরগা শিহৌদবসিংসু যামনা মীওই চাদনা হিংবা উই।

মণিপুরদা মতমদুদা লায়নাদুনা নাহৌদবা কাঙবুসু লাইবক ফবদগী নাহৌদবনি মরমদি লায়নাদু ঙাকথোক্লবগী পাম্মে ওইনা কাঙ তাম্বোক্লবা মৈখু খরা কাপথোকপদু ফাওবা মরাঙ কায়না তৌবা ঙমখিদে। মযাম্না হায়নৈ সরকার লায়রদুনা শেল চঙবা থবক্কু মরাঙ কায়হনবা ঙমখিদবনি।

কাঙনা লান্দারকপদা অৱাবা ইনং নংনরিবা ঙাক্তনি। তৌবতবু করম্না ঙাকথোক্লদগে অমদি থবক করম হায়না পাঙথোক্লদগে হায়বা মতাংদুনি লুরিবদি। অদুবু, হন্দক কাঙনা লান্দাবকপদা কেবলা হায কোর্টনা চোংথোবকপসিমক য়াম্না অঙকপা থৌদোক অমনি হায়না লৌবা যাই। এ আই আব ১৯৯৭ কেরলা ১৫২ দা ফোঙদুনা যাওরকপা কেশ অদুমক্তি অঙকপা বার্সীনি হায়না লৌবা য়ারিবসি। কেশ অদু নিযমাকেন্দ্রম, ব্লু মাউন্ট বিল্ডিং

স কোচি ভাইস সেক্রেটরি কোর্পোরেসন ওব কোচি হায়না মিংথোক্লি। কে নারাযন কুরূপ হায়বা জজ অদুগী মমাঙদা কেরলা হায়কোর্টতা লানখৎলকপা রিট কেশ অমনি।

ইকুই কুইদ্রিঁঙৈদা গুজরাটকী সুরটতা অমদি মতুংদা দিল্লিমক্তা মী কয়াগী পুন্সি মাঙহনবা ডেঙ্গু হায়বা মহীক পুবা কাঙগী লান্দা ফনা য়াম্না শাহিদ ওইনখ্রে। মথংদা লানবুঙদু হোং দুনা কেরলাগী কোচি হায়বা মফমদুদা অমুক ওইররে। কোচি হায়বা মফমসি পাৎ মচা অমদি অতুংবা ঈশিংগী মফম য়াম্না লৈবা ওইনা তৌই। অমরোমদা মফমদু অমোৎপা ঈশিংগী কোম অমদি পুখ্রীসু ফনা মরাঙ কায়। কাঙগীদি হৈনজরবা মফমনি। কাঙ হায়বসি কয়া মীচঙ মীখায নাইজদবা, শক মায় য়েংদবা তীন অমসুনি। লায়রা-অনং, অচৌ-পীশক, শাগৈ-জাৎ ইয়েং য়েংদবা জীবনি। লায়নাদু মফমদুদসু য়ৌবক্রে শন্দোরকলে। লান অদুদা শিবাকিবা মীওইবগী হৌনশাময়াম ইপা পাখৎনরে ডেঙ্গু ফিবর য়ৌরক্রে লাইবক থীবা শবসু লৈখিদ্রে।

লৈবাক মচা তাবা কয়ানা কোর্পোরেসন্দা থবক পায়খৎপিনবা ব্রাকৎলুবসু কোর্পোরেসনগী ফন্দ মতীক চানা লৈতে হায়দুনা পায়খৎফম থোকপা থবক অমত্তা পায়খৎখিদে। ভারতকী লৈঙাক পথাপ্তা য়েংলুরবদি আর্টিকল ২১ দা লাইফ এণ্ড পার্সনেল লির্বটি হায়দুনা মীয়ামদা পীরে হায়রিবা অদুবু কদায় লাইফ কদায় পার্সনেল লিবটি। কাঙ অমনা চীকখিবদা ডেঙ্গু ফিবরনা নাদুনা হেক্তা শিবা য়ারবা প্রাজাগীদমক্তদি খুয়া তুশিৎনা হিংজবা ঙম্নবা সরকারনদি থৌশীল অমত্তা পাযখৎপিদ্রবদা প্রজাশিংদি খুল হোংদুনা চেনবা তারিবরা! অদুবু লৈবাক মচা তারবা কনা অমনা ব্রায়েশঙ অচৌবা কাদুনা ব্রাকৎ থাঙ্গৎলুই। ব্রায়েনশঙ অচৌবনা করিব্ তৌরক্কবা হায়গে হায়না হায়রবা কোর্পোরেসন্দা থবক পায়খৎলু হায়না য়াথং তাওথরকপা নত্তনা। বিচাবপতীদুন হায়রকই, কোর্পোরেসনসু ফন্দমরাঙ কায়দে হায়রি অমরোমদা প্রজাগী থৱায়সু কন্দবা য়াদে অদুদি থৌদাবা ঙাক্তনা য়াররোইদবা ওইরবদি লেপখৎতুনা মায়রোঙ যাবনা চুম্না তাই। গোড হেলপ ডোজ হু হেলপস দেমসেলবস! ব্রায়েনশঙগী মপ্ ওইনা থৌদাদুনতা লাকপসি তোক্তুনা মতাং চাবদা লানবুঙমক্তা চোংথোকপসু তঙাইফদ্রবদি তৌবা তারকই। মীওবগী আধিকার কনবাতাই। কোর্টকী লোন্দাদুমক ব্রাহন্থোক্তা অসুন্না পীবা য়াই “মবম অদুনা ঐনা সংস্থান লোয়শঙ কয়া কেশ অসিদা য়াওরিবা পুন্নমকপু পল্লদুনা আপিল তৌরি নখোয় চোংথোরক্তুনা অঙম অঙমবাশেনখায় তৌনদুনা পুকচেল তিংনা, জীবগী সেবানি খন্না অমদি লৈবাক মচা তানা কেবলা হায কোর্টমক্ত লিংখৎলপা মোসকুইতো কন্ট্রোল প্রোগ্রামসিদা তেঙবাং পীযু। তেঙবাং ক্রোস চেক ওইনা নত্রগা দিমান্দ ড্রাফট ওইনা থাবিরকউ। শেল অদুনা হীদাক কাপথোক্কবা খুৎলায় হীদাক্চিংবা লৈদুনা কোর্পোরেসনগা খুৎশম্ননা থবক পায়খৎকনি। কোর্টসিদা উকীল ওইর বা শ্রীপি বিজয় ভানুবু স্পেসিয়ল ওফিসাব ওইনা খল্লে, মহাক্না সংস্থান লোযশঙ কয়াদুগী অমগা অমগা পাও ফাওদোকহন্দুনা য়েংশিনগনি। থবক অদুদা শ্রীসি ঈ উন্নিকৃষ্ণন অমসুং শ্রীনোবল মেথ্যু এডভোকেট অনীনা তেঙবাংগনি। থাবিরক্কদবা চেক অমদি ডিমান্দ

ড্রাফট পূস্না মোসকুইটো কন্ট্রোল প্রোগ্রাম ওব হায় কোর্ট ওব কেরলা হায়না ককপিরক্কদবনি অমসুং স্পেসিয়েল ওফিসারদুগী মখূৎতা য়ৌহনবরিকউ শেনফমদু চুম্না শীজিন্নরি হায়বা মীয়ামদাউৎননবা শ্রীসি মোহন চার্টড একাউন্টেন্ট, এম এস বালগু এণ্ড বালগু এরনাকুলম্মু থবক্তু পায়খৎনবাখল্লবনি।"

মখা তানা কোর্টনা ফোঙদোকই, এম এস টাটা টি লিমিটেদনা পায়খৎলিবা থৌদাংদু মায় পাকহন্নবা চোংথোবক্তুনা লুপা লাক্ষ মরিখক কৎলরে। ঐনা থাজে শেল য়াম্না লাকখিগনি মরমদি মীয়মগী খুয়া তুশিৎনা হিংবা খূৎলৌ পল্লৌদনা পানবা হায়বসি মীপূম খুদিংমক্কী অপামবা শোয়দনা ওইবনিনা হিংবদু শীংনরিবাথৌদৌসিংবু লাকশিন্নবা সহরসিবু কন্নবা চোংথোরকখিগনি।

কেশ অসি য়াম্না অনৌবা মখলগী কোর্টকী চৎনলোনচৎ অমা ওইরে। মরমদি কোর্টনা য়াথং তৌদুনা লৈবতা নত্তনা হন্দক্তি লানবুঙদা চোংথদুনা কাঙগী লান থেংনবদা মাঙজিল থানা চোংনথোরকপা অনৌবা শক্তম অমনি। ৱায়েনশঙ হাযবসি অনানবা এয়র কণ্ডিসন তৌরবা কোর্টকী কা অমদা ফম্লগা মায়কৈ অনীনা পুশিল্লকপা কেশ অদুগী মতাংদা তাবগা য়াথংদমক তৌদুনতা লৈবগী চৎনবী থাদোক্তুনা মাঙজিল থানা চোংথোরক্তুনা লৈবাক্কী অৱা-অনা তারবা মওমদা অঙস্বশিংদা য়াথং তৌদুনা লৈবা তোক্তুনা চোংথোক্তুনা অৱা-অনা শরুক য়ামিন্নবসি গণতন্ত্রগী ৱাংলবা চৎনলোনচৎ অমা হৌদোকপনি।

কেরলাগী ৱারীসি পাকবদা ঙাইহাক্তংদি লমজেন য়াঙবা বস ট্রেন কয়া চেনবা এরলাকুলম কোচিনগী লমদমদুদা উংদুনা লৈরুই। খম্বকই ঐখোযগী লমদম্না কমদৌবা। কাঙনা লান্দারক্তুনা জাপানিজ এনসেফেলাইটিসনা মীগী পুন্সি ফনায়াম্না মাঙহনখি। অশিবতা মাঙজৈ লাইবক ফবনা কাঙদুদগী কঞ্জহৌই সরকারগী মু লোযশঙ কয়াদগীসু মতেংদি পঙফং ফংনখিদে। মেলেরিয়ানা নাদুনা মমাঙগী চহীদা মী চন্থম হেন্না শিখি কনাসু চোং থোকপিরকখিদে। অমনা হায়বা অমনা তান্দবগী চৎনবী লৈবা মফমসিদা ঐ ঐদা শোকত্রগা লোইরে হায়না খুউ শেন্নে।

অদুবু কেরলা হাযকোর্টনা পায়খৎলিবা ৱায়েনমপু অমা ওইনা চুম্না লৈবতা নত্তনা চোংথোক্তুনা সমাজ সেবাদা য়াওশিল্লকপসি লমদমসিগীসু পার্মেনেন্ট বেঞ্চ ওইনা গৌহাটি হায়কোর্ট লৈরি অসিগুম্বা কেরলা হায় কোর্টনা পায়খৎপিরিবা থবক অসি পায়খৎপিয়ু হাযদুনা পায়খৎহল্লবদি য়াম্না হেন্না খুদোং চাগদবা মাল্লি।

কেরলা হায় কোর্টকী রাই অসিনা ফুম্বংনরবা লমদমসিগী প্রাজাসিংদা করি তৌগদগে খঙদদুনা তৌখিদ্রবা তুংদদি হল্লকপা য়ারিবা অকিবা লায়না কয়া শন্দোরকপা থিংনবদা লমদমসিগী প্রজাশিংসু রাইট টু লাইফ এণ্ড পার্সনেল লিবর্টি লৈ হাযবা নীংশিংনরক্তুনা হায়কোর্টকী চৎনলোনচৎ অনৌবা অমা কেরলা হায় কোর্টা তৌখিবা অসিগুম্বা হৌদোকপিয়ু হায়জদুনা প্রজাগী আধিকার ঙাক্লবা মতাং চানা কোর্টকী থোঙ থিলহৌসি।

# বনমহোৎসবকী পান্দমবু অইন্না শৌগৎপা

**চহী** অমগী মনুংদা জুলাই থা অসি উ-ব্বানচিংবা থানবগী খ্বাইদগী চূনরবা মতমনি। থাবানলোমদা য়েংবা নত্তনা কূম্মৈ ফিয়োংলোমদা য়েংলগা অহল-লমনশিংনা হায়নৈ কাং মনুংসি হৈ-ব্রা, উ-ব্বা চরা থাবগী খ্বাইদগী ফরবা মতমনি। মরমদি মতমসিগী নুংশিৎ নুং শাগী ফীভম, নোং-চীং, ঈশিং-নুংশিৎ পূম্বা পাম্বৈশিংগীদমক্তদি য়াম্না চানজরবা ফীভমনি। উ-ব্বা পূম্বা মীওইবগা তংন-থনবা য়াদবা মরী লৈনৈ। অমরোমদা মীওইবনা উমং ব্বামংবু মশাগী কান্নবগী দমক্তা য়াম্থৎতুনতা লাক্লবনি। মরম অদুনা মঙোন্দা কান্নবা ফন্না পীজরবসু মীওইবা মশামক্তা মাগী কান্নবা অসুক য়াম্না পীরিবা উমংগী য়েক্লবা ওইদুনতা লাক্লি। ব্বাফমসি খম্বক্লরগা উমংনা মীওইবদা পীরিবা কান্নবা অদুদা পুক্লীং থিংজিন্দুনা উ-ব্বা য়োকখৎপগী তঙাইফদবা অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা বনমহোৎসবকী থৌরম চহী খুদিংগী জুলাই থাগী অহানবা চয়োলদা পাঙথোক্লে।

ইংশোক ১৯৫০ গী জুলাই থাদগী অহানবা ওইনা ভারতকী লৌউ-শীংউগী মন্ত্রী ওইরম্বা কেএম, মুনসিনা বনমহোৎসবকী পালন ইহান হান্না তৌবা হৌরকখি। বনমহোৎসবকী থৌরমদি উ অমা য়াম্থৎতবা য়াদদুনা য়াম্থৎলবদি উ অনী থারমউ হায়বনি। উ অমনা পীরম্বা কান্নবদু উদু য়ানবা তারবদা মশুৎ ওইনা অনী শিনজিল্লমউ হায়বনি। উনা মীওইবদা পীবা কান্নবা খবা শিংথাদুনা য়েংবা য়াই। য়ুম শানবা উ-ব্বা কুপ্পবা, ই, ইমুংগী লৈতেং, মৈ থানবা শীং, লৌ উনবা খূৎসু-খুৎলায়নচিংবা কয়া মরাঙ কায়না উমংনা ফংহন্দুনা লাকই। অঈং-অশাগী চাং নাইহনবা, লৈবাক লৈহাউ মাঙখিগদবদগী কনবা, ঈশিং ঈচাউ থোকহম্বা, মাঙ তাক্লিঙাই ওইবা নোংলৈ-নুংশিৎপু ফাবা, ব্বারবা চোকথরবা পুক্লীংবু পোত্থাহনবা ঙম্বা উমংগী মগুণনি। কৈগী মপান নাপীনা তাং নাপীগী মপান কৈনা তাং হায়দুনা হায়নবা পাউবৌদুসু নীংশিংয়া য়াই। মহৌশাগী অকোয়বদা উরিবা লেঙলি পাল্লিবা পূম্বা অমগী মপান অমনা তাংদুনা হিংমিন্নবগী মহৌশাগী ওইবা খল ঙাক্লুনা থম্বা হায়বা ইকোলোজিকেল বেলেন্স হায়বদুগী ব্বা ফমসু কাউফদে। মসিগী খল অসি কাযহন্দনা থম্বা হায়বসিমক বনমহোৎসবকী অতোপ্পা পান্দম অমসুনি।

উমং অমা হায়বসি উ পাম্বীময়াম্না শাবনি। অদুনা, উ হায়বসিনা মীওইবদা কদায় ফাওবা কান্নবা পীবগে হায়বগী মতাংদা ঙাইহাকসু মায় ওনশিবা চুমই। উগী মরা অমদি মরূদুনা লৈহাও অমদি ঈশিং মাঙহন্দনা থমই, উশা ব্বাশাদা উচেক-ব্বায়াগী কায়দোংফম ওইনৈ, উনা ব্বানানা শা-বণগী চীঙ্গাক ওইনৈ, অমরোমদা মীওইবগী হিংবদা চঙবা ওক্সিজেনসু

থোকহল্লি উগী ফজববা মপালনা মহৌশাগী ফজবদা ঈনোৎ হাপকৎলি, নুংশিবা লৈনমসু য়েনবা য়াওরকই, মশা মরেঙ অকংবনা শীংসু ওইনৈ, উগী মঊদু ককথৎলগা উপাক লৌদুনা যুম-কৈগী ফেরেন, থোঙ থোঙজাউ লৈতেং পোৎ-চৈ কয়া শানৈ। লুহোংবদা তোংলিবা দোলাই অমদি মীবম্লেনগী পুল্সি থাদোক্কুনা লাইরম্লেন চৎপদা তোংলিবা য়াম্বা মরীগী লেংজুনদা পুবা ফিডৌনা কুপ্পা দোলাইদুসু উনা শাবনি। অদুনা মী অমগী নাওশুমদগী মং ফাওবদা উগা তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী লৈনদুনা লাক্লবনি।

উমং ৱামং য়োকখৎপদা আইনগী পথাপ কয়া অদুডৌদগী চৎনদুনা লাকই। ভারতনা নীং তমদ্রিডৌদগী ভারত্তা ইন্দিয়ান ফোরেষ্ট এক্ট, ১৯২৫ চৎনদুনা লাকপনা ঙসিসু অদুম চৎনরকই। আইনসিমক্তি উ-ৱা য়োকখৎনবগীদমক্তা অতম্পনা শেম্লম্বা নত্তে। অদুবু উমং দগী থোকপা পোথোকশিং তেকহন কায়হন্দবা, করম্না শীজিন্নগদবা, করম্বা মতাংদা উ য়ানবা পুথোকপা য়াহনবা অমদি লাইসেন্স ফংদুনা তৌবা নত্তনা উমংগী মাঙন-তাক্লা তৌরম্বা থবকপু আইন্না য়াদে হায়না লাউথোরকপা আইন অমনি।

লমদমসিদা চৎনবা মণিপুর লেণ্ড রেভিনিয়ু এণ্ড লেণ্ড রিফোর্মস এক্ট, ১৯৬০ গী মখাদা ডিপুটি কমিস্নার অমনা রেভিন্যু এডমিনিষ্ট্রেসনগী মকোক অমা ওইনা মাগী শক্তিনা শন্দোক্লিবা ডিষ্ট্রিক্ট অদুগী মনুংদা লৈবা উমংগী শরুক কয়াবু ফোরেষ্ট রির্জাবনি হায়না লাওথোকপা ঙমই। আইনসিগী মখাদা সরকারগী মবলনি হায়না লাওথোকপা মযামগী মনুংদা লমজাও মপান্দা হৌরিবা উ-ৱা পুম্ববুস য়াওই। মরম অদুনা কনাগুম্বনা মানা নোং মা থাগিবনি হায়দুনা লমজাও মপান্দাহৌরিবা উদা মাগী আধিকার অমত্তা লৈবা য়ারোই।

ভারতকী লৈঙাক পথাপ ১৯৫০ দগী চৎনরক্লবসু উমংগী মরমদা অকক্লবা আইন শেম্নবা সেন্ত্রেল গোভর্ণমেন্ট নত্রগা ষ্টেট গোভর্ণমেন্টতা অকক্লনা শক্তিদি পীরমদে। অকক্লনা কনামত্তদা পীরমদবা শক্তিদি সেন্ত্রেল গোভর্ণমেন্টনা দায়ত্ব লৌরমই। অদুবু, ১৯৭৭ তা চৎনরকপা ৪২ শুবা কন্সটিট্যুসন এমেণ্ডমেন্টনা আর্টিকল ৪৮ এ অমসুং ৫১ এ হাপচিল্লকই। আর্টিকল ৪৮ এ না হায়রিবদি ষ্টেটনা উমং অমদি লম্লক্কী শা-উচেকশিংবু ঙাকশেন্নবা থৌরাং পায়খৎকদবনি। আর্টিকল ৫১ এ দনা নাগরিকশিংগী থৌদাং ওইনা উমং অমদি অকোয়বদা হৌরিবা না পী-শীংবৌ উ-ৱা পুম্বা ঙাকশেন্দুনা মপুং ফানা হৌবা ঙমজনবা যেংশিনবিগদবনি। "ফোরেষ্ট" অমসুং "প্রোটেক্সন" ওব ৱাইল্ড এনিমেলন্স এণ্ড বার্ডস" হায়বা থৌদাংসিসু ভারতকী কন্সটিটুসনকী সেভেন সেদ্যুলগী কোঙ্করেন্ট লিষ্টতা হাপচিল্লকতুনা সেন্ত্রেল গোভর্ণমেন্ট অমদি ষ্টেট অনীমক্না থৌদাং পায়খৎপা য়ানবা শক্তি পীখ্রে।

লমদমসিগীদি উ-ৱা থাবদা য়াম্না হৌগনবা লৈহাও ফবালম ওইবনা উং ৱামং য়োকখৎপদা য়াম্না ৱানা থোক্তে। উগী মক্ন কয়ানা নুংশিৎতা পাইরক্তুনা তারগা ময়োন চোংলক্তুনা কনাগী ঈশ্বোল কয়াদা থারুদনা হৌরকপা উপাল য়াম্না লৈমৈ খুদম ওইনা মঙ্গে, হৈনৌ. হৈযাইনচিংবা হৈদি চারগা হুন্দোকপা মরুনা চারা কয়া মরাঙকায়না চোং

লকই। অদুগুম্বা উ-ৱাদু মফম চানা হোংদোক্কুনা হৌহনবতদা উপাল য়োকখৎপগী চাওরবা সেবা অমা অদুম ফংবিবা য়াই।

অদুবু, মীওইবনা চীংদা লম্মৈ থাবনা মরম ওইদুনা নৌনা চোংখৎলকপা উ-ৱা কয়া মৈ থাদুনা মাঙহল্লিবা চহীগী ওইনা পাঙথোকপা চীং কাবগী থৌরম বারুনী কাবা, কৌব্রু কাবা, থাংজিং কাবা, শিরোই কাবা হায়বনচিংবা থৌরম কয়াদা শরুক য়ারিবা মীশিংনা নুংসি হৈতনা উ-ৱা লফুনচিংবা পাম্বী মখোয়গী শীজিন্ননবা নত্তনা য়াম্থৎতুনা শান্নৈ। মদুনা কনাগীসু কান্নবা পুরক্তে অমরোমদা লমদমসিগী অমদি অপূনবগী য়াম্না চাওবা মাঙজবনি। . মরম অদুনা উ-ৱা য়াম্থৎপা হায়বা ৱারমসি য়াম্না চাউখৎতবা, তৌবিমল খঙবা ৱাখল লৈতবদগী মতৌনি হায়বা খংহনবা মতম ওইরে।

হন্দক্কী বনমহোৎসব হৌরমদাইগী থৌদোক অমত্তংদি নীংশিং নফম থোকই। ইম্ফাল সহরগীময়োন্দা লৈরিবাকংলা পাৎতা ঈশিংগী অকোয়বদা হৌরিবা উমং শানা মশা মরেং ফন্দোক্কুনা হৌরিবা উপাল হুম্ফু হুম্ফুতরমুক লৈমায়দা তেমথোক্কুনা ককথৎখ্রে। মদু সরকারগী অঙম্বা খরগী লনাইগী ওইবা ৱারেপ্তা য়াম্না লূজদবা লৈবাকমচা তাদবা চাওখৎপা ৱাৎপা থৌদৌনি। মদুগুম্বা সরকারদুনসু অমুক উদু ককখিবা হেক লোইৎবগা বনমহোৎসব পালন তৌরিবনি হায়দুনা অমুক লাওথোরকই। উ চারা কয়া থাগদৌনিবনি হায়দুনা শেনফম কযা কাইথোক্কুনা প্রজাগা। শেনফম অমা শীজিন্নফম চাদনা শীজিন্ননবা থৌদৌনি। হান্না মংদুনা লৈববা মহাবলী উমংদু হেন্না মংহন্নবাওইবা তাই. উ চাবা কযা অমসু থাজিল্লে বনমহোৎসবনি হায়দুনা। থাফম চায় চাদে খঙদনা উ হেক্তা থাজিনবা অদুগা মপূং ফারক্রবা মতমদা অমুক অমুক কোকথোকপা লমদমসিগী মীয়ামগী মায় খূননবা মচাকনি।

ৱা ফম অমনা উ চারা থাবা মতমদা মহৈ-চাবা য়াবা উপাল থাবনসু হেন্না শিংবামতৌ ওইগনি। খুদম ওইনা থৈবোং, হৈক্রু পুংদোন লৈ ওইনা হায়রগন। লৈহাও নাগেশ্বরনচিং বা কয়া অমা। উপালশিংদুনা মহৈমবোং পাম্লব্রবা মতমদা মাওইবশিংনা অমুক চাগদৌরিবনি। উমংগী কান্নবসু ফংগদৌরিবনি।

# মেলেরিয়া ঙাকথোকপা থা অমসুং আইনগী পান্বৈ

**মতম** অমা মণিপুরগী লমজাও সড়ক্তা এন এম ই পি থাবা জিপ অঙৌবা কয়া থৌদুনা চৎপা উখি। অকূপ্পা ময়েক্তা নেসনেল মেলেরিয়া ইরাডিকেসন প্রোগ্রাম হায়নসু থাই। অদুবু, মদুগী পান্দম করিনো হায়বদি মীচম্না ইখঙ খঙনদে। মবম অমদি মতমদুদা লমদমসিদা মেলেরিযানা নাবা হায়বদু ইখঙ খঙনরমদে, চীং মান্দা লায়নাদু খরা নানৈ হায়দুনা হায়নবসু তায়।

অদুবু, শোক ১৯৯৪ গী অদুৰাইদা ভারতকী রাজ্য খরদা মণিপুর নাগালেণ্ড য়াওনা মেলেরিয়াগী লায়নানা মী খবা শিবগী পাও লৈখি। মণিপুরগী ষ্টেট হেলঠ ব্যুরোদগী ফংবা পাও মতুং ইন্না মফমসিদসু মীওই ৭৮৪৫ নাখি অমসুং ৫৫ না শিখি অদুগা মেলেরিয়ানি হায়না চিংনবা মীওই ৩৩৩ সু শিখি। মীচম ঐখোয়গী মরক্তা লায়নাসি নাবনিনা নারবা মীওই কয়াগী মতৌ উবা ফংখি। মী অদু অহানবদা নিংথম চল্লকই মশা থক থক নীক্কুনা লায়হৌ তৌই অদুগা হুমাং থোরক্লগা লায়হৌ হুন্থরকপদা চোকথদুনা তাদুনা লৈগল্লি।

শোক ১৯৯৭ কী জুলাই তাং ১ দগী ৩০ ফাওবা মেলেরিয়া ঙাকথোকপা থা হায়দুনা পালন তৌরগনি হায়দুনা লাওথোকখ্রে। হায়বা থাসিগী লোইশিল্লক্লবা কানসিদতা তারকই। মেলেরিয়া ঙাকথোকপা মীপুম খূদিংমক্কী থৌদাংনি। লায়নাসি থোকহন্নবদা মীওইবগী চেকশিন্দবনসু য়াম্না হেনগৎহল্লি অদুনা লাযনাসি ঙাকথোক্লবা পান্বৈশিং মীযামদা ভাব তাহন্দুনা লায়চৎ অসি হেগৎলক্তনবা তৌবসু চুম্বনি, মীয়ামদা খঙহন্নবা থৌরমদি য়াম্না বাৎলি।

লায়চৎ অমা শন্দোরকপা হায়বসি মীয়ামগী খুদোংথীনিংঙাই ওইবনা আইন্নসু লায়চৎ থিংনবা নিয়ম কয়ামরুম শেমদুনা থমই। ১৮৯৭ তগী ভারত শীন থুংনো চৎনদুনা লাক্লবা ইপিডেমিক ডিজিজেস এক্টসিসু চৎনরিবা আইন্নি। আইনসিগী মখাদা ষ্টেট গোভর্ণমেন্টনা, লায়চৎ অমা হেক শন্দোরক্লে খঙবদা মদু থিংনবগীদমক্তা মতম খরা চৎননবা নিয়ম শেমদুনা প্রজানা ইন্দুনা চৎকদবা চৎলোইদবা পথাপ কয়া কক্কুনা চৎনহনবা ঙমই। নিয়মদু চৎননবা মীওই কয়াদা পাঙ্গল হাপ্তুনা মীয়াম খঙহন্দুনা থবক কয়া পায়খৎপা ঙমই। পায়খৎপা য়াবা থৌদাং গী মনুংদা ষ্টেট গোভর্ণমেন্টনা ইন্সপেক্টিং ওফিসার কয়া হাপ্তুনা ট্রেনদা, বসতা, হোসপিতালদা লৈরিবা মী কয়া য়েংশিন্দুনা লায়চৎতুদগী কন্নবা নারবা মীওই কয়া নাদবা মীগা শম্নদনা লৈহন্নবা খাইদোক্তুনা তোঙান্না থম্নবা থবক পায়খৎহনবা ঙমই।

কন্নাওম্বা আইনসিগী মতুং ইন্না শেমদুনা লাওথোরক্লবা নিয়ম অমা ইন্দবদু দণ্ডি তৌগনি

হায়নসু হায়রি।

শোক ১৮৬০ দগী চৎনরক্লবা আই পি সিদসু লায়চৎ কয়া শন্দোবকপা থিংনবা নিয়ম য়াওই। কনাগুম্বনা চেকশিন্দনা খুদোংথীনিংঙাই ওইবা লায়না অমা শন্দোকপা য়াবা থবক তৌরম্লবদি, নত্রগা সিমানাদা চৎনহনবা ক্বারেন্টাইন রুলস হায়দুনা লায়না চেনবা মীচঙলকপা থিংনবা য়েংশিনবগী নিয়ম অমা থুগায়বম্লবদি দণ্ডি তৌগনি হায়দুনা য়াওরি। ১৯৫০ দা ভারতকী লৈঙাক পথাপ ওইরিবা কন্সটিট্যুসন চৎপা হৌরকপদগীদি ইম্প্রুবমেন্ট ওব পব্লিক হেলঠ হায়দুনা মীয়ামগী ওইবা তীঞ্জেন লায়চেন্দনবা পাম্বৈ হায়বসি সরকারনা পায়খৎকদবা অখন্নবা থৌদাং ওইনা পীরে। লোয়ননা অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিৎ-নুংশা শেংহনবা হায়বসিসু প্রজাগী ফণ্ডমেন্টেল ডিউটি হায়দুনা লৌফম থোকপা দায়ত্বনি হায়দনা লাওথোকখ্রে।

অসিগুম্বা লৈঙাক পথাপসিগী মখদা অমদি লায়চৎ শন্দোরক্তনবা দণ্ডি তৌগনি হায়না শণ্ডদুনা ঙাইরিবা পেনাল লোশিংসিগী মরক্তা প্রজা ময়াম্না, নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা প্রজা ঐখোয় ময়ামগী খুদোংথীনিংঙাই ওইবা লায়চৎ কয়া শন্দোরক্লবা থবক্তি খূরক হাঙদনা চংথরি।

অহানবদা মাইনর ইরিগেসন, পব্লিক হেলঠ ইঞ্জিনিয়ারিং ডিপার্টমেন্ট অমদি মিউনিসিপালিটিনা পায়খৎপিদবা পাযখৎ ফমদি থোকপা থৌদাং কয়া নীংশিংনবা য়াই। লৈরেক-খুল্লক্তা ইশৎ নীংথিনা থম্বীদবা অমদি শেংবিদবনা মরম ওইদুনা কাঙ মচা পোকফমগী ফরবা মফম কয়া লৈরেক-খুল্লক্তা লৈরিরসিনি। তোত্তিগী ঈশিং পীবা হায়বদদা লমদমসিদদি মপূং ফানা শোখববা থবক ওইরে। অদনা প্রজানা হিংবা ঙম্নবা তোত্তিগী পাইপ হুৎলগা কোমশানা ঈসিং তৃংহনবগী চৎনদী হোংবা লৈত্রি। অদুগুম্বা কোমশিংদু কাঙ মচা পোক ফম ওইদুনা লৈবি।

চহী খরগী মমাঙদা কাঙ শিননবা মৈপু ওইনা লৈরেক খুল্লক্তা কাঙমৈ খুবগী থবক খরা তৌবিরমই। মদু করম্বা সবকারগী লোয়শঙনবো ময়ানসু পঙ্গপঙ খঙনদে। অদুম হায়না খবা তোয়না কাঙমৈ খুবগী থবক খরা তৌবিরবদি কাঙদগী থোকপা খুদোংথীবদগী খরদসু কঞ্জবা ঙমগদবসু হন্দাক্তি মদুগী কাঙমৈ খুবগী থবক্তসু তৌবিদ্রে। কাঙ হৌদাক কাপ্পা মাঁওইশিংসু লাকপিদ্রে।

অদুবু, অমা খঙদে অমা খঙদে মীয়াম্নাসু লনাই পায়খৎপা য়াবা থৌরাং লৌরক্লবা মেলেরিয়াগী লায়নাগী অকিবা অমদি অদুবু ঙাকথোক্লবা উপায় খঙহন তাহনবা য়াম্না মথৌ তাবনি। অমরোমদা নোংজু পাম্বা ওইবকপা কাঙনা মরাঙ কায়না লৈবা মতমসু ওইরিবা অসিগুম্বা মতমসিদা ১৯৯৭ কী জুন তাং ১ দগী ৩০ ফাওবা "মেলেরিয়া ঙাকথোকপা থা" হায়না পালন তৌই হায়বসি ফাওবা ময়াম কনাসু খঙনদে। মরমদি খঙননবা লম্বী অমত্তা লৈতে। জুন তাং ২৮ অমসুং ২৯ দা পাঙথোকখিবা ইম্ফালগী ডিষ্ট্রিক্ট হোসপিতালদা ফমখিবা মেডিকেল মেলা য়েংবা চঙনকল্লবশিংদা নেসেনেল মেলেরিয়া ইরাডিকেসন প্রোগ্রামগী

কাদুদগী পীরকই হায়না পুনরকপা ষ্টেট হেলঠ ইজুকেসন ব্যুরো মেডিকেল ডাইরেক্টোরেট মণিপুবনা ফোঙবা পমপ্লেট খরদগী জুনগী লোইরক্লবকান্দা খঙনরকই জুন তাং ১ দগী মেলেরিয়া ঙাকথোক্লবা থা হায়না পালন তৌই হায়বসি।

লায়নাসি ঙাকথোক্লবা মণিপুর সরকারনসু ইপিডেমিক ডিজিজেস এক্টকী মখাদা থবক কয়ামকম পায়খৎপিবা য়াই। থৌদাং ময়ামদুগী মনুংদা ফগু অমা কাইরগা ফগুদু কাইরে হায়দুনা ময়ামবু লাওথোক্লুনা খঙহনবা অদুগা ফগুদুনা লায়চৎ অদু ঙাকথোক্লবদা মপুং ফানা শীজীন্নহনবা। অমনা ঈরম নালা ঈশিং চেলহন্দুনা তুংহন্দনবা থবক খরা পায়খৎপিবা। লোয়ননা ইন্সপেক্টিং ষ্টাফ খরা হাপ্লুনা পায়খৎপিবা থৌদৌদু পূকচেল শেংনা তৌনরিবরা য়েংশিনবা। অদুগা ব্রা ফম অমনা এনবাইরোনমেন্ট প্রোটেক্সন এক্টকী মতুং ইন্না নোং হেক ঙাল্লকপদা য়ুমগী অমোৎ অকায়, অপুম আশা ময়াম খোমদোক্লুনা থোং ময়ায়দগী তুরেল খোংনুংদা হৈথরিবা মীওইশিংদু দণ্ডি তৌনবা খরা ফাজিন পুনশিনবা মথৌ তাই।

তুরেল অমা হায়বসি চানবা য়ারবা অচেনবা ঈশিং ওইনা মীওইবগী হিংনবা লম্বীদা য়ামনা চাওবা তেঙবাং অমা ওইরিবসি সহরগী কৈথেল ফাওদুনা চেল্লকপদা ময়ামগী ফগু হৌদি হুষ্ট ফম ওইদুনা লাক্লে অমরোমদা য়ুম য়ুমদগী অমোৎ অকায় হৈদোকফমসি তুরেল খোঙনুংদা ওইনরি। মরম অদুনা তুরেলসিমক কাঙমচা পোক ফম চাওরবা মকোল অমা ওইহল্লবনি।

প্রজা ভাব তাহনবা তাই। লমহেনবনা কৈশুমশঙদা নত্রগা ফাইন তৌবা তাই, সরকারসু আইন্না পীরিবা থৌদাং চপ চানা লৌবা তাই; মহৌশাগী অকোয়বদা লৈরিবা শক্তম লূনা নাননা থমবা তাই, অদুগী মথক্তা অনাবা য়াওরকপা কয়া লায়েংনবগী লম্বী খঙহন তাহনবা তাই। জুনগী তাং ১ দগী ৩০ ফাওবা মেলেরিয়া ঙাকথোক্লবা থানি হায়দুনদি লেপশিনখ্রে মতমসু লোইরে। মেলেরিয়া ঙাকথোক্লবগী থানি হায়বদি হাযখ্রে অদুবু, মেলেরিয়াদগী প্রজাবু কনননবা সরকারগী হকশেলগী লোয়শঙনা কাঙ হীদাক কাপথোকপগী থবক ফাওবা তৌখিদ্রবনি। হন্দক মীশি মীনদি থোকপগী পাও পঙনা তাদে। ঙাকথোক্লবগী পাম্বৈ ফংনবদগী মীয়াম হিংহৌবা নত্তে, লাইবক ফব্বদগী মীয়াম শোকহৌদবনি থা অমা পালন তৌনবা পৈশাদি সেঙ্কসন শোয়না তৌরমগনি। মদু করিদা শীজিন্নখিবগে হায়বদু গনতন্ত্র চৎপা লৈবাকসিগী প্রজাশিংনা শোযদনা পুক্লীংদা হংদুনা লৈরবা ৱাফম্নি।

লোয়শঙলোমদগীদি পালন অমা তোখিবদু মায় পাক্লা পাঙথোকখ্রে হায়না পাও চেদা শোয়দনা ফোঙনরক্লগনি।

# ভারত পু শক্তাক্লিবা তাজমহলবু শোকচিল্লকপদগী কলহৌনবা ৱায়েনশঙগী ৱায়েল

**ৱার্ল্ড** এনবাইরোনমেন্ট ডে জুনগীতাং ৫ দা মলেম শীনবা থুংনা পাঙথোক্লখি। অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী শক্তম কন্দুনা থম্নবা ৱাফম নীংশিংনখি। শোক ১৯৭২ দা ষ্টোকহোলমসতা পাঙথোকখিবা অর্ন্তজাতিগী ওইবা মী ফমদুদা জুনগী তাং ৫ দা ভারতসু শরুক য়ারুই অমসুং মীফমদুদা য়ানখিবা মহৌশাগী শক্তম য়োকখৎনবা ৱাবেপ অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা অয়াবা পীখ্রবনি। ঙসি চৎনরিবা এনবাইরোনমেন্ট প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ অসি মী ফমদুদা য়ানখিবা বাফম থবক ওইনা পায়খৎনবা শেমখিবা চৎন-পথাপ অমনি।

মহৌশাগী শক্তম ঙাক্লা থম্বা হায়বসিগী কান্নবা মরম অনীনি হায়না লৌবা য়াই। অহানবনা, লমদম অসিগী ঈশিং-নুংশিৎ, উ-ৱা, নীপী-শীংবী, উমং-ৱামং, শা-উচেক পুম্বা অমগী মপান অমনা তাংবা হায়বা অসিগী খল ইকোলোজিকেল বেলেন্স হায়বা ৱাফমসি থম্নবা, অনীশুবনা লমদম অসিগী শক তাকপদা মফমদুদা হৌবা উ-ৱা নাপী-শিংবীশিংনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌই। খুদম ওইনা শিরোই লিলি অমদি শঙাই হায়বা পাম্বী অমগা শা অমগনা, মণিপুরগী শক্তম তাক্তুনা লাকই।

ভারতকী ওইনা য়েংবদা তাজমহলনা শক তাক্লবা চাউরবা পোৎশক অমা ওইদুনা লৈরকই। লোর্ড রোবার্টনা মহাক্কী ফোর্টিৱান ইয়ার্স ইন ইণ্ডিয়া হাযবা লাইরিক্তা হায়, ভারত্তা কোয়রুচো, তাজমহল শক্তা উবা ফংলকপদা নঙগী খোঙচৎ মহৈ যাল্লবনি। মালেমসিগী অঙকপশিংগী মনুং চল্লবা তাজমহল মুগলশিংগী কলাগী লমদা হৈশিংবগী চাওরবা খুদম অমনি। নীংথিজবদা তম্বদা লোইররোইদবা ভারতকী ওইনা মোনুমেন্ট অমা ওইনা য়ুমশারোল অমদি কলাগী থাক য়েংবদা মীওইবগী হৈশিংবদা পন্দোম লোম্বগী শক্তম অমনি।

ঙসিদি তাজমহলসি মহৌশাগী তেকহন-কায়হন ঙম্বা শাফূদু খক্তা নত্তনা সভ্যতাগী খোঙথাঙ অমদি ওল্লকপা সমাজগী পুন্সি অমদি মীওইবগী থৌদৌনসু পাংশিল্লকতুনা ফীভম শোকথহল্লে। মোনুমেন্টসিং কনবগী পান্দমদা লিংখৎপা লন্নাই সংস্থান "ৱার্ল্ড মোনুমেন্ট ফণ্ড", আমেরিকা এক্সপ্রেস কম্পীনানা ফীবম শোকচিনহল্লক্রবা শক্তম চাম্নখক লেংথোকক্তুনা মমিং পল্লকপদা ১৯৯৬ তা আগ্রাদা লৈবা তাজমহলসু য়াওখ্রবনি। ঙসি আগ্রাদি সহর ওল্লকপগী চঙফম থোকপা লম্বী থোং ফহনবা, ঈশিং মৈনচিংবা মরাং কাযগদবা পূম্বা অমত্তা মতীক চাশিলক্রে।

তাজমহলগী অকোয়বদা খিৎ মোৎলিবসি অতে নত্তে য়ুম য়ুমদা থারিবা কোযালাগী মৈখু, ডিজেলগী ট্রেন অমদি বসশিং অমদি ইলেক্ট্রিক লৈত্রবা মতমদা চলাইরিবা ডিজেল পৱার। আগ্রা রিং রোড হায়দুনা ট্রক কয়া চেনবদু থৈদোকখিবা য়ানবা শীনবনি মদু, শেল থাদরক্কদুনা লোইশিন্দনা লৈরি।

অসিগুম্না তাজমহল অসিগী ফত্নাং ওইরিবা অঙৌবা মার্ব্বলশিংদু মকশিল্লকপা নোং মা-নোংমগী হেজ্ঞিল্লকপসিদা লৈবাকমচা তাবা মীওই অমনা সুপ্রিম কোর্টতা ৱাকৎলি। মাগী ৱাকৎতি লমদমসিগীশক্তম কল্লিবা তাজমহলবু কন্নবগীদমক্তা আগ্রাদা লৈবা তাজগী মনাক নকপা ইন্দষ্ট্রি কয়া খুল হোংহন্দুনা ভারতকী লেমজনফম ওইরিবা তাজগী মকশিল্লকপা শক্তম হেজ্ঞিনহন্দবা চুমই হায়বনি। কেশ অদু এম সি মেহতা ভা র্সস ইউনিয়ন ওফ ইণ্ডিয়া হায়দুনা এ আই আর ১৯৯৭ সুপ্রিম কোর্ট ৭৩৪ দা ফোঙদুনা য়াওরকই।

দরখাস্থ থারক্লিবা মীওইদুগী মতুং ইন্না মথুরাদা লৈবা লাইরিক নম্নবা মিসিনা ময়েক শাফম অমদি থাও শৃংফম লৈরিবা ময়ামদুনা তাজমহলবু শোকহন্নবা মরুওইবা মরম অমনি। মথুরাগী রিফাইনরি অমদি ইন্দষ্ট্রি ময়ামদুগী থাদোরকপা সলফরডাই ওক্সাইড অদুগা ওক্সিজেনগা থেংনদুনা নুংশিৎতা সলফরিক এসিড ওইনা নিন্দুনা লৈহল্লি, অদুবু 'এসিড রেন' হায়না খঙনৈ। মদুনা মার্বলগী অরংবা শক্তমদু মকশিনহল্লি। রিফাইনরিদগী, চেক-শা ফমদগী, চেল্লিবা গাড়ীদগী, মৈথোকহন্নবা ঈঞ্জিনশিংদগী কামথোরকপা মৈখুদুনা তাজমহলগী অকোয়বদা হুল্লিবা নুংশিৎ পৃম্বা মোৎহল্লি। দরখাস্ত অদুদা হায, অঙৌবা মার্ব্বলশিংদু নাপু মচু অমা হাইৎহল্লে অমদি মফম খরদনা মুশিল্লে। তাজমহলগী মনুংদুনা হেন্না শোকচিনখ্রে। মশা পৃম্বা নাপু মচুনা থাগৎলক্রে নাপু মরক্তুদা থীত্রবা ৱাওথাংনবা, ঙাঙলৈনবা অমুবা মপাক মপাক নপ্তুনা লৈবে। মনুংদা মমতাজগা শাহজহানগগী মোং ফমসু ওইরিবদুদি মহূৎ মহূৎ তৌবা য়াম্না য়াওবে। দরখাস্থকারিদুগী মত্তা তাজ হায়বসি মালেম পৃম্বনা শকখঙনরবা মোনুমেন্টনি, ঙসিদি মীওইবগী থৌদৌনা মহৌশাগী তেকহন-কায়হন ঙম্বা শাফুসু য়াওনা য়ৈবদা শোকথরক্লিবসি কন্ননবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোয়গী তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌ অমনি। অদুনা কোর্টনা য়াথং তাবিদুনা তাজমহলগী অকোয়বদা নিল্লিবা মোৎলবা নুংশিৎসি অশেংবা ফংজনবা হুকুম অমা তাবিফম থোকই, হায়বনি। তাজ ট্রাপিজিয়ম হায়দুনা তাজমহলগী অকোয়বদা নক্না লৈরিবা কোল্লিবা মফম মনুংদুদা লৈবা ইন্দষ্ট্রি ২৯২ খক খন্দোক্তুনা কোর্টনা মখোয়না তৌগদবা থৌদাং অসুম্না পীরমই,

১) পরেং লেংথোক্তুনা খন্দোক্লবা ইন্দষ্ট্রি ২৯২ খক্তুনা গ্যাস ওথোরিতিজ ওব ইণ্ডিয়া লিমিটেততা ১৯৯৭ কি ফেব্রুৱারীগী মমাঙদা মৈ শীজিন্নবা গ্যাস পীননবা অইবা চে পীশিনগদবনি।

২) গ্যাস ফংবা খুদোংচাদবা নত্রগা গ্যাস লৌদুনা চলাইবা য়ারোইদবা ইন্দ্রষ্ট্রি ওইবগনা উত্তরপ্রদেশ স্লিক ইন্দষ্ট্রি ডেভলপমেন্ট কোর্পোরেসনদা ফেব্রুৱারী ১৯৯৭ গী তাং ২৮

ফাওবগী মনুংদা চে থাদুনা ম ফম হোংদোক্লবা তৌগদবনি।

৩) গ্যাস ওথোরিতিজ ওব ইণ্ডিয়ানা ১৯৯৭ কী মার্চকী তাং ৩১ ফাওবগী মনুংদা চে থারকপগা ইন্দষ্ট্রি খুদিংমক্তা গ্যাস ফংহন্নবা তৌগদবনি।

৪) গ্যাস লৌনবসু হোৎনদ্রবা নত্রগা হোংদোক্লবসু তৌদ্রবা ইন্দষ্ট্রি অমনা তাজ ট্রাপিজিয়মগী মনুংদা কোয়লাগী মতেংনা থবক তৌবা ১৯৯৭ গী এপ্রিলগী তাং ৩০ গী মনুংদগী থবক লেপকদবনি। ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেট অমদি পুলিসকি সুপরিন্টেণ্ডেন্টনা হুকুমসি চপ চানা চৎহনগদবনি।

৫) গ্যাস ওথোরিতিজ ওব ইণ্ডিয়ানা ১৯৯৭ কী তাং ৩০ দগীদি ইন্দষ্ট্রিশিংদুদা গ্যাস ফংহন্নবা থবক হৌরগদবনি, লোয়ন-লোয়ননা অদুগুম্বা ইন্দষ্ট্রিশিংদু কোয়লা শীজীন্নবা খুদক্তা লেপকদবনি।

৬) সরকারনা নত্রগা কোর্পোরেসন্না ১৯৯৭ কি মার্চ তাং ৩১ ফাওবদা হোংবা পাল্লবা ইন্দষ্ট্রিশিংবু হোংহন্নবা মফম ফংহনগদবনি।

৭) ম ফম অনৌবা পীরবা ইন্দষ্ট্রিশিংবু তাজ ট্রাপিজিয়মগী মপানদা থুনা হোংদোক্লবা তৌদুনা ১৯৯৭ কি ডিসেম্বর ৩১ ফাওবগী মনুংদা হোংদোক্কদবনি।

৮) আগ্রাগী ডিপুটি কমিস্নার অমদি পুলিস এস পি না ১৯৯৭ কি ডিসেম্বর ৩১ দগীদি হোংদোক্লবগীদমক্তা ইন্দষ্ট্রিসিংদু থোঙ থিংজিনহনগবনি, গ্যাসনা চলাইবা কাঙবুদদি তৌরোই।

৯) ইউ পি সরকারনা হোংগদবা ইন্দষ্ট্রি পূম্বদা পাংবা য়াবা মতেং পূম্বা পাংশিনগদবনি অমদি আগ্রা মাষ্টর প্লানগী পোরমদুদা চাউখৎলক্লবা পুক্লীং থৌগৎকদবা থবকসু তৌবিগদবনি

১০) ইন্দষ্ট্রি ২৯২ দুদা থবক তৌবা শিন্মী পূম্বা মাগী শিন ফমদা অকায়বা অমত্তা পীরোইদবনি। অনৌবা হোংদোক্লবা ইন্দষ্ট্রিশিংদুদা থবক চপ চানা পীগদবনি। হোংদোকপা নুমিৎতগী নৌনা অমুক থবক তৌবদা লেপ্পা মতমদু শূখিবা মতমনি হায়না লৌদুনা খূৎশূমন চপ চানা ফংহগদবনি।

কোর্টনা নুংশিৎতা অমোৎপা চেনবা মতৌদু তাজ ট্রাপিজিয়মগী মনুংদা থিংননবা য়াথং খরসু তৌখি খুদম ওইনা,

১) মথুরা রিফাইনরিদা ঈশিং শেংদোক্লবা থৌরম পায়খৎনবা থৌদাং;

২) মথুরা রিফাইনরিদা ফমুং ৫০ চনবা লায়েংশঙ অমা লিংখৎতুনা অকোয়বদা লৈবা মীওইশিং মাগী থৌদৌনা নাবকপদু লায়েংনবা থবক পায়খৎপা;

৩) আগ্রাগী লম্বী থৈদোকপগী বাই পাস অমা শাবা। কিলোমিটর ২৪ শাংবা লম্বীদু থুনা লোইশিন্দুনা মৈখু থোকপা গাড়ী ময়াম থৈদোকখিবা;

৪) প্লানিং কমিসন্না পী ফম থোকপগী লুপা ক্রোর ৯৯.৫৪ হেল্লা কাইহন্নবা যাথং, মদুনা তাজ ট্রপিজিযম্না কোনবা মফমদুদা লেপ্পা লৈতনা ইলেক্ট্রিক ফংহন্নবা তৌগদবা;

৫) গোকুল বেরেজ শাদুনা আগ্রাদা থরুবা ঈশিং মরাং কাযহনবা লোয়ননা তাজমহলগা লেঙ্গোন্নদুনা লৈরিবা যমুনা তুরেলবু থরায় হাপ্পগী থৌদাং,

৬) তাজমহলগী অকোয়বদা পোৎফম অমদি দুকান ফম্লিবশিংদু খুদক্তা লৌথোকহন্নবা থৌদাং;

৭) অরোইবদা ভারত সরকারদা আগ্রা হায়বা লমদমসি পরমপরাবু মশক তাকপা সহর হেরিটেজ সিটিনি হাযনা লাউথোকপা য়ানবা থা ২ গী মনুংদা থবক পায়খৎনবা হুকুম।

মহৌশাগী শক্তম ঙাক্নবা ভারতকী শক্তাক্লিবা তাজমহলবু কন্ননবা সুপ্রিম কোর্টকী লাংতক্নবা ৱাখলদু তশেংনা পুক্নীং থৌগৎনিংঙাই। অদুবু সুপ্রিম কোর্টতগী তাম্না লৈরিবা লমদমসিগীসু শক্তম মাঙশিল্লকপা মৃৎখিবা য়াবা মতাং ফনা য়াম্না লৈরে। তুরেলদা ডষ্ট বিন, তোইলেটনচিংবা ফোঙনা ওইশিল্লিবা। কংলা, লংথবাল চীং, মাইবম লোকপা চীং, কৌব্রু, লৈমা চীং মৈতৈ নিংথৌগী শঙ্গায়নচিংবা রাই অসিদা য়াওরিবা ৱাফমসি পাবিরুবদা কনাগুমবা লৈবাকমচা তাবা কনানা চোংথোরক্তুনা শক্তমসি কন্ননবা তৌবিরক্রুবদি ৱাযেনশঙনসু মায়কৈসোমদা পুক্নীং চঙই হায়বসিমতং হায়জনিংই।

# ময়া তারবা আইন খরা

**আইন** হায়বসি মীওইবনা চৎননবা পথাপ খরনি। অদুবু ইলহন্নবা কিহন্নবা দন্দী অমা লোয়নৈ অমসুং দন্দীদুবু কিবনা চৎন-পথাপ অদু ইন্দুনা চৎনৈ অমসুং লমহেনবা কযাবুনা ফারগা বিচাব তৌদুনা ব্রায়েনশঙনা চৈরাক পী। মসি চাউখৎপা সমাজ অমাগী চৎন-লোনচৎনি। সমাজ মরা তপ্পা পান্নবগীদমক্তা সমাজসিবু শারিবা মীওইশিংনা ইন্দুনা চৎননবা পথাপ খবা লৈতবা ইয়া য়াদে। অসিগুম্বা চৎন-পথাপ মরকসিদগী ক্রিমিনেল লো নৎত্রগা পেনাল লো হায়না খঙনবা আইন অমা লৈরি। মসিমক্কি ঙসি নৈনবদা য়াম্না মরু ওইরক্লবা।

কুইনা শীজিন্নদুনা লৈরক্লবা থাঙ অমা ময়া তারকপগুম করিগুম্বা আইন খবদি ময়া তারকপগুম তৌই। অমনা কুইনা শীজিন্ন দবদগী কাক্সথাঙ ওইদুনা মথৌ হল্লবা ওইবস্ য়াওরে।

ইন্দিয়ান পেনাল কোদ অশম্বিদা আই পি সি ১৮৬০ দগী চৎনরকপনি সেক্সন ২৭৬ তা কনাগুম্বা চানরিবা ঈশিং হিদেন তাফম, ইফূৎ নৎত্রগা পুখ্রী অমা মীনা শীজিন্নবা য়াদনবা মওংদা ওইহল্লবদি দন্দী তৌগনি হায়দুনা লাওথোক্নুনা লাকই . মসি আইন শেম্বা কাঙবুশিং না অদুনৈদগী হৌনা মীওইবগী থব্রায় ওইরিবা ঈশিং হায়বসি শেংনা থল্লবা থৌদাং অমা মীয়মদা পীরগা অদুবু কায়না চৎলকপা কাঙবুনা দন্দী তৌনি হায়দুনা কিংনবদুনা তৌবক্তনবা উপাই ওইনা শীজিন্নরগা য়াদ্রগনা দন্দীদু তৌবনি। অসুম্না আইনসি লৈনা লৈনা মায়াম্না চাননবা ঈশিং ওইবা য়ারবা তুরেলশিংসি শহর ময়াময়মক্তদা ঙসিদি হুন য়ুমংগী নোংম-নোংমগী পৈখৎনরকপা লূখাক-চগুম, হাপু-হনাই ময়াম ময়াম পেকথোক্লবক্লগা খোং ময়ায়মক্তদগী তুবেলন্দা হৈথনার লমদমসিগী লাইরিক হৈবা মীওই কয়া কয়াস্ উদি উই অদুবু পঙখাঙদা খাঙডি। লমদমসি অফবা তৌবস্ ফৈ হাযবিদে ফৎতবস্ ফত্তে হায়দে। ঙসি করিগুম্বদা আইনসি চৎনহল্লবদি শহরগী ইমুংগী মী অয়াম্বা দন্দী ফনৌংঙাই ওইগনি লোইনা জেলদা লৈবা যারবা থবক মক্তনি, দন্দীরোমদা অমুক য়েংলুরবস্ য়াম্না চূনদ্রে। দন্দীদুদি কৈগুমশঙদা বন্দি ওইনা থা অহুম অমদি ফাইন ওইনা লুপা ৫০০ ফাওবা তৌবা য়াই হায়বসিনি। দন্দীসি য়াম্না লীকমল্লে।

দন্দীগী রাফম তোক্তুনা প্রজানা ভাব তাবরোমদা য়েংলুবা তাববদি ভারতকী পার্লিয়ামেন্টনা ১৯৮৬ তা দি এনবাইরোনমেন্ত প্রোতেক্সন এক্ট শেমগত্লবনি। মসিদা অকোয়বসি মোৎশীৎহল্লকপা থিংনবা মহৌশাগী শক্তম যোকখৎনবা থৌদাং অমদি লন্থী কয়া মরু পুথোক্লবনি। জুন থাগী তাং ৫ বু ভারতথক্তা নত্তনা পৃথবীগী ওইনা ৱার্ল্ড এনবাইরোনমেন্ত

দে হায়না পাঙথোক্লরবনি। ম ফমসিদসু অদুম মপাঙথোক্লে। অদুবু, মীনা চাবা য়াবা তুরেল ঈশিং মোৎহনবগী থবক্তি লেপ্পা লৈত্রি। আই পি সি মথৌ হল্লবরা নৎত্রগা লমহেনবা প্রজানা পাঙ্গল হেল্লবরা নৎত্রগা লমদমসিগী প্রজাশিংনা চৎথরিবা মতৌসি করিমত্তা কায়দে হায়রিবরা ? বিজ্ঞানদি কবি হায়রি ?

ঙসি তোত্তি পাইপ শুৎলগা কোম তৌদুনা ঈশিং য়ারিবা; তুরেন্দা অমোৎ-অকায় তৌশিল্লিবা, মীযমগী খুলগী পুখ্রীদা ফি শূজিল্লিবা পূন্নমক ইপা-ইপুশিংনা চুমদে তৌনু হায়না ঐখোয় পূম্বা খঙজনবা আইন শেমদুনা থম্বিরম্বনি মসি থুনা ভাব তানবা হোৎনহৌদ্রবদি মতম হেনখিবা তারে।

য়ু থক্লগা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী থৌবা হায়বা থৌদৌসিমকপু ঙসি য়াম্না খন্নবা চুম্বা মতাং অমনি। ঙসি য়ু হায়বসি সমাজসিদা ফোংনা অথিংবা লৈতনা শীজিন্নবা মীয়ামগী লোন্দাদা হীদাক হায়না মিংথোনবা পোৎ অমা ওইবে। আই পি সিগী সেক্সন ৫১০ দা কনাগুম্বনা য়ু থকচীল্লগা অচৎ-অওক্তা ৱাই চিলহল্লবদি মাবু পুং ২৪ ফাজীন্দুনা অমদি ফাইন লুপা ১০ ফাওবা তৌবা য়াই হায়না ইরি। দন্দীসি যাম্না পীকমল্লি। মসিনা য়ু থক্তবা অমদি মীয়মদা ৱাই চিলহনবা কোকহন্নবা লম্বী অমদি ওইদে। গাড়ী এক্সিদেন্ত থোক্লিবা অয়াম্বা য়ু থক্লগা গাড়ী থৌবদগীনি হায়নবা প্রমাণ ওইবা য়াবা অমদি ১৯৯৯ দা দিল্লীদা ফোঙবা পাও ওইনা দিল্লীখক্তদা গাডী থেংজিন্নদুনা শোকপা কেশ ২,০৬৫ নি. মদুগী কেশ ময়ামদুগী মনুংদা মী ১, ১২৩ শিখ্রে। কেশ ময়ামদুগী তঙ্খাই অমদি য়ু থক্লগা গাড়ী থৌবদগী থোকপনি। ঙসি চেকশীন্দনা গাড়ী থৌবদা অতোপ্পদা অশি-অনা থোকহনবগী মরান্দা আই পি সিদা পীবা যাবা দন্দীসি থা তরুক ফাওবা জেলদা থম্বা অমদি ফাইন লুপা ২০০ ফাওবদনি। অমরোমদা তশেংনা দন্দী তৌখিবা কেশসু পঙলৈ লৈতে। অমরোমদা শেলদি ইপায় পায়নরবা যুগসিদা ইনাক খুনবা মমা-মপাগী মচাশিংনা দন্দীসি তারুবদা কিগদবা লৈত্রে। ঙসি ইঞ্জিন পানবা গাড়ী লোইনদবা মী পঙলৈ লৈত্রে। খুদোংথীবসিদি লুমদুনা লৈবগুম্লে খূউ শেনবা মথৌ তাই অশোকপা অশিবতনি মাঙজবা। মতম চানা লাকশীলহৌরবতদা ফগদবনি আইনসু ময়া তারকপা মীয়মসু য়ূম্লোন্নবগী খন্নদবা অশোন-অনাকাদি হিংবা লৃহনগদৌরি।

চাবদা হূ য়াওখিবা মসিনা মীয়ামদা পুরকপা অৱা-অনা প্রামাণ খরা লমদমসিগী মচী মচীদা থোকপগী পাও লৈবে। অয়ুক অঙনবদা হোতেল অমদা তল চারুবা কাঙবু অমা দাক্তর য়ৌনখিবগী পাও হন্দক্তা তাখি। তলগা পাবা মঙ্গল উতিদগী ওইরম্বা য়াই হায়নসু হায়নরকখি। দুকান্দা যোনবা হৈ মহী থক্লুবা স্কুলগী অঙাং কয়াসু শিখিবগী পাওসু লৈরে। হৱাইচার থাক্তুনা থোংবা ইঞ্জাং খবা চারুবা কাঙবুসু লায়কন্নখিবগী পাওসু তত্তনা লৈরি। য়াউশঙ চাক চানবদা চাক চারুবা পূম্বা হোস্পিতালদা পুখৎনখিবগী ৱারীসু য়াম্না কুইদ্রি। অসুন্না চাবদা হু চেনবা পোৎতা পোৎয়ান তৌবা থৌদৌ ফুদ এলল্টরেসন হায়বসি দন্দী

তৌনবা প্রিবেন্সন ওব ফুদ এদল্টরেন এক্ট, ১৯৫৪ হায়বা আইন অমা চৎনরক্লিবা কুইরে। অদুবু, আইনসিগী কান্নবা প্রজানা ইফং ফংদ্রি। লমদমসিদদি মসি কাম্থথাঙ তারবা ময়া কোহিলং চারবা থাঙ অমগুম্লে। আইন নত্তবদা প্রজানা ইশানা ইশাবু ৱারকচবনসু যন্না য়াম্না খুদোংথীবসিদগী নাম্থোকচবা ঙমগনি। অমরোমদা প্রজাগী য়াই ফন্নবা লৈরিবা আইনগী কান্নবসু ফংবা য়ারগদি থরগা হেন্না খুদোংথীবদগী লাপ্পা লৈবা য়ার্গনি। মথৌ অমুক শঙলগা থাঙ অমবু চপ চানা অমুক ময়া থৌহনবগুম লৈজরিবা আইনশিংসি মশক খঙদুনা মসিগী মখাদা মথৌ তৌগদবা অঙস্বা কয়াদা মথৌদু থিন্দুনা তাক্কুনা মথৌ তৌহন্নবা তৌবা চুমই। আইন ময়া থাংবা তাই, মথৌ শঙবা তাই, আইনগী থাংশাংনা য়ৌবা ঙমদবা লৈতে আইন্না পূন্নমক্কী মথক্তা লৈবনি লৈ ফমসু থোকপনি লৈহনবসু চুম্মী।

# কাউনখ্রবা, চৈরাউবদা ঙমু থাদোকপগী চৎনবীবু ঙসি আইন্না শকখঙনবা হোৎনবা

**লমদমসিগী** লাইঙরুশিংনা চহী হৌববু অহিংসাগী রাখল্লোন অমনা হৌহল্লকই মদুগী খুদমদি চৈরাওবা নুমিৎ খুদিংগী যুমথোং খুদিংগী ওইনা ঈশিংদা ঙমু অহিংবা থাদোক্তুনা অফা-অপুন নংলুরবা মীগী চীঞ্জাক ওইবা ঙমু ঈশিংদা অমুক থাদোক্তুনা নীংতমহন্দুনা জীব অমা হিংহনবগী পুক্নীংদা ফাওরকপা নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা চহী অদু হৌহল্লি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েং অমনা য়েংলবসু মৈতৈ যুম ময়ামসিনা ঙমু অমমতা ওইরবসু পুখ্রীদা থাদোক্নরবদি ঙাগীমশীং য়াম্না হেনগৎতুনা মৃৎখিবা য়াববা ঙমু হায়বা জাৎ অসি য়োকখৎপদা চাওববা মতেং অমা ওইগনি। মৈতৈ লমদমদা ঙমু হায়বা ঙাসি য়াম্না মরুওইবা ঙানি। অঙাং অমা পোকপা মতমদা পোৎয়েং চৎনবদা মৈতৈ ঙমু পুরগা চৎনবী ঙসিসু মাঙদ্রি। রাফম অমনা লুহোংবা নুমিৎ অমদা বর কন্যা অনীগী মঙ্গলগী দমক্তা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্লিঙৈদা পুখ্রীদা ঙমু অনীখক থাদোকপগী চৎনবী ঙসিসু মাঙদ্রি। ঙমু অনীদু কৈথেলগী লুকমায়দগী লৈরকপা ওইগদবনি। হায়বদি মীনা সোয়দনা লৈদুনা চাখ্রগদবা ঙানি অদুগুম্বা ঙাদু লৈরগা ঈসিংদা থাদোক্তুনা নীংতমহল্লগা বব কন্যাগী পুন্সি নুংশাংনবা নিজবনি।

লমদমসিদা অহিংসাগী চৎনলোনচৎ য়াম্না লৈরকই, খুদম ওইনা লাই হরাওবদা য়েলহিং থাবা, খুনু কৎপা, দশাগী ওইনা ষন পূজা তৌবা, গোবর্দ্ধন পূজা নুমিৎতা লাইগী মিংদা কাও থাদোকপনচিংবনি। লাই হরাউবদা য়েলহিং থারকপা য়েন ফানরমদে। অদুগুম্বা য়েনসিং দু নারক মোংশোঙদা লময়েন ওন্দুনা শান্নদুনা লৈজরমই। লাইদা কৎপা খুনুশিং লাইশঙ মতোন্দা করিদা তোংদুনা নীংতম্না লৈজরকই।

অদুবু, ঙসিদি অসিগুম্বা ফজখ্রবা চৎনবীশিংদু লোইনা মথক মখা ওন্দুনা চৎনরে। লাইদা য়েলহিং থাবা য়েন, খুনু কৎলিবা মীনা খুরুম্লগা পুশিন্নখিবা য়াম্না চৎনরে। দেবী পূজাগী নামাদা হমেং ইরোই কয়া বলি তৌবী। চৈরাওবদা ঙমু থাদোকপসু তোক্লখ্রে। অফবা শা যণ পুথোকপদা মতেং ওইনরম্বা কাও থাবগী চৎনবীসু কয়া লৈত্রে। লম্নক্নী শা উচেক্লচিংবা কয়া ফাদুনা চাবদা অমত্তা নৈশিল্লকত্রে। শাইজিন মতোন্দা মকোন শাগনবা শেন্দ্রাং শেম্বাং কয়াসু কিদুনা পাইনখ্রে।

লমদমসিদা চৎনরকপা শা ঙা য়োকখৎপগী চৎনলোনচনশিং ঙসিগী আইনগী মীৎয়েং না অমুক্তং য়েংদুনা শক খঙদোকপা চুমই। শোক ১৯৬০ দা শেমখিবা ঙসিসু চৎনবিবা

আইন প্রীভেন্সন ওব ক্রুয়েলটি টু এনিমেল এক্ট নীংশিংবা য়াই। আইনসিনা শা ঙাদা উচেক্তা তাথী তাওইনা তৌবা তমথীনা ওৎ-নৈবা মীবু দণ্ডি তৌগনি হায়না লাওথোক্নুনা লাকই। লোনথোক্তবা ৱাকৎপা ঙমজদবা শা ঙা উচেকশিংগী য়াই ফনবা শেম্বা আইন্নি। শোক ১৯৫০ দা চৎনবা হৌরকপা ভারতকী কন্সটিট্যুসন ১৯৭৭ তা ৪২ শুবা এমেণ্ডমেন্টনা আর্টিকল ৪৮ এ হাপচিল্লকই অমসুং ৫১ এ দা ফাণ্ডামেন্টল ডিউটি হায়না নাগরিকশিংগী দায়িত্ব ময়াম অমগা হাপ্লে। কন্সটিট্যুসনগী হাপচিল্লকপা মতাংসিংদুদি অহানবদা ষ্টেটশিং না লম্লক্কী শা ঙা-উচেকশিং য়োকখৎপগী দায়ি লৌগদবনি হাযরগা নাগরিকশিংদা দায়ি ওইনা শা ঙা উচেক জীব পানবসিংবু নুংশিননা য়েংবিনবা মথৌ হাপখ্রবনি।

সংবিধান আইন্দা শা ঙাগীদমক্তা য়োকখৎনবা থৌদাং ফনা হাপ্লবসু শাঙাগীদমক্তা কনানসু খন্থবিরুদে অমরোমদা মখোয় মশানা চোংথোরক্নুনা ৱাকৎপিগদবসু নত্রে শা ঙাগীদমক্তসু খনবিবা ঙম্বা নাগরিকশিং থোকপা ঙাইবা তারি। নত্রগদি মী ফাওবা খুয়া তুশিৎনা পানবা ফংজদ্রবা লমদমসিদবু শা ঙাগীবু কনানা ইরায় লায়না হেক্তা ৱাবিগদৌরিবনো। শুমাঙ মতোন্দা চাক্তাবা লাকপা লমখুনুশিং ইপা ইপুগী থৱায়না ওনবনি হায়দুনা চেঙ থোইদিং থাদোকউ হায়না তম্বীরকপা চাউখৎপা লোনচৎ ঙসি কনাসু নীংশিংদে ফাদুনা হাৎলগবু চানৈ। হৌদোঙ হাৎপদি সনানা শমু মকোকমুক চাউবা অমা লাইদা কৎলবফাওবা পাপ্ত কোক্কে হায়না তম্বাদুনা য়ুমদা লোইবা হৌদোঙগুম্বা অশোনবা জীবশিং হিংহন্নবা শেম্লম্বা চৎনবী ঙসিদি থৌওইনদে। অদুবু ঙসিদি চৈরাওবা লাক্লে অহিংসা ৱাখল্লোন্না শেম্লম্বা চৎনবী মরক্তা ঐখোয়বু হিংহল্লকপগী তৌবিমল ওইনা নুমিৎ অসিদংদি নীংশিং নবা য়াই চহী হৌবদা অহিংসানা হৌহল্লকপা ইপা ইপুশিংগী অপাম্বা ৱাখল্লোন্দু অমুক্তং নীংশিংনবা।

জীবশিংগা মীওইবগা লৈনবা ৱারীদি ধর্ম্ম গ্রন্থরোমদা য়েংলুবদা মরাং কায়না য়াওরি। ভক্ত কবি জযদেবগী দশবতার গীতগোবিন্দদা য়াওরিবা শ্রীহৰিগী ঙাগী অবতার, থেঙ্গুগী অবতার অমদি ওক্কী অবতাব থোইদোক্না নীংশিংবা য়াই। প্রলয়গী মতমদা পাকচাউরবা সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাইবঙপানবসি লূপথ্রবদা বেদশিংবু লৌখৎপিদুনা ঙানা তাইবঙ পানবগীদমক্তা তৌবিরম্বা থবক নীংশিংবা য়াই। কবিনা শকখি কেশব ধৃত মিন শবি জয় জগদিশ হরে। হিংচাবনা মালেম পৃথিবীবু ঈরোন্নুংদা লোৎশিনখ্রবদা অধর্ম্মগী খুত্তগী মালেমবু কন্ননবা শ্রীহবিনা ওক্কী শক্তম লৌদুনা লূম্লবা মালেমবু ময়ামতোন্দা তোংহন্দুনা ঈবোন্নুং দগী পুখৎখিবা মতাংদুনি কেশবধৃত শুকররূপ জয় জগদিশ হরে। ঈনুংদগী পৃথিবীবু থাঙ্গৎলবদা লূম্লবা মালেমবু নঙ্গন্দা পোদুনা তক্লবদা নঙ্গনদা পাক চাউনা তঙদুনা লৈরবা শ্রীহরিগী থেঙ্গুগী শাইওন কবিনা শকখিবা কেশ ধৃত কুর্ম্মশরির জয় জগদিশ হরে।

জীববু নুংশিনা তৌবগী চৎনবী মহা পুরুষশিংগী ম ফমদা উবা ফংই। যীশু খৃষ্টনা মরেংজুমদা য়াও মচা অমা তোংহন্দুনা মশানা মশাবু য়েংশিঞ্জবা ঙমজদ্রিবা যাও মচা অমা

নুংশিনা লোয়নবী। গৌতম বুদ্ধনা হায়বমই, নঙনা শেম্বা ঙমদবা পোৎ অমা মাঙহনবগী হক লৈতে। অদুনা, জীব অমবু ঐনা শেম্বা ঙমদবমুক ঐনা হাৎপসু ঙম্মক্ষ থোক্তে। থায়নগী হিন্দু চৎনবীদা যজ্ঞ তৌবদা শা হাৎপগী চৎনবীদু য়ানীংদবা উৎতুনা মানা হায়খি, অহিংসাহি পরমো ধর্ম্মঃ।

মহাত্মা গান্ধীনা হায়খি, করিগুম্বা তুংকোইনা চৎকদবা পোৎশক অমত্তা হিংসানা য়ুম্ফম ওইরগা তৌবা য়ারোই হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

অদুনা চৈরাওবনা লাক্লবদা ঈপা ইপুশিংনো পীরম্মা থৌদাং কাওথোকপা য়ারিবরা মদুদি অহিংসা ! ইপা ইপুশিংগীদমক্তা লাইরুক চন্দুনা থাদোক্লরিবা কোম্বীরৈ, কুসুমলৈ, লৈরী, খোঙ্গুম্মৌল্লে, উহৈদনা মালহৈ, নোঙ্গাংহৈ, হৈরী, হৈতুপনচিংবা হৈচল-লৈচল হাপ্তুনা কৎনরিবা, পুথ্রীদা ঙমু থাদোক্লরিবা, চাক চানরবা মতুংদনা চীং কাদুনা উ-ৱা, নাপী-শীংবী অশেংবা নুংশিৎ নুংশা মরক্তা ফমদুনা অনৌবা চহীবু ওকচবা প্রকৃতিগা মীওইবগা নকশিন্নহনবা চৎনবীনি। ধর্ম্ম গ্রন্থরোমদা য়েংলবসু ঈশ্বরনা শা ঙাগী শক্তম লৌদুনা মালেমবু কন্ননবা লৌথিবা থৌদাংবু নীংশিংদুনা শা ঙাবু নুংশিনা য়েংবিবা ঐখোয়গী ইথৌনি। ক্বাক ক্বাক হায়না খোংলকপবু রাম নাম শোনবনি হায়না লৌনবগী ৱারী তারুবগা মফম মরাং খঙদনা নুংশিবা ঙমদ্রবসু কাক্লা অপুম- আশা চাগোক্তুনা নুংশিৎ-নুংশা শেংনা থম্বগী চাওববা থৌদাং লৌবনি খন্দুনা নুংশিবা ঙম্মক্ষ থোকই। কবিতাদা ইবা ইনুং শোরা তৈরক্লে ক্বাক্কী লানবাউ শীক্লে হায়বা ৱাফম ক্বাক্লা পাইখ্রবদা আর্থ থোক্লক্তরে।

ইপা ইপুশিংনা পীরম্মা থৌদাং চহী হৌরকপদা ঙমু থাদোক্তুনা অহিংসানা হৌবগী চৎনবী অমুক ঙাক্লা চৎপা চুমই। ঙসি হিংসোনা চৎনবী ওইরকপসিদা শান্তি পান্নরবা প্রজাশিংনা থিরি অচিকপা ! অহিংসানা মদুগী পাউখুম্নি। আইন সংবিধানদসু অহিংসাগী পাউজেল থরসু ময়াওই, ধর্ম্ম গ্রন্থদা যাওই, মহাকপুষশিংগী পুন্সিদসু মরাং কায়না য়াওই। মদু য়োকখৎপতনা চৈরাউবা নুমিৎসিদা ইপা ইপুগী লমন শিংবা শকনি।

# নাপী-শীংনা উ- ৱাগী মতেংনা লমদম অমগী তিঞ্জেন লায়চেন কোক্লবা লম্বী অমদি আইন

**অহল** লমনশিংনা ইরুজবগী চাইথবদা ঈশিং হৈথ-হৈথনা মচীন্দা শোয়ে গঙ্গা, যমুনা, বাধাকুণ্ড, গীরিগোবৰ্দ্ধন হায়দুনা ভারতকী পরম্পবাদা য়েংলুরবসু নুমিৎ, থা, পৃথিবী, সমুদ্র উমং ৱামং পৃন্বা ঈশ্বরনি হায়না খুরুম্নে। মুণি ঋষিশিংসু উমংদা চীংখোঙদা চৎতুনা লাই নীংনরমই। অসুম্না মীওইবগী পুন্সিগা উ-ৱা, নাপী-শীংনা, শা-ঙাগা নক্নবা মবী অমনা লৈনদুনা লাকই। থায়নগী পাউরৌদসু হায়নৈ কৈগী মপাল নাপীনা তাংই নাপীগী মপান কৈনা তাং ই। ঙসি মণিপুরগী মশক তাক্লবদা নাপী-শীংনাদা শিরোই লিলি, তখেল্লৈ, কুন্দালৈ অমদি শা ঙাদা কৈবুল লমজাওগী শঙাইনা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা অসিগুম্বা মতমসিদা ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈবা উ-ৱা নাপী-শীংনা ময়াম কোকথোকপা, লম্নলক্কী শা ঙা কাপ্তুনা ফাদুনা কৈথেলদা য়োনবা, তুরেনগী শেংলবা ইচেন্দা অমোৎপা খোংবান থাজিনবা, অয়ূক য়ুমদা য়ুমদা লৈবা হাপু হানায় ময়াম অমা খোমদোক্লগা তুরেন্দা হৈথবা অসিনচিংবা খাম্বিনবা লৈত্রবা মীওইবগী কা হেনবা লমচৎ শাজৎ প্রকৃতিগা শীংদুনা লাকপসি হন্থবকপদি লায়রদুনা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই।

শোক ১৮৬০ দগী চৎপা হৌরকপা আই পিসিদা ১৪ সুবা পন্দুপতা কনাগুম্বনা মীগী পুন্সিদা খুদোংথীহনবা য়াবা লায়না শন্দোক্লবা তৌবম্বা মীয়াম্না চানরিবা ঈশিং মোৎহনবগী থবক তৌরম্বা থবকশিং দণ্ডি তৌগনি হায়না লাওথোক্তুনা লাক্লি। অন্তর্যাতিগী থাক্তা ১৯৭১ গী ষ্টোকহোলম কন্‌ফরেন্স অমদি ১৯৯২ গী রায়ো কন্‌ফবেন্সতা মীয়ামগী হকচাং তীঞ্জেন লায়চেনদনা খৃয়া তুশীংনা হিংবা ঙমজনবা এনভাইরোমেন্ট য়োকখৎপগী থৌদাং পায়খৎকদবনি য়ানখ্রবনি। এনভাইরোমেন্ট হায়বদি ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক অমদি মখোয়গা মীওইবগা লৈনবা মরী লোয়ননা লেংলি পাল্লিবা জীবশিং উ-ৱাগা লৈনবিবা মরীদুবুনি।

ভারতকী কন্সটিট্যুসনন্দা অহানবা সেম্বদদি য়াওরকত্রবসু শোক ১৯৭৬ তা ভারতকী লৈঙাকপথাপসি শেমদোক্তুনা আর্টিকল ৪৮ এ অমদি ৫১ এ(জি) হাপচিল্লক্তুনা ষ্টেটশিংনা মথৌদাং অমা ওইনা অকোয়বগী মহৌশাগী শক্তম, অমদি উমং-ৱামং শা-ঙা ময়াম য়োকখৎপগী মথৌ পায়খৎকদবনি হাযবা য়াথংগা লোয়ননা ভাবতকী নাগবিক অমা ওইনা ঐখোয় খুদিংমক্না মহৌশাগী শক্তম য়োকখৎপা অমদি উমং, পাৎ তুরেন অমদি লমলক্কী শা-ঙাবু ঙাকশেনবগী থৌদাং লৌগদবনি হায়না ইথৌ পীখ্রবনি। চহী কুন হৌখ্রে ঐখোয়গী অকোয়বগী শক্তমদি নোংম নোংমগী মমায় চামশিন্নকই তুরেল মপান্দা গার্বেজপীত শাই

মদ্ খোমদোক্তুনা পুমদুনা মীপুম খুদিংমক্কী নাতোন মেন্ননীংঙাই ওইরিবা লায়না শন্দোরক্কনি হায়নগী করিসু নাচুংনদে। তুরেন খোংনুংদা মনুংচঙ ফম শাজিল্লিবা ঐখোয়গী মীৎমাঙদনি। অমোৎ অকায় ময়াম অমা খোঙনুংদা হৈথদুনা লেপ্পা লৈতনা তুরেন মোৎশিনবা নোংমে নোংমগী হেনগৎলকই। অসিদা নত্তনা য়ু শুংবগী অমোৎপা নালা কয়া তুরেন্দা থাজিল্লি। কৈথেলদা উমংদগী লাং খাক্তুনা ফাবকপা উচেক কয়া ফোংনা মমল লৌদুনা য়োন্নরি। মীগী লমদমদদি মহৌশাগী শক্তম মাঙহনর্বসি ঈন্দষ্ট্রি খরা লৈরকপননি। মণিপুরদদি অদুগুম্বা ইন্দষ্ট্রিদি লৈবু লৈতে চুম্না লৌবুক লমহাংদা চেক শাফম ওইদুনা মৈ থাবগী মৈখু অমদি খাংঙমদবা মনম চেনবা মৈখূ থাদোর কপগুম্বদনি।

মহৌশাগী শক্তম কন্ননবা পায়খৎপা যাবা থৌদাংশিং মখল অস্তুমথোক্লা খন্নবা য়াই। অহনবদা সরকারনা আইন পুথোক্তুনা অকোয়বা মোৎশিল্লকপা থিংবা অমগী মপান অমনা তাংনবগী খল্লসি কায়হন্দনবা হায়বগী থোদাংসি লৌফম থোকই। অনীশুবনা, ব্বায়েনশঙশিংনা মীৎশিং নাশিংনা বিচার তৌবা ঙম্বগী শক্তিনা মহৌশাগী শক্তম কন্নবগী থৌদাংসু পাযখৎপীরকপা অদুগুম্বা, প্রজাশিংনা মহৌশাগী শক্তম কনবগী তঙাইফদবা থৌদাং লৌদুনা নুংশিৎ নুংশা শেংহন্দনবা মীওইবগী থৌদৌ পৃম্বা থাদোকপীদুনা মহৌশাগী শক্তম য়োকখৎপা।

**সরকারনা আইন ফনা য়াম্না পুথোক্লে, পনবা য়াবদা ঃ**

১। ফোরেষ্ট এক্ট, ১৯২৭,

২। দি ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৭২,

৩। দি ৱাটর (প্রীনবেন্স এন্দ কন্ট্রোল ওফ পোলুসন) এক্ট, ১৯৭৫

৪। ডি এয়ার (প্রীভেন্সন এন্দ কন্ট্রোল ওফ পোলুসন) এক্ট, ১৯৮১,

৫। ডি এনবাইরোনমেন্ট প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ নি।

ফোরেষ্ট এক্ট অমদি ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্টনা উমং কোকথোকপা থিংবা অমদি লমলক্কি শা উচেক কাপ্পা থিংবা আইন্নি। অতৈ আইনশিংদুনা ঈশিং নুংশিৎতা শেংহল্লক্তবা থৌওং থিংনবনি।

ব্বায়েশঙসিংসু তুমিন্না লৈরক্তে ঃ রত্লম মিউনিসিপাল কেস হায়বা এ আই আর ১৯৮০ সুপ্রিম কোর্ট ১৬২২ দা য়ুং শুংবগী মখাক হৈদোরকপদগী পুমথরক্তুনা মী লৈবা য়ারক্তবদা সুপ্রিম কোর্টনা মিউসিসিপালিটিদা অথুবা থৌরাং পায়খৎনবা হুকুম তাখি। গোবিন্দ সিংহগী কেশ এ আই আর ১৯৭৯ সুপ্রিম কোর্ট ১৪৩ দা দবলরুটি শাফম অমদগী থোরকপা মৈখু অমদি মখোলনা পোখাবা য়াদ্রবা মীওইশিংগী য়েংদুনা থিংজিনখিবা মতাংনি। রুরেল লিটিগেসন এণ্ড এনটাইটলমেন্ট কেন্দ্র দেরাদুনগী কেশ এ আই আর ১৯৮৮ সুপ্রিম কোর্ট

২১৮৭ দা শুনু পেকফম অমা লৈমাইগী মহৈমরোংদা পৎহল্লি হায়দুনা থিংজিনখিবগী মতাংনি। মসিদা নত্তনা কেশ যাম্না লাকখি মদুদা হাযকোর্ট অমদি সুপ্রিম কোর্টনা মহৌশাগী শক্তম কন্নবা থৌদাং লৌবা লেপ্লা লৈত্রি।

অদুবু খ্বায়দগী শোখরিবা মতাংদি নাগারিকশিং ঐখোয়না লৌগদবা থৌদাংশিংদুনি। চীং কোকথোকপা লেপ্লা লৈত্রি; তুরেল পাৎ কয়া হূ চেলহল্লি মীওইবা ঐখোয়ন আমোৎপা হৈথদুনা, নুংশিৎ নুংশা শেংহদনবা থৌদাং কয়ামকমসু তৌবি। মসি খঙদবা, খঙ্গদবা অমদি মীগী খন্দবা থৌদোক ঙাক্তনি। খঙহন্নবা হোৎনবা ওইনা অহানবদা এনভাইরেনমেন্ট ইড়ুকেসন পায়খৎতবা য়াদ্রবনি ঈশিংনা শেংদ্রবা, নুংশিৎনা মোৎলবা চান থরুবা পৃম্বা হূ চেল্লবা ঐখোয়না করম্না হিংগনি হায়বা ৱা ফমসি খল্পবা মরুওই। ইকুই কুইদনা সুপ্রিম কোর্টনা ভেলোর সিটিজেন ৱেলফেয়ার ফোরমগী কেশ এ আই আর ১৯৯৬ সুপ্রিম কোর্ট ২৭১৫ তা সউন নোইফম অমদগী চেম্বরপা মনম্না লৈবা য়াদ্রবা প্রজাশিংগী বিচার তৌনবা 'গ্রীন বেনচ' কৌবা অখন্নবা কোর্ট অমা হায়কোর্টতা হাংদুনা অদুগুম্বা ৱাকৎশিংদুতা অখন্নবা তানবা হুকুম তাখি। ঐখোয়না মসোমদা মায় ওনশিনবা চুমই।

# মতৈ-মনাও খাইনরবা মতুংদা নুপীদুনা নিপাদুদগী তানবা য়াবা শেনগী চাং

**আইন্দা** নিপা অমনা মাগী লুহোংদুনা লৌরম্বা নুপী অমা খাইনববা মতমদা নুপীদুনা অতোপ্পদা মযূম পান্দনা লৈরিমখৈ থাক্নদবনি হায়না ইদুনা লৈ।। তৌবতবু নিপাদু শেন্থোক মতীক চানা লৈবা মী অমা ওইবা অদুগা নুপীদুসু শেন্থোক লৈজদদুনা মশানা থাকচবা ঙমজদবী অমদি ওইগদবনি।

ক্রিমিনেল প্রেসিড্যুওর কোড কী সেক্সন ১২৫ গী মতুং ইন্না ফংবা য়াবা শেন ফমসি বাংলবা লুপা ৫০০ ফাওবদনি। অদুবু হন্দক্তা ২০০২ দা আইনসি হোংদোক্তুনা লুপা ৫০০ দগী হেনবা য়ারোই হায়বদু মাঙখ্রে। অদুনা নুপী অমা মেন্টেনেন্স কেস অমা মাগী হান্নগী নিপাদুগী মথক্তা থবদা নিপাদু ফনা শেন্থোক লৈদুনসু কোর্টনা লুপা ৫০০ দগী হেন্নদি পীবা ঙমদবদু ঙসিদি ঙম্লে।

হিন্দু লো চৎপা মীওইশিংগীদমক্তদি হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৫ দা খাইনবীরবী নুপী অমনা ময়ূম পান্দনা লৈরিমখৈ নিপাদুনা থারুবা থৌদাং অমদি ওন্ন-তৈনবদা নিপাদুনা খুদোংচাদবা ওইরগা নুপীদুনা মরাঙ কায়না মরল লৈবী ওইরবদি নুপীদুনসু নিপাদু অতোপ্পা নুপী অমা থিদ্রিমখৈ থাকপগী দায়ত্য ইদুনা য়াওই। অদুবু পার্মিনেট এলিমোনী হায়দুনা আইনগী লোন্দা খঙনৈ।

আইনসিগী মখাদা তাবা কোর্টকী হুকুম অমগী মতুং ইন্না অকরুবা শেনফম মক্তি লৈতবনিনা সেক্সন ১২৫ ক্রিমিনেল প্রোসিড্যুওর কোডকী মখাদা লুপা ৫০০ খক্তা পীবা ঙম্বা শক্তিদুদগী হেন্না কোর্টনা পীবা ঙমদুনা লাকই।

হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৫ গী সেক্সন ২৫ গী মতুং ইন্না মতৈ-মনাও অমনা আইনগী মতেংনা খাইনজরগে হায়না দরখাস্ত থারকপদা খাইনবগী হুকুম তাবা মতমদা নিপাদুনা নুপীদু থারুবগী হুকুমসু তাবা ঙমই। মদুদা পীগদবা শেলগী চাংদু লেপ্পবগীদমক্তা নিপাদুনা থোকপা শেন্থোক, অতৈ লন-থুম মযাম অমদি নুপীদুগী শেন্থোক, মবল-মথুমসু থিগৎকনি অদুগা লোয়ননা মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ অমদি অতৈ খন্নবা য়াবা ৱাফম কযামরুম খন্নরগা লেপকগদবনি।

তশেংনা আইনগী মতুং ইন্না খাইনবদি নত্তবা অদুবু ঈন্থোকপিবা নত্রগা নুপীদু লৈবা ঙমদদুনা মপামদা হল্লকপা মতাংদসু মেন্টেনেন্স তান্নবা হিন্দু এডোপস এণ্ড মেন্টেনেন্স এক্ট, ১৯৫৬ কী মখাদা তানবা য়াই। মেন্টেনেন্স হায়বসিদা কদায ফাওবা চিংবগে আইনসিমক্তা

শন্দোক্লা তাক্লি। মখোয়দুদি চানবা চীঙ্গাক, শেৎনবা ফি, লৈনবা য়ুম অমা, মহৈ-মশিং তম্বা অমসুং নারক-য়েক্লকপদা ডাক্তরগী মতেংনা লায়েংবা হাযরিবা ৱাফমশিংসিনি। হায়বিবা ৱাফমশিংসিদি শোয়দনা য়াওবগী ৱানি মসি খক্তনি হায়বা নত্তে অতৈ ৱাফম কয়ামরুমসু লাকপা য়াই পুথোক্লরক্লগা।

দিল্লি হায়কোর্টকী মমাঙদা পুথোকখ্রবা কেশ বীনা কালিয়া ভার্সস ডাক্তর জটিন্দরনাথ কালিয়া এ আই আর ১৯৯৬ দিল্লি ৫৪ দা থোকখিবা কেশ অদু নীংশিংবা য়াই। মচা অনী লৈরবী নুপীসিনা মাবু হুন্দোকপিরবা নিপাদূগী মফমদগী থা অমগী লুপা লীশিং ১০,০০০ মেন্টেনেন্সে ওইনা পীহন্নবা কোর্টকী মতেং লৌননবা দরখাস্থ থারকখিবনি। নিপাদুদী আমেরিকাদা শেন্থোক লৈরবা ডাক্তর অমা ওইখিবনি, থাদা ডোল্লর ২,০০,০০০ ফংবা মীওইনি। নুপীদুনা থারকপা থাদা লুপা ১০,০০০ মেন্টেনেন্স পীয়ু হায়বদু কোর্টনা অয়াবা পীখি। মচানুপীশিং দু হয়েং লুহোং-খোঙদোংবা লাকপদা শীজিন্নবা লুপা লাক্ষ তরা অমা ফিক্স ডিপোজিট ওইনা বেঙ্কতা থমগদবনি মদু হয়েং নুপীমচাশিংদু লুহোংবা মতমদা কায়থোকপা য়ানবা মওংদা থমগদবনি।

অসুম্না কোর্টনা মপী-মপি লৈত্রবা নুপী অমদি অঙাংগীদমক্তা ঙাকপি-শিনবীবদি লেপ্পা লৈতে। অদু বু, অয়াম্বা কেশতি কোর্টতা য়ৌরক্তনা লোইনখিবনা অয়াম্বনি, য়ৌরকইবা খবসিনা খুদম ওইনবদা তারে। অদুবু, ৱায়েশঙশিংনা থেংবু থেনেরবদি নুপী অঙাংশিংগী খুদোংচানবা হুকুম খরদি তবা লেপ্পা লৈত্রি।

সুপ্রিম কোর্টকী মমাঙদা য়ৌরকখ্রবা জসবীর কৌর সেহগালগী কেশ নীংশিংবা য়াই মসি সুপ্রিম কোর্টনা চৎখ্রিবা আগষ্ট অসিদা ৱাই তাখ্রবনি। জষ্টিস সুজাতা মনোহর অমদি ডি পি ৱাধৱা অনীনা তাখিবা ৱাইদুগী হৌবকফমদি খাইনবীরবী নুপীসিগী থাগী মেন্টেনেন্স লুপা লীশীং অমখক পীরা য়াম্মন্দে হায়রদে, লীশিং মঙা শুনা পীয়ু হায়রন, গৌরকপদগীনি। কোর্টনা হায়খি, ঈস্থোকপিরবী নুপী অমনা ফংবা য়াবা মেন্টেনেন্সকী চাংসি খুয়া ভুশীংনা হিংজবা ঙম্নবা মহাক্লা লুহোংদুনা নিপাগা লৌমনরিঙৈগী মতমদা লেরম্বা থাক অদুমক্তা মান্ননা হিংবা ওক্লবা ফংহনগদবনি অদুগা কেশ তৌরিদা তিংফম খোকপা শেলসু হঞ্জিনবিগদবনি।

ফংহনগদবা শেলগী চাংদু ওন্নবা পথাপতি নিপাদুগী ফংবা অপূনবা শেন্থোক্তু হান্না পুথোক্লদবনি। খুদম ওইনা করিগুম্বা থাগী তলব ফংজরবসু নিপাদু লৌ-শীংদগী দুকান ভারা শানবদগী অমদি অতৈ লন-থুম কাববারদগী কম্পনীদগী করিদগী লোইনমক খিদোক্তনা হোৎলগা মেন্টেনেন্সকী চাংদু হোৎকদবনি। লেপকদবা শেফমদুবুদি কেশ অদুগী য়েংদুনা খেন্নবা লৈবা য়াই মদু আইনগী মতুং ইন্না লেপকদবনি। জজশিংদুনা হায়খি হিন্দু এডোপসন এণ্ড মেন্টেনেন্স এক্ট, ১৯৫৬ কী মখাদা করিগুম্বা নুপী অমা শেন্থোক লৈত্রবদি মাগী নিপাদুনা, মখোয় অনী হিংমিন্নবিঙৈদা লৈরমবা থাক অদুদগী তাদনা মতীক-মপা চানদনা পঙহেন

হেন্না অমদি ফোয়দুনা লৌবগী ব্রাফমসু থোক্তনবা তৌগদবনি।

সেহ্গালগী কেশ অসিনা মেন্টেনেন্সকী শেনফমগী চাংদু লেপ্পবা অনৌবা পথাপ অমা শেম্লকপনি। কেশ অসিগী মমাঙদদি নিপাদুগী ত লব অদুগা লক্লোন-ইতিক তৌবা ওইরগনা থাগী শেন্থোক অদুখক্তা য়েংলগা পীনরম্বনি। অদুবু অনৌবা আইনসিগী মতুং ইয়া নিপাদুগী ত লবখক্তা নত্তনা অতৈ শেন্থোক পুম্বা পুথোক্লদুনা হোৎলগা মদুগী অপুনবদুদগী কয়া ফাওবা থাইফম থোকপগে হায়বদু লেপ্পবা নুপীদুনা লুহোংদুনা লৈরিঙেদা হিংলম্বা পুন্সিগী থাক অদুদগী তাদনা হিংবা ঙমনবা ওক্কবা পীবা হায়বসিনি।

সেহ্গালগী কেশসিদা নিপাদুনা মাগী অপুনবা শেনফম কোর্টতা উৎতনবা কন্না হোৎনখি। কোর্টনা মাগী হিংলিবা পুন্সি মরেল অদু য়েংশিনখি। মহাক প্লেন তোংদুনা ভারতকী মপান্দা কোয়বা চৎপা ঙম্বা মীনি হায়বসি কোর্টনা উবা ফংখি। মরম অদুদগী মহাক ইনাক খুনবা মীনি হায়না লৌরদুনা থাদা মাগী নুপী থাক্লবা লুপা লীশীং ৫/৫ পীয়ু হায়না হুকুমসি তাখিবনি।

লমদমসিদদি নুপীশিংনা মেন্টেনেন্সতা ফংবা য়াবসি ক্রিমিনেল প্রোসিড্যুওর কোডকী সেক্সন ১২৫ গী মখাদা হন্দক্তা শেমদোকখ্রবফাওবদা, লুপা ৫০০ দগী হেনবা য়াদবনি হায়বসিখক্তা খঙনবগুম তৌই। আইন খঙবা মীওইনসু ব্রায়েন মপূ কয়ানসু খরা হেন্না ফংজবা যাবা আইন অসোমদদি কয়া পুক্নীং থৌগৎপিদবগুমসু তৌই। অদুবু ব্রাফমসিমদি অশেংবনি সুপ্রিম কোর্টনা লাওথোকপা আইনদি ভারত পুম্বগীনি। লমদমসিদসু নুপীশিংনা খাইনববা মতুংদা মানা নিপাদুগা লৈমিন্নরিঙৈ মতমদা হিংলম্বা পুন্সিগী থাক অদুদগী তাদনা হিংবা যানবা আইন্না মেন্টেনেন্স পীবগী পথাপ অমা শেম্লে হায়বসি খঙজিনবা কান্নগনি অমদি মতাং চানা পথাপ অদুনা ওল্লগা লৌনবগীদমক্তা চোংথোরকপসু চুমই হায়বসিসু খন্থবিবা ফৈ।

হিন্দু লো চৎপা মীওইশিংগীদমক্তদি হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট ১৯৫৫ দা খাইনবীরবী নুপী অমনা ময়ূম পান্দনা লৈরিমখৈ নিপাদুনা থাক্লবা থৌদাং অমদি ওন্ন-তৈনবদা নিপাদুনা খুদোংচাদবা ওইরগনা নুপীদুনা মরাঙ কায়না মরল লৈবী ওইরবদি নুপীদুনসু নিপাদুনা অতোপ্পা নুপী অমা থিদ্রিমখৈ থাকপগী দায়ত্ব ইদুনা য়াওই।

আইন প্রীভেন্সন ওব ক্রুয়েলটি টু এনিমেল এক্ট নীংশিংবা য়াই। আইনসিনা শা ঙাদা উচেক্তা তাথী তাওইনা তৌবা তমথীনা ওৎ-নৈবা মীবু দণ্ডি তৌগনি হায়না লাওথোক্লুনা লাকই। লোনথোক্তবা ৱাকৎপা ঙমজদবা শা ঙা উচেকশিংগী য়াই ফনবা শেম্বা আইন্নি। শোক ১৯৫০ দা চৎনবা হৌরকপা ভারতকী কন্সটিট্যুসন ১৯৭৭ তা ৪২ শুবা এমেণ্ডমেন্টনা আর্টিকল ৪৮ এ হাপচিল্লকই অমসুং ৫১ এ দা ফাণ্ডামেন্টল ডিউটি হায়না নাগরিকশিংগী দায়িত্ব ময়াম অমগা হাপ্লে। কন্সটিট্যুসনগী হাপচিল্লকপা মতাংসিংদুদি অহানবদা স্টেটশিং না লম্লক্কী শা ঙা-উচেকশিং য়োকখৎপগী দায়ি লৌগদবনি হায়রগা নাগরিকশিংদা দায়ি ওইনা শা ঙা উচেক জীব পানবসিংবু নুংশিননা য়েংবিনবা মথৌ হাপখ্রবনি।

সংবিধান আইন্দা শা ঙাগীদমক্তা য়োকখৎনবা থৌদাং ফন্না হাপ্লবসু শাঙাগীদমক্তা কনানসু খন্থবিরুদে অমরোমদা মখোয় মশানা চোংথোরক্লুনা ৱাকৎপিগদবসু নত্রে শা ঙাগীদমক্তসু খনবিবা ঙস্বা নাগরিকশিং থোকপা ঙাইবা তারি। নত্রগদি মী ফাওবা খূয়া তুশিৎনা পানবা ফংজদ্রবা লমদমসিদবু শা ঙাগীবু কনানা ইরায় লায়না হেক্তা ৱাবিগদৌরিবনো। শুমাঙ মতোন্দা চাক্তাবা লাকপা লমখুনুশিং ইপা ইপুগী থরায়না ওনবনি হায়দুনা চেঙ থোইদিং থাদোকউ হায়না তম্বীরকপা চাউখৎপা লোনচৎ ঙসি কনাসু নীংশিংদে ফাদুনা হাৎলগবু চানৈ। হৌদোঙ হাৎপদি সনানা শমু মকোকমুক চাউবা অমা লাইদা কৎলবফাওবা পাপ্ত কোক্তে হায়না তম্বীদুনা য়ুমদা লোইবা হৌদোঙগুম্বা অশোনবা জীবশিং হিংহন্নবা শেম্লম্বা চৎনবী ঙসিদি থৌওইনদে। অদুবু ঙসিদি চৈরাওবা লাক্লে অহিংসা ৱাখল্লোন্না শেম্লম্বা চৎনবী মরক্তা ঐখোয়বু হিংহল্লকপগী তৌবিমল ওইনা নুমিৎ অসিদংদি নীংশিং নবা য়াই চহী হৌবদা অহিংসানা হৌহল্লকপা ইপা ইপুশিংগী অপাম্বা ৱাখল্লোন্দু অমুক্তং নীংশিংনবা।

জীবশিংগা মীওইবগা লৈনবা ৱারীদি ধর্ম্ম গ্রন্থরোমদা য়েংলুবদা মরাং কায়না য়াওরি। ভক্ত কবি জয়দেবগী দশবতার গীতগোবিন্দদা য়াওরিবা শ্রীহরিগী ঙাগী অবতার, থেঙ্গুগী অবতার অমদি ওক্কী অবতার থোইদোক্লা নীংশিংবা য়াই। প্রলয়গী মতমদা পাকচাউববা সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাইবঙপানবসি লূপখ্রবদা বেদশিংবু লৌখৎপিদুনা ঙানা তাইবঙ পানবগীদমক্তা তৌবিরম্বা থবক নীংশিংবা য়াই। কবিনা শকখি কেশব ধৃত মিন শরি জয় জগদিশ হরে। হিংচাবনা মালেম পৃথিবীবু ঈরোন্নুংদা লোৎশিনখ্রবদা অধর্ম্মগী খূত্তগী মালেমবু কন্ননবা শ্রীহরিনা ওক্কী শক্তম লৌদুনা লূল্লবা মালেমবু ময়ামতোন্দা তোংহন্দুনা ঈরোন্নুং দগী পুখৎখিবা মতাংদুনি কেশবধৃত শুকবরুপ জয় জগদিশ হরে। ঈনুংদগী পৃথিবীবু থাঙ্গৎলবদা লূল্লবা মালেমবু নঙ্গন্দা পোদুনা তক্লবদা নঙ্গনদা পাক চাউনা তঙদুনা লৈরবা শ্রীহরিগী থেঙ্গুগী শাইওন কবিনা শকখিবা কেশ ধৃত কুর্ম্মশরির জয় জগদিশ হরে।

জীববু নুংশিনা তৌবগী চৎনবী মহা পুরুষশিংগী মফমদা উবা ফংই। যীশু খৃষ্টনা মরেংজুমদা য়াও মচা অমা তোংহন্দুনা মশানা মশাবু য়েংশিঞ্জবা ঙমজদ্রিবা য়াও মচা অমা

নুংশিনা লোয়নবী। গৌতম বুদ্ধনা হায়রমই, নঙনা শেম্বা ঙমদবা পোৎ অমা মাঙহনবগী হক লৈতে। অদুনা, জীব অমবু ঐনা শেম্বা ঙমদবমুক ঐনা হাৎপসু ঙম্মক্ম থোক্তে। থায়নগী হিন্দু চৎনবীদা যজ্ঞ তৌবদা শা হাৎপগী চৎনবীদু য়ানীংদবা উৎতুনা মানা হায়খি, অহিং সাহি পরমো ধর্ম্মঃ।

মহাত্মা গান্ধীনা হায়খি, করিগুম্বা তুংকোইনা চৎকদবা পোৎশক অমত্তা হিংসানা য়ুম্ফম ওইরগা তৌবা য়ারোই হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

অদুনা চৈরাওবনা লাক্লবদা ঈপা ইপুশিংনা পীরম্বা থৌদাং কাওথোকপা য়ারিবরা মদুদি অহিংসা ! ইপা ইপুশিংগীদমক্তা লাইরুক চন্দুনা থাদোক্লরিবা কোম্বীরৈ, কুসুমলৈ, লৈরী, খোঙ্গুম্মৈশ্লে, উহৈদনা মালহৈ, নোঙ্গাংহৈ, হৈরী, হৈতুপনচিংবা হৈচল-লৈচল হাপ্তুনা কৎনরিবা, পুথ্রীদা ঙমু থাদোক্লরিবা, চাক চানরবা মতুংদনা চীং কাদুনা উ-ৱা, নাপী-শীংবী অশেংবা নুংশিৎ নুংশা মরক্তা ফমদুনা অনৌবা চহীবু ওকচবা প্রকৃতিগা মীওইবগা নকশিন্নহনবা চৎনবীনি। ধর্ম্ম গ্রন্থরোমদা য়েংলবসু ঈশ্বরনা শা ঙাগী শক্তম লৌদুনা মালেমবু কন্ননবা লৌখিবা থৌদাং বু নীংশিংদুনা শা ঙাবু নুংশিনা য়েংবিবা ঐখোয়গী ইথৌনি। ক্লাক ক্লাক হায়না খোংলকপবু বাম নাম শোনবনি হায়না লৌনবগী ৱারী তারুবগা মফম মরাং খঙদনা নুংশিবা ঙমদ্রবসু ক্লাক্লা অপুম-আশা চাথোক্তুনা নুংশিৎ-নুংশা শেংনা থম্বগী চাওরবা থৌদাং লৌবনি খন্দুনা নুংশিবা ঙম্মক্ম থোকই। কবিতাদা ইবা ইনুং শোরা তৈরক্লে ক্লাক্লী লানবাউ শীক্লে হাযবা ৱাফম ক্লাক্লা পাইখ্রবদা আর্থ থোক্লক্তরে।

ইপা ইপুশিংনা পীরম্বা থৌদাং চহী হৌরকপদা ঙমু থাদোক্তুনা অহিংসানা হৌবগী চৎনবী অমুক ঙাক্লা চৎপা চুমই। ঙসি হিংসানা চৎনবী ওইরকপসিদা শান্তি পান্নরবা প্রজাশিংনো থিরি অচিকপা। অহিংসানা মদুগী পাউখুন্নি। আইন সংবিধান্দসু অহিংসাগী পাউজেল খরসু ময়াওই, ধর্ম্ম গ্রন্থদা য়াওই, মহাকপুষশিংগী পুন্সিদসু মরাং কায়না য়াওই। মদু য়োকখৎপতনা চৈরাউবা নুমিৎসিদা ইপা ইপুগী লমন শিংবা শক্কনি।

# নাপী-শীংনা উ- ৱাগী মতেংনা লমদম অমগী তিঙ্গেন লায়চেন কোক্লবা লম্বী অমদি আইন

**অহল** লমনশিংনা ইরুজবগী চাইথবদা ঈশিং হৈথ-হৈথনা মচীন্দা শোন্নে গঙ্গা, যমুনা, রাধাকুণ্ড, গীরিগোবৰ্দ্ধন হায়দুনা ভারতকী পরম্পরাদা য়েংলুরবসু নুমিৎ, থা, পৃথিবী, সমুদ্র উমং ৱামং পৃম্বা ঈশ্বরনি হায়না খুরুম্নে। মুণি ঋষিশিংসু উমংদা চীংখোঙদা চৎতুনা লাই নীংনরমই। অসুম্না মীওইবগী পূন্সিগা উ-ৱা, নাপী-শীংনা, শা-ঙাগা নক্লবা মরী অমনা লৈনদুনা লাকই। থায়নগী পাউরৌদসু হায়নৈ কৈগী মপাল নাপীনা তাংই নাপীগী মপান কৈনা তাংই। ঙসি মণিপুরগী মশক তাক্লবদা নাপী-শীংনাদা শিরোই লিলি, তখেল্লৈ, কুন্দাল্লৈ অমদি শা ঙাদা কৈবুল লমজাওগী শঙাইনা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা অসিগুম্বা মতমসিদা ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈবা উ-ৱা নাপী-শীংনা ময়াম কোকথোকপা, লম্নলক্কী শা ঙা কাপ্তুনা ফাদুনা কৈথেলদা য়োনবা, তুরেনগী শেংলবা ইচেন্দা অমোৎপা খোংবান থাজিনবা, অয়ূক যুমদা যুমদা লৈবা হাপু হানায ময়াম অমা খোমদোক্লগা তুরেন্দা হৈথবা অসিনচিংবা খাম্বিনবা লৈত্রবা মীওইবগী কা হেনবা লমচৎ শাজৎ প্রকৃতিগা শীংদুনা লাকপসি হস্তরকপদি লাযরদুনা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই।

শোক ১৮৬০ দগী চৎপা হৌরকপা আই পিসিদা ১৪ সুবা পন্দুপতা কনাগুম্বনা মীগী পূন্সিদা খুদোংথীহনবা য়াবা লায়না শন্দোক্লবা তৌরম্বা মীয়াম্না চানরিবা ঈশিং মোৎহনবগী থবক তৌরম্বা থবকশিং দণ্ডি তৌগনি হায়না লাওথোক্তুনা লাক্লি। অন্তর্যাতিগী থাক্তা ১৯৭১ গী ষ্টোকহোলম কন্‌ফরেন্স অমদি ১৯৯২ গী রায়ো কন্‌ফরেন্সতা মীয়ামগী হকচাং তীঙ্গেন লায়চেনদনা খূয়া তুশীৎনা হিংবা ঙমজনবা এনভাইরোমেন্ট য়োকখৎপগী থৌদাং পায়খৎকদবনি য়ানখ্রবনি। এনভাইরোমেন্ট হায়বদি ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক অমদি মখোয়গা মীওইবগা লৈনবা মরী লোয়ননা লেংলি পাল্লিবা জীবশিং উ-ৱাগা লৈনরিবা মরীদুবুনি।

ভারতকী কন্সটিট্যুসনন্দা অহানবা সেম্বদদি য়াওরকত্রবসু শোক ১৯৭৬ তা ভারতকী লৈঙাকপথাপসি শেমদোক্তুনা আর্টিকল ৪৮ এ অমদি ৫১ এ(জি) হাপচিল্লক্তুনা ষ্টেটশিংনো মথৌদাং অমা ওইনা অকোয়বগী মহৌশাগী শক্তম, অমদি উমং-ৱামং শা-ঙা ময়াম য়োকখৎপগী মথৌ পায়খৎকদবনি হায়বা য়াথংগা লোয়ননা ভাবতকী নাগবিক অমা ওইনা ঐখোয় খুদিংমক্লা মহৌশাগী শক্তম য়োকখৎপা অমদি উমং, পাৎ তুবেন অমদি লমলক্কী শা-ঙাবু ঙাকশেনবগী থৌদাং লৌগদবনি হায়না ইথৌ পীখ্রবনি। চহী কুন হৌখ্রে ঐখোয়গী অকোয়বগী শক্তমদি নোংম নোংমগী মমায় চামশিল্লকই তুবেল মপান্দা গার্বেজপীত শাই

মদু খোমদোক্তুনা পুমদুনা মীপূম খুদিংমক্কী নাতোন মেন্ননীংঙাই ওইরিবা লায়না শন্দোরক্কনি হায়নগী করিসু নাচুংনদে। তুরেন খোংনুংদা মনুংচঙ ফম শাজিল্লিবা ঐখোয়গী মীৎমাঙদনি। অমোৎ অকায় ময়াম অমা খোঙনুংদা হৈথদুনা লেপ্পা লৈতনা তুরেন মোৎশিনবা নোংম নোংমগী হেনগৎলকই। অসিদা নত্তুনা য়ু শুংবগী অমোৎপা নালা কয়া তুরেন্দা থাজিল্লি। কৈথেলদা উমংদগী লাং থাক্তুনা ফারকপা উচেক কয়া ফোংনা মমল লৌদুনা য়োন্নরি। মীগী লমদমদদি মহৌশাগী শক্তম মাঙহনবসি ঈন্দষ্ট্রি থরা লৈরকপননি। মণিপুরদদি অদুগুম্বা ইন্দষ্ট্রিদি লৈবু লৈতে চুম্না লৌবুক লমহাংদা চেক শাফম ওইদুনা মৈ থাবগী মৈখু অমদি খাংঙমদবা মনম চেনবা মৈখু থাদোর কপগুম্বদনি।

মহৌশাগী শক্তম কন্ননবা পায়খৎপা য়াবা থৌদাংশিং মখল অহুমথোক্না খন্নবা য়াই। অহনবদা সরকারনা আইন পুথোক্তুনা অকোয়বা মোৎশিল্লকপা থিংবা অমগী মপান অমনা তাংনবগী খল্লসি কায়হন্দনবা হায়বগী থোদাংসি লৌফম থোকই। অনীশুবনা, রায়েনশঙশিংনা মীৎশিং নাশিংনা বিচার তৌবা ঙম্বগী শক্তিনা মহৌশাগী শক্তম কন্নবগী থৌদাংসু পায়খৎপীরকপা অদুগুম্বা, প্রজাশিংনা মহৌশাগী শক্তম কনবগী তঙাইফদবা থৌদাং লৌদুনা নুংশিৎ নুংশা শেংহন্দনবা মীওইবগী থৌদৌ পূম্বা থাদোকপীদুনা মহৌশাগী শক্তম য়োকখৎপা।

**সরকারনা আইন ফনা য়াম্না পুথোক্লে, পনবা য়াবদা ঃ**

১। ফোরেষ্ট এক্ট, ১৯২৭,

২। দি রাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৭২.

৩। দি রাটর (প্রীনবেন্স এন্দ কন্ট্রোল ওফ পোলুসন) এক্ট, ১৯৭৫

৪। ডি এয়ার (প্রীভেন্সন এন্দ কন্ট্রোল ওফ পোলুসন) এক্ট, ১৯৮১,

৫। ডি এনবাইরোনমেন্ট প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ নি।

ফোরেষ্ট এক্ট অমদি রাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্টনা উমং কোকথোকপা থিংবা অমদি লমলক্কি শা উচেক কাপ্পা থিংবা আইন্নি। অতে আইনশিংদুনা ঈশিং নুংশিৎতা শেংহল্লক্তবা থৌওং থিংনবনি।

রায়েশঙসিংসু তুমিন্না লৈরক্তে ঃ রত্‌লম মিউনিসিপাল কেস হায়বা এ আই আর ১৯৮০ সুপ্রিম কোর্ট ১৬২২ দা য়ুং শুংবগী মখাক হৈদোরকপদগী পুমথরক্তুনা মী লৈবা য়ারক্ত্রবদা সুপ্রিম কোর্টনা মিউসিস্পিালিটিদা অথুবা থৌরাং পায়খৎনবা হুকুম তাখি। গোবিন্দ সিংহগী কেশ এ আই আর ১৯৭৯ সুপ্রিম কোর্ট ১৪৩ দা দবলরুটি শাফম অমদগী থোরকপা মৈখু অমদি মখোলনা পোখাবা য়াদ্রবা মীওইশিংগী য়েংদুনা থিংজিনখিবা মতাংনি। রুরেল লিটিগেসন এণ্ড এনটাইটলমেন্ট কেন্দ্র দেরাদুনগী কেশ এ আই আর ১৯৮৮ সুপ্রিম কোর্ট

২১৮৭ দা শুনু পেকফম অমা লৈমাইগী মহৈমেরোংদা পৎহল্লি হায়দুনা থিংজিনখিবগী মতাংনি। মসিদা নত্তুনা কেশ য়াম্না লাকখি মদুদা হায়কোর্ট অমদি সুপ্রিম কোর্টনা মহৌশাগী শক্তম কন্নবা থৌদাং লৌবা লেপ্লা লৈত্রি।

অদুবু খ্বায়দগী শোথরিবা মতাংদি নাগারিকশিং ঐখোয়না লৌগদবা থৌদাংশিংদুনি। চীং কোর্কথোকপা লেপ্লা লৈত্রি, তুরেল পাৎ কয়া হু চেলহল্লি মীওইবা ঐখোয়ন আমোৎপা হৈথদুনা, নুংশিৎ নুংশা শেংহদনবা থৌদাং কয়ামরুমসু তৌবি। মসি খঙদবা, খন্থদবা অমদি মীগী খন্দবা থৌদোক ঙাক্তনি। খঙহন্নবা হোৎনবা ওইনা অহানবদা এনভাইরেমমেন্ট ইডুকেসন পায়খৎতবা য়াদ্রবনি ঈশিংনা শেংদ্রবা, নুংশিৎনা মোৎলবা চান থক্রবা পূম্বা হু চেল্লবা ঐখোয়না করম্না হিংগনি হায়বা ৱাফর্মসি খন্থবা মরুওই। ইকুই কুইদনা সুপ্রিম কোর্টনা ভেলোর সিটিজেন ৱেলফেয়ার ফোরমগী কেশ এ আই আর ১৯৯৬ সুপ্রিম কোর্ট ২৭১৫ তা সউন নোইফম অমদগী চেন্থরপা মনম্না লৈবা য়াদ্রবা প্রজাশিংগী বিচার তৌনবা 'গ্রীন বেনচ' কৌবা অখন্নবা কোর্ট অমা হায়কোর্টতা হাংদুনা অদুগুম্বা ৱাকৎশিংদুতা অখন্নবা তানবা হুকুম তাখি। ঐখোয়না মসোমদা মায় ওনশিনবা চুমই।

# মতৈ-মনাও খাইনরবা মতুংদা নুপীদুনা নিপাদুদগী তানবা য়াবা শেনগী চাং

**আইন্দা** নিপা অমনা মাগী লুহোংদুনা লৌরম্বা নুপী অমা খাইনরবা মতমদা নুপীদুনা অতোপ্পদা ময়ুম পান্দনা লৈরিমখৈ থাক্কদবনি হায়না ইদুনা লৈ।। তৌবতবু নিপাদু শেন্থোক মতীক চানা লৈবা মী অমা ওইবা অদুগা নুপীদুসু শেন্থোক লৈজদদুনা মশানা থাকচবা ঙমজদবী অমদি ওইগদবনি।

ক্রিমিনেল প্রেসিড্যুওর কোড কী সেক্সন ১২৫ গী মতুং ইন্না ফংবা য়াবা শেন ফমসি রাংলবা লুপা ৫০০ ফাওবদনি। অদুবু হন্দক্তা ২০০২ দা আইনসি হোংদোক্লুনা লুপা ৫০০ দগী হেনবা য়ারোই হায়বদু মাঙখ্রে। অদুনা নুপী অমা মেন্টেনেন্স কেস অমা মাগী হান্নগী নিপাদুগী মথক্তা থবদা নিপাদু ফনা শেন্থোক লৈদুনসু কোর্টনা লুপা ৫০০ দগী হেন্নদি পীবা ঙমদবদু ঙর্সিদি ঙম্লে।

হিন্দু লো চৎপা মীওইশিংগীদমক্তদি হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৫ দা খাইনবীরবী নুপী অমনা ময়ুম পান্দনা লৈরিমখৈ নিপাদুনা থাক্লবা থৌদাং অমদি ওন্ন-তৈনবদা নিপাদুনা খুদোংচাদবা ওইরগা নুপীদুনা মরাঙ কায়না মরল লৈবী ওইরবদি নুপীদুনসু নিপাদু অতোপ্পা নুপী অমা থিদ্রিমখৈ থাকপগী দায়ত্য ইদুনা য়াওই। অদুবু পার্মিনেট এলিমোনী হায়দুনা আইনগী লোন্দা খঙনৈ।

আইনসিগী মখাদা তাবা কোর্টকী হুকুম অমগী মতুং ইন্না অকক্লবা শেনফম মক্তি লৈতবনিনা সেক্সন ১২৫ ক্রিমিনেল প্রোসিড্যুওর কোডকী মখাদা লুপা ৫০০ খক্তা পীবা ঙম্বা শক্তিদুদগী হেন্না কোর্টনা পীবা ঙমদুনা লাকই।

হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৫ গী সেক্সন ২৫ গী মতুং ইন্না মতৈ-মনাও অমনা আইনগী মতেংনা খাইনজরগে হায়না দরখাস্ত থারকপদা খাইনবগী হুকুম তাবা মতমদা নিপাদুনা নুপীদু থাক্লবগী হুকুমসু তাবা ঙমই। মদুদা পীগদবা শেলগী চাংদু লেপ্পবগীদমক্তা নিপাদুনা থোকপা শেন্থোক, অতৈ লন-থুম ময়াম অমদি নুপীদুগী শেন্থোক, মরল-মথুমসু থিগৎকনি অদুগা লোয়ননা মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ অমদি অতৈ খন্নবা য়াবা ৱাফম কয়ামরুম খন্নরগা লেপকগদবনি।

তশেংনা অইনগী মতুং ইন্না খাইনবদি নত্তবা অদুবু ঈন্থোকপিবা নত্রগা নুপীদু লৈবা ঙমদদুনা মপামদা হল্লকপা মতাংদসু মেন্টেনেন্স তান্নবা হিন্দু এডোপস এণ্ড মেন্টেনেন্স এক্ট, ১৯৫৬ কী মখাদা তানবা য়াই। মেন্টেনেন্স হায়বসিদা কদায় ফাওবা চিংবগে আইনসিমক্তা

শন্দোক্না তাক্লি। মখোয়দুদি চানবা চাঞ্জাক, শেৎনবা ফি, লৈনবা যুম্ অমা, মহৈ-মশিং তম্না অমসুং নারক-য়েক্লকপদা ডাক্তরগী মতেংনা লায়েংবা হায়রিবা রাফমশিংসিনি। হায়রিবা রাফমশিংসিদি শোয়দনা য়াওবগী রানি মসি খক্তনি হায়বা নত্তে অতৈ রাফম কয়ামরুমসু লাকপা য়াই পুথোক্লরক্লগা।

দিল্লি হায়কোর্টকী মমাঙদা পুথোকখ্রবা কেশ বীনা কালিয়া ভার্সস ডাক্তর জটিন্দরনাথ কালিয়া এ আই আর ১৯৯৬ দিল্লি ৫৪ দা থোকখিবা কেশ অদু নীংশিংবা য়াই। মচা অনী লৈরবী নুপীসিনা মাবু হুন্দোকপিরবা নিপাদূগী মফমদগী থা অমগী লুপা লীশিং ১০,০০০ মেন্টেনেন্সে ওইনা পীহন্নবা কোর্টকী মতেং লৌননবা দরখাস্থ থারকখিবনি। নিপাদুদী আমেরিকাদা শেন্থোক লৈরবা ডাক্তর অমা ওইখিবনি, থাদা ডোল্লর ২,০০,০০০ ফংবা মীওইনি। নুপীদুনা থারকপা থাদা লুপা ১০,০০০ মেন্টেনেন্স পীয়ু হায়বদু কোর্টনা অয়াবা পীখি। মচানুপীশিং দু হয়েং লুহোং-খোঙদোংবা লাকপদা শীজিন্নবা লুপা লাক্ষ তরা অমা ফিক্স ডিপোজিট ওইনা বেঙ্কতা থমগদবনি মদু হয়েং নুপীমচাশিংদু লুহোংবা মতমদা কায়থোকপা য়ানবা মওংদা থমগদবনি।

অসুম্না কোর্টনা মপী-মপি লৈত্রবা নুপী অমদি অঙাংগীদমক্তা ঙাকপি-শিনবীবদি লেপ্পা লৈতে। অদু বু, অয়াম্বা কেশতি কোর্টতা য়ৌরক্তনা লোইনখিবনা অয়াম্বনি, য়ৌরকইবা খরসিনা খুদম ওইনবদা তারে। অদুবু, রায়েশঙশিংনা থেংবু থেংনরবদি নুপী অঙাংশিংগী খুদোংচানবা হুকুম খরদি তবা লেপ্পা লৈত্রি।

সুপ্রিম কোর্টকী মমাঙদা য়ৌরকখ্রবা জসবীর কৌর সেহগালগী কেশ নীংশিংবা য়াই মসি সুপ্রিম কোর্টনা চৎখ্রিবা আগষ্ট অসিদা রাই তাখ্রবনি। জষ্টিস সুজাতা মনোহর অমদি ডি পি রাধরা অনীনা তাখিবা রাইদুগী হৌরকফমদি খাইনবীববী নুপীসিগী থাগী মেন্টেনেন্স লুপা লীশীং অমখক পীবা য়াম্মন্দে, কোন্নদে, লীশিং মঙা শুনা পীয়ু হায়না থৌরক-পদগীনি। কোর্টনা হায়খি, ঈন্থোকপিরবী নুপী অমনা ফংবা য়াবা মেন্টেনেন্সকী চাংসি খুয়া তূশীৎনা হিংজবা ঙম্নবা মহাক্না লুহোংদুনা নিপাগা লৈমিন্নরিঙৈগী মতমদা লৈরম্বা থাক অদুমক্তা মান্ননা হিংবা ওক্লবা ফংহনগদবনি অদুগা কেশ তৌবদা তিংফম থোকপা শেলসু হঞ্জিনবিগদবনি।

ফংহনগদবা শেলগী চাংদু ওন্ননবা পথাপতি নিপাদুগী ফংবা অপূনবা শেন্থোক্ত হান্না পুথোক্তদবনি। খুদম ওইনা করিগুম্বা থাগী তলব ফংজববসু নিপাদু লৌ-শীংদগী দুকান ভারা শানবদগী অমদি অতৈ লন-থুম কারবারদগী কম্পনীদগী করিদগী লোইনমক থিদোক্তনা হোৎলগা মেন্টেনেন্সকী চাংদু হোৎকদবনি। লেপকদবা শেফমদুবুদি কেশ অদুগী যেংদুনা খেন্নবা লৈবা য়াই মদু আইনগী মতুং ইন্না লেপকদবনি। জজশিংদুনা হায়খি, হিন্দু এডোপসন এণ্ড মেন্টেনেন্স এক্ট, ১৯৫৬ কী মখাদা কবিগুম্না নুপী অমা শেন্থোক লৈত্রবদি মাগী নিপাদুনা, মখোয় অনী হিংমিন্নবিঙৈদা লৈরমবা থাক অদুদগী তাদনা মতীক-মপা চানদনা পঙহেন

হেনবা অমদি ফোয়দুনা লৌবগী ৱাফমসু থোক্তনবা তৌগদবনি।

সেহ্গালগী কেশ অসিনা মেন্টেনেন্সকী শেনফমগী চাংদু লেপ্পবা অনৌবা পথাপ অমা শেম্লকপনি। কেশ অসিগী মমাঙদদি নিপাদুগী ত লব অদুগা লক্লোন-ইতিক তৌবা ওইবগনা থাগী শেঙ্খোক অদুখক্তা য়েংলগা পীনরম্বনি। অদুবু অনৌবা আইনসিগী মতুং ইন্না নিপাদুগী ত লবখক্তা নত্তনা অতৈ শেঙ্খোক পুম্বা পুথোক্লদুনা হোৎলগা মদুগী অপূনবদুদগী কয়া ফাওবা থাইফম থোকপগে হায়বদু লেপ্পবা নুপীদুনা লুহোংদুনা লৈরিঙৈদা হিংলম্বা পুন্সিগী থাক অদুদগী তাদনা হিংবা ঙমনবা ওক্নবা পীবা হায়বসিনি।

সেহ্গালগী কেশসিদা নিপাদুনা মাগী অপূনবা শেনফম কোর্টতা উৎতনবা কন্না হোৎনখি। কোর্টনা মাগী হিংলিবা পুন্সি মরেল অদু য়েংশিনখি। মহাক প্লেন তোংদুনা ভাবতকী মপান্দা কোয়বা চৎপা ঙম্বা মীনি হায়বসি কোর্টনা উবা ফংখি। মরম অদুদগী মহাক ইনাক খুনবা মীনি হায়না লৌরদুনা থাদা মাগী নুপী থাক্লবা লুপা লীশীং ৫/৫ পীয়ু হায়না হুকুমসি ত্রাখিবনি।

লমদমসিদদি নুপীশিংনা মেন্টেনেন্সতা ফংবা য়াবসি ক্রিমিনেল প্রোসিড্যুওর কোডকী সেক্সন ১২৫ গী মখাদা হন্দক্তা শেমদোকখ্রবফাওবদা, লুপা ৫০০ দগী হেনবা য়াদবনি হায়বসিখক্তা খঙনবগুম তৌই। আইন খঙবা মীওইনসু ৱায়েন মপু কয়ানসু খরা হেন্না ফংজবা য়াবা আইন অসোমদদি কয়া পুক্নীং থৌগৎপিদবগুমসু তৌই। অদুবু ৱাফমসিমদি অশেংবনি সুপ্রিম কোর্টনা লাওথোকপা আইনদি ভারত পুম্বগীনি। লমদমসিদসু নুপীশিংনা থাইনরবা মতুংদা মানা নিপাদুগা লৈমিন্নরিঙৈ মতমদা হিংলম্বা পুন্সিগী থাক অদুদগী তাদনা হিংবা য়ানবা আইন্না মেন্টেনেন্স পীবগী পথাপ অমা শেম্লে হাযবসি খঙজিনবা কান্নগনি অমদি মতাং চানা পথাপ অদুনা ওল্লগা লৌনবগীদমক্তা চোংথোরকপসু চুমই হায়বসিসু খন্থবিবা ফৈ।

হিন্দু লো চৎপা মীওইশিংগীদমক্তদি হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট ১৯৫৫ দা থাইনবীববী নুপী অমনা ময়ুম পান্দনা লৈরিমখৈ নিপাদুনা থাক্লবা থৌদাং অমদি ওন্ন-তৈনবদা নিপাদুনা খুদোংচাদবা ওইরগনা নুপীদুনা মরাঙ কায়না মরল লৈবী ওইরবদি নুপীদুনসু নিপাদুনা অতোপ্পা নুপী অমা থিদ্রিমখৈ থাকপগী দায়ত্ব ইদুনা য়াওই।

# রেজিষ্টার তৌদুনা লুহোংবা পাঙথোকপা

**লমদমসিদা** মীশিং হেন্না তারিবা মৈতৈশিংগী লুহোংবগী মতম খরা লৈ মরু ওইনা পোইনু, ফাইরেন ,লমদা থাসি লুহোংবা পন্থানি হায়না খঙনৈ। কাংলেন নুমিৎকী মতুং হরিশয়ন নুমিত্তগীনা হিয়াঙ্গে থাদা থোকপা হরিউথান নুমিৎ ফাওবা লুহোংবা য়াদবা মতমনি হায়না লৌনৈ। অসগুম্বা নুমিৎ-থা থাবান য়েংদুনা লুহোংবা, হায়না শীনদুনা হোঙবা জাৎসিদবু অসিগুম্বা ৱাফম মরু ওইনা লৌনবনি। অদু নত্তনবদা মশানা য়ানরগা চেন্দুনা হোঙবা লুহোংবদদি নুমিৎ থা থাবান কয়া য়েংনদে পঙহোঙদা হোঙনৈ। য়ানদদুনা খাইদোক্নগনি হায়দুনা হেক তৌনবকপদদি নুপী মযূম্না নুপীসি অরোনবা মফম অমদা থন্নগা রেজিষ্টার তৌদুনা লুহোংবনি হায়নবা কোয়চেন চৈন্নে। চৎনবী অমসু হৌদারকই মদুদি, মেজিষ্ট্রেট অমগী মমাঙদগী এফিদেবিট অমা ৱাশকহল্লগা মদুদা নুপীদুনা মশানা য়ানা লাকপনি হায়বা ৱা ফম য়াওহল্লি। মীচমশিংনা মসিগী এফিদেবিট অসিবু রেজিষ্টার তৌরগা লুহোংবনি হায়দুনা কোর্ট মেরিয়েজকা হায়বা লোন্দা অমা হৌদোক্তুনা অমুক শরা শল্লকই।

লুহোংবা হায়নবা শেংলবা সংস্কারসিবু খোঙ্গাওনবা চুমদে। লাইরিক কয়া হৈতবী নুপী অমদা চে অমদা সহি তৌহল্লগা নঙ লুহোংলবনি হায়না হায়রিবা তৌশিন্নবা ওইবসু য়াই। এফিদেবিটতা সহি তৌবসি লুহোংবা নত্তে হায়বা খঙজদবী অমনা লুহোংলবনি হায়দনা থাজহল্লগা থেমদুনা নুপী অমা ওইরবনি হায়দুনা ওইহল্লি। মদুমক্তু সেক্সন ৪৯৬ আই পি সি গী মতুং ইন্না লুহোংলবনি হায়না খলহল্লিবা তশেংনা লুহোংবা নত্তবদু দণ্ড তৌগনি হায়দুনা অথিংবা থম্মী। মরাল লৈবদু চহী ৭ কৈশুমশঙদা মিয়াৎ অমদি ফাইন তৌবা য়াই।

লুহোংবা হায়বসি মী অমনা লৈরুরিবা সমাজ অদুদা লৈবা চৎন-লোনচৎ অমগী মখাদা হোঙনরিবসিনা অচুম্বা মওংনি। অদুবু, শাগৈ-জাৎ লাইনীং লম্বীগুম্বা তিন্নদবা নুপী-নীপা লুহোংনীংলকপা মতাঙদদি অখন্নবা চৎনবী অমনা হোঙবদা য়ানবক্তবনা রেজিষ্টার তৌবা লুহোংবগী চৎনবীদা হোঙনবা আইন লৈ। স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৪ গী মখাদা হিন্দু, মুসলিম, খৃষ্টান, পার্সিশিং নুপী অমগা নীপা অমগা লুহোংবা পাঙথোকপা য়াই। মায়কৈ অনীমক্তু মখোয়গী লুহোংবা মপাং অতোপ্পা অমত্তা লৈতবা ওইগদবনি। ৱাখল চোইদবা ওইগদবনি। লুহোংগদৌরিবা নুপী অমদি নুপাদুনা মখোয়না লৈরিবা ডিষ্ট্রিক্ট অদু কোনবা মেরিয়েজ ওফিসর ষ্টেট গোবর্ণমেন্টনা হাপ্পা ফম্নাইবদুদা দরখাস্ত থাদুনা লুহোংজগে হায়না হায়জগদবনি। দরখাস্ত অদু হেক ফংবগা মেরিয়েজ ওফিসবদুনা ৱাফম

অদু ফোঙদোক্নুা মীনা উগদবা মাগী ওফিসকি মচী অমদা থেৎকদবনি। অদুগা অনীমক্তুগী অশেংবা ময়ূমদু মেরিয়েজ ওফিসরদুনা কোল্লিবা ডিষ্ট্রিক্ট অদুগী মনুংদা লৈতবা ওইরবদি মখোয়গী অশেঙবা ময়ূমদু কোল্লিবা মেরিয়েজ ওফিসরদুদা নোটিশ অদু কোপি অমা থাদুনা পাও তাক্কনি। নুমিৎ ৩০ নিগী মনুংদা কনাগুম্বনা লুহোংবদু য়েৎনীংবা কাঙবুনা য়েৎলবা য়াগনি। থোইদোকপা অয়েৎপা লৈনদ্রবদা লুহোংবদু পাঙথোক্কনি মদুদা সাক্ষি অহুম্না সহি তৌদুনা চেরোল অমা লানখৎকনি। মতুংদা অমনা অমবু মতৈ-মনাও ওইনা লৌনরে হায়না ৱাশক্রুহল্লগা লুহোংলে হায়দুনা মেরিয়েজ ওফিসরদুনা লাওথোক্লগা লুহোংলে হাযবা সার্টিফিকেট অমা পীগনি। মতৈ-মনাওদু অদুম তৌদুনা রিজিষ্ট্রেসনগী মতেংনা লুহোংলে হায়না লৌগনি। সার্টিফিকেট অদু লুহোংলে হায়বগী প্রমাণ ওইরবনি।

হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৫ গী মখাদা হিন্দু অনী লুহোংবা অমা পাঙথোক্লবা মতুংদা লুহোংবদু রেজিষ্টার তৌজগে হায়দুনা তৌবা য়াই। মদুদদি মেরিয়েজ ওফিসরদুদা লুহোংখিবা নত্তে, চুম্না হান্না হোঙখ্রবা লুহোংবা অমা শকখঙবিদুনা সার্টিফিকেট অমা ফংহনবগী ৱাতনি।

ইণ্ডিয়ান খৃষ্টান মেরিয়েজ এক্ট, ১৮৭২ অমদি পার্সি মেরিয়েজ এণ্ড ডাইর্বোস এক্ট ১৯৩৬ কী মখাদা খৃষ্টান লুহোংবা অমদি পার্সি মশেন লুহোংবা রিজিষ্টার তৌনবা মতাংসু য়াওই।

রেজিষ্টার চুম্না তৌরগা লুহোংবা ফৈ মদু আইন্নসু শৌগৎপা মতুংদা কেশকুম্বা তৌরদা লুহোংই, লুহোংদে হায়বা য়েৎনরকপদা সার্টিফিকেট অদুনা লুহোংই হাযবগী অরেপ্পা প্রমান ওইগনি। ৱাফম অমা ভাবতকী মপান্দা নীপাদুনা লৈখিবদা মাগী নুপিনি হায়না লুহোংলবী নুপীনি উৎননবা সর্টিফিকেট অদু য়াম্না মরু ওই। অদুনা মদুওম্বা, কোর্টকুম্বা মফমদা লুহোংবগী প্রমান ওইনবনচিংবা কান্নবদু য়েংদুনা হিন্দু লোগী মখাদা লুহোংবা ওইরবসু রেজিষ্টার অমা তৌথোক্নুা সার্টিফিকেট অমা পায়বদি ফৈ।

নুপী অমনা মহাক লুহোংলবীনি হায়না য়াজনবা লুহোংবগী থৌরম অমা পাঙথোকপদি ফৈ অদুদা মী খরা তিলহনবসু ফৈ। মদু নত্তবদা রেজিষ্টার তৌরগা হোঙলগে হায়না খল্লবসু ফৈ। তৌবতবু মায়কৈ অনীমক্নুা রেজিষ্টার তৌদুনা লুহোংবদা থাজবা মীওইদি ওইগদবনি। মদু নত্তদুনা লাইরিক কয়া হৈজদবী নুপী অমদদি রেজিষ্টার তৌদুনা চেদা সহি তৌনবগা লুহোংই হায়রিবসি করিনো হায়না চঙক্লদুনতা লৈগনি। মাগুম্বী নুপী অমদদি চৎনবীগী মওংদা ফিজোল হোংদুনা বর-কন্যাগী শক্তম লৌদুনা হোঙবনা হেননা ফৈ। য়াম্না লায়না হোঙবগী চৎনবী লৈবা লুহোংবদি ফত্তে। লুহোংবা খুদীংমক য়াম্না লায়না পাঙথোকপা য়াদনবদি শীনবা ফৈ। মরমদি লায়না পাঙথোকপা য়াহল্লবদি নুপীশিংদা অকায়বা য়াম্না থোক্কল্লি। নুপী কয়া অমদা অমুক ওঙ অমদা অমুক ওঙ তৌদুনা য়ুম্বান-কৈবান জুৎ চাদবা পুন্সি য়ামনা লাক্কনি। আইন্দা ফম্না মান্নজরবসু 'নুপাদি তরাগী মপুনি' কা হায়বা লৈবাক মচা

তাদবা লোনচৎ ঙসিসু অহল কয়ানা মচীন্দা ঙাঙবা লেপত্রিবা মতমনি। মদুগী লোনচৎ অদুনা নুপীদা য়াম্না চাওবা চৈথেং অমা পী। চৈথেংদুদি, চেক্লগা হোঙবগী চৎনবী লৈবা মফম ওইবগা লুহোংবা হায়বসিগী কান্নবা ইখঙ খঙদবা ওইবগা, লুহোংবসি য়াম্না ইকায়বা পোৎনি হায়না লৌনবগা ইহোঙ হেক হোঙদনা নুপী অমা নীপা অমগা লৈমিন্নদুনা মচা পোক্তুনা লৈবা য়ামনা যাওই। মদুদি চুম্না পাপ অমা ওইবতা নত্তনা আইন্দা লুহোংলবী নুপী অমগী থাক অদু ফংদ্রবনি।

ঙসিদি রেজিষ্টার তৌদুনা লুহোংবসি য়াম্না লায়না হোঙবা য়াবা, শোয়রবা কান্দা হোঙবা অমনা মমা-মপানা য়াদবা লুহোংবা অমদা নীপাময়ুম্না অঙম তানদুনা নুপী অমা লৌননবা খুৎলায় ওইনা মফমসিদা শীজিন্নরি। মদুদি আইনসিগী পান্দমসিগা য়াম্না তাযোন্নবা থবক্তি। কনাগুম্বনা অশোয়বা ঙাক্লবা, কৈথেলনংনবা খুৎহোঙদা আইনগী ফজত্রবা পাম্বৈসিবু শীজিন্নবগী মহুত্তা তশেংনা মপুং মরৈ ফানরক্লগা খন্নদুনা য়ানরগা রেজিষ্টার তৌদুনা হোঙলসি হায়না খন্নরগা নুমিৎ-থা য়েংদুনা পাঙথোক্করবদি য়াম্না ফরবা উপায় অমনি। মদুনা লুহোংবদা চঙবা পৈশা য়াম্না হৃস্থহনবা ঙমগনি। অমনা নীপাদুনা খাইনবা তারবসু ব্রায়েনশঙগী মতেংনা খাইনবা তাই অদুনা নুপী অমবু ইরায় লায়না হেক্তা খাইনবিবগী চৎনবীদগী খরমথৈ কনবা ঙমগনি। হয়েং ঈম্থোকপিবা মতাঙদা মেন্টেনেন্স তানবদসু লুহোংবী নুপীনি হায়না প্রমাণ তৌবদসু রেজিষ্ট্রেসন সার্টিফিকেট অদুনা য়ামনা কোম্না য়াই।

লুহোংবা তরাই-তরাইনা লৌবা চুমদে। হয়েং শিদুং-নাদুং হিংমিন্নগদৌরিবা পুক্নিংগী খোঙলোয় অমবু শোয়দুনা নত্রগা হাথু-হাথু হেক্তা পাঙথোকপা নীংবা কায়বা য়াই। শোয়খ্রে হায়দুনা অমুক হনবদি য়াদবনি খাইন-খাইনদুনা নুপী মথং-মথং লৌরক্লগা তূরোনবা হায়বা মিংথোল ফংদুনা কোক শাগে হায়বনি অদুদি ঈশাগীতা নত্তনা সমাজগীসু অকায়বনি।

মরম অদুনা লুহোংবগী মওং রেজিষ্টারবু তৌরবসু নত্রগা চৎনবীদা হোঙলবসু মরু ওইবদি মপাংদুনি। মদু খন্ন-নৈনরগা অফ ফত্তা তানরগা পাঙথোকপদি চুমই। ইমুং-মনুংশিং অয়াম্বা পীকশিন্নরকপনা নুপী থিবিনবা, হায়বিনবা মীসু লৈনদ্রে মথৌ চিন্নরে। অদুনা গাইডেন্স অমদি কাউন্সেলিং সেন্টবগী মথৌ যাম্না লাক্রে। লমদমসিদসু মেত্রিমোনিয়েল গাইডেন্স সেন্টর লিংখৎনরক্রে, শিংজমৈ সুপর মার্কেটতা অমা লৈবা থেংনরে। য়ূম্বান-কৈবানগী লুরবা সমস্যা কোক্লবা অসিগুম্বা সেন্টবশিংনা সেবা ফংবিরকপা ওইসনু। য়ূম্বান-কৈবান থোং মান্নরগা সমাজ চাওখৎকনি।

# তিন্নবা য়াররোইদবা ওইরবদি শেংনা খাইদোক্লবনা ফৈ আইনগী মতেঙসু লৈ

**লুহোংবা** মতমদু ফাওবা মতৈ-মনাও ওইরিবা অনীনা তুংকোইনা লৈমিন্নবা অমদি মখোয়দা য়েৎলকপা পূম্বা মায়োক্নদুনা হোঙলকখিবনি, অদুবু তুং তারকপা পুক্সিদা তিন্নবা য়ারক্তদুনা কায়নবা নত্তবা উপায় লৈরক্তবদগী খাইনদনা লৈনবা ৱাফমদি অনৌবা নৎত্রে। খাইনবদু লৈকায় অহল-লমনশিং পূল্লগা ৱারেপ্লবগী চৎনবী লৈ অমসুং তুং তারকপদা অউনপোৎ লৌথোক্লবদি তশেংনা খাইনরে হায়না লৌনৈ। চৎনবীনা শেম্বা পথাপ ওইনা অউনপোৎ লৌথোক্লদ্রিমখৈ তোঙাননা লৈনরবসু লুহোংবগী মরী তৎনরে হায়না লৌনদে। লুহোংবগী মরীদি তৎনদবা অদুগা তোঙাননা লৈনবগী চৎনবী লৈরম্বগী মরমদি নোংমা শাওনবা ফন্নরবা মতমদা অনুক হজিন্নরকপা য়ানবগী লম্বী অমা ফাংপনি। আইনদসু জুদিসিয়েল সেপরেসন হায়দুনা লুহোংবগী মরীদি তৎনহন্দবা অদুগা তোঙাননা লৈনবা য়াবগী পাম্বৈসু লৈ। জুদিসিয়েল সেপরেসন্দা লৈনরবা চহী অমগী মনুংদা মায়গৈ অনীদু হজিন্নদ্রবদি তশেংনা নাখৈ শেংনা খাইনদুনা লুহোংবা মরীদু হন্দোক্লবগী দাইভোর্স কেশ অমা থাবা য়াহল্লি।

আইন্দা খাইনবা হায়বা ৱাফমসিবু আইনগী লাইরিক্তদি য়াওরকপা ফন্না কুইববসু মদুগী কান্নবা খঙনবকপদি পংকুই কুইদ্রি। লোয়ননা ফেমিলি কোর্টসু লিংখৎনদুনা অসিগুম্বা মতাং অমদি খাইনবনচিংবা অমদি মদুগা মরী লৈবা মতাং কয়াগী অখন্নবা ৱায়েন লোয়শঙ লিংখৎনরকপদগী হেন্না মশক খঙনবা হেনগৎনবকই।

নাখৈ শেংনা খাইনহৌদবনা সমাজদা অমাঙ-অতা ফন্না য়াম্না পুরকই। অহানবদা, মী অমা ওইবগী য়ুম-কৈ পান্দুনা লৈনীংলকপা মতমদা অহানবা লুহোংবদু খাইদোক্লদ্রিঙৈদা হোঙউবা ওইরবদি নীপাদু নুপী লোনবগী মরালদা দন্দি ফংনীংঙাই ওই। নুপীদুনা মায়দা কালি তৈবগী শক্তম ওইরবা নুপী অতোমবী হায়বা মীয়াম্না খঙনবা আইন্দদি মশক খঙদবা থাক অমদা লৈ।

কনাগুম্বী নুপী খরনা লুহোংবগী মরী তৎনদনা খাইনদনা লৈবনা নীপা ওৎনবা খুৎলায় ওইনা শীজিন্নৈ। মশামক্তি নুপাদুগী নুপী অমা ওইনা কৈদৌনুংদসু লৈররোই হায়না খল্লদুনা তোঙাননা লৈবা চহী কয়া অমা ফারবা, অদুগা নীপাদুনা পুক্সিগী য়ুম লেপ্পীংদুনা নুপী অমা থিজরকপদা আইনগী পাম্বৈ শীজিন্নদুনা অথিংবা অয়েৎপদি অদুম মপীবা। মতাংদুদনা মাগী নুপীনি ঐ লৈরে ঐ লৈনা লৈনা অতোম্বী থিবা য়ারোই হায়দুনা হেক্তা চোংথোরকপা। আইন্দা য়েংলুবদা খাইনবদু নাখৈ অমা শেংলমদবনা অয়েৎপা ওইনা থোকপা মতাংনি।

মসিদা নুপীদুনা নাখৈ শেংনা খাইনদুনা নুপী নীপা ওইবগী মরীদ্ নাখৈ শেংনা হন্দোক্লদুনা লৈনরবদি লৈবাক কুম্মৈ ওইনবা ৱাফমদুদগী নাম্বোকপা ঙমগদবনি।

আইনগী মীৎয়েংদা লুহোংদুনা লৌবী নুপী অমবু শৌগৎলি। মহাক লুহোংলবী নুপী (ৱাইফ) হায়বা থাক অদু ফংহল্লি নীপাদুনা শিরবদা থবক তৌবা মী ওইরম্লবদি ফেমিলি পেন্সনসু মানা ফংজৈ দাই-ন-হারনেস হায়দুনা থবক তৌনা তৌনা মাগী নীপানা শিখিবা ওইরবদি থাবক মহূৎ অমা তৌনবগী খুদোংচাবা ওইনা মানা ফংজৈ মদ্ ফংনবা হোৎনবদা আইন্নসু শৌগৎলি।

মসিদা আইন্না পীরিবা অধিকারশিংসিনা তাকপদি মসিগী মতীক থোকপা দাযত্ব (দিয়ুত্তি) দুসু মশক খঙনা নুপী অমনা চৎফম থোকই। মসিগী দিয়ুত্তিসিদি তৌনীংদবা অদুগা আধিকারদি পঙতান্দা তানবা ঐখোয়গী লমসিদা য়েংবদা অরাবা খুদম মরাঙ কায়না লৈ। খুদম ওইনা পল্লবদা, মশামক চঙদুনা নীপাদুগা য়ুম পানদুনা লৈয়ু হায়বদি য়াদবা নুপী, মপামদা হল্লকতুনা লৈবা নোংমতা নীপাদু কমদৌরি য়েংলুদ্রবা অদুবু নীপাদুনা য়ুম লেপ্লগে হায়দুনা নুপী অমা থিজগে হেক তৌবদনা মাগী নুপী ঐ অমা চাউথোক চাউনা লৈরি হায়দুনা হেক মচোংথোরকপা। অদুম হায়না নুপীদুনা য়ুম পাঞ্জগদবদুসু থুগাইবা মানা চঙশিন্দুনা লৈয়ু হায়বসু য়াদবী নুপী। নীপা অমা য়ুম অমা পাঙ্কখিবদি ফৈ য়ুম পান্দনা লৈবদা সমাজগী মাঙনীংঙাই ওইবা মতাং য়াম্না লৈ।

মায়কৈ অসোমদা য়েংল্লুরবদি নুপী অতোম্বী অমনসু সমাজগী কান্ননবা থবক ফনা য়াম্না তৌই। মিংথোন্দসু অতোম্বী কৌবিরবা, আইন্নসু লুহোংবীনি হায়না শঙখবিদ্রবী, অমনা নীপা অমা ফজনা সেবা তৌজদুনা মামককী নীপানি হায়না পুক্নীংদা খঞ্জদুনা কায়রগদবা নুপা অমগী ময়ুম্বু লোইশিখনজিনবিদুনা ধৰ্ম্ম কৰ্ম্মদা নীপাদুগী য়ুম্লাক শাগেগী মীহূৎ অমা ওইবিদুনা নীপা অমগী য়ুম অমদা নুপী অমা লৈহনবগী অৱাৎপা পূম্বা মেনশিনবিদুনা মশাত্তা নত্তনা নিপাদু অমদি মচাশিংসু তৃরূ-তনান্না মীয়াক তিলহল্লিবা নুপী অতোম্বীদুনা খাইনদুনা তোঙাননা লৈখিবা চহী কুইরবী খাইনদবনা মরম ওইদুনা নুপী অহন্নি হায়না কেক্তা চোংথোবকপা য়াবগী পাম্বৈদুমা পায়ারবী নুপী অদুদগী য়াম্না হেল্লি হায়বসি মীয়াম্না য়ানীংগনি আইন্নবুদি য়াবিরোই।

নীপাদু শিরে হায়না খল্লসি মতমদুদা ফেমিলি পেন্সন ফংবা য়াবী নুপীদি নীপাদুগী নোংমতসু সেবা তৌবিদ্রিবী তোঙানবা লৈখ্রবী নুপী অহন্দুদা অদুম তাই থবক চঙবসু অদু মঙায়। ৱাফম অমা ঙাইহাক্তং খন্নবা য়াই সরকারনা সেম্বা দাই-ইন-হারনেস স্কিমগী মখাদা থবক চঙবগী লম্বীশি থবক তৌবম্বা নীপা অমনা খঙহৌদনা লৈখিদবদা মাগী ময়ুমদা শেম্বোক লৈবা অমনা খঙলেপ লেপখিবদা ইমুংদুনা বাগদবদু শৌগৎনবা ইমুংদুগী মীওই অমদা থবক পীবনি থবক ফংবা য়াবা মীদি লুখ্রাবী অমদি মচাশিংনি। লুখ্রাবী হায় হায়দুনা নীপাদুগা খাইনদুনা চহী কুইনা মপামদা লৈখ্রবী অমা নোংমতসু নীপাদুগী সেবা মচেৎ

অমত্তা ফাওবা তৌখিদ্রবীদুনা মঙোন্দা থবক পীয়ু হায়না হেক্তা চোংথোরকই অদুগা আইন্নসু শৌগৎলি। নুপীদুনা থবক্তু ফংদুনা শেম্থোক লৈরবসু নীপাদুমক্কী ইমুং অতোম্বীনা পানবা অদুদা শৌগৎপগী ৱাফমদি লৈবরোই। অদু ওইরবদি দাই-ইন-হারনেসকা হায়বা স্কিমদুগী পান্দমদুদি ফংদে।

অদুনা মসি পূম্বসি লুহোংবগা খাইনবগনা মরম ওইদুনা থোরকপা সমস্যানি। আইন্না নুপী অহলবু শৌগৎলি হায়দুনা য়ূম পান্দুনা নীপা নুপী ওইবগী দায়ত্বদু ঙাক্না চৎনদ্রবা হঞ্জিন্নদুনসু লৈমিন্নররোইদৌবা লৈরবদি নাখে শেংনা হন্দোক্কবিয়ু। অদুনা নীপাদুসু অতোপ্পা নুপী অমা থিদুনা য়ূম লেপচবা য়ারে। নুপীদুসু অতোপ্পা নীপা অমগা অমুক য়ূম পান্দুনা য়ূম লেপচবা য়ারে। আইন্না পীবা খুদোংচাবসি মী ওৎননবা মওংদা শীজিন্নবদি আইন্দুমকপু শীংনবনি ।

খাইনবগীদমক্তা ৱায়েনশঙ কানবা পামদ্রবসু চৎনলোনচৎনা য়ারবা অউনপোৎ হন্দোক্কবী অহল-লমন তিলহন্দুনা ময়াম খঙনা খাইনবা ওইরবসু য়াই। নুপী অমনা খাইনদনা লৈরগা মাগী নুপীনি হায়না ঙাইদুনা চোংথোক্লগা নীপাদুনা অতোপ্পা নুপী অমা থিজবদা আইনগী মতেঙ লৌরগা অথিংবা পীবদি য়াই অদুবু, মানা চঙদুনসু য়ূম পাল্লরোইদবা অদুগা মীনা য়ূম পাঞ্জগে হাযবগনা হেক য়েৎপা অদুদি মী ওৎপা লমচৎ শাজৎনি। তেক্লবা মীওইবগী পুন্সিদা তৌগদবা থবক্তা সিয়ৌনা য়া স্বা মতমসিদা মী ওৎপগী মতম খরদু অফবা কান্নগদবা থবকলোমদা শীজিন্ননবা ৱাখল অমসু খন্নবা য়াই।

# য়ূম অমা লেপচনবা অধিকারগা হিংবগী অধিকারগা করম্বনা চাওবগে

**মীওইবা** অমা ওইনা হেক পোক্লবগা লুহোংদুনা য়ূমলেপ্তুনা লৈবা হায়বসি পোক্লকপদগী লোযনরক্লবা অধিকার অমনি। মরম অদুমক্লা তোঙান-তোঙানবা পার্সনেল লো কয়ানা মদুনা কোনশিল্লিবা মীওইশিংদুদা লুহোংবগী নিয়ম শেমদুনা লুহোংবগী চৎন-পথাপ থম্মী। অদুগুম্বা চৎন-পথাপ অসিদা লুহোংবগী চহী, নুপী লোনবা য়াবা য়াদবা, খাইনবা, অঙাং য়োকপা অসিনচিংবা নিয়ম শেমদুনা লৈ। অদুগুম্বা নিয়মদু কায়দনা লুহোংবশিংবু আইন্না শকখঙবা লুহোংবা অমদি নুপী অদুনা লুহোংলবী নুপী হায়বগী ফমথোল অমা ফংঙি। কনাগুম্বা অমগী লুহোংবদা অপনবা পীবা য়াদে অমদি মীওই অমনা য়ানবা অমদি য়ানচে তৌনবা আইন্না থিংঙি। ইন্দিয়ান কন্ত্রেক্ট এক্ট, ১৮৭২ গী মতুংই ন্না সেক্সন ২৬ তা কনাগুম্বা অমগী লুহোংবদা অপনবা থোকপা য়ানচে পূম্বা চৎনবা য়ারোই হায়না লাওথোক্লুনা লৈ।

লমদমসিদা ফাইরেন-লমতা থাসি লুহোং পাম্থা ওইনা তৌই। মরম অদুনা সমাজগী অওনবা কয়া অসিগী মরক্তা লুহোংবগী চৎনলোনচৎনি পঙওন ওন্দবা ওইনা লৌরিবসিদা অমুক্তং মায ওনশিনদুনা যেংবা চুম্মী। লমদমসিদা য়ামনা কন্না চৎনরিবসি নুপী হায়নদুনা লৌবদা, নিপাদু কবি তৌবগে শেঙ্খোক কযাম লৈবনো, মশাদু তীঞ্জেন-লাইচেন লৈতবরা, মবুক-মপাউ কমদৌই ৱাখল-হকচাং অমদি ফীভমদা মীমান্নদবা লৈবরা অসিনচিংবা ৱা ফম পূম্বা লোৎশিনবা য়াম্না হৈনৈ। নিপাদু পুশিল্লকইবা মীওইশিংদুনা নিপাদু অতোঙবনি নুপীমচাদুগী মরায়বক্তুম ফবনি হা ফখ্রবা নুপী কয়া লাকখ্রবনি মানা পামদে হায়না হায়দোকখ্রবনি হায়বনচিংবা ৱারী কযামরুম লীশিনদুনা লুহোংবগী নুমিৎ লাকখিবা খঙনহৌদে। লুহোংলবা মতুংদা ভি দি না নৎত্রগ লৌনগল্লবা লায়না কয়ানা নারদুনা লৌখৎপা য়াদ্রবা মীওইকা ওইবম্নসু য়াওই। লুহোংলবনিনা নুপীময়ূমগু ঙাই-শেল থোল্লরবনিনা অনা-অয়েক্তু কুপশিন্নরদুনা লায়েংনবা চেনমিন্নে। দশা তাবিবদি তীন্না-কাঙনা ফাওবা শোকচদ্রিবী মরাল লৈজদবী নুপীদুনি মবমদি মহাক নিপাদগী লায়নাদু শোয়দনা লৌরগদবনি। মতাং সিদা হেন্না মরু ওইরক্লিবদি এ্রচআই ভি অমদি এইদসকী ৱাফমলোমদনি। ভারতকী লৈঙাক-পথাপতা মীওইবগী হিংবগী অধিকাব খূয়া-ভুশীৎনা হিংবগী অধিকার শা-ঙাগুম্না হিংবা নত্তবদা মীওইবা অমনা হিংফম থোকপমুক হিংবগী অধিকার আইন অমগী অচুম্বা পোবম অমগী মতুং ইন্না মাঙনবা নত্তনা মাঙহৈদ্রবা হিংবগী অধিকার লৈরিবা নুপী অমদা নমথাক তৌদুনা লোৎশিনদুনা, মশাগী অয়াবা লৌরগা নমদুনা তীঞ্জেন-লাযচেনহনবা থোকহল্লিবা

রা ফমসিদি তরায়না লৌবা য়ারিবরা? অদুগুম্বা মীওই অমা অতোপ্পদা লায়না-তীন্না শন্দোকহনবগীদমক্তা ভারতকী আই পি সি (ইন্দিয়ান পেনাল কোদ) না ১৮৬০ দগী থৌদৌ কয়া দন্দি তৌগনি হায়না লাউথোক্তুনা লাকপনা ঙসিসু চৎনরি। ইন্দিয়ান পেনাল কোদগী সেক্সন ২৬৯ গী মতুং ইন্না কনাগুম্বনা আইন্না য়াদবা মওংদা নৎত্রগা চেকশিন্দনা তৌবা থবক অমনা অতোপ্পদা লৌননীংঙাই ওইবা খুদোংথীনীংঙাই ওইবা লায়না অমা লৌননবা তৌকরবদি দন্দি ওইনা থা ৬ কৈশুমশঙদা বন্দি অমদি ফাইন নৎত্রগা অনীমক তৌবা য়াই। সেক্সন ২৭০ গী মতুং ইন্না কনাগুম্বনা পূকচেল শেংদবা মথৌ অমা তৌবা থৌদৌদা খঙন-খঙনা অতোপ্পগী পুন্সিদা খুদোংথীবা থোকহনবা লায়না পকহল্লবদি দন্দিদা কৈশুমশঙদা বন্দি ওইনা চহী অনী অমদি ফাইন নৎত্রগা অনীমক তৌবা য়াই।

মবম অদুনা ইশাদা লৈবা লায়না লাইওং কয়া লোৎশিল্লগা নুপী অমা লুহোংলুরগা লায়নাদু নুপীদুদা লৌহন্দুনা খুদোংথীনীংঙাই ওইবা পুন্সি ওইহল্লুরবদি মথক্তা পনখ্রিবা আইনসিগী মতুং ইন্না অদুম দন্দি তৌবা য়াই। লৌহনগদৌরিবা লায়নাদু শোয়দনা শিবা য়াবা ওইরবদি সেক্সন ৩০৭ কী আই পি সিগী মতুং ইন্না এটেম্পটটু মর্দর হাৎকে হায়না তেমশীংনরম্বনি হায়দুনা মপুন্সি চুপ্পা কৈশুমশঙদা মিয়াৎ তাহনবা ফাওবা য়াবা আইন লৈরি।

অদুবু, মতম চানা ফোৎচিন-পুনশিলহৌবনা অচৌবা মমাঙ-অতা কয়াদগী কঞ্জবা য়াই। মরম অদুনা ঙসি লুহোংদুনা মতৈ-মনাও ওইবগা শোয়দনা শন্দোক্লগদবা অমনা অমদা শোয়দনা লৌনগদৌরবা লায়না এইদসকী খুদোংথীবা অসি আইপি সিনা ঙাক-শেনবা ঙমগদবা মান্দ্রে। খাইনবগী আইন ফাওবদা সংসারগী অওনবসি য়াওবা ঙমদনা লৈবা উই। খুদম ওইনা হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট ১৯৫৫ দা খাইনবা য়াবগী মতাং ময়ামগী মনুংদা লুহোংবা মপাং অমা লেপ্রোসি নৎত্রগা ভেনরেল দিজিজ নারবদি নাদবা মপাঙদুনা লুহোং বদু হন্দোক্লদুনা খানবা য়াই। অদুবু, মপাং অমা ঐচআইভি নৎত্রগা এইদস পক্লবা ওইরম্লে হায়দুনা খাইনবা য়াবগী মতাঙদি আইন্দা হাপচিন্দনা লৈ।

সুপ্রিম কোর্টতা হন্দক্তা রায়েনশঙগী রায়েন পীখ্রবা কেশ দাক্তর টোকুঝা য়েপথোমি ভার্সস এপোলো হোস্পিতাল হায়না মিংথোনবা কেশ অদু মতাং অসিদানৈনবা চুমগনি। কেশ অসি লিগেল স্পেক্ত্রম হায়না আইনগী চে ফোঙ ১৯৯৯ জানুয়ারী থাগী মশীং অহানবা অহুমশুবা ভোল্যুমগী ১৪ শুবা চেনাদা ফোঙখ্রে। চেন্নাইদা থোকপা রাফমনি।

পাখং অনাবা অমগী ঈ য়েংবদা ঐচআইভি য়াওবা থেংনরকখি। দাক্তর অমনা রাফমসি খংনবা য়াবসি অনাবা মশাদুদনি অমদি অতোপ্পা মীওইদদি অরোনবা ওইনা থম্বা হায়বসি দাক্তর অমগী তৌফম থোকপনি। পাখংসি নুপী অমগা হায়ন-শীংনবা লৌইরবা অমনি। দাক্তর অদুনা নিপাদুগী হকশেলগী থাক অদু নুপীদুদা তাকথোক্লম্মী। অদুদগী দাক্তর অদুনা মাগী শিনফমদুগা পক্লরিবা রাশক অদু কায়না চৎপা য়াবরা নৎত্রগা মীওই অমা লুহোংবগী অধিকারসি কনানা খুৎ থিংজিনবা য়াদবা কায়হৈদেবা অধিকার ওইব্রা হায়বা রাহংসি কোর্টকী

মমাঙদা লৈখি।

কোর্টনা খুমখি. লাইথূং পক্লবা মীওই অমনা লাইথূংদু কোক্ত্রিমখৈদি লুহোংবগী অধিকাবসি শীজিন্নবা য়াদবা অধিকার ওইখিগনি হায়বদি লুহোংবগী অধিকার হায়বসি মীগী হিংবা অমদি হিংহনবগী আধিকার শোক্লকপা তারবদি থিংবা যাবা অধিকারনি হায়বনি। কোর্টনা মখা তানা হায়খি, দাক্তর অমনা লুহোংগদৌরবা নুপী অমদা নিপাদুগী ঐচআইভি এইদসকী থাক্কী মরমদা হায়দোকপসি শিনফমগা মরী লৈনবা ৱাশক কায়বা থোক্তেসু হায়রম্মী।

কেশ অসিদা লাইথূং- তীনথূং পক্ত্রিবী অমগী হিংবগী অধিকারগা অনাবা অমগী লনাইগী ওইবা অরোনবা লায়না অমগী লনাইগী ওইবা অরোনবা লায়না অমা তাকথোক্তনা লোৎশিনদুনা কনা খঙহন্দনা থম্বগী অধিকারদুগা চীক্লরকপনি। হিংবগী আধিকারনা চাউই হায়বসিনা ৱায়েলশঙগী মোৎনি মরমদি হিংবা হায়বসি হিংহনবা হায়বনি।

লিগেল স্পেক্ত্রুম্না ৱাফমসিদা নৈনবগী থৌরম পায়খৎখি, দিল্লীদা লৈবা খনগৎলবা মী চাম্মখক্তা ৱাহং হংদুনা মোৎ লৌবদা সুপ্রিম কোর্টকী রাই অসিনা ঐচআইভি নারবা কয়া সমাজদগী লাপথোকহনবা ওইনা থোকই হায়না খুম্বনা চাদা ৬৮ গী চাং ওইখি।

ঙাঙখৈ ঙাঙনরুরগা আইন্দা অমুক হঞ্জিল্লকই। চাদা ৮৯দি আইন অমা শেমদুনা মসিগী ৱাফমসি নাখৈ অমা শেংহল্লু হায়না খুন্নখি.

কূপ্পা থিজিন-খোৎচিন্দনা লুহোংবগী চৎনবী লৈবা. নিপাগী অশেংবা মগুণ লোৎশিনবগী চৎনবী লৈবা, কুইনা খঙনদনা চেনবগী চৎনবী লৈবা লমদমসিদা ঐইদসকীসু মমিং লৈবনি অদুনা. হেন্না খুদোংথীনীংঙাই  ওইরি। অদুবু, খঙজিনবা য়াবা ৱাফমদি লুহোংবসি চেকশিনবা ফৈ।

# পোকপা অমদি শিবা রেজিষ্টর তৌনবা আইন

**ঙসি** অরি অনৌ শিন্নফম থোঙ্গানসিদা লেপ্তুনা চান্ন মীকৌনা কৌজে পোইরে মদাইরেম্না য়াইফথোইববু ওইবিয়ু চহী অসি চুপ্নবু।

অওনবা হাযবসি সংসারসিগী চৎন-লোনচৎনি অরিবনা চৎখিবা অনৌবনা শিলহৌবা ইংলিস লোন্দা "ওল্ড ওর্ডর চেলেঞ্জেথ য়িল্ডিংপ্লেস টু ডি নিউ"। অসিগুম্বা নুমিৎ অমা লাকপসিদা আইনগী মীৎয়েংদা পোকপা অমদি শিবা হায়বা ৱাফমলোমদা অমুক্তং খন্থদুনা য়েংবা য়াই।

মীশিং হেনগৎলকপা হায়বা সমস্যাসিদগী অঙাং মশীং হন্থহনবগী খোল্লাউ অনী নৎত্রগা অহন্না ওক্রসি হায়বা ৱাখল্লোন, চহী থেঙনা য়ূম পানবগী ৱাফম হৌদোকপা, লোয়ননা অঙাং মশীং য়াম্বনা চাবা থকপা নীং থুংদে হায়বা খোল্লাউ, মীশিং হেনগৎপদগী থোকপা মখল মখা কযাগী সমস্যারোমদা ফেমিলি প্লানিং, পোপুলেসন ইডুকসেন আইনবোমদা মেটর্নিটিলিভ পীবা য়াবা য়াদবা মতাং কয়া অমনা ফনা লৈজরবসু মমা অমগী পুক্লুংদা মীরোনখ্রবা অঙাং অমবু আইন্না ঙাক শেনবা হৌখ্রবনি। মমাগী মশাগী য়েংদুনা লৌথোক্তবা য়াদ্রবা অঙাং অমবুদি মেডিকেল টার্মিনেসন ওফ প্রেগ্নেন্সি এক্টকী মখাদা য়াজরবসু মদুদা পীবিবা অয়াবদু নত্তবদা পুক্লুংদা লৈরিবা অঙাং অমা হিংনা পোক্রক্তনবা হোৎনরব্বা থৌদোক পুম্বা ইন্দিয়ান পেনাল কোডকী মখাদা মিসকেবিয়েজ হায়দুনা দণ্ডি ফংনীংঙাই ওই। মসিদা নত্তনা ক্রিমিনেল প্রোসিড্যুওর কোর্ট কী সেক্সন ৪১৬ কী মখাদা শিবগী চৈরাক ফংলবী নুপী অমা করিগুম্বা মশা ৱাই শংলমদবা তরবদি চৈরাক অদু মপুন্সি চুপ্পা বন্দি ওইনা থম্দদা ওস্থোক্কনি হায়রি। ৱাফম অসোমদা য়েংলুরবদি আইন্না মিরোনখ্রবা পোক্ত্রিবা অঙাংশিং মাঙহনবা থিংহই অমসুং হিংনা পোক্লক্রবা ঙাক-শেন্নি।

অদুমকপু পোক্ত্রিবা অঙাংমক্তা লন-থুম অমা পীবা য়াবগী মতাংদদি খুৎশিন্নবা য়াবা মতাংমক ওইদ্রিবনিনা ট্রান্সফর ওফ প্রোপর্টি এক্ট হায়বসিনা অঙাংদু পোক্ত্রিডৈদা অতোপ্পা অমদা অঙাংদু পোক্ত্রিমখৈ লন অদু পায়হল্লগা অঙাংদু হেক পোকপগা লনদু অঙাংদুগী মপী মপা ওইরিবা গার্জিয়ান অমদা শিন্নবিবা য়ারে। অঙাংদু পোক্লক্ত্রগনা অঙাংদু পোক্ত্রি ফাওবা লনদু পায়গদবা মীদুনা অদুম পায়জখ্রে। অসুন্না পোকপা হায়বসি ওইরবতদা লন অমা ফংবা য়াহল্লি পোক্ত্রিডৈদা ফাওবদি লনগী মপুমক ওইবদি য়াদ্রি।

পোকপগী নুমিৎ পুংশীং থাবান নক্ষত্রনচিংবা ইশিন্দুনা থম্বগী চৎনবী কুঠি ইবগী চৎনবী লমদমসিদসু লৈরকই। অদুবু, মসিগী মথক্তা পোকপা শিবগী রেজিষ্টার তৌবগী

আইন অমসু হৌদোরকই। পোকপা অমদি শিবগী রেজিষ্টার তৌবগী সার্টিফিকেট অমনা মী অমা পোকখি অমদি শিখি হায়বা উৎননবা নৎত্রগা খঙননবা অমত্তা ঙায়রবা চেরোলনি।

মণিপুর বার্থস এণ্ড ডেথস রুলস, ১৯৭০ হায়বা আইন অসিগী মখাদা মণিপুরদা পোকপা অমদি শিবা খুদিংমক রেজিষ্টার তৌবগী তঙাইফদবা লৈরে। লমদমদু কোনবা ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলগী ওফিশ ব্লোকনা কোনবা লমদম ওইরগা ব্লোক দিভেলপমেন্ট ওফিস চীংগী লমদমদা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলগী ওফিসশিংদা চত্তুনা পোকপা অমদি শিবা রেজিষ্টার তৌবা য়াই।

আইনসিগী মখাদা কনাগুম্বা অমনা পোকপা নৎত্রগা শিবা থোকপদা হাপ্তা অমগী মনুংদা হায়রিবা লোয়শঙশিংদা চত্তুনা পাও পীগদবনি অমদি থেঙথরবদা চহী অমগী মনুংদা পাউদু পীগ দবনি। কনাগুম্বনা হায়রিবা মতমসিদা পাওসি পীবা ঙমহৌদ্রবসু মীওইদুনা লৈরিবা মফমদু কোনবা একজিক্যুটিব মেজিষ্ট্রেট অমগী ওর্ডর অমা লৌদুনা অদুম রেজিষ্টার তৌবিবা য়াই।

রেজিষ্টার তৌনবগীদমক্তা ইনফোর্মেন্ট হায়দুনা পাউদু পীগদৌরিবা মীওই অমনা লোয়শঙশিংদুদা ফংগদবা ডিক্লারেসন ফোর্ম অমদা মেনশিন্দুনা দরখাষ্ট থারগা অদুম সার্টিফিকেট অমা ফংবা য়ারে। রেজিষ্টার তৌবা অমদি সার্টিফিকেট অমা ফংননবদা পৈশা অমত্তা তিংনীংঙাই ওইদে। পোকপা রেজিষ্টার তৌবগী কান্নবনা কনাগুমবা অমগী পোকপা নুমিৎ অমা উৎননবা খ্বাইদগী ফরবা প্রামন অমা ওই। সরকারগী থবক অমা তৌবদা চহী উৎননবা ঙসিদি হায় স্কুল লিবিং সার্টিফিকেটতা আইন্দা মশক খঙবা হেল্লি। ঙসি স্কুলশিংদা মিং চনবদা অঙাংদুগী বার্থ সার্টিফিকেট অমা ইচঙ চঙদবা য়াদ্রবনি। মরম অদুনা ঐখোয় পুম্বগী ইথৌ ওইনা অঙাং অমা হেক পোকপগা রেজিষ্টার তৌবিবা কাওবা য়াদ্রবনি।

শিবা রেজিষ্টার তৌবগী তঙাইফদবা রাফমসু কাউফদে। আইন্দা মরু ওইবা মতাং কয়া অমদি শিবদগী থোক্লকই। কনাগুম্বা অমগী শিবা মতমদা য়েল্লমদবা লন-থুমদু হিংহৌরিবা কাঙবুনা ফংহৌই, সরকারগী লোয়শঙদা থবক তৌবা অমনা মথৌ শুনা শূন্য শিথ্রবদা মাগী নুপী অঙাংনা ফেমিলি পেন্সন চাহৌই. ডাই ইন হার্নেসতা থবক অমনা ফংজবগী খুদোংচাবা ফংই। মতৈ-মনাও ওইনা লৈনবম্বা মপাং অমা শিথ্রবদা হিংহৌরিবা মপাংদু আইন্দা অমুক লুহোংদুনা অতোপ্পগা য়ুম পানবা য়াই। অসুন্না শিবনা মরম ওইদুনা ওইরকপা য়াবা কয়া অমসি ফংননবা মীওই অমা শিথ্রে হায়না প্রমান পীবা ঙম্বা তাই চুন্না শিথ্রে হায়রগা হেক্তা য়াদ্রি।

মীওইবসি করম্বা কান্দা শিথ্রে হায়না লৌই। মদুগী পাউখুম হায়ববু মৈতান্না রাখৈথ্রগা, নৎত্রগা ইংলিস লোন্দা "দষ্ট দাও আর্ট চু দষ্ট রিটনেষ্ট" হায়দুনা লৈখোম্না শাবা হকচাংনা লৈবাক্তা তিনখ্রবা মতমদুদা। অদু ওইববদি ঙসি শিথ্রবা মীওই কয়ানা শিদ্রিঙৈদা মাগী হকচাংগী শরুক কয়া অতোপ্পদা দান তৌবম্বদগী মশানা লৈপাক্তা তিঞ্জথ্রবসু মাগী হকচাং

শরুক অমা হিংহৌরিবা মী অমগী মশাদা শীজিন্নদুনা লৈহৌরবদি মহাক মপূং ফানা শিখ্রে হায়না লৌগদ্রা ? অসিগুম্বা রাহং কয়ামরুম মতমগী মতুং ইন্না থোরকপা য়ারি। শিবা রেজিষ্টার তৌরবদি মহাক্কী মশাগী শরুক অমা অতোপ্পদা হিংহৌরবসু মহাক শিখ্রে হায়না লৌরগনি। মরম অদুনা মী অমা শিখ্রে হায়না উনবা অমত্তা ঙাযরবা প্রমান চেদি ডেথ সার্টিফিকেট অদুতনা ওইরি।

মরম অদুনা ঙসি অনৌবা শতাব্দী অমদা খোঙথাংশিল্লকপা থোঙ্গানসিদা নীংশিংবা য়াই, পোকপা অমদি শিবা রেজিষ্টার তৌনবা আইন অমা লৈ মসি মীয়ামগী য়াইফনবনি। অদুনা পোকপা অমদি শিবা রেজিষ্টার তৌবিয়ু।

# শাগৈ-জাৎ লাইনীং লম্বী মান্নদবা নুপী নিপা লুহোংবা

**চাওখৎপা** মীওইবগী সমাজদা য়ূম লেপ্তুনা য়ূম্নাক-শাগৈ চাউথোকহন্নবা পাম্বৈদি লুহোংবগী চৎনবীসিনি। মসি সংস্কার অমনি। লাইনীং লম্বীদা সংস্কারনি হায়না লৌগেরা নৎত্রগা য়ানবনা য়ূম্ফম ওইবা থৌওং অমনিবু হায়গেরা লুহোংবা হায়রবসিনা মশক নাইবা, নিয়ম নাইবা, অকক্কবা চৎন-লোনচৎতা য়ূম্ফম ওইবা সমাজ অমা ওইহল্লকইবনি। চৎন-লোনচৎসিগী মতেংদনা মীওইবশিংগী মরক্তা লুহোংলবা নুপা লুহোংলবী নুপী ইংলিসতা হজবেন্দ এন্দ ৱাইফ, হিন্দীদা পাতি অমদি পত্নী হায়বা লেমজনফম ওইরবা সমাজসিগী ফমথোল অমা ফংজরিবনি।

মীওইবগী পোকপদা লোয়নরক্লবা অধিকাব অমনি লুহোংবগী অধিকার হায়বসি। থায়নগী মতমদদি মীওইবনা মশা মশাগী মরমদমদগী হেন্দোক্তনা খুন্দা-লৈতাবা ঙাক্তনি। অদুনা লাইনীং লম্বী মান্নদবা শাগৈ-জাৎ খেননবা মীওইগা লুহোংলকপগী চৎনবী পঙনা থোক্লমদে। অদুবু, ঙসি বিজ্ঞানগী মতেংনা মীওইবসি লমদম, চাকচা, ফিজেৎ, পোকফম মান্নদ্রবসু নকশিন্নহল্লে। অযাঙবা চথোক-চৎশিন তৌনবগী পাম্বৈনা য়ৌনীংবা মফম য়ৌবা ঙম্লরক্লে। লমদম অমদগী, লৈঙাক পথাপ্না, মপান লৈবাক্তা কোয়না চৎহনবা য়ানবা অধিকার পীরে। ভারতকী ওইনা রাইত তু ত্রেবেল এব্রোদ হায়বসি ভারত নাগরিক অমগী কায়হৈদ্রবা অধিকার অমনি হায়রবসি নাখৈ শেংলে। অসিগুম্বা মতম অসিদদি শাগৈ-জাৎ পোকফম-শাৎফম, লাইনীং লম্বী খেন্নবা নুপী-নিপা কয়া চারৌমৌনৌনবকপা মশানা থিংবা য়াবরোইদবা ৱাফম অমা ওইরে।

অন্তরজাতিগী ওইবা আইন লোমদা যেংবদা য়ুনিবর্সেল দিক্লারেসন ওব হ্যমেন রাইতস ১৯৪৮ গী আর্টিকল ১৬ শুবদা হায়রি—

(১) শারেপ ফারবা ফারবী নুপী-নিপা কয়া লাইনীং লম্বী, পোক ফম অমদি শাগৈ-জাৎকী য়েংদুনা লুহোংবদা অপনবা অমত্তা পীবা য়াবোই অমদি য়ূম অমা লেপচবদা লুহোংবা মীওইদা ফংফম থোকপা অধিকাব অমদি খাইনরকপনা খাইনবা মীওইদা ফংফম থোকপা অধিকার অমত্তা মাঙহনবা য়ারোই;

(২) লুহোংবা পূম্বা হোঙগদৌরিবা নাকল অনীমক্কী মশাগী অয়াবা যাওরবতদা যাহনগদবনি;

(৩) সরকারনা য়ূম লেপ্লবা মতৈ-মনাও পূম্নমক্তা মাযকৈ পূম্নমক্তগী ঙাকপি শেনবিবা য়াবা থৌদাং পূম্বা পায়খৎপিগদবনি।

ইন্তরনেসনেল কোবেনান্ত ওন সিবিল এন্দ পোলিতিকেল রাইতস, ১৯৬৬ কী আর্টিকল ২৩ শুবদা অমদি ইন্তরনেসনেল কোবেনান্ত ওন ইকনোমিক সোসিয়েল এন্দ কলচরেল রাইতস, ১৯৬৩ গী আর্টিকল ১০ শুবদা অমদি য়ুরোপিয়ান কনবেন্সন ফোরদি প্রোতেক্সন ওব হ্যুমেন রাইতস এন্দ ফন্দামেন্তল ফ্রীদম, ১৯৫০ গী আর্টিকল ১২ শুবা অমদি আফ্রিকান কনবেন্স ওন হ্যুমেন রাইতস, ১৯৬৯ গী আর্টিকল ১৭ শুবদসু লুহোংদুনা য়ূম লেপচনবগী অধিকার ইদুনা য়াওখ্রবনি।

কাঙলূপ অমমম্গী চৎনরিবা পার্সনেল লো রোমদা য়েংলুরবদি চৎন-লোনচৎ অমত্তনা অতোপ্পা কাঙলূপ অমগা লুহোংবা য়াগনি হায়বসিদি হায়দে। অদুবু, লাইনীং লম্বী অমনা কোনবা কাঙলূপ মনুংদসু অনেম-অৱাং নাইবা শাগৈ-জাৎ খায়রি। মদুগী মান্নদবা শাগৈ-জাৎ মনুংমক্তসু অমগা অতোপ্পগা লুহোংবগী চৎনবী অমত্তা থমদে। অদুমকপু শাগৈ জাৎ মান্নদবা মশেল লুহোংবগী মতাঙ অমদি 'অনুলোমা' নি। হায়বদি অৱাংবা শাগৈগী নিপা অমনা শাগৈ জাৎত্তা হন্থরবী নুপী অমগা লুহোংবা খূদম ওইনা ব্রাম্মান ওইরবা নিপা অমগা ক্ষেত্রিয় নুপী অমগা লুহোংবা । অমনা' প্রতিলোমা' নি, মসিদনা শাগৈ-জাৎত্তা ৱাংবা নুপী অমগা লুহোংবা খূদম ওইনা ক্ষেত্রিয় ওইবা নিপা অমনা ব্রাম্মণ নুপী অমগা লুহোংবা। সংস্কৃতকী সাহিত্যদা কালিদাসনা ইবা মালবিকাগ্নি মিত্র হায়বা ৱারীদুদা অগ্নীমিত্র কৌবা ব্রাম্মণ অমগা মালবীকা কৌবী ক্ষেত্রিয় নিংথৌমচা নুপী অমগা লুহোংবগী ৱারীনি। অদুবু লাইনীং লম্বী অমনা অমদা ৱাং মা লান্না লুহোংবা য়াবগী নিয়ম অমত্তা মশা মশাগী পার্সনেল লো অমত্তনা অয়াবা পীদে। হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৫ না হিন্দু অমনা অতোপ্পা হিন্দু অমা লুহোংবগী ৱা খক্তা হায়। খৃষ্টান মেরিয়েজ এক্ট, ১৮৭২ না খৃষ্টান অনী, পার্সি মেরিয়েজ এন্দ দাইবোর্স এক্ট, ১৯৩৬ তসু পার্সি অনী লুহোংবা য়াবগী নিয়ম খক্তং য়াওরি। মুসলিম লোগী মতুং ইন্নদি মহম্মদ নিপা অমনা মহম্মদন নুপী অমগা নৎত্রগা কিতাবিয়া, জিয়ু অমদি খৃষ্টান নুপীগসু হোঙবা য়াহল্লি অদুবু মূর্ত্তিবু লাই ওইনা লাৎপা কাঙবু অমদি মৈ লাৎপা কাঙবুগদি লুহোংবা য়ারোই হায়না শেংনা হায়।

স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৪ চৎনবা হৌরকপদগীদি মীওইবা অনীমক (নুপী অমগা নিপা অমগা) মশাগী চহী শুরবা য়ানরবা অমদি আইন্না অথিংবা লৈত্রবা ওইরবদি অদুম লুহোংবা য়ারে। মদুদা ধর্ম্মগী ৱাফম অমত্তা লাক্ত্রে। আইন অসিগী মখাদা ভারত্তা পোকপা মীওই খুদীংমক নৎত্রগা মীরমদা লৈখ্রবা ভারতকী নাগরিক অমনা মশা মশানা চৎনীংবা লাইনীং লম্বী অমা চৎনরবসু লুহোংবা য়াহল্লি।

বিজ্ঞানগী চাওখৎলকপদনা শাগৈ-জাৎ, লাইনীং লম্বী খেন্নজরবসু মীওইবা মশেল অমগা অমগা নকশিন্নবা, হেন্নরকইবসিনা অমরোমদা মীরম ওইরিবা অতোপ্পা আইন অমা চৎলিবা ম্যানমার (বর্ম্মা) গা য়াম্না নকশিন্ননা লৈবতা নত্তনা নুংতিগী চঙথোক-চঙশিন তৌনরিবা মতৌসিমক্তা চাবৌ মৌবৌনরকপা থিংবা ৱাগদবা মতৌনি। অদুগুম্বা লুহোংবা

কয়া পাঙথোক্কবা য়ারক্রোই। অমরোমদা হিন্দু লো চৎপা কাঙবুগা মুসলিম লো চৎপা কাঙবুগা লমদমসিদা লৈকায় কযাদা তোৎ-তিন্নবা লৈরি। লুহোংবা কয়াসু পাঙথোক্লখ্রে। অয়াম্বা লুহোংবদা নিপানা লাইনীং লম্বী চৎচরিবদু থাদোক্তুনা নুপীগী মায়কৈদা ওনশিনখিবগী চৎনবী নুপা ওইরবসু নুপী লাইনীং লম্বীদা ওনসিনখিবগী চৎনবী ওইনদুনা লৈরকই। মখোয় করম্বা মওংদা হোঙখিবা লুহোংবনো কনাসু ইথি থিবিরুদে।

আইনগী মীৎয়েংদদি স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্টনা পীরিবা নিয়মসিগী মখাদা রেজিস্ত্রার তৌদুনা লুহোংবনা তুংদা ওইজবা হেনগদবা মরম য়াম্না লৈ। মরু ওইনা মরম অমদি লমদমসিদা লুহোংবা অয়াম্বদা নুপীগা নিপাগা ৱাখলগী থাক্তা নিপানা ৱাংবা হেনবা নুপীনা ৱাৎপা খরা তোয়না থোক্কল্লি। নিপা কয়ানা মীনম্বা মওংদা নুপীবু থেমদুনা চমন্নহল্লগা মশানদি মপূং ফানা য়াবা নত্তবদা লুহোংবা য়াম্না য়াওই। মুসলিম অমনা মানা থাকপা ঙমগদবা লৈরবদি নুপী মরি ফাওবা লোনবা য়াহল্লি। অদুনা মুসলিম নত্তবী নুপী অমনা মুসলিম অমগা লুহোংবদা স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্টকী মখাদা হোঙবা তারবদি নিপাদু মাগী পার্সনেল লোনা নুপী লোনবা য়াহনবদু মঙোন্দদি চৎনরোই। মদুমক্তু লাইনীং লম্বী মান্নদবী নুপী অমা মাগী সমাজনসু কয়া থৌওইবিররোইদবী অমা ওইগদৌরিবনিনা মাগা নিপাদুগা ফাওবদি ভাব তানা নুপী লোনশিল্লক্তনা হিংবা য়াবা ওইগনি। তৌবগীবুদি অসিগুম্বা শাগে-জাৎ লাইনীং লম্বী ৱাংমা লান্না লুহোংগদবা কাঙবুদি য়াম্না খম্থদুনা মীৎশিং নাশিংনা তুং-মাঙ নাক-য়েৎ য়েংনা চৎপা নুপী ওইয়্ হায়বনি। ৱান মেন ৱান নেসন ৱান ৱার্ল্ড কা হায়বা ৱাখল্লোনসিদা চারৌ-মৌরৌনবা চৎনবীসু য়াম্না মরু ওই।

# ত্রাইবেল লো ওব ইনহেরিটেন্স অমসুং য়ুনিফোর্ম সিবিল কোদ

**হরাও**-কুম্মৈ ময়ামগী মনুংদা চীংমীশিংগীসু অখন্নবা কয়া লমদমসিদা পাঙথোক্নৈ 'জেলিয়াংরোং' কাঙলুপকী 'চকান গানঙাই' নাগাশিংদগী 'নাগা সিদ সোয়িং দে' কুকিগীসিংগী অখন্নবা 'চভাংকুট' নি। কুম্মৈ অয়াম্বা নুপীশিংনা মপুং ওইনা চোংথোক্তুনা য়াওবা উই নিপাসু য়াওদবদি নত্তে, খুদম ওইনা জগোই শাদোরকপদা উবা ফংঙি। কুটকী হরাও-কুম্মৈসিদি নুপীশিংগী শক্তম, ফীভমদা অথোই-অহেন তান্নবা মিস কুটকী থৌরম অমা হেক হেক য়াওনৈ। মদুদা মৈতৈ নুপীসিংসু শরুক য়ারুদনা মিস কুটকী মনাসি মৈতৈনুপীশিংনা ফংনবা মতাং কয়া য়াওনখ্রে।

কুমসিগীসু কুটকী নুমিৎ লাক্লে অসিগুম্না কুম্মৈসিদা শাগৈ-জাৎ য়েংনদনা পূন্না হরাওমিন্নবা মতৌশিদা অখন্ননা নুপীগী লন-থুমগী মতাংদা চীংমী নুপীশিংগী চৎন-পথাপনা কক্তুনা পীবা নিপানা নৎত্রগা মপানা শিরগা থম্বীরম্বা লন-থুমগী মপূ ওইবা য়াদবা চৎন-পথাপলোমদা ওনশিনদুনা য়েংনীংবা ফাওরকই।

হিন্দু লো চৎপা কাঙবুশিংনা মপানা নৎত্রগা নিপা অমনা শিরবদা মাগী মচানুপী নৎত্রগা লুখ্রানী মাগী নুপীদু লন-থুম ফংবদা হিংহৌবিবা পূন্নমক চপ মান্নবা চাং অমদা অদুম ফংবগী নিয়ম লৈ। অদুবু, চীংমীশিংগীদমক্তদি মখোয়গী কস্তমবি লো মনুংগী চৎন-পথাপ অদু ঙসিসু পুথোক্লে। অদুগুম্না কস্তমরি লো দুনা নুপীশিংগী মমা-মপা নৎত্রগা মাগী নিপানা থম্লম্বা লন-থুম ফংবা য়াবগী আধিকার অমত্তা পীরমদে।

ঙসিদি ব্রাহং অমা হংবা য়াই ভারতকী লৈঙাক-পথাপতা নুপী-নিপা য়েংদুনা মীচঙ-মীখায় নাইবা য়ারোই হায়বা আইন ওইনা লাওথোক্লিবসিমক্তদা নুপীবু লন-থুমগী মপূ ওইবা য়াহনদবা চৎন-পথাপ অমা কদায় ফাওবা শৌগৎপা য়াবগে হায়বসিনি। অদুবু, অসিগুম্বা চয়েৎনবা কয়া লৈখায় অমা তাথোরুবা ব্রায়েনশঙ অচৌবদা কেশ কয়া লাক্তে। মদুগী মরম খরদি চীংমীশিংগী মনুংগী ওইবা ব্রায়েন বিচার পথাপ লৈজে অদুনা অদুগুম্বা কয়া মনুংদা লোইশিন্নখিবনা অয়াম্বনি।

অদুবু ইকুই কুইদনা থোকখিবা ভারতকী সুপ্রিম কোর্ট য়ৌনরকখ্রবা কেশ অমদা থোক্লরিবা ব্রাথোক অমদি লন-থুমগী মতাংদা চীংমী নুপীশিংবু মখোয়গী মনুংগী চৎন-পথাপনা ফংহন্দবা নিয়মসি ভারতকী মনুংদা চৎনবা য়াবরা হায়বসিনি। কেশ অদু মধু কিশ্বর ভার্সস ষ্টেট ওব বিহার হায়না মিংথোনদুনা এ আই আর ১৯৯৬ সুপ্রিম কোর্ট

১৮৬৪ দা ফোঙখ্রে। কেশ অদুদা ছোটানাগপুর টেনান্সি এক্ট, ১৯০৮ হায়বা আইন্দু শীংনরকখিবনি।

আইনসিগী মতুং ইন্না চীংগী খুল অমদা মোংশোঙ অমদা কোক্তুনা লৌ উবা য়ানবা হোৎনজরকপা নিপা অমা শিরবদা লমদুদা লৈবা আধিকার অদু নিপাদুগী হিংহৌরিবা মচানিপাশিংনা মাগী মফমদু শিলহৌগনি হায়না আইনদুনা হায়বনি। অদুনা করিগুম্বা লম কোক্তুনা লৌ উজরকপা চীংমী অমনা মচানুপী ঙাক্তা লৈবা তারবদি নিপাদুনা শিরবদা, লমদু লৌ উদুনা হিংজনবগী অধিকার অদু আইনদুনা মুনবিরে।

সুপ্রিম কোর্টনা ৱাফমদু তারবা মতুংদা হায়রকই, চীংমী নুপীশিংদি থবক ৱানা শূজবনি লৌ উবা তারবসু মখোয়তনা মাঙজিন থাবনি নিপাদগী করিমত্তা তাবা নত্তে। অদুদা ভাবতকী লৈঙাকপথাপনা নুপী-নিপা য়েংদুনা মীচঙ-মীখায় নাইবা য়াদে হায়না হায়বা অসৃক কুইরফাওবা নিপাদতা খুদোংচাবা পীবা আইন পুম্বদি লৈঙাক পথাপকা শীংনেবা আইনদি ওইরবনি। অদুনা হৌজিক করি তৌবা তাই?

কেশ অসিদা ছোটানাগপুরদা চীংমীশিংদা চৎনবা মখোয়গী মনুংগী চৎন-পথাপতু পুথোক্লবকই। মদুদা নুপীশিং নিপানা থল্লম্বা লন-থুম ফংবা য়াদবা নিয়মদু অদুম মওইরম্মী। অদুনা ছোটানাগপুর টেনান্সি এক্ট অমদি লমদুদা লৈবা চীংমী মুন্দা, ওরাওন অমদি সন্থালশিংগী কস্তমরি লোদা নুপীবু থৈদুনা থম্বীরমবা পূম্বা ভারতকী লৈঙাক পথাপপু শীংনবনি হায়না হেক্তা লাউথোক্লুবসু সুপ্রিম কোর্টনা তৌনীংদবা ফোঙদোকই অদুনা লিনসু শিবা চৈশুসু তেকহৌদবা' হায়বদি আইনদুসু অদুম শোকহন্দবা অদুগা নুপীশিংসু নাথৈননা থল্লোইদবা মওংদা আইনসি ৱাহন্দোকপীবনা চুম্মী হায়না ফোঙদোকখি।

কোর্টনা ছোটানাগপুর টেনান্সি এক্টকী পথাপ্তা লৌমীনা শিরগা মচানিপানা মফম শিলহৌবগী নিয়মদু চৎনদনা লৈখিনি হায়না লাউথোক্তুনা আইন্দুদা য়াওজরবসু চৎনহন্দবা মতাং ওইনা লৈহল্লগা নুপীশিংবু লৌ উজদুনা মশানা মশাবু হিংহন্নবগী খুদোংচাবদু মাঙহনবা য়ারোই হায়দুনা কনাগুম্বা নিপা অমনা শিরবদা মানা উরম্বা লৌদু নুপীশিংসু চপ মান্ননা উবগী খুদোংচাবা পীদুনা হয়েং মখোয়না ময়ুম-মকৈ পানখিদুনা নৎত্রগা শিখিদুনা লমদুগা মরী লৈনরক্ত্রবা মতমদুতদা নিপাশিংনা নাখৈ শেংনা নুপী অমত্তা য়াওদনা উজবা যাগদবনি হায়না রাই তাখি।

কেশ অসি অখন্নবা অমনি হায়না লৌবা য়াবদি মসিনা সুপ্রিম কোর্টতা ত্রাইবেল কস্তমরি লোগী চৎনবা য়াবা নৎত্রগা যাদবগী মতাংদা অহানবা কেশ ওইরি। আইনগী লমদা অখঙ অহৈগী মোৎ ওইনা কেশ অসি লাক্রিঙৈগী মমাঙদা মণিপুর পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ট ভোল্যুম অহুমশুবগী চেনা ৬১ শুবদা 'ইনহেরিটেন্স লোজ ওব দি এথনোসেসন' হায়বা ৱারেং অমদা ত্রাইবেল কস্তমরি লোনা লন- থুম ফংবদা নুপীবু নাথৈদুনা থম্বীবম্বা চৎন-পথাপ পূম্বা ভারতকী লৈঙাক পথাপ্প শীংনবনি হায়বা মোৎ লৈখ্রবনি। ঙসিদি ভারতকী সুপ্রিম

কোর্টকী রাই লৈরে। সুপ্রিম কোর্টনা তাবা রাইদি ভারতকী আইননি। আইন অসি খঙজিনবা চুম্মী।

ঙসি হবাও-কুম্মৈ কয়ানা লাক্লবদা হরাওবদা য়াওমিন্নরিবা অতোপ্পা কাঙলুপকী নুপী কায়াদি মখোয়গী আইন্না লন-থুম ফংবা য়াবগী নিয়ম কয়া পীরিবা ভারতকী লৈঙাক পথাপনা মীচঙ মীখায় নাইগনু হায়রিবা ইচীন-ইনাও ওইবগী রাফমদা হিংমিন্ননবা তাকপিদুনত্তা লাক্লবদা ঐখোয়না পঙশিন্নদুনা ঙসি ফাওবা লৈবা চুমদে। ভারতকী লৈঙাক পথাপ্পা হায়রি ' নো দিসক্রিমিনেসন ওন দি গ্রাউন্দ ওব সেক্স', 'ইকেল ওপর্চুনিতি টু ওল', 'টু রিনাউন্স প্রাক্তিসেস দিরোগেটরি টু ৱুইমেন' কা হায়দনা হায়বক্লিবদি ফনা কুইরবনি অদুবু, মসিগী চপ চাবা থবক ওইনা ইপায় পায়খৎনবা উদে।

ভারত্তা লৈরিবা কাঙলূপ পূন্নমক্কী চপ মান্ননা চৎনগদবা অইবা আইন লৈহল্লু হাযবা য়ুনিফোর্ম সিবিল কোদ ফোর ওল দি সিতিজেন্স হায়বা থৌদাং ষ্টেটশিংদা পায়খৎনবা পীখিবা কুইরবনি। অহোংবা হায়বসি পুন্সিদা থোকপা মক্তনি আইনশিংসু অহোংবা লৈফম থোকই। মদুমক্তনি এমেন্দমেন্ট হায়দুনা আইন মতমগা চুননবা শেমদোক্লরিবসি । কস্তমরি লো হায়রিবা আইনসিনা অহোংবা নাইদনা অদুম লৈবগী ৱানি। কস্তমরি লো হাযবসিনা চৎনবা য়াবা নিয়ম ওইগদৌরিবসি হোংলকইবা মতমগা চুনরবা অমা ওইরিমখৈনি আইন নৎত্রগা লৈঙাক পথাপকা শীঙনবা মতাঙসু ওইরোইদবনি। ভারতকী লৈঙাক পথাপত্তা ১৩ শুবা আর্টিকলদা য়াওরিবা ষ্টেটনা ফন্দামেন্টেল রাইটকা শীংনবা আইন অমত্তা শেম্বা য়ারোই। অদুগুম্বা আইন অদু চৎনবা য়াদবা আইন ওইগনি হায়রি। আইন হায়বসি কস্তমবুসু য়াওই। অদুনদি আর্টিকল ১৫ শুবদা য়াওরিবা ফন্দামেন্টেল রাইট নুপী-নিপা য়েংদুনা মীচঙ-মীখায় নাইবা য়ারোই হায়রিবনিনা করিগুম্বা কস্তমরি লো অমনা নুপী-নিপা য়েংদুনা মীচঙ-মীখায় নাইরম্লবদি কস্তমরি লো অদু চৎনবা য়াদবা ওইবা তাবনি। মীৎয়েং অসোমগী য়েংদুনা অমবোমদা সুপ্রিম কোর্টকী রাই অদুসু পুক্কীংদা থমদনা নুপীবু নাওৈদুনা থম্বীবিবা ত্রাইবেলশিংগী ইনহেরিটেন্সকী কস্তম পূম্বা খরগা কুপ্পা খঙদুনা নৈনবা চুম্মী। লৈঙাক পথাপনা পীবিবা খুদোংচাবা অমদি তৌবা য়াদে হায়না থিংবা পোৎ পূম্বদি মশক খঙদোকপা ফৈ, মরমদি আইন খঙদে হায়বসি আইনগী লৈবাক অমদা হায়হৈদবা অমনি। অমরোমদা চপ মান্নবা অইবা আইন অমনা মীয়াম পূম্বা কোনশিনবা আইন শেম্বগী ৱাখল্লোমদসু খরা চঙশিনবা চুমগনি।

# শিরবা মীগী লন-থুম শিহল্লিবা মীদুনা ফংবা য়াদবা আইনগী পথাপ

**কনাগুম্বা** মীওই অমনা হিংলিঙৈদা তাল্লম্বা লন-থুম পুম্বা মানা হিংলিঙৈদা য়েল্লমদনা শিখিবা তারবদি মচা মশুনা ফংজহৌই। আইনগী লোন্দা অদুবু ইনহেরিটেন্স এণ্ড সকসেসন হায়না কৌদুনা চৎনৈ। মী অমনা মাগী লাইনীং লম্বী অমা চৎলিবদুগা মরী লৈননা শেম্বা মাগী পার্সনেল লোদুনা অদুগুম্না থনম্বা লন-থুমগী শরুক মাগী মরী মতাগী কনানা শরুক কয়া ফংগদগে হায়বা তাকই। হিন্দু সকসেসন এক্ট, ১৯৫৬ তা হিন্দুশিং, বুদ্ধ, জৈন, শিখ লাইনিংলম্বী চৎপা মীওই অমদি মুসলিম, খৃষ্টান, পার্সি, জিয়ু নত্তবা মীওই মশামক হিন্দু লো চৎনফম থোক্তে হায়না উৎপা ঙমদবা মীওইশিংদা, শিরবা মতমদা থনম্বা লন-থুম ফংহনবগী নিয়ম য়াওই।

কনাগুম্বা নুপা অমনা থনম্বা লন-থুম পুম্বা অহানবদা ক্লাস ৱান হায়না খঙলবা লন-থুম ফংবা য়াবা মীওইশিংনা ফংগনি। মখোযদুদি মচানুপী, নুপা, লুখ্রাবী, মমা অমদি মানা হিংলিঙৈদা শিথ্রবা মচানা পোক্লম্বা মশুশিংনচিংবা মীওইশিংনা চপ মান্ননা য়েন্নদুনা ফংমিন্নে। হিন্দু নুপী অমনা লন-থুন য়েল্লমদনা শিখিবা ওইরগনা অহানবদা, মচানুপী নুপা অমদি হিংলিঙৈদা শিথ্রবা মচানা পোক্লম্বা মচাশিংনা চাং চপ মান্ননা ফংই, মচা লৈত্রগনা মপুরোইবনা ফংই। মপুরোইবা লৈত্রগনা মমা মপানা ফংই। অসুম্না শেম্বা আইনসিদা অহানবদা লন-থুম লৈবা মীওই অমা শিখিবা তাই, লোযননা হিংলিঙৈদা লন-থুমদু য়েল্লমদবা ওইবা তাই।

নাহং অমা হংবা য়াই, শিরগা লন-থুম ফংগদবনিনা কাবিগুম্বা লন ফংগদবা মীওই অমনা লন-থুম পায়বা মমা নত্রগা মপাদু শিহল্লবদি লন-থুমদু অদুনা ফংফম থোকপবা? মদু থোক্লবদি জগৎ সংসাবসিদা মোরেল ভেল্যুনা মবায় চাযথরকপা মতমসিদা মাশা মানা যাম্না হেনগৎলক্কদবা মাল্লি। মতাংসিদা হিন্দু সকসেসন এক্টকী সেক্সন ২৫ দা অমুক্তং মায় ওনশিনবা য়াই। সেক্সন্দুগী ৱাহংথোক্তা, কনাগুম্বনা মী হাৎলুরবা নত্রগা মী হাৎপগী লৌতুনবদা য়াওরুরবদি শিরিবা মীদুগী লন-থুম ফংহৌবা য়াবা মী ফানা ওইজবসু মহাক্কী লন-থুম ফংহৌনবা অধিকারদু মাঙজববানি নত্রগা করিগুম্বা লন-থুম অমা মদু ফংননগীদমক্তা মহাক্কা মীদু হাৎনবা তেংবাঙউববা মীদসু শিরিবা মীদুগী লন-থুম ফংবা ঙাদে। সেক্সন ২৬ কী মতুং ইন্না অদুম্বা মীওইদু লন-থুম ফংবগী মতাংদা আইন্দা লন-থুমগী মপুদুগী মমাঙদা মানা হান্না শিখ্রে হায়না লৌগনি। মরম অদুনা মহাক্কী মচা নত্রগা লুহোংদুনা লৌবী নুপী কা

লৈহৌরবদি মখোয়দি লন-থুম ফংবা য়াগনি। নত্তদুনা লূহোংদ্রিবা মী ওইরবা তারবদি মহাক লন থুম মপু ওইরিবা মমা নত্রগা মপা মহাক্না হাৎলুরিবা মীওইদুগী মমাঙদা শিখ্রে হায়না লৌবা তারবনিনা লন-থুমদু য়েন্নবদা মহাক্কী শরুক যাওররোই।

হিন্দু সকসেসন এক্টতা শেংনা ইদুনা য়াওরবা নিয়ম অসি অতৈ অতোপ্পা হিন্দু লো চৎতবা মীওইদসু নিয়মসিগী মমি ওইনা অদুনা শন্দোক্নুনা চৎনগনি। অদুনা আইন্দা মমা মপা লৈত্রবা মতুংদা মখোয়না য়েল্লমদনা হন্দোক্লস্বা লন-থুম মচা-মশুনা ফংহৌবা হায়বা আইনসি শিহল্লিবা মীওইদুদি ফংদে হায়বসি খঙজিনবা চুমই।

মী য়াম্বনিনা সমস্যাসু অদুম ময়ামই, লো রিপোর্টতা লন-থুম, কল্লকপদগী ফংনিং-মনখ্রদুনা মপানা মচাবু হাৎপগী কেশসু ময়াওরকই। অদুগা হাৎলুরবনিনা মচাগী লন-থুমদুসু ফংবা য়াদ্রবা কৈশুমশঙদসু লৈরবা মচাসু মাঙজরবা কেস অমা পন্দুনা খুদম পীবা য়াই।

এ আই আর ১৯৯৭ সুপ্রিম কোর্ট ৭২৭ দা ফোঙলবা নভাকোটি বিরা রাঘবল্লু ভার্সস ষ্টেট ওব অন্ধ্রপ্রদেশ কৌবা কেশ অদুগী ৱারীদুমক খন্নরিবা ৱাফমসিগা মরী লৈনরবনি।

নভাকোটি গেগেরিন হায়বা চহী ২১ রোম শুববা অঙাং অসি দরখাস্তকারী বিরা রাঘবল্লুগী অপোকপা মচানিপানি। গেগেরিন অঙাং ওইবিঙৈদগী পোলিওনা নাবনা মরম ওইদুনা গাড়ী মখোঙ অহুম পানবীদা তোংদুনা চৎপা নত্তনা ঙমদে। কেশতা য়াওবা ৱারী মতুং ইন্না গেগেরিন মশাগী আনাবদুনা য়ূমগী থবক্তা কন্না তেংবাঙবা ঙমদবদুদা মমা মপানা কয়া নুংশিনা লুনা তৌবিদে। মখোয়না থীনা তৌবদুদা মমা পোকপা মপুবোক ইঙ্গিলালা পোলাইয়ানা গেগেরিনবু মাগী মনাক্তা লৌশিন্দুনা য়োকপিরমই অমসুং মচামক ওইনা লৌদুনা য়োকখ্রে। শোক ১৯৮০ দা অঙাং দুবু য়োকপা মপুবোক পোলাইয়া লৈখিদ্রে। মানা শিবা মতমদা লৌ অনকানামা ৪০ খক্কা য়ূমগা কোন্নবা ইম্খোল অমগা হন্দোক্লমই। মচাশক্লা য়োকখ্রবা অঙাং গেগেরিননা মপুবোক্লা লৈত্রবা মতুংদা লন-থুমদু ফংজরমই। লন-থুমগী মপু ওইরকপদু উবদা মপা বিরা রাঘবল্লুনা মচানুপা গেগেরিনবু লুনা তৌবা হৌরকই অমসুং মনাক্তা লৈরনবা কৌদুনা মতম খরসু লৈহল্লমই। অদুবু নোংমা ওক্তোবরগী থা শোক ১৯৮৮ দা পূং ১০.৩০ মুক তাবদা গেগেরিন্না মপাগী য়ূমদগী মাগী মপুবোক্কী ময়ূমদা গাড়ী মখোঙ অহুম পানবীদুদা হল্লকপা মতমদা পোল্লালুরু কোটারেদ্দি মাইকা ফেক্তরিগী মপা অদুৱাইদা মপা রাঘবল্লুনা ইন্নরক্নুনা তান্নরগা মশাদা কেরোশিন হৈজিল্লকই অমসুং মৈ চুরমই। মৈনা চাক্লবা গেগেবিন লাও-খোংলমই। লাওবদুদা তাবদা কৃষ্ণাইয়া, সেসাগীরি অমদি পবর্বতে রামনাইয়া কৌবা মীওই কয়া অদুৱাইদা লৈরম্বশিংদু চেষ্টোরক্নুনা মৈদু কল্লমই। মতমদুদদি অঙাংদুগী মপাদু চেনখিরম্মী। মানা তৌরিবদু লন-থুমদু মিহৌদুনা মচাদু শিরগা মান ফংহৌবা য়ানবা তৌবনি।

মৈনা চাক্নুনা শোক্লবা অঙাংদু ডাক্তরখানাদা পুখৎলমই। মহাক্লা মপানা মঙোন্দা থাও হৈজিল্লগা মৈ চুবনি হায়না হায়রমই। মাগী শিরমদাইগী ৱারোল "ডাইয়িং ডিক্লারেসন"

লৌরবা তুংদা মথংগী নুমিৎতা অঙাংদু শিখিরমই। সেসন্স জজগী মমাঙদা কেশ অদু বিচার চখরমই। মীৎনা উবা শাক্কিমক লৈহৌদ্রবসু অঙাংদুবু মৈ চাক্রুম্বদগী মুখৎখিবা শাক্কিশিংনা খুমই। অঙাংদুনা ঐখোয়গী বাবা অমুক্তা ফাবিয়ু লৈবক্তা চেনশিনখ্রে হায়না লাওবা তারক্তুনা চেঙ্গোরকপদা মৈনা চাক্তুনা লৈরমই। বোডা অমনা কন্দুনা মৈদু মুথৎলবা মতুংদা অঙাংদুনা হায়রকখি, মাগী মপানা মখোঙ অহুম পানবী গাড়ীদুদগী চিংথরগা মাবু কেরোসিন হৈজিন্দুনা মৈ থাবিবনি।

কোর্টনা অঙাংদুগী মপাদু লনথুম ফংনিংবনা মচাবু শিবা ঙাইবা ঙমদদুনা শিহন্নবা হোৎনবনি হায়দুনা মী হাৎপগী মরালদা মপুন্সি চুপ্পা কৈশুমশঙদা নিযাৎ তাহনবগী হুকুমদু অরেপ্পা ওইহনখি।

মচানা শিরবা মতুংদা মানা থম্লমবা লন-থুমদি মমানা ফংই করিগুমবা লুহোংদনা শিখিবা ওইরবদি। মপাদি মমা লৈত্রবা মতমদতা ফংগদবনি। মরম অদুনা মপাদু লন থুম ফংবা যাদবা আইনগী অথিংবা অনী লৈরে। অহানবদা, মমা হিংলিবনা লন-থুমদু মমানা ফংবদি শোয়দ্রে। মপা ওইনা মহাক্না ফংবা য়াররোই। অনীশুবদা, মপাদুনা মচাদু হাৎলুরে হায়বা ৱায়েলশঙগী ৱায়েল লৈরবনিনা হাৎলুবা মীনা শিরবা মীদুগী লন-থুম ফংবা য়াদবা নিয়মদু চৎনরক্কনি।

চাওরবা সংসারসিদা ক্রাইম মপুং ফানা মুখৎপদি ঙস্লোই অদুবু নমথহন্নবা হোৎনবদি ঙম্মক্ত থোকই। লন-থুম পাম্বা কাঙবুনা লন মপু ওইরিবদু শিরবা মতুংদা শোযদনা ফংলগদবদু শিহল্লুববদি আইন্না অদুগুম্বা মীদু লন-থুম ফংহনবা য়ারোই হায়না হাযরিবা চৎন পথাপসি য়াম্না অর্থ লৈবা নিয়মনি। মী হাৎপনা লন-ফংনবগী লম্বী অমা শুকওই ওইবা য়ারোই হায়না লেপখ্রবা ফিরেপ অমনি। শিবা হায়বা শোয়ফদ্রবা লীৎপনা য়াবরোইদবা থৌদোকসিনা লৈহৌরিবা মীওইশিংদা পীরক্রিবা লন-থুমগী অধিকারদু শিহল্লুবা মশিংগীদি য়াওদে হায়বা ৱাফমসু মতমসিদা নৈনবদা ফন্না মরুওইবা মতাংনি।

# চেল্লগা লূহোংবগী চৎনবী অমদি আইন

**লৌন-** লৈনবা ফনা যারে হায়নসু লৌরসি মশাগী চহি ১৮ শুবদা ঙায়রিবা নুপী অমনা মশানা লৌজবা ৱারেপ অদুনা কদায়ফাওবা অফবা ৱারেপ ওইবা য়াবগে? অমনা অদুগুম্বা চহীগী অঙাংশিংদুনা আইন্না ফনা লূহোংবা য়াহল্লবসু য়াম্না অফবা মায়পাকপা য়ুম্বাল অমা ওইবা ঙম্লোইদবগী মরম কয়ামরুম লৈ।

সংসারসিদা লুহোংবা হায়বা শেংলবা থৌরম অমা মীওইবগী পুন্সিদা হেক হেক লাকখি। মদু নুপী অমগা নিপা অমগা পুন্সিগী ওইনা পূনশিন্নবা অতৈ কনা য়াওদনা তুংকোইনা মতে মনাও হায়বা মিংথোলদু ফংজদুনা মখোয় অনীগী পুন্সি অমা হৌজরকপদুনি। নুপী হায়বিসিবু য়ুম হায়নসু খঙনৈ; মদুমক্তনি নুপী অমা লূহোংলক্লবা কান্দা নিপা অমা ময়ুম পাল্লবা মীওইনি হায়না খঙনরিবসি। নুপীদু ইমুংদুদা য়ুম্বুরেম্বী হায়না খঙনবসু হৌরকই।

লূহোংবা হায়বসি চৎন-লোনচৎ অমগী মতুং ইন্না থৌরম কয়া পাঙথোক্লগা ওইথোকদবনি। মদুগী চৎন লোনচৎনা পীবা থৌরমশিংদু য়াম্না মরু ওই। লূহোংগদৌরিবা নুপী অমদি নিপাদু য়ানবগা নুমিৎ লেপ্লরগা লূহোংবদু পাঙথোক্কে। মৈতৈগী সমাজদা হায়রগা ৱারোইপোৎ পুরবা, হৈজিংপোৎ পুরবা মতুংদা লূহোংবা পাঙথোক্কে। অসুম্না সমাজ খুদীংমক্না লূহোংবগী থৌবম পাঙথোক্লবগী মওং তোঙান-তোঙান্না লৈজরবসু লূহোংবগী থৌরমদুদি মরু ওইনা লৌনৈ।

অসিগুম্বা লুহোংবা অমা হোঙনবগী লম্বী অমা ওইনা লমদমসিদা নুপী অমনা নিপা অমা নত্রগা নিপা অমগী ওপাম্না নুপী অমা [illegible] নরগা অহল লমনগী অয়াবা য়াওদ্রবসু চেন্দুনা লোৎলুরগা মতুংদা অহল-লমনসিং থাদুনা পাও হায়দোক্লরগা য়ানবা পুরক্তুনা লূহোংবা পাঙথোকপা, য়ানবা পুবক্তুলবসু নিপা মখামদা ওইনা হেক্তা হোঙলগা অদুম য়ুম পানবগী চৎনবী অমা লৈ। মদুগী চৎনবীদু য়াম্না তোয়না চৎনবা ওইদুনা ঙসিসু লৈরি। চৎনবীসিগী মতেংনা নুপী অমনা মানা পামবা নিপা অমগা হেক্তা, নিপা অমনসু মানা পাম্বা নুপী অমগা হেক্তা লূহোংবা য়ারবা লম্বী অমা ওইরি। হিন্দু ধর্ম্ম শাস্ত্রদা গন্ধর্বব বিবাহ হায়দুনা চৎনবীসিমক অদুম লৈরমই। অদুবু অতৈ অতোপ্পা ভারতকী লমদমদা কয়া কন্না চৎনবা উদে। অদুবু লমদমসিদাদি মসিগী লূহোংবা মওংসি কননা চৎনরকই।

নুপীগী মমা মপানা আইনগী মতেং লৌদুনা থাযদোক্লনবা হোৎনবকপা মতাংসু য়াম্না য়াওই। আইন্না যেংবা তাববদি চহী ১৮ শুদ্রিবী নুপী অমা মশানা য়াজববসু মমা মপাগী অয়াবা যাওদনা নত্রগা চহী ১৮ তেল্লবী নুপী অমা ওইজববসু মশাগী অপাম্বগী মাযোক্তা কনাগুম্বা নিপা অমনা পুদুনা চৎলুবসি কিডনেপ্পিং নত্রগা এবডক্সন হায়দুনা ইণ্ডিয়ান পেনাল

কোর্টকী সেক্সন ৩৬৬ কী মখাদা দণ্ডি ফংনিংঙাই ওই। অদুনা অদুগুম্বা চেল্লুবা নুপী নিপা অনীদু ফাদুনা মেজিষ্ট্রেট অমগী মমাঙদা হেক পুথোরকপদা মেজিষ্ট্রেট অদুনা য়েংলিবসি নুপীদু মশাগী চহি ১৮ শুরববরা অমদি মশানা য়ানা চেল্লকপরা অদুদনি। চহী শুরবা মশানসু য়াববদি মেজিষ্ট্রেটতুনা মখোয়বু চৎনীংবা মফম চৎহল্লি অথিংবা পীদে।

কোর্টতা ফাদুনা পুথোরকপদা নুপীদু নিপাদুগী মন্দোমচা থোক্তুনা মমা মচা অতৈ মনাও ওইগনি হায়দুনা চেল্লকপা অদুগা মাম্মা অমগা মচননুপীনা পোকপা মাগী মমৌনুপী চেন্দুনা কোর্টতা পুথোকপা য়াওখ্রে। মতমদুদা, মেজিষ্ট্রেটকী কোর্ট অমনা য়েংবা য়াবসি নুপীদু মশাগী চহী ১৮ গী মখারা নত্রগা চহী ১৮ শুরল্লবসু মশানা য়াদনা নমহাদুনা ফাদুনা পুরুবরা হায়বসিনি। চহী শুরমদ্রবদি থাইদোক্তুনা মমা মপানা পুহনখিবা য়াই। অদুবু , চহী শুরদুনা মশানসু য়ারে হায়বদি মাবু চৎনীংবা মফমদা চৎহনখিবা য়াই অদুনা নিপাগা চৎচগে হায়দুনা চৎনবনা অয়াম্বনি। অদুনা মমা মচা থোক্লবা নত্রগা মাম্মগা মমৌগা থোক্লবা কয়াসু মাশানা য়ারবনি হায়দুনা অদুম চৎনখিবা য়াওখি। লৌন-লৈনবা ফনা য়ারে হায়নসু লৌরসি মশাগী চহী ১৮ শুবদা ঙায়রিবা নুপী অমনা মশানা লৌজবা ৱারেপ অদুনা কদায়ফাওবা অফবা ৱারেপ ওইবা য়াবগে? অমনা অদুগুম্বা চহীগী অঙাংশিংদুনা আইন্না ফনা লূহোংবা য়াহল্লবসু য়াম্না অফবা মায়পাকপা য়ূম্বাল অমা ওইবা ঙল্লোইদবগী মরম কয়ামরুম লৈ। মরম অমদি চহী নৌবনা মরম ওইদুনা পুন্সিগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমদ্রিঙৈদা য়ূম্বাল লম্বী চঙলুবদুমক্কি। নৌনা য়ূম্নানবনা নুপীগী মশা ফবদা অহেংপা পী হায়বা ডাক্তরগী পাওতাকসু লৈ। পুন্সিদা তানশিনগদবা মহে-মশিং লন কয়া লূহোংবনা মরম ওইদুনা য়ূম্বাল পুন্সিনা অপনবা পীদুনা মপূং ফাবা ঙমহৌদে।

অতোপ্পা ৱাফম অমসু লাকই, ঙসিদি এইডসনা নাবা হায়বা অকিবা লায়নাসিদগী ঙাকথোক্লবা পাম্বে অর্মাদ লমচশাজং। ঙসাদবা অমনি। মসি নুপী নিপা ইকাক্তিন্নবদগী মহীক্তু পকপা অমা য়াওরল্লবদি শন্দোকইসু হায়রি। অদুনা ঙসি লূহোংবা হায়র্বসিদা অচৌবা ৱাহং অমা লাকইবসি ঐগী ইপাং ওইগদৌরিবা অর্মাদ এইদস পকপা মী ওইরনগদ্রা হায়বাসিনি। মসি হংনরুবদসু ফজবা পোৎ নত্তে হংনবসু ঙম্নদে। হায়না-শীংনদুনতা হোঙবা তানবদি মসিদগী নাম্বোকপগী খুদোংচাবা থরা লৈগনি। অদুবু মাশানা য়ানরগা চেনবা তারবদি থম্মোযনা লেপ্পা ৱারেপনি মদু থিনদুনা লৈবা য়াবা নত্তে, শিবা তারবসু শিমিন্নরুরসি হায়দুনা লাক্লগদৌরবনি অদুনা মসিগী খুদোং থীবসিদি অদুম চাং হেন্না লৈগনি। অদুনা তুংকোইনা চৎকদবা পোৎশক অমত্তা হিংসানা য়ূম্ফম ওইবগা চৎপা চুমদে।

লুহোংবা অমা আইন্না চৎন-লোনচৎনা য়াবা মওংদা পাঙথোকখিবা হায়বসি য়াম্না কান্নে। লূহোংবদু হয়েং তিন্নবা য়াদদুনা খাইনবা তারবসু নুপী অমনা নিপাদগী মথক্তগী মেন্টেনেন্স তানবা তারকপদা লূহোংদুনা লৈখিবা আইন্না লূহোংলবী নুপীনি হায়না য়াবা ওইগদবনি। কেশ কয়াদা লূহোংলবী নুপী ওইবমদবদগী মেন্টেনেন্স ফংনখিদে। চেল্লগা

হোঙবগী চৎনবীদগী চমন্নবা থোকপসু ময়াওই। নিপাদু নুপী অমা লৈনা লৈননা অশেংবা ৱাফমদু লোৎশিল্লগা নুপীদু চেনশিল্লগা নুপীদু খহন্দনা মশানা য়াই হায়দুনা লূহোংবা পাঙথোক্লবা মতুংদা নুপী লৈবা নিপানি হায়না খঙনরকপা মাগী লুহোংবদু আইন্না য়াদবা অমা ওই, মহাক লূহোংলবী নুপী অমগী ফমথোল অদু ফংজদ্রবনি। হয়েং নিপাদুনা শিরবা ফাওবদা থবক তৌনা তৌনা শিখিবগীদমক্তা ফংবা য়াবা থবক ডাই ইন হারনেস অমদি ফেমিলি পেন্সননচিংবা নিপানা থল্লস্বা লন-থুম কয়া ফংবা য়াবগী অধিকার অমত্তা লৈত্রবনি।

ৱাফম অমনা চেল্লগা মায়কৈ অনীমক্তা য়ানদ্রবদা লূহোংবা অমত্তা পাঙথোক্তনা তোকখিবসু য়াম্না য়াওই অদুগা মতৈ মনাওগুম্না লৈমিন্নবদি তোক্তবা মখোয়দু চুমদ্রবা মতৌ অমনি। অঙাংশিং ফাওবা মখোয়না তৌবা পাপতু মচুম চাহল্লি ইল্লেজিটিমেট চাইল্ড হায়বদি হৈনাই সুংনাইদবীগী মচা হায়দুনা মিংথোল থস্বীরমই। অঙাংশিংদুগী য়েংদুনা হিন্দু মেবিয়েজ এক্টতা য়াওবা ৱাফমসু নীংশিংবা য়াই লূহোংবা অমদি লৈখিবা অদুবু লূহোংবদুদি আইন্না শকখঙদবা লূহোংবা অমা ওইখ্রবা মতমদুদা অঙাংশিংদুবুদি ইল্লেজিটিমেট চাইল্ড হাযবদু ওইরোই হায়নদি হায়বিবমই।

অদুনা হায়না শীংনদুনা তরেৎ তরা থোকনা খন্নবগা লূহোংবগী চৎনবী য়োকখৎপনা অসিগুম্বা গৌদোক কয়াদগী কনবা ঙমগনি। এইডসকী লায়চত্তগী য়েংদুনা, তুংকোইনা চৎকদবা পুন্সিদা খৎলৌ পল্লৌদনা হিংজনবা, থল্লমগদৌরিবা অঙাংশিংনা খুয়া তুশীৎনা হিংজবৌনবা আইনগী লন-থুম ফংবা মতমদা চয়েৎনবা কয়া লৈহৌদনবা আইন্না শকখঙবা লূহোংবা মওংদা হোঙবিয়ু। চেনবা হায়বা চৎনবীসি লায়না লূহোংবা য়াবা পাম্বৈ অমা ওইবনা সমাজসিদা ক্রাইম মশীং হেনগৎহন্নবা মচাকসু ওইদুনা লাক্লবনি। কনাগুম্বা নিপা অমনা মশানা য়াদবী নুপী ফাদুনা পূবা, ময়াম্না খঙনবা লোন্দা নুপী চিংবগী চৎনবী শৌগৎপা ওইনা তৌই। মশানদি য়াদবী নুপী অমা নিপা অমনা ফারগা কুইনা লোৎতুনা লৈরুরগা নিপাদুনা থেস্নদা অকোনবদদি য়ানীংদা য়ানীংদা মশানা য়ারে হায়রবকান্দতা থোরক্তুনা অকোনবদা লৌখৎনদুনা লৈখিবসু য়াওই। অদুনা পুন্সি অমা লেপচদুনা মাগী চাদা নাওদা কয়া শন্দোক্তুনা য়ুম্নাক শাগৈ লিংনবা লম্বী ওইনা লৈরবা লূহোংবা হায়বা শেংলবা সংস্কার অসি শোয়দুনা হোঙবা কয়া অমা থোকহল্লি ওন্ন তৈননা। অদুনা চেন্দুনা লূহোংবগী চৎনবীনা য়াম্না লায়না হোঙবা য়াবা লূহোংবা ওইহল্লি অদুদা থায়নগী চৎনবীনা চৎন-লোনচৎকী মমি ওইনা মচানুপী ঙাক্তা পোকপা নিপা য়াওদবা নিপা কয়ানা অঙাওবদৌনা চেনবগী চৎনবী শীজিন্নদুনা নুপী মথং মথং লৌশিনবা ইমীৎনা উরবা ৱাফমনি।

ঙসি মীশীং হস্তবগী তঙাইফন্দবা লৈরবা, এইডস, শন্দোরকপগী অকিবা লৈরবা, লন-থুম মুন্নবগী কেশনা মশীং হেনগৎলক্কদবা মরম ময়াম অমা লৈরবা, থবক ফংদবগী অমদি চাবা থকপা নীং থুংদবগী ৱাফমসু লৈরিবসিদা য়াম্না লায়না হোঙবা য়াবা লূহোংবগী চৎনবী অমা ওইনা চেল্লগা লূহোংবগী চৎনবী লমদমসিদা লৈরিবসি মফম মতম চানা শীজিন্নবগী ৱাফম খস্থবা মতম ওইরে।

# স্কুলশিংদা মিদ দে মিলগী থৌরাং অমদি আইন

**মশাগী** চহী ১৪ শুদ্রিবা অঙাংশিংনা লেন্না অমদি চীথদনা মহৈ-মশিং তমহল্লু হায়বতা নত্তনা অঙাং পুন্নমকপু মাইন, ফেক্তরী অমদি অরাবা শিনফমদা চঙহনবা য়াদে হায়বা ভারতকী লৈঙাক-পথাপকী য়াথংনি। লোয়ননা অঙাংগী পুক্নীং থৌনা লিংজেনবু মাঙ-তাক্লবা তক্কুনা শীজিন্নবা য়াহন্দবা, অঙাংবু নুংশিবা ওইনজবা ফংহন্দুনা তুংগী য়ুম্বগী অমা ওইবদা অচঙবা য়ুম্বী ওইহনবা হায়বা পান্দমসিসু লৈঙাক-পথাপতা য়াওবনি।

স্কুলদা তম্লিবা অঙাংশিংদা মিদ দে মিলগী থৌরাংসু পান্দমদুগা মরী লৈনবনি। মীনা হিংবদা চঙদবা য়াদবসি ঈংলিস লোন্দা 'তু স্কোয়ার মিল এ দে' হায়নৈ; মৈতৈলোনদা 'চাক চরা অনী '; হিন্দি 'দো বক্ত কি রোতি' হায়বদু খক্কনা অঙাং অমাগীদমক মতীক চাদে। অঙাং অমদদি চাক লামগল্লি, চরা অহুম নত্রগা মরিদি চাবা তারকই। অদুনা চাক চারগা লাইরিক তম্বা কারকপা অঙাং অমা হাপ থারকপা মতমগুম্বদা খরা চরা ৱালহনবা ঙম্লবদি অঙাংশিগী য়াইফবনি অঙাংসিংবু মশা ফহনবা হায়বা পান্দমদুগী লম্বী অমনি।

অনংবা লমদম ওইবনা মফমসিদা অদুঙৈদগী চৎনরকপা অমদি অঙাং কয়া মমানা হৌখিবা অহিংদা চাবদগী লেম্লম্বা চজীক্লা চরা ৱাল্লগা অনকপা লমহাঙ মচীদা করিদা লৈকায় লৈবা লৈবাকমচা তাবা কয়ানা হৌদোকপিবা মহৈ তম্বগী মফম অমদা পোস্ফ্রি অমা ইল্লদুনা মখূৎতা বোরা অমা য়াল্লদুনা অঙৈংবা নিংথমথাগী অয়ুক্তা লাইরিক তম্লক্কুনা মরৈবাক্কী মচীন তোঙবা মী কয়া ওইনখ্রবনি।

ঙসিদি লাইরিক তম্নবগী লম্বীসি খরা কোম্লে। চুম্না লাইরিক্তা তম্বীবতা নত্তনা তাঙ্কক নাইনা চরা ৱালহন্নবা থৌশিলসু হাপ্লকই। য়াম্না ফবা থৌজান্নি। অদুবু, থৌরাঙসি মরাঙ কায়না চুম্না পায়খৎলিবরা য়েংশিনবগী মথৌ ইহান হান্না লাকই মফমসিদা পাউ-চে কয়াদা ফোঙলক্লিবা পাউদা মাইবম কোঞ্জিলগী মীশিংনা মখোয়গী অদুৱাইদা লৈবা স্কুলসিংদা মিদ দে মিলগী থৌরাঙ পায়খৎনবা চেঙদা প্লাষ্টিক্কী চেং মানবা কয়া অমা য়াওরে হায়নরক্লি। পাউ-চে খরদা অমুক ফোঙখ্রে মদু য়ুম্ফম য়াওদবা পাউনি। অদুবু, মণিপুরগী লেজিসলেতিব এসেমব্লিদা ৱাফমসি পুথোরুদুনা ৱাহং-পাউখুম কয়া চখরে। পুলিসনা কেশ অমা রেজিস্তার তৌরে হায়নসু ফোঙলকই। দিপুতি ইন্সপেক্টর অব স্কুল ৱাঙ্গৌইনদি পুলিসনবু ফারম্বা য়ারে হায়না মীয়াম্না খঙজনবা পাউ ওইনবু ফোঙলকই। লম্বুলেন্দা লৈবা মী অমনা চে ৱাল্লুবদা প্লাষ্টিক য়াওরম্বা থেংনরে হায়বা পাউসে ফোঙবদা য়াওরকই। অদুবু ৱাহং পাউখুম খরা অৱাংবা থাক্তা লৈমা-নিংথৌকোন্দা পঙাঙ ঙাঙনরগা অদুম লোইগদৌরব্রা? ৱাফমসি

মণিপুর সরকারগী হেল্ থদিরেক্তর ফুদ এদল্টরেসন লোগী মখাদা হেল্থ ওফিসার অমা ওইরিবা মহাক্তি পাউ-চেদা হাপলিবা ৱাফমসি ইতা তাদবা জাৎলা। মরমদি মাগুম্না লৈবাক্কী অঙম্বনা চানবা পোৎতা পোৎয়ান তৌবগী মতাঙদা মাঙজিন থানা থবক পায়খৎফম থোকপা মাগী মোৎ অমত্তা কনাসু ভাবা ইফং ফংনদ্রি। ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলগী পব্লিক এনালাইষ্ট অঙম্বগীসু ৱাফমসি থিজিন-খোৎচিনবগী ৱাফম ইতা তাবা ফংনদ্রি। মীয়াম্না হেন্না খঙনীংঙিবদি প্লাষ্টিক্কী চেঙ য়াওরবা চাক তশেংনা অঙাংসিদা পীজব্রবরা? চাবদা মতীক চাদ্রবা পোৎ-চৈ ময়াম মশানা মশাবু য়েংশিঞ্জবা ঙমজদ্রবা অঙাংশিংদা পীজবদি তুংগী য়ুম্বী শেম্বীবা নত্তে ঙল্লিবৈদগী শোইদৎতুনা মাঙহনবনি জিনোসাইদেল তেন্দেন্সি হায়বদুনি। মশাগী স্বার্থ শোক্তবা প্রজাসিংনা অসুক লুখ্রবা ম ফম অমা ইংথহনব্রিবা করিগীনো দিপুতি ইন্সপেক্টর স্কুলদা ফারগা করি তৌননি। মীয়ামদা উৎ চাইবসু মাল্লি, মদুদি মীফা-মীপুন তৌনখ্রে হায়না শাউনীংবা মীওইশিংসু থেম্বা য়ারে। মিদ দে মিল অঙাংগী য়াই ফনবনি অঙাং মাঙহন্নবা নত্তে। হু পীজগদবগী শরুকপুদী পূক খরা লমাজবনা ফৈ। মিদ দে মিল মখা চথহনখিদ্রা নৎত্রগা লেপহল্লগদ্রা মীয়াম্না খন্নরগা রাই অমা তাবা চুম্মী। থৌরাঙসি হেক হৌরকপগা পূকচেল শেংদবা থৌওং হান্না উৎথোরক্লিবা অঙাম্বশিংদু কনানো মশক খঙনীংগনি মীয়াম্না : চেঙদু কদায়দগী ৱাল্লুবনো চেঙগী সেম্পলদু তসেংনা প্লাষ্টিক য়াওরবরা মিদু দে মিলগী থৌরাঙ পায়খৎলিবা অঙম্বশিংদুদা ৱাহং-পাউহং চথরগা খঙদোকপা ঙমগনি। পুলিসনা ফারে হায়না ফোঙলব্রবনিনা আইনগী মতুং ইন্না চথবক্রনি হায়বা থাজবা থম্বা য়ারে।

অঙাংগী য়াইফ-থৌরাঙদা পুক্লীং খোয়জঙদনা পায়খৎপা অতোপ্পা লমগী ৱারীসু ইরৈ লৈতবা নত্তে। গুজরাত লমদমদা থোকপা থৌদাক অমা আইনগী চেফোঙদা ফোঙলকই মদুসু মিদ দে মিলগা মরী লৈনবা কেশনি। দিষ্ট্রীক্ত কলেক্তর গোধরা ভার্সস অম্রুত বেন এ আই আর ১৯৯৯ গুজরাত ১৪৫ হায়বা কেশ অসিদা গুজরাতকী রামেশরাদা লৈবা বুনিয়াদি স্কুলদা মিদদে মিলগী থৌরাঙ গুজরাত সরকারনা হৌদোকই। ১৯৮৫ গী সেপ্তেম্বর তাং ২৫ দা রমেশভায় কৌবা স্কুলদুগী ছাত্র অমা থৌরাং অদু পায়খৎপা ওইনা চাক য়েনবা য়াওহল্লি। মিদ দে মিল স্কিমদা অঙাং চাক -য়েঞ্জাং য়েনহল্লু হায়বা য়াওদে অদুমক্তদা নিয়মগী ৱাংমদা করিসু খঙদ্রিবা অঙাংদু হৱাই য়েনবদা থবক শীজিন্নরম্মী।

চাওরবা হৱাইগী পাত্রদুদগী খাবৈনা হৱাই য়েল্লিবৈদা অঙাং ময়াম ঈন্নরকপদগী মথন্তা ঙাকচবা ঙমদদুনা রমেশভায় মৈথক্তগী থাংথরকপদা জায়রিবা হৱাই থোংবগী পাত্রদুদা তাসিল্লম্মী অমসুং শিরম্মী।

ৱাফমদু ৱাযেনশঙ মচাদগী হায়কোর্ট; য়ৌনরকপা মতমদা কোর্টনা হায়খি, শিখ্রবা মীবু আইন্না হিংহনবদি ঙমদে অদুবু, থৌশিলদু পায়খৎপদা চেকশিন্দবা অঙম্বশিংবু শেল কোংহনবা তাই। কোর্টনা লুপা লাখ অমাখক ক্ষেতিপুরন ওইনা গুজরাত সরকারনা মানা লোইরিবা মথৌ পুক্লীং চঙদবা অঙম্বদুগী থৌদৌদুগীদমক্তা অঙাংদুগী মমা-মপাদা

ফংহন্নবা রাই তাখি। মীগী লমদা থোকপা থৌদোক্তা খরা য়েংশিনবা কল্লগা শেমদোকপা য়াগদবা মাল্লি। অদুবু, লমদমসিদা থোকপা থৌদোক্তি পুকচেল শেংদবা মীনম-শোরিবা মোরোক মেৎপদা জাৎ তাবা থৌদৌ ভাক্তা ওইনা তৌই। অদুবু, প্লাষ্টিক্কী চেঙ থেংনবা প্রজাশিং পহ্নদনা পুথোকপিরকউ মসিদি পাঙ্গল-থৌনা পূম্বা শীজিন্নদুনা নমথবা চুম্মী। পাম্বৈ অমদি আইনগী মতেঙনি।

# পোক্ত্রিবা অঙাংশিংবু আইন্না ঙাক-শেনবিবা

**মমা** অমগী পুক্নুংদা মরূ হেক হুনখিবদগী অঙাং অমা ক্রিমিনেল লোনা ঙাক-শেনবা হৌই। অদুননি অঙাং অমা হিংনা পোক্লক্তনবা তৌরম্বা থৌদৌ পুম্বা দন্দি তৌগনি হায়না লাওথোক্তুনা লৈরিবসি। থায়নগী চাউখৎপা রাৎপা লোন্দাদা অঙাং য়েথবা হায়বদুনি দন্দি তৌনি হায়রিবসি। মাইবী কয়াগী নৎত্রগা মাইবা শাবা কয়াগী মতেংনা য়াম্না খুনুংগী ওইবা পাম্বে কয়ানা অঙাং য়েথদুনা মাঙহনবগী চৎনবী লৈরকপা য়াম্না লিরবা চৎনবীনি। করিগুম্বা কান্দা নুপী অমদা চাবদা য়ানশিল্লগা পুক্নুংগী অঙাংদু কায়খিনবা হীদাক শেম্বা কাঙবু অমসু লৈরিবনি।

অদুবু, আইন্দদি, লোন্নবু মীরোনবরা আইন্না য়াদবা লুহোংবা অমদগীবু খোক্কপা ওইনীংবা ওইরব্সু অঙাংবু ওইখ্রবদি মদু হিংনা পোক্লক্তনবা তৌবা য়াদে দন্দি তৌগনি হায়না লাওথোকই। মদুবু 'মিসকেরিয়েজ' হায়না খঙই। ইন্দিয়ান পেনাল কোদনা সেক্সন ৩১২ দা য়াদে তৌগনু হায়না লাওথোক্তুনা লাকপনি। কনাগুম্বা থৌদৌদুদা য়াওরুবা মীওই পুম্বা চহী ৭ কৈশুমশঙদা বন্দি অমদি ফাইনসু তৌবা য়াই।

মমাগী হকচাংদা খুদোংথীনীংঙাই ওই হায়বা দাক্তরগী রারেপ লৈরবা নৎত্রগা মতৌ-মনাও অনীনা পোকপা পামদ্রবা অঙাং অমা লৌথোকপা য়াবগী আইন মেদিকেল তার্মিনেসন ওভ প্রেগনান্সি এক্টতা য়াওই। মবম অদুনা আইন অদুগী মতুং ইন্না য়ারবা মতাংশিংদু নত্তরদা কনাগুম্বনা অঙাং অমা হিংনা পোক্লক্তনবা তৌরুবা পুম্বা মিসকেরিয়জগী মরালদা দন্দি তৌবা য়াই। ক্রিমিনেল প্রোসিদ্যুওর কোদগী সেক্সন ৪১৬ তা কনাগুম্বী নুপী অমা মরাল তৌরুবগীদমক্তা শিবগী দন্দিফংবা মতমদা মশা রাইশংদবী অমা ওইরম্লবদি হায়কোর্টনা অঙাংদু পোক্ত্রিফাওবা শিহনবগী থবক পাঙথোকহন্দনা থম্বা নৎত্রগা শিবগী দন্দিদু পুন্সি চুপ্পা বন্দি লৈবগী দন্দিদা ওন্থোকপা ঙম্মী। মসিমক মীরোনগ্রবা অঙাংদুগী য়েংদুনা শেম্বা আইননি।

পোক্ত্রিবা অঙাং অমদা লন-থুম পীবদি য়াগদ্রা? রাহংসিগী পাউখুমদি পীরগা খুৎশিন্ন না লৌবা ঙমদ্রিঙৈদদি লন-থুমদু হেক তাপ ওক্তুনা অঙাংদুগী লৌবিবা ঙমগদবা মীওই অমদা হান্না শিন্নদুনা থম্লগা অঙাংদু হেক পোকপগা অঙাংদুগী ওইগদবনি হায়না লাউথোক্তুনা পোক্ত্রিবা অঙাংদা লন-থুম অদুম পীবা য়াহল্লি। অদুগুম্বা মতাংদা চৎনগদবা আইন ওইনা ত্রান্সফার ওব প্রোপর্তি এক্ট হায়বা আইন্দুদা য়াওরি।

অঙাংগী মবমদা য়াম্না নুংঙাইবা মতাং কয়া আইন্দা ইদুনা য়াওরম্বগী মনুংদা রাফম

অমদি মমাগী পুক্কুংদা লৈরিঙৈদা মমাদুদা অশোক্‌পন নংহনবনা মরম ওইদুনা পোক্লকপদা শোইনাইনা পোক্লকপা অঙাং অমা মানা মমা পুক্কুংদা লৈরিঙৈদা মমাদুদা অশোক-অপন থোকহনখিবদুগী মঙোন্দা তারিবা দশাদুগী কেশ তৌদুনা ক্ষেতিপূরন তানবা য়াব্রা ? কনাডাদা থোকপা কেশ অমদদি কোর্টন য়াহনখি। মোনত্রিওল ত্রামৱেজ ভার্সস লেভাইন্‌ল (১৯৩৩) ৪ দি এল আর ৩৩৭ হায়বা কেস অসিদা মীরোনবী নুপী অমদা ত্রাম্না থেংবদগী থা অনীগী মতুংদা মখোঙ শোয়বা অঙাং অমা পোক্লকই। অঙাংদুনা চাওরক্লগা ৱারোল পূম্বা খঙলগা ত্রাম চেলহল্লিবা লোয়শঙদুদা মাবু শোইনাইবা অমা ওইনা পোকহনবগী দায়ীদু মখোয়গী চেকশিন্দবনা মরম ওই হায়দুনা ক্ষেতিপূরন পীনবা কেশ তৌরকপদু কোর্টনা ফংহনখি। আইনগী লমদা খঙ-হৈরবা কয়াগী মোৎতসু মীরোনবী নুপীদা অশোক-অপন থোকহনবনা পোক্লকপা অঙাংদা শোইনাইহনবসি কেশ তৌবা য়াহনফম থোকই হায়নরি। মরম অসিনা মীওইবা অমা ওইনা হিংবা মতমদা অতোপ্পবু শোকহন-পলহন্দনবা দায়ী অমা ওইনা মশা ৱাই শংদবী নুপীশিংদদি খরগা হেন্না চেকশিনবা মথৌ তাই হায়না ৱায়েনশঙনা হায়রিবা ৱাফম খঙজিনবা চুম্মী। অদুবু, হৌজিক ফাওবগী ওইনদি ভারস্তা থোকপা রিপোর্ত তৌরবা কেশতি অমত্তা লৈত্রি।

ভাবতকী পরমপরা অমদি হোংদ্রিবা সমাজসিগী ফত্তবা চৎন-লোনচৎনা নুপী পোক্নীংদবগী তমথীরবা ৱাখল্লোন্না হোঙ্গর্নখিদুনা মাঙজৌননা পোক্ত্রিঙৈদা মরূদগী হৌনা নুপীরা নিপারা খঙদোক্লগা নুপী ওইরম্লগা মতৈ-মনাও য়ানরে পামদ্রবা অংগংনি হায়দুনা মরূমদগী শোইদৎতুনা মাঙহনবা কন্না চৎনখৎলক্রি। চৎনবীসিবু থিংনবা মীরোনবী নুপী অমগী মদুক্কুংগী অঙাং অমা পী-পা খঙদোকবা বিজ্ঞানগী পাম্বৈ পূম্ববু অথিংবা থম্বগী আইনদা তঙাইফদবা অমা লৈরকই। লম শোমদা মহারাষ্ট্রদা ইগান হান্না থবক পায়খৎলকই আইন অমা শেম্লকই। আইন্দগী মমিংদি মহারাষ্ট্র প্রিভেন্স ওব প্রী নাটাল দাইগোষ্টিক টেক্নিক্স এক্ট, ১৯৮৮ কৌই। মসিগী মতুং তাবদা ভারতকী পালিয়ামেন্টনা ভারত শীনবা থুংনা চৎননবা আইন ওইনা দি প্রী নাটাল দাইগ্নোষ্টিক টেক্নিক্স (রেগুলেসন এন্ড প্রিভেন্স ওব মিস য়ুজ) এক্ট, ১৯৯৪ হায়বা আইনসি শেমখি। আইনসি ১৯৯৬ কী জানুৱারিগী ০.১ দগী ভারত শীনবা থুংনা চৎনখ্রে। ঙসিদি এমনিয়োসেন্তেসিস, অল্ট্রা সোনোগ্রাফী নৎত্রগা মীরোনবী নুপীগী পুক্কুং উবা অতোপ্পা পাম্বৈ কয়া রেজিস্তর তৌরবা লায়েংশংশিংদতা থম্বা য়াহল্লে। অমদি মদু নুপী অমগী মশা য়েংনবদা শীজিন্নগনি দাক্তরদুনা অঙাংদুগী মমা-মপা ওইগদৌরিবশিংদা পী পা তাকথোকপা অথিংবা থল্লে।

তুংগী মীরোলগীদমক্তা য়েংদুনা মসা ফবা অঙাং পোকহনবা চুম্মী। মদুগী চেকশিন-থৌরাঙ ময়ামদুগী মনুংদা আইন্না অঙাংশিংবু মরূদগী হৌনা ঙাক-শেনবী। অদুগুমবা চৎনহনবগীদমক্তদি প্রজাশিংনা চৎনহন্নীংবগী মথৌ অমা তৌথোরকপা তাই। অঙাংবু মরূমদগী মাঙহন্নবা থৌদৌ আইন্না য়াদবনি খঙহন্নীংঙি।

# ৱার্ল্ড পোপুলেসন দে অমদি অঙাংশিংগী য়াইফবা

**জুনগী** তাং ১১ ৱাল্ড পোপুলেসন দেনি। পোপুলেসন এক্সপ্লোলাজন হায়দুনা মীশিং য়ামখৎলকপদগী থোক্কদবা অৱাবা ৱাফমলোমদা মায় ওনশিন্দুনা চাথোক্কা মীশীংগা য়েংনবদা মীশিংনা হেল্লকপা অমদি মীশিং হেনগত্তনবা, অঙাং মশীং য়ামদনবা য়াইফ-য়ুম্বালগী ৱাখল্লোন চেনবা মায়কৈ সোমদগী য়েংদুনা থেংঙনা য়ুম পানবা, নুপী-লোনবা নৎত্রগা নীপা অমদগী অমদা মথং মথং ওঙবগী চৎনবী, এইদসকী লায়না ঙাকপগী ৱাখল্লোন্দা য়ুম্বাল-কৈবাল চেকশিনবা হায়বা ৱাফম কয়া মরুম পুথোক্তনা খল্লবা অমদি নীংশিংনবা নুমিৎনী।

ৱার্ল্ড পোপুলেসন দে নুমিৎসিদা মরু ওইবা ৱাফম অমনা লৈবাক পুম্বা তীঞ্জেল-লায়চেন্দনা হকচাং ফন্না লৈবা মচি ওইবা চীঞ্জাক ফংহনবা অমদি চাবা, অঙাং পোক্রক্কদৌরিবা মমা ওইবীশিংগী হকচাং ফন্না লৈহন্নবা পাম্বৈরোমদসু মায়ওনশিনবা চুম্মী। মরমদি হকচাং ফবনা তাইবঙমীগী অথোইবা লন্নি। অসিগুম্বা অন্তরজাতিগী মীশিংগী নুমিৎ অসিদা মীশিংদা খ্বাইদগী হেল্লিবা, তুংগী য়ুম্বীনি হায়না য়ানরবা, লৈবাক্কী লন্নি হায়নসু খঙনরিবা অঙাংশিংগী পুন্সিরোমদা ঙাইহাকসু মায় ওনশিনবা চুম্মী।

ভারতকী লৈঙাক পথাপনা অঙাংগী পাঙ্গল-লৌশিং, থৌনাবু লান্না শীজিন্নথোকপিবা অমদি নংবনা মরম ওইদুনা মতীক-মপা চানদবা শিনফম পায়খিদনবা তৌবিগদবনি হায়রি। অঙাংশিংবু লৈহৌ ফন্না হৌজবা ফংহনবা অমদি লন-থুমগী ময়াইনা থৌওইদনা হুন্দোকপিবা তৌবিদবা, লোয়ননা খোনী অমদি ফেক্টরিদা থবক তৌহন্দবা, অদুগা মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিবা ফাওবা লেম্না অমদি চীখদনা মহৈ-মশিং তমহনগদবনি হায়দুনা লাকই।

দি য়ুনাইটেদ নেসন্স কনভেন্স ওন দি রাইট ওফ চাইল্ড হায়বসি নবেম্বরগী তাং ২০, ১৯৮৯ দা জেনেরেল এসেমব্লিনা লাউথোকখ্রবনি। ভারত সরকারনসু ১৯৯২ গী দিসেম্বরগী তাং ১১ দা চৎনরগনি হায়না লৌখৎখ্রবনি। মদুদা অঙাংশিংগী য়াইফবা ওইনবা চৎন-পথাপ কয়ামরুম য়াওরি। কনভেন্সন অসিগী মতুং ইন্না অঙাং হায়বদি মশাগী চহী ১৮ শুদ্রিবা মীওই অমবুনি হায়রি।

অঙাংশিংগী য়াইফনবগীদমক্তা অখন্নবা খুদোংচাবা কয়া আইন্না শেমদুনা লাকই। মরাল অমা তৌবগী মতাংদা অঙাংশিংগী অখন্নবা পথাপ ইন্দীয়ান পেনাল কোদতা য়াওই। খুদম ওইনা আই পি সিগী সেক্সন ৮২ দা মশাগী চহী ৭ শুদ্রিবা অঙাং অমনা তৌবা থবক অমত্তা মরাল ওইরোই হায়দুনা য়াওরি। মখা তাবা ওইনা সেক্সন ৮৩ দা মশাগী চহী ৭ তি

শুরবা ১২ গী মখাদি ওইরিবা মীওই অমনা মানা তৌরিবদু করিনো খঙজদনা তৌবা ওইরিবদি থৌদৌ অদু মরাল অমা ওইরোই হায়রি।

অঙাংনা ক্রাইম তৌবসি শেল-থুম অমদি সমাজগী চৎনলোনচৎ কয়ানা থোকহল্লি খুদম ওইনা কায়রবা ইমুং-মনুং, মহৈ-মশিং হৈতবা, চাওরাকপা মতুং ইন্না মশাদা লাকপা অওনবা কয়া অমনি।

১৯৮৬ কী মমাঙদা ভারতকী ওইনা ষ্টেট ষ্টেটশিংগী চিলড্রেন এক্ট হায়দুন লৈজরম্মী। অদুবু অঙাংগী সমস্যা পুম্বা চপ মান্নবা ভারত পুম্বা লাকশিনবা য়ানবা জুবেনাইল জষ্টিস এক্ট ১৯৮৬ শেমখি। আইনসিগী মখাদা জুবেনাইল কোর্ট লিংখৎনবা সরকারগী থৌদাং য়াওই। জুবেনাইল কোর্টতা ফার্ষ্ট ক্লাস মেজিষ্ট্রেট কয়ামরুম্না শাগদবনি অমসুং ময়ামদুগী মনুংদা অমনা প্রিন্সিপাল মেজিষ্ট্রেট কৌগনি। জুবেনাইল কোর্টকী বিচারপতি ময়ামগী মনুংদা সমাজ সেবা তৌবা মীওই অনীখকসু য়াওগদবনি অমসুং অমদি নুপী ওইগদবনি। অদুগুম্বা বিচারপতি ওইগদবা ময়ামদু চাইল্ড ৱেলফেয়র অমদি চাইল্ড সাইকোলোজিদা খঙ-হৈরবশিং ওইগদবনি। ঙসি লমদমসিদা আইনসি ইনবিদনা লৈরি হায়বদি হায়না এদিসনেল চীফ জুদিসিয়েল মেজিষ্ট্রেট ইন্চাৰ্জ প্রিন্সিপাল মেজিষ্ট্রেট ওইনা হাপ্লগা অতোপ্পা অঙাংগী য়াইফ-থৌরাঙ কয়াদা অমদি পুক্নীংগী মরদা খঙ-হৈরবা মীওই অমত্তা ঙসিসু হাপ্তুনা লৈরি। মখা তাবা ওইনা আইনসিগী মখাদা জুবেনাইল হোম অমদি স্পেসিয়েল হোম লিংখৎনবা থৌদাং য়াওই। জুবেনাইল হোম হায়বসিদনা থৌওইবিদ্রবা অঙাংশিংগী লৈফমনি। অদুগা স্পেসিয়েল হোমশিংদনা লমহেনবা অঙাংশিং লৈনবনি। অদুবু, ঙসি তাকয়েন্দা জুবেনাইল হোম হায়না মিং থাবা শঙ লৈবে অদুবু মদুদা শঙ্নীদুগী থবক পুম্বা পুনশিন্দুনা থম্বগুম তৌরি।

জুবেনাইল জষ্টিস এক্ট, ১৯৮৬ কী সেক্সন ৪১ দা অঙাংবু তাথী-তাওই তৌববু দন্দি তৌগনি হায়দুনা লাওথোকই। দন্দিদুদি ফাদোক ওইনা থা ৬ ফাওবা তাবা য়াই। কনাগুম্বা অঙাং অমগী দায়ত্ব লৌদুনা লৈরিঙৈদা থৌওইবিদবা ফু-চৈথিবা নৎত্রগা থৌওইদবনা মরম ওইদুনা মী ফুহন-চৈহল্লবা মদুনা মরম ওইদুনা অঙাং অদু মপুক্নীং অমদি হকচাং শোক্নীংঙাই ওইরবদি দন্দি অদু ফংনীংঙাই ওইবনি। সেক্সন ৪২ না দন্দি তৌগনি হায়না লাওথোকলিবদি কনাগুম্বনা অঙাংশিং থাদোক্তুনা চাক্লি-ফিনিহল্লবা মতাংদুদনি। চহী ৩ কৈশুমশঙদা ফাদোক তাবা য়াবা থবক্লি। ১৯৫৯ দা আই পি সি শেমদোক্তুনা সেক্সন ৩৬৩ এ হাপচিল্লকই। সেক্সন অদুগী মতুং ইন্না কনাগুম্বনা চাক্লি-ফিনিহন্নবা অঙাং হূরানবগী থবক তৌরম্বা তারবদি চহী ১০ ফাওবা কৈশুমশঙদা ফাদোক তাহনবা য়াই। সেক্সনশিগী মখা তাবদা হায়বি কনাগুম্বনা অঙাং অমনা চাক্লি ফিনিহন্নবা শোইনাইহল্লবদি মহাকপু মপুন্সি চুপ্পা কৈশুমশঙদা ফাদোক্তা তাহনগনি। সেক্সন ৩৬৩ গী অয়াবা য়াওদনা ফাকপবদি অঙাং অমবু মমা-মপা লেম্না থাদে। সেক্সন ১১৭ কী মতুং ইন্না মমা-মপানা চহী ১২ কী মতুং ইন্না মমা-মপা চহী ৭ ফাওবা ফাদোক তাবা য়াবা ওইনা ইবি। আইন শেম্বশিংনা মমা

মপা ফাওবা লেম্না থাদে মমা মপানা চহী ১২ ফাওবা অঙাংবু হন্দোকপিবা মতমদা চহী মসিদা নত্তনা অঙাং অমা হিংনা পোক্লক্তনবা নৎত্রগা য়েথবগী থবক পূম্বা দন্দি তৌগনি হায়না লাওথোকই। জুবেনাইল জষ্টিস এক্টকী সেক্সন ৪৩ গী মতুং ইন্না অঙাংদা ময়াই কাবা হীদাক নৎত্রগা য়ুনচিংবা পীজ-পীথকপা মীওই অমা চহী ৩ ফাওবা ফাদোক তাহনবা য়াবা থৌওং ওইহল্লি।

মমা-মপা লৈজদ্রবা লৈরক-খুল্লক্তা কোয়না চৎলবা ষ্ট্রিট চিলড্রেন হায়না খঙনবা অঙাং কয়ামকমসু মশীং হেগৎলকই অমরোমদা অৱাবা থবক্তা শেম্বোক্কীদমক্তা মশানদি য়ানীংদনা উকায় তক্লিবা অঙাং কয়া অমসু মশীং হেগৎলকই। মসিবু লাকশিন্নবা আইন কয়ামংম শেমদবদি নত্তে অদুবু, মদুগী মতেংনা অঙাং নম-হাদুনা থবক শীজিন্নবগী চৎনবী পঙহন হস্তবদি উদে। দি চাইল্ড লেবর (প্রোহিবিসন) এন্দ রেগুলেসন এক্ট, ১৯৮৬ হায়বা আইনসিনা চহী ১৪ শুদ্রিবা অঙাংশিংনা অৱাবা শিনফমদা চঙবা থিংই। মসি নত্তনবা আইন ফনা য়াম্নসু লৈরি অদুবু, অঙাংগী মহুৎ শিনদুনা ৱাকৎপিনবা মী লৈতবনা ওইবা তাই অঙাংগী মবমদা ৱায়েনশঙদা পঙলাক লাক্তে। অদুবু, পনবা য়াবা কেশ অমদি শিলা বার্সে ভার্সস যুনিয়ন ওব ইন্দিয়া এ আই আর ১৯৮৬ সুপ্রিম কোর্ট ১৭৭৩ নি। কেশ অসিদা লৈবাক মচা তাবা মীওই অমা ওইনা দরখাস্তকারীসিনা জেলদা লৈরিবা অঙাংশিং য়েংশিনবিদনা লৈরিবশিংদু থাদোকপিনবা সুপ্রিম কোর্টতা কেশ থারকখিবনি। অঙাং কয়া অমা মফি ফাওবা শেৎত্রিঙৈদা পোৎ হুবাল্লি হায়দুনা ফাখিবদগী নোংমত্তা ফাওবা মেজিস্ট্রেট অমগী মমাঙদা পুথোক্তনা জেল মনুংদা পাখঙ ফারকপা ফাওবা য়াওরবা মখোয়গী মহুৎ শিন্দুনা ৱাকৎখিবনি। সুপ্রিম কোর্টনা ভারত পূম্বগী জেলদা দিষ্ট্রিক্ট জজশিং না চৎতুনা য়েংশিল্লগা, লৈরম্বা অঙাং পূম্বা থাদোক্তুনা মখোয়গী য়াইফ থৌরাঙ পায়খৎনবা য়াথং তৌখিবনি।

ঙসিদি ৱায়েনশঙনসু রাই ফনা য়াম্না তাশ্রে। আইনসু মশীং ফনা য়াম্না লৈরে, অদুমক্তদা অঙাংগী সমস্যাদি ইহল হস্তরকপা উদে। ঙসি ৱার্ল্ড পোপুলেসন দেদা হেন্না খন্নফম থোকপদি অঙাংগী য়াইফবনি। অঙাং য়াইফরগা তুংগী য়াইফবনিঅদুনা অঙাংগী ৱাফমলোমদা মায় কন্না ওনশিনহন্নীংই। অঙাং ময়ামগী মনুংদা নুপীমচাশিংগী ৱাফম তরাইনা লৌবা চুমদে। বিজ্ঞানগী চাউখৎলকপনা নুপীদা ফংবা চৈথেংসি য়াম্না শাফু কনখৎলকই। বিজ্ঞানগী মতেংনা মীরোল্লবী নুপী অমগী মপুক্লুংগী মচা অমা নুপীরা নৎত্রগা নীপারা খঙদোক্লগা নুপী ওইরম্লগনা য়েথখিবদা নুপী কয়া অমা হিংনা পোক্লক্তনবা থৌদৌ খূরক হাঙদনা লৈরি। পোপুলেসন দেগা মরী লৈননা মীশীং হস্তহন্নবসু খন্নবা চুম্মী ফনা হায়রবসু নুপীগী মশীং হস্তহনবা অমদি নুপী পোক্লক্তনবা হোৎনবদি ৱার্ল্ড পোপুলেসন দেগী পান্দমগা তায়োন্না থোক্কনি।

বিজ্ঞানগী মতেংনা মমা পূক্লুংদগী অঙাং অমা নুপীনি নীপানি খঙদোক্লবা হোৎনবসি আইন্না অথিংবা থমশ্রে। অদুমকপু আইনদু চৎননবা থৌরম পায়খত্তুনা রুল শেমদুনা মথৌ শঙবগী থবক তৌদ্রি। ৱার্ল্ড পাপুসেন দে লাকশ্রে, মীয়ামসু ৱাফমসোমদা পুক্নীং খরা চঙবিয়ু।

# লমহেনবা অঙাংশিং ব্বারক্লবা অখন্নবা ব্বায়েন -পথাপ

**জুবেনাইল** দিলিংক্কেন্সি হায়বা ব্বাফমসি মীয়ান্না পঙাঙ ঙাঙনববা ব্বাফমনি। জুবেনাইল হায়বসি আইনগী ওইবা লোন্দনি অমসুং নিপা ওইরগনা চহী ১৬ শুদ্রিবা, অদুগা নুপী ওইরগনা চহী ১৮ শুদ্রিবী মীওই অমবুনি। লমহেনবা অঙাংশিংবু চুমথোক্তুনা মী খাইগী পুন্সি মরেল অমদা অমুক পুথরক্তুনা মরম ওকপা অঙাং অমা ওইহনবা পায়খৎপা য়াবা থৌরাং কয়ামরুম হক্তুনা পীরবা আইন লৈরে। জুবেনাইল জষ্টিস হায়রগা অদুগুম্বা অঙাং শিং লমহেল্লকপদা ব্বারক্লবা চৎন-পথাপ অদুবু খঙনগনি। অদুনা অহলশিংনা মরাল তৌরগা লাকশিন্নবা দন্দি তৌনবা আইনদুগা মশানা খেন্নবা তাবনি।

লমহেনবা অঙাংশিং ব্বারক্লবা আইন্দা য়েংলুবা তারবদি হৌজিক হৌজিক ভারত শীনবা থুংনা চৎনরিবা আইন জুবেনাইল জষ্টিস এক্ট, ১৯৮৬ হায়বসিনি। আইনসি চৎনদ্রিঙৈদা ষ্টেট খুদীংনা মা মাগী লমদমদা চৎননবা চিলড্রেন এক্ট হায়না শেম্নরম্মী। আইনশিংদু লম খুদীংগী অমত্তা মান্নদে। অদুনা ভারত্তা অঙাং পুম্বগী ব্বারক্লবা আইনসি মান্নহন্নবা জুবেনাইল জষ্টিস এক্টনা অমত্তা ঙায়রবা শূপচিল্লবা আইন অমা ওইনা চৎনবা হৌরক্লবনি।

লমহেনবা অঙাংশিং ব্বারক্লবা আইন্দা লম্বী অনী হাংদোকই। অহানবদা , লমহেনবা অঙাংশিংবু ব্বায়েনশঙগী মতেংনা ব্বারক-ব্বাতেম্নবা চৎন- পথাপ, অনীশুবদা অখন্ননা লি ংখৎলবা শঙ খরদা লমহেনবা অঙাংশিং থমদুনা নিয়ম অমগী মখাদা শিক্ষা পীদুনা মরম ওকপা অঙাং ওইহন্নবা পাম্বে অমসুনি।

আইন্না দন্দি তৌগনি হায়দুনা তৌদনবা অথিংবা থম্বা থৌদৌ ক্রাইম হায়না খঙনবা থবক অমা জুবেনাইল চিংঙিবা মীওই অমনা তৌরম্লবদি মহাকপু লৈবাক্কী ব্বায়েনশঙদগী লৌথোক্লগা জুবেনাইল কোর্ট হায়না কৌবা লমহেনবা অঙাংশিংগী ব্বায়েনশঙগী খূদুম মখাদা থম্মী। জুবেনাইল কোর্ট অমদা প্রিন্সিপাল মেজিষ্ট্রেট অমা অদুগা মেম্বর মেজিষ্ট্রেট অমগা লৈগনি। অনীদুগী মনুংদা অমদি নুপী ওইগদবনি অমসুং অঙাংগী পুন্সিগী সমস্যা অমদি য়াইফবগী মরমদা খঙ-হৈবা অমা ওইগদবনি। অমদি কোর্ট অদু সমাজসেবী কযাগী মতেং লৌনবা মীওই পরেং অমগা লৈগদবনি, অমসুং মদুদসু নুপী অমদি শোয়দনা য়াওগদবনি।

জুবেনাইল কোর্টতি লৈবাক্কী ব্বায়েনশঙদা চৎনবা লোনচৎ অমদি পোরমদুদগী তোঙাল্লি। কোর্ট অসিদা উকীলশিং য়াওহন্দবা অমদি মী উহন্দনা বিচার তৌবগী চৎনবী লৈ। মরাল লৈরে হায়বা ব্বারেপ লৈরবা অঙাং অমবু কৈশুমশঙদা থম্নদে। মখোয়বু থম্নবা

অখন্ননা লিংখৎপা শঙ খরদা থম্নে খুদম ওইনা জুবেনাইল হোম, স্পেসিয়েল হোম হায়বনচিংবা শঙ খরনি।

অঙাং অমবু মীয়ামগী ৱায়েনশঙ অমদি জেলদা থমদ্রিবগী মরমদি পঙয়েৎ য়েন্থনীংঙাই লৈতে। মরমদি মীয়ামগী ৱায়েনশঙদা পুথোক্লকরবদি অঙাং অমা ক্রিমিনেল অমা ওইনা পাউথোকপিখিবগী অকিবা লৈ। কৈশুমশঙদা থম্লুরবদি অতোপ্পা মরাল কয়াদা দন্দি লেপ্লিবা ক্রিমিনেল কয়াগা নক্লরুদুনা হেন্না লমহেন্নবা ইনশিল্লক্তুনা শাথীরবা ফীভম অমা ওইরকপা য়াই। অদুগুম্বা অৱাবদুদগী কন্ননবা অঙাংশিংবু তোখাইনা খাইদোকপসিমক আইন অসিগী লৈবাক মচা তাবা মওং অমনি। মসিদা নত্তনা আইন অসিমক্তা জুবেনাইল হোমদা লৈরিঙৈদা অঙাং অমা শিনফম অমা হৈনবা ভোকেসনেল ট্রেনীং অমদি নেগলেকটেদ জুবেনাইলশিংবু মরম ওকপা অঙাং ওইহন্নবা চুমথোক্লবগী শিক্ষা পীবগী মতাংসু য়াওই। নেগলেকটেদ জুবেনাইল হায়বদি মমা-মপানা য়োক্ত্রবা, পীতৎ-পাতৎলবা, চাক্রি-ফিনিদুনা লমজাও সোরোক্তা চৎলিবা অঙাংশিংবুনি। লমদমসিদা য়েংশিনবিদ্রবা অঙাং কয়া লম্বী-শোরোক্তা চৎপা উবা ফংলক্লে খুদম ওইনা বোরাখাউ য়ান্দুনা অমোৎ-অকায় হাইদোক্তুনা পোৎ খুল্লিবা কয়া অমা গাড়ী থাফমদা পোৎ-চৈ হোন্দুনা কুলিগী থবক তৌরিবা কয়া অমনি। মরম অদুনা লমদমসিদসু জুবেনাইল জষ্টিস এক্টনা পীবা থৌদাংশিং থবক ওইনা পায়খৎপা চুম্নে।

অহানবদা ইম্ফালগী এদিসনেল চিফ জুদিসিয়েল মেজিষ্ট্রেটনা মণিপুরগী জুবেনাইল কোর্টকী প্রিন্সিপাল মেজিষ্ট্রেট ওইরিবা অদুগা মেম্বর মেজিষ্ট্রেটকী মফমদি হাপ্তুনা লৈ। সোসিয়েল ৱার্করশিংগী পরীং অমা সেমদোক্তুনা থম্বা অমা নুপী অমা য়াওহন্নবাকা হায়বা আইনগী থৌদাংদুদি পাঙথোক্তনা লৈ। থৌদোকসিমক আইনসি শীংনবগী মওংনি। মরমদি অঙাংগী মরমদা অখন্ননা খঙ-হৈরবা মীওই অমবু প্রিন্সিপাল মেজিষ্ট্রেট ওইহল্লু হায়বনিনা এদিসনেল চিফ জুদিসেয়েল অমা ওইবা য়াবগী মগুণদা চাইল্ড সাইকোলোজী য়াওদবনা প্রিন্সিপাল মেজিষ্ট্রেট ওইরিবসি আইন্না ওইবা য়াবা মীনি হায়বদুগা তৈনরে। অতোপ্পা ৱাফম অমনা লৈবাক্কী ৱায়েনশঙদগী তোঙাননা অখন্নবা মফমদা জুবেনাইল কোর্ট লিংফম থোকপদুগী ওন্ন-তৈনবদা এদিসনেল চিফ জুদিসিয়েল মেজিষ্ট্রেটকী কোর্ট হায়রিবা লৈবাক্কী ক্রিমিনেল কোর্টসিদা পূনশিনবসি পান্দমগা চূনদ্রবা থৌদৌ অমনি।

তাকয়েলদা লৈবা শঙলেন অমদা জুবেনাইল হোম অমদি জুবেনাইল ৱেলফেয়র বোর্দ হায়না য়েক্তুনা থেৎপা থেংনরে, অদুবু অদুগুম্বা লোয়শঙ অমনা তৌফম থোকপা অমদি আইন্দা লৈফম থোকপা মচাক কয়ারোমদা য়েংলুরবদি ইহাম হান্না লৈবগুম তৌই।

ঙসি অনৌবা চহী লাকপসিদা তুংগী যূম্বী ওইদৌরিবা অঙাংশিংগী য়াইফবরোমদা মীৎয়েং খরা চঙহন্নীংঙি। অসিগুম্বা মরু ওইবা ৱা ফমসিদা কয়া থৌওইদবা উই। জুবেনাইল জষ্টিস এক্ট চৎত্রিঔঙদগী ভারতকী লৈঙাক পথাপ্না অঙাংশিংগীদমক্তা থৌদাং কয়া

ষ্টেটশিংদা পীদুনা লাকপনি। লমদমসিদা থৌদাংশিংদু থেঙনা লৌবা হৌরক্লুনা তৌবনি। থৌদাংশিংদুদি অঙাংগী হকচাং পাঙ্গল উকায় তকপদৌনা শীজিন্নথোকপা তৌদবা, ফেক্টরী, মাইন অমদি অবাবা শিনফমদা চঙহন্দবা, মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিবা অঙাং পূম্বা লেম্না চীথদনা মহৈ মশিং তম্বা ফংহনবা, অঙাংশিংবু তাথী-তাওইনা তৌরিদবা মিনুংশি ফংনা হিংবা ফং হনবা অসিনচিংবা কয়ানি।

অঙাং ৱারকপসি আইন্না ৱারকহন্দনবা লম্বীদুনা খ্বাইদগী চাওখৎপা মওংনি মদুদি মমা-মপানা অঙাংশিং পোকশিল্লুরবদি য়োক্লুনা ৱারক-ৱাতেমদুনা মীমান্নবা থম্বীরম্বা মদুনা মফম্রবনি। মদুগী মমা-মপা ওইবগী থৌদাংদু লৌনরবদি ঙসি লম্নোঙফংবা মফমদা লম্বীদা চৎনরিবা নুপী-অঙাংদা খোনচোপ ঙাঙদুনা লক্করিবা অঙাংশিং, ময়াই কাবা নিশা চারিবা অঙাংশিং, মতীক-মপা চাদনা লম্বীদা গাড়ী থৌদুনা মৈখু চেনবদা তেঙবাংহল্লিবা অঙাং শিং কোকহনবগী থৌদাংদি মমা-মপাদা লৈবনি। অদুনা জুবেনাইল জষ্টিস এক্ট অসি লমহেনবা অঙাং ৱারক্লবা অমরোমদা মথৌ তৌদ্রবা মমা-মপাগী মহৎ শিন্নবা আইন ওইররে।

# অঙাংগী নুমিৎ অমুক য়ৌরক্লে

# থম্মোয় য়াওদবা আইন্দি মীৎকপ থোকপা লৈত্রি

**অঙাংগী** নুমিৎসিদা স্কুলগী ছাত্র কাঙজৈবুংদা হরাও-তয়াম্বগী কূম্মে কয়া চথরিবা মরকসিদা কৈথেলগী গাড়ী থাফমসিংদা মশাগী চহী অমদি মপাঙ্গল মতীক -মপা চাদবা অঙাং কয়া অমনা পোৎলুম থাংদুনা শেঙ্খোক খজিক্তং লৈনবা শূ- নোল্লি।

অঙাংগী নুমিৎ ঙসিনি। চৌদো নবেম্বর জিন্দাবাদ! লৈকোন্দা ঐখোয় লৈরমগে চাচা,লাকউ নেহরু কুদাম মখুন্দা থেৎনবা গুলাব হেকপিরমগে লাউ-ও। হৌখিবা চহী থরসিদদি ঈশক শরুখিদ্রবা ঈশৈগী পরেংনি। অদুবু নুমিৎসি কুম খুদীংগী লাকই, স্কুল কয়াদগী খনগংলবা অঙাং কয়ানা হরাও-তয়াম্বগী থৌরম কয়াদা শরুক য়াই। লাযেং লোয়শঙলোমদা নম্না পায়খৎপা থৌরাং অমনা অঙাং মশা ফবা, অহান-অকোন তান্নবনি। অথোই-অহেন তান্নবা হায়বা চাংয়েং অমা তৌরিবদু থুঙ্গং শহর শীন থুংনা চোংথোরক্লরক্নুনা শরুক য়ানৈ সিলেবস য়াওদবা ফুল মার্ক কয়ানো খঙহন্দবা পরীক্ষা অদুদা চোংথোরকই চাংয়েংদু য়াওননবা। কনা অমনা চোংথোরকই লুপা ৫০০ মনা পীগে অফবা মমা চোং থোরকউ। মৌ কয়া চোংথোরকই চাংয়েংদু য়াওননবা মকোক তারে কা হায়দুনা মৌ নহা মশক-মতৌ ফজবী অমদা মনাদু পী। কনা অমনা চোংথোরক্লুনা লুপা ৫০০ দং পুথোক্লুনা গপ তৌনরিবনি।

তস্বীরবা ছাত্র কয়ানা অর্থ খঙদনা শকহল্লকই অথোইবা লেঙবিরকপদুগী মমাঙদা "হিন্দ দেশকে নিবাসি, সভি জন এক হৈ, রঙ্গক রূপ বেশ ভাষা চাহে অনেক হৈ"।

অসিগুম্বা অঙাংগী নুমিৎসিদা স্কুলগী ছাত্র ওইজরুবা অঙাং কয়া অমদি কাঙজৈবুংদা হরাও-তয়াম্বগী কূম্মে কয়া চথরিবা মরকসিদা কৈথেলগী গাড়ী থাফমশিংদা মশাগী চহী অমদি মপাঙ্গল মতীক -মপা চাদবা অঙাং কয়া অমনা পোৎলুম থাংদুনা শেঙ্খোক খজিক্তং লৈনবা শূ-নোল্লি। অঙনবা অয়ুক্কী কৈথেলদসু মমানা অঙ্গংবা অয়ুক্কী নুংশিৎনা ফুবদা ইচা লোকথুংগনি হায়না ফৈজুপ্না কোনদুনা থম্মম্ম থোকপা নুপীমচা কয়া অমনা মনা-মশীং য়োনদুনা যূম পানবগী পোৎলুম থাংহন্দুনা শেল তালহল্লি। সহরগী অমোৎ অকায় পৈফমদগী য়োৎতেক-থাঙতেক নৎত্রগা প্লাষ্টিক খরা খূন্নবা অমোৎপদু হাইদোক্লুনা নাকন্দা য়াল্লিবা বোড়াখাউদা হাপচিল্লিবা অঙাং কয়া অমসুনি। মসিদা নত্তনা চেক শাফমগী লমহাঙ, য়োৎ শূফম কারখনা, শহরগী হোতেল অমদি অচা-অথক য়োনফম কয়াদা নোং ফুঙ ঙানবদগী নুমিৎ তাবা অথেঙবা অহিং ফাওবা হংলাইগুম্না থবক শুরিবা অঙাং কয়া অমনা শুবতনা

মথৌ ওইরি। ভারতকী লৈঙাক পথাপ্তা অঙাংশিংবু অন্নাবা শিনফমদা শুহনগনু, অঙাংগী হকচাং পাঙ্গলবু শেম্থোক্লীদমক্তা তক্কুনা শীজিন্নবিগনু, অঙাংশিংবু মিনুংশিগা লোয়ননা চাবা, থকপা ফংহল্লু, অঙাংশিংবু লেম্না অমসুং চীংথদনা মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিব ফাওবা মহৈ-মশিং তম্বা ফংহল্লু অসিনচিংবা।

অঙাংগী নুমিৎসিদা মখোয়গীদি শরুক ইয়াও হেক যাওদে। মহৈ তম্ফম শঙদা খাদুনা মহৈ তমহনবা ঙমবা মমা-মপাগী মচা ওইরুবশিংতনি অঙাংগী থৌবম য়াওজবা ফংলিবসে। অদু ওইরবদি নুমিৎ অসি অঙাংগী নুমিৎ হায়না থোল্লিবসিদি চান্নরিবরা? অঙাংগী নুমিৎকীদমক্তা রাজ্যগী থাক্তা থৌরম পাঙথোক্লবগীদমক্তা ষ্টেটকী শেনফম চাওনা কাইরিবসিদি অঙাংগী নুমিৎকী নত্তে ছাত্রগী নুমিৎকীনি।

লৈমকোন্দা চৎনবা পথাপ সংবিধান হায়গদ্রা লৈঙাক পথাপ হায়গদ্রা কন্সটিট্যুসন হায়বদুদা য়াওরিবা অকে-অমৌ লৈশি-লৈথোন থৌগল্লোন ব্যবহারতনা হারবা সংসারদুদা ঈরোয়ননা লৈবিবা অঙম্বশিংনা মশানা মশাবু শৌগৎচবা ঙমজদবা অদুগা তুংগী য়ুম্বীনি কা হায়দুনদি পঙহায়দা হায়বিরিবা অঙাংশিংগী সমস্যা খঙবা ঙম্ফম থোকপরা ? ভারতকী রায়েন শঙ মকোক্না থবক শুহল্লিবা অঙাং কয়াগী য়াইফনবা হুকুম রাই তাদুনা রাজ্যশিংদা থারকই লমদমসিদসু থেঙনা ময়ৌরকই। অদুমকপু য়ুম্লক-কৈরক্তা অঙাং কয়া উকায় তকপমখৈ থবক শীজিন্নবিরি; ফুরি, ওৎলি, শেম্থোক্লীদমক, অদু ওইরবদি আইন সংবিধান, চাইল্ড লেবব রেগুলেসন এন্দ প্রিভেন্সন এক্ট, সুপ্রিম কোর্টকী হুকুমদা পুম্নমক্তি তমদুনা লৈরিনা, নীঙাইদনা পীতৎ পাতৎপা অঙাং কয়ানা মখা চীক্তুনা শু-নোম্লি মখোয় চাওরকপা ঙাইজরিবা লমন খুম্নীংনা সমাজ অসিগী মথক্তা। লৈবাক মচা তাবা কয়ানা থবাক য়ৈদুনা লাই শোল্লি মখোয়না চাওরক্লগা করি থোক্লগবা। অঙাংগী নুমিৎ অমুকসু লাকই আইন্দি মীৎকপ থোক্তরি।

# লৈঙাক পথাপকী থৌদাং ওইনা
# পল্‌স পোলিও ইম্যুনাইজেসন

**হকচাং** ফবনা তাইবঙ মীগী অথোইবা লননি। রাফমসি শৌগৎপা মতাং কয়া লৈঙাক পথাপতা য়াওই। অহানবদা আর্টিকল ৪৭ তা য়াওবা রাফম ষ্টেটশিংনা প্রজাশিংগী মচি লৈবা চীঞ্জাক ফংহন্দুনা মশা-মউ ফহন্নবা 'পব্লিক হেল্‌থ' কী থৌদাং কয়া পায়খৎকদবনি। পব্লিক হেল্‌থ হায়বসি মীয়াম্বু তীঞ্জেন-লায়চেনহন্দনা লৈহন্নবা থৌদাংদুনি। অদুনা হৌরক্লিবা অঙাংশিং তীঞ্জেন-লায়চেনহন্দবা অহানবা থৌদাং ওইবা তাই। ঙসিগী অঙাংদি তুংদা হৌরক্লিবা সমাজ অমগী য়ুম্বীনি। অদুমক্তসু পাঙ্গল লৈরবা য়ুম্বীমখোঙ ওইহন্নবা তুংগী য়ুম্বী ময়াম অমা মশা-মউ ফহনবা হায়বসি তঙাইফদ্রবনি।

লৈঙাক পথাপকী অতোপ্পা মতাং অমনা আর্টিকল ৩৯ দা য়াওরি মদুগী বাহম্ভোক্তি, ষ্টেটনা অখন্নবা থৌদাং ওইনা অঙাংশিং পুম্বা মশা-মউ ফহন্নবা, নীংতম্না অমদি লৈহৌ ফনা হৌজরকপা ফংনবা অমদি অঙাংগী থৌনা-লিংজেন পুম্বা উকায় তকপমখৈ শীজিনন্নবা তৌবা য়াদে। অদুনা অহানবা থৌদাং ওইনা অঙাংশিং মশা-মউ ফহনবা হায়নবা থৌদাং সিনা হানবদি চুম্মী। মতুং তারকপদা পোক্লকইবা অঙাংশিংবু তীঞ্জেন-লায়চেনবদগী কনবিবা হায়বসি ওইবা তাই। পল্‌স পোলিও ইম্যুনাইজেসন হায়বসি মতাংসিদা নীংশিংবা য়াই। হৌখিবা চহীদসু থৌরমসি পাঙথোকখি, হন্দক্কী চহীদসু থৌরমসি পাঙথোক্লবা নুমিৎ লাকই; দিসেম্বরগী তাং ৬ । চহী ৫ শুদ্রিবা অঙাং পুম্বা মনাক নকপা দাক্তর, দিসপেন্সরী, হেল্‌থ সেন্টর, ফেমিলি ৱেলফেয়র সেন্টর অমদা হেক্তা পুদনা হীদাক পীথকহৌনবা লাওথোক্তুনা চে থেৎতুনা মাঙজৌননা খঙহল্লি। অখঙ-অহৈশিংগী মোৎ মতুং ইন্না পীক্লিঙৈদা হীদাক অসি পীথকহৌবনা কিন্নীংঙাই ওইরবাপোলিও হায়বা লায়নাদুদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী।

থৌরম অসি নবেম্বর থা অসি অঙাংগা মরী লৈনবা থৌরম খরসু লাকখি, খুদম ওইনা নবেম্বরগী তাং ১৪ অঙাংগী নুমিৎ, নবেম্বরগী তাং ২০ রাইট ওব দি চাইল্ড দে, নবেম্বরগী তাং ২৬ ভারতকী লৈঙাক পথাপ শেম্বা লোইরিদুনা প্রজাদা খঙহন্‌খিবা নুমিৎ ওইরিবনি।

নবেম্বরগী তাং ২০ বু নীংশিংবা য়ারবদি ১৯৫৯ দা য়ুনাইতেদ নেসন্সকী জেনেরেল এসেমব্লিনা দিক্লারেসন ওন দি রাইট ওব দি চাইল্ড হায়বদু নাখৈ অমা শেংখিবা নুমিৎ অদুনি। চহী নিফু শুজিল্লক্লে রাইট ওব দি চাইল্ড দে। হ্যুমেন রাইট ওব দি চাইল্ড হায়বসিগী মনুংদা অঙাং মশা ফহনবা হায়বসিনা খ্বাইদগী মরু ওই। ন্যুত্রিসন ইজ এ হ্যুমেন রাইট।

অদুনা অঙাংগী অধিকারগী মতাংদা অঙাংশিং অরাম-থৌরাংবা কোকহনবা হায়বা থৌদাং সিনা হানগদবনি হায়বা ৱাফম অন্তরজাতিগী ওইনা পুথোক্লখি। অন্তরজাতিগী ওইবা পাওদা অঙাংশিংসি চাবা - থকপা নীংথুংদবা, ভিতামিন এ ৱাৎপা, অমদি আইওদিন ৱাৎপগী অৱাবা নংঙি, মদু কোকহন্নবা থৌদাংনা হানগদবনি হায়না হৌদোক্লরকখি। অদুবু ইমুং লাখ ৩০ দি চহী খুদীংগী অশিবা নংঙি, মদু মতম চানা হীদাক কাপথোক্লগা কনবা য়ারম্বা ঙাক্তনি হায়না পুথোক্লরকই। শিরিবা অঙাংশিংসি চাদা ২০ দগী ৩০ ফাওবদি মশাগী চহী ৫ শুদ্রিবা অঙাং ঙাক্তনি। ভারতকী ওইনা শিশু সুরক্ষা দিবর্স হায়দুনা ১৯৯০ গী ওক্তোবর নবেম্বর অমদি দিসেম্বর থাদা পাঙথোকখিবা থৌরমদা পোলিও পল্স প্রোগ্রাম কন্না পায়খৎখি। মদুনা ভারত পুম্বগী ওইনা লৈরিবা অঙাংশিংদা চাদা ৭৫ দগী ৮৫ ফাওবদদি য়ৌহনবগী পান্দমনি। মদুগী থৌরমদুগী মখা তাবা ওইনা ঙসি ১৯৯৮ সিদসু জানুয়ারী থাদা অমা পাঙথোকখ্রে, হন্দক দিসেম্বরগী তাং ৬ সিদসু পাঙথোক্কদৌরি; পল্স পোলিও ইম্যুনাইজেসনগী পাম্বৈনা অঙাংশিংদা পোলিও লায়নাদগী ঙাকথোকচনবা হীদাক পীথকপা ১৯৯৯ গী জানুয়ারি থাদসু পাঙথোক্কদৌরি।

ঙাকথোকহৌবনা অমাঙ-অতা থোরক্লগা কন্নবা হোৎনবদগী ফবা হেল্লি। ৱাফমসিগা পায়খৎলক্লিবা থৌরমসিগা য়াম্না চানৈ। চহী কয়াগী মমাঙদগী লৈবাকসিদা মী অয়াম্বদি পোক্লিঙৈদা মমাবু দাক্তরদা য়েংহনবা, ভিতামিন চাবা, পোক্লবা অঙাংশিংবু লায়না কয়াদগী ঙাকথোক্লবা - খুদম ওইনা ট্যুবর্কুলোসিস, পোলিও, হুপিং কফ, দিপথেরিয়া তিতানস, টাইফোইদ অমদি মিজলসনচিংবা লায়নাদগী কঞ্জনবা হীদাক কাপথোকপগী থবক তৌনরবনি। মদুগী লনাইগী ওইনা চেকশিন-থৌরাঙদুগী মথক্তা পল্স পোলিও ইম্যুনাইজেসন দে হায়দুনা লৈবাক শীনবা থুংনা পায়খৎলক্লিবা থবক অসিমক্তি শীংথানীংঙাইনী।

হিংবা অমদি খুয়া তুশীৎনা হিংহনবা হায়বসিনি পুন্সিগী অশেংবা ৱাহল্লোক। রাইট টু লাইফ হায়বা ভারতকী লৈঙাক পথাপতা য়াওরিবা হিংবগী অধিকার হায়বদু ময়েক শেংহনগে হায়রবদি মশা-মউ ফহন্না অঙাং পুম্বা হিংহনবা তাই।

অদুবু, অসুক ফজনা পায়খৎলিবা থৌরাঙসিবু অঙাং কয়াদা ফংহনবা ঙমগদগে, চমমনবা ৱাফম অমসু ওইরি। মরমদি মসিগী কান্নবা তঙাইফদবা ৱাফমদু খঙদবতা নত্তনা খঙন্নবসু হোৎনবা থৌওইদবা কাঙবুগী অঙাংশিংদি খুদোংচাবদু ফংদদুনা লৈবা তাই। মরম অদুনা পল্স পোলিও হীদাক পীথকপগী তঙাইফদবদু মমা-মপাশিংদা খঙহনবা মথৌ তারি। মদুগী মরমদি পোক্লবা মতুংদা অঙাং হীদাক কাপথোকপগী চৎনবী অমা লৈবদু ফাওবদা লাইরিক-লাইশু হৈরবা জ্ঞান তারবা মমা-মপা কয়ানা মদুগী মথৌ তাদে হায়দুনা অঙাং কয়া হীদাক কাপ্পিহৌদনা চাওখিবা অঙাং য়াম্না য়াওরি। মরম অদুনা হীদাক পীথকপগী থৌরমগা ঈরোয়ননা মদুগী তঙাইফদবদু মীয়ামদা জ্ঞান তাহনবিয়ু। মীয়ামদা কান্নবদু য়ৌহনবা ঙমদ্রবদি পান্দমদু অরেম্বা তাগনি।

# মণিপুরদা কন্না হেনগৎলক্লিবা অঙাংশিংবু উকায় তকপমখৈ শীজীন্নবীবা চৎনবী

**ইস্ফালগী** কৈথেল অচৌবগী মচী অমদা ঙাইহাক্তং হেক লেপ্পদা উগদবদি বস নত্রগা ট্রক অমা হেক খামখিবগা পোৎ থাংননবগী মী ময়াম অমা চেনশিন্নবদা চহী য়াম্না নৌরিবা অঙাং ময়াম অমসু য়াওরিবদুনি। নিংথমথাগী অঙনবা অয়ূক লৈচীন অমদি উন চেল্লবা ফমজিল্লবা নুংশিৎনা চিংশিল্লবা মতমসিদা অনৌ অপেন ইঞ্জাং-নাপী য়োনবী ময়ামগী মরক্তা চহী য়াম্না নৌরিবী নুপীমচা কয়া পোৎয়োনবী ওইনা য়াওরিবা। ঙরাং অহিং থেঙনা লোনখিবা অসি অয়ূক্তা ঙন্না থোঙ হাংলিবা হোটেল কয়াদা গ্লাস চামহন্নবা লৈরিবা অঙাং কয়া অমা। য়ূম্লক কৈরক্তুনা থবক তৌবা তৌবিশিংগী মচা মশূ লৌনবা থবক তৌহনবদা অসুক্কী মতৌক ওৎনৈরিবা ব্রাকৎফম লৈজদ্রবা অঙাং কয়া অমা। হন্দক মরক কন্না উরকইবা শক্তম অমনা নাকন্দা বোরাখাও য়ানবা অঙাং কয়ানা সহরগী অমোৎ-অকায় পৈফমদগী প্লাষ্টিক অমদি য়োত্তেক কয়া খুন্দুনা শেনথোক ওইননবা চৎলিবা অঙাং কয়া অমা। মসিদা নত্তনা য়োৎ শূফম অমদি শৌফমদা, চেক শাফমগী লমহাংদা, য়ুমজাও বিল্ডং শাফমদা, কারখানাশিংদা, লৌবুক লমহাংদা মমান-কৈমান্নবশিংনা মমা মপাগী মিনুংশিগী মীৎয়েংনুংদা নাওথী শাজনা হিংজরিবদুগী তয়োন্নবদা উকায় তকপমখৈ শূরি নোল্লি ব্রাকৎফম লৈতনা শেম্বোক্কীদমক্তা।

অঙাং হায়বসি তুংগী য়ূম্বীনি। নোংমগী লৈপাক অমগী ইমুং-মনুং অমগী অমদি ইরমদমসিগী মপী মপা ওইরক্দৌরিবনি। অদুনা সমাজ অমা মশক থোকপা অচঙবা সমাজ ওইহনবা তারবদি অঙাংশিংগী য়াইফবা হায়বসিদি তরাইনা লৌবা য়ারোই।

ইংশোক ১৯৫০ দা ভারতকী কন্সটিট্যুসন চৎলবা মতুংদদি লৈঙাক পথাপসিবু শেম্বীরম্বা ইপা ইপুশিংনা অঙাংশিংবু থবক শূহনবা থিংবা অমদি লৈহৌফনা হৌজবা ফংনবা ব্রাফম কয়ামরুম পুথোক্তুনা কন্সটিট্যুসনগী মফম খরদা অঙাংগী য়াইফনবা মতাং খরা ইরমই।

আর্টিকল ২৪ দা মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিবা অঙাং অমত্তা ফেক্টরিদা, খোনিদা নৎত্রগা অতোপ্পা মতিক মপা চানদবা শিনফম অমত্তা পায়হনবা য়ারোই হায়না লাওথোক্লি। অমরোমদা আর্টিকল ৪৫ শুবা ষ্টেটশিংদা অখন্নবা পায়খৎনবা থৌদাং ওইনা লৈঙাক পথাপসি চৎনবা হেক হৌবদগী চহী ১০ গী মনুংদা মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিবা অঙাং পুম্নমক লেম্না অমদি চীৎথদনা লাইবিক তমহনগদবনি হায়না য়াওরি। মসিদা নত্তনা আর্টিকল ৩৯ দা ষ্টেটশিংনা

থমগদবা পান্দম কয়াগী মনুংদা অমদি নৌরিবা অঙাংশিংগী থৌনা লিংজেল লাননা শীজীন্নবিবা থিংবা, অমনা শেল থোক্লবনা মরম ওইদুনা অঙাং মতিক মপা চানদবা শিনফম পায়খিদনবা তৌনবসু হায়রি। মখাতানা অঙাংশিংবু নীংতম্না ইকায়খুম্নবা ফংজনা হৌজরক্লবা অমদি অঙাং নাব্রা ওইরিঙৈদা অমদি মপূং মরৈ ফাগৎলকপা মতমসিগী ব্বাখল লিংজেল থৌনা পুম্বা অতোপ্পনা শীজীন্নথোকপীখিদনবসু ইরি। আর্টিকল ১৫ দনা অঙাংশিংগী য়েংদুনা অখন্নবা খুদোং চাবা থম্বা য়াগনি হায়নসু হায়রি।

পুন্নমকসি ফনা ইদুনা য়াওজরবসু অঙাংশিংবু নম-হাদুনা থবক শীজীন্নবিবা নত্রগা শেম্বোক্কী য়েংদুনা মশানা য়ানীংদ্রবসু তঙাইফদনা অৱাবা শিনফমদা মশানা চোংশিঞ্জরকপগী চৎনবিসি ভারতকী মফম কয়াদা চৎনবগী পাও তাদুনতা লৈরক্রবনি। খূদম ওইনা শিবকাশীগী মৈখেৎ অমদি বম্বুলা শাফম, সুরটকী হিরা মনীমুক্তা ইনফম, ফিরোজাবাদগী লীক্রি শুং ফম, মোরোদাবাদগী প্লাস্টিক অমদি চাগী খূজী শাফম, আলিগড়গী শো শাফম, মধ্যপ্রদেশকী সিলেট হৈফম অমদি মফম কয়াদা অঙাংগী চহী অমদি মশাগা চান্নদনা থবক শীজীন্নবগী চৎনবী কয়া তাদুনতা লৈরবা মতমসিদা মণিপুরদদি মদুমক্কী অকিবদুমক্তুদি য়ৌদ্রি। অদুমকপু ইকুই কুইদনা মসিদা হান্না লৈরমদবা শক্তম অমা ঐখোয়না তরু তরুনা উবা ফংবা ব্বাফম অমদি মফমসিদসু অঙাং কয়া থোরক্তুনা থবক শূবা লৈরক-খুল্লকত্না চৎপনচিংবা তৌরক্লিবসিনি। ডি চাইল্ড লেবর প্রোহিবিসন এণ্ড রেগুলেসন এক্ট, ১৯৮৬ ভারতকী পার্লিয়ামেন্টনা থোরক্লিবা থৌদোকশিংসি থিংননবা পুথোকপীরকপনি। আইনসি অঙাং চহী ১৪ শুদ্রিবা অমনা শূহনবা য়াদবা শিনফম ময়াম অমা পরেং নাইনা লাওথোক্লবা শিনফমদু নত্তবদা অঙাং শিং থবক তৌহনবদি থিংদে। শূহনবগী মতমদি শিনফম অদুনা পুরে, অদুবু অঙাং অমদা লেপ্তুনা পূং ৩ থবক শূহনবা য়ারোই অদুগা মরক্তা পূং ১ পোখানবা মতম পীগদবনি। অঙাং অমদা পূংশিং হেন্না নত্রগা কায়না থবক শূহনবা য়ারোই। আইনসি কায়রম্বা দণ্ডি তৌগনি হায়রি।

হোটেলদা গ্লাস চামহনবা অমোৎ অকায় টেবল শেংদোকহনবা অমদি দুকান পোৎফমদা অঙাং থবক শূহনবগী অয়া য়াদা নিয়মদি ডি মণিপুর সোপস এণ্ড এসটাব্লিসমেন্ট এক্ট, ১৯৭২ দা য়াওই। আইনসিনা অঙাংশিংবু থবক শূহনবদা থবক মপুশিংনা ইন্দুনা চৎকদবা নিয়ম কয়ামরুম তাকপদা নত্তনা চহী ১২ শুদ্রিবা অঙাং অমত্তা দুকান, হোটেল, সিনেমা হোলনচিংবদা থবক তৌহনবা য়াদে হায়রি। আইনসি কায়না দুকান্দারশিংনা অঙাং থবক শূহনব্রা য়েংননবা ইন্সপেক্টর কয়া হাপ্পী। আইনসি লৈজরবসু মসিগী মতুং ইন্না অঙম্বশিংনা থবক চপ চানা পায়খৎপীদবসিননি অসিগুম্বা নুংঙাইতবা থৌদোক কয়া উবা ফংনরিবসি।

অমরোমদা অঙাং থবক হৈহনববুদি য়াম্না ফবা ব্বাফম্নি। মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিবা অঙাং হিংননবগী লম্বীসু লৈত্রবা থবকসু শূবা য়ারোই হায়রবদি মখোয় করম্না হিংগনি। অঙাংশিংগী মপী মপা ওইরিবা সরকারনা অঙাংশিংগীদমক্তা অখন্নবা খুদোংচাবা কয়া পীবিবা

য়াই। কন্সটিট্যুসন্না থিংলিবদি হেজার্দস এমপ্লোইমেন্ট হায়বদুবুনি অদুনা হেজার্দস ওইদবা শিনফমশিংদা অঙাংশিং থবক হৈহন্দুনা শেম্হোকসু লৈহনবিবা য়াই। রাফম অমনা মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিবা অঙাংশিংনা লেম্না অমসুং চীৎথদনা লাইরিক তমহল্লবদি ঙসি ইরম মণিপুরদসু উবা ফংলক্লিবা অঙাংশিংবু নৈবমখৈ থবক শীজীন্নবগী চৎনবিসি হেনগৎলক্লিঙৈদা থিংহৌবা ঙম্বা য়াই।

# আইন অমদি অঙাং য়োকপা

**মালেম** পৃথিবীনা লূরম্বরা পলেম ইমানা মহেল্লি। অপোকপীতনা ইমারা অয়োকপীসু ইমানি। পোকপবুদি য়োকপনা হেন্না মরুনি। শ্রীকৃষ্ণগী বারীদা কৈশুমশঙদা দেবকিনা পোকখি অদুগা চাওবনা নন্দগ্রামদা যশোদানা য়োক্তুনা চাওরকই। কৃষ্ণ মশামক্তা হায়জখি- "ঐবু মী ওইনা য়োকপিরকপা যশোদানা ঐগী ইমানি।"

মচা ওইনা য়োক্তুনা , ইমুং অমদগী অঙাং অমা মশাগী য়ুম্নাক শাগৈদা তিলহন্দুনা মচামক ওইনা য়োক্লকপা চৎনবী অমসু লৈ। অদুবু এদোপসন হায়না খঙনদুনা মদুগী চৎনবীদুগী মতেংনা মচা কয়া য়োক্তুনা শেমগৎনখ্রে।

হিন্দুগী ধর্ম্ম শাস্ত্রদা অঙাং য়োকপগী চৎন-পথাপ লৈরকই। কনাগুম্বা হিন্দু অমনা শিরবা মতমদা মাগী থৱায়না লানবা ঙম্নবা পিণ্ড কৎপিরক্লবা মচানীপা অমা লৈতবা য়াদে হায়না ইরম্মী। অদুনা মচানীপা পোক্তবা হিন্দু অমনা মাগী লাইনীং লম্বীদুনা পীবা থৌদাং পাঙথোক্লবা মচানীপা অমা য়োক্তুনা মচানীপা পোক্তবগী অৱাৎপা মফমদু মেনশিনবা ঙমহল্লম্মী।

হিন্দুশিংগী মরক্তদি হিন্দু এদোপসন এণ্ড মেন্টেনেন্স এক্ট, ১৯৬৫ ডিসেম্বরগী তাং ২২ দগী ভারত শীনবা থুংনা চৎনরবা আইন ওইদুনা অঙাং য়োকপগী আইন ওইরি। আইনসি চৎনরবা মতুংদগীদি কনাগুম্বা অমত্তনা আইনসিনা পীরিবা নিয়মদু কায়না অঙাং য়োকপা য়াদ্রে। আইনসিনা পীরিবা নিয়মশি কায়হন্দনা অঙাং অমা য়োক্লবদি য়োক্লিবা অঙাংদু মরম পূমনমক্কী ওইনা য়োক্লিবা মমা-মপাগী মচা ওইখ্রগনি। অদু হায় হায়দুনসু অঙাংদুনা হান্নগী অপোকপা মমা-মপাদুগী মচা ওইরিঙৈদা লুহোংবা য়াদবা মীওই পূম্নমক অতোপ্পা য়ুম্নাক্তা তিন্দুনা য়োক্লবা মতুংদসু অদুম য়ারোই। অমনা য়োক্লিঙৈদা ফংখ্রবা লন-থুমদুদি য়োক্লবা মতুংদসু মানা পুদুনা লাকপা লন-থুম ওইনা লৌগনি।

ঙসি আইনসিগী মতুং ইন্না নীপাদা নত্তনা নুপীসু য়োকপা য়ারে। হিন্দু নীপা অমনা অঙাং য়োকপা তারবদি মাগী নুপীদুগী মৱাসু তাগদবনি। য়োক্কদবা মমা-মপা অমদি অঙাং দুগী অয়াবা লৌগদবনি। হিন্দু নুপীদা লৈশাবী ফাওবা মচা য়োকপা য়ারে।

হিন্দুশিংগী লাইনীং লম্বীনা পীবা থৌদাং পাঙথোক্লবা অঙাং অমা য়োকপা য়াহল্লকপসি অহানবদা নীপা অমা য়োকপা য়াহল্লকপনি ঙসিদি চৎনরিবা আইনসিনা নুপীসু য়োকপা য়াহল্লে।

অতোপ্পা লাইনীং লম্বী চৎপা কাঙবুগী চৎন-পথাপ্তা য়েংলুবদা মুসলিমগী আইন্দা

অঙাং য়োকপা হায়বা চৎনবীনা ইমুং অমদা মীতোপ্পু মচা ওইনা য়োক্কুনা শাগৈদা তিলহনবগী চৎনবী লৈতে।

মণিপুরদা লৈবা মার অমদি লুশাই ত্রাইবশিংগী চৎনবীদা খুলগী খুল্লাকপদুনা মচা লৈতবা মতমদা মাগী শাগৈদগী নীপা অমা লৌখৎতুনা মচানি হায়না য়োক্লগা ওক অমা হাৎতুনা শাগৈ চাক খাঙলগা অঙাংদু য়ুমদুদা পোক্লবা অঙাং অমনি হায়না লৌখৎনৈ। মদুগী চৎনবীদুবু 'সফুন' হায়না খঙনৈ। মীচমশিংগী মরক্তদি লৌ উবদা করিদা তেঙবাং বিনবা মচা লৈত্রবা অমনা চিফতা ৱাকৎলগা চিফনা থিজিনবদা তঙাইফদ্রে হায়না লৌরবদি অঙাং অমা য়োকপা য়াহল্লি। অদুবু, লন-থুম ফংবগী মতাঙদা অঙাংদুখক্তনা লন-থুম ফংবদি য়াদে।

লাইনীং লম্বীনা পীবা খুদোংচাবা নত্রবসু কনাগুম্বা অমনা মচা লৈত্রবা মতমদা মা মক্কী মচা অমা ওইনা ধার নালা শন্দোকহৌনবা অঙাং য়োকপগী চৎনবীদি অদুম লৈ। মদু অপোকপা মপা-মমাদুগা য়োক্কদৌরিবা মমা-মপাদুগা দলিল অমা ইনরগা রেজিষ্টার তৌদুনা য়োকপসু য়াই। কনাগুম্বনা মমা-মপা লৈত্রবা অঙাংশিং লৈফমদা চৎতুনা অঙাং ময়ামদু য়েংলুরগা অপামবা খন্দুনা মচা ওইনা য়োক্কে হায়দুনা য়োকপসু লৈ। মমা-মপা লৈত্রবা অঙাং য়োকপগীদমক্তদি কোর্টতগী অয়াবা লৌরগা পাঙথোক্কদবনি।

অঙাং য়োকপগী থোকপা য়াবা ৱাথোক য়ামনা লৈ। খূদম ওইনা ভারতকী মপান্দা লৈবা মীওইনা য়োককনি হায়না পুখ্রগা নম-হাদুনা থবক শীজিন্নদুনা ভিক্ষা নিদুনা শেন তালহনবা অমদি ওক্তশীংদা চলহন্দুনা শদোঙ কারবাররোমদা চৎনহনবা য়াওবগী ৱাফম য়াম্না কন্না ঙাঙনবা ৱাফম ওইরে। অদুগা খঞ্জিল্লুরবসু তৌরমবা যাবা মতাং অমসু ওই। ভারতকী শুপ্রিম কোর্টতা ৱাফমশিমক পুখৎনম্রে। 'দি মেইল' হায়না কৌবা মীরমদা ফোঙবা চেফোঙ অমদা থিজিন-হূমজিনবা তৌবদগী ফংবা পাও ওইনা ভারত্তগী মীরমদা য়োক্কে হায়না অঙাং কয়া পুখ্রগা মওং চানা পুবিদনা ৱাথ্রবা খূৎচৎতা লম্বেল শাংনা পুদুনা চৎপিখ্রগা হূই-হৌদোঙ য়োকপদৌনা মওং চানা য়োকপী-থাকপিদবদগী নুপী কয়ানা ওক্তবী ওইদুনা লৈবা, অতৈ কয়ানা চাক্লি-ফিনিদুনা লেনবগী পাও ফোঙখি। পাওদু পুরদুনা লৈবাক মচা তবা মীওই অমনা ৱাকৎ থাঙ্গৎতুনা ভারত্তগী অঙাং মীরমদা য়োকপা থিংবিনবা চিঠিগী মতেংনা ৱাকৎলকপনি। সুপ্রিম কোর্টনা লক্ষ্মীকান্ত ভার্সস য়ুনিয়ন ওব ইণ্ডিয়া এ আই আর ১৯৮৪ সুপ্রিম কোর্ট ৪৬৯ দা ৱাফম অদু বিচার তৌখি।

ভারতকী ওইনা মফমসিগী অঙাংশিং মপান্দা য়োকখিবা য়াবা য়াদবা মতাং কক্তুনা পীবা আইন অমত্তা লৈত্রি। অদুনা অঙাংদুগী য়াইফবা হায়বদুতনা পান্দম ওইরগা অঙাং অমা য়োকহনবা য়াহনগদবনি। মরম অদুনা অহানবদা য়োকচগে হায়নবা মমা-মপাদু ভারত্তগী ওইবশিংদা খুদোংচাবা পীগদবনি।

করিগুম্বা ভারতকী মপান্দা লৈবা মীওইশিংনা য়োক্কে হায়রবদি, অহানবদা য়োক্লীং

বগী ৱাফমদু সোসিয়েল অমদি চাইল্ড ৱেলফেয়ার এজেন্সি ভারত সরকারনা শক খঙলবা অমগী মতেং লৌরগা শৌগৎহন্দুনা থারক্কদবনি। দরখাস্ত অদু থারকপদা মমা-মপা ওইনা য়োকচগে হায়রিবা মীওইসিংদুগী ইমুংদুগী ফীভমগী মতাংদা খঙননবা পাও অমদি ইমুং-মনুংদুগী কুইদ্রিবা অপুনবা ফোটোসু হাপ্লক্কদবনি। ভারত সরকারনা অসিগুম্বা ইরমদম লান্ন অঙাং য়োকহনখিনবগী মরমদা লৈরবা লাইসেন্স পীরবা ৱেলফেয়ার এজেন্সি কয়াগী মমিং য়াওবা চেরোল হায় কোর্ট খুদীংদা য়ৌহনগদবনি। অপোকপা মমা-মপাদু লৈরবদি মখোয়দা মচাদু থাদোকপা য়ানীংবা য়ীনীংদবা খঙ্গনবা মতম পীগদবনি, অমসুং মখোয়দা খঙহনগদবনি। অঙাংদু মীরমদা য়োকখ্রবদি অমুক হন্না উন্নবা ফংলরোইদবনি হায়বসু খঙহনগদবনি। থা ৩ দগী তাদনা খন্থনবা মতম পীরবদসু য়ানীংদবা তৌদ্রবদি অঙাংদু য়োকহনখিবা য়ারে। ভারত সরকার নৎত্রগা ষ্টেট গোবর্ণমেন্টনা চাইল্ড ৱেলফেয়ার এজেন্সিশিংসি মথৌ য়েংশিনগদবনি।

বোম্বে অমসুং গুজরাট হায় কোর্টতসু অঙাং য়োকপগা মরী লৈনবা ৱাকৎ খরা লাকখি। সমুদ্র মপান নকপা লমদম ওইবনা লমদমদুগী অঙাং কয়া মীরমদা য়োকপনি হায়না পুথোকখ্রগা অৱাবা নংহনবগী ওইথোকপা য়াম্না লৈ। ১৯৮৩ অদুৱাইদা বোম্বে অমদি গুজরাট হায় কোর্টনসু অঙাং মীরমদা য়োকহনখিবদা চৎনফম থোকপা পথাপ খরা য়াৎতূনা পীখি।

অদুনা ঙসি ইরমদমসিদা খন্থদুনা য়েংবদা মীরৈবাক্কা য়ুম্লোন্নদুনা লৈবা লমদমনি, ঐখোয়দসু ঐখোয়গী অঙাং মীরমদা য়োক্কনি হায়না পুখিবা অমদি পুবগী চৎনবী হৌরকপা য়াবনি, হান্না চেকশিন-থৌরাং লৌবা চুমই।

পুন্নমকসি মাঙদা থম্লগা ৱাফমসিদা অমুক হঞ্জিল্লকলগা ইরমদম মনুংসিদা অঙাং য়োকপগী চৎনবীসু য়াম্না ওইজবা থিনবা, চুমদবা নত্তবদা ঙাক্তা শীজিন্নরিবা মতাংসু লৈরে।

মতাঙ অমদি কনাগুম্বনা সরকারগী থবক অমা তৌরম্বদগী লৈখিদ্রবদা দাই ইন হারনেস হায়দুনা নিয়ম অমা শেমদুনা লৈখিদ্রবা ইমুং-মনুংদুদা শেম্থোক লৈরম্না মী অমনা লৈখিদবদা মহাক লৈতবদগী ইমুংদুদা অৱাবা তাবদু কোক্রবা মচানুপী নীপা নৎত্রগা মাগী লুখ্রাবীদা থবক অমা চঙনবা খুদোংচাবা পীগনি হায়না লৈবনি। মতমসিদা লৈখিদ্রবা ইমুংসিনা থবক চঙবা য়াবা মী অমত্তা লৈত্রবা মতমদা মখোয়না পামজবা মী অমা মখোয়না মচা শক্তুনা য়োকই হায়দুনা হেক্তা হায়নবা হোৎনৈ। তৌবগীদি থবক ফংদবগী সমস্যানা থোকহল্লিবা থবক্তি।

মতমদুদা ডিপার্টমেন্ট অদুনা এদোপসন সার্টিফিকেট পুথোরকউক্তা হায়বা শাই। এদোপসন সার্টিফিকেট হায়নবা অমা আইন্দা লৈতে। অদুগা এস দি সি গুম্বনসু লিগেল ইয়ার সার্টিফিকেট অমদি এদোপসন সার্টিফিকেটকা হায়দুনসু পীরক্তুনা কনাগুম্বনা শীজিন্নবসু উই। পুন্নমকসি অঙাং য়োকপগা মরীদি লৈনবা অদুগা তায়োন্নবা লমচৎনি।

অঙাং চুন্না য়োকপিয়ু ইচা পোত্ত্রবসু য়োক্লগা ইচা অমা ফংবা য়াই আইন্নসু শৌগৎলি। য়োক্রিবা অঙাংদুগী য়াইফনবা খল্লগা য়োকপিয়ু। নত্তবা ঝাখলগা লোয়ননা মরম চাদনা অঙাং য়োকইকা হায়বসিদি তৌশিন্নবা মীনম্বনি, পাপনি অদু লঙশিন্দবা চুমই। অঙাংদি তুংগী য়ুম্বীনি অঙাং য়োকখৎপিবদি ফৈ অদুগা খুদোংচানবা য়েংদুনা য়োকই হায়জিনবিবদি চুমদে।

# খূউ শেল্লুহে নশা ! সুপ্রিম কোর্টনি লাউরক্লিবসে "লৈরম্মুদো চুরাস্থাবাশা, মতীক থোকপা লাক্লগে!"

আদুঙৈদা অঙাংশিং লমহেন্দনবা কিহনবদা লৈরক খুল্লক্তা চুরাস্থাবা চৎলি মখোয়না অঙাং ফাদুনা খাওদা নমদুনা পুরগা মীঙোন্দা য়োষ্থোকই নত্রগা থোং শাবদা হাপনৈ হায়দুনা হায়নবদগী লমহেনবা অঙাংশিংসু চুরাস্থাবদুদি কি। চুরাষ্থ্যবা হায়বসিবু কনানো খঙনদে থিবা ফংনদে, অদুবু পঙকিদা কিনৈ। অদুবু ঙসিগী সমাজসিদা লৈরক-খুল্লক্তা, য়ূম্লক-কৈরক্তা, কৈরোই-লৈকায়দা চুরাস্থাবা মরাং কায়না লৈ। অদুঙৈদদি, মশক উদ্রিঙৈদা পঙকি কিনরমই, চুরাস্থাবা হায়বসিবু মায়া চৌব্রা, ফুরিৎ চাউরাংলাংবা লীৎপরা. কুচু হাম্নক্তৌনা মুবরা, মরূ কোকপরা শাজিনবগী লোইবা নাইদবা শক্তমদু ঙসিদি মথি ফোংলরে লৈরক খুল্লক্তা, মী কয়া কয়াদি চুরাস্থাবগী মতেং লৌদুনা ময়ুম মকৈ লিংনরিবনি ঙসিদি, অদুঙৈদদি চুরাস্থাবা ঙাক্তা ওইনা তৌরমবনি অদুবু হৌজিক্তি চুরাস্থাবী কয়াসু য়াওরে।

ঙসি থবক তৌবী কয়ানা ওফিস কাবা চৎনরিবসি অয়াম্বনা মখোয়গী অঙাংশিংদু অতোপ্পা অঙাং থমদুনা ঙস্লিবনি। অদুগুম্বা অঙাংশিংদু অতোপ্পা মীওইনা শিনবীদুনা খরা লাপ্পা খুঙ্গংদগী মমা মপাদুদা লাইরিক তমহনগদৌরিবনি শিনফম অফবা হৈহনগদৌরিবনি হায়না থাজহল্লগা অঙাংদুবুসু থেমদুনা য়াহল্লগা পুরকই, অদুগা বাবু ভাইয়া কয়াগী য়ূম পুনহল্লি কোক-লীক, ব্রাইরম, লুখাক-চগুম শেংহন্দুনা মদুগীসু মথক্তা অঙাং লৌনহন্দুনা। সরকারগী থবক তৌবনা খ্বাইদগী লেম্বনি খন্নবা লূহোংবা ফাওবদা নুপীদু থবক তৌবীনি শেল থোকপিনি হায়বনা মমল কাউখৎনরকপা যুগসিদা অদুগুম্বা য়ূমসিদা থবক তৌননবা অঙাং ফাদুনা পুরক্লগা পীবা ঙম্বা চুরাস্থাবগী শিন ফমদু যুগসিগী চৎনলোনচৎ অমসু ওইরবনি।

মশাগী চহীনা য়াম্না নৌরিবা মমা মপাগী মতম্পাক্তা অঙাং নাব্রা ওইবগী ওইনজদুনা নুংশিবা মরাং কায়না ফংজদুনা হিংগদবা মতম অদুদা অঙাংশিংদা য়ূম অদু চপ চানা পুহল্লি অঙাংসু লৌই, ফিসু-শূই, কোনসু ফেঙই। অসুক ব্রানা মশাগী চহীগা মতীক মপা চানদনা থবক সূজরিবা অঙাংশিংবু খজিক্তং শোয় হায়দুনা থীনা থীনা ফূবি। নোংয়াইদা অইংবা নিং থমথাদা ফমজিল্লবা ঈশিংদুনা কোন চামহল্লি ইলেক্ট্রিক্কী হিটর্ব মনাক্তা ফমদুনা অথীবা ব্রাহৈনা চৈদুনা থৌদাবী য়ূম্বুবী কনানা মচাদুদা ইনশিল্লগা থীনা থীনা ফূহল্লি। মদু উরুবা তারুবা কয়ানা মথম্মোয় শোকই অদুবু খূৎ থোরুদি কনানসু খাম্বীদে। অঙাংদুনা মথন্তা কপখৈ কপচরগা অদুম মতোকখি। কনাগুমবী য়ূম্বুরেম্বীশিংনা চাক ফাওবা পীজদবা য়াওই। মখোয়না ঙাই, করি নুমিৎ থাদা অদুগুম্বা যম লৈবাক্তুদগী নাষ্থোকপা ফংদুনা মমান্নবা মরক

তিন্দুনা উরাউবী তান্নদুনা মাঙজোং চোংদুনা কেকু লোৎপি শান্নদুনা লৈরিঙৈদা মমানা চাক চাররো হায়না অমুক্তং কৌবিরকপা পুন্সি অমা।

অসুন্না অঙাং ওইনা পোক্লক্লগা অঙাং নাব্রা ওইবগী মতমদু লাকখিদ্রবা অঙাং কয়ানা চুরাস্থাবগী মখূৎতগী য়ুম্বুরেম্বী কয়াগী মখূৎতা তাদুনা মীওৎ মীনৈ খাগুলিবা লৈকায়শিংদা ঐখোয় পূম্বা নাগরিকনি নীংতম্বা লৈবাক লমদমসিগী প্রজানি, মীৎমাঙদা তুংগী য়ুম্বী ওইরক্কদবা অঙাং কয়া বলি তৌবিবা মীৎ থীৎনা উনা উনা পুকচেল চেৎপা শারদুনা করিমত্তা থৌওইবিদনা মীগী অব্রা অনা য়েংশিন্নদনা হিংলিবা মীওইবনি।

লৈবাক অসিগী লৈঙাক পথাপ কন্সটিট্যুসন্নদি ১৯৫০ দগী অঙাংগী য়াইফনবা মচাক কয়ামরুম ইদুনা চৎননবা য়াওদুনা লাক্লি। নাগরিকশিং অমদি ষ্টেট তা দায়ী কয়ামরুম হাপ্লে, খুদম ওইনা অঙাংশিংবু খুদোংথীনিঙাই ওইবা শিনফম অমত্তদা শূহনবা য়ারোই, লেম্না অমসুং চিৎথদনা মশাগী চহী ১৪ শুদ্রিবশিংদি মহৈ মশীং তমহল্লু, অঙাংগী থৌনা লিংজেল অমদি পাঙ্গলবু তক্কুনা শীজীন্নবা য়ারোই, অঙাং নাব্রা ওইবগী পুন্সিবু নমথবিবা তৌদনা শৌগৎপিদুনা মতেং পাংঙু, খূয়া তুশিৎনা হিংহল্লু, মচি লৈবা চীঙ্গাক মরাং কায়না চাবা ফংহল্লু, মথং মথং।

অদুগুম্বা লৈবাকসিদনি ঙসি অঙাং কয়া চুরাস্থাবগী খূৎতা শিন্নদুনা য়ুম কয়াদা উকায় তরুবা শেলনা মরম ওইদুনা মমা মপামক্কা থাদোক্লরকইবসি। আইন সংবিধান্না মখোয়গীদমক্কী খুদোংচাবা ফম্না পীদুনা কৈদৌনি। চাউখৎলবা সংবিধানগী চৎনলোনচৎতি লৈমা নিংথৌ কোন্দা, লমজাও, সড়ক্তা, সহর ময়ায়দা, পার্লিয়ামেন্ট অমদি অঙম্বা লোয়শঙশিংদা পঙাঙ ঙাঙনবগী ব্রানি। য়ূমলক-কৈরক মীনা ফোংনা উবা ঙমদবা মফমসিদা সংবি ধানগী চাউখৎলবা থৌগল লোনচৎ পংকন কন্না চঙশিল্লকপা ঙমদে। অদুনা লাইরবা মমা-মপাগী অঙাং ওইনা পোক্লবা পাপনি।

ভারতকী ওইনা য়েংবদা তামিলনাড়ুগী শিবকাশীদা লৈরিবা মৈখেৎ অমদি বম্বুলা শাফম ফেক্টরিশিংদনি অঙাং শীজীন্নবগী চৎনবী খীৎ হেন্না লৈরিবসে। পীকচরবসু মণিপুরসু পংতা তাদে। অঙাং অমত্তগী অখন্নবা ব্রাফম নত্রে নমথবিরবা, নৈদুনা শীজিন্নরিবা, হৌগৎপা ঙম্নরোইদবা শূম চাহল্লবা তুংগী য়ূম্বী কয়া কুইনা ঙাইদুনা খাঙদুনা লৈনরক্লবা ব্রারীদুনি।

অদুবু, ঙাইবু ঙাইরবদি মাগী মতম অমদি অদুম মরাকই। লৈবাক মচা তাবা কনা অমনা সুপ্রিম কোর্টতা কাদুনা ঙায়োক চফূদা য়োকপা ঙাগুম ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা খাঙলিবা অঙাং কয়াগী মহুৎ শিন্দুনা ব্রাকৎ চে লানখৎখি মখোয়বু নীংতমহন্নবা, মমান্নবা মীরক তিলহন্নবা, মীমান্নবা হিংবা ঙমজরক্লবা। ব্রাকৎতু তারুবদা, অঙাংশিংবু নমথবিবদু খঙলকপদুদা ব্রাযেনশঙ মকোক্কী ব্রায়েন মপুশিংদু ব্রারৌমালে, ভারতপুম্বা শীনবা থুংনা তানবা লাউরকই, " ফাগৎলু চুরাস্থাবাশিংদো, অঙাংশিংবু উকায় তকহনবশিংদো, মতীক চাবা চৈরাক পীগে লৈরম্মুদো খঙ্গনি।'

এম সি মেহতা ভার্সস ষ্টেট ওব তামিলনাড়ু এ আই আর ১৯৯৭ সুপ্রিম কোর্ট ৬৯৯ হায়বা কেশ অদুমক্তনি হন্দক্তা রাই তাদুনা ফোঙলকখিবা। কেশ অদুমক্তি তামিলনাড়ুগী শিবকাশীগী মচি মচিদা লৈবা বস্থুলা অমদি মৈখেৎ শাফমদা নৈদুনা থবক শীজিন্নিরিবা অঙাংশিংগী ব্রাহৌদগী হৌরকপনি। কোর্টকী রাইদু মখাগী অসুন্না শম্না ইখোক্‌পা য়াইঃ

১) ভারতকী ষ্টেট অমদি য়ুনিয়ন টেরিটোরিশিংনা থা তরুক্কী মনুংদা অৱাবা শিনফমদা থবক শূহল্লম্বা অঙাংশিং খন্দোকপা ;

২) চাইল্ড লেবর প্রোহিবিসন এগু রেগুলেসন এক্টকী মখাদা খল্লবা ইন্সপেক্টরশিংনা অঙাং লোইরিবা মীওইশিংদুদগী অঙাং অমমম্‌গী ওইনা লুপা লীশীং ২০/২০ জরি তৌদুনা খোমগৎপা। খোমগৎলিবা শেনফমদু চাইল্ড লেবর রিহেবিলিটেসন-কম-ৱেলফেয়ার ফণ্ড হায়না কৌবা ফণ্ড অমদা পূনশিল্লগা মথোই চাউনা পীবা নেসনেলাইজ বেঙ্ক অমদা থমজিল্লগা মদুদগী কারকপা মথোইশিংদুনা অঙাংশিং অদুতগী চাউখৎনবা লম্বীদা থাদবিবা;

৩) ষ্টেটশিংনা অঙাং থবক হন্না থারম্বা ইমুংদুগী মমা-মপা নত্রগা শারেপ ফারবা মীওই অমা অঙাংদুগী মহুত্তা শোয়দনা থবক অমা পীননবা তৌবা;

৪) ইমুংগী অহল অমদা করিগুম্বা থবক মহুৎ পীনবা হোৎনবদা খুদোংচাদ্রবদি ষ্টেটনা মথক্তা পনখিবা চাইল্ড লেবর ফণ্ডদুদা অঙাং খুদিংগী লুপা লীশীং ৫/৫ অমমম্‌গা থাদগদবনি;

৫) ইমুংদুগী অহল অমা থবক অমা হেক ফংহনবদা মমা-মপাদুনা থবক শূহল্লম্বা অঙাংদু খুদক্তা থবক মফমদগী লৌথোক্কদবনি;

৬) অঙাং থবক শূননবা থারম্বা ইমুংগী অহল অমা থবক অমা পীবীবা ঙমদ্রিমখৈ অঙাং মমা-মপাদুদা থা খুদিংগী লুপা লীশীং ২৫/২৫ দুগী কারকপা মথোইদু পীগদবনি। অদুবু, মমা-মপাদুনা অঙাংদু থবক মফমদগী লৌথোক্লোই হায়রবদি ইমুংদুগী মীওই অমা থবক পীবা নত্রগা শেলবুন অমা ফংহনবগী খুদোংচাবদু পীরোই;

৭) থবক মফমদগী থাদোরক্লবা অঙাংশিংদু লেম্না অমদি চিৎথদনা মহৈ মশীং তমহন্নবা ইন্সপেক্টরশিংদুনা শীনগদবনি;

৮) ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংগী একজিক্যুটিব মকোক অদুনা ইন্সপেক্টরশিংদুনা তৌরিবা থবকশিংদু কুপ্না য়েংশিনগদবনি;

৯) ভারত সরকাবগী মিনিষ্ট্রি ওব লেবরগী সেক্রেটরিনা চহী অমগী মনুংদা হুকুমসি কদায় ফাওবা পাঙথোক্লবগে হায়বা ৱারোল অমা সুপ্রিম কোর্টতা লানখৎকদবনি;

১০) য়াম্না অৱাবা থবক নৎলমদ্রবদি অঙাং থবক শূরিবশিংদু অদুম শূহল্লগা পূংশিংনবু নোংমদা পূং ৬ তকী হেলহন্দবা অদুগা অঙাংদু থবক শীজীন্নরিবা ইমুংদুগী অহলশিংনা অঙাংদু লাইরিক তমহনবগী অচঙবা শেল পূম্বা পুথোকহনগদবনি হায়বা পথাপ ইন্সপেক্টরশিংদুনা চৎনহনগদবনি।

অইবা হুকুমদুগী লোইশিল্লকপদা কোর্টনা হায়খি, ২০ শুবা শতাব্দী লোইশিল্লকপা

অদুৱাইদদি সংবিধানগী অঙাংনা পীবা ইদুনা য়াওরবা খুদোংচাবশিংসি শোয়দনা অঙাংশিংনা ফংজরক্কনি হায়না ঐখোয়না আশা তৌই। ২১ শুবা শতাব্দিগী হৌরকপা ফাওবদদি কবিগুরু রবীন্দ্রানাথ ঠাকুরনা গীতাঞ্জলিদা মঙখিবা মঙলান অঙাংশিংনা নীংতম্বা অতিয়াদা কোয়না পাইবগুম অফা অপূন্নদবা পুক্নিদা হিংজবা হায়বদু শোয়দনা মঙ ফাওনবা ওইরসুনু।

অইবা হুকুমদু ভারতকী ষ্টেট অমদি ইয়ুনিয়ন টেরিটোরিশিংদা শরুক থুংদুনা থবক পায়খৎনবা পন্থদনা য়ৌহম্বা য়াথংগা লোয়ননা কেশ অদু লোইশিল্লি।

মণিপুর সরকারসু হুকুমসি ফংনরম্লগনি, অদুগা তরাই তরাইনা লৌবসু য়ারোই। অদুবু লমদমসিগী মঁনা কনবা, মঙক কনবা, মীচঙ সঙ্গ নাইবা চৎনবী লৈবসিদা ৱায়েনশঙগী রাইসি ফাওবা মহী ময়াই চমখিগদ্রা ৱাদবদি ঙমদে। অদুবু, মীচম ঐখোয়সু অঙাং থবক শূহনবগী পাউ পীবা হেন্দোক্লা য়াইনা, অদুম তৌদুনা ফাইন লুপা লীশীং ২৫ অমমমগা থবক শীজীন্নরিবা অঙাংদু লাইরিক তমহনবগী ভার অদুমগা লৌহন্দুনা তাথী তাওইনা তৌবিবদগী পঙশিল্লবা অঙাং কয়াদা হিংজনবা থৌনা হাপ্পিদুনা কোর্টনা মঙলিবা মঙদু মঙফাওনবদা ঐখোয়সু থবক পায়খৎলসি।

# ইরৈপাক্কী ঙমখৈ লান্না চৎতনা অঙাং মুন্নবা

**মতৈ**-মনাও অমা হেক খাইনরবদি অঙাংদু কনাগা লৈহৌগনি হায়বসি চাওরবা ৱাহং অমদি হেক্তা মওই। আইনগী ৱাফমলোমদা য়েংলুরবদি মতৈ-মনাও অমা খাইনরবদা খাইনবগী হুকুমদু তারিবা কোর্ট অদুনা অঙাং কনাগা লৈগনি অমদি থাকপগী দায়ী কনানা লৌগনি হায়বা হুকুমসু তাবা ঙম্মী। অসুন্না ৱাযেনশঙনা পীরিবা ৱায়েনফাওবদা ইনবা তোক্তুনা অমগী মফমদা পীরবা অঙাং য়োক্লবগী দায়ীসি অমনা ইন্দনা থুগাইবসু য়াম্না য়াওনৈ। হায়রিবা ৱাফমসি লৈবাক অমগী মনুংদতা থোকপা নত্তনা ইরৈবাক্কী ঙমখৈ লানদুনা লৈবাক পুংজাও থীনবা মতাঙসু য়াওনরক্লে।

বিজ্ঞানগী চাওখৎ-খোঙথাঙনা খূমাঙ চাওশিল্লকপনা মীওইবসি নকশীন্নহল্লকই। লম চৎননবা পাম্বে ওইনা অয়াঙবা উপাই কয়া অমসুং পুথোক্লরকপনা লমশিংসি নকশীন্নরকই। পূম্নমকসিদগী থোরকপা ৱাফম অমদি চারৌ-মৌরৌনরকপা মতাং অমনি। অদুনা লমগী ঙমখৈ লাননা য়ুম্বান-কৈবান চৎনলোনচৎ শন্দোক্লরকপদগী তিন্নবা য়াদনা খাইনরক্লবদা মাগী মাগী মরমদা হন্নরকপদা মখোয়না পোক্লম্বা অঙাংশিংনা কনানা য়োকহৌবা হায়বা চাওরবা ৱাফম কয়া ৱায়েনশঙগী মমাঙদা তাদুনা লৈরকই। সমস্যাদু লৈখায় তাননবা আইনসু খরা শেম্বা তারকই। ঙসিমক ভারতকী ওইনদি অসিগুম্বা কেশ মীরমগী ওইবা ৱাফম খরসু য়াওশিল্লকপদা করম্না বিচার তৌগদগে হায়বা নিয়ম য়াওবা আইন ইশেম শেমদ্রি। অদুমকপু অদুগুম্বা কেশ লাকপদদি বিচার তৌদবা য়াদবনা ৱায়েন অমদি পীবা তারকই। মরমদি জজ অমনা শিনফমদু পায়বা হৌবা নুমিৎতা ৱাশক অমা লৌই, ''ঐনা শাগৈ-শাজৎ পোকফম-হৌফম য়েংদনা, অচান-মীরায় য়েংদনা, ইচঙ থৌনা য়েক্না ৱাখল চেন্দনা, মীপুম তিংনা অচুম্বা ৱায়েন তৌগনি।'' মরম অদুমক্না মীরমগী মীবু ওইরে, ইরমগীবু ওইরে, বিচারপতী অমনা ধর্ম্ম বিচার তৌবগী তঙাইফদবদু লৈরে। অঙাং মুন্নবগী কেশ কয়াদা অতোপ্পা লমগী আইন চৎন-পথাপ্পা পুনবা মীওই অমগা অনীগী অঙাং মুন্নবগী বিচার দিল্লী হায় কোর্টকী মমাঙদা লাক্লবদগী হাইগৎনরক্তুনা লমদমসিগী মীওই অমগা সুপ্রিম কোর্ট য়ৌনরকখিবা কেশ অদু ৱাই হন্দক্তা ফোঙদুনা য়াওরক-া। কেশ অদুগী মমিং সম্মিতা শর্ম্মা ভার্সস সুশিল শর্ম্মা এ আই আর ২০০০ সুপ্রিম কোর্ট ১০১৯ হায়না মিং থোল্লি। ইউনাইতেদ ষ্টেটস ওব আমেরিকাদা য়ূম্ফম হোংদুনা লৈখ্রবা সুশিল শর্ম্মা লুহোংলবা নীপানি। মাগী নুপী সরিতা অমদি মচা অনী লৈ অমদি মোনিকা মথং শীৎনা চহী ৭ অমদি ৫ শুরে। মখোয় টেক্সাস হায়বা লমদমদুদা লৈববনি। লুহোংবা মতমদদি তুংকোইনা লৈমিন্নদুনা অৱা-

অনা শরুক য়ামিন্নগনি খন্নখিবদু মতমগী মতুং ইন্না তিন্নবা য়ারক্তবা ওইরকই। মরমদি নিপাদুনা য়ু ঙাওদুনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা পুক্নীং চঙদদুনা ইমুং কাংখোং চাইনরকপনি। তিন্নবা য়ারক্তবদগী নিপাসিনা ট্রান্ত কাউন্টি টেক্সাসকী দিষ্ট্রিক্ত কোর্টতা কাদুনা মতৌ-মনাও খাইননবগী দরখাস্ত থারম্মী। লোয়ননা অঙাংশিংদু মঙোন্দা য়োক্নবগী হুকুম তাবিনবসু হায়জখি। কোর্টনা খাইনবদু অয়াবা পীরবা মতুংদা অঙাং অনীদুগা লৈমিন্ননবা মপাদুবু মপী-মপা অমা ওইনা খল্লম্মী অদুগা মমাদুনা হাপ্তাগী ওইনা অঙাংশিংদু উনবা য়াহনবগী রাই অমা তারম্মী।

মমা ওইরিবা সরিতা মতৌ অদুদা স্কুলদগী অঙাং অনীদু লৌরগা ভারত্তা লাক্কুনা দিল্লী য়ৌরম্মী। দিল্লী হায়কোর্টতা অঙাংদুগী মপাদুনা অঙাংশিংদু মমাগী মনাক্তগী লৌথোকপিদুনা ইউনাইতেদ ষ্টেটসকী কোর্টকী রাই মতুং ইন্না মঙোন্দা লৈফম থোকপা অঙাংদু হপ্পিলহনবিয়ু হায়না বাকৎলম্মী। দিল্লী হায়কোর্টনা মমাদুদা অঙাং অনীদু মপাদুদা শিন্নখো হায়দুনা হুকুম তৌবদু পেনদ্রদুনা মমাদুনা সুপ্রিম কোর্টতা কাদুনা আপিল অমা তৌরকখি।

সুপ্রিম কোর্টনা হায়খি ইউ এস এগী কোর্ট অমগী রাই অমগী মতুং ইন্না অঙাংদু হেক্তা মপাদা পীগদবনি হায়বসি ভারত্তা লৈরিবা কোর্ট অমনা মদুমক্তু হেক্তা ইখন খন্নদনা চৎনহনগদবা নত্তে! অঙাংদুগী য়াইফবা হায়বা ৱাফমসিদা য়েংগদবনি। অঙাংশিংদুগী য়াইফবতা ওইগদবা লৈরবদি ভারতকী কোর্ট অমা অতোপ্পা লৈবাক্কী কোর্ট অমগী রাই অমগা তৈননা চৎপদা অথিংবা লৈতে।

সুপ্রিম কোর্টনা উবা ফংখি, সুশিলদি মমা হনুবী চহী ৮০ শুরবী অমগা লৈমিন্নে। মখোয়গী অতৈ অমত্তা লৈতে। সুশিলদি য়ু য়াম্না থকপগী হৈনবী লৈ। তৌববুদি অঙাংশিংদু আমেরিকাদা লৈজরবদি লাইরিক-লাইসু তম্বদা হেন্না খুদোংচবদি ফংগদবনি। অদুবু, মদু নহাক্তা লেপ্পদি য়ারোই। অঙাং অমদি চহী ৫ তা ঙাইরি, মমানা কোনবা তঙাইফদে। অদুমকপু অঙাং অনীদু খাইদোক্নবিবসু চুমদে। অঙাং অতোম্বীদু মমাগা লৈমিন্নগদবা ওইরবদি অঙাং অহন্দুসু পূন্না থম্বনা ফৈ, ভারত্তসু অঙাং অনীদু মমানা অফবা স্কুলদা তমহন্দুনা ফজনা য়েংবিরি। মমাদুনা মচা য়েংবমক অতৈনা মহৎ শিনবা য়ারোই, অঙাং অনীমক য়াম্না ফজনা য়েংশিল্লি হায়বা উবা ফংঙি। অঙাং অনীমক মমাগা লৈজগে হায়। সুপ্রিম কোর্টনা অঙাংশিংদুগী য়াইফবা য়েংদুনা অঙাংশিংদু মমাদুগা লৈহন্নবা হুকুম তাখি।

মমা মপানা খৎনরক্লগা মচাশিংদা কঙাওনহনবসি থোক্তুনতা লৈরবা ৱাফম অমনি। ভারতকী মনুংদা ফাওবা কদায়নো হায়রবসিদা ঙমখৈ লাননা কেশ থোক্নরকপদদি য়াম্না হেন্না শাথীরকই। কেশসিংসি ইউ এস এদা, দিল্লী হায়কোর্টতা, সুপ্রিম কোর্টতা তৌবদা চঙখিবা পৈশাশিংদু মচা অনীদুগী য়াইফনবদা থাদবনা হেন্না মশক থোক্নদবা মাল্লি।

লমদমসিসু মীরম ওইবা লৈবাক্তা তাইননা লৈবনি অসিগুম্বা কেশ কয়ামরুম থোরকপা

য়াই। হৌজিক হৌজিকমক অসিগুম্বা কেশ তাইশিন্নবা আইনসি লৈত্রি, ৱাফমসি খন্থদুনা থোক্লিবা ৱারীশিংসিনা মীৎ-খোঙ ওইদুনা থোক্লক্তনবা তৌবা ফৈ। ৱাতেমদুনা নীংথিনা য়োকপিবদগী হেন্না য়াইফবদি লৈত্রে।





# অঙাংনা লমহেনবগী চাং ৱাংখৎলকপা

**লৈবাক** শীনবা থুংনা চৎপা পাও-চে কয়াদা ফোঙদুনা য়াওখ্রে, দিল্লীদা অঙাং ওইরিবা নহারোল অহুম্না হৌরগা মমান্নবা অমগী ময়ূমদা চঙলগা মমান্নবদুগী মমাদু মখোয় অহুম চঙদুনা হাৎতোক্লগা য়ুমদু কাংখোঙ চাইহন্দুনা ওৎতুনা থিরগা অফংবা সনা-লূপা লীক-কোল ময়াম অমা পুদুনা চৎখিবা। উত্তরপ্রদেশকী কানপুরদা মশাগী চহী ৭ কী মখাদা ওইরিবা অঙাং অহুম্না অতোপ্পা অঙাংমচা অমনা তমথীনা হাৎতোক্লগা মোংশোঙ অমদা হুন্দোক্লম্লগা করিমত্তা থৌওইদনা করিমত্তা তৌদবদৌনা লাকখিবা। ইন্দিয়ান পেনাল কোদ সেক্সন ৮২ গা ৮৩ গদা মায় ওনশীন্দুনা য়েংবা য়াই। চহী ৭ শুদ্রিবা অঙাংশিংসি ভাব তাদ্রিবনি হায়না লৌনৈ অমসুং অদুগুম্বা অঙাংনা তৌরম্বা থবক অমত্তা মরাল ওইদে হায়না হায়রি।

১৮৬০ দা ইন্দিয়ান পেনাল কোদ শেমখিবা মতমদুদা লৈরম্বা অঙাং অমগী শিংবগী থাক অদু ঙসিগী অঙাং অমগী শিংবগী থাক্কা য়াম্না খেন্নরে। বিজ্ঞানগী চাওখৎলকপনা সংসারগী চৎনলোনচৎসিদা পাক-শন্না উনবা তানবা খুদোংচাবা ফংহল্লিবা ঙসিগী অঙাং শিংবা য়াম্না হেক্লে। শেম্থোক্তা ৱাৎলকপা মরাঙ কায়রক্তবা মীমান্ননা হিংবদু খুদোং চারক্তবা মরম কয়া অমনা মমা-মপা ওইবা কয়া অমনা অঙাংবু ফত্তবা থবক তৌহন্নবদা খূৎলায় ওইনা শীজিন্নবা মওংসু য়াম্না য়াওরে। রাজস্থানদা থোকপা থবক অমদি য়ুমদা শুংবা য়ু য়োন্নবা পুহনবদা মমা-মপা কয়ানা অঙাংগী মতেং লৌবা মদুনা এক্সাইজ কাঙবুনা ফাবদগী নাম্থোকপা ঙম্নবা পাম্বৈ অমা ওইনা শীজিন্নৈ। রাজস্থানগী দিষ্ট্রিক্ত তোকঁ, সৱৈ, মাধোপুর, দৌশা, বন্দি, কোতা, অলৱর, ভরতপুরনচিংবা মফমশিংদা মমা-মপানা অঙাংশিংবু য়ু শুংবা তম্বিবা অমদি হাথকরি শরাব হায়না খঙনবা য়ু পুথোক্লবগী অচৌবা খূৎলায় ওইনা শীজিন্নবগী পাও লৈ।

জুবেনাইল জস্তিস এক্ট, ১৯৮৬ হায়বসিদা অঙাং অমা মরাল অমা তৌরবদা মীয়ামগী চৎনরিবা ক্রিমিনেল লোগী মখাদা বিচার চৎথদে, অখন্ননা লিংখৎলম্বা জুবেনাইল কোর্টতা বিচার চৎথৈ, জেলদা থমদে; অরানবা পুন্সিদু চুমথোক্লবা লিংখৎপা, অখন্নবা শঙ কয়াদা থম্মী। অঙাং অমদদি অকনবা দন্দী তৌনদবনিনা অঙাংবু অহল কয়ানা ক্রাইম তৌবদা শীজিন্নবা ৱাফমসিমক জুবেনাইল জস্তিত এক্টসিমক্না হেন্না অথোম্নরবনি।

মধ্যপ্রদেশমক্তা থোকপা থৌদোক, অঙাংনা গঞ্জা পুরম্বদগী ফাবা কেশ অমদা অঙাংনি হায়বগী মরমদা বেল পীবিয়ু হায়না থারকপদা, জুবেনাইল জস্তিস এক্টতা য়াওবা অঙাং

অমদা পীবা আইন্না থোৎ-নৌনা লোয়নবিবগী চৎনলোনচৎ অদুগী খুদোংচবা ফংহনবিয়ু হায়না হায়রুবদা অঙাংনা য়ুম মৈ থারবদা মৈ চাক্তব্রা হায়না হায়রদুনা মধ্যপ্রদেশ হায়কোর্টনা বেল পীখিদবা কেশ অমনি। সঞ্চয়কুমার গীরি ভার্সস ষ্টেট ওব এম পি ২০০০ ক্রিমিনেল লো জর্নেল ১৯১৮ হায়না কেশ অসিদা সঞ্জয়কুমার হায়রিবা অঙাংসি মশাগী চহী ১৬ শুরবা নুপা অমনি। গঞ্জা পুরুবদগী ফাদুনা মহাক নার্কোতিক দ্রগ্স এন্দ সাইকোট্রোপিক সবস্তেনসেস এক্টকী মখাদা ফারম্মী। ফারবা মতুংদা স্পেসিয়েল জজনা মহাকপু জেলদা থাজীল্লম্মী। অঙাংসিবু বেলদা থাদোক্নবা জুবেনাইল জস্তিস এক্টকী খুদোংচাবদু পীননবা দরখাস্ত থারম্মী। স্পেসিয়েল জজনা অঙাংদুগী শক্তম ফীবম অমদি মপানথোংগী মওংদু য়েংদুনা অমরোমদা স্কুলগী সার্তিফিকেত অমদি মার্কসিট অদু য়েংলগা অঙাংদু জুবেনাইল অমা নৎত্রে হায়দুনা আইন্দুগী কান্নবদু ফংহন্দ্রে। মথংদা জুবেনাইল অমা নৎত্রবসু অঙাং অমনি হায়না লৌবিদুনা অঙাংনা তৌবা থবক অমবু ঙাকপিবগী মীৎয়েংনা য়েংদুনা বেলদা থাদোকপিয়ু হায়নসু হায়জখি।

কোর্টনা কেশ অদুগী মওংদু য়েংদুনা, গঞ্জা পুরবা মীওই অমদি আইন্দা বেলদা থাদোক্নবগী নিয়ম য়াওরমদ্রে হায়না লৌরদুনা অঙাংদু বেলদা থাদোকখিদ্রে।

ব্রারী খরসিনা ব্রাহৌদোক ওইরগা জুলাই থাগী তাং ১১ ৱার্ল্ড পোপুলেসন দে লাকখিবগা মরী লৈননা মীশিং খ্বাইদগী হেল্লিবা অঙাংশিং তুংগী য়ুম্বী ওইবা য়ানবা ক্রাইম কয়া তৌরক্তনবা ব্রারক-ব্রাতেম্বীদুনা তম্বিনবা অহলশিংগী থৌদাংলোমদা মায় ওনশীনবা চুম্মী। অঙাংশিংবু অহানবদা লৈরিবা য়ুমদুগী অহল-লমন্না মতীক চানা ব্রারক-ব্রাতেম্বিবা চুমগনি। মতম অমদদি মৈতৈগী য়ুম অমদা অহল অমনা মাঙশোক ফমেন্দা ফমদুনা য়ুম অমগী চৎন-লোনচৎ পুম্বা য়েংশিল্লম্মী। ঙসিদি ন্যুক্লিয়ার ফেমিলি হায়দুনা মতৈ-মনাও অমদি মচাশিংনা য়ুম অমা শারে। অদুগুম্বা য়ুম অমত্তদা কনাসু পামজনা ফমেন মাঙশোক লিংবা পঙপাম পাম্নদরে। মতমসি শেলসু য়াম্না পায়নরে অদুনা অঙাং অয়াম্বা অপাম্বপোৎ কয়া অমা, মমা-মপানা হেক্তা লৈবীবা ঙন্নরে খুদম ওইনা ইঞ্জিন পানবা অয়াঙবা গাড়ী, শেৎনচানবা ফীজোল মখল কয়া, য়েংনীংবা হরাও-কুম্মৈ কয়া মথং মথং। মরমসিমক্তদগী মশাগী চহী শুদ্রিবা অঙাং কয়া লাইসেন্স অমত্তা পায়দনা মমা-মপানা গাড়ী পীদুনা থাদোকই লম্বী-লমজাও সোরোক ব্রাই চিলহল্লি। অঙাং কদায়দা চৎখিবা য়েংশিন্দবনা মরম ওইদুনা লম্নোঙ ফাংবদা লেপ্তুনা নাইতোম লাকচবী নুপী কয়াদা খোনচোপ ঙাঙদুনা লরুদুনা লৈবদা কনাসু ফত্তে হায়বিদ্রে। য়ুম হায়বসিদা পীবা য়াবা ত্রেনীং কয়া পীবিদুনা মথৌ চিলহন্দুনা লৈগদবা মতমদু মাঙ হনবনা অহাঙ বা মতমদু মাঙনা তারুবা থবক্তা শীজিন্নদুনা ঙসি অঙাং না শাথী-শীথীরবা মরাল কয়া তৌরকই। মসিবু লাকশীন্নবা শেম্বা আইনসু মতমগা চূনবক্তে। অমরোমদা অহল কয়ানা হীকথোংদুনা, ঈনশিন্দুনা, খৃৎলায় ওইনা শীজিন্নদুনা অঙাং কয়া মাঙনবা মরম ওইরি।

ঙসি ব্লার্ড পোপুলেসন দেনা লাকখিবগা লোয়ননা অহৎলশিংনা নীংশিংবিবা চুম্মী অঙাংবু খূৎলায় ওইনা শীজিন্নবিবা, অঙাংনা মীকী-লাইকিদবা, আইন্না অঙাংবু থোৎনা-নৌনা য়েংবিবা পূম্বা মতমগা চূনদবা থবক্তি, চুমথোকপিনবা লম্বী থিবা চুমগনি। ঙসিগী অঙাংদি তুংগী য়ুম্বীনি।

# নুপীগী ইকায়খুম্নবদা শীংনবা থৌদৌ অমা ওইনা 'রেপ' অমসুং আইন

**মশানা** য়াদবী নুপী অমদা নুপা অমনা নম-হাদুনা নুপীদুগী ইজ্জৎ মাঙহন্দুনা মৌগী শীংদা চলহনববুনি রেপ হায়না খঙনরিবসি। নুপা অমগী ইন্দ্রিগী ঈখৌলাংবা কোক্লনবা নুপীবু রেপ তৌবনি, অদুনা নুপীশিংদা ফিজেৎ-চাকচাদা লমচৎ-শাজৎতা য়ানীংদবা পেন্নদবা ৱাফমলোমদা মরাল পঙশীদা শীজীন্নবগুম তৌই। সমাজসিদা হিংলিবা নুপাশিংদি চুমথোক্কীং ঙাই পঙলৈ লৈতবগুম্না কনখৎতুনা থম্বা মানবসু উই। মচী মচীদা নুপী কয়ানসু মরাল শীরক্নি 'মেল চৌবিনিজম' 'মেল দোমিনেতেদ সোসাইতি' হায়দুনা ৱাফম অসোমদগী খন্থদুনা য়েংলুরবদি রেপ হায়বা ইংলিসকী ৱাহৈসি ওন্থোক্না লাইবক থীবা ৱাহৈ অমনি। নীপা ওইনা পোক্লুবা লৈবাকমচা তাবা কয়াগী মমায়দা কালি তৈবনি। আইন খঙবা কাঙবুনা থ্রী সেবেন্তিফাইব আই. পি. সি. হায়না ওইনা হায়নরিবনি।

ঙসি ভারতকী লৈঙাক-পথাপ্তা নাগরিকশিংগী কায়হৈদ্রবা মথৌ অমা ওইনা লাওথোক্নি ফন্দামেন্তেল দ্যুতি হায়দুনা নুপীগী ইকায়খুম্নবদা শীংনবা থৌদৌ পূম্বা থাদোকউ। অদুবু, অদুগুম্বা ফমন্দামেন্তেল দ্যুতিবু কয়া কন্না ইন্দুনা চৎপিদবা উবা ফংঙি।

রেপ হায়বসি নুপী অমগী মথক্তা তৌবা ক্রাইম অমা নত্তে মসি সমাজ অসিবু শীংনবা থৌদৌ অমনি। মসিনা নুপী অমবু ফুম্বঙনহনবদা নত্তনা চমম্নহল্লি। নুপী অদুনা মশানা মশাবু লাকশীঞ্জবা ঙম্বদগীনি মহাক্না অমুক মীরক তিনবা ঙম্লকইবসি। সমাজনদি খুদোং-থীবা নংলুবা মাবু নোক্নবী। মসিমক্তনি রেপ হায়বসি য়াম্না হম্থবা থাক্কী থৌদৌ ওইবদা নত্তনা মসি মীওইবগী হিংবগী অধিকারদা শীংনদুনা লৈঙাক-পথাপকী আর্টিকল ২১ বু শীংনবা থৌদৌ অমসু ওই।

ভারতকী লৈঙাক পথাপ লৈত্রিঙৈদগী ১৮৬০ দগী চৎনরবা ইন্দিয়ান পেনাল কোদতা 'রেপ' দন্দি তৌগনি হায়না হায়দুনা লাক্লবনি। দন্দিদুদি চহী তরেৎতগী তাদনা কৈশুমশঙদা থম্বা অমদি ফাইনসুনি। অদুবু, কনাগুম্বা পুলিস ওফিসার অমনা মানা থবক পুরিবা পুলিস স্তেসন মনুংদা নৎত্রগা অতোপ্পা পুলিস স্তেসন মনুংদা নৎত্রগা পুলিসকী কস্তদিদা লৈরিবা নুপী অমদা নৎত্রগা কনাগুম্বা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অমনা মাগী শিনফমদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা নৎত্রগা জেল, রিমান্দ হোম হোস্পিতাল নৎত্রগা আইন্না লিংখৎপা মী থম্মম অমদা মফমদুদা থবক তৌবা মী অমনা নৎত্রগা মশা ৱাই শংদবী নুপী অমদা নৎত্রগা মশাগী চহী তরানিথোই শুদ্রিবী অমদা নৎত্রগা খূৎলিংদুনা মী অমদগী হেনবা কাঙবু অমনা চঙদুনা রেপ তৌবা

মতাঙদদি চহী তরাদগী তাদনা মপুঙ্গি চুপ্পা দন্দি ওইনা কৈশুমশঙদা লৈবগী চৈরাকসু পীবা য়াই।

রাইত ওব প্রাইভেত দিফেন্স হায়দুনা ইশাগী হকচাং অমদি লন-থুম অতোপ্পনা খুৎ থিংজিন্নকপদা ঙাকথোকচবা য়াবগী আইন অসিনা তাক্লিবা মতাং অমদি ইন্দিয়ান পেনাল কোদকী সেক্সন ১০০ শুর্বসিনি। সেক্সনসিদা হায়রিবসিদি রাইত ওব প্রাইভেত দিফেন্স হায়বসিদা অতোপ্পবু শিহনবা য়াবা মতাঙসি কনাগুম্বা অমনা রেপ তৌননবা হোৎনরকপা মতাঙদুসু অমনি। মরম অদুনা ক্রিমিনেল লোনা রাইত ওব প্রাইভেত দিফেন্স হায়বসিদা মশাগী হকচাংদবু নত্তনা অতোপ্পা মীগী হকচাংদা অশোক-অপন নংবা মতাংদসু অধিকার অদু লৈ। মরম অদুনা কনাগুম্বা অমনা নুপীবু রেপ তৌনবা হোৎনরম্বা থেংনবদা নুপীদুবু কনবিনবা মশাগী ইন্দ্রিগী ঈখৌলাংবা পাঙথোক্লবা হোৎনরম্মীবা নুপাদুবু করিগুম্বা উপায় অমা শীজিন্নদুনা শিহনবা য়ারে।

ৱাফমসি আইনগী লাইব্রিক্তদি য়াওবা অদুগা তশেংনা মপূং ফানা শীজিন্নবদি পঙতা তাদবা মতাঙ অমা ওই। মরমদি রেপ তৌবসি মী চীকপা মতাংদা নম্না থোকই কনবিনীংবা মী ফনা লৈরম্নবসু মদুগী খুদোংচাবা পঙফং ফংদে। অদুবু, লো রিপোর্ততা ফোঙলকপা কেশ অমদদি রাইত ওব প্রাইভেত দিফেন্স মায পাক্লা শীজিন্নবা নুপী অমবু রেপ তৌগে তৌরম্বদা নুপা অমনা নুপীদুদা নম-হাদুনা মশাগী অনীংববু পাঙথোক্লবা হোৎনরম্বা নুপা অমা শিহনখিবদা ৱায়েনশঙনা শৌগৎখিবা কেশ অমদি রাজস্থান্দা থোকপনি (বদন নাথ ভার্সস ষ্টেট ওব রাজস্থান ১৯৯৯ ক্রিমিনেল লো জর্নেল ২২৬৮)।

অর্জ্জুন সিংহ কৌবা অমবু শিহনবগী মরান্দা বদন সিংহ কৌবা অমা আই পি সি গী সেক্সন ৩০২ গী মখাদা বিচার চম্বরম্মী। বদন সিংহনা থাঙশাং অমনা থিনবদগী অর্জ্জুন সিংহ শিবনি হায়বসিদি নাখৈ অমা শেংলে অদুবু অর্জ্জুন সিংহনা মপামদা অঙাং উননবা লাক্কুনা লৈরিবী বদন সিংহগী মচানুপীবু কনা লৈত্রবা তাল্লক অমদা চঙলক্কুনা রেপ তৌনবা মফি-মরোল চিংলকপা মতমদা মচানুপীনা লাওবা তারকপদা অনকপদা লৈবা মপাসিনা চেনশীল্লকপদা হকথেঙননা উরুব্নি। মচানুপীগী ইজ্জৎ কন্ননবা থাঙশাংদুগী মতেংনা অর্জ্জুন সিংহবু শিহনখিবনি।

কেশ অদু রাজসামন্দগী সেসন জজনদি মী হাৎপগী মরান্দা বদন সিংহবু মপুঙ্গি চুপ্পা মিয়াৎ তারুনবা রাই তাবদুগী মায়োক্তা রাজস্থান হায়কোর্টতা আপিল লাকখিবনি। হায়কোর্টনা হায়খি, আইন্দা য়াওরিবা রাইত ওব প্রাইভেত দিফেন্স হায়বদুনি মতাং অসিদা থোক্লিবসি। নুপী অমগী ইজ্জৎ কন্নবা আইন্না পীরিবা খুদোংচাবসি হন্দক্কীসিদা মতাং চানা মপা অমনা শীজিন্নরম্বনি। ৱাফম খরসিনা মাঙওইননা বদন সিংহবু থাদোক্লবা হুকুম তাখি।

মসি কেশ অমদা খূদম পীবগী ৱানি পঙনদি থোক্তে। অদুবু রাজস্থান হায়কোর্টকী রাইসিনদি তাক্লি রাইত ওব প্রাইভেত দিফেন্স শীজিন্নবা য়াবা খুদোংচাবনি। ইশানা ইশাগী

হকচাং ঙাক-শেনবদা নত্তনা অতোপ্পগী হকচাংদা নংগদবা খুদোংথীবা অমা কনবিনবগী দায়ী অমা ক্রিমিনেল লোনা মীপুম খুদীংদা পীবনি মসি, মতাং চাবদা শীজিন্নবা য়াই। বায়েনশঙনসু নুপী অমগী ইজ্জৎ কন্নবা মপা অমনা ইজ্জৎতা শীংনরিবা নুপা অমা শিংনবসি শৌগৎখিবসিমক্না তাকই, নুপী অমা রেপ তৌনবা হোৎনরম্বা থৌদৌসি অতোপ্পনা শৌগৎলোইদবনি, মদুগী মহুত্তা চোংথোক্তুনা নুপীদুবু কন্নবা অরানবা খোঙথাঙদা চঙশিল্লকইবা নুপাদুবু শিংনবা ফাওবা য়াই।

# আইনগী মতেঙনা নুপীবু পাঙ্গল হাপ্পা

**মার্চকী** তাং ৮ বু ইন্তরনেসনেল ৱুইমেন্স দে হায়না মালেম পুম্বা পাঙথোক্লে। এলিমিনেসন ওব ওল ফোর্মস ওপ দিসক্রিমিনেসন এগেন্সত ৱুইমেন হায়বা ১৯৭৯ দা মালেম পুম্বা য়ানখ্রবা চৎন-পথাপ অমনা নুপীবু মীচঙ মীখায় নাইবা চৎন-লোনচৎনা পুনশিনবিবা থৌদৌ পুম্বা থাদোক্লবা মালেমসিগী ৱাখল্লোন ওইবক্লিবা, মসিতা নত্তনা ভারতকী লৈঙাক-পথাপতা নুপীগী ইকায় খুম্নবদা শীংনবা থৌদৌ পুমবা থাদোকপসি নাগবিক খুদীংমক্কী কায়হৈদ্রবা থৌদাংনি হায়রক্লিবা, মালেমসি নুপীনা থাকপনি হায়বা ৱাখল্লোন অমবু কন্না পুথোক্লরক্লিবা, অসিগুম্বা মতমসিদা আইনগী মতেঙনা নুপীবু পাঙ্গল হাপ্পগী ৱাখল্লোমদা নৈনবসু চুম্মী।

অঙাং অমগী গার্জিয়ান ওইবা মতাংদা আইন্না মপারোমদতা মীচঙ চঙবিবা মানবা মওং অমা ময়াম্না উবা ফংঙি। হিন্দু মাইনোরিতি এন্দ গার্জিযানশিপ এক্ট, ১৯৫৬ কী সেক্সন ৬ শুবদা য়াওরিবা ৱাফমদি মপা-মমা অনীনা লুহোংদুনা য়ুম্পান্নরগা পোকপা অঙাং অমগী গার্জিয়ান মপানা ওইগনি মপাগী মতুংদা মমানা ওইগনি। অসুম্না মমাগা মপাগা অঙাং অমগী গার্জিয়ান ওইবগী মতাঙদা আইনমক্না নুপী অমবু অঙাং অমগী গার্জিয়ান ওইবা তারকপদা অঙাং মপাদুগী মতুংদতা ওইবা য়াহনবনিনা ওইবা তারকপদা অঙাং নুপীদা অচান মীরায় নাইবা লমচং চৎপিবা জেন্দর দিসক্রিমিনেসন হায়বগী ৱাফমদু শেংলে হায়বা উৎলি। ৱাফমসিমক সুপ্রিম কোর্টতা য়ৌনক্লুনা ভারতকী খ্বাইদগী অৱাংবা কোর্ট অমগী রাই অমা তাখিবা কেশ অদু গীতা হরিহরণ ভার্সস রিজার্ব বেঙ্ক ওব ইন্দিয়া এ আই আর ১৯৯৯ সুপ্রিম কোর্ট ১১৪৯ হায়বা কেশ অদুনি।

দরখাসকারী ওইরিবা নুপীসিনা মচাগী মমিংদা রিজার্ব বেঙ্ক ওব ইন্দিয়াদা রিলিফ বোন্দ লুপা লীশীং কুনখক্কী হাংনবা হায়নখি। অঙাংদুগী গার্জিয়ান ওইনা মমাদুনা বেঙ্ককা মরী লৈনগনি হায়রুবদা বেঙ্কনা মপা লৈরিঙৈদা অঙাংদুগী গার্জিয়ান মমানা ওইবা য়ারোই হায়দুনা ৱাফমদু য়ানদ্রবদা মমানা গার্জিয়ান করিগী ওইবা য়ারোইদৌবিবনো হায়বা ৱাফম পুথোক্লদুনা কোর্ট কানখিবনি।

ৱাফমসি য়াম্নদি পীকই অদুবু নুপী নুপা অনীমক্না অঙাং অমবু পোকপদা গার্জিয়ান ওইরকপগী মতাংদদি মপাদুগী মতুংদতা মমাদুনা ওইবা য়াগদবনি হায়বসি মীচঙ-মীখায় নাইবা চৎন-লোনচৎনি চুমথোকপা মথৌ তাই হায়বা ৱাকৎনি।

ৱায়েনশঙদা লাক্লরিবা ৱাফমসি নত্তবদা অতোপ্পা ৱাফমসু খন্নবা যাই। স্কুল কলেজদা মিং চন্নবা পরীক্ষা থানবা ফোর্ম অমা মেনশিনবা মতমদা অঙাং অমবু শকখঙনবা খুদম

ওইনা অপোকপগী মমিং মপা মমিংগী মফম অমা মেনশিন্দবা য়াদে। ৱাফম কযামরুম থোরকই, মমা মমিংদা অঙাং অমা সকখঙবসিদি করি কায়বা লৈ। আইন্না লৈশাবী অমনা অঙাং অমা য়োকপা য়াদুনা লৈরি। অদুগুম্বা অঙাং অমগী মপাদি মশানা লৈররোইদবনি। অমরোমদা অঙাং কয়া অমা লৈরি মখোয়গী মপাগী মমিং পীবা ৱাগদবা মরম অদুনা ইশোয় হেক শোয়দনা মমানদি পোকই হায়বা লৈরবনিনা অঙাং অমা মশক তাক্লবা মপী-মপা ওইবা মীওই অমদি মমাদগী হেন্না ফবা লৈত্রে।

মথক্কী কেশ অসিদা সুপ্রিম কোর্টনা হায়খি, নুপী-নীপা য়েংদুনা মীচঙ-মীখায় নাইদবা হায়বা ফন্দামেন্তেল রাইত অমা ভারতকী শেমদুনা ১৯৫০ দগী লৈঙাক পথাপতা য়াওরি। মদুনদি ১৯৫৬ তা শেম্বা হিন্দু মাইনোরিতি এন্দ গার্জিয়ানশিপ এক্টনা লৈঙাক-পথাপতা য়াদে হায়বা ৱাফম কায়না শেম্বা হৌনদে। মরম অদুনা মপাগী মতুংদা অঙাং অমগী গার্জিয়ান মমানা ওইবা য়াগনি হায়রিবদু মপাদু শিবা হায়বা নত্তে, মপাদু অতৈ মরম কয়াদগী অঙাংদুগী গার্জিয়ান ওইবা য়াদবা মতাঙবুসু খঙনগনি।

কেশ অসিনা মমা অমবু গার্জিয়ান অমা ওইবা য়াবগী অধিকার মপা অমগা খেন্নদনা লৈহন্দুনা নুপীনা নুপাদগী থরা হন্থবা ফিভমদা গার্জিয়ান অমা ওইবা য়াবগী মতাংদু মান্নহল্লে।

করিগুম্বা মতাং খবদা লুখ্রাবী অমগী মনাক্তা লৈখ্রবা অঙাং মপূ-মবেন্না নৎত্রগা মখৎরা মতোন্না গার্জিয়ান ওইজগে হায়না কোর্টতা দরখাস্ত থারগা নমদুনা মমাদুদগী লৌথোকপিবগী চৎনবী ৱায়েনশঙগী হুকুম কয়া অমা লৈখ্রে। মসি অঙাংদুগী মিংদা লন থুম ফংলীংঙাই লৈবা মতাংদা অঙাংদুগী গার্জিয়াননি হায়না কোর্টকী হুকুম অমা পারকবদি ইরায় লাননা শেলদু কায়না যানগনি। মরম অদুনা মমা-মপা নত্তবা কয়া অমনা অঙাং অমগী গার্জিয়ান ওইনা লাউথোকহন্নবা ৱায়েনশঙগী মতেঙ কয়া লৌনৈ। অদুগুম্বা মতাংদা অঙাংদোংবো পথাপ অমা লৈতে, অঙাংদুগী য়াইফবা হায়বা পান্দমসিতনা ৱায়েনশঙনা পায়েন্দি। করিগুম্বা অঙাংদুগী য়াইফগদবা লৈরবদি অশেংবা মমা নৎত্রগা মপাদগী লৌথোক্লনা কোর্টনা মবেমবোক্তা শিন্নখিবা কেশমু লৈখ্রে। খুদম ওইনা মপাদুসু নুপা। কুপ্রেগী অমা থিখ্রবা মমাদুসু অমদা অমুক মথুম পাখোকখ্রবদি মনা [illegible] অনীমক্তু অঙাং অমগী গার্জিয়ান ওইনা মতিক চাদবা মতাং লাকপা য়াই।

হন্দক্তা থোকপা মধ্যপ্রদেশকী লমদমদদি হায়কোর্টনা কেশ অমদা হায়ত্রে, মমানা নুংশিবগী মহুৎ মবেমবোক্লা নুংশিবনা শিনবা ওইথোক্তে মমাদু নত্তবা অমত্তা গার্জিয়ান ওইবা য়াবেহ। কেশব রাম ঠাকুর ভার্সস শ্রীমর্তী সচিবাই এ আই আর ১৯৯৯ মধ্যপ্রদেশ ১৬০ হায়বা কেশসিদা থোকপা ৱাতৌদি অঙাং অমা খুন্দোক্লমদুনা মপা অমা পাওহৌদনা শিদোকখ্রে। পীক্লবা অঙাংদু মমাগা লৈহৌই। মপাদু পুলিস ওইনা মথৌ তৌবদা লালনৌবগী মখুৎতা শিবনা এক্স গ্রেসিয়া ওইনা লুপা লাখ অমগা মথায় ফংডি। শেনফমদু অঙাংদুগী মমাদু অমদি অঙাংদুগী মপুবোক্কুগী অপূনবা একাউন্ত অমদা থম্লতা থল্লন্মী।

শেনফমদুগী মতাংদুদগী অঙাংদুগী মমা অমদি মকুবোক্তুগা খৎনবা খরা থোকপদগী অঙাংদু লৌহৌরগা মমাদু তাম্নোকপিরকই। মতুং তাবদা অঙাংদুগী মপাপোকপা মপুবোক নুপীদুগীনা মকুবোক্তুনা অঙাংদুগী গার্জিয়ান ওইনা কোর্টনা খঙবিনবা দরখাস্ত অমা থারকখি। কোর্টনা মমা হিংলিঙৈদা মমা নত্তবা অমা গার্জিয়ান ওইনা খনবা য়াদে হায়দুনা কেশ অদু কক্থৎলবদা অঙাংদুগী মকুবোক্তুনা আপিল ওইনা হায়কোর্টতা থারকখিবনি।

হায়কোর্টতা অঙাং পুথোকহল্লগা হংবদদি চহী মরি চূপ্পা উনহন্দ্রবা মমাদুগী মনাক্তা অঙাংদু চৎনীংদে খুমখি। অদুমকপু কোর্টনা অঙাংদু মমাগী মনাক্তা লৈহন্নবা খৃৎশিন্ননবা হুকুম তাখি। কোর্টনা খন্থখিবা ৱাফমদি অঙাং মপুবোক্তু চহী ৬০ শুরে, অমরোমদা অঙাং মমাদুদি চহী ৩০ খক্তা ঙায়রি। অঙাংদু চহী ১১ তা ঙায়রি অদুনা মমানা কোনবা মথৌ তারি। মমানা চহী ১১ সু কোল্লক্রবনি ঙসিদি মদু ফংজবা য়ারে। অঙাংদু মমাদা শিন্নখ্রে।

ৱায়েনশঙনা নুপীদা পাঙ্গল হাপ্পা মতাং অমা অনীসি নৈনবদা খঙবা ঙম্মী। আইন্না নুপী-নুপা খেন্নবা থম্বা শৌগৎতে। মমা অমবু অঙাং অমগী শক্তাক্নবা মপী-মপা ওইহনবসিমক চাওরবা খুদম অমনি।

# ইজ্জৎ মাঙহনবিখ্রবীশিংগীদমক্তা ক্ষেতিপুরন তানবা

**ভারত্তা** চৎনরিবা আইন অমত্তনা ইজ্জৎ মাঙহনবিখ্রবী নুপীশিংদা ক্ষেতিপুরন পীনবগী চৎন-লোনচৎ অমত্তা শেমদনা লৈরি। চুম্নতা মরাল লৈবা নুপাদু দন্দি তৌগনি হায়না ইন্দিয়ান পেনাল কোদতা ইদুনা য়াওবতনি। অদুবু, ইকাইবা নংহনখ্রবী নুপীদুগী অৱাবদু কোক্লবা লম্বীরোমদদি আইন্না পঙকন কন্না য়েংশিনবিদবগুম তৌই। মসোমদা য়েংলুরবদি অৱা-অনা নংলবা নুপীশিংদা নুংশিবা মীয়েংনা য়েংবিবা আইনসি ইৱাৎ ৱাৎনা লৈরি। মসিগুম্বা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবিবগী কেশশিংসিদি ৱায়েনশঙদা চৎথবা দ্রামাগী স্কৃপ্ত অমগুম্মী। মফমদুদা ইজ্জৎ মাঙহনবিখ্রবীদুদা নুমিৎতুদা থোকখিবা থৌদোকশিংদু কুপ্না অমুক লীথোকহল্লি। মরম অদুনা কোর্ট অমদা লাকপা মীওই পুলিস অমদি প্রেসকী মীওইশিংদা মথুম-মরাঙ হৌহনবা ৱারীগুম থোকহল্লি। কেশশিংসিদা অঙাং ওইরিবী কয়াদা থৌদৌসি চৎথবগী কেশসু পঙৱাৎ ৱাৎতে, অমরোমদা হনুরে হায়দুনসু চেকশীন্দবা য়াদে। মরম অসিমক্তা নুপীশিংনা নাওফমদগীনা মোং ফম ফাওবদা মীওৎ-মীনৈ খাঙদুনতা লৈ। ১৯৯৮ দা ফোঙবা রাস্ত্রিয় সহারাগীচেনা ২৫ দা লেংথোক্নুনা যাওখ্র বা ভারত্তা থোকখিবা ইজ্জৎ মাঙহনবিখিবগী কেশ খরদি (১৯৮৮ দা থোকখিবনি)-

সেপ্তেম্বর তাং ১০ দা দিল্লীগী কল্যানপুরীদা চহী ১৪ তা শুরিবী নুপীমচা অমা;

জুলাই তাং ৪ দা চহী ৯০ শুরবী লুখ্রাবী অমা য়ুম্লোন্নবা অমনা আনন্দ প বর্বততা;

মশাগী চহী ৪৫ শুরবা মপা অমনা মচা নুপী অঙাং অমদা চহী অমা চুপ্না চৎথরকখিবা;

মচা ৮ লৈরবা চহী ৩৬ শুরবা মপা অমনা মাগী মচানুপা অহলগী মমৌ লাকপদুদা চৎথখিবদু বদপুরদনি;

জয়পুরদা লৈবা জে সি বোস হোস্তেলদা লিববা জর্নেলিষ্ট অমগী মচানুপী অমদা মীওই কয়ানা মথং মথং মতম শাংনা চৎথখিবা;

মধ্যপ্রদেশকী ঝবুরা হায়বা মফমদা লম্বোইবী নুপী ৪ খক্তা চৎথবিখিবা;

আই এ এস ওফিসর বিবি বিশ্বাসকী নুপীদা মখোযগী ময়ুম পাটনাদা বাজনীতিগী মচীনতোঙবা অমগী খোঙবী-খোঙনাও ময়াম্না ওৎ-নৈবিখিবা;

উরিয্যাদা থোকখিবা, ময়াম হূপ্তুনা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবিখিবা মতাং:

হায়রিবা কেশশিংসিদা অৱাবা নংখিবা নপীশিংদুগী মমিংদি ফোঙদোকপদা খুদোং-চাদবনা লোৎশীল্লে। অদুবু লো রিপোর্তমক্তা ফোঙলক্লবা কেশ অমদি অতৈগা মান্নদবা মওং অমা ওইবনা মিং খরদি পল্লে। মহম্মদ জুবের নুবমহম্মদ চাঙ্গবাদ্দিয়া ভার্সস স্টেট ওব

গুজরাত ১৯৯৯ ক্রিমিনেল লো জর্নেল ৩৪১৯ হায়বা ফোঙলবা কেশসিমক চহী ৯দা ঙায়রিবী লাইবক তমজরিবী নুপীমচা অমা মাবু লাইরিক তম্বিরিবা ওজা অমনা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবিখিবা কেশনি। কেশতুদা ফোঙলকপা ৱারীগী মতুং ইন্না মহম্মদ জুবের মৌলবীনি, মাদ্রাসা অমদা কুরাণ তম্বিরিবা গুরু অমনি অদুগা সিদ্দিকা মিরমোহদ চহী ৯ তা ঙায়রিবী ফোর ষ্টেন্দর্দদা তম্লিবী মহৈরোয় অমনি। থৌদোক থোকপা নুমিৎতুদা নুপীমচাদু স্কুল ঙন্না কারকখি। অতৈ ছাত্র-ছাত্রী অমত্তা লাক্তিগুঁই মতমদুদা ওজাদুনা মাবু কা অমদা কৌশিল্লগা থেম্মগা হীপহল্লি অদুগা শেৎলিবা ইজারদু লৌথোকপিরগা নত্তবা থবক্তু চৎথখি। অঙাংদুগী হকচাংথোঙদগী ঈ য়াম্না থোকখি। অঙাংদু থুনা য়ুমদা চেল্লক্লগা মমাদা পাওদু তম্মী। মমাদুনা পুলিসতা পাও তাকই। অসুন্না ওজাদুগী মথক্তা কেশতু হৌরকখি। কেশতুদা বনস্কন্থ পালনপুরগী সেসন্স জজনা ওজাদু চহী ১০ কৈসুমশঙদা মিয়াৎ অমদি ফাইন লুপা ১০,০০০ অমগা তৌবদু হুকুমদুগী মথক্তা গুজরাত হায়কোটতা আপিল ওইনা লাকখিবনি। আপিল অদু পায়খৎপা মতমদা ওজাদু চহী ৫ মুক্তি জেলদা লৈরক্লবনি। ভারতনা নীং তম্বগী চহী নিফু শুরকপা মতুং গোল্ডন জুবিলিগা মরী লৈননা সরকারনা বন্দি অয়াম্বগী চহী থরা কক্থরকপদা ওজাসিসু কোমথোরকপা য়াবগী মওং উরকপদা হায়কোর্টনা হায়খি নুপা অসি চহী ১০ কৈশুমশঙদা লৈগদবদু চহী ৭ তা কক্থবদু য়ারে তৌবতবু মহাকনা লুপা লীশীং য়াঙ্খৈ ক্ষেতিপুরন্ ওইনা নুপীমচাদুগীদমক্তা পীগদবনি। কোর্টনা শেনফমদু থীহ্নদনা কোর্টতা থীল্লক্লবা খঙহনখি অমদি শেনফমদু অনকপা পোস্ত ওফিস অমদা নেসনেল সেবিংস সার্তিফিকেত ওইনা নুপীমচা অমদি মপাদুগী অপুনবা মিংদা থমদুনা অঙাংদুগী য়াইফনবা লম্বীদা শীজিন্ননবা য়াথং পীখি।

পনবা য়াবা কেশ খরদা খুদম ওইনা মমাঙদা পনখিবা লম্বোইবী ময়ামদা মখূৎ শাংলুবগী কেশতা লুপা লাখ অনী মখায় ক্ষেতিপুরন ওইনা ফংহনখি। অদুদা নত্তনা অশোক-অপন নংখিবা লম্বোইবীশিংদুদনা লুপা লাখ অমমম্ ফংহনখি। পদ্মিনী ভার্সস ষ্টেট ওব মাদ্রাজ ১৯৯৩ ক্রিমিনেল লো জর্নেল ২৬৯৪ হায়বা কেশসিদনা নুপী অমা পুলিস স্তেসন্দা ইজ্জৎ মাঙহনবিবনি। কোর্টনা তামিল নাদু সরকারদা লুপা লাখ অমা ক্ষেতিপুরন ওইনা নুপীদুদা ফংহনখি। মহারাষ্ট্র ভার্সস চন্দ্রপ্রকাশ এ আই আর ১৯৯০ সুপ্রিম কোর্ট ৬৫৪ হায়বা কেশসিদনা মহারাষ্ট্রদা নুপী অমদা থৌদৌসি চৎথবিখিবগী ক্ষেতিপুরন ওইনা কেশ হেক থারকপগা লুপা লীশীং ৫০ পীহল্লি।

অসুন্না অনৌবা চৎন-লোনচৎ ওইনা ইজ্জৎ মাঙহনবিরবী নুপীশিংদা ক্ষেতিপুরন ফংহনবগী চৎনবী অমা রায়েনশঙনা হৌদোকপসি অনৌবা আইন অমনি। আইনসি হৌদোরক্লিবসি নুপীগী অধিকারদা হাপকৎলকপা মচাক অমনি। অমরোমদা শেল পায়নরকপদগী পৈশাবু তাল্লগস্ ফংঙি হেক্তা পীথোকখ্রলোইরে হায়না থন্নরিদ্রা? মদুমক ওইরম্লবদি লাইবক থীবনি। আইন্না হায়রিবসিগী অশেংবা অর্থদি ভারতকী সংবিধান্দা

আর্টিকল ৫১-এ দ ফন্দামেন্তেল দ্যুতি ওইনা য়াওরি, ইংলিস লোন্দা 'তুরিনাউন্স প্রাক্তিসেস দিরোগেতোরী তূ দি দিগনিতি ওব বুইমেন'। মসিগী থৌদাংসি ভারতকী নাগরিক পুম্নমক্কী হেনফদ্রবা থৌদাংনি।

ইজ্জৎ মাঙহনবিরবী নুপীশিংদা ক্ষেতিপুরন ফংহনবগী চৎনবী অমা ঠায়েনশঙনা হৌদোকপসি অনৌবা আইন অমনি। আইনসি হৌদোরক্লিবসি নুপীগী অধিকারদা হাপকৎলকপা মচাক অমনি। অমরোমদা শেল পায়নরকপদগী পৈশাবু তাম্লগসু ফংঙি হেক্তা পীথোকখ্রলোইরে হায়না খন্নরিদ্রা? মদুমক ওইরম্লবদি লাইবক থীবনি।

# ৱায়েনশঙগী য়াথং মতুং ইন্না নুপীনা নুপাবু থাকহনবা

**অমবু** অমনা থাকপা মেন্তেনেন্স হায়বা আইনসিদা নুপানা মাগী নুপীবু থাকপা, মপানা মচা চাওদ্রিবা কাঙবুবু থাকপা অমনা অহল ওইরবা মমা-মপাবু মচানুপানা থাকপা চৎন-পথাপ লৈ। য়োকপা-থাকপগী আইনসি মা মাগী কাঙলুপ্তুদা চৎনবা পার্সনেল লো অদুদসু য়াওই। অদুগা ভারত অপূম্বগী ওইনা চৎনরিবা সি. আর পি সি হায়না খঙনবা কোদ ওব ক্রিমিনেল প্রোসিদ্যুওরদা শাগৈ-স্তাৎ পোকফম-শাংফম লাইনীংলম্বী য়েংদনা চৎনবা আইন অসিদা মেন্তেনেন্সকী আইন য়াওই।

হিন্দুশিং অমদি হিন্দু লো চৎনবা কাঙবুগীদি হিন্দু এদোপসন এন্দ মেন্তেনেন্স এক্ট, ১৯৫৬ হায়বা আইনসিনা অমনা অমবু থাক্নবা থৌদাং পীননবা আইন য়াওই। আইনসিগী মখাদা মশাগী চহী ১৮ হেল্লবসু মশানা মশাবু শৌগৎচনবা উপাই লৈজদবী লুহোংদ্রিবী মচানুপী পূম্বা মপানা থাক্কদবনি হায়না ইরি। হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট, ১৯৫৫ দা য়েংলুরবদি তিন্নবা য়াদ্রবা মতৈ-মনাও অমা খাইনবা তারকপদা কোর্টতা চৎনরকপদা করিগুম্বা কোর্টতা নুপী নৎত্রগা নুপাদুনা পারমেনেন্ত এলিমোনি হায়দুনা অমনা অমগী মথক্তা দরখাস্ত থারকপদা কোর্টনা শেম্থোক্কী ফীবম য়েংদুনা মতাং চাবদা নুপীদুনা নুপাদু থাক্নবা হুকুম তৌবা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা নিয়ম অতৈ কাঙলুপকী পার্সনেল লোদা পঙথেং থেংনদে। হিন্দুগী চৎনলোনচংতা ফীবম চাদ্রবা নুপাবু নুপীনা থাকহনবগী দায়ত্ব পীদুনা নুপীবু নুপাদতা তাংহনবা তোক্তুনা মতাঙ চাবদা নুপানা নুপীদা তাংহনবগী চৎন-পাথাপ শেন্নম্বনি।

হিন্দুগী চৎন-পথাপতদি মতাং চাবদা নুপীনা নুপাবু থাক্নবগী দায়ী লৌহনবা য়াহল্লি। অদুবু ভারত শীনবা থুংনা চৎনরিবা সি আর পি সিগী মখাদা থাবা দরখাস্ত অমদা নুপাবু নুপীনা থাকহন্নবা দায়ী লৌহনবা য়ানবা নিয়ম য়াওদে। অদুবু তাঙনা থোকপা কেশ অমদা ভারতকী সুপ্রিম কোর্টনা লাওথোক্লুনা নাখে শেংহন্নবা আইন ওইনা লুহোংলবী মচানুপীশিংসু খুদোংচাদ্রবা মমা-মপা থাকপগী দায়ী লৌফম থোকই মদু নুপাতনা লৌগদবা নত্তে নুপীসু নুপাগুম্না খেন্নবা লৈতনা মমা-মপা য়োকপগী দায়ী লৌগদবনি হায়বা কেশ অমথক নীংশিংবা য়াই।

কেশ অদু দাক্তর বিজয়া মনোহর আবর্বত ভার্সস কাশীরাও রাজারাম সৱাই এ আই আর ১৯৮৭ সুপ্রিম কোর্ট ১১০০ হায়বা কেশ অসিদা থোকপা ৱারীদি দাক্তর বিজয়া মহারাষ্ট্রগী কল্যান্দা মী লায়েংবা দাক্তর অমা ওইনা থবক তৌবিনি। মহাক কাশীরাওনা পোকপনি। লুহোংখ্রবা মতুংদা মাগী নুপাগী মনাক্তা লৈখ্রবীনি। মাবু পোকপী মমাদু লৈখিদ্রে।

মতুংদা মাগী মপাদু নুপী অতোপ্পা অমা অমুক থিরে। মহাক অহল ওইশিল্লকপগা শেঙ্খোক্লা ৱাৎলকপগা মীওই-লালুপ চারক্তবা নুপা অমা ওইরকপদগী মেজিষ্ট্রেট ফার্ষ্ট ক্লাস কল্যানগী কোর্টতা মচানুপীগী মফমদগী থাগী মেন্তেনেন্স শেলহুন ওইনা লুপা ৫০০ খক পীহন্নবা দরখাস্ত থারকই।

মমাদু শিগ্রবা মতুংদা অতোপ্পা নুপী অমা থিদুনা লৈখ্রবা মপাদু য়েংনীংদবা ফাওরক্তুনা মচানুপীদুনা মপা থাক্লবা থাগী শেলহুন অদু পীদনবা নিংঙাই তৌরকই। কোর্টতা কানদুনা মচা নুপীসিনা আইনগী মতুং ইন্না মপা অমনা মচানুপীগী মথক্তা মেন্তেনেন্স তানবা য়ানবা নিয়ম লৈতে অদুনা দরখাস্ত অদু কক্‌ফম থোকই হায়না য়েৎলম্মী। অদুবু, য়েৎলিবা অদু মেজিষ্ট্রেট অদুনা লৌবিদ্রবদা মচানুপীসিনা বোম্বে হায়কোর্টতা কেশ অদু পুখৎলম্মী। বোম্বে হায়কোর্টনা মচানুপী অমনা উপাই লৈজদ্রবা শেঙ্খোক লৈজদ্রবা মপা অমা থাকফম থো কই হায়বা ৱারেপ লৈরবদা কেশ অদু সুপ্রিম কোর্টতা পুখৎলকখি।

সুপ্রিম কোর্টনা হায়রকই, মরল মরাঙ কায়না থোক্লবা মচানা মপা অমা চরা হেলহনবা হায়বা ৱাফমসি তৌহৈদবা পোৎনি। ভারতকী পরম্পরাদা অহল ওইরবা মপা-মমাবু মচানা থাকপগী দায়ী পীদুনতা লাকখি, কোর্টনা মখা তাখি লুহোংখ্রবা মতুংদা নুপী অমা মাবু পোকপা মপাদুগী মচানুপী ওইবা তোকপা নত্তে। অমরোমদা মপা থাকপগী দায়ীসি নিপাতনা লৌগদবনি হায়রবদি মচানুপী ঙাক্তা পোকপা মপা অমদি য়াম্না খুদোংথীনীংঙাই ওই। কোর্টনা ৱায়েল তাউথরকই; সি আর পি সিগী সেক্সন ১২৫ না মচানুপী অমদি নুপা অনীমক্তা মশানা থাকচবা ঙমজদ্রবা মমা-মপাবু থাক্লনবা দায়ী পীরি। মরম অদুনা মশাগী শেঙ্খোক মরাং কায়বা নুপী অমনা মশানা থাকচবা ঙমদ্রবা মমা নৎত্রগা মপাদুবু থাগী শেলহুন পীদুনা থাক্লনবা দায়ী লৌগদবনি।

ৱায়েল বিচারসি কনাগুম্বনা য়ানীংদনা নুপীদা পোৎলুম থাঙ্গৎপিবনি নুপীবু শৌগৎপিবা নত্তে হায়না হায়। অদুবু, অতোপ্পা মীৎয়েং অমদা য়েংলুরবদি নুপী-নুপা খেন্নবা থমদনা নুপীসু মপা থাকপগী দায়ী লৌবা ঙম্বা মীনি হায়না কোর্টনা শকখঙবিবনি হায়না লৌবসু য়াই।

অসুম্না আইন্না নুপাতনা নুপী থাকপগী দায়ীগী ওন্ন-তৈনবদা নুপীনা নুপাবুসু থাক্লবা দায়ী পীবসিমকসিসু আইন্না নুপী-নুপা দায়ী চপ মান্নহনবনি হায়না লৌফম থোকই।

হন্দক মরক ৱায়েনশঙশিংনা নুপীবু শকখঙবগী মীৎয়েং অমা য়েংবা উবা ফংঙি। খুদম অমা ওইনা অঙাং অমা শক্তাকপদা মমাগী মিংদা শক্তাকপদা করিমত্তা অকায়বা লৈতে হায়না রাই তাখিবা। মমাঙদগি অঙাং অমবু শকখঙবসি মপাগী মিংদতা খঙনবনি। ঙসিদি স্কুল-কলেজগী মিং চনবা ফোর্মদা মমাগী মমিংগী মফম অমা হাপ্পকইবা মসিমকসি য়াম্না চাউবা অহোংবা চৎনলোনচৎ অমনি।

ভারতকী লৈঙাক পথাপলোমদা য়েংলুবদা নুপী-নুপা খেন্নবা থমদবা চৎনবী, মীচঙ-

সঙ্গ নাইদবা, অচৌ-পিশক য়েংদবা চৎনলোনচৎ মপূং ফানা চৎনহন্নীংঙি। ব্রায়েনশঙনা মরক মরক্তা থেংনবা কেশতা নুপীবু শৌগৎপা রাই তারকপসি পুক্নীং থৌগৎনীংঙাইনি। মহাত্মা গান্ধীনা হায়খিবা বাহৈ পরেং অমা নীংশিংঙি, ব্রেবরী ইজ নোত দি মোলোপোলি ওব মেন, বত বুইমেন সুদ ওলসো ফিল ইন্দিপেন্দেন্স জস্ট এজ মেন।

হন্দক মরক ব্রায়েনশঙশিংনা নুপীবু শকখঙবগী মীৎয়েং অমা য়েংবা উবা ফংঙি। খূদম অমা ওইনা অঙাং অমা শক্তাকপদা মমাগী মিংদা শক্তাকপদা করিমত্তা অকায়বা লৈতে হায়না রাই তাখিবা। মমাঙদদি অঙাং অমবু শকখঙবসি মপাগী মিংদতা খঙনবনি।

# ৱায়েনশঙনা লাওথোকপা আইন ওইনা সেক্সচুয়েল হেরাসমেন্ত ওব ৱুইমেন

**সেক্সচুয়েল** হেরাসমেন্ত এতদি প্লেস ওব ৱার্ক হায়বা আইন অমা ৱায়েনশঙনা লাওথোরকপা চৎন-পথাপ ওইনা ভারতকী আইনগী জগৎতা অনৌবা ৱাখল্লোন অমনা মীপুম খুদীংদা অমুক্কা হেন্না খন্থনীংবা ফাওহল্লক্লি। ভারতকী ৱায়েনশঙ মকোক য়ৌরকখিবা কেশ অদু বিশাখা ভার্সস ষ্টেট ওব রাজস্থান ১৯৯৭ এ আই আর এস সি দব্লিয়ু ৩০৪৩ হায়বসিনি। নুপীগী ইকায় খুম্নববু ৱায়েনশঙনা ঙাক্কবা লাঙতক্নজবদু কেশ অসিদা উবা ফংঙি। লৈবাক্কী ক্রিমিনেল লোনা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনববু দন্দি তৌগনি হায়, নুপীবু লৈবাক মমাঙদা খোঙ্গোইনবসু দন্দি তৌগনি অদুম মহায়, মশানা য়াদবা নুপী চিংবসু দন্দি তৌগনি অদুম হায়রি। অদুবু, হায়রিবা ৱাফমশিংসি নত্তবদা থবক তৌবী নুপী অমবু থবক মফমদুদা থবক মপু নৎত্রগা মশোন্দগী ফম চাউবা কনানা কনা উদবা লোয়শঙ মনুংদা খুদোংচাবা য়েংদুনা খোঙ্গোইনবিবা, নৈহৎপিবা, ৱাই চিলহনবা পূন্নমক্তি আইন্না য়াম্না চাওনা থাদোক্কুনা থম্বীবগুম তৌবসি ৱায়েনশঙ মকোক্না উবা ফংখি। অদুবু, আইন অমদি লৈতবা যাদবা মতাঙ অমদি ওইরে। আইন শেম্বা কাঙবুনা অনৌবা আইন অমবু শেম্বরা নৎত্রগা অরৈবা আইন অমদা শেমদোক্কুনা হাপচিল্লকপা ঙাইবা তারবদি নুপী কয়াগী পুন্সিদা শোকচিল্লকপা হেনগনি খন্দুনা ৱায়েনশঙনা লাওথোকপা আইন অমা শেম্বা তারম্মী। মদুগী আইন অদুনি সেক্সচুয়েল হেরাসমেন্ত ওব ৱুইমেন এত দি প্লেস ওব ৱার্ক। করি তৌববু মরাল অসি তৌরে হায়না লৌগনি? ৱাহংসিগী পাউখুম ওইনা কোর্টনা হায়-নুপীদা চোপ্লগী ৱাখল অমগা লোয়ননা ঙাঙথোক, শক্তোক্লকপা তৌথোরকপা থবকপু খঙনগনি খুদম ওইনাঃ

নুপীগী মশাদা য়াম্না নকশিন্ননবা পঙহোৎতা হোৎনবা মতাংচাবদা ঙাথু থেংথুবা;

মচীন্না থোক্লা ইন্দ্রিগী ঈখৌরাংবা কোক্লীংবগী ৱাফম ফোঙদোরক্লবা;

প্রমাণ-পাম্থে ঙাঙথোক-শক্তোরকপদা ইন্দ্রি মথুম-মরাঙ হৌনীংঙাই ওইবা খোনচোপ ঙাঙদুনা ৱাই চিলহনবা;

অকাম-পেৎকী ওইবা অয়েকপা লাই কয়া পুথোক্কুনা উৎলবা;

মসিদা নত্তবা অতৈ ফীভম মওং-মতৌ মখোল থোক্তবা শক্তম কয়ানা ইন্দ্রিগী মথুম-মরাঙ হৌবা কোক্লীংবগী লমচৎ-শাজৎ কয়া উৎলবা

অসিগুম্বা মতাং কয়া লাক্লবদা থবক শৃজরিবী নুপী অমদদি য়ানীং-য়ানীংদনা মতাঙদুনা তঙাইফদনা ৱাই চিনবদু খাঙবদা নত্তনা মমৈদা হেঞ্জিন্নরবদি নুপী কয়াগী পুন্সিদা অমকপা

মমি অমা তাদুনা য়ুম্বান-কৈবান জুৎ চাদবা পুন্সিদা মীনা পাউথোকপিরবী নুপী অমগী পুন্সিদা লেনখিদুনা থবক ফংজরবী নুপী কয়াগী মরায়বক্তা কালি তৈবা য়াবা শাথীরবা থৌদোক অমা ওইদৌরি। য়ানীংদবা উৎলুরগনা থবক মচা অমা তৌজরিব্দু খদোংথীবা থোকপা য়ারি।

অসিগুম্বা নুপীবু শৌগৎনবা আইন অসি লাওথোক্নবা ৱায়েনশঙ মকোক্কা ভারতকী লৈঙাক-পথাপ লোমদগী পাঙ্গল লৌই। লৈঙাক-পথাপনা নুপী নিপা য়েংদুনা মীচঙ-মীখায় নাইবা য়ারোই হায়না হায়রি। অদুনা নুপীশিংদতা থোক্নীংঙাই ওইরবা খুদোংথীবসি লাকশিন্নবা হোৎনদবসি সেকচুয়েল দিসক্রিমিনেসন্নি হায়না লৌই। মসিনা জেন্দর ইক্বেলিতিদা অচৌবা চৈথেং অমা পী।

অন্তরজাতিগী ওইবা মীৎয়েংলোমদসু সেক্সচুয়েল হেরাসমেন্ত হায়বসি উপাই পুন্নমক পুথোক্নুনা থিংদবা য়াদবা তঙাইফদবদু ১৯৭৯ দা পাঙথোকখিবা 'কনভেন্সন ওন এলিমিনেসন ওব ওল ফোর্মস ওব দিসক্রিনিনেসন এগেনষ্ট ৱুইমেন' অমদি বৈজিং দিক্লারেসন্দা নুপীদতা চৈথেং ফংবা থৌওং পূম্বা থিংবা অমদি নুপীগী ইজ্জৎ সম্মান মপূং ফানা য়োকখৎপিবা হায়বা ৱাফম য়েৎনবা লৈতনা য়ানখ্রবনি। মসিদা নত্তনা কোভেনান্ত ওন ইকোনোমিক সোসিয়েল এন্দ কলচরেল রাইততা অখন্ননা ৭ শুবা আর্টিকলদা নুপী অমত্তদা শিনশঙদা নিপানা খুদোংচাবা লৌদুনা ওৎ-নৈবিবা পূম্বা লৈহন্দনা পুক্নীং চঙনা শিন শূবা ঙমজনবা মফম ওইহনগদবনি হায়না হায়রি। ১৯৯৩ দা ইন্তরনেসনেল লেবর ওর্গেনাইজেসনগী সেমিনার মনিলাদা পাঙথোকখিবদসু নুপীবু শিনশূফমদা নিপানা ঙসিদি ভারতকী ওইনা আইন অমা শেমদ্রিঙৈগী মনুংদা ৱায়েনশঙনা লাউথোকপা চৎন-পথাপ অমা ওইনা সেক্সচুয়েল হেরাসমেন্ত হায়বসি নুপী অমগী নিপাগা থাক মান্ননা হিংজবা অমদি খূয়া তুশিৎনা হিংজবগী অধিকার অদুদা শীংনবনি হায়বা ৱারেপ লৈরে।

খুদোংচাবা লৌদুনা ওৎ-নৈবা পূম্বা নুপীদা মীচঙ-মীখায় নাইবা শাজৎনি হায়বা য়ানখ্রবনি। ঙসিদি ভারতকী ওইনা চৎন-পথাপ অমা ওইনা সেক্সচুয়েল হেরাসমেন্ত হায়বসি নুপী অমগী নিপাগা থাক মান্ননা হিংজবা অমদি খূয়া তুশিৎনা হিংজবগী অধিকার অদুদা শীংনবনি হায়বা ৱারেপ লৈরে। মরম অদুনা কনাগুম্বী নুপী অমা অসিগুম্বা মওংদা অৱাবা নংলবী ওইরবদি হায়কোর্টতা কাদুনা ক্ষেতিপুরন ওইনা তানবা য়ানবা লম্বী অমা কোর্টকী ৱায়েন অসিনা হাংদোকপিরে।

এপারেল এক্সপোর্ত প্রোমোসন কাউন্সিল ভাসর্স এ কে চোপরা এ আই আর ১৯৯৯ সুপ্রিম কোর্ট ৬২৫ হায়বা কেশ অসিদা থবক তৌবী নুপী অমনা মায়পাক্কা মঙোন্দা সেক্সচুয়েল হেরাসমেন্ত অমা থবক মফমদা থবক তৌমিন্নবা নিপা একে চোপরানা চৎলকপদা ৱাকৎনদুনা নিপা অদু মফম লৌথোকহনবা ঙমখি। কেশ অদু সুপ্রিম কোর্ট য়ৌনরকপদা সুপ্রিম কোর্টনা নিপা অদু মফম লৌথোকপদু মতীক চারে হায়না রাই তাখি। কোর্টনা

হায়খি, অসিগুম্বা থৌওংসি থবক তৌজরিবী নুপীশিংগী য়েংদুনা অকনবা দন্দি পীবা চুম্মী। করিগুম্বা ঙাকপিরুরবদি থবক তৌজরিবী নুপী কয়াদা শোঙ্গহন্নবা মচাক ওইগনি।

লমদমসিদসু নুপীশিংনা থবক তৌবগী চৎনবী য়াম্না লৈবনি। অসিগুম্বা মতাংসি থোকপদা লোৎশিনবিদনা ব্রায়েনশঙদা পুথোকপিরকপা চুমগনি। ব্রারকপা ব্রাৎলকপা মীওইশিংদি ব্রায়েনশঙনা ব্রারকহনবনা মচু তাগনি।

# নিঙোল চাক্কৌবা লাক্লে

**হিয়াঙ্গৈ** থাগী নীনি পানবদা চহী খুদীংগী লাকই নিঙোল চাক্কৌবা। মীগী লমদা মহারাষ্ট্রদা ভৌবিচ, বেঙ্গোলগী ভ্রাতৃদ্বিতিয়া ঐখোয়গীনা নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। নীপাশিংনা মচন-মচেগী ময়ুমদা চৎনৈ অথূম-অহাওগী মথেলগী লূকোয়দা হরাও-তয়াম্বগা লোয়ননা পীজ-পীথক্তা মবুং-মৌপুরাবু পেলহন্নৈ। লদমসিদদি মবুং-মৌপুনা মচে-মচলশিংবু চাক কৌদুনা পেলহল্লগা দক্ষিণা তৌদুনা অঙম্বা সেবা তৌই। নিঙোলনা বর পীরম্বসি নুংঙাই-য়াইফবা ওই হায়না থাজনৈ। নিঙোলগী মমীৎতা মপি তাহল্লবদি মাঙ-তাকই হায়নৈ।

নুপীশিংদা কৌনবা মিঙ্গৌ ইচে হায়বা নুংশিত্রবা মিংসি ঙসিদি ইকৌ কৌনবা তাদ্রে। অঙাং অমসু নুপী অমদা নেনে হায়না হেক্তা মকৌখি। পোকমিন্নবা মচেদসু চেচে হায়না শেমদোক্লবা মিংদা কৌই। তাদা হায়বা মিংসিসু অদু মঙায় কনানসু কৌবিদ্রে। কৌন-ঙাঙনদবতা নত্তনা সাহিত্যগুম্বদসু পঙই ইনরক্ত্রে।

সংসারসিদা থোকপা ৱারী কয়াগী মনুংদা মচীন-মৌপ্পাগী নুংশিনবগী ৱারীনা ফনা পাক-চাউনা কোল্লি। কেগে সারা ওইরবা মোইরাং লমজা খম্বা-খম্নুগী ৱারীনা লমদমসি শক তাকই। লমদমসি মচীন-মৌপ্পাগী নুংশিনবগী লময়ৌবা ৱারীনা শকখঙনবা মচে অমগী মফম চাউনা কন্দুনা লৈবা মদুবু শকখঙবা লমদম অমনি।

মীগী লমদমদসু পঙৱাৎ ৱাৎপা নত্তে। থৱান থাগী পূর্ণিমা নুমিৎ লমদমসিগী ঝুলোন লোইবা নুমিৎ, রাক্ষি পূর্ণিমা নুমিৎনি। মপুরোইবনা লৈতবা মতমদা লৌনম চাউবা বহাদুর শাহনা চিট্টোরদা লান্দারকপদা চিট্টোরগী মহারাণীনা মুগল সম্রাত হুমায়ুন্দা মশাগী শারিগী মচেৎ অমা থারদুনা মবুংনি হায়না মানা লৌজরদুনা মচনগী চরৈগী ইকায়খুম্নবা ঙাকপিয়ু হায়রক্লবদা মুগল সম্রাত হুমায়ুন্না হিন্দু মচন অমগী ইকায়খুম্নবা কন্ননবা অঙম্বা মখে হোৎনখিবদা খোঙহৌ খর্জিক থীনখিবনা মথন্তা মথ্বায় থাজখ্রবী মচনগী হকচাং ওইনা থেংনখি। অশাওবনা খাম্নবা ঙমদ্রবা হুমায়ুন্না বহাদুর শাহবু শিবগী চৈরাক পীখ্রবদা বহাদুব শাহগী মচন অমা লৈহৌরি খঙলকপদগী মথ্বায় কনবিখিবগী ৱারী ঙসিসু অমর ওইনা লৈরি।

য়ূম অমত্তদা মচীন-মৌপ্পাগী ওইনা লৈমিন্নরম্বদগী নিঙোলনা ময়ুম পানখিবা, পিবাশিংগীনা মৌ লাকখিবা অওনবা কয়া অমা লাক্তুনা ইমুং-মনুংগী আইনদা (ফেমিলি লো) অচৌবা চৈথেং কয়া অমা লাকই। অহানবা পনবা য়াবদা মপানা লৈখিদ্রবদা লন-থুম ফংহৌবগী অধিকার রোমদনি।

নুপীদি লুহোংবা মতমদা অউনপোৎ খরা পীরগা মাগী নীপাগী ময়ুমদা মৌ ওইবা হৌখি। অহল-লমন্না লৈখিদ্রবদা মখোয়না থম্বিরম্বা লন-থুম য়েঙ্খোকপগী থবকসি পাঙথোকপা মতমদা নিঙোলশিংদি য়ূম্নাক অমগী মৌ, নীপা অমগী লোয়নবী, মচা ময়ামগী মমা অমা ওইদুনা য়ূম্নাক অমগী মৌ ওইদুনা লৈখ্রবনি। খুদম ওইনা হিন্দু সকসেসন এক্ট, ১৯৫৬ হায়বা আইনসিদা মপা অমনা হুন্দোক্রম্বা লন-থুম পূম্বা লুখ্রাবী নুপীদু, মচানুপী নীপা ময়ামদু পুন্না চপ মান্নবা শরুক্তা য়েঙ্খোক্নৌ হায়। অদুবু, অতোপ্পা য়ূম্নাক্তা ওঙখ্রবী কয়ানা মপামগী ইম্খোলদা শরুক লৌদুনা য়ূম হোংলকপদা চানদবা কয়া থোকপনা ফংফম থোকপা নুপীগী লন-থুম আইন্না ফনা পীদুনসু নুপী কয়া অমনা লৌবিদদুনা লৈথোক্লি। লাইবক থীবা নিঙোল কয়ানা মপামদা হল্লক্তুনা লৈরগে হায়না হল্লক্লবদুসু চঙহন্নীংদদুনা য়েৎনরকপদগী কেশ কয়া তৌনদুনা লৈখায় তানদনা মবুং-মচন কয়া হৌজ-হৌজ চৈরাপ গারোৎ কানবা মতাঙ কয়া অমসু থোক্লরি। হিন্দু সকসেসন এক্টনা নুপীশিংদা মপানা নৎত্রগা মপুরোইবনা হুন্দোক্রম্বা লন-থুম ফংবা য়াই হায়বতনি ফংহন্নবগী লম্বী অমদি তোঙাননা য়াৎপিবা নত্তে। অদুনা লন-থুম শরুক পীনীংলক্তবা মতাংদা নুপী অমনা সিবিল কোর্টতা চৎতুনা কেশ তৌবা তাবনি। কনাগুম্বী ফনা য়াম্না মীগীদা তাংদুনা লৈরগা কেশ তৌনা তৌনা লন-থুম ফংদনা শিখিবা য়াওখ্রবনি। অদুনদি হিন্দু সকসেসন এক্টনা লন-থুম ফংহনবদি নৎত্রে, মবুং-মচন কেশ তৌনহনবনি নুংশিনহন্দবনি। ৱায়েনশঙশিংনসু লনাইগী ৱাহঙ্খোক মখল মখল পুথোকই মরম অমদুনা নুপীগী শরুক ফংহনবা য়ানবা মতাং চাবদা ধর্ম্ম বিচার তৌবিবা মীয়াম্না পাম্লগনি। হিন্দু সকসেসন এক্টকী সেক্সন ১৪ শুবদা হায়রি কনাগুম্বী হিন্দু নুপী অমনা মপামগী ইম্খোলদা লেপ্তুনা লৈরকপনা মপানা শিখ্রবা মতুং ফনা ওইরবসু হিন্দু সকসেসন এক্ট হেক চৎলকপা নুমিৎ ফাওবদা লেঙদনা লৈরক্লবদি আইনসি চৎখৈঙেদা মপূ অমা ওইবগী অধিকার লৈরে। অদুনা মচন-মবুং কেশ তৌনবা কয়াদা শিখিবা তারীখ নীংশিংনহৌদবদা, মবুংশিংনা মপাদু আইনসি চৎত্রিখৈঙেদা শিখ্রবনি অদুনা নুপীশিংগী ইম্খোল শরুক ফংনীংঙাই লৈতে হায়না প্রমাণ তৌননবা কন্না হোৎনৈ। নুপীশিংনা অমুক আইনদু চৎত্রিখৈঙেদা ইপা লৈখিদবা ওইরবসু ইপাগী ইম্খোলদা আইনসি চৎলকপা মতম ফাওবা লৈরকপনিনা ইম্খোলগী মপূ ওইখ্রবনি শরুক ফংফম থোকই হায়না য়েৎনৈ। ৱায়েনশঙশিংনা বিচার তৌনবকই। পেল্লরক্তদুনা অৱাংবা কোর্ট য়ৌনৈ। সুপ্রিম কোর্ট কাসু য়ৌনৈ। অসুন্না আইন কয়ানা মচীন-মৌপুৱা কেশ তৌননবা থৌজীনবা ওইনা থোক্লবা, চাওখৎপগী চৈথেঙনা অরিবা মিঙ্গৌ ইচে কা হায়বা তাদা কা হায়বা থম্মোযদগী থোরকপা মিঙ্গৌ কয়া চৎনহনখিদবা মচীন- মৌপুৱা নুংশিনবগী ৱারী খম্বা-খমুগী ৱারী খুন্নুংগী ৱারীনি হায়না মীরায়বিরবা হিন্দু মুসলিম মচীন-মৌপুৱা ওইনখিবা ৱাক্ষিগী ৱারীসু লমদমসিগী ৱারী নত্তে হায়দুনা কয়া থৌ-ৱা শাবিদবা, য়ুমদসু হৌরকপা অঙাংশিংদা কয়া কন্না ৱারক-ৱাতেম্বিদনা সোরোক্তা চৎপী নুপীশিংসি লৈবাকমচা তাদবা খোঙ্খোক্তা লরুদবা য়াদে হায়বগুম

কন্না হেনগৎলক্লিবা মওংসি য়ুমগী য়োক্লকপদা চুমথোকপিরক্তবা, নুপী কয়ানা নুংথিল পোবোপ্তফাওবা খরা চীকপা লম্বীদা চৎপদা নীংজিং মাঙজিংনরিবা, লৈকায়দকা লৈবা থৌ লৈত্রবা অহল কয়া অমনসু নুপীদা চৈথেঙ পীনীংনবা ঈনশিনবিরিবা, পূম্নমকসিনা ঙসি সমাজসিদা নুপীবু ইকায়খুন্নবা হস্তরকপা ওইরক্লি। নিঙোল চাক্কৌবা লাক্লে। চহী অমগী মনুংদা নোংমসিমক্তংদি নিঙোলনা মপামদা লাক্তুনা কেনা শেৎ-চাদুনা মপানা নৎত্রগা মবুং-মৌপুব্বানা চাক কৌই। চহী চুপ্পা কেশ তৌনব্বদা, নিঙাই-শংদান্নবদা নাকপাক নাকপাক লেপ্পরুরবা মচীন-মৌপুব্বা কয়া নুমিৎসিনা লাকপদা কাওথোক্লখিবা ওইসনু। মচীন-মৌপুব্বাগী নুংশিনবা য়ুম-য়ুমদা মরা চেৎলবা মতমদতা নুপী নীপাগী মরক্তা থোক্লক্লিবা হিংসাগী শক্তম কয়া হস্তরকপা ওইগনি। য়ুম য়ুমদা মচীন-মৌপুব্বানবু নুংশিনরবদি সমাজসিদা মচীন-মৌপ্পাগী নুংশিনবা ব্বাখল্লোন চেনবা সমাজ অমা ওইরনি। নিঙোল চাক্কৌবগী অর্থ খঙহন্নীংঙি। নিঙোল কয়ানসু মবুং-মৌপুব্বাদা মীনা পু-থাংবা ঙম্মোইদবা দক্ষিণা হাপ্পবা দন্দি তৌফদে। খ্বাইদগী মমল য়াম্বা দক্ষিণাদি থম্মোয়গী নুংশিনবনি। শেল চঙদবা নুংশিনবসি মরাঙ কায়না য়েনবিয়ু নিঙোল চাক্কৌবা লাক্লে।

# লুহোংবদা অউনপোৎতা মন্তীক্লবগী চৎনবী অমদি আইনগী মীৎয়েং

**চহী** খুদীংগী ফাইরেন-লমদা থা অনিসি লমদমসিগী লুহোংবা পন্থা ওইনা তৌদুনা লাকই। নোংমদা লুহোংবা য়াম্না ফাংনৈ। লুহোংবগী পোৎপাং পীনবা হোৎনবদা য়ুম কয়াদি য়ুম্বুবী য়ুম্বুবা কয়া মকোক শানৈ। লমদমসিদা লুহোংবদা মায়কৈ অমনা অমদা মমল পীদুনা য়ানবগী চৎনবী অদুম তাবা উবা ফংলকই, খুদম ওইনা মুসলিমশিংগী লুহোংবদা নীপানা নুপীদা মমল অমা লেপই মদু খুদক্তা পীনবসু য়াওই কোন্না পীনবসু য়াওই মদু ডাব্বার নৎত্রগা মেহর কৌনৈ। চীংমীশিংগী মরক্তনা মংকৎ হাবা হায়দুনা লন-থুম কোংবগী চৎনবী লৈ। মসিনা শেন ওইনা পীনবগী ৱানি। মসি নত্তবদা খুদোলপোৎ ওইনা পীনবা অউনপোৎ হায়না খঙনবরোমদা ঙসি লুহোংবা অমদা অউনপোৎ উনবগী চাংদা য়াম্বা তান্নবা লমজেল অমসু উবা ফংলকলি। মরম অদুনা লুহোংবা হায়বা য়াম্না শেংলবা সংস্কার অমবু মন্তীক্লবা লম্লোন-ইতিক লোমদা কন্না চখরকপসু উবা ফংই।

অউনপোৎ খরা হাপ্পদি চৎনবীনি হায়না লৌবদি য়ারম্বনি। মরমদি, নুপী অমনা য়ুম অমদা হেক লাকপদা মানা হীপ্পবা ফমুং চান-থক্লবা পুখম তেংকোৎ অমদি শেৎন-চানবা ফিরোল খরদি মশানা হেনগৎলকপা তাবনি। নুপী অমা য়ুম অমদা মৌ ওইনা লাক্কদবনিনা মদুমক্তু নীপা ময়ুমদুনবু লাঙফম থোকপনি। অদুবু, লুহোংবা পাঙথোক্লবা পোৎলুম অদু খরা থাংজ-পুজ তৌমিন্নবা নুপী ময়ুম্না নুপীদুনা শীজিন্নজরুনবা পোৎ-চৈ খরা অদুক লাঙবিবগী ৱাতনি। ঙসিদি নুপী অমা লুহোংবদা অউনপোৎ য়াম্না পুরক্কনি হায়না আশা তৌনৈ, রিফ্রিজরেটর, টি. ভি. চাকথোংনবা গ্যেস, মখোঙ অনী পানবী থৌনবা ইঞ্জিন গাড়ী অসিনচিংবা দরখাস্ত থারকপদা খাইননবগী হুকুম তাপ্লবা কেশ য়াওরে।

অদুঙৈদগী হৌনা হিন্দু ধর্ম্মশাস্ত্রদা লুহোং লকপা মতমদা নুপী অমদা শাগৈ-নাতৈশিং না ঙমজবা দান খুদোলপোৎ হাপ্পগী চৎনবী 'স্ত্রিধন' হায়না খঙনদুনা চৎনরকই। হিন্দু লোগী মপী-মপা ওই রিবনি হায়না লৌনরিবা মনুগী মোত মতুং ইন্না 'স্ত্রিধন' মখল ৬ শুই মখোয়দুদি নুপী অমনা কন্যা অমা ওইনা বরগা লুহোংনবা ফম্মিন্নরিঙৈদকৎপা দান অদুনি মদু 'অধ্যাগ্নী' কৌই, মথংদা লুহোংবা লোইরদুনা নুপীদু মপাগী ময়ুমদগী নীপা ময়ুমদা থিনবা মতম্দা অমদি চৎলিঙৈদা নুপীদুদা পীবা খুদোলপোৎ খুদীংমক অদু 'অধ্যাবহানিকা' কৌই; মথংদা পল্লম্বা স্ত্রিধনদি মমা-মপা নৎত্রগা মবুং-মৌপানা নুপীদুদা পীবা খুদোলপোৎ পুম্লমকনি, অরোইবা স্ত্রিধনদি নুপী অমনা লুহোংবা মতমদা মনেম-মকু ওইগদৌরিবশিংদুনা নুংশিদুনা

মমৌদা পীবা খুদোলপোৎ মদুবু 'পৃতিদত্তা' অমসুং 'পদবন্ধনিকা' হায়না খঙনৈ।

অসুন্না থায়নদগী নুপী অমনা লুহোংবা মতমদা ম রী-মতা মমা-মপা কয়ানা ঙমজবা খুদোলপোৎ খরা তম্বগী চৎনবী লৈরকপনি। মদুগী চৎনবীদু শকফম কায়না চৎনবা হৌরকপা ঐখোয়না উবা ফংলকপগী রাতনি । মসিগী অউনপোৎ উনবগী চৎনবীসিনা আইন্দা লোঙথোরকপা থৌদোক অমদি খাইনরকপা মতমদা ওই। খাইনরকপা তম্বা ঙমদে। লুহোংবা মতুংদা মতৈ-মনাও খাইনরকপা অদুম থোক্তুনা লৈবা রাফম ওইরি। রাহং অমা হংনীংই খাইনরকপা নুমিৎতা লুহোংবদা পুরকপা অউনপোৎতুদি নীপানা হন্দোকফম থোকপরা? মরমদি মদুদা পুরকপা অউনপোৎ ময়ামদু মতৈ-মনাও অনীমক্কা শীজিন্ননবা হায়দুনা নীপা ময়ূমদা কৎপ্রবনিনা অমুক লৌশিনফম থোকপ রা হায়বা রাহংদুনি।

প্রতিভা রাণী ভার্সস সুরজকুমার এ আই আর ১৯৮৫ সুপ্রিম কোর্ট ৬২৮ দা থোকখিবা রাথোকসু মদুমকনি। লুহোংবা নুমিৎতা প্রতিভা রাণী মমা-মপানা খুদোলপোৎ ওইনা পীরকপা পোৎ-চৈ মরাং কায়না পুরকখি। লুহোংবদু কায়নরবদা খাইনদুনা মপামদা হল্লকপা মতমদা লন-থুমশিংদু (অউনপোৎশিংদু) হন্দোক্রবা হায়বদা নীপা ময়ূম্না য়াদ্রবদা রায়েনশঙ য়ৌনরকপনি। কোর্টনা হায়খি, লুহোংবা মতমদা নুপীনা অউনপোৎ ওইনা পুজরকপা পুম্বা 'স্ত্রিধন' হায়বদুনি। মদুদি নুপীদুগী য়েৎনবা লৈত্রবা শেংলবা লন্নি। মদু লুহোংবা নুমিৎতা নুপীদুনা শীজিন্নজনবা নীপা ময়ূমদা পুজরকপনি। মদু কায়নরবা মতমদা মানা অদুম পুজখিবদা থিংফম থোক্তবা লন্নি। মরম অদুনা অদুগুম্বা লনশিংদুবু হন্দোকপিদনা থিংলিবা নীপাদু ক্রিমিনেল ব্রিচ ওব ট্রস্টকী মরাল লৈ আইপি সিগী ৪০৬ কী মখাদা দন্দি ফংনীংঙাইনি হায়না রাই তাখি।

লুহোংবদা মমল লেপ্পদুনা মস্তীক্রদুনা, শেন লৌনদুনা হোঙবা থিংবা আইন অমা লৈ। আইন অদু ডাউরি প্রোহিবিসন এক্ট, ১৯৬১ কৌই। আইন অদুনা কনাগুম্বনা লুহোংবদা নুপী ময়ূম্নবু ওইরবসু নীপা ময়ূম্নবু ওইরবসু শেন মস্তীক্রদুনা লুহোংবগী য়ানবা ওইনা শেন লৌনরবদি মদুগী মরাল তৌরিবা মীওই পুম্বা কৈশুমশঙদা মিয়াৎ চহী ৫ দগী তাদনা অমদি ফাইন্দা লুপা ১৫,০৩০ দগী তাদনা তৌগনি।

থায়নদগী লুহোংবদা নুপীদা ঙমজবা দান খরা পীনবগী চৎনবী লৈরকপনা লুহোংবা মতমদা পীনবা খুদোলপোৎশিং পীদবা য়াদে হায়না হায়বদগী পীনবদি নত্তবা পুম্বদি আইন্দুনা থিংদে হায়রি। দি ডাউরি প্রোহিবিসন (মেন্টেনেন্স ওব লিস্ট ওব প্রজেন্টস টু দি ব্রাইদ এন্দ ব্র ইদগ্রুম) রুলস, ১৯৮৫ গী মতুং ইন্না স্টেট খুদীংদা লুহোংলিবা মায়কৈ অনীমক্কা কন্যাদা উল্লকপা পোৎ-চৈ লন-থুম পুম্বা চে অমদা ইথোক্তুনা লেংথোক্লগা মায়কৈ অনীমক্কা সোই তৌদুনা লেপথোক্লগা মদুগী পোৎ-চৈশিংদু চাউরাকপা মমল অমসু লেপথোক্তুনা তাক্লগা মদুগী পোৎশিংদু কনা কনানা পীরকপনো হায়বা মীশিংদুসু উৎলগা পীরক্লিবা মীশিংদুগা বর নৎত্রগা কন্যাদুগা লৈনবা মরীসু উৎলগা মফমদুবু কোল্লিবা ডাউরি প্রোহিবিসন ওফিসরদুদা

লানখৎকদবনি। ষ্টেট গোবর্ণমেন্টনা মী ৫ না শাবা এডভাইজরি বোর্দ অমা শেমগদবনি, মদুদা য়ামদ্রবদা নুপী ২ দি য়াওগদবনি লোইনমক সোসিয়েল ৱেলফেয়র ওফিসরগী ফম পায়বা মীওই ওইগদবনি। বোর্দ অদুনা ডাউরি প্রোহিবিসন ওফিসারদুদা মতম মতমগী ওইনা লুহোংবগী ডাউরি লৌনবগী মতাংদা পাওতাক পীগদবনি।

পরম্পরাদা য়েংলুবদা চৎনরকপা 'স্ত্রিধন' অমদি শমথরক্তুনা অউনপোৎ পীবগী মাল-চাং পাকথোক- চাউথোরকপা, ডাউরি প্রোহিবিসন এক্টনসু খুদোলপোৎ পীবদি থিংলমদবা পুন্নমকসিনা ঙসি শেন ওইনা লৌনবা নত্তবদা অউনপোৎ ওইনা উনহল্লক্লবগী চক্রি তৌনবা , নমদুনা নৎত্রবসু নাকোয়ননা মন্তীক্লবা ফোংনা মীৎমাঙদা উবা ফংনরে। লমদমসিদা ডাউরি প্রোহিবিসন ওফিসর হাপত্রিবা করিগীনো, করিগীদমক্তা অউনপোৎকি মচলশিংদু লেংথোক্তুনা কনানা খুদোল তৌরকপনো অপুনবা মমল কয়ানো, হায়বা উৎতুনা লানখৎহল্লোইদবগী মরম লৈব্রা? অপুনবা মমল কয়া ফাওবা য়াগদগে হায়বা চাং অমসু আইন্না কক্তুনা পীবা চুম্মী। ঙসি হরিয়ানাদা চৎনবা শেমজবা ডাউরিগী নিয়মদা লুহোংবদা চঙহনগদবা শেনগী চাং লুপা লীশীং ৫ দগী হেনবা য়ারোই হায়না লেপ্লি। অমনা লুহোংবদা সনা-লুপা, ফি-রোলনচিংবা অউনপোৎ অমত্তা লুহোংবদা থেনদুনা থম্বা য়াদে হায়রি। লুহোংবগীদমক্তা চৎকদবা মীথীৎতদি মী ২৫ অদুগা বেন্দ খোংবা ১১ দগী হেনবা য়াদেসু হায়রি। ৱাফমসিমক হিমাচল প্রদেশতসু চৎনৈ, মদুগী মথক্তা ৱাফম অমসু হাপচিল্লকই লুহোংবা লাকপা কাঙবুদা চাক চরা অনীদগী হেন্না পীজবা য়ারোইসু হায়রি। কনাগুম্বনা হরিয়ানা, পঞ্জাব অমদি হিমাচল প্রদেশতা নিয়মসি কায়না লুহোংলম্বা কাঙবুশিং থা ৬ ফাওবা কৈশুমশঙদা মিয়াৎ অমদি ফাইন লুপা ৫০০০ ফাওবা তৌনি হায়রি।

লমদমসিদসু অসিগুম্বা লুহোংবগী অকল্লবা নিয়ম খরা শেম্বা চুম্মী। লুহোংবিরক্লদৌরিবা নুপী-নীপা মনেম-মকু ওইরক্লদৌরিবা কয়ানসু ৱাফমসোমদা খরা শম্বা চুম্মী। ঙসি লুহোং বগী অউনপোৎ য়াম্বা তান্নবসি লৈবাক্কী মাঙনবা অকিবগী, মশক ওইববা ফীভম অমনি লাকশিনবা চুম্মী।

# 'মালেমসি নুপীনা থাকপনি' হন্দক্তা খন্নখিবা ৱাফমনি

**চীঙ্গাক্কী** মতাঙদা হন্দক্কী চহীগী ৱাখল্লোন অমদি " মালেমসি নুপীনা থাকপনি" হায়বা ৱাফমসিনি। অদুবু, চপ মান্ননা শৃমিন্নরিবা ময়ামদুদা নোংমগী খৃৎনেক মমল ওইনা পীনবদা নুপীনা নিপাদগী খৃৎশুমন তানা পীবসিদি ঙসিসু ফোংনা চখরিবা থবকনি। ভারতকী সংবিধান লৈঙাক পথাপ্না নুপী অমদি নিপা খৃৎশুমন মান্ননা পীগদবনি হায়বা থৌদাং য়াৎতুনা খঙহনখিবদি চহী নিফু হেল্লবনি।

মালেম শীনবা-থুংনা পাঙথোক্লবা থৌরম কয়াগী মনুংদা চাবা-থকপা, য়োকপা-থাকপগা মরী লৈনবা নুমিৎ ওক্তোবরগী তাং ১৬ ৱার্ল্ড ফুদ দে অমদি ওক্তোবরগী তাং ২১ "গ্লোবেল আইওদিন দিফিসিয়েন্সি দিসওর্দরস দে" হায়বা মরুওইবা নুমিৎ অনীখক্নি। চীঙ্গাক্কী মতাং দা হন্দক্কী চহীগী ৱাখল্লোন অমদি "মালেমসি নুপীনা থাকপনী" হায়বা ৱাফমসিনি। নুমিৎ অসি য়ুনাইতেদ নেসনসকী ফুদ এন্দ এগ্রিকলচর ওর্গেনাইজেসন লিংখৎখিবা নুমিৎ অদুনি। অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা মালেমসি নুপীনা থাকপনি 'ৱুইমেন ফিদ দি ৱার্ল্ড' হায়বা হীরম পুথোক্তুনা লমদমসিগীসু থৌরমদু পাঙথোকখি। হীরম অদু সংসারসিনা নুপীগী থৌদাংবু শকখঙদুনা ৱারেপ লৌবরা, নৎত্রগা নুপীশিংবু থাগৎতুনা হরাওহল্লিবরা হায়বা ৱাফমসু খন্থবা চুম্মী। তশেংনা থম্মোয় শেংনা লৌবা ৱারেপ ওইরগনা সমাজনা মখোয়বু থাকপিরি হায়রিবা নুপীশিংদা করম্বা তৌবিমল খঙবদি থবক ওইনা উৎলবগে হায়বসু খঙজিনবা চুমগনি।

লমদমসিদা থোক্লিবা অমদি উরিবা শক্তম খরনা খুদম পীদুনা য়েংবা য়াই। হিংবদা খ্বাইদগী চঙদবা য়াদ্রবা চীঙ্গাক মরু ওইরবা ফৌ, গেহু, জৱার, বাজরা লৌবুক্তা থারগা লোকপা ঙাক্তনি, মদুগী মনুংদা মফমসিগীনা ফৌনি। লৌবুক অমদা লৌ-লিংবা, পেংবা, হাবেঙবা, খাওবা, য়ৈবা, হোনগৎপা থবক পূম্নমকসিদা কোয়না চৎতুনা য়েংবা মীৎনা উবা শক্তমদা লৌ শূবদি নুপীনা নিপাদগী মশীং হোল্লি। অদুবু, চপ মান্ননা শূমিন্নরিবা ময়ামদুদা নোংমগী খৃৎনেক মমল ওইনা পীনবদা নুপীনা নিপাদগী খৃৎশুমন তানা পীবসিদি ঙসিসু ফোংনা চখরিবা থবকনি। ভারতকী সংবিধান লৈঙাক পাথাপ্না নুপী অমদি নিপা খৃৎশুমন মান্ননা পীগদবনি হায়বা থৌদাং য়াৎতুনা খঙহনখিবদি চহী নিমফু হেল্লবনি।

লৌবূক্কী ম হয়-মরোং পুথোক্তুনা মীয়ামদা ফংহনবদা নুপীশিংনা ইখোল কোইবগী মপুংওইবা থৌদাং লৌবদা নত্তুনা মহয়-মরোংদু কৈথেলদা পুথোক্তুনা য়োল্লকপদি নুপীশিং তননি। ভারতকী লৈঙাক পাথাপতা য়াওরিবা ষ্টেটশিংনা থবক শূরিবা মীওইশিংদা মীওইবা

অমনা থবক শূদুনা লৈবদা মতীক চাবা মফম অমা ওইহল্লু হায়রিবা ৱাফমসি কৈথেল ফম্বীশিংগী পুল্লিদা পানশিনদুনা য়েংবিবা য়াই। লৈবাক্কী কৈথেল অচৌবসিদা শঙ লৈত্রবা লম্বীগী নাক-য়েৎতা নুংশা মরক্তা ফল্লি, অকোয়বদুনা অমোৎ-অকায় পৈফম কাঙ-তুমিৎ হয়িংখোংয়াম্বী ইল্লবা, তুক্কচরবা মফম মরক্তনি। ষ্টেট অসিনা মালেমবু থাকই হায়রিবা নুপীশিংদা করম্বা মখলগী ইকায়খুম্নবনো পীরিবসে মসিগী মথক্তা ষ্টেটনা লৌইরিবা লম্বী সড়ক লোয়শঙগী ফিজোল নাইবা অঙম্বা ময়াম অমা থাদোক্তুনা মফম চায়গা চাদেগা হায়দুনা হুই-হৌদোঙদৌনা তাল্লি। অদুবু, মখোয়দি খাঙবা কল্লি, মপূকচেল তল্লী, কনাদসু ৱাকৎলুদে, মচা-মৱা থাকপা ঙম্নবা লূকমায় পাল্লি, মখোয়বু তাথী-তাওইনা তৌবিখ্রবা মরকসিদা।

অচৌবা বিল্ডিং শাফমদা, চেক শাফম লমহাঙদা, রাইস মিলগী চেঙকূপ-ৱাইকূপ মরক্তা আইনগী লৈশি-লৈথোন য়াওবা মিংগৌদা ফেক্টরী অমনি হায়না খঙন রবা নৎত্রগা ইন্দস্ট্রিয়েল এস্টব্লিসমেন্ট কয়াদা নুপীনা নমনা য়াওই। মসিসু পঙয়েৎ য়েৎননীংঙাই লৈতে। ভারতকী লৈঙাকপথাপনা, ফেক্টরীজ এক্টনা অদুগুম্বা শিন্মী নুপীশিং পূম্বা মখোয়না অঙাং উনবা মতমদা থা ৩ পোত্থাজবা ফংহল্লু হায়রিবসিসু ফংনরিগদ্রা, খঙলম্বা য়াওরম্লবসু থবক লৌথোক্কনি কিবদগী হায়বা ঙমজদনা তোক্লিগদ্রা। লৈবাক মচা তাবা কয়ানা থিজিন-হুমজিলবিবা চুমগনি।

ইমুংগী লৈরঙনা মৈ মূৎত্রিমখৈ য়ুমদু নুংঙাই-য়াইফে। মফমদুদগীনি ইমুং অমগী থবায় ওইরিবা চানা-থক্ৰবা পূম্বা পুথোরকইবসে। মফমসিদগী থোং-থাক্তুনা ইমুং পূম্বা পীজপীথক তৌবগী থৌদাংদি নুপীনা লৌই। মসিমসু পঙয়েৎ য়েৎননীংঙাই ওইদে। য়ুম অমা লেপ্পা হায়বসিসু নুপী অমা চঙদবা য়াদবা ওইনা তৌই, মরমদি নুপীবু য়ুম হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বা নিপা অমনা লুহোংদুনা নুপী অমা লৌরবা মতমদদা মাবু য়ুম পাল্লে হায়না খঙনৈ। মীওইবসি শূদবদি য়াই চাদবদি য়াদে। অদুনা লৈরঙ মৈহৌহন্নবা নুপী কয়ানা শিনফম অমা পায়দুনা শেম্ভোক লৈনবা অদুম মহোৎনৈ। ময়ামদুগী মনুংদা শহর ময়ায়গী সিনেমা হোল মমাঙগী নুপীনা সিনেমা ট্রিকেৎ যোনবী ওইবগী শক্তমসিমদি য়াম্না ফজদ্রবা অমনি। মসিসু শেম্ভোক লৈনবা তৌরিবনি হিংনবা অমদি হিংহন্নবা মাগী মচা-মৱানচিংবা। মদু ফাওবা ফজদবা থবক অদুবু মদুসু ইমুং মনুং থাক্রবনি। অদুবু উপাই অমা তৌদুনা ফত্তবা শিনফমসিদগী কনবিবা য়ারবদি পঙ্বা চুমদে। আইন্না ফাদুনা ৱায়েনশঙদা পুথোকপা অমদি ফাইন তৌবগা থাদোকপা খক্তনদি পঙকান কান্নগদবা মান্দে। মালেমসি নুপীনা থাকই হায়না য়ানরবদি মচু তানা শিনফম অমা পায়জরগা মদুদগী থোকপা শেম্ভোক্লা থাকচনবগী খুদোংচাবদি ষ্টেটশিংনা পীবিগদবনি।

ঙসি অন্তরজাতিগী ওইবা চৌঙ্গাক্কী নুমিৎনা লাকখিবসিদা সংসারবু থাকপীরিবা নুপী-শিংনা হেন্না পুক্নীং থিংজিনবা য়াবা ৱাফমদি মচি লৈবা চৌঙ্গাক, চাবদা কান্নদ্রবা পোৎ

থোং-থাকপগী চেকশিন-থৌরাঙ কয়া লৌদবা য়ারক্লে। ময়ামদুগী মনুংদা আইওদিন হাপ্পা থুম শোয়দনা শীজিন্নবগী তঙাইফদবা লৈ হায়বসু কাওবিগনু। দি প্রিবেন্সন ওব ফুদ এদল্টরেসন এক্ট, ১৯৫৪ অমদি রুলস, ১৯৫৫ গী মখাদা ঙসিদি আইওদিন হাপ্তবা থুমদি এদল্টরেটেদনি হায়না লৌদুনা য়োনবদা অথিংবা লৈবনি। আইওদিন হাপ্লে হায়না ইদুনা ময়োম ওইনা য়োল্লিবা থুম লৈদুনা শীজিন্নবনা মীওইবদা তীঞ্জেন-লায়চেন থোক্তনবগী অচৌবা পাম্বে অমনি। অদুনা নুপীশিংনা মালেমসিবু থাকপদা আইওদিন হাপ্পা থুম শীজিন্নদুনা মাগী মপান তাংনা হিংলিবা মচাশিং অনা-অয়েক্তগী লাপ্নবা তৌবিয়ু।

সংসার পুম্নবু কোনবিরিবা প্রকৃতি ইমা মালেম লৈমনা ময়াম্বু কোনবিরবসু মালেম পৃথিবীনা লুম্বরা পলেম ইমানা মহেল্লি হায়না হায়নরি। পলেম ইমাশিংনা মচাশিংবু তশেংনা থাক্লি। ঐখোয় পুম্নমক মদুগী তৌবিমল খঙবা উৎফম থোকই। মচা অমনা মানা ঙমজবা সেবা ফনা তৌদুনসু খোল্লাং নাম্মগী লমন ফাওবা শিংঙমদে হায়নৈ। রাফমসি খম্বরবদি রাহং অমা লাকই, মালেমসি নুপীনা থাকপা ওইরবদি মদুগী তৌবিমলদি ঐখোয় করি তৌরি?

# আইনগী পাও-চেদগী, তেনশিন্না লীরবা ৱারী অমা

য়ুম্নাক-শাগে তিন্নদবা নুপী অমগা নিপা অমগা কনানা ঈনশিল্লুবা তৌদনা মশানা য়ানীংনা পুন্সিগী ওইনা তিন্নদুনা লৈমিন্নবা চৎনলোনচৎ অমবু লুহোংবা হায়না খঙনদুনা চাওখৎপা সমাজশিংনা য়ানরি। মসিগী পান্থৈসিতনা চাদা-নাউদা শন্দোকপা ঙম্নবা শেংলবা চৎনলোনচৎ ওইরি। লুহোংবা পাপ নত্তে, মীওইবা অমনা পোকপদা লোয়নরক্লবা অধিকার অমনি। অধিকারগী ৱাফম নত্তবদা মীওইবা হায়বসি পূন্না হিংমিন্নবা পাম্বা জীবনি। অদুনা পুন্সিদা অমগা অমগা মরুপ শান্নবগী মথক্তা পুন্সিগী তৎন-থানররোইদবা মপাং অমা ফংজবা নৎত্রগা ফংনীংবা হায়বা ইথিলসি কনানসু ঈনশিল্লুদনা থোরকপনি। ৱামচন্দ্ররাওসু মীওইবনি। মীওইবা অমগী ইথিলদু অদুম মফাওই। ঈশ্বরনা শেম্লকপদা মাগী অৱাৎপা হায়ববু মহাক মখোঙ শোয়বা শোইনাইবা মী অমা ওইরকপদুনি। মদুমক্তনি মহাক থেঙলবা পুন্সি মতাঙ ফাওবা ময়ুম-মকৈ লেপচবা ঙমদবা অমা ওইখিবদো। শোইনাইবা মী অমগী পুন্সিগী খোঙবু ওইসি হায়বসি য়াইফ তানখৎলক্লিবা নুপী অয়াম্বনা য়ানীংলোইদবা ৱাফমনি। অমরোমদা ৱামচন্দ্রদি মশানা য়ানীংনা মাগা য়ুম পানমিন্নবদা য়াজরবী অমগা য়ুম পানবা ফংনবা অসুক কুইনা ঙাইজরক্লবসু মাবু নুংশিবিবদগী নুপীনাদি য়বিরকপা পামখিদে।

মরী-মতাশিংনা থি-হুমদুনা জমী কৌবা খুঙ্গংদগী ময়ায় ওইনা শেল পায়বা ইমুং অমগী নুপী শক-চুদা ইৱাৎ ৱাৎতবী অমা ইথা থাজদনা হায়নদুনা ১৯৮৩ দা লুহোংবা অমা পাঙথোক্লুনা বিসাখাপটনমদা মতৈ-মনাও ওইনা লৈবা হৌরকখি। নুপীবু য়ুম হায়না খঙনৈ, মরম অদুমক্তনি ৱামচন্দ্ররাও ময়ুম পাল্লবা নিপা অমগী থাক্তা চল্লিবসে। মাগী নুপী ধনলক্ষ্মীগী মওং-মতৌ চাওখৎপা সমাজ অমগা নক্লরকপগী মমি তাই অদুবু, ৱামচন্দ্ররাওদি খুঙ্গংমচা অমা ওইবগী মথক্তা খোঙ তেকপা শোইনাইবা অমনি অদুবু, মখোয় অনী চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা মপাং অমনি হায়বসিদি অউবা মীওইশিংনা অদুম হায়রগদবনি।

অদুবু, খৎনবসু অদুম ময়াওরকই, মতৈ-মনাও খৎনবা। মতৈ-মনাও খৎনবা হায়বসিদি অঙকপা নত্তে চান্নবসু অদুম মথুবনি। অদুবু, চান্নরক্লবা লম্বেলদা অপনবা ওইগদবা অমদি ৱামচন্দ্ররাও মাগী নুপীগী মচীন্দগী খোঙ তেকপা হায়না চৈবা মীচৈদু তাবদুনি। ধনলক্ষ্মীগীসু অশোয়বা লৈ। মহাক য়ুম পান্দ্রিঙৈগী পুন্সিদা মশা ৱাইশংলক্তবী অমা ওইরুদুনা ইকায়বদু লোৎননবা মাইবগী মতেঙ লৌখিবী অমনি।

খৎনবদু খামজিনবিনবা লৈতবদগী নুপীসি মপামদা হনখিদুনা ১৯৮৭ তগী ১৯৮৮ ফাওবা চাউরাক্লা চহী অমা খাইনদুনা থোক্লাচঙনা তৌনদনা লৈনবা তাখি। চহী অমগী

মতুংদা নুপীদু অমুক হঞ্জিন্নবা রামচন্দ্রনা লৌরুদুনা ময়ুমদা পুরকপা মতমদদি মহাক মশা ৱাই শংদবী অমা ওইরম্বা হাপ্তা ১২ দগী ১৪ গুম্বগী মতম অমদা লৈরম্বা থেংনরে। চহী অমা চঙনদ্রবা মতুংদা মশা ৱাই শংলমদবদু রামচন্দ্রনা অঙাংদুগী মপা নত্তে হায়না লাওথোকপগা লোয়ননা ৱায়েনশঙ কানবম্মী। খাইনবা! দাইবোর্স! করি মরাল? এদল্টরিনি।

লুহোংবদু শেমজিনবা য়াদনা মচোই মচোই তানা কায়খিরম্মী। নুপীদুদা শীরিবা মরাল অদু কোর্টনা য়ানীংলম্মী। মখোয় অনী আইনগী মতেংনা খাইনরে। ৱাফমদু অন্ধ্রপ্রদেশ হায়কোর্টকী মমাঙদা য়ৌনরক্কুনা অমুক নৌনা কোর্টনা নৈনদুনা য়েংবদা খাইনবগী হুকুমদু শেমদোক্লবগী মরম ফংদে হায়দুনা খাইনবদু অয়াবা পীখিবা হুকুমদু অরেপ্পা ওইহনখি। (পাট্টা ধনলক্ষ্মী ভার্সস পাট্টা রামচন্দ্ররাও এ আই আর ১৯৯৮ অন্ধ্রপ্রদেশ ৩৪১)। অসিগুম্বা ৱারীসু মরক মরক্তা ময়াওরকই, পাঙদবা অশোনবা নিপা কয়ানা মশামক্কী লুহোংদুনা লৌরবী নুপী অমবু অমনা অমদা ভাব তান্ননা হোদোক্লনা য়ুম পানদুনা লৈবা ঙমজদবা মওংদা হিংবা খাইনবা নত্তবা উপায় পঙলৈদি লৈতে, নৎত্রগা খাঙবা অমা। তিন্নবদা অমনা অমবু, ঙাকপিবা ঙম্লররোইদবা ওইরবদি খাইনবনসু ফৈ। অদুনা চীক্লা-ঈংনা পানবা ঙম্বগী লম্বী অমসু ফংলকপা য়াই, নৎত্রগা অসুম তৌবনা ফৈ খল্লবদি অমুক অতোপ্পা মপাং থিনদুনা য়ুম পান্নবা ৱাখল্লোমদা ওইনা খনবসু য়াই। নিপানা নুপী ওৎপগী ৱারীদি মালেমসিদা মরাং কায়, অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা নুপীনা নিপা ওৎপগী ৱারীসু পঙৱাৎ ৱাৎপা নত্তে হায়বা ৱাফমসু পুক্নীংদা থম্বীবা ফৈ। অমনা অমদা ওৎপা হায়বসিমক ইফৎ ফত্তবা পোৎনি!

# নুপীগী নুমিৎ হায়না খঙনরবা ঐখোয়গী দিসেম্বর ১২

**অখন্নরবা** নুমিৎ খরবু লৈবাকসিগী ওইনা নৎত্রগা মালেমসিগী ওইনা নৎত্রগা লমদম অমগী ওইনা মিংথোন অমা পীদুনা নীংশিংনৈ। নুমিৎ ময়ামদুগী মনুংদা নুপীগী নুমিৎ হায়বা দিসেম্বরগী তাং১২ দা থোল্লিবা মিং অসিসু অমনি। অসিগুম্বা নুপীগী নুমিৎ হায়না মিং থোনবা নুমিৎ অমা লৈরকপসি ফৈ। মরমদি নুপীগী নুমিৎ হায়না মিংথোনবা লৈবাকসিগী রুওইবা অখন্নবা নুমিৎ অমা লৈত্রি। নুমিৎ ময়ামগী মনুংদা গণতন্ত্রগী নুমিৎ, ষ্টেটহুদ নুমিৎ, মে দে শিন্নীশিংগী নুমিৎ মেগী তাং ১, নীংতম্বা নুমিৎ, ওজাগী নুমিৎ, অঙাংগী নুমিৎ অসুন্না নুমিৎ ময়ামসিগী মনুংদা চঙ্লমদ্রবা নুমিৎ দিসেম্বরগী তাং ১২ নুপীগী নুমিৎ হায়না খঙনরক্তুনা নুপীগা সংস্থান খরনা কাঙজেবুংদা থৌরম পাঙথোক্কনি হায়না চে থেৎপসু উবা ফংঙি। নুমিৎ অসিনি নুপীলান থোকখিবা। নুমিৎ অদুবু লান হায়বা হিংসাগী শক্তম ওইরবা থৌদোক থোকখি হায়না ময়াম্না য়ানরবা নুমিৎ অসিদা হিংসোগী মিংথোন ওইবা লান হায়বা লোন অসি কাওথোক্লগা নুপীগী নুমিৎ হায়না খঙনরক্রি।

লান হায়বসি মাঙনা-তাক্লবা থৌদৌনি কিন্নীংঙাইনি। ইন্টরনেসনেল লোদা লান হায়বসি য়ানদবা অমা লৈখায় তাহন্নবা 'এ মিন্স ওব সেটলমেন্ট ওব ইন্টরনেসনেল দিসপ্যুট' হায়না হায়রি। অহানবদা লান্দারক্কনি হায়বা ৱাফম লাওথোক্তুনা খঙহন্নে। অদুদগী লৈবাক অমনা লৈবাক অমগী মথক্তা খূৎলায়, লৌশিং অমদি পাঙ্গলনা অমনা অমবু নমথনবা হোৎনৈ। লান লোইরবা মতমদা অঙম্বা কাংবুনা মায়থীরবা কাঙবুদুদা লান্দা থোকখিবা অমাঙ-অতাদু কুপখৎহল্লি। মরাল লৈবনি হায়দুনা লান্দা ফারক্লবা কাঙবুদু বিচার তৌই অমদি দন্দি তৌই। জাপানগী হীরোশিমা অমদি নাগাসাকীদা এতোম বোম থাদদুনা তুমখিবগী ৱারী মীওইবগী পুক্নীংদা ফোঙ ফোঙ শারি। লান মাঙনা-তাক্লবগী মশক্রি। ঙসি ইন্টরনেসনেল লোদা লান হায়বসি তৌনরনুসি হায়না য়ানবা ৱাফম লৈরি। অদুবু মরক-মরক্তা ঐখোয়না লান উরি।

ধর্ম্মশাস্ত্রদা মায় ওনশিনবা মতমদনা উবা ফংলিবদি লান অমা তৌরিবসি ধর্ম্মযুদ্ধ হায়না খঙনৈ, ধর্ম্মনা মরায় চায়থরক্তুনা অধর্ম্মনা খূদুম চনশিল্লবা মতমদা অধর্ম্মবু মাঙহনদুনা ধর্ম্মগী যুম্ফম লিংনবা লান তৌনবা মতীক চায় হায়দুনা হায়রি। খূদম ওইনা মহাভারতমক লাঞ্জাও অমনি। লানবুঙদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা গীতাগী জ্ঞান তাকপদা হায়খিঃ "যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানীর্ভবতি ভারতঃ /অভ্যুত্থান্ মধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহন্ /পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায়শ্চ দুস্কৃতাম্/ ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি/ যুগে যুগে।"

মরম অদুনা মাঙনা-তাক্লবা ওইরবা লান হায়বসি তৌনদ্রিঙৈদা শান্তিগী পাওজেল হান্না থানদুনা তাইশিন্নবা য়াব্রা হায়না য়েংবদা মায় পাক্রগা লান তানৈ। আইন খুদীংমক্লা লান তাননবা লৌতুনববু অহকপা চৈরাক পীদুনা দন্দি তৌনৈ নিংথৌ শেম্বা হায়না মিং থোনবা মরালসিমক লান্দাগে হায়না লেপ্লম্বা থৌওংবুনি।

থোকহন্নীংদবা থৌদোক থোকগ্রবনি নুপীলান, নুপী কয়া অশোক-অপন নংখি, কয়ানা কৈশুমশঙদা লৈবা তাখি। কাংখোং চাইরবা মতৌ অমনি। নুপীগী শক্তম ময়ামগী মনুংদা হিংসাগী শক্তম লৌরকপা অকিবা মওং অমনি। মৈগী শক্তম য়াম্মী মঙাল ওইনা ঙালহনবসু ঙম্মী, মৈরী ওইনা চাকথেকপসু ঙম্মী। অদুম হায়না নুপীগীসু শক্তম য়াম্মী। অহানবদা, মমাগী শক্তম লৌদুনা শাইয়োল্লি হায়দুনা নুপী খুদীংমকপু ইমা হায়না কৌনবগী চৎনবীসু লৈ। সংসারসিদা ঈশ্বর হায়না নীংনরিবা লাই কয়া নুপীনা নাওপুরগা পোকখিবনি। নুপীবু য়ুম হায়নসু খঙনৈ। মরম অদুননি নুপী অমা লুহোংলবা মতমদতা নুপা অমা ময়ুম পাল্লে হায়না হায়নরিবসি। নুপীবু ভক্তিগী রূপনি হায়নসু হায়নৈ। নুপীগী ভক্তিনা কায়দ্রবদা মাগী নিপাগী অমাঙ-অতা থোকপা হৌনদে হায়না হায়নৈ। শঙ্খচূড় হিংচাবা মাগী অধর্ম্মনা স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল, পুম্বা অবা অনা নংহল্লবদা ভগবান বিষ্ণুমক্লা মহাদেবমক্লা হাৎপা ঙমদ্রবদা মাগী নুপী তুলসিগী সতি ধর্ম্ম মাঙন্দ্রিনথৈ ঙম্লরোই হায়দুনা বিষ্ণু সতি ধর্ম্ম মাঙহনবদগী শঙ্খচূড় শিখি। বিষ্ণুসু তুলসিগী শাপ ফংঙি "নঙ থৌদু নুং ওল্লো মন্দির অমত্তুদা নঙগী ফজরবা শক্তমদু লাৎতবা ওইগ্রসনু।" নুপীবু জ্ঞানগী মশক ওইবনি হায়নৈ। অতিয়া গুরু শিদবনা মচা নিপা অনী পাখঙবা অমদি সনামহীবু মালেম কোয়রুদুনা হান্না থুংবা ঙম্বা মীওইদুদা নিংথৌ খুভম শিন্নগনি হায়রবদা, পাঙ্গল লৈবা সনামহীনা মালেম কোয়বা চৎপা হৌখ্রবদা, মালেম কোয়বা হায়বগী অথুপ্পা ৱারোল অদু পাখঙবনা মমাগী মফমদগী ফংজখি; "পম্বৌগী মঙালনা শন্দোক্লিবা লম অদুবু মালেম হায়না খঙনবনি। অদুনা মঙালদুগী হৌরকফম ওইরিবা পম্বৌগী ফাংখোঙদু কোয়রুরো। মদু মালেমসি কোয়রুবগা মান্নরবনি।" সাবিত্রীগী তর্ক জ্ঞানমক্লা যমবু মায়থীবা পীদুনা মপুরোইবা সত্যবানগী থৱায় যমগী মফমদগী মুনবা ঙমখিবা ৱারীসু জ্ঞানগী তৃংনফম ওইবা নুপীগী শক্তমনি। শক্তম ময়ামসিগী মনুংদগী নুপীগী অশাওবা প্রলয়গী শক্তম অদুদি য়াম্না খুদোংথীনীংঙাইনি। মহিসাসুর হাৎনবা দূর্গাগী শক্তম লৌখিবা, অককপা লুরেন্না পরেং লেংদুনা ঙকশমদা শিবা, থাঙপাক পায়বা ঈ থক্লুবা অঙাঙবা মরৈনা শাংনা তিংথোকপা কালিগী অকিবা শক্তম, মথবাক্তা নেৎপদা মহাদেব ফাওবা ৱাম্বহনবা ঙম্বা অরায়বা নত্তে। পুন্নমক লানগী ৱারীনি। মীওইবনা হিংবদা অমদি হিংহনবদা চাওনা শীংনরিবা মাঙনা-তাক্লা ওইরিবা লান তোকপনা চুম্মী। ঙসি ইন্টরনেসনেল লোদা লান তৌনবা তোকসি হায়দুনা লৈবাক অয়াম্বা য়ানবা থন্নরি। মসিগী অর্থ খঙবা চুম্মী। লান কিজে লান তৌহন্নীংদে শান্তি পাম্মী।

লান তোকহন্নবা পাম্বে কয়াগী মনুংদা অধর্ম্মগী লমচৎ-শাজৎ থাদোক্লবা মীওৎ-মীনৈ

তৌনদবা মিনুংশি খঙনা ইচীন-ইনাও ওইবগী ৱাখল চেন্ননা হিংনরবদি লান তৌবগী মথৌলাক্তবা য়াই। বোমগী কাস্তুক হাপ্লবা শারিবা য়োৎকী উপু পূম্বা শংদোক্লগা পশোৎকুন্না ঙৌরবা খুনুগী মকোন শারবদি হেন্না মরীক চুমগদবা মাল্লি। নুপীবু ইকায় খুম্নহন্নীংঙি, শম্বন্না হৱাই মতোন চাহন্নীংদে, উচেক-ৱায়া শা-ঙা পূম্বা মালেমসিদা হিংমিন্নীংঙি, ইমুং অমত্তগী ইচীন-ইনাও থাঙ শৎনহন্নীংদে, লৈচিল থাবা অয়ূক্কী মতমদা তেনৱা শঙ্গু পাইহন্নীং ঙি, নুমিদাংৱাইগী কান্দা নুমিৎনা চীংয়া থাংবা কান্দা উরোক পরেং পাইহন্নীংঙি, রত্নাকরনা বাল্মীকি মুনি ওইরকপগুম শাদানবা পূম্বা মখূৎতগী খূৎলায় থাদোকহন্নীংঙি। লম্বী সোরোকপূম্বা অকিবা লৈতনা চৎচনীংঙি। ঐখোয় লান পামদে লান কিজে। নুপীলাল নুমিৎপু নুপীগী নুমিৎ হায়না মিংথোল্লকপা য়ান্না চাওখৎপা থৌওংনি। ওঁ শান্তি! শান্তি! শান্তি!!

# নুপী ওইরবসু নীপা ওইরবসু হিংবগী অধিকারদি চপ মান্নে

**ঙসিদি** নুপী অমগী পূরুংগী অঙাং অমা নুপীনি নত্রগা নীপানি হায়না অল্ট্রা-সোনোগ্রফি নত্রগা এমনিয়োসেন্টেসিসকী পাম্বৈনা অমদি মদু খঙদোকপা য়াবা অতোপ্পা পাম্বৈনা খঙদোক্লগা মমা-মপা, মরী-মতা ওইগদৌরিবশিংদুদা তাকথোকপা আইন্দা অথিংবা লৈবা থৌদৌ অমনি খঙজিনবা ফৈ।

লুহোংলবা মতৌ-মনাও অমনা মমীৎতা মচা উনীংলকপা মশানা তাবা ৱানি অমসুং অহানবা মচাদু নীপা ওইনা ফংনীংবদি শোয়দ্রে। মসি অন্ধবিশ্বাসসু ওইবা য়াই নত্রগা সমাজগী চৎন-লোনচৎতা নীপা হায়বসিগী অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈরকপনসু ওইবা য়াই। অদুঙৈদগী চৎনদুনা লাকপনা ঙসিসু হোংদ্রিবা চৎনবী কয়াদা নীপাদা অখন্ননা মাঙজিন থাহনবা য়াম্না লৈরি। খুদম ওইনা,লুহোংবা হৈজিংপোৎনা চিংবা কুম্মৈ কয়াদা যাত্রা পুগদৌরিবী নুপীদু মচানিপা হান্না পোকপী নুপী অমনা ওইনরি। মচানিপাদু নিশা চাদুনা লমচৎ মাঙদুনা জেলদা লৈরবসু য়াই। শিরবা মতমদা আত্মাদুনা অরান-খুভম ফংনবা পিণ্ড কৎপিরক্লবগীদমক্তা মচানিপা অমা লৈতবা য়াদে হায়না হিন্দু লাইনীং লম্বীনা তাক্লি। লুহোংবা মতমদা কন্যাদান পীবা তারকপদা নুপীদুগী মপা, মবুং-মৌপ্পা, মাম্মগুম্বনা তৌনৈ, নুপীনা ঙসিসু তৌনদ্রি। নিংথৌ অমনা মচানিপা অমা লৈত্রবদি মাগী ধার মুৎখিবা তাই অদুনা নুপী কয়া লোন্দুনা মচানিপা পোক্লবা হোৎনখি। লৈবাক অমগী নিংথৌ অমগা নিংথৌ অমগা লান শোক্লদুনা ঙমখৈ পাকথোক্লবা হোৎনবগী চৎনবী লৈরিঙৈদা নিংথৌ অমনা মাগী লৈবাক্তা নীপা য়াম্না পোক্লকপা পামই লাম্মী ওইননবা। অদুনা নীপানা নুপী কয়া লোন্দুনা লৌবা য়াহল্লমই। অঙাং নীপা কয়া পোক্লক্লবা অদুদা নত্তনা অশোঙবা উমং- ৱামং মরক্তা মীওইবনা খুন্দাবা হৌরকপা তাবদা শা-কৈ মায়োক্লনবা, উ-ৱা য়ান্দুনা য়ুম-কৈ শানবা, পাঙ্গনগী থবক্তা শূ-নোম্নবা নীপাগী মথৌ য়াম্না লৈরমই অদুনা নীপাদা খুদোংচাবা কয়া পীদুনা মাঙজিন থাহন্দুনা মপুক্লীং থৌগৎপিদুনা শৌগৎপিদুনা লাকই। মরম অদুনা লন-থুম ফাওবদা নুপীনা ইফং-ফংবা য়াহন্দে, নীপাতনা ফংদুনা লাকই। লৈবাক্কী ফম্নাইবা, লোয়শঙ কাবা, শিনফম নাইবা পুম্বা নীপাতনা তৌদুনা লাকই।

ঙসি মীপূম খুদীংমক হিংবগী অধিকার চপ মান্নহল্লবা লৈবাক অমদা ঐখোয় হিংবা ফংলে, অদুমক্তদা চহী কুমজা কয়া নীপানা মাঙজিল থাহন্দুনা লাকপা চৎন-লোনচৎ কাউবা ঙমদদুনা নীপাদা মরু ওইনা লৌবা নুপীনা খরা মীরায়বগী চৎনবী ইতোক তোকহনবা

ঙম্নদ্রি। ঙসিসু নুপী মরক্তা নীপা নুপী হায়দুনা সমাজসিনা অদুম খায়দোকপি। মচানিপা পোক্তে হায়দুনা নুপী লোনবগী চৎনবী থিংখ্রবা মতমসিদসু অতোপ্পা নুপী থিদুনা নীপা পোক্লবা হোৎনৈ। অদুগা অদুগুম্বা নীপা পোক্তবদি অতোপ্পা অমগা মখা থিবদা হালেঙবা লৈররোইদবা নীপাদুদসু অতোনবী ওইদুনা নীপা পোকপ্রা লাইবক য়েংগে হায়দুনা লৈশিল্লকপা নুপীগী মশীংসু পঙবাৎ ৱাত্তে। অসুম্না নীপা পোকপগী তঙাইফদবা লৈ হায়না খন্নরিবা সমাজসিদা মন্ত্র-যন্ত্র, ঈরাৎ-থৌনি, আজা-পুজাগী মতেংনা নীপা পোকহন্নবা লম্বী লৈ হায়দুনা অদুগুম্বা শিনফম শূবা মীওইশিংগী শেম্থোক ওইনবা লম্বেল অমসু ওইরি। বৈজ্ঞানিক ওইবা লাইরিক কয়াসু ফোঙলকই, মদুদা অঙাং নীপা অমা করম হায়না পোক্কদগে হায়বা শন্দোক্লা তাকপা, খুদম উৎপা, শাজেল অমদি চীঞ্জাক্কী কাঙলোন কয়াসু তাক্লি। খুদম ওইনা' সেক্স ওব ডি এম্ব্রাইয়ো' ডাক্তর জি পি ভাটিয়ানা লেংবা বিউটি হোমোন্স ইণ্ডিয়া নিউ দিল্লীদা ফোঙবা লাইরিক্কাসি নীপা করম্না পোকপা য়াগদগে বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা তাক্লি। অসিগুম্বা মতমসিদা বিজ্ঞানগী খুমাঙ চাওশিললকপসু লেপ্পা লৈতে। অল্ট্রা সোনোগ্রাফি অমদি এমনিয়োসেন্টেসিস কা হায়বা খুৎলায় অমদি পাম্বৈনা মশা ৱাই শংদ্রবী নুপী অমগী মবুক্কুংগী অঙাংসি নুপীরা নীপারা খঙদোকপা ঙমহল্লকই অমসুং মদুগী মতেংনা পী নত্রগা পা খঙদোক্লগা নুপীনিবু হায়রবদি হিংনা পোক্লক্তনবা পাম্বৈ কয়ানা নুপী কয়া পোক্লক্তনবা তৌবা চৎনবী অমসু হাপকৎলকই। মতৈ-মনাও অমনা মীরোনবদি মীরোম্থোকখ্রবা অদুগা অঙাং মশীং হেন্নীংদবদগী পোকপা পামদ্রবা অঙাং অমা লৌথোক্তুনা মাঙহনবা আইন্না য়াই। মদুগী আইন মেডিকেল টার্মিনেসন ওব প্রেগ্নেন্সি এক্ট, ১৯৭১ দু লান্না শীজিন্নরগা মদুগী আইন্দুনা পীবা শক্তিদুনা অঙাং নুপী কয়া হিংনা পোক্লক্তনবা তৌদুনতা লাক্লবনি।

আইনসু তুমিন্নদি লৈথোক্তে। ভারতকী রাজ্যশিং পুম্নমক্তগী মহারাষ্ট্রনা ইহান হান্না আইন অমা শেমদুনা অথিংবা থম্লকই। আইন্দুগী মমিং "ডি মহারাষ্ট্র রেগুলেসন ওব য়ুজ ওব প্রি নাতাল ডাইগ্নোষ্টিক টেক্নিক্স এক্ট, ১৯৮৮" কৌই। আইনসিগী মতুং ইন্না কনাগুম্বী অমনা মবুক্কুংদা লৈ রিবা অঙাং অমা নুপীরা নীপারা খঙননবা য়েংথোকপা তারবদি মাঙজৌননা অইবা ৱারোল অমা হান্না সহি তৌবা তাই মদুদি, অঙাং নুপীবু ওইরবসু নীপাবু ওইরবসু মদু মহাকনা য়েথনবা খক তৌরোই হায়গদবনি।

অসুম্না মহারাষ্ট্রগী আইনসিনা পৃক্লুংদা লৈরিবা পোক্ত্রিবা নুপীমচা অমনা তাইবঙপান উজবা ফংনবা অধিকার পীরবা ইহান হানবা আইন অমা ওইখ্রে।

ভারতগী পার্লিয়ামেন্টনসু ভরত পুম্বদা চৎননবা অসিগুম্বা আইন অমা পুথোকখ্রে। আইন্দুগী মমিং "ডি প্রি নাতাল ডাইগ্নোষ্টিক টেক্নিক্স (রেগুলেসন এণ্ড প্রিবেন্সন ওব মিস ইয়ুজ) এক্ট, ১৯৯৪" কোই। আইন অসি ১৯৯৬ কী জানুৱারীগী তাং ১ দগী ভারত শীনবা-থুংনা চৎনখ্রবনি।

ঙসিদি নুপী অমগী পুক্লুংগী অঙাং অমা নুপীনি নত্রগা নীপানি হায়না অল্ট্রা-সোনোগ্রাফি নৎত্রগা এমনিয়োসেন্টেসিসকী পাম্বৈনা অমদি মদু খঙদোকপা য়াবা অতোপ্পা পাম্বৈনা খঙদোক্লগা মমা-মপা, মরী-মতা ওইংগদৌরিবশিংদুদা তাকথোকপা আইন্দা অথিংবা লৈবা থৌদৌ অমনি খঙজিনবা ফৈ। ঙসিদি লায়েংশঙ অমদা অল্ট্রা-সোনোগ্রাফি অমদি এমনিয়োসেন্টেসিসকুম্বা পাম্বৈ শীজিন্নবসি মমাদুগী হকচাং য়েংবা মথৌ তারকপা অমদি পুক্লুংগী অঙাংদুদা অশোয়বা খরা লৈমালে হায়না চিংনবা অমা কোক্লবা য়েংবা নত্তনা য়াদ্রে।

আইনসিগী মখাদা জিনেটিক ক্লিনিক, জিনেটিক লেবোরেটরিজ, অমদি জিনেটিক কাউন্সেলিং সেন্টর হায়বা মফমশিং রেজিষ্টার তৌগদবনি অমসুং মীয়োনবী নুপীগী পুক্লুংগী সংসারসি মাঙজৌননা য়েংথোকপা খঙদোকপগী পাম্বৈসি অসিগুম্বা রেজিষ্টার তৌরবা মফমশিংতনা শীজিন্নবা অমদি আইনসিনা কক্তুনা পীরিবা পনখৈসিগী মনুংদতা শীজিন্নবা য়াগনি। আইনসি কায়না চৎলম্বা ডাক্তর, মতেং পাংলম্বা মীওই পুম্বা দণ্ডি তৌবদা নত্তনা মদুদা শীজিন্ন রম্বা খুৎশু-খুৎলায় পুম্বা ফাজিন্দুনা সরকারনা লৌখৎখিবা ঙমই।

ৱাফমসি মীচমদা নত্তনা ডাক্তরশিং অমদি অদুগুম্বা খুৎশু-খুৎলায় লোইবা ঙম্বশিংসু খঙজিনবা কান্নগনি। আইনসি চৎনহন্নবা মসিগী মখাদা শেম্বা নিয়মশিংসু সরকারনা থুনা শেম্বা চুমই। ডিষ্ট্রিষ্ট অমগী চিফ মেডিকেল ওফিসরগী ওফিস অমদি ফেমিলি ৱেলফেয়রগী ডাইরেক্তারেটনা ৱাফমশিগা মরী লৈনবা পাউজেল অমদি পাউতাক য়াওবা ফোঙবা চেজাই কয়া চাইথোক্তুনা মীয়ামদা খঙহন্নবা তৌবসু চুমই। টেলিভিজন, কেবল সার্বিস অমদি আকাশবানীদসু তোইনা শন্দোক্তুনা আইনসি মীয়ামদা খঙহনবসু চুমই। হিংবগী অধিকার মান্নরবসু সমাজসিগী চৎন-লোনচৎ অমদি খন্থবা ৱাৎপা শাজৎ কয়ানা অধিকারদু নুপীদা ৱাৎহনবা মতাং ময়ামগী মনুংদা নুপীবু মরূদগী মাদুনা মাঙহনবগী চৎনবী অমা আইন্না অথিংবা থমগ্রে হায়বসি খঙহন্নবা থবক পায়খৎহনবা থীম্থবা চুমদে।

ডিসেম্বর তাং ১২ নুপীগী নুমিৎ ঙরাং ওইগ্রে। অসিগুম্বা নুমিৎশিংসিনসু মীয়াম্বু খন্থবা ঙমহল্লক্তুনা নুপীবু মরূদগী মাদুনা মাঙহনবগী কনবা ঙম্লকপসু ওইরসনু।

# আইন্দা মান্নরে হায়বা সমাজ অমদা
# ফোংনা মান্নদবা চৎনবী

**খুৎকন**-পাঙ্গল্লম্বা নিংথৌ অমগী সনামাঙদা আইন হৈরবা বরমন্ত্রী, মপাঙ্গন-মথৌনাদা লাময়োঁরবা মবুধৌ অমা, খুৎকন পাঙ্গল্লবা অঙম-অথৌ চাম্মগী মথক্তা তিল্লিবা সভা মমাঙদুদা নুপী অমগী মফিদু নিপা অমনা চিংদুনা মুল্লবা ফাওবদা কনামত্তনা চোংথোক্তুনা তৌগনু হায়না খামখিদ্রবদা, তোল্লবী নুপীদুনা ঈশ্বর কৌদুনা তেংথারবদা ঈশ্বরমক্তা শংশংনা চোংথোক্তুনা নুপীদুগী ইকায় খুম্নবা ঙাকখিবা ভারতকী পরম্পরাদা মমিং লৈরবা মহাকাব্য অমদা য়াওখি।

হিংচাবনা ফারুদুনা মীখুৎ চল্লুবী নুপী অমা লমদম অমগী মহারাণী ওইরকখি মাগী নিপানা কল্লুরবা মতুংদা। মীনা কানা-কানি ঙাঙনৈ, অতোপ্পা নিপাগী মখুৎ চল্লুরবী নুপীসিবু নিংথৌসিনা লৌশিল্লিবসে মমায় ইকায়দমাল্লে। নিংথৌদুনা ৱায়েল্লমই, মশা ৱাইশংদ্রবী নুপীদু উমংগী শা-কৈ মরক্তা থাদোকউচো। ৱায়েন অদুদা কনাসু য়েৎথিবা লৈতে। মসিসু মহাকাব্য অমনি।

মৈতৈ চনু পীয়াইনু খুমন ক্লাকপা নিংথৌগী লৈমশিংদা চনখি। মপুরোইবগী সেবাদা নোংমতসু লৎনখিদবী পীয়াইনুবু মশা ৱাই শংদ্রবা মতমদা মৈতৈ নিংথৌনা ইকায়বা পীরকই হায়দুনা খোয়শাওনরবা খুমন ক্লাকপনা থিঙেন্দা তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোঙদা তাইনৈ হায়বগুম্না মরাল লৈজদবী লৈমশিংদা চল্লবী মৈতৈ চনু পীয়াইনু বু তাম্থেৎরকখি। কনাসু ৱাফমদুদা য়েৎনখিবা লৈনদে।

ঙাংখ লম্পাক্তা যণ শেনবা চৎপদা যণ মরক্তা লাই ওইবী ঙাংখলৈমবু থেংনখি পুরেশ্বনা, তালোয়শীংদা চল্লগে চপ য়ুংনা লেপখি। নুপীদুগী হেল্লবা শক অদুদা খোয়দাখিবা মোইরাং নিংথৌনা মঙোন্দা পীরো লৈমশীংদা চলহনগে হায়রকপদা য়েৎপা ঙন্নদনা পুরেম্বানা ঙাংখলৈমবু মোইরাং নিংথৌংদা কথোক্লম্বগী ৱারীসু লমদমসিগী পুৱারীনি।

লৈরক খুল্লক্তা থারকই নাটক "কর্ণগী অরোইবা য়াহীপ", ওথোক্লা ময়েক শেংনা ফজখ্রে শোন্নে অতাবা কয়ানা। 'কর্ণনা' লাওরকই-হায় তাদবা তাহৌবো. ঙসিগী নুমিত্তা আর্জ্জুনগী লৈফম তাকপা ঙম্বা নিপা অমদা ঐনা পীগদবা মনা অদু তারো। মনা অদুদি. সনাতনা তেকথরবী মথোৎ কারক্লবী লৈশাবী চাম্মা। অর্জ্জুনগী লৈফমদু কনামত্তা তাক্লদ্রিঙৈদা খঙনরকপদগী সনাতনা তেকথরবী লৈশাবী চাম্মদুদি উচিন-নাচিন্না নিপা অমগী মখুত্তা তাহৌদ্রে।

অসুম্না লমদমসিগী চৎন-লোনচৎ ওইনা নুপীবু খোঙ্গোয়নবিবা, খোনচোপ ঙাঙদুনা লক্লবিবা, তাথী-তাওইনা তৌবিবা, ওৎ-নৈদুনা শান্নবিবা মরাল কয়া থঙজিন বিবদা হালেঙবা লৈতবা উদুনা তাদুনা লাকই। আইনলোমদা য়েংবদদি মসিগী অচান-মীরায় নাইবা চৎনবীসি খক শৌগৎতবনি। ঙসি খরা চীকপা লম্বী অমদী নুপী অমা অনীখক লাকচবদা নিপামচা খরবু লৈরম্নবদি অমুক্তং লক্লদবদি শোয়দবনি। লক্লবদু কমলা চম্প্রাদা প্রমাণ তৌরগা ফজববু শক-শোনবা ওইরবদি পঙকায় কায়নবা নত্তে। অদুবু, অয়াম্বা নম্না খোনচোপ ঙাঙদুনা লক্লবা ওইনা তৌই। অদুগা, অদুগুম্বা মতাংদা অহল-লমনশিংনসু ইখাম খামদবগুম তৌই। অহল খরদি ঈন্দুম ঈনশিল্লি, ইবুংঙো নুপী হায়বসিদি হৈনি-লৈনি। অহল-লমনশিংনেদি অসুম্না হায়,আইন্নদি করি হায়?

১৮৬০ দা শেমখিবা ইণ্ডিয়ান পেনাল কোডনা সেক্স ৫০৯ দা অসুম্না হায়রিঃ "কনাগুম্বনা নুপীগা থোৎচ-নৌজবদা চৈথেং পীদুনা, নুপী অমা, খোঙ্গোয়নবিরবা, খোনচোপ ঙাঙলবা, ৱাই চিলহল্লবা, মতৌ তম্নবা নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক অমা উৎলবা মদু নুপীদুনা উনবা তানবা তৌরবা নত্রগা নুপী অমগী মথন্তগী অরোনবা ওইগদবা মতাং কয়াদা খুৎ থিংজিল্লক্রবদি নিপাদু কৈশুমশঙদা মিযাৎ ওইনা চহী অমা ফাদোক তাবা নত্রগা ফাইন নত্রগা অনীমক তৌবা য়াই।

অসুক কুইরবা আইনসি লৈনা-লৈনা নুপী লক্লবগী চৎনবী পঙলাক লাকশিনবা ঙমদবনা ঙসিসু অদুম উরি।১৯৫০ দগী ভারতকী লৈঙাক পথাপ চৎঙৈদগীদি নুপীনি-নিপানি হায়না য়েংদুনা মীচঙ সঙ্গ নাইবগী চৎনবী থিংবতা নত্তনা লৈবাক্কী ফম হাপ্লনচিংবা কয়া অমদা মীচঙ-মীখায় নাইবা থিংলে। ১৯৭৬ তগীদি শেমদোক্লবা ভারতকী লৈঙাক পথাপ্তা নুপী-নিপা খুৎশুমন মান্নবা হায়বা ৱাফম হাপচিল্লকপতা নত্তনা নাগরিক খুদীংমক্কী মথৌ ওইনা নুপীগী ইকায় খুম্নবদা শীংনেবা থোক্কদবা থৌদৌ পূম্বা থাদোক্কদবনি হায়না হায়রক্লে। ঙসিদি "ডি বুইমেন ইন্দিসেন্ট রিপ্রজেন্টেসন (প্রোহিবিসন) এক্ট, ১৯৮৬" শেমদুনা নুপীগা হকচাং পুথোক্তুনা অয়েকপা অশাবা মীৎনা উবা শক্তম ওইনা উহন্দুনা শেন্দান লম্বী ওইবা য়ারোই হায়না দণ্ডি তৌবা আইন পুথোরক্লে। অদুবু, আইনশিংসিনা পঙহোং হোংহনবা ঙমদদুনা অদুম লৈ। মরমদি সমাজসিমক্তনি। নুপীগী লাইবক অমা লেপচনবা অধিকার ফাওবা সমাজসিনা লেপ্পি, হায়বদি নুপীনা মহৈ কদায় ফাওবা তমগদবনো কনাগা লুহোংগদবনো, নিপা পোক্তবা য়ারোই, থবক তৌবী ওইগদ রা, মখোয়না তানবা পৈশানা কৈদৌনগদবনো অসিনচিংবা।

তাল্লক অসিদা ইনাৎ কনবগী লাঙতক্‌নবা ৱাফামসু লাক্লবদা ইনাৎ নুপীনা শোকহল্লি হায়দুনা থঙজিনবদা হালেঙবা লৈনদে। ইনাৎ কনবা পাম্বা কাঙবুনা হায় নুপীনা লমদমসিগী ফিজোল থাদোক্তুনা সলৱার-কমিজ, স্কার্ট ফ্রোক, জিন খোঙ্গ্রাও বুট ঙাক্তা উপখৎনরকই। কনা অমনা হাযনরকই, লৈশাবীনি-মৌনি হায়বা খেন্নবা খঙনবা শক্তম খুদম ফিজেৎ-চাকশেৎ

লৈগদবনি। অদুবু ইনাৎ হায়বসি নুপীতনা কনগদবরা? নিপাদি ইকন-কনফম থোক্তবরা? জিনগী খোঙ্গাও, এক্সন সু, অমদি জেকেট অমমম্ লীৎপা নিপাদি ইনাৎ কল্লিবরা? নৎত্রগা মখোয়সিবু পাখঙ ওইরিবরা নৎত্রগা নুপীকা থিরবা জাৎলা হায়বসিদি খন্দোক্লবা পাম্বৈদি করি লৈরি? মরমদি এইদসকি লায়নসিনা শন্দোরকপসিদা থিংনবা পাম্বৈ অমদি হকশেলগী মরমদা চেকশিনবনি। নুপী অমা থিবা ফাওবা তঙাইফদবগী তৌবা তারক্লবনি অনী লোনবা কা হায়বদুদি খল্লুবদা চুমদে। অদুনা নুপী থিরবা নিপারা পাখঙ ওইরিবরা হায়বা খন্দোকনবা পাম্বৈরোমদসু খরা পুক্লীং থিংজিনবা চুমই।

মতম অমদদী লমদমসিগী লুহোঙ-কৈহোঙবা, শোরাৎ ফীরোয়, চাকচা-হৈজানবদা ফৈজোম অঙৌবা পূময়াৎ মায়দা চন্দোল থিল্লমবা ঙসিদি পায়জমা অখুবী অমগা গুরুসার্ট ওইনা চৎনরক্নি মসিমক্তি নিপানা ইনাৎ য়োক খৎলিবরা নৎত্রগা ইনাৎ হায়বসি নুপীতনা কনগদবনি হায়রিবরা? নুপীদি ঙসি ফাওবদা সালৱার কমিজ, ফ্রোক, মেডি, মেক্সি, খোঙ্গাওমক্তি শেৎতুনা লুহোং- কৈহোঙবা চৎনদ্রি।

নুপীলান নীংশিং নুমিৎসু লাক্লে, ডিসেম্বরগী তাং ১২ দা, লৈবাক্কী অৱা-অনাদা নুপীনা শাশি-ঙাশি পুদুনা লাকই, অসিগুম্বা নুমিৎশিংসিনা মীয়াম পূম্বা খঙহল্লকপা ঙম্বা ওইহল্লকসনু নুপীদা তাইশিনবা, থঙজিনবা, মরাল শীবা, অরানবা তাহনৰগী চৎনবী থাদোক্তুনা লৈঙাক-পথাপ্পা য়াৎতুনা পীরিবা অচৌ-পীশক নাইদবা, শাগৈ-জাৎ য়েংদবা মীচঙ-মীখায় নাইদবা মান্নবা সমাজসিদা ফোংনা মান্নদবগী চৎনবী অমা লৈরক্লিবসি মুৎখিবসু ওইসনু।

# কেশকা অমত্তা তৌজররোই লৌশিনখিবা পৈশাদুদং হন্দোকপিরো

ঐ মখোয়গা মায় ওইশিন্নবা পামজদ্রে, কেশকা মখা তৌজররোই মখোয়না লৌশিনখিবা পৈশাশিংদুদংদি হন্দোকহনবিয়ু ঐ ওকচরে ঐ তশেংনা পেঞ্জরে! ইমা-ইপানা ৱানা তাঞ্জবা শেলদগী ঐ লুহোংবদসু ফনা য়াম্না থাদখ্রে। খরা অমনা ডাওরি ওইনা লৌখি। মদুগী চঙখিবা পৈশাদু লুপা লাক্ষ অনীমুক্কি মদুতবু হন্দোকপিরবদি থোকখিবা পুম্বা মঙনি মকু মঙ ওই রসনু। ঐ অনৌবা পুন্সি অমা হৌবা ঙম্নবা হোৎনজরগে।

মথক্কী জবান অসি কে সুজাথা হায়না কৌবী মশাগী চহী ২৮ দা ঙায়রিবী অমনা অন্ধ্র প্রদেশ হায় কোর্টতা এফিদেভিট ওইনা জবান পীখিবনি। জস্টিস এম এন রাও অমদি জস্টিস এম আইচ এস অনসারী অনীনা জবান অদু পারুবদা চঙক্কখি। অদুক য়াম্না ওৎপিরবী মহাক্না লুপা লাক্ষ অনীখক্তংদা তানখিবা, মদুবু পীবদা মাদি পেঞ্জরগে হায়রিবা, অদুখক্তা! অদুগা মাগী নিপা উমেশ্বর রাওনা মদু পীফম থোক্তে হায়দুনা শিরগেমখৈ য়েৎখিবা।

কোর্টনা হায়খি, " লুপা লাক্ষ অনীখক পীয়ু হায়না থৌরকপসি ঐখোয়গী মোত্তা য়াম্না য়ামদ্রবনি হায়না লৌই। মানা লাম্বা চাদনা মাগী নিপা অমদি মকূবোক্তুগা থেংনরকপদা থাদখিবা শেনফম, থৌনা লিংজেন্না মাগী ইম্মুং-মনুং মপামগী ইজ্জৎ কননবা, সমাজদা নুপী অমা ওইনা অমদি শিনফমদা উকীল অমা ওইনা ইকায়খুম্নমা হিংজনবা তিংখিবা মরন্দগীদি য়াম্না তারবনি মদুমক্তি য়াম্না হেন্না হন্দোকহনফম থোকই।"

কোর্টনা রাই তারমই, নুপীদুগী মপুরোইবা উমেশ্বর রাও অমদি মকূবোক নরসাইয়া অনীনা খায়নদুনবু ওইরবসু অমনবু শিংদোক্রবসু সুজাথাদা লুপা লাক্ষ অনীখক কেশ রাই তাবা নুমিৎ অদুদগী হাপ্তা ৮ গী মনুংদা কোর্টকী রেজিস্ট্রারদা য়ৌহল্লক্কদবনি। শেলদু হেক য়ৌরকপগা নুপীসিনা খুদক্তা কায়থোকপা য়াহনগদবনি। লোয়ননা কেশ অতৌমন ওইনা লুপা ১০,০০০ খক অমগা হাপকত্তুনা নুপীদুদা ফংহনগদবনি। কেশ অদু শম্না অদুম হায়না অদুম লোইশিনখ্রে। ( কে সুজাথা ভার্সস গোভর্ণমেন্ট ওব অন্ধ্র প্রদেশ এ আই আর ১৯৯৭ অন্ধ্র প্রদশ ২৬৬)

নুংশিবনা য়ূম্ফম ওইবা লুহোংবা হায়বা চৎনলোনচৎসিগী মখাদা নুংশিনৈ হায়না লুহোংলুরবা মতুংদা তশেংনা নুংশিবাদু ওইরমদবসি অনৌবা ৱারীদি নৎত্রে। অমদা অমনা ক্রক ক্রক য়েংদুনা ঙাইহাক্তা তিন্নবা য়াদদুনা খাইনদুনা লেনবা, ৱায়েলশঙ য়ৌনবা অঙকপা নত্তে। লুহোংলকপা নুমিৎতদি শিরুরবসু শিমিন্নরুরনি হায়দুনা লাক্লখিবনি। খরা লৈরগা

ফুন্না-চৈনা অশোক-অপন কয়া থোক্লরকই। করম হায়না হৌনরকপনো কনানসু থিগৎনরুদে। অসুম হায়না মপাং কয়া কয়া কায়নৈ। কায়নরিবা ময়ামসিগী মনুংদা মীগী লমদা মীশি-মীনা থোক্কুনা কায়নবা ওইহল্লিবসি 'ডাওরি' হায়দুনা লুহোংবদা মন্ত্রীরুদুনা য়ানবা শেনফম শুনদবদগী নুপীদু মনেম-মকুগী মীওৎ-মীনৈদা শিদোকখিদুনা নত্রগা মশানা শিজখিদুনা কায়নখিবসু য়াওই।

ডাওরিগী চৈথেংদা শিজখিবা নুপী নত্রগা শিহনথ্রবী নুপীশিংসি মরু ওইনা লাইরিক-লাইশু হৈতবী, মীরক-তিঞ্জরক্তবী, তুশোন-মানশোনবী নুপী ঙাক্তনি হায়না হায়নৈ। অদুবু সুজাথাগী কেশ অসিনা তাকই চাউখত্তবা চৎনলোনচৎ ডাওরি হাযবসিনা লাইরিক হৈবা মীরক-তিনবী কয়াদসু চৈথেং ফংহনবা লেপ্তে হায়বসে।

সুজাথা অমদি উমেশ্বর রাও ক্লাস অমত্তদা ১৯৯০ দগী ১৯৯২ ফাওবা পূন্না বিশাখাপাট্টনমদা লো তমিন্নরকই। মতমদুদা মখোয় অনী অমগা-অমগা খঙনদুনা চান্ননা তিন্নবা হৌরকই। ১৯৯৩ দা উমেশ্বর রাও লো তম্বা তোকখ্রে অমসুং গুজরাটকী ভরুচ হায়না কৌবা ডিস্ট্রিক্ট অমগী ঝনুর কৌবা ম ফম অমদা থবক অমা ফংখিরমই। উমেশ্বর রাওনা হৌদোরকপদগী মখোয় অনী তাং ২৩।৯।১৯৯৩ দা হিন্দুগী চৎনবী মতুং ইন্না গুজরাটকী ভরুচ হায়বা মফমদুদা লুহোংবা অমা পাঙথোকখি। মথংগী নুমিৎ তাং ২৮।৯।১৯৯৩ দা ভরুচতা লৈবা রেজিষ্ট্রারগী মমাঙদা লুহোংবদি রেজিষ্টর তৌরমই। লুহোংবা মতুংদা নুপীদু ককিনাডা হায়বা মফম মমা-মপানা লৈরিবা মফমদা হল্লক্কুনা লৈবদুনা ১৯৯৩ গী ওক্টোবর থাদা নিপাদুসু মফমদুদা লাক্কুনা মখোয় অনী লৈমিন্নরমই। মদুতদা খঙলকই, মনেম-মকু ওইরিবদুদি ডাওরি ওইনা নুপী মমা-মপাদগী শেঞ্জাও অমা তৌদুনা লৌবা পাম্বা কাঙবুগী মরক্তা অমনি। ১৯৯৩ গী সেপ্টেম্বর থাদা মাগী মকুবোক্না মাগী মপুরোইবদু গুজরাটতা থাদোকখিরমই অমসুং মহাক কদায়দা লৈবগে হাযদুনা থিবদা ফংবা ঙমখিদে।

মদুদগীদি মকুবোক্কুনা নুপীদু মাগী মমৌ নক্তে মীতোপ্পি লৈহনবিগনু হায়দুনা কোর্টতা ও এস নম্বর ১৯৯৪ গী ৬৪ শুবা কেস হায়না শ্রীকাকুলমগী মুনসিফতা থারমই। মদু মায় পাক্রবদা, নুপীসিগা লুহোংখিবা লৈতে হায়না লাউথোকপিযু হায়না ভরুচকী কোর্টতা দরখাস্ত থাহল্লি। মতৌদুদা নুপীদুসু মেন্টেনেন্স পীহন্নবা দরখাস্ত থাজিল্লমই। শ্রীকাকুলমগী মেজিষ্ট্রেটনা থাদা লুপা ৪০০/৪০০ পীননবা হুকুমদি তাববনি, অদুবু মাগী নিপাদুনা শেনফমদু অমুক্তসু পীখিবা লৈতে। নিপাদুসু নোংমা ফাওবা কোর্টতা লাকখিদে নিপাদু মপানা ফাজিনখ্রে। মশা কাহনবিয় হায়না হেবিবয়স কোর্পস কেশ মখা নুপীদুনা থাবকখি।

তাং ১।২।১৯৯৬ তা উমেশ্বর রাও হায়বিবা নিপা অসি কোর্টতা কারক্কুনা জলান লৌখি। নিপাসিনা হায়খি, ঐ নুপীসিগা লো তম্মিন্নবমই অদুবু নুপীসিনা ওৎপদা খাঙবা ঙমদদুনা তোকখিবনি। নুপীসিগী মচেদুনা মনাওনুপীসি লৌদ্রবদি মথ্বায় খাদোক্কনি হায়না

কিহনখি। নিপাসিনা নুপীসি মাগী নুপীনি হায়বসি য়াদ্রে।

তশেংবদি নুপীসিগী মপানা ১৯৯৫ দা নিপাগী মপা নরসাইয়াদা লুপা লাক্ষ অমা মচানুপী লুহোংবিবগী ডাওরি ওইনসু কৎখ্রবনি। অদুমক্তদা লুপাদু য়াম্মনদে লুপা লাক্ষ তরা ফাওবদি পীফম থোকই হায়দুনা শিখাঙ খাঙবনি।

কোর্টকী মোত্তা নুপী-নুপাদুগী লুহোংবদা কায়নরিবদু নিপাগী মপা নরসাইয়ানা ডাওরি পীয়ু হায়না থৌরকপদুননি। মদুদা মাগী নিপাদুনা পাঙদবা অমা ওইদুনা লুহোংলবী মাগী নুপীদুগা ফজনা য়ুম পান্দুনা লৈগদবদু তোক্তুনা মাবু নমদুনা লুহোংহনবনি মশানা য়াখিবা নত্তে হায়না পাউখুম পীরকখি। নুপীদুনা নিপা ময়ুমদা লৈজবদসু মকুবোক্লা আইনগী মতেংনা তাম্থোক্লবা হোৎনখি। মাগী নিপাগা পাও ফাওনহন্দবা তোঙাননা ঈস্থোক্তুনা থম্বী। নিপাদুনা মাগী নুপী নত্তে হায়না লাওথোকপিয়ু হায়না কোর্টতা দরখাস্ত থাখিবা। পুন্নমক্তু উরবা কোর্টনা শোনখি, তৌরিবা মতৌসিদদি নুপী অমনা কদায়দগী খাঙবা ঙমগনি। মদুমক্লনি মানা হায়খিবা কেশ তৌনদুনা মখোয়গা মায় ওনশিন্নজররোই তোকচরগে চঙখিবা ইমা-ইপাগী মরল লুপা লাক্ষ অনীদুতংদি হঞ্জিলহনবিয়ু, ঐ চীক্লা পুন্সি অমা হৌবা ঙম্নবা তৌজরগে। কোর্টসু তৌফম খঙদে অয়াবদুদি পীখি।

লুহোংবদা আইন্দা পাঙথোকফম থোকপা থৌরম অমদি নিযম আইন্না ফন্না তাকচরবসু মায় পাকপা লুহোংবা অমা ওইহন্নবদি আইন্দা য়াওরিবা মচাকশিংদু ইন্দুনা চৎপা খক্তনা য়াদে। য়ুম পান্দুনা লৈমিন্নরকপদা মতৈ-মনাও নিঙাই-শংদান্নবা থোক্তুনতা লৈবা ৱাফমনি। মদুদি অমুক চান্নবা য়াই। অদুবু, লুহোংবা হায়বসি কারবাররোমদা চত্থরক্তুনা নুপী হায়বীশিংসি নিপা অমনা লৌবিরবনি অদুনা নিপাদুনা নুপী ময়ুমদু নৈদুনা শেম্থোক লম্বী অমদি কারবাররোমদা চত্থরকপগীদি ফহন্নবা হীদাক লৈতে।

ৱাফম অমদুম নীংশিংলকই শুমাঙ লীলাদা হায়খিবনি "মী ফত্তবগী হীদাক্তি অৱাং দুকান মৈ চাকপদা য়াওখ্রে।" খল্লকই চুম্বু চুন্নবাজাৎলা, মদুমক্লা অচুম্বা ওইরম্লবদি মৈদুদং চাক্লমদ্রবদি ওম্থোক্লা ফরমগদবনি।

# নুপী অমনা শেন্থোক লৈবা শিনফম অমা পায়জনবগী লম্বী

ঐখোয়না ইম্ফাল শহরগী ময়ায়দা ঙাইহাক্তং লেপ্লদা হেক্তা উগদবসি সিনেমা হোল মমাঙদা নুপী কয়ানা মঙোন্দগী সিনেমা টিকেট লৌননবা হায়দুনা কোয়তান তান্নবা শক্তম খরনি। মসিবু ময়াম্না নুপী কালাবাজার তৌবী হায়দুনা কৌনৈ। অদুঙৈদগী মশক মমিং পান্দুনা ময়াম্না খঙনরবা নিপাশিংনা তৌরম্বা শিনফম্নি কলাবাজার হাযবসি; অদুগা মদুবু লাক্লনবা মণিপুর পুলিসনা এন্টি গুন্ডা স্কাড হায়দুনা লিংদুনা অফা-অপুনগী থবক তৌরমই। মরম অদুনা কলাবাজাব য়াম্না লোননা পাঙথোকপা শিনফম অমা ওইরম্বদগী শিনফমশিংসি মতমগী মতুং ইন্না নুপীশিংনা তপ্না তপ্না শিল্লক্তুনা ঙসিদি সিনেমা টিকেট কলাবাজার তৌবসি নুপীশিংতনা তৌহৌরে।

ইম্ফাল বাজারগী শক্তম অমনা কৈথেলদা ফম্লিবী পোৎ যোনবী নুপীশিংসিনি। নোংঙানবদগী লূকমায় পাল্লিবনি হায়দুনা চাক ফাওবা চাদনা লাক্লগা কৈথেল পোৎলক্কী হোটেন্দা খেচ্চি নত্রগা তল খ রা চারগা পোৎ য়োনদুনা ইমুং থাক্লবা হোৎনরিবা নুপী কয়া অমা।

অচৌবা বিল্ডিং কনাগুম্বগী শারকপা মতমদা নুপী কয়া অমনা যুগালিগী থবক শূননবা চোংথোক্লরক্লিবা, কারবাররোমদা নুপী কয়ানা মোরে কাববাব তৌবগী থবক্তা কননা চঙশিন্নবক্লিবা। নম্বর ফোরগুম্বা পুরম্বগী ফাবদা নুপী মশীং ফনা যাম্না য়াওরক্নে। য়ু য়োল্লম্বা, পুরম্বগীসু অদু মঙায়।

অসুম্না ঐখোয়না নুপী কয়ানা অফবা ফত্তবা শিনফম কয়াদা চঙশিল্লকপা উদুনা লৈবে। অফবা শিনফম্না থুনা অমদি লায়না পৈশা তানবা য়াই। রাইস মিল অমদা চেঙ খপপী নুপী অমা ওইবা, নত্রগা কৈথেলদা লূকমায়পাল্লুবা, চেক শাফমদা য়াওরুবা পুন্নমক য়াম্না য়াবা থবক ঙাক্তেনি। অদুবু নম্বর ফোর নত্রগা য়ু পুরুবা নৎত্রগা মোরে কারাবার তৌবদি খরা কোম্না পৈশা তাল্লি, খরগা হেন্না ৱাদনা শেল তানবা য়ার্বাসি সিনেমা টিকেট কালাবাজর তৌর্বনি। মসিদি সিনেমা শো অমুক্তা লুপা চাম্মা চর্না চোংথোকই। অহানবর্দদি খরা থীনা ঙাঙনরমই অদুবু, মতমগী মতুং ইন্না ঙাংনবসু তোক্লকই, অমরোমদা মখোয় য়াওদ্রবদি য়াদবা শিনফম অমবু ওইরক্নে। সিনেমা য়েংগদবা কনাসু টিকেট য়োনফমদগী চঙদুনা য়েংনদ্রে, লমজাওদগী টিকেট পায়দুনা ঙাইহিরবী নুপীশিংদগী অদুম লৌনবে। অহেনবা পৈশা হাপ্লিবদু থবক তৌবিবগী অৱামল পীবগুম টিকেট ককফমদগী ঈন্নদুনা লৌবগী অৱাবদুগী অৱামন ওইনা খন্নরে।

মরক মরক্তা পুলিসনা ফারগা কোর্টতা পুথোরকই, অদুগুম্বী নুপী কয়া ফাইন তৌরগা থাদোকখি। মথংগী নুমিৎতগী মাগী শিনফমদুদা অমুক চঙখি।

মতাংশিদা হংবা য়াবা ৱাহং অমদি প্রজাশিংসি শেম্থোক লৈবা শিনফম অমমম্ ফংজনবগী অধিকার অমা নাগরিক ওইরুবগী লৈফম থোকপরা নত্রগা ইশা ইশানা ফবা ফত্তবা শিফম অমা হেক্তা পায়দুনা ইথন্তা হিংজনবা, সরকারগী মতেংগা অমত্তা লৌফম থোক্তব্রা ? অমনা প্রজাশিংনা নত্তবা শিনফম পায়রকপদমক অফা-অপুন তৌবিবা অদুগা প্রজাশিংদা শিনফম অমা ফংহন্নবগী দায়ত্বদি লৌফম থোক্তবা সরকার ওইনা লৈফম থোকপরা ? গণতন্ত্রনি হায়না হায়গদৌরিব্রা ?

ভরতকী লৈঙাক পথাপলোমদা অমুক্তং পুক্নীং থিংজিনবা য়াই। কন্সটিট্যুসনগী আর্টিকল ৪১ দা য়াওরিবা ষ্টেটশিংগী ডিউটি মতাংসিদা মরী লৈনরকই, ৱাহম্থোক্তি ষ্টেটশিংনা লৈবাক্নী ওইনা পীবা য়াবা মতেং, অহল ওইরকপা, নারকপা, শোল্লকপা অমদি তঙাইফদবা কয়া মতেং পীনবা থবক পায়খৎকদবনি।

মসিগী আর্টিকলসিগী মখাদা খ্বাইদগী মরু ওইবসি শিনফম অমা ফংহনবগী দায়ত্ব নাগরিকশিংগীনা "রাইট টু ৱার্ক" হায়বা অধিকার ফংহন্নবা ষ্টেটতা পীরিবা দায়ত্বসিবুনি। রাইট টু ৱার্ক হায়বসি সোসেলিস্ট সোসাইটি অমদা লৈবা কয়া হৈদ্রবা মীওইবগী অধিকারনি। ভারতসু সোভরেন সোসেলিষ্ট সেক্যুলার ডেমোক্রেটিক রিপব্লিক অমনি।

"রাইট টু ৱার্ক" হায়বসি কদায় ফাওবা ফংহল্লিবগে ঙাইহাকসু খন্থদুনা য়েংবা য়াই। মী অমনা শিনফম অ্মদা চঙবা য়াবা মতাংশিংদি অহানবদা সরকার লোয়শঙগী থবক্তা চঙনবা হোৎনবনি। মসিদি য়াম্না ইন্নবা থবক্লি মরমদি ফন্নাইবা কয়া কানীংলগা কাবা কানীংদ্রগা তোকপা কনা অমনা পূং ১২ তাবা নুমিৎ য়ুংবদা ঙাইহাক কারুরগা পূংমুক লৈরগা হেক কৃম্লকপসু য়াওরি। অদুনা কোম্না শেল তানবা য়াবা লম্বী অমা ওইরি।

লমদমসিদদি অচৌবা কল-করখানা লৈতে, লৈরম্লবদি মদুদসু মী ফন্না য়াম্না থবক ফংলমগদবনি। লনাই ওইনা শিনফম অমা পায়বা য়ানবা কয়া অমসু লৈনরে খুদম ওইনা, খোঙউপ শাবা, ফি শাবা, চফু শাবা, য়ুম শাবা, য়েন লোইবা, দুকান্ ফম্বা অসিনচিংবা। মসি ময়ামসিসু হৌদোক্লবা শেল চঙই। সরকারনা শেম্থংদি পীথবনি অদুবু, ফংফম থোকপা মীশিংনদি ফংদ্রদুনা ফংফম থোক্তবা মীদা অয়াম্বা পীবা ওইনা তৌই। লোন লৌরগা শিংদবগী চৎনবী লৈবা লমদম অমসু ওইরি মফমসি। মীওইবা ওইনা পোক্লবনা চাদবদি য়াদবা অদুগা শুদবদি য়াই। মতমসিদা কদায়দগী লৌদুনা চাগনি। অদুনা য়ুম কয়াদা চারা হেনবা তারক্লবদা নিপা ওইরিবা য়ুম মপুদুনা ইথৌ থৌওইনা তৌরক্তদুনা, নিশা চাদুনা, শূদনা লৈথোক্লবদা নুপীশিংদুনা ৱাদনা শেল তানবা য়াবা লম্বী য়েংনরকপনি।

লমদমসিদা নুপীগী ওইবা শিন-শুফমদি ইরৈ লৈতবগুম্বনি। ফিশাদুনা শিনফম পায়ননবা সোসাইটি খরসু লৈখি মদুসু মরাঙ কায়না থবক পীবা ঙমদে। হৈ শুংফম কয়া মথৌ শূদনা

লৈ। লং নাইফম কয়া থবক লেপ্তুনা লৈ, চু শুংফম কয়া শূদনা তলব চানরি মীচমদদি থবক পীবা ঙমদে। লমদমসিগী এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্ট লৈ ফম্নাইবা কয়া তলব চারি, অদুবু ডিপার্টমেন্টসিনা পুথোকপা হে অমা লৈ অমা ইঙ্খাং-নাপী মকা অমা প্রজা কনাবু চাবা ফংলিবগে। লমদমসিগী ফিসরিজ ডিপার্টমেন্ট লৈ অদুবু, মসিনা পুথোকপা ঙা চারা অমত্তা প্রজাশিংনা চাবা ফংবা নত্তে। নিঙোল চাক্তৌবা ময়াদা অদুক ফার্মশিংদগী ঙা খোমগৎলুরগা মখোয়না পুথোকপা শারদুনা য়োনবগী ৱাদনি। ডিপার্টমেন্টশিংনা থবক ফজনা পায়খৎলবদি মীচম কয়া থবক ফংবা য়ানরিবনি অদুবু মদুসু আশা লৈতে।

অদুনা তৌরিবা মতৌসিদা নুপীশিংনা শিনফম অমা পায়নবা লম্বীদি য়াম্না ৱাত্তুনতা লৈরবনি। লৌ শূফমদা উবা ফংই নুপীগা নিপাগা খুৎশুমন মান্নহন্দে, শূবগী মতমদি চপ মান্নরিবনি। মদু লমদমসিগী খঙ হৈরবা প্রজাশিংনা চুমদবা থবক্তি হায়না কনামত্তা হায়বিদে। ভারতকী সংবিধান্দা য়াওব "ইক্কেল পে ফোর ইক্কেল ৱার্ক ফোর বোথ মেন এন্দ ৱুইমেন" কা হায়বা লৈমা নিংথৌকোন্দা চৎনবা পথাপ অদুদি লৈখোম থোক্লবা লৌবুকশিংদা চঙনীং দে অদুনা মদু লৈঙাক পথাপতা পংয়াও য়াওজবগী ৱানি।

নিপাগা কায়নরবা নুপীশিংনা হেন্না শাথীবা হেল্লি। মখোয়না নিপানা খায়নবিরগা মচা পুদুনা লাকই। আইন্না মচা য়োক্লবা মশাবুসু হিংহন্নবা মাগী নিপাদগী লৌবা য়াবা শেনফমদি চাউরাক্লা লুপা ৫০০।৫০০ ফাওবতনি। ৱায়েনশঙশিংনা কৈদৌঙৈদসু ৩০০ ফাওবা পীবা নত্তে। ঙসিগী সংসারসিদা ৱায়েনশঙগী মতেংনা লৌগদৌরিবা শেনফমদুনা কনাসু হিংহনবা ঙম্মোই। অদুনা হিংনবা লম্বী থিনরকপগী ৱানি।

সমাজ অমা মশক ফজহনগে হায়রবদি মফমদুগী নুপীশিংগী সমাজদা লৈরিবা থাক অদু ৱাংখৎলবতদা ওইথোক্কদবনি। মদোমদা য়েংলুরবদি শহরগী সিনেমা হোল মমাঙগী নুপীগী শক্তমদি হায়নিংঙাই লৈতনা শোক্লবনি, কনবা চুমই।

ওইথোকপা য়াবা লম্বী অমদি নুপীশিংতগী অখন্নবা শিন-শূফম খুদম ওইনা ফি শাবা, চফু শাবা, ৱা-লীগী থবক, লৌউ-শীংউবগী থবক্লচিংবা কয়া সরকারনা মাগী "ডিউটি টু প্রোভাইড রাইট টু ৱার্ক" হায়বা থৌদাংদু ফজনা পায়খৎপিবা মথৌ তাই। নুপীশিংতগী অখন্নবা খদোংচাবা পীবা হায়বসি সংবিধান্দা য়াওবা আর্টিকল ১৫(৩) গী অধিকার অদুনি নীংশিংনবা চুমই।

# নুপীবু তুহৎপিবগীদমক্তা নিপাদু লুপা লাক্ষ মঙা ক্ষেতিপুরণ পীহনখিবা কেশ অমা

১৯৯৭ ক্রিমিনেল লো জর্নেল মে থাগী চেফোঙ চেনা ১৬৫৫ দা অন্ধ্র প্রদেশ হায়কোর্টনা রাই তাখ্রবা এস রাধীকা সমীনা ভার্সস এস আইচ ও হবীবনগর পুলিস ষ্টেসন হায়দ্রবাদ হায়না মিংথোলবা কেশ অমা ফোঙলকই। কেশ অদু ৱাফম অনী য়েংদুনা খন্দোক্নুনা থম্বা য়াবা অখন্নবা কেশ অমা ওইরে। অহানবা ৱাফম্না, মুসলিম নিপা অমা স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্টকী মখাদা নুপী অমগা লুহোংলবা মতুংদা অমুক মুসলিম লোগী মতুং ইন্না নুপী লোনবা য়াই হায়না লোম্লরবদি আই পি সিগী মতুং ইন্না নুপী অমা লৈরিঙৈদা অতোপ্পা অমা লুহোং লকপগীদমক্তা সেক্সন ৪৯৪ অমদি ৪৯৫ গী মতুং ইন্না চহী তরেৎ ফাওবা মিয়াৎ অমদি ফাইনসু তৌবা য়াই।

অনীশুবা ৱাফম্না স্পেসিয়েল মেবিয়েজ এক্টকী মখাদা লুহোংলুরবা নিপা অমনা নুপীদু আইনগী মতুং ইন্না খায়নদ্রিঙৈদা অমা অমুক লুহোংশিল্লকপসি মাগী পার্সনেল লোনা ফনা য়ারবসু নুপী নিপাগী থাজনবা মতৈ মনাও ওইনা অৱা-নুংঙাই কয়াদা লৈমিন্নগনি হায়না য়ানখিবা থাজনবা অমা থুগায়বনি, লোয়ননা নুপী অমবু তুহৎপিবনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসি নিপাদুনা ক্ষতিপূরণ পীফম থোকপা থৌওং অমনি হায়বনি।

পেরেগ্রাফ তরাতরেৎনা শাবা রাই অদু জষ্টিস এম এন রাওনা লাউথোকপনি। কেশ অদুগী ৱাহৌদি দরখাস্তকারী রাধীকা সমীনা কমর্সকী গ্রেজুয়েটনি অমদি হায়র গ্রেড ষ্টেনোগ্রাফর ওইনা রোয়েল লেবোরেটোরিজ হায়দ্রবাদতা ১৯৮৬ তা ওফিস এসিসটেন্স ওইনা থবক চঙই। মফমদুদা জুনিয়ার কেমিষ্ট ওইনা থবক তৌবা ডাক্তর জামিলুদ্দিনগা নক্না তিন্নবা হৌরকই অমসুং লুহোংলসি হায়না লেপ্পরমই, অদুবু খরা ত প্পা পাঙথোকসি নিপাদু পি আইচ ডি ডিগ্রী অমত্তা পায়খিগে হায়দুনা লুহোংবদু য়েথোক্নুনা লৈরমই। নুপীদুনা নিপাদু পি আইচ ডি অমা ওইরক্নবদা মখল মখা কয়াগী মতেংসু পীরমই। শেলগী মতেংসু চাওনা থংদোক্লমই। নুপীদুনা নিপাদুগা মাগী গাইড উননবা বারকাতুল্লা য়ুনিভসিটি ভুপালদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা অৱাবা শরুক য়ামিন্নরমই। পি আইচ ডি থেসিস অদু লানখৎখ্রবা মতুং দা ৭।৮।১৯৯২ দা মখোয় অনী স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্টকী মখাদা রেজিষ্টর তৌদুনা লুহোংলমই। নুপীদু লুহোংবা মতমদা হিন্দু অমা ওইজরম্বনি। লুহোংবা মতুং মখোয় অনী নুমিৎ তরানিগী ওইবা হোনিমুণ চৎতুনা নুংঙাইনা পানবা হৌরকই। রাধীকা সমীনানা মশা ৱাই শঙলক্তবা মতমদা ডাক্তর জামিলুদ্দিন্না মাগী মচননুপী অনী ময়ুম পান্দ্রি অদুনা মাগী

অঙাং লৈরকপনা খুদোংচাদবা কয়ামুক লাকপা য়াই হায়দুনা অঙাংদু লৌথোকখ্রাসি হায়দুনা তকশিল্লকপদগী রাধীকা সমীনানা য়ানীংদনা য়াবা তাখি। ইমতিয়াজ হোসপিতালদা চৎতুনা মবুক্লুংগী অঙাংদু লৌথোক্লমই।

লুহোংবা মতুং মখোয় অনীমক মতৈ মনাও ওইনা থা তরুকমুক লৈমিন্নরকই অদুবু যুমদি তোঙান তোঙাননা লৈনরমই। নুপীদুনা হোটেলদা নিপাদুনা মাগী ময়ুমদা। নিপাদুনা মাগী লুহোংবদু মাগী মপা মমা দা খঙহন্নীংদবগুমসু তৌই মরমদি মখোয় অনী হোটেলদা উন্নে নৎত্রগা মরুপ মপাংশিংগী ময়ুমদা মতম থানরগসু উন্নে।

পি আইচ ডি হেক ফংবগা ডাক্তর জামিলুদ্দিন সাউদি আরবিয়াদা রিয়াধতা লৈবা গলফ মেনুফেকচরিং কম্পেনি অমদা থবক অমা ফংলমই, তলবসু চাওরকই। ভারত্তা লাক্লবা মতুংদা সাউদি আরবিয়াদা চৎপা মতমদা রাধিকা সমীনাবুদি পুখিদে মফম য়েংলুখিগে অদুগা অমুক লৌবা লাক্কে হায়দুনা হাযদ্রাবাদতা অদুম লৈহল্লমই। মফমদু য়ৌরগা মহাক্না নুংশি নুংশিবা চিঠি ফনা য়াম্না ইরকখি। মখোয় অনী লৈনবা ফজরবা য়ুম অমসু লৈরে অদুগা মাগী শীর্জীন্নবা ওইয়ু হায়দুনা লুপা ৫০,০০০ সু থারকখি। ডাক্তর জামিলুদ্দিননা রাধীকা সমীনাবু মফমদুদা লমহোংবা খুদোংচানবা মুসলিম ওল্লু হায়না হায়রকই। মহাক্না য়েৎপা তৌদনা মুসলিম অমা ওল্লদুনা সমীনা হায়বা মিংথোল হাপচিল্লদুনা তাং ৩।৩।৯৩ দগী অন্ধ্র প্রদেশ ব্লাকফ বোর্ডনা অয়াবা পীখ্রে।

ডাক্তর জামিলুদ্দিন মশামক ভারত্তা লাক্কনি হায়দুনা পাও থারকই. সমীনানা উন্নগে হায়না চৎলুবদা নিপাদু থোঙ হাংডু য়াখিদে। নিপাদুগী মনাও নিপাদুনা কিহল্লদুনা তাঙ্গোরকখি। উপায় লৈত্রদুনা নুপীসিনা অন্ধ্র প্রদেশ হায় কোর্টগী চিফ জষ্টিসতা টেলিগ্রাম অমা তৌই। কোর্টনা টেলিগ্রাম অদু রিট পিটিশন্নি হায়না লৌরদুনা কেশ পাযখৎলি। জামিলুদ্দিন কেশ অদুগী পাউখুম পীরকই মহাক মমা মপাগী অপাম্বা মতুং ইন্না মুসলিম লোগী মখাদা অতোপ্পা নুপী শাজিয়া তবসসুম কৌবী অমগা অমুক লুহোংবা অমা পাঙখোকখ্রে। মমা মপানা মখোয়গী চৎনবীগী মায়োক্তা রাধীকাগা লুহোংবদু থ রায় হকচাঙ য়াওনা য়ানীংদে। মখোয়গী পেননবা অমা অমুক লুহোংবনি।

লুহোংবগী পাওদু তাবদা নুপীদু কৃন্থঙনরমই। নিপাদুদি অনীশুবা নুপীদুগা লুহোংঙৈদগী মচা অমা পোক্তুনা য়ুম লেপখ্রে. তশেংনা লুহোংদুনা লৌরিবা রাধীকাগীদি অমম্বগী অমস্বমক্তা ওইখ্রে। বিচার চথরবা মতুংদা কোর্টনা স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্টকী সেক্সন ৪৪ গী মখাদা য়াওরিবা এক্ট অসিগী মখাদা লুহোংখিবা মীওই পুম্বা মখোয়গী মপাংদু লৈরিঙৈদা অতোপ্পা অমা লুহোংলক্লবদি আই পি সি গী মখাদা নুপী লোনবগী দণ্ড ফংনিংঙাই ওই হায়বা মতাংদু পানশিল্লগা নিপাদুগী মথক্তা নুপী লোনবগী দণ্ডতৌনবা হাযদ্রবাদকী মরিলা কোর্টতা কমপ্লেন্ট অমা থানবা হায়রমই।

মথংদা কোর্টনা খন্নবসি নিপাদুনা নুপী তুহৎপা অমদি নমথাক তৌবনা ক্ষেতিপূরণ

ওইনা নুপীদু লুপা কয়া ফংহনবা য়াই হায়বসিনি। তৌববুদি নুপীদুগী অমাঙবদু শেলনদি কুপখৎপা য়াবা নত্তে, অদুবু মদু নত্তনদি ব্রায়েনশঙ অমনা করিদি তৌনি।

কোর্টনা ক্ষেতিপুরণ লুপা লাক্ষ মঙাদা লেপ্পমই, অমসুং মদু থা অহুম ফাওবগী মনুংদা নুপীদুদা পীথোকহন্নবা হুকুম তারে। কোর্টনা হায়খি, লুপা লাক্ষ মঙাখক ক্ষেতিপুরন পী হায়দুনা হেন্না লৌনবা সিভিল কোর্ট অমদা দরখাস্থ থাবদা থিংবা লৈতে।

কোর্টনা মখা তানা হায়, নুপীসিনা ফেমিলি কোর্টতা চৎতুনা অনীশুবা লূহোংবদু আইন্না শকখঙদবা লূহোংবনি হায়না লাওথোকহন্নবা চৎপা য়াগনি। ডাক্তর জামিলুদ্দিনগী পাসপোর্টতু ফাজিল্লে মদু মাগী মথক্তা কেশ পূন্নমক লোইহ্রিফাওবা থাদোক্লোই। মহাক ভারত থাদোক্তুনা চৎপা য়াদবা হুকুমসু তারে। লুপা লাক্ষ মঙাদু হায় কোর্টকী রেজিষ্ট্ররদা পন্থদনা লানখৎলক্লবসু খঙহনখ্রে। লুপা মশীং শুনা হেক লানখৎলকপগা নুপীদুনা লাক্তুনা লৌরবা য়াগনি হায়নসু খঙহনখি।

কেসকী রাইসি অন্ধ্র প্রদেশ হায় কোর্টনা তাবা ওইদুনা লমদমদুদা আইন ওইনা চৎন রবসু আইনসিগী মচাক অসি মফমসিদসু মীৎখোঙ ওইনা শীজীন্নবা কান্নগনি। মীচমশিংনা পঙহায় হায়নবা মুসলিম লোদা নিপা অমনা নুপী ৪ ফাত্তবা লোনবা য়াই হায়বা পার্সনেল লোনা পীবা খুদোংচাবসি অতোপ্পা আইন অমগা তিনশিন্নরকপা মতমদা খদোংচাবদু মাঙবা য়াবা মতাং লৈ হায়বসি কেশ অসিনা সাক্ষিনি। স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্টকী মখাদা লূহোং লূরবদি মায়কৈ অনীমক লাইনীংলম্বীনা পীবা নুপী নিপা লোনবা য়াবগী চৎনবীদু মাঙজববনি। অদুনা কনাগুম্বা লাইনীং লম্বী পীবা নুপী লোন্নিংবা কাঙবুনা স্পেসিয়েল মেরিয়েজ এক্টকী মনাক নক্লুদবনা চুমগনি।

মণিপুরদসু মুসলিম লো চৎপা কাঙবুগা মুসলিম লো চত্তবা কাঙবুশিংগা রেজিষ্টার তৌদুনা লুহোংবা য়াম্না য়াওরি। অদুগুম্বা লুহোংবা পাঙথোকপ্রবা নিপাশিংদুদি অতোপ্পা অমা লুহোংগে হায়না হোৎনবা অব্বাবা নংবা য়াবা মতাংনি হায়না কোর্টকী রাইসি নীংশিংবনা খৃৎলৌ পল্লৌদবা হেনগনি।

নুপীবু তুহৎপা, নমথবা ওৎ-নৈবগী মতাংদসু আইন্দা য়েংবদা আই পি সি গী সেক্সন ৪৯৮ এ দা য়াওরিবা দণ্ডি তৌবগী মতাংসু য়াওরি। মদু নত্তবদা হায় কোর্টনা রিটকি দরখাস্থ অমদা ক্ষেতিপূরণ পীবা য়াবগী চৎনবা অমা ব্রায়েনশঙনা শেম্বা আইন ওইনা হৌদোরকপসিমক খরা কোম্না ক্ষেতিপূরণ ফংবা য়াবগী লম্বী অমা হাংবনি। অঙম্বা কাঙবুনা সিভিল সুট ওইনা থাদুনা খরগা ব্রাংনা ফংনবা হোৎনবসু য়াই। অন্ধ্র প্রদেশকী হায় কোর্টনা হন্দক পীরিবা লুপা লাক্ষ মঙাসিসু তুহৎপিরবী নুপী অমনা হৌদোকচবা য়াবা শেনফম অমদি ওই। লমদমসিদসু অসিগুম্বা ব্রারীসিনা নুপীদা তুহৎনীংবা মীওই কয়াদা খূদম অমা ওইদুনা নুপীদা তুহৎনীংবগী হৈনবীদা খরা লাকশিল্লকপা ওইসনু।

নুপীবু তুহৎপা, নমথবা ওৎ-নৈবগী মতাংদসু আইন্দা য়েংবদা আই পি সি গী সেক্সন

৪৯৮ এ দা য়াওরিবা দণ্ডি তৌবগী মতাংসু য়াওরি। মদু নত্তবদা হায় কোর্টনা রিটকি দবখাস্থ অমদা ক্ষেতিপুরণ পীবা য়াবগী চৎনবা অমা ব্বায়েনশঙ্গা শেম্বা আইন ওইনা হৌদোকপসিমক খরা কোম্না ক্ষতিপুরণ ফংবা য়াবগী লম্বী অমা হাংবনি।

# নুপী লোনবা, আইন অমদি হকশেল কাঙলোন

**লুহোংবা** হায়বসি মী অমগী পোক্লকপদা লোয়নরক্লবা অধিকারনি। লুহোংলবা মতুংদা নুপী অমবু লুহোংলবী য়ুমগী মৌ (রাইফ) হায়বা মিংথোলসি ফংই, অমসুং মদুগী ফল ওইনা মমা ওইরকই য়ুম্নাক অমদা ওঙলবী মৌ অমা ওইনা মীনা ইকায়খুম্নে।

অদুবু নুপা কয়ানা মাগী লুহোংদুনা লৌবা নুপীদু লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপী অমগসু লুহোংশিল্লকপা ঐখোয়না কৈরোয়-লৈকায়দা, লৈরক-খুল্লক্তা তাদুনতা উদুনতা লাক্লবা য়াফম্নি মদুবু নুপী অতোম্বী থিবা নত্রগা নুপী লোনবা হায়না ঙসিসু মরক মরক্তা থোক্লিবা থৌদোক্নি। চৎনবীসিদগী সাহিত্যদা লোন খরসু হাপকৎলকই খুদম ওইনা-নুপী অতোম্বী, মংম্বী, অঙাংশিংদসু অতোম্বীগী মচা, সনা লৈমা শিজগী কোল্লপতসু-শিজ লৌচাদবীনচিংবা মিংথোল কয়ানি। নুপী লোনবগী চৎনবা লৈবা ইমুং অমত্তা খুয়া তুশীৎনা পানবা লৈতে লমথুমগী শৎন-চৈনবা নুংশিনদবা পোত্থাফম খঙদবগী য়ারীমক্তনি।

খায়না নুপী লোনবগী চৎনবা লৈরম্বদি সমাজদুদা চঙদবা য়াদবা মরম খরদগীনি। মবমশিংদুগী খুদম ওইনা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা লান তৌনবা তাবদা নিংথৌশিংনা মাগী লাম্নী ওইহন্নবা নুপা য়াম্না পোকহনবা পাম্মী। নুপা য়াম্না পোক্লক্লবা নুপাশিংনা নুপী মশীং য়াম্না লোনবা য়াহল্লমই। অমরোমদা লান্দা নুপা কয়া শিখ্রবদা নুপীনা মশীং হেনলহৌরর্বনিনা নুপীশিংনা লুহোংলকপা তাবদা নুপা অমদা নুপী মশীং অমদগী হেন্না থুংনরম্বনি।

অঙনবা মতমদা আরব লৈবাক্তা থোকপা বারী লাইরিক্তগী ফংই নিংথৌশিংনা লান কয়া তৌনরকই। লানশিংদুদা নুপা চা লীশীং কয়া মখ্বায় থাখি। অরুবা সমস্যা কয়া লাকখি, মখোয়গী লুখ্রাবীশিং অমদি মপা লৈত্রবা অঙাংশিংদু করম্না মীমান্নবা লৈহনগনি। কুরানগী লামায়দা য়েংবদা উবা উংই মদু কোক্লবগী য়াফম। লাইবাও ওইনা লাওথরকই, "নঙনা করিগুম্বা মপা লৈত্রবা অঙাংশিংদু নচাগুম্না চপ মান্না য়েংবী থাকপিবা ঙমগদবা লৈরবদি মখোয়গী মমাশিংদু মরি ফাওবা লোন্দুনা লুহোংউ, ঙম্লোইদবা লৈরবদি অমত্তমক হোংউ।" শোক ১৯৫৫ গী হিন্দু মেরিয়েজ এক্ট চৎনদ্রিঙৈদা হিন্দুশিংসু নুপী লোনবদা থিংবা লৈরমদে। অদুবু, আইন্দুনা থিংদুনা ঙসি ১৯৫৫ গী মতুংদা হিন্দু লো চৎপা মীওই অমত্তা নুপী লোনবা য়াদ্রে। খৃষ্টান, অমদি পার্সিগী চৎনলোনচৎতসু নুপী লোনবা য়াদে। অদুবু ইসলামগী আইন মতুং ইন্নদি নুপী লোনবগী চৎনবী থিংবা লৈত্রি। মুসলিমশিংগী ওইনদি নুপী মরি থংন-থংননা নুপা অমনা লোন্দুনা লুহোংবা য়াই। অদুবু মঙাশুবী অমা লুহোংলকপসি "ফসিড

নিকা" হায়দুনা লুহোংলবী মৌগী থাক য়ৌদ্রিবী নুপী অমা ওইদুনা লৈগনি। নুপীদু লুহোংলবী মৌ অমা ওইহনগে হায়রবদি অহানবগী নুপী মরীশিংদুগী মনুংদা অমা "তলাক" তৌদুনা খাইনরগা য়াই।

নুপী লোল্লুবনা পীরকপা আইনগী চৈথেংদি অহানবদা. আইন্না নুপী লোনবা য়াদবা কাঙলুপ্পা নুপী লোল্লুরবদি লোল্লকপা নুপী পুম্বা লুহোংলবী মৌ (ৱাইফ) হায়বা ফমথোনঅদু ফংদে। লুহোংলবী মৌ হায়বসি নুপা অমগী নুপী অমত্তদা পীবা মিংথোন্নি। তৌববুদি নুপী লোনবা য়াবা মুসলিমশিংদদি লুহোংলবী নুপী মরি ফাওবদি লুহোংলবী মৌগী মিংথোন চপ মান্ননা ফংগনি। লুহোংলবী মৌগী থাক য়ৌদবী নুপী পুম্বা মাগা মরী লৈনরকপা নুপাদুগী লন থুমদা অধিকার অমত্তা লৈতে। নুপাদুনা মাবু লৌরমই হায়দুনা অদুগুম্বী নুপীনা মাবু থাক হন্নবা (মেন্টেনেন্স) দরখাস্ত থাবসু য়াদে যংনীংঙাইসু ওইদে। নুপাদুনা শিরবদা হুন্দোক্লম্বা লন থুম পূম্বদা মাগী লুখ্রাবীনি হায়দুনা লন থুম শরুক তানবা য়াদে।

নুপী লোনবগী চৎনবীবু থিংবা আইন কয়ামরুম লৈ। আই পি সি গী সেক্সন ৪৯৪ দা কনাগুম্বনা মাগী কাঙলুপ্পা চৎনবা পথাপকী মতুং ইন্না অথিংবা লৈবদু কায়না নুপী লোন্দুনা মাগী নুপীদু হিংনা হিংনা অতোপ্পা অমগা অমুক লুহোংলবদি চহী তরেৎ ফাওবা কৈগুমশঙদা মিয়াৎ অমদি ফাইনসু তৌবা য়াই হায়রি।

সেন্ত্রেল সিভিল সার্ভিস কন্দক্ট রুলসর্কা মতুং ইন্না সরকারগী মফমসিদা য়াম্না চাওবা চাৎথরম্মে সাইরাবানু ভার্সস গাফুর এ আই আর ১৯৮৫ সুপ্রিম কোর্ট ১১০৩ দা ফোঙলকপা কেশ অমদা নুপী লোনবা য়াবা মুসলিম নুপা অমনা অনীগু বা লুহোংলকপদা নুপী অহন্দুনা মাগী মনাক্তগী তোঙান্না হোংদোক্তুনা লৈথ্রগা মেন্টেনেন্স তাল্লকপদা নুপাদুনা মাদি নুপী ৪ লোনবা য়াবনি নুপী ২ থক লোল্লকপদা ঙায়রিঙেদা তোঙান্না হোংদোক্তুনা লৈরগা মেন্টেনেন্স তানবা য়ারোই হায়রকপদা কোর্টনা হুকুম তৌরকই, নুপী লোনবা ফনা হাসনসু নুপী অমগী যুম্বান পুন্সিদা পূর্কীং নুঙাইনা হিংজবদা চৈথেং অতোপ্পা নুপী লুহোংদুনা লোনশিল্লক্রবদি মানা লৈনীংদ্রবদি তোঙান্না লৈদুনা মেন্টেনেন্স তানবা য়াগদবনি।

ৱায়েনশঙদা নত্তনা মীচমশিংসু নুপী লোল্লকপা শৌগৎলোইদবনি। অদুবু নুপী লোনবগী চৎনবা লৈরিঙেদা হিংহৌবা অহল কয়ানা লৈকায়গী নহাশিংদা কবিগুম্বদা নুপী লোল্লকপদা য়ানীংদবা উৎপদি লায়রদুনা হীকথোংই। অমরোমদা, নুপীশিংসু নুপা অমদা হুপ্তুনা যুম পানশিন্নদনবা হোৎনবা ফৈ।

যুগসি নুপীশিংনা মবুক্তগী নুপা ঙাক্তা পোক্লবা, অঙাং অমা চেক মিরোনবগা বিজ্ঞানগী মতেংনা অঙাংদু নুপীরা নুপারা খঙদোক্লগা নুপীনি হেক হায়বদা য়ৈথবদা হালেংবা লৈনদ্রে। মরম অদুনসু নুপী পোক্তবনিনা নুপী মশীং য়াম্না হ্ংহ্রে। নুপীশিংনা, মরম অদুনা যুম পানবদা য়াম্না ঈংনা খল্পরগা শোয়ররোইদবা নুপা খল্লগা লুহোংনবা তৌবা ফৈ।

অদুঙৈদদি নুপী নুপা পক্ল-ৱায়না য়েংবসি কুঠিদা লোংনরমই ঙসিদি এইদসগী সার্ভিলেন্স

সেন্তরদা চৎতুনা য়েংবনা নাখৈ শেংগনি। মফমদুদা য়েংবদা এইদসগী মহীক লৈনদ্রে হায়রবদি য়েক শলাইকা থিনরুদ্রবসু য়ারে হায়না লৌবা য়াই। অদুম্না লুহোংবনা তিঞ্জেন লায়চেন্দবা সমাজ অমা থম্লম্বা ঙম্বগী অমত্তা ঙায়রবা পাম্বেনি। খুয়া তুশিংনসু হিংগনি ইজ্জৎ সম্মান লৈবা পুন্সিসু ওই। নুপী লোনবগী চৎনবী লেপ্পা চুমই।

# নুপীগী ফি থোংদবা হকচাং মীমাঙদা উৎপা

ভারতকী লিরবা লাইশঙ খোজুরাহো অমদি কোনার্কনচিংবা মন্দিরগী ফক্লাংদা ফি থোংদবা নুপীগী হকচাংগী শক্রোন কয়ামরুম পুথোক্তুনা হক্তুনা লৈরি। মসিতবু য়েংননবা মীরমদগী মী কয়া কয়া মথৌ অমা ওইনা লাক্লে। মদুদা উৎলিবশিংদু আর্টনি হায়না হায়নৈ। মীচম পূন্নমক্তি আর্টিষ্ট নত্তবনা মদুগী অর্থ খঙদে। নোংচুপ লোমদগী পুথোরকপা সিনেমা কয়াদা অশেংবা মালহন্নবনি হায়দুনা ফি থোংদবা নুপীগী হকচাং উৎপা য়াম্না তোয়না তৌরি। মদুতবু য়েংননবা মী কয়ামরুম সিনেমা হোল থন্নৈ; আর্টিষ্ট য়াওরি মীচম য়াওরি, ঈনখৎলকপা অঙাংশিংসু য়াওই। মখোয় মখোয়না ফি থোংদবা নুপীগী হকচাং য়েংবা লাক্লিবদুগী পান্দমসু তোঙাল্লি কনা অমনা আর্টনি হায়রিবা মচাকুথিনবা, কনা অমনা ইন্দ্রিদা মথৃম মরাঙ হৌহনবগী ময়াই কাহন্দুনা নুংঙাইবা। নহাশিংনা য়েংনরিবসু অকোনবগী মরমসিমরুনি। মরম অদুনা ফিলম পুথোকপা, ড্রামা পুথোকপা, লাইব্রিক ইবা কয়া অমনা মানা পুথোক্লিবা পোৎ অদুনা শেল মরাঙ কায়না তানবা য়ানবগী লম্বী ওইনা ফি থোংদবা নুপীগী হকচাং খরা পুথোক্লবদি তিকেৎ ঈন্নৈ মুন্নৈ ফংনদে হায়দুনা ফি থোংদবা নুপীগী হকচাং মপা চারবসু চাদ্রবসু খরা হাপচীনদুনা পুথোক্লবগী চৎনবী ভরত্তসু অদুম ক মচৎনৈ। অদুগা শিনফমদা নায়িকা অমা ওইরবী কয়া মীমাঙদা ফি থোকপদা নাচ্‌ংবিদবা মীসু লৈবাক্‌সি চাওবনা পঙরাৎ ৰাৎতে। অদুগা কালিদাসপু জ্ঞানি অমনি হায়না লৌশিং জ্ঞান্দা মপা লৈতবী নিংথৌমচানুপীগী মমাঙদা উৎপদা মখোয়তনা হায়রবদি মীয়াম্না য়ানরবা মীপোক মীহিং ঙম্বা খরনা উৎপদগী জ্ঞান লৈরবী নিংথৌমচানুপীদু ফাওবা কালিদাসপু জ্ঞানি অমনি হায়না লৌখিবগুম যুগসিগী মীপোক মীহিং ঙম্বা খরনা অদুগুম্বী মীমাঙদা ফি থোকপদা ইকায়জদ্রবীশিংবু থাগৎতুনা কলমগী পাঙ্গলনা মখোয়শিংদুগী থৌনাদুম হাপচীনবী মতুংদসু ফী থোকপা শক্তম কয়া মীমাঙদা উৎলক্লবা।

হৌজিক্কী যুগসি চমম্নবা যুগনি। ভারতকী লৈঙাক পথাপনা নুপী নুপা মান্নবগী পথাপ শেমখিবা চহী ৫০ ফারবফাওবদা খবরগী লামায় কয়াদা নুপীবু তাথী-তাওইনা তৌবিবা, তুহৎপিবা, খোঙ্গোয়নবিবা, ইজ্জৎ মাঙহনবিবগী পাও য়াওদবা নুমিৎপু পঙলে লৈতে। নাগরিক ঐখোয়গী অধিকার কয়া ইদুনা য়াওরি অদুবু কায়হৈদ্রবা থৌদাংদি ইখন খন্নদে। মতাংসিদা লৈঙাক-পথাপকী আর্টিকল ৫১-এ হায়বা মা ১৯৭৭ তা হাপচীল্লক্তুনা ফন্দামেন্তেল দ্যুতি হায়দুনা খঙনরি। মদুদা লেংথোক্তুনা পীরিবা থৌদাংশিংদু নাগরিক পূন্নমক্কী কায়ফদ্রবা থৌদাংনি হায়না লাওথোক্লি। থৌদাং ময়ামদুগী মনুংদা অমদি নুপীগী

থোৎ-নৌজবদা চৈথেঙ পীগদবা থৌদৌ পুস্বা থাদোক্কদবনি হায়বসিনি। মসিগী মমাঙদগী হায়বা তারগনা ইন্দিয়ান পেনাল কোদ, ১৮৬০ দা সেক্সন ৩৫৪ দা কনাগুম্বনা নুপীগী ইকায়খুম্নবদা খূৎ থিংজিন্দুনা খোঙ্গোয়নরবদি চহী অনীফাওবা জেলদা থম্বা অমদি ফাইলসু তৌবা য়াই হায়দুনা লাক্লি।

অদুনদি ঙসি নাখৈ অমা শেংবা দরকার লৈরিবসিদি শেন্থোক পাম্বদগী, থবক ফংনরক্তবদগী নৎত্রগা থুনা ফাওবা পাম্বদগী মানা খরা খীৎ পান্নবা নুপীগী ফি থোংদবা হুকচাং পুথোক্নরকপদা আইন্নদি করি হায়রি অমুক্তং খন্নবা মতম চায়।

ইন্দিয়ান পেনাল কোদকী সেক্সন ২৯২ না হায়রি কনাগুম্বনা লাইরিক, চেফোঙ অয়েকপা লাই নৎত্রগা অশেংবা শক্তম অমা ওবসিন হায়বদি অকামপেৎ ওইবা কামগী ইথিল পোকহন্নবা মরম ওইহল্লবদি মদুবু থোক হল্লিবা মীওইদু চহী অনী কৈশুমশঙদা বন্দী অমদি ফাইন ওইনা লুপা লীশীং মঙা ফাওবা তৌবা য়াই। অমদি ক্রিমিনেল প্রোসিদ্যুওর কোদকী সেক্সন ৯৫ গী মতুং ইন্না অদুগুম্বা অকাম্বগী মশক ওইরিবা চে-চাংদু ফাগৎপা ঙম্মী।

দি দ্রামাতিক পার্ফোমেন্সস এক্ট, ১৮৭৬ হায়বা আইনসিদা করিগুম্বা মীমাঙদা উৎপা দ্রামা অমদা অকাম-পেৎকী থাক য়ৌরবা শক্তম উৎপদা ষ্টেট গবর্ণমেন্তনা অদুগুম্বা দ্রামাদু উৎপা থিংনবা হুকুম থোকপা ঙম্মী। দি সিনেমাতোগ্রাফ এক্ট, ১৯৫২ হায়বা আইনসিনা ফিলম পুথোরকপদা অকাম-পেৎকী ওইবা শক্তম উৎপা য়াদনবা ফিলম সেন্সর বোর্দনা মাঙজৌননা য়েংলগা অয়াবা পীদুনা উৎহল্লকই। অদুমক্তদা ফিলম কয়া অমদি মীয়াম্না নুপীগী ফি থোংদবা হুকচাং মরম চাদনা উৎলি হায়দুনা ব্রায়েনশঙগী মতেঙনা উৎপা থিংনবা কেশ কয়া অমা থোক্লম্রে।

পুন্নমকসিদগী ভারতকী পার্লিয়ামেন্টনা ১৯৮৬ তা নুপীগী হুকচাং অমদি শক্তম চাওখৎতবা মওংদা উৎপা থিংননবা আইন অমা পুথোকখ্রে। আইন্দুগী মমিং "দি ইন্দিসেন্ত রিপ্রেজেন্তেসন ওব বুইমেন (প্রোহিবিসন) এক্ট, ১৯৮৬" হায়বসিনি। "ইন্দিসেন্ত রিপ্রেজেন্তেসন ওব বুইমেন' হায়বসিগী ৱাহন্দোক অসুম্না "নুপীগী শক্তম অমা, হুকচাং অমদি ফীভম নৎত্রগা মদুগী শরুক খরা নুপীগী ইকায়খুম্নবদা শীংনবা থোকপা, নুপীগী শক্তম অমদি মীয়াম্না লৌনরিবা থাক্তগী তৈনবা থোক্লবা নৎত্রগা লৈবাক্কী চৎনলোনচৎ নুংগী চৎন-লোনচৎকা তায়োন্নবা থোক্লবা মতাং শিংদুনি।" কনাগুম্বনা ইন্দিসেন্ত রিপ্রেজেন্তেসন ওব বুইমেনগী মরাল অমা তৌরবদি চহী অনীফাওবা কৈশুমশঙদা মিয়াৎ অমদি ফাইন লুপা লীশীং ১০ ফাওবা তৌবা য়াই।

হৌজিকসিদি ব্লু ফিলমকা হায়দুনা নুপীগী ফি থোংদবা শক্তম কয়া নমদুনা ফোঙদুনা য়োন্নরকপা মতম, সাহিত্যমক্তসু পোর্নোগ্রাফ হায়দুনা ফি থোংদবা হুকচাংদগী থোকপা সাহিত্য কয়া অমসু অদুঙৈদগী লৈনবকই। য়ানীংদবা ঙাঙলুবা কয়াদা ওনশীনবী ফি

থোকপা ঙস্বনা থোকচবনি করি কায়বগে? পাউখুমদু লুই। সমাজ হায়বা অমা লৈনরি মসিদা চৎনবা মোরেল ষ্টেন্দর্দ অমমম্ লৈ। লমদমসিগীদি ফিগে ফনেক মপান্নাইবা, অপাবা ইন্নফি, চিগোংলৈ নাচোম, চেঙহীগী মনম হায়বসিনা নুপীগী শক্তম মশক তাকই। মসিবু মপূং ফানা মাঙথ্রগদ রা? ফীজোল হায়বসি মীওইবগী চাওখৎপগা মরী লৈনৈ। মীও ইবগী চঙদবা য়াদ্রবা করিনো। নোং য়ূদবা য়ূমথক অমা, হিংনবা চরা অনী অমদি শেৎনবা ফীজোলগনি। যুগসি ফীজোল থৌওইনরক্রে লৈবাকমচাশা খ্বাঙচেৎ চেৎনা লাকশীনবিয়ু ফি নাম্থখিদনবা।

# মীয়াম হুপ্তুনা মাঙহনবিরবী মীরৈবাক্কী নুপী অমগী বিচার

মীরম ওইখ্রবা বাংলাদেশতগী ভারক্তা কোয়রকখিবী হনুফা খাতুন হাওড়া স্তেসনগী যাত্রিনিবাস হায়বা লমকোয়বা কাঙবুশিংনা লৈননবা শঙলেন্দা রেল স্তেসন অদুমক্তদা থবক তৌবা নুপা ময়াম অমা হু প্তুনা ইজ্জৎ মাঙহনবিখ্রবীনি। কলকটত্তা হায়কোর্টকী মমাঙদা মাগী বিচার চৎথদুনা রাই পীনরবা মতুংদা পেন্নদবা মায়কৈনা সুপ্রিম কোর্টতা আপিল অমা থারকপদু বিচার লোইখ্রে ক্রিমিনেল লো জর্নেল ২০০০ গী চেনা ১৪৭৩ শুবদা চেয়ারমেন রেলৱে বোর্দ ভার্সস চন্দ্রিম দাস হায়না মিংথোন্দুনা হন্দক্তা ফোঙলক্রে।

হনুফা খাতুন বাংলাদেশকী য়ুনিয়ন বোর্দকী মীথন্দা থল্লবা মীহুৎ অমনি। মহাক আজমির সরিফতা চৎননবা ভারত্তা লাকপনা ১৯৯৮ গী ফেব্রুৱারী তাং ২০০৬ তা হাওড়া রেল স্তেসন্দা থুংলম্মী। মহাক নোংয়ায় মতুং পূং ২ তাবদা জোধপুর এক্সপ্রেস ত্রেন তোংনবা লাকপনি। মহাক্কী তিকেৎ অদু ৱেতিং লিস্ততা ওইনা ফংলম্মী মরম অদুমক্তা মহাক্তা রেল স্তেসন অদুদা থেংনবা তিকেৎ একজামিনর অমদা তিকেৎ অদু নাখৈ অমা শেংদোক্লবা মতেং নিরম্মী তিকেট একজামিনরদুনা মহাকপু নুপীগী ৱেটিংরুমদা ঙাইনবা হায়বকই। মরম অদুনা মহাক নুপীগী ৱেতিং রুমদা লাক্কুনা ঙাইরম্মী।

ঙাইহাক ঙাইরবা মতুংদা মশক খঙদবা নুপা অনীথক চঙলক্কুনা (মমৈদা খঙনরকপা মতুং ইন্না মখোয়গী মমিং অশোক সিংহ অমদি সিয়ারাম) মখোয় খঙনবা মীশক যাম্না লৈবা তিকেৎকী মরমদা মীনা মীশক-মীমায় খঙবা ঙাক্তনি হায়না শক তাক্লদুনা হনুফা খাতুনগী মফমদগী তিকেৎ অদু লৌরদুনা নাখৈ শেংবা হীরমদা য়াওবা তিকেট অমা ওলহনবিরে।

জোধপুর এক্সপ্রেস থাগদবা পূং ৩ মুক রাৎলিঙৈদা সিয়ারাম হায়রিবা নুপাসিনা কাশী কৌবা অঙাং অমা পুরদুনা হনুফাগী নাক্তা লাক্লগা হোতেলদা থোক্কুনা চাক চাননবা হায়রম্মী। মহাক্তা থোক্কুনা মখোয়না তাকপা হোতেলদুদা চাক চারুবদা থুক থুক লাওদুনা য়াম্না হন্দোক্লম্মী। মহাক অমুক হল্লক্কুনা নুপীগী ঙাইফম কাদুদা লাকই।

কাদুদা অশোক সিংহ অমদি অতোপ্পা নুপা রফি অহম্মদ কৌবা অমগা লাকই, অমসুং ঙাইফম খরা নুংঙাইবা যাত্রি নিবাস হায়বা রেলবেনা লিংখৎতুনা লৈবা লৈফমদুদা হোংলসি হায়না হৌরম্মী। খাতুনদি য়ানীংদবনি অদুবু নুপীগী ঙাইফমদু শঙবা নুপীদুনা মখোয় নুপাশিংদু মশক খঙবা রেলৱেগী মী ঙাক্তনি চিংননীংঙাই লৈতে হায়বদগী মহাক মখোয়গী মতুং ইল্লম্মী।

যাত্রি নিবাসকী কা নম্বর ১০২ দু হান্নবা অশোক্কী মমিংদা নোংমগী মমাঙদগী লৌরম্লে। হনুফাবু কাদুদা পুশিল্লম্মী। কাদুদা নুপা অনী অমগা লৈবম্মী। মখোয়দু লালন সিংহ হাওড়া স্তেসনগী পার্সেল ক্লার্ক অমদি অরদেশ সিংহ পার্সেলগী থবক তৌবা মীওই অমগনি। অশোক্না কাদুদা হেক পুশিনবদা হনুফানা খুদোংথীবা থোক্কদ্রা চিংনবা অমদি লৈখি।

অরদেশ সিংহনা থোঙদু মপান্দগী লোনশীন্দুনা মপান্দা থোঙঙাকপা ওইনা লৈখ্রে। অতোপ্পা নুপা মরি অশোক, লাললন, রফি অমদি সিয়ারামনা য়ু থকপা হৌরম্মী অমসুং মাবুসু নমদুনা য়ু পীথক্লম্মী। মতুং তাবদগী মখোয় মরি চঙদুনা মাবু নম-চাদুনা চিংদুনা ফোয়দুনা মাগী ইজ্জৎ মাঙহন্নবা তৌরকপদগী জ্ঞান মাঙখি। জ্ঞান তারকপদা মহাক স্তেসনলোমদা অমুক চেল্লকই। সিয়ারামগা উনরম্মী অমসুং অফবা শাজিন্নদুনা মানা মাগী মনাক্তা লৈরম্বা অশোকপু খূবাক্পা থাদুনা ফূরম্মী। মতুং তারকপদা সিয়ারাম্না মাবু কনবিবা মী অমা শারদুনা জোধপুর এক্সপ্রেসসু নাম্থোকখ্রে হয়েং নোংঙাল্লগা তিকেৎ অমা চৎপা য়ানবা শেম্বিগে মাগী ময়ুমদা মাগী নুপী-অঙাংশিংগা লৈরুসি লাও হায়দুনা পুদুনা লাক্লম্মী। সিয়ারামগী মরূপ সমিরাম শর্ম্মা হায়বা অমসু য়াওরম্মী। মখোয়না হনুফাবু ৬৬ পাথুরিকাটা স্ট্রিট জোরাবাগান পুলিস স্তেসননা কোনবা লমদমদুদা পুরকই অমসু, নমদুনা হনুফাগী ইজ্জৎ মাঙহল্লম্মী। মানা লাও-খোংবা হৌরুবদা মখোয় অনীনা মাগী ময়া ফীবুন নম্লম্মী অমসুং মনাতোনসু মেনশিল্লম্মী মাবু হাৎকে তৌবা মাল্লি। অদুমকপু হনুফানা ঙল্লিবমখৈ লাও-খোংলম্মী মাগী মমায়-নমীৎ খৌরিদগী ঈসু যাম্না থোক্লম্মী। নুপীগী লাওবদু তাবদা য়ুমদগী য়ুম্বদুনা পুলিস তাকপদগী জোরাবাগান পুলিসনা নুপীদু কনবা ঙমখি।

কলকত্তা হায়কোর্টকী উকীল চন্দ্রিমা দাসনা হনুফাগী মচুৎ শিন্দুনা কেশ তৌরকপনি। কলকত্তা হায়কোর্টনা রেল কর্ম্মচারীশিংনা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবগীদমক্তা ক্ষেতি পুরন ওইনা রেলবে বোর্দপু লুপা লাখ তরা পীননবা হুকুম তারুবদগী আপিল তৌনরক্লুনা সুপ্রিম কোর্ট য়ৌরকপনি। সুপ্রিম কোর্টনা লুপা লাখ তরা ক্ষেতিপুরন পীবগী হুকুমদু ওহ্লোকপা তৌদনা চৎনগদবনি হায়বা রাই তাখি।

সুপ্রিম কোর্টনা হায়খি ইচা মীচা য়েংদনা ধর্ম্ম বিচার তৌবা হায়বসি কোর্ট অমগী মথৌনি মীরমদগী ঐখোয়গীদা কোয়রকপা মীওই খুদীংমক লৈঙাক-পথাপকা চৎন-লোনচৎ মতুং ইন্না ইকায়খুম্নবা চপ চানা ঙাকপি-শেনবিগদবনি। হিংবগী অধিকারসি ইরমগী মীথক্তনা নত্তনা মীরমগী মীসু লৈ মদুবু কোর্টনা ঙাকশেনফম থোকই।

নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবদা পীবা শেনফমদা হন্দক্কীসিনা খ্বাইদগী রার্জঙ। অমনা মীচা-মীখুননি য়েংদনা ধর্ম্ম বিচার চৎথবদা মীরমগী মীশিংসু ভারত মনুংদা ইজ্জৎ-সন্মান চপ চানা ঙাকপি-শেনবিনবা কোর্ট লৈরি হায়বা খুদম অমসু ওই। সুপ্রিম কোর্টনা শেনফমদু বাংলাদেশকী হায় কমিশনারগী ওফিসতা জমা তৌদুনা হনুফাগী মফমদা য়ৌহনখিনবা হুকুম অমসু তাখ্রে।

# মী অমা ফাবা মতমদা পুলিসনা "এরেষ্ট মেমো" অমা পীগদবনি

### (সুপ্রিম কোর্টনা লাউথোরক্লবা আইন্নি)

**রুল** অব লোনা মমি ইশাম শাম্লবা, নাগরিকশিংগী পার্সনেল লিবর্টিদা খূৎ থিংজিনবিবগী পাউনা পাউ মচং ওইরবা, মীয়াম পুম্নমসু পুক্নীং লৈতাদনা করি থোক্লগবা হায়না লাংতক্করিবা, মীশিগী ব্লারীনা লৈপূং ফম্ববগী ব্লা ওইনরবা, খূয়া তুশিংনা অমুক্তং হিংবা ফংখিগদরা হায়না মীয়াম পুম্বা খন্নরবা, লমজাউ সোরোক্তি লায়রদুনা শুমাঙ মাঙ্গোন ফাওবা লন্নাইগী নীংতম্বা লৈজদ্রবা, লৈবাক ঙাক্লবা লৈরিবা খূৎলায় পায়বা অঙম্বশিংনা নুপীগী ইজ্জৎতা শীঙনবিদুনা শম্বন্না হব্লাইমতোন চারবা যুগ, নুপীবু ইকায়খুম্নরক্তবা লমদম, সিমানা ঙাক্লবা লৈরিবা অঙম্বশিংনা গঞ্জা পুরমদুনা মীমাঙ ফম্লবা মতমসিদসু খংজিং লাইরেম্মদি মমাঙদা খল থারদুনা ব্লায়েল্লি মাগী থাঙশাংদু পায়রদুনা মীনা শেম্বা আইনবু ব্লাহন্দোক্তা শন্দোক্না তাক্তুনা অইবা আইনবু শেমদোক্লকই মাগী ঙমজবী শক্তিনা।

মীওইবগী অধিকার কন্নবা পাম্বোম তিংগে হায়না চোংথোরক্লবা লৈবাক মচা তাবা মীওইশিংনা, আইনগী সেবা তৌজবা সমাজসেবী কয়ানা লাউদুনতা লাকখিবা মী অমা ফাবা মতমদা "এরেষ্ট মেমো" অমা পীদুনা মীদু ফাখ্রে হায়বা অইবা চে অমত্তং লৈহনফম থোকই হায়না থৌদুনতলাকখিবা ব্লাফম সরকাররোমদগীনা ব্লাফমদু সি আর পি সিদা য়াওদে হায়দুনা মী ফাবগা এরেষ্ট মোমো পীবগী চৎনবী আইন ওইনা লৈহনবা ঙমদদুনা লাকখি। পার্লিয়ামেন্টতা আইন শেমদোকহনবা অরায়বা ব্লাফম নত্তে। রাজনীতিগী ওইবা লোয়শঙদুদদি পুখৎকদৌরিবা ব্লাফম পুম্বা পূখৎপিনবা মেম্বর, অতৈগী দিবেট, য়ানীংবগী ভোটনাচিংবা তৌরগা থাঙ্গৎলুবা বিল অমা আইন ওইরক্কদবনি। মীয়ান্না লাউবা খোঞ্জেল এরেষ্ট মেমো পীহন্নবা আইন শেমদোকউ হায়বা খোল্লাউ তাম্লবা লৈবাক মণিপুরদগী পালিয়ামেন্ট হায়বা দিল্লীদা লৈবা অঙম্বশিংদী লোয়শঙদু য়ৌহনবা ঙমদদুনা খৌনাউ তাদুনতা লাকপনি। হন্দক্তি ৱেষ্ট বেঙ্গোলদগী লাউরকপা খোল্লাউ অমনা ভারতকী সুপ্রিম কোর্ট য়ৌহনবা ঙমখ্রে ব্লায়েনশঙ মকোক্কী ব্লায়েন য়াথং তাওথরকই মী অমা পুলিসনা ফাবা মতমদা "এরেষ্ট মেমো" অমা পীদবা য়াদে।

শোক ১৯৯৬ কী লোইরকপদা "ক্রাইমস ১৯৯৬ (৪) (সুপ্রিম কোর্ট সেক্সন) ২৩৭ তা ফোঙদুনা য়াওখ্রবা কেশ ডি কে বসু ভার্সস ষ্টেট অফ ৱেষ্ট বেঙ্গোল হায়বা কেশ অদুমক্তনি সুপ্রিম কোর্টনা মিষ্টর জষ্টিস ডোক্তর আনন্দগী খোঞ্জেলদা আইন্ন অদু লাউথোকখিবদু।

ঙসি ঐখোয়না তাদুনতা লাক্লবা পুলিসকী লোক অপ মনুংদা থম্বা মতমদা ব্রা হংনবা ফাখিবা মী কয়া শিরম্লে নত্রগা জেল মনুংদা মিয়াৎ তারবা নত্রগা কেশ লোইদ্রিঙেদা কস্তদিদা থম্লিবা মীওই কয়া শিরম্লে। মীনা হায়নৈ ফুবিবদগী শিবা ওইরমগনি, কনানসু খঙদে মরমদি মফমদু মীনা উবা তাবা ফংবা মফম নত্তে। পুলিসতগী পুথোর কপা ফারুবা মী কয়াগী মশাদা থীনা শোকপা, খাম্বা, পোপ্পা মেজিষ্ট্রেটকী মমাঙদা পুথোরকপদা কয়া থেংনখ্রে। কনাগুম্বনা হায়নৈ মসিবু সারকারগী মথক্তা নত্রগা ফুরক্লিবা পুলিসকী মথক্তা এক্সন কা লৌবা য়াদব্রা! অখঙবশিংসু ফুম্বংনরদুনা খুমই, কনানা শাক্তি পীবিগনি মদুদি মখোয় অঙম্বা মশেনতনি উনবা মীচমদি উবা নত্তে, উরম্বা তারম্বা য়াওরবসু অকনবা শাক্তি ওইরুবগী ব্রাই চিনবা পুন্সি ওইন্নীংদে শান্তি পামবা মীওইবনি। অরিবা সি আর পিসি মহী ময়াই চম্লে আইন শেমদোকপা মথৌ তাই, সমাজগী হোংলকইবসিগা আইনগা চানহল্লু। সুপ্রিম কোর্ট য়ৌরকপগী ব্রারীদি জুলাই ১৯৮৬ কী টেলিগ্রাফ পাউচেদা তাং ২০,২১ অমসুং ২২ দা অদুগা, ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস পাউচে আগষ্ট ১৯৮৬ কী তাং ১৭ তা পুলিসকী লোক অপ অমদি কস্তদিদা শিবগী ব্রারীতনা থন্না ইনরকখি। ব্রাফমদু পল্লদুনা ৱেষ্ট বেঙ্গোলগী লিগেল এইড সার্ভিসকী চেয়ারমেন্না ভারতকী চিফ জষ্টিসতা চিঠি অমা ইরকখিবনি। মদুদা পাউচেদুদা পুক্নীং চিংশিল্লগা ভারতকী ওইনা ব্রাফমদু ব্রায়েনশঙদা খন্নবিরগা ফারবা মীওই অমগী হিংবগী অধিকার ঙাক্লনবা "কস্তদি জুরিসপ্রদেন্স" কৌবা ব্রায়েন অমা হৌদোকপা চুমই হায়দুনা হঙ্গৎলুবনি।

ব্রায়েনশঙ মকোক্লা মীওইবগী লন্নাইগী নীংতম্বা হিংবগী অধিকার (পার্সনেল লিবর্টি এণ্ড লাইফ) বু অচুম্বা আইনগী পোরম অমগী মতুং ইন্না মাঙহনবা নত্তনা য়াদে হায়বা কন্সটিট্যুসনগী মতাং কয়া পুখোক্লুনা নৈনরগা মী ফাবা অমদি মীবু ফাজিন্দুনা থম্ববা শক্তি শীজীন্নবদা মখাদা পীরিবা পোৎচঙশিংসি কায়দনা চৎকদবনি হায়দুনা ব্রাই তাখি ঃ

১) মী ফাবা অমদি ব্রা হংবা মতমদা পুলিস পার্সনেল অমা মহাক কনানো মমিং করি কৌই করি ফম পায়বনো. হায়বা খঙবা ঙম্নবা মশাগী ফিজোন্দা ফম অমদি মিং উৎপা মীওই অমা ওইগদবনি। ব্রা হংবদা মথৌ তৌশিবা পুলিসশিংদুগী মমিং রেজিষ্টর অমদা চনশিন্দুনা থমগদবনি।

২) পুলিস ওফিসার অমনা মী অমা ফাবা মতমদা "এরেষ্ট মেমো" অমা শেমগনি। মেমোদুদা, ফারিবা য়ুমদুগী মী অমা নত্রগা ইকায়খুম্ননীংঙাই ওইবা অদুব্রাইগী মীওই অমনা সহি তৌগনি, মদুদা ফারিবা মীওইদুগী সহিসু তৌগনি অমদি ফাবগী মতম অমদি তারিখ উৎকদবনি।

৩) এরেষ্ট মেমোদা সহি তৌবা মীদু ফারিবা মীদুগী মমান্নবা নত্রবদি ফারিবা মীওইদুনা মাগী মরুপ অমদা ফারিবদুগী পাউ তাকচনবা খুদোংচাবা অমা পীগদবনি।

৪) ফারবা মতমদগী পূং ৮ দগী ১২ ফাওবগী মনুংদা ফারবা মীদুনা লৈরিবা মফম

অমদি ফাবগী মতম, তাবিখ পূম্বা লীগেল এইড ওর্গেনাইজেসন অমদা অমদি পুলিস ষ্টেসন লৈরিবদুদা ফারিবা পুলিসতুনা খঙহল্লক্কদবনি, করিগুম্বা ফারিবা মফমদু অমদি ফারবা মীদুগী মরূপ্তু অতোপ্পা ডিষ্ট্রিক অমদা লৈবা ওইরবদি।

৫) ফারবা মীওই অমদা মানা মরুপ মপাংশিংদা পাউ তাক্লবা পাউ থাবা য়াগনি হায়না খঙহনগদবনি।

৬) কেশ ডাইরিদা ফারবা মীওইদু থল্লিবা মফম অমদি পাউ পীখিবা মরুপ্তুগী মমিং অমদি কনা কনাগী কস্তদিদা মীওইদু থম্বগে হায়বা মীওইশিংদুগী মমিংসু ইশিনগদবনি।

৭) ফারিবা মীওইদুনা হায়জরবদি মাবু ফাবা মতমদা মশাদা লৈবা অশোক অপন পুম্বদু ডাক্তর অমনা য়েংহনবা য়াই। মদু য়েংহনবা লোইরগা "ইন্সপেকসন মেমো" অমা শেল্লগা পুলিস ওফিসারদুনে অদুগা ফারগা মীদুগা সহি তৌনরগা কোপি অমা ফারবা মীওইদুদা পীগদবনি।

৮) ডাইরেক্তর হেলথ সার্ভিসেসনা মশক খঙলবা ডাক্তর ময়ামগী মনুংদগী অমনা ফারবা মীওই অমা কস্তদিদা লৈরিঙৈদা পুং ৪৮ খুদিংগী মাগী হকচাংদু য়েংগদবনি। ডাইরেক অদুগুম্বা য়েংননবা ডাক্তর ময়ামগী মমিং পরেং অমা শেমদুনা থমগদবনি।

৯) এরেষ্ট মেমো অমদি চে চাং ময়ামদুগী কোপি পূম্বা লমদমদুগী মফমদু পূবা মেজিষ্ট্রেটতা থাদুনা রেকোর্ড ওইনবা য়ৌহনগদবনি।

১০) ফারবা মী অমা ৱা হংবা মতমদা মতম পূল্লমক্তা নত্রবসু মানা পামজবা মতৃং ইন্না মানা পামজবা উকিল অমগা উন্নবা য়াহনগদবনি।

১১) ডিষ্ট্রিক খুদিংদা অমদি ষ্টেট হেডক্কাটরদা পুলিস কন্ট্রোল রুম হাংদুনা থমগদবনি মদুদা ফারিবা পুলিস ওফিসারশিংনা পুং ১২ গী মনুংদা অদুগুম্বা কন্ট্রোল রুমদা ফারবা মী অমদি থমগদবা কস্তদিগী মতাংদা পাউ খঙহল্লকদবনি। পুলিস কন্ট্রোল রুমগী নোটিস থেৎফমদা অদুগুম্বা মীফা মীপুনগী পাউ ফোঙদুনা থেৎকদবনি।

কোর্টনা অরোইবা ওইনা ৱায়েল্লকই, মথক্তা পীরিবা চৎনা পথাপসি কায়না চৎলম্বা ওফিসার পূম্বা ডিপার্টমেন্টল এক্সন লৌখৎপদা নত্তনা কন্টেম্পট অব কোর্ট ওইনা লৌগনি মদুগী ফলদি ৱায়েনশঙগী য়াথং কায়না চৎপগী দন্দি তৌগদবনি। কনাগুম্বনা নিয়মদু কায়না চৎপনা অৱাবা নংলবা মীওই অমনা হায়কোর্টতা চৎতুনা কন্টেম্পট অব কোর্টকী কেশ অমা অদুগুম্বা পুলিস ওফিসারদুদা থারকপা য়াগনি। অমাঙবদু শেলনা কুপখৎপা হায়বসিনা অসিগুম্বা মতাংদদি খ্বাযদগী চুনবা অৱাবা কোক্লবা লম্বীনি। পব্লিক সার্ভেন্ট অমনা প্রজাগী ফণ্ডামেন্টল রাইট ওইরিবা হিংবা অমদি লন্নাইগী নীংতম্বব শীংনবদা মাগী কর্ম্মচারীনা তৌরুবা অরানবদুগী ষ্টেটনা দায়ী লৌফম থোকই।

মণিপুরদা ঙসি ওইরিবা পুক্সি মরেন অমদি থৌদোকশিংগী য়েংবদা ৱায়েনশঙ মকোক্কী ৱায়েনসি কোক নোন্না চৎফম থোকই। সুপ্রিম কোর্টনা তাবা রাইদি ভারত পূম্বগী

লাউথোরকপা আইন্না অইবা আইন্দা শেমদোক্ত্রিমখৈ মথক্কী চৎন-পথাপসিনা ভারত পৃম্বগী মীফা মীপূনগী আইননি। আইনগী শাংলবা মখূৎতুনা মফমসিদসু য়ৌরক্লবনি। আইনসিগী কান্নবা প্রজাশিংনা ফংবা ওইরসনু অঙম্বশিংসু আইনসি ইন্না চৎপিদুনা কন্টেম্পেট অব কোর্ট থানরক্তবা ওইসনু।

# মীওইবনা চানবা থুমদা আইওদিন য়াওহন্নবা চৎন-পথাপ

**মীওইবনা** চানবা চীঙ্গাক মচল অমা ওইনা থুম হায়বসি খ্বাইদগী মরু ওইবা পোৎশক অমা ওইরি। লমদম অসিদা থুমগী অখন্নবা মফম অমা কৃষ্মৈ-ফিয়োং ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক কয়াদা কন্দুনা লাকই। খৃদম ওইনা নৌনা পোক্লকপা অঙাং অমগী ষষ্ঠি নুমিৎতা পোয়েং ঙবা লাকপা হায়বা চৎনবীদা মৈতৈ থুম মপাক ময়াম অমা থেন্দুনা পুরকপা চৎনবী ঙসিসু পঙকায় কায়নদ্রি। লুহোংবা নুমিৎতসু অথেনপোৎ পুরকপদা থুম মপাক লূকমায় অমা পুরকপগী চৎনবী লৈরি। মৈতৈ সাহিত্যদা লময়েংকেৎপী নুপী অমা চৈবদা অহল কনানা 'মসিগী নুপীসি থুম চেৎ অমা লোইরোইদবী নুপীনি' হায। মদুগী অর্থদি লুহোংবদা হাপ্লকপা থুম মপাক অদু মচেৎ অমা শীজিন্নবা লোইদ্রিঙৈদা মপামদা হল্লক্কদবী চন্নরোইদবী নুপীনি হায়বনি। হিন্দীগী সাহিত্যদসু 'হম আপকেনমক খায় হৈ' হায়দুনা ভক্তি লৈজবা মীওই কয়ানা মাবু থার্কপিরিবা মপূ অমদা নোঞ্জ ৱাহৈ ওইনা শীজিন্নৈ। লমদমসিদা মমাঙৈঙৈদদি অঙাং উনবদগী মৈনীং কৃপ্লিবী নুপী পূম্লমক ঙমু অরৌবগা মৈতৈ থুম মৈ ঈক্লবা মচেৎ অমগা চরা ওইরক্তুনা মচা কয়াবু মদুগী চীঙ্গাক মচল অদুখক্তগী লৌবা খোমচিংবা অঙাং অমগী মচি ওইজদুনা ঐখোয় পূম্বা চাউজবকইবনি।

ঙসিদি মীওইনা চানবা থুম পূম্বদা আইওদিন য়াওরবা পোৎশক অমা ওইদবা য়াদ্রে। মসি অখণ্ড-অহৈ কয়ানা থিজিন-হুমজিন্নরকপদগী ফংলকপা ৱাফম ওইনা আইওদিন ৱাৎপগী খুদোংথীবা কয়া ভারত শীনবা থুংনা ফংখি। মদুগী খুদোংথীবদগী কন্ননবা মীপুম খুদীংদা অৱাৎপা আইওদিন মেনখৎনবা লায়র-ইনাক খুনবা পুম্বনা চাদবা লৈত্রবা থুমদা আইওদিন হাপ্পনা চুমগনি হায়দুনা মীওইবনা চানবা থুম পুমবদা আইওদিন হাপ্তবা য়াদে হায়বা ৱারেপ থমখি। ৱাফমদু "প্রিভেন্সন ওব ফুদ এদলতিরেসন এমেন্তমেন্ত রুলস ১৯৯৭ রুল ৪৪ জি" দা নিয়ম ওইনা হাপচিল্লকই। ভারত সরকারনা ১৯৯২ ফাওবগী মনুংদা শোয়দনা আইওদিন হাপ্পা থুম খক্তং মীওইবগী শীজিন্নবগী ফংহল্লগনি হায়না লাউথোকখ্রবনি।

অদুবু, সরকারনা লাউথোকখিবা নোটিফিকেসন অদুদা আইওদিন হাপ্তবা থুম পূম্বা থিংজিল্লে হায়বদি নত্তে, তৌবতবু মীওইবনা চানবা ওইনদি আইওদিন হাপ্তবা থুম য়োনবদা থিংবগী ৱানি। মরম অদুনা শা-শন্না চানবা ওইনা আইওদিন হাপ্তবা থুম য়োনবদদি থিংফম থোক্তে হায়বা কারবারৱালাশিংগী নিঙাই ওইনা তৌবা ৱাকৎ অমা মধ্য প্রদেস হায়কোর্টতা লাকখি। কেশ অদুগী মমিং দাক্তর কে সি মালহোত্রা ভার্সস য়ুনিয়ন ওব ইন্দিয়া এ আই আর ১৯৯৯ মধ্য প্রদেশ ৯৬ হায়না মিংথোল্লি।

মধ্য প্রদেশতা সরকারগী হুকুম অমনা আইওদিন হাপ্তবা থুম পূম্বা য়োনবদা অথিংবা থমখ্রে। মদু সরকারনা প্রজা পূম্বগী হকচাং ফহনবগী পান্দমদা লৈঙাক পথাপ্পা পীবা প্রজা পূম্বগী হকচাং ফহনবগী পান্দমদা লৈঙাক পথাপ্পা পীবা আর্টিকল ৪৭ তা সরকারনা প্রজাগী মশা ফহন্নবা তীঞ্জেন-লাইচেন হন্দনবা থৌদাং শোয়দনা পায়খৎকদবনি হায়না পীরি। মরম অদুনা সরকারনা পায়খৎতবা য়াদবা থৌদাং ওইনা থবক অদু পায়খৎখিবনি। হুকুমদু শেমদোক্লুনা অচম্বা থুমবুসু হোঙনা য়োন্নবা থারকপা ৱাকৎ অদু কক্লদুনা হায়কোর্টনা হায়খি, লৈবাক্কী ওইবা থিজিন-হুমজিনবগী থবক্তা মচী মচীদা আওইদিন ৱাৎপগী খুদোংথীবা লৈরে হায়বসি ফংলবমক্তদা অদুগুম্বা অৱাৎপদু মেনখৎনবা পায়খৎলকপা খূজিন-থৌরাঙ পূম্বদি করিগুম্বা লনাইগী ওইবা ৱাফম্না অয়েৎপা পীবা য়াফম থোক্তে। প্রজাগী নাহন-য়েকহন্দবা হায়বসিনা খ্বাইদগী হান্না পায়খৎফম থোকপা থৌদাং ওইগদবনি। অচম্বা থুম য়োনবা য়াদবা হুকুমদু শেংনা চৎনহন্নবা য়াথংদুম পীরকখ্রে।

লমদমসিদসু আইওদিন ৱাৎপগী ৱাফম লৈখ্রে। মসিবু মেনখৎনবা আইওদিন হাপ্পা থুমতবু চাহনবা তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। মরম অসিনা আইওদিন হাপ্পা থুম খক্তবু য়োলহনবা, অচম্বা থুম য়োনবদা মপূং ফানা অথিংবা থম্বা হুকুম থোক্লুনা সরকারনা মীনা উগদবা মফমদা থেৎতুনা মীচম্না পাজনবা খুদোংচাবা ফংহনবা চুম্মী। মসিতা নত্তনা মেদিকেল ডিপার্টমেন্ট সাইন্সকী লমদা খঙহৈরবা মীওই অমদি সংস্থান কয়ানা আইওদিন ৱাৎপগী খুদোংথীবগী মতাঙদা মীচমশিংদা খঙহনবা মথৌ তাই। অমরোমদা আইওদিন হেনবগীসু খুদোংথীবা লৈববা মদুনা করম্না লাক্লগদবনো হয়বসু খঙহনবা চুম্মী। অদুগুম্বা অখঙ-অহৈশিংনা পুথোরকপা ৱাফম কয়া নিয়ম ওইনা শেমদুনা থম্লবদি অৱাবা নংলকপা অকিবা লৈরকপা প্রজাশিংনা ৱায়েনশঙগী মতেঙ লৌদুনা নিয়ম চৎনহনবা ঙম্লক্কনি। থুমগী মতেঙনা হকচাংগী অৱাৎপা আইওদিন মেনখৎপা হায়বা ৱাখল্লোনসি ভাব তানবা চুম্মী। অতোপ্পা ৱাফম অমনা অনা-অয়েক লৈবনা মরম ওইদুনা থুম হেনবা তারকপা মীওই অমদদি আইওদিন অৱাৎপা মেনখৎনবা করি করম্বা খূজিন-থৌরাঙ পায়খৎকদগে হায়বা ৱাফমসু চাউনা তাদুনা লৈরি। মীয়াম হকচাং ফহনবগী দায়ত্বদি সরকারদা লৈ হায়রি। দায়ত্বদু থরদি পায়খৎপা চুমমালে ৱায়েনশঙগী ৱায়েন ঙাইদ্রবসু অদুম ময়াই।

ইংশোক ১৯৬২ গী মার্চকী তাং ১৫ সি ৱাৰ্ল্ড কঞ্জুমর্স ডে হায়দুনা খঙনৈ। নুমিৎ অসিমক্তনি য়ু এস এ গী প্রেসিডেন্ট জোন এফ কেনেডিনা কঞ্জুমর্স বিল অব রাইটস হায়না খঙনবা কঞ্জুমরশিংগী অধিকাব ৪ খক লাউথোকখিবদো। লাউথোকখিবা অধিকারশিংদুদি -

১। রাইট টু সেফটি (অশোক অপন নংদনা লৈবগী অধিকার),

২। রাইট টু বি ইনফোর্মড (লৈরিবা পোৎতু কবিনা শাবনো খঙনবা অধিকার);

৩। রাইট টু চুজ (পোৎ ময়ামদুদগী অপাম্বা খন্নবগী অধিকার); অমসুং

৪। রাইট টু বি হার্ড (পোৎ লৈরিবা মীওইশিংগী মৱা তাবিবগী অধিকার)

মমৈদা অধিকার অনী অমগা হাপচিল্লকই, মখোয়দুদি -

৫। রাইট টু রিড্রেসেল (অৱাবা নংলবা কঞ্জুমর অমা অৱাবা কোক্ৰবা লম্বী);

৬। রাইট টু কঞ্জুমর ইজুকেসন (কঞ্জুমরগী চৎনলোনচৎকী মহৈ-মশিং তমজবা ফংবগী অধিকার)।

মথক্তা পল্লিবা শোক ১৯৬২ দা য়ু এস এ দা কঞ্জুমরগী অধিকারনি হায়না লাউথোকখ্রবা অধিকার ৬ অসি ভারতকী ওইনসু কঞ্জক্ম প্রোটেসন এক্ট ১৯৮৬ দা লোইনা হাপচিল্লক্তুনা ভারতকী ওইনসু কঞ্জুমরগী অধিকার ওইনা অধিকার ৬ অসি ইদুনা য়াওরে। মরম অসিদগী অতৈ লৈবাক্কা য়েংনরুরবদি কঞ্জুমরগী ঈহৌ ভারত্তদি ঙরাংতা ঙাইরিবা নৌরিবা ঈহৌনি।

কঞ্জুমরগী ৱাফম খন্নরকপসিদা খন্নবা য়াবা ৱাফম অমগা অমুক লাকই কঞ্জুমর হায়বসি কনাবুনো?

মমল পীদুনা (অমুক হন্না য়োন্ননবা নত্রগা করবার অমা তৌনবা পোৎ লৈবা নত্তবদা) শীজীন্ননবা পোৎ লৈরিবা মীওই অমা কঞ্জুমরনি। লৈরিবা পোৎ অদু লন্নাই শীজীন্নবদা নত্তনা মশানা মশাগী থবক পীজনবা পোৎ লৈবা ওইরবসু য়াই। অমনা মমল পীদুনা মীগী মতেং লৌরিবা মীওই অমসু কঞ্জুমরনি। মতেং হায়রগা শীজীন্নগদৌরিবা মীওইদুনা ফংহল্লিবা মতেংবুনি। পনবা য়াবা মতেং ময়ামদুগী মনুংদা বেঙ্ক, শেল শানফম, ইন্সুরেন্স, ট্রান্সপোর্ট, পোৎশুংফম, ইলেক্ট্রিক নত্রগা অদুগুম্বা শক্তি, লৈফম চাফম, য়ুমশাবগী শিনফম, হরাউ কুম্মৈ তৌবা, পোখাশঙ অমদি পাউ শন্দোকফম্নচিংবা মতেংশিংনি। অদুবু, মতেং ফন্না লৈনরবসু মমলদি লৌনদবা নত্রগা কন্ট্রেক সার্ভিস হায়দুনা মতেং লৌগদবা মীদুনা মতেং পীরিবা মীদুদা থবক্তু করম্না তৌগদগে তাক্তুনা মপু মনাইগী ওইবা মরী লৈনবা মশেল মতেং লৌনবদি আইন্দা মতেংনি হায়না লৌদে অমসুং লৌরিবদু কঞ্জুমর অমা নত্তে।

ঙসি ৱার্লড কঞ্জুমর্স দে নুমিৎসিদা কঞ্জুমরশিংগী অধিকারগী ৱাফম হৌরকখিবা ইতিহাসতা অমুক্তং লামায় ফাক্তুনা য়েংবা য়াই।

ভারত্তা ইহান হান্না কঞ্জুমরগী সোসাইটি অমা লিংখৎখিবসি শোক ১৯৫০ দা ভারতকী অহানবা এডভোকেট জেনেরেল চক্রবর্ত্তি রাজাগোপালাচারীননি। শোক ১৯৬০ দা ইন্টর্নেসনেল ওর্গেনাইজেসন অব কঞ্জুমর্স য়ুনিয়ন হায়বদু লিংখৎখি। মদু কঞ্জুমরগী সংস্থান কয়া পুনশন্নদুনা অমনা অমদা তেংবাংনবা অপূনবা শক্তি অমা ওইরকপদগী অন্তর্জাতিগী ওইবা ৱাকৎফম অমসু ওইরকই।

কঞ্জুমরগী চৎনরোলচৎতা শোক ১৯৮৫ এপ্রিলগী তাং ৯ সিসু য়াম্না মরুওই। মরমদি নুমিৎ অদুদদি য়ুনাইটেড নেসন্সগী জেনেরেল এসেমব্লিনা মীপুম তিংনা চৎননবা কঞ্জু মরগী চৎনলোনচৎ ঙাক্নবা লমজিং পথাপ অমা শেমখিবদো। মদুদা য়াওখিবা লমজিং লোনচৎ অদুদা অন্তর্জাতিগী থাক্তা য়ানরবা য়ামদ্রবদা শোয়দনা চৎনগদবা কঞ্জুমরশিংদা চৎকদবা লমচৎ তৌফম থোকপদু তাকপনি। কঞ্জুমরগী সমস্যাদি অন্তর্জাতিগী ওইবনিনা চৎন-পথাপসি

তাকপনি। কঞ্জুমরগী সমস্যাদি অন্তর্জাতিগী ওইবনিনা চৎন-পথাপসি লমদম লমদমগী ওইনা চৎনবগী মহুত্তা য়ুনাইটেড নেসন্সনা শকখঙলবা লমজিং পথাপ্তুনা কঞ্জুমর পুম্বগী খুদোং চানবা, ঙাকশেলহন্নবা তৌবনা চুমই খন্দুনা অরেপ্পা ওইখ্রবনি। ভারতকী ওইনা কঞ্জুমর্স প্রোটেক্স এক্ট ১৯৮৬ চৎনদুনা ভারত পুম্বগী ওইবা চৎন পথাপ অমগী মখাদা কঞ্জুমরশিংগী অধিকার খরগা ময়েক শেংনা য়োকখৎনবা আইন অমা ওইদুনা ঙসি চৎনরি। আইনসিনা কঞ্জুমর কাউন্সিল লিংবা অমদি কঞ্জুমরগী ব্রাকৎ তাননবা ডিষ্ট্রিক ফোরম, ষ্টেট কমিসন অমসুং নেসনেল কমিসন কৌবা ব্রাকৎ লোয়শঙশিং লিংখৎখ্রে।

মণিপুরগী ওইনা য়েংলুরগা লমদমসি স্কোয়ার কিলোমিটর ২২,৩২৭ পাকই। শোর ১৯৯১ গী মীকোক থীবা মতুং ইন্না মণিপুরগী মীশীং ১৮,৩৭,১৪৯ নি। হৌজিক্তি হেনগৎলম্লগনি। মণিপুরগী মীশীং শরুক ৩ গী ২ দি তমদা লৈ। ষ্টেটসি নেসনেল হায়রে নম্বর ৩৯ গা ৫৩ গনা মপানগী লৈবাক্কা শম্নহল্লি। নোংথক্কী লম্বেনদনা এরোপ্লেন্না শিলচর, গৌহাটি, কলিকতা অমসুং দিল্লিগা শমজিন্নে। নোংজু পম্বাদা নেসনেল হায়রে অনীমক চিং লম্বী নীংখায়দুনা লমদমসি অতোপ্পা লৈবাক্কা মতম খরগী ওইনা হেক হেক শম্নদবসু য়াওই। লমদমসিদদি ইন্দষ্ট্রিসু লৈতবা, পোৎ-চৈ শুংবা কম্পানীসু লৈতবা, লৌউ-শিংউগী পোৎসু মরাঙ কায়রক্তবা, অদুগা মপান লৈবাক্কা মতম অমত্তদা চপ মান্ননা হিংমিন্নবা তারকপদা মপানগী কম্পানীনা শাবা শুংবা, পোৎ-চৈ পুম্বা চাংনুংসিদা হোজিল্লকই, মদু লৈদুনা মীয়াম পুমবা শীজীন্নে। টেলিভিজন্দা এডভর্টাইজ তৌদুনা অনৌবা পোৎখোক অমা হেক উৎলকপদা মদু লৈকাইগী দুকান অমদা হেক্তা য়োল্লকই। মদু ফবা ফত্তবা খন্দনা লৈদুনা হেক্তা শীজীন্নে। শীজীন্নরুবদা খুৎথীবা নংখিবা য়ামখ্রে। খুদম ওইনা হৈ মহী থক্লুবদা স্কুলগী অঙাং খরা শিখিবা য়াওরে. য়াওশঙগী চাকচানবদা, চারুবদা ময়াম ডাক্তর কানখিবসু য়াওনখ্রে। মদু করি করম্না থোকখিবনো ইথি থিনরুদে।

অদুনা ঙসিগী অন্তর্জাতিগী কঞ্জুমরগী নুমিৎসিদা ঐখোয়না কঞ্জুমরগী সমস্যাসি ভাব তানবা হোৎনগদবনি। মদুদি কঞ্জুমর ইজুকেসন্নি। মদুগী থৌদাংদু ষ্টেট কঞ্জুমর কাউন্সিলগীনি অদুবু, থৌদাংদু থোইদোকপা লৌখৎলকপা লৈতে।

কঞ্জুমর অমনা তঙাইফদনা খঙদবা য়াদবদি শীজীন্নগদৌরিবা পোৎ অদুগী অফ-ফত্তা জ্ঞাননি, অমরোমদা হকচাং মাঙলোয়দবা পোৎ-চৈ লেবগী চৎনবী, লৈরিবা পোৎকা মমলগা মতৌক মপা চানরবরা য়েংবা, অরুম অয়াং ওন্নবা খল চাং ফারব্রা চুম্না খঙবা, অমদি মদু করম্না খঙ্গনি তম্বা, হু চেনবা মচু চাবা থকপা পোৎ-চৈদা শঙলিবদু মশক খঙবা, কঞ্জুমরগী আইনগী মরমদা চৎনবা য়াবা জ্ঞান লৈহনবা, কঞ্জুমরগী ব্রায়েনলোয়শঙগী অঙম্বা শক্তিগী মতাংসু খঙহনবা, পুন্নমকসি পায়খৎতবা য়াদ্রবা থৌদাংনি। মদু খঙহন্নবা থৌরম কয়া পাক চাউনা লেপ্তুনা চত্থবা চুমই। মসি পুম্বা খঙহনবা ঙম্লবদি, কঞ্জুমরশিংদা লাক্কদবা খুদোংথীবা মশীং য়াম্না হন্থগনি। মীয়াম্নসু খুয়া তুশীৎনা লেনবা ফংজগনি।

# মহৈ তম্ফমশঙ অমদি ৱায়েন লোয়শঙ

**মহৈ** তম্ফমশঙশিংসি ঙসিদি মীয়ামগীদমক্তা লিংখৎলবা শঙ ওইনা লৈরে। সরকারনা লিংখৎপসু য়াওই, লনাইগী ওইনা লিংখৎপসু য়াওরি। মতম অমদদি মহৈ তম্বা হায়বসি গুরু অমগী ময়ূমদা লৈরগা তম্নরম্মী। মরম অদুনা মহৈ তম্বিবা হায়বা থবকসি য়ামনা পূকচেল চাউবা কৎথোকপগী মতৌনি হায়নসু লৌনরকই। মরম অদুনা মহৈ তম্বা হায়বসি লৈবাকসিদা কারবার অমা ওইনা লৌরক্তে।

মহৈ তম্ফমশঙ ওইনা স্কুলদা, কলেজদা, য়ুনিবর্সিতিদা মহৈরোয় কয়া অমা তম্মী। মহৈ তম্নবা লাকপা মীওই অমনা অহানবদা মিং চনবা, মথংদা ক্লাস য়াওদুনা তম্বা হৌবা মথংদা পরীক্ষা কয়া অমা থারকপা হায়রিবা ময়ামসি তৌদবা য়াদে। মরম অদুনা ঙসি ২১ শুবা শতাব্দী চঙলকপসিদা হংনরকইবা ৱাহং অমদি লাইরিক তম্ফমশঙ অমনা পীরিবা মতেঙসি কঞ্জ্যুমর প্রোতেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ গী মখাদা পীরিবা 'সার্বিস হায়বসিগী মনুং চনগদবা? অমনা চনবা তারবদি লাইরিক তম্ফমশঙ মতেঙদু লৌরিবা মহৈরোয় অমনা ফংলিবা শিক্ষা অদু মচাক্তা, মগুণদা নৎত্রগা পীরিবা মওংদু হম্থবা থাক ওই হায়দুনা মহৈ তম্ফমশঙদুগী মথক্তা ক্ষেতিপুরন পীয়ু হায়না ৱায়েনশঙগী মতেঙনা থৌবা য়াগদ্রা হায়বসিনি।

কঞ্জ্যুমর প্রোতেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ না সার্বিস হায়বসি শন্দোক্লা তাকপদা হায়রি সার্বিস হায়বসি মতেঙ অমা হেক্তা ওইবা য়াই মদু মতেঙ লৌরিবা মীদুদা ফংহনবা ওইগদবনি। তৌবতবু মতেঙদু লেম্না পংবা নৎত্রগা পীনরিবা মতেঙ অমদি ফংলিবা মীওই অনীদু মপূ-মনাই ওইবগী মরী লৈনবা মতাঙ অমদি ফংলিবা মীওই অনীদু মপূ-মনাই ওইবগী মরী লৈনবা মতাঙদি ওইরোইদবনি। ৱাফমসোমদা য়েংলুরবদি মহৈরোয় অমনা ফী পীদুনা মহৈ তম্ফম অমদা তম্লিবসি মমল পীদুনা মতেঙ অমা লৌবনি মদুমক্লা মহৈ তম্ফমদুনা পীরিবা মতেঙদু 'সার্বিস' অমনি। তিলক বাজ ভার্সস হরিয়ানা স্কুল ষ্টেট কমিশন্না হায়খি- "মহৈরোয় অমসি মহৈ তম্ফমশঙ অমদা মতেঙ লৌরবা কঞ্জ্যুমর অমনি। মরম অদুনা মতেঙদু পীনদ্রবা অমদি লৌনদ্রবদি মতেঙদুগী মরীদা পীনখ্রিবা ফী অদু হন্দোক্লোইদবগী মরম লৈতে। কবিগুম্বা মতেঙদি পীদনা ফীদু হন্দোক্রবদি মখোয়না পীরিবা মতেঙদু 'দিফিসিয়েন্ত' ওইরে। ভেনকাতাপতি ভার্সস প্রিন্সিপাল অধিয়ামন কলেজ ওব ইঞ্জিনিয়ারিং (১৯৯৩) ১ সি পি আর ৫৯৫ হায়বা কেশ অসিদা লাকপা ৱাকৎনা মীওই কয়া অমা দিরেক্তরেত ওব তেক্নিকেল এজুকেসন্না খল্লদুনা কলেজ অসিদা মিং চনবা য়াহল্লম্মী। লুপা

৭০০/৭০০ ফী ওইনা থীদুনা মিং চল্লে। মথংদা মীওইশিংদু মাদ্রাজ সিতি মনুংদা অতৈ ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজ কয়াদা মিং চনবা ফংলে। মখোয়গী ট্রান্সফার সার্তিফিকেত মতমদা কলেজদুনা লৌশীনখিবা ফীদু হন্দোক্লোই হায়রকপদগী কঞ্জুমর ৱাকৎলোয়শঙ মাদ্রাজ স্টেট কমিশন য়ৌনরকই। কমিশনসিনা পৈশা হন্দোকহনবদা নত্তনা মথোয় হাপ্পুনা হন্দোক্লবা য়াথং পীখি।

কঞ্জুমরগী ৱাকৎলোয়শঙ মকোক নেসনেল কমিশন্নদি য়ুনিবর্সিতি অমনা পরীক্ষা লৌরিবা, চে য়েংলিবা, ফল লাউথোক্লিবা, অমুক হন্না য়েংবিয়ু হায়রকপদগী রিবেলুয়েসন তৌরিবা পুম্বসি কঞ্জুমর প্রোতেসন এক্টকী মখাদা পীনবা সার্বিস হায়বদু নত্তে হায়রি (চেয়ারমেন বোর্দ ওব একজামিনেসন মাদ্রাজ ভার্সস মোহিদিন আব্দুল কদির (১৯৯৬) ১ সি পি আর ১১৪)।

ঙসি অকোয়বদা উরিবা শক্তমসিদদি মহৈ তম্বিবা হায়বসি পূকচেল চাউবা মথৌদাং অমা লৌবনি হায়না লৌবা মথৌদাং অমা লৌবনি হায়না লৌবা য়ারক্নে। স্কুল লিংবা হায়বসি য়াম্না চাউবা কারবার অমা ওল্লক্লে। লৌনীং লৌনীংবা ফী লৌরক্লে। মমা-মপা কয়ানা ফী ফনা য়ামজরবসু তম্ফম খনফম খঙদদুনা অদুম য়ানরি। মবম অদুনা ঙসিদি স্কুল-কলেজশিংসি মহৈগী লাইরেম্মগী লাইশঙনি হায়না লৌবগী মহৎতা চাউরবা দুকান ময়াম অমা হাংদোরকপনি হায়না লৌবা য়ারে। য়োল্লিবা পোৎতি মহৈ তম্বিবা হায়বা সার্বিসসিনি অমদি মদুবু লৈবা ঙম্বা মমা মপানা অদুম লৈদুনা শীজিন্নরি।

অদুবু, স্কুল কলেজ অমনা পীরিবা মতেঙ পুম্বা সার্বিসনি হায়না লৌবা য়াদবসু লৈনি। খূদম ওইনা, তম্বিবগী মওং, পরীক্ষা লৌবগী মওং চে য়েংবা হন্না অমুক য়েংহনবা, পরীক্ষাগী ফল লাউথোকপা পূম্নমকসিনি। অদুবু মহৈরোয় অহুম মরিদা চপ মান্নবা রোল নম্বর পীবা, ফল লাউথোকপদা লান্না লাউথোকপা, সার্তিফিকেত পীবদা য়াম্না থীম্বা, লাইব্রিক পানবা মচাক পীবদা থীম্বা, নিয়মগী ৱাংমদা মহৈরোয় মিং চৎশিনবা হায়রিবা মতাঙশিংসিদি সার্বিসনি ৱাকৎনবা ৱাফম থোকই মহৈ তম্ফমশঙশিংসু ক্ষেতিপূরন পীনবা য়াবা মতাঙনি। ঙসিগী মহৈ তম্ফম শঙসিদি গুরুগী আশ্রম নৎলক্লে ২১ শুবা শতাব্দীসিদদি সুপর মার্কেত ওম্বোরকই মরম অদুনা লৈদুনা শীজিন্নরিবা ময়ামসি কস্তমর অমা ওইরক্লি।

# তর্পন উৎসব লাক্লবদা

লৈখিদ্রবা ইপু-ইপুগী আত্মাদু নীংশিংদুনা মখোয়গী মফমদা চেঙ-থোইদীং, হৈ-লৈ কৎতুনা হিংহৌরিবা মচা-মশূশিংনা শেংলবা দায়ত্ব পাঙথোক্নে। অমরোমদা ইমুংগী অহল-লমনগী মিংদা হৈ-লৈ কৎপদা নত্তনা উৎসব তৌদুনা অহল-লমন মরূপ-মপিজা কয়া বার্ত্তন তৌদুনা পীজ-পীথক সেবা কয়া তৌনৈ, লাংবন থাগী পূর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবদগী থাসি নুমিৎ ফাওবদা থৌরম অসি পাঙথোক্নে। ময়ুম পানখ্রবা নিঙোলশিংসু তর্পনগী হৈশোই থিনবা হায়দুনা মপামদা তর্পন শোনবদা চঙবা মচল ময়াম অমা থিন্নে। মপা-মপুগী তর্পন কৎপদা মাগীসু শরুক কৎখিনবনি।

উৎসব তৌদুনা মীবু পীজ-পীথক তৌবগী থৌরম অমা য়াওবনিনা, মীওই অয়াম্বা য়ূম্বু অমা ওইনা নৎত্রগা অতিথি অমা ওইনা শরুক য়াবদি শোয়দে। মরম অদুনা মীঙোন্দা পীজ-পীথক তৌবদা মী অমনা লৌফম থোকপা চেকশীন-থৌরাঙ অমরোমদা অতিথি অমা ওইনা চাক চাবদা য়াবা য়াদবা হায়বা পথাপ খরা ইন্দুনা চৎনদবদি য়াদ্রে। চাবদা খ্বাইদগী খুদোংথীবা থোকপা য়াবদি চারুবদা মী কয়া অৱাবা নংবা য়াবা মতাঙদুনি। মদুগী চেকশীন-থৌরাঙদি য়ূম্বু ওইনা মীবু পীজনবা পোৎ-চৈ লাঙঙিবা মীওইদুনে, মদুবু থোং-থাক্তুনা পীজগদৌরিবা চাকথোংবা মীদুনে মদুগী মখা পোল্লি। চাগদৌরিবা মীদুদি কয়া কন্না খঙ্করুদনা অদুমক চাশীনখিনি। ঐখোয়না অদুগুম্বা মীয়ামগী চানবা লাঙবা, চাকচা-হৈজানবা উৎসব-মেলাদা চাবা য়াউরুবা কাঙবু দাক্তরখানা য়ৌনবগী ৱারী কয়া পাউ-চে কয়াদা ফোঙদুনা য়াওখ্রে।

আইনগী ৱাফমলোমদা য়েংলুরবদি চাবদা পোৎয়ান তৌদুনা মীনা চাবদা খুদোংথীবা নংবা থোক্লবদি মরাল লৈবা কাঙবু দন্দী তৌনবা আইন ১৮৬০ দা শেম্লম্বা ইন্দিয়ান পেনাল কোদতা য়াওদুনা ঙসিসু লৈবি। মদগী মথক্তা দি প্রিবেন্সন ওব ফুদ এদল্টরেসন এক্ট, ১৯৫৪ হায়বা আইন্দুদসু য়াওদনা লৈ। মসিনা মরাল লৈবা মীওই দন্দী তৌনবা শেম্বা আইননি। অদুবু, খুদোংথীবা নংদ্রৈঙেদা মাঙজৌননা ঙাকথোকচহৌনবা পাম্বৈগী মাঙদা করম্বা চীঞ্জাকনা মচি ওইবগে করম্বনা চারেইদবগে করম্বা চীঞ্জাক পোৎ-চৈবু লৈদুনা শীজিন্নবদা মতীক চাবগে খনবা য়াম্না লুই। মসি তাক্লবা নৎত্রগা তম্লবা মফম ইরৈ লৈত্রি।

থাযনগী মতমদা তৌহৈ নৎএগা তৌহৈদে হায়বা লোনচৎসিনা মীয়ামদা ফনা নীংখিনা ঙাক-শেনবিদুনা মদুনা খুদোংথীবদগী ঙাকথোকনবা য়াম্না ফজরবা পাম্বৈ ওইরম্মী। খুদম ওইনা অতিথিদি ঈশ্বরনি হায়না তস্বিবকই। মরম অদুমক্লা ঈশ্বরমক্তা কৎনগদবা

পোৎতি খ্বাইদগী নীংথিবা অহেনবা ফজবা ঙাক্তগী পোৎ ওইবনা য়ুম্বু অমনা ঈশ্বরগী শক্তমদা মাগী ময়ুমদা লাক্তুনা উৎসব চারগদবা মীওইশিংগী মাঙনবা নৎত্রগা থৌওইদবনা অরা-অনা নংগদবা মরম ওইহন্দে। অমরোমদা চাক থোংলিবা মীওইশিংবুনা পূজারী হায়না কৌদুনা ঈশ্বরগী পূজাদা কৎথোক্লুবা মীওইনি হায়না লৈরবনি। মখোয়সু মখোয়না থোংবা পোৎপু ঈশ্বরদা লূক চন্দুনা কৎলগদবনিনা য়াম্না লূনা লৌজে।

মসিনা য়ুম্বুগী মথৌনি। চারগদবা মীওইগী ৱাফমলোমদা য়েংলগনা চাক হায়বসি করম্বা কানদা চাবা য়াবগে, করম্বা কানদা চারোইদবগে হায়বসি ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদসু ময়াওই মদুনা মীওইবা ঐখোয়গী জ্ঞান-লৌশিং ওইবা য়াই। মহাভারত্তা মচীন-মনাও মঙানা উমংগী পুন্সিদা চহী ১৩ অদুগা চহী অমনা মীরোৎ ওইরুবদু মায়পাক্তুনা হল্লক্লবদা দুর্য্যোধন্না লম পীয়ু য়াখিদে। য়েতুম মনাদা পকপা লৈবাকফাওবা পীরোই হায়খি। লান তৌনবদা তারে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা লান তৌদ্রিঙৈদা শান্তিগী লম্বী পূম্বা চাংয়েংগদবনি হায়রদুনা মচীন-মনাও মঙাগী পাউমী ওইনা হস্তিনাপুরদা লমনিবা লাকখি। মদুগী খোঙচৎ অদুদা দর্যোধন্না উৎলগে মতাগুম চাউরবা চাক্লেন অমা লাঙলবদা শ্রীকষ্ণনা চাখিদে। করিগী চারোইদৌরিবনো হংলকপদা শ্রীকৃষ্ণনা চাক চাবা য়াবা মতাঙ অহুমখক দুর্য্যোধনদা তম্বিখি। অহানবদা, চাক হায়বসি লাম্নগা চাগদবনি, অদুবু মহাক চাক লামদে। অনীশুবদা, চাক হায়বসি মরূপকী ময়ুমদা চঙদুনা চাবা য়াই অদুবু মহাক দুর্য্যোধনগী মরূপসু ওইদে। অহুমশুবদা, চাক হায়বসে চাবীরলাও হায়না কনাগুম্বা অমনা বার্ত্তন অমা কৎলবা মতমদা মাগী মফমদুদা চারুবা য়াই, অদুবু মহাক্না নুমিৎতুদা লাকপদু দুর্য্যোধন্না চাক চারনবা বার্ত্তন কৎপদগী চাক চাক্নবা লাকখিবা নত্তে।

হায়রিবা মতাঙ অহুমসি ইন্দুনা চৎনরবদি অনা-অয়েক ফনা য়াম্না কোকপা য়াবনি। অদুবু অসিগুম্বা চাবা য়াবা য়াদবা হায়বা পথাপশিংসি ময়াম্না থৌওইবিরক্লে, চাক থোংলিবা কাঙবুসু ভক্তিগী রস মাঙশিল্লক্তুনা চাহৈ-থকহৈদে হায়রম্বা চীঞ্জাক ময়াই কায়, মাংঙি হায়রম্বা চীঞ্জাক চাশীন-থকচীল্লগা থোংঙি, য়ুম্বুশিংসু মতমসিগী চাবা থকপদগী থোকপা য়াবা দশা অদোমদা কা হেন্না পুক্লীং চঙশিন্নবা উদে। উৎসব অমদা শীজিন্নবিবা হৱাই, উতিগী সোদিয়ম বাই কার্বোনেত (অশম্বীদা সোদি বাইকার্ব) চাগেমপোম্বনচিংবা মথেন্দা হাপ্লিবা হৱাইচার, এলুমিনিয়ম কোর্ফুদা থোংবা হৈ, মক্ত-মরাংনচিংবা কয়া। ঙসিদি আইওদিন হাপ্পা থুম, এগমার্ক মাকা য়েকপা অচাথাউ নৎত্রগা য়াইঙং মকূপ, মরূ-মরাং কয়া মশক খঙদোকপা তঙাইফদে। হৱাইদা মচু শঙবা কোক্লনবা ঈশিংদা য়াম্না শেংনা তীংদুনা চাম্বা, বেসন্দা কশাবী হৱাই য়ানবগী বাবী লৈরবা মতমসিদা মশক খঙবা মফমদগী য়ানশিন্দবা শেংনা অতকপা বেসোন লৈদুনা খোং-থাকহনবতা নত্তুনা মাঁঙোন্দা অনা-অয়েক থোকপা য়াবা মশক মুন্না খঙদবা পোৎ লৈদুনা থোংহন্দনবগী দায়ীসু লৈ। অখঙ-অহৈগী মোত্তা চখাউ অলসর নাবা মীওইদা সোদি বাইকার্ব শীজিন্নবা চুমদে হায়রবা ৱাফমসিদা

উতিদা শীজিন্নরিবসি চাংদা মচলদা মীগী মাঙনীংঙাই ওইরিদ্রা কা হায়বা ৱাফম এলুমিনিয়ম কোন্দা মৈথক্তা থাঙ্গৎতুনা পূং অমা থোংলবা হৈ থোংবা পীজরিবসি চুম্না হায়বা ৱাখল য়ুম্বু অমদি চাক থোংবশিংসু খম্নবগী মতম য়ৌরে। ফুদ তেষ্টিং লেবোরেতরী অমা মপূং ফানা লৈতবা লমদম অমা ওইরিবসিগী মথক্তা চাবদা শীজিন্নবা পোৎ-চৈগী পোৎয়ান তৌবা অমদি য়ারিবমখৈ অনা-অয়েক থোকহন্দনবা ৱাখল অমদি জ্ঞান অমা লৈহন্নীংঙি। হৱাইচার লোল্লিবা কাঙবুনা মরূ অদু তীলহাৎ হীদাক চাইদুনা মরূ লৌনবা থম্বা পোৎ অদুরা নৎত্রগা তশেংনা চানবা মরূদুরা খঙদোকপিবা চুমগনি। কোকফায় কাবা নৎত্রগা লূবা-নানবা ৱাৎপা মওংদা ওম্বনা থোকপা য়াবা অনা-অয়েকসু খঙহন্নীংঙি। মতম চানা চেকশীন-থৌরাঙ লৌহৌবনা অশোয়বা নংলবা মতুংদা লাক্লবদগী হেন্না ফৈ।

নুংগী চৎনলোনচৎ (ইথিক) হায়বা ৱাফমদু ঙসিসু য়াম্না মরু ওইরি। মদু মাঙশিল্লকপসু উই। খুদম ওইনা পাক-চাউনা বিশ্বকর্ম পূজা তৌনখি। বিশ্বকর্ম শেম্বা-শাবগী মপূনি মীয়ামদা অরূ-অনান ফজবা য়ুম্লে-কৈরৈ কয়াগী জ্ঞান তম্বিরম্বা মপূ অমনি। অদুবু মাগী পূজা নুমিৎতা মী কয়া অমনা মাগী মিংদা শানৈ-য়ুনৈখি জীব কয়া হাৎখি চীঞ্জাক ওইননবা। মাগী মিংদি পাউথোকহন্নীংদে অপঙবা মীওইবা ঐখোয়না। ঙসি তর্পন লাক্লে ইপা-ইপুগী আত্মাদা ঙমজবা ভক্তি তৌজবা থাখায়দুনি মসি য়েক্লা ৱাখল থাদোক্লবা নুংশিনবা অমদি অহিংসাগী থৌরমনি, অতিথি সেবা তৌহন্নীংঙি, য়ুম্বুসু ভক্তি চেলহঞ্জনীংঙি, চাক থোংবা কাঙবুসু নিশা শীজিন্নহন্নীংদে মীয়াম তীঞ্জেন-লাইচেনবা থোকহঞ্জনীংদে।

# লৈনীংদবা মীদা নম-হাদুনা পোৎ য়োনবা আইন্না য়াদবা থবক্লি

**লমদমসিদা** লমজাও-সড়াক্কী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমদি লম্বীদু থৎলগা অচৎ-অওক পূম্বা ফারগা ফীরাল য়োনবনি। ফীরাল নৎত্রবসু হাউসিগী টিকেট, লোটরি টিকেট, ড্রামা সিনেমা চেরিটি সো লৌবগী টিকেটনচিংবা কয়াসু য়োল্লি। টিকেট অদু লৌদ্রবদি ফারিবা কাঙবুদুনা শাউই অথীবা ৱাহৈনা করেম্নদুনা চৈ। য়াউশঙগী মতম য়ৌরক্লে, লৈকায়-লৈকায়দা স্পোর্ট তৌবগীদমক্তনি হায়দুনা হাউসিগী টিকেট কয়া য়োন্নরকই মাইক্তা লাউনরকখিনি মেঅ আই পিক অপ জিরো এন্দিং নম্বরকা হায়দুনা। অসুম্না নেসনেল ফ্লেগ দে, টিচরস দে, মার্টায়ার্স দেনচিংবা কয়াদা খূরক হাঙদনা মীওই খরনা অচৎ-অওক পূম্বা থৎতুনা টিকেট-ফীরালনচিংবা য়োল্লি। চিঠিখেলা অমগী মতাংদা পুলিসমক্তা অচৎ-অওক থৎতুনা টিকেট য়োনবা য়াওখ্রে।

হন্দক মরক কন্না চৎনরকপা ৱাফম অমনা নহা ওইরিবা খরনা য়ুম-য়ুমদা চঙদুনা ফিজোলনা জীন খোঙ্গ্রাও শউনগী জেকেট কা লীৎপা খন্থবী টুপী কমান্দো কেপকা উপ্লগা লাইরিক য়োন্নবা চঙলকপা। মদু লৌরোইকা হায়রুরবদি অথীবা শকফম পুথোক্তুনা করিগী লৌরোইদৌরিবনো হায়দুনা অদুম নৈদুনা লৈবা। মসি লৈগদবা মী অমনা লৈনীংদবা পোৎ অমা নমদুনা মীগী শুমাঙদা চঙলক্তুনা য়োল্লবা শক্তম অমনি। পঙকুই কুইদনা অদুম হায়না রিবোলুসন্নরি শারগা লাইবিক অমদি কেসেট য়োল্লম্বা কয়া ফোটোগা কোন্নরা খবরদা হাপ্তুনা রিবোলুসন্নরি শাবা ওইরমদুনা ফারেকা হায়দুনা ফোঙলকখ্রে।

অসুম্না মী মশানসু য়ানীংদবদা অতোপ্পা অমনা নম হাদুনা পোৎ য়োনবগী চৎনবী খরা কন্না চৎনরকপগুম তৌই। পোৎতু লৌননবা পৈশা লৈতেকা হায়রুরবদি য়ুম অসুক ফজনা শারিবা নুংঙাই-য়াইফবা নখোয়না শেল লৈতে হায়রিবা করিগীনো হায়দুনা য়েৎনবদুম হৌরকই। য়ুগসিদি খরা শম্বা থরাযকাসি মাঙনবা তোয়রকপসিদা থরায়গী য়েংনদুনা লৈত্রবসু চাদ্রসু নম-হাদুনা য়োল্লবা পোৎ খরগী মমল খরা পীদুনা মশানদি য়ানীংদনা পোৎ লৈবগী চৎনবী খরা লৈরে। অমরোমদা বিবোলুসনদি শারগা তৌরম্মি হায়দুনা লৈকায়না ফাবসু মশীং নাইদ্রে।

য়ুম্লক্কী ৱাফম্না খরা লায়নবু লৌবরা মসিদি অদুম খাঙনদুনা লৈনরি। অদুবু, লম্বীদা থৎলগা টিকেট ফীরালনচিংবা য়োনবসিদি থিংবগী থবক অমা সরকারনা লৌখৎতুনা খন্নদুনা অথিংবা হুকুম থোকখিবা কুইবে। হুকুমদু মণিপুর সরকারগী মেমো নম্বর ২/৮ (৩১) ৮৯-

ঐচ তাং ২৫/৯/৯৭ হায়না চন্দুনা থোকখিবনি। হুকুমদু মণিপুর গেজেট এক্সত্রাওর্দিনরি নম্বর ২৩১ তাং ২৯/৯/৯৭ ফোঙখ্রে। তেল্লবা হুকুমদুগী চপ চাবা ৱাহল্লোক অসুম্না পীবা য়াই - "চেরোলসিনা মীয়াম পুম্নবু খঙহন্নবা অসুম্না লাউথোক্লি, মদুদি সরকারগী অয়াবা লৈতনা লমজাও সড়ক্তা থৎতুনা ফীরাল য়োনবা, শেল খায়বা, টিকেট য়োনবা, চেজাই কয়া চাইথোকপা নৎত্রগা করিগুম্বা মওং অমদা শেল খায়বনচিংবা অমদি দুকান পোৎলক্তা চঙদুনা ফত্তবা থবক পুম্না অচৎ-অওক্তা অপনবা পীবা অমদি ৱাই চিলহনবা থোকই। অদুগুম্বা থৌওংসি মরম অদুনা আইন্না য়াদবা অপনবা পীবা মওংনি নৎত্রগা ৱাই চিলহনবনি মদুনা অচৎ-অওক্তা খুদোংথীনীংঙাই অমদি নুংশা থীনীংঙাই ঙাক্তনি অদুনা আইনগী মতুং ইন্না দন্দি তৌরগনি।"

অদুনা কনাগুম্বনা অসিগুম্বা থৌওং তৌরম্বা পুম্বা খুদক্তা লেপকদবনি। মখা তানা খঙহল্লি কনাগুম্বনা অসিগুম্বা থৌওং চখরম্বদা আইনগী মতুং ইন্না দন্দি তৌগনি। হুকুমসি মতমদুগী মণিপুর সরকারগী চিফ সেক্রেটরী পি এল থাঙ্গানা থোকখিবনি, ঙসি ফাওবা শেমদোকখিবা লৈত্রি।

হুকুমসি নৌনা শেম্বা আইন অমদি নত্তে চুম্না অদুগুম্বা থৌওংদু য়াদবনি হায়না খঙহন্নবা লাউথোকপতনি। লম্বীদা ৱাই চিলহনবা অচৎ-অওক্তা অপনবা পীদবদি আই পি সিদা অদুঙেদগী পব্লিক নুইসেন্স হায়দুনা মদু তৌবা মীওই পুম্বা দন্দি তৌগনি হায়দুনা লাকই। অথিংবা থৌওংশিংদুদিঃ

১। লায়না-তীন্না শন্দোক্লবা থৌওং

২। চানবদা পোৎয়ান তৌদুনা চীঙ্গাক হু চেলহনবা

৩। অনা-লায়েংনবা হীদাক মীনা চাবা য়াদবা ওইহনবা

৪। মীয়াম্না চানবা পুখ্রী হিদেন মোৎহনবা

৫। নুংশিৎ-নুংশা শেংহন্দবা থৌদৌ

৬। গাড়ী থৌবদা থরেক-থরেকপা

৭। জহাজ হিনচিংবা চেকশিন্দনা হোনবা

৮। অহীংদা অচৎ-অওক্না উনবা, খঙনবা খিনবা মচু, মৈঙাল অমদি শক্তম ওন্ননা পীবা মীওই

৯। লমজাও-সড়ক্তা তুরেল মরীন্দা অপনবা পীবা থৌওং

১০। পোকখায়গদবা অমদি হু চেনবা পোৎ লোইশিন খঙজিন্দবা

১১। শা-ঙা খুৎলায় অমদি য়ুম-কৈনচিংবা মওং চানা লোইশিন-থমজিনদবা

১২। অকামপেৎ ওইবা লাই/লাইরিক য়োনবা অমদি অকাম্বা লমচৎ শাজৎ চথবা অমসুং

১৩। লোইরি ওফিস লিংবা (সেক্সন ২৬৯-২৯৪ আই পি সি)

আই পি সিদা য়াওরিবসিদি পব্লিক নুইসেন্স অমা থোকখ্রবদা মদুদা অশোক-অপন নৎত্রগা অৱাবা নংলবা অমনা মরাল লৈবদু দন্দি তৌননবা থবক পায়খৎনবনি। অদুবু পব্লিক নুইসেন্স অমা থোক্লককপদা অশোক অপন থোক্লদ্রিঙৈদা থিংবা ঙম্বগী শক্তিদি দিষ্ট্রিক মেজিষ্ট্রেট নৎত্রগা একজিক্যুটিব মেজিষ্ট্রেটশিংদা লৈ। সি আর পি সিগী সেক্সন ১৩৩ গী মতুং ইন্না করিগুম্বদা অদুগুম্বা মেজিষ্ট্রেট অমনা পুলিসনা পীরকপা পাউদগী নৎত্রগা অতোপ্পা মওংদা ফংবা পাউদা ওইরবসু নৎত্রগা লমজাও-সড়ক্তা অচৎ-অওক্তা অপনবা নৎত্রগা নুইসেন্স অমা লৈরে খুদক্তা লৌথোকপা চুম্মি খল্লবদি লৌথোকহনবা ঙম্মি।

লমদমসিদা লমজাও-সড়ক্তা অপনবা থোকহনবদি টিকেট, ফীরাল য়োনবতা নত্তে, উমংলাই হরা উবা লমথোকপদা শহরগী ময়ায়মক্তা লমথোকচিল্লকপা অদুগা মাইক্লা লাউদুনা লাই লল্লাল্লবদি শিগনি হায়না কিহন্দুনা পাইরক-পাউখুগী অনা-অয়েক্কী লাকপা কয়াদা কুইনা অপনবা পীবা লুহোংবা পঙ্খাদনা লুহোংবগী বর-কন্যা থিল্লকপগী কার-জীব বস ময়াম পরেং লেংদুনা মখোয়না হেন্দোকত্রিমখৈ মীয়াম চৎহন্দদুনা পলহনবা।

মসি খঙ্খবা চুম্মি মীয়ামদা উৎনীংবগী চাংসি খরা ফাথবা ফৈ উমং লাইনা উমংদা লমথোকপা, লুহোংবসু য়ারিমখৈ শহর ময়ায় ফাওদনবা হোৎনবা চুমগনি। য়াম্না উৎচনীংবদা খঙ্খদবদা হায়রুরবদি ১৯৯৮ গী রিপব্লিক দেদা মণিপুরগী ওইনা দিল্লীগী লালকিলাদা লম্বীদা চৎপগী থৌরমদা সংকীর্তনদা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না ভক্তিগী রসতা য়ৈবগী চৎনবা লৈবা মৈতৈপুংবু কোয়েৎ য়েৎপা ময়াম অমনা লমজাওদা থোরক্লুনা চোলোম তৌবা ঙমইবনি। খঙ্খবা মতম য়ৌরে।

লমজাও-সড়ক্কী মী থৎতুনা পোৎ য়োনবসু য়োনফম চানা কৈথেল দুকান্দা য়োনবনা চুম্মি। য়ুমদা চঙদুনা লাইরিক য়োনবসু লাইরিক য়োনফম দুকান্দা অদুম য়োনবা মফম চায়। লৈনীংবা কাঙবুনা মরাইনা থিজরক্কনি। মগুণ লৈবা লাইরিক ওইরবদি মুন্নদুনা কনাসু ফংনহৌরোই। অদুনা পানীংই পানীংদে খঙদবা মীদা মশানসু লৈনীংদবদা নম-হাদুনা পোৎ য়োনবা তৌহৈদে পাপ পুনি। মতমসি মীশি-মীনা তোয়বসিদা পাপকা হায়বসি পুবা কিনদ্রে। কিবিবদি ফৈ। মরমদি পাপ হায়বসি ঙসিসু লৈরি।

# থোং-থাক্লবা গ্যাস লল্লোনবা কাঙবুগী নমথাক অমদি আইনগী চৈরাক

মৈ শীজিন্নবা অমদি চান-থক্লবা পোৎ-চৈ কয়া মৈগী মতেঙনা থোংদুনা চাবগী চৎনবীসি মীওইবগী চাওখৎলকপগী খোঙথাঙ অমনি হায়না লৌনৈ। থোং-থাক্লবা মৈ থোকহনবা ঙম্বা পোৎশক ময়াম অমা মীওইবনা শীজিন্নদুনা লাকই, খুদম ওইনা শীং, শঙ্গী অকঙবা ৱা অকঙবা, উনা-ৱানা চৱ্দ-ৱাইরুনচিংবা কয়ানি। অদুবু, চাওখৎলকপগী খোঙথাঙ য়াঙশিল্লকপগা লোয়ননা খনীদগী থোকপা পোখোক থাউদগী ফংলকপা চাক থোংনবা গ্যাস এল পি জি হায়না খঙনরবা অশাংবী লোন্দা লিক্কিফাইদ পেট্রোলিয়ম গ্যাস লমদমসিদসু মরাঙ কায়না শীজিন্নরক্লে। লুহোংবা অমদা নুপীগী অউপোৎ ওইনা গ্যাস অমা হাপ্পা হায়বসি তোকপা য়াদবা ওইরক্লে। অদুনা সনাদগী হেন্না মীনা তান্নরবা য়োনগে হায়বগা শীৎতবা লৈত্রবা তাঙখ্রবা পোৎশক্লি।

লমদমসিদা অয়ুক্কী মতমদা গ্যাস এজেন্সিশিংগী দুকান মমাঙদা নুপীগী মায়ৈগে অমা নীপাগী মায়কৈ অমা, ক্যু লেংদুনা গ্যাসৱালাশিংগী থৌজাল ফংনবা লেম্নসু লৌগদবা নত্তবা গ্যাস সিলিন্দর অমতং লৈবদা মমল য়ামখ্রবা অয়ুক্কী মতম পূম্বা লেপ্লুরগা লোইখ্রে হায়না পীরক্তদুনা তাম্থোরকপা মতাঙ কয়া অমদা নীংবা কায়না হলহল্লক্‌পা মীগী মশীংসু ৱাৎতে। নুপীরোমগী চোংথোক্লরকই। মখোয়না নুপীগী পরীংদা লেপশিল্লগা কনাগুম্বা মমৈদা লেপকদবগী অৱাবা নংগদবা কয়াদা গ্যাস লৌবিরগা লৌবিমল লুপা ১৫/২০ ফংদুনা নোংমগী মী ৫ অমা ১০ অমগী মতেঙ পীরুদুনা শেম্থোক লৈবা, মতমসু পঙমাঙ মাঙদবা ৱাদনা তানবা য়ারবা শেল খরা খরা ফংনদুনা জীবিকা ওইনরি। হোতেলগুম্বগী ওইনা বিক্সদা চরোং চরোং গ্যাস সিলিন্দর ময়াম অহাঙ-অথন ওন্নবগীদমক্তা কয়া অমসুং লাক্লে। মখোয়দুদি গ্যাসৱালাশিংগা য়ানবা য়াওমাল্লে পঙপন পন্দে। গ্যাসকী মমল লেপ্পগী মতাঙদা দি সিগী খুৎ চাউনা লৈ। লম্বেলনা স্লিপ তাখিবা য়াওরবদি গ্যাসৱালাশিংনা গোস য়েনবদা মমাঙ খোঙদা য়োনবা মতম মতমদগী ওইনা লেপ্পী। মমাঙ খোঙনা লোল্লবদি মনীং খোঙদা চঙউনা হায়না অখঙ-অহৈ কয়ানসু হায়নৈ। অদুনা বন্দ ফনা তৌসনু, লম্বেল ফনা স্লিপ তাসনু, লমদমসিদি সনা লৈবাকনি গ্যাসকীসু অৱাৎপা লৈতে তৌবতবু মমাঙ খোঙদা য়োন্দবগী ৱানি, ব্লেক্তা পামইবমখৈ মবাঙ কায়না অদুম মফংঙি পৈশাতগী ৱানি। অদুবু গ্যাসনা লমদমসিগী মীওই পূম্বা মীনায় নাইথাঙ ওইহল্লে, মদুতবু ফংনবগীদমক্তা ইজ্জৎ সম্মান য়েংদ্রে অমত্তবু ফংলবদি হায়দুনা শকথীবা বেরি থকপা অমোৎপা ময়াদু

হীগৎতুনকাসু নোকচরিবা, গ্যাস সিলিন্দর হোন্দোকপগী থবক তৌরিবা কুলিদুদকাসু পাবুং হায়বা মিঙ্গৌ কৌরদুনা গ্যাস ফংনবা নোঞ্জবদসু হালেঙবা লৈনদে। অদুনা হৌজিক্কী মতমদা চাক থোং-থাক্লবা গ্যাসনা খ্বাইদগী চাউরবা মফম অমা লমদমসিগী মীওইশিংগী পুন্সিদা কনশিন্দুনা লৈরি।

আইনলোমদা য়েংলবদি ইন্দিয়ান পেট্রোলিয়ম এক্টকী মখাদা শেম্বা গ্যাস সিলিন্দর রেগুলেসনগী মখাদনি গ্যাস য়োনবা লৈবা অমদি প্রজানা ফংনরিবসে। গ্যাস সিলিন্দর অমগী মবুক্তা থন্না য়াওরবা গ্যাস সিলিন্দর অমা কয়াম য়াম্না লুম্ফম থোকপগে য়েক্তুনা তাকই। মদু সিলিন্দরদু মশাগী লুম্বা লোইনমক মান্নদবনা গ্যাস হাপ্তুনা থম্বা মতমদা অমগা অমগা লুম্বা মান্নদবসু য়াওই। অদুবু, য়াম্না তাঙনা মুন্নরগা লৌরকপা ঙাক্তা ওইনা তৌরবনিনা লমদমসিদা লৈরিবা কঞ্জুমর খুদীংনা মঙোন্দা পীরকইবা গ্যাস সিলিন্দর অদু লুম্ফম থোকপা চাংদা লুম্নবরা পঙয়েং য়েংনদে অমবু ফংলবদি লোইরে হায়দুনা পঙয়াদা য়ানৈ। চাংসি ৱাৎলম্বা য়াবা মতাঙ কয়ামরুমগী মনুংদা অহানবা গ্যাস হানফমদুমক্সা চাং ৱাৎনা পীরক্লম্বসু য়াই নৎত্রগা সিলিন্দরদু য়ুবদগী চাংদু হুম্ব্রকপসু য়াই, নৎত্রগা গ্যাস য়োম্লিবা কাঙবুনা এলুমিনিয়ম্না য়োমশিল্লিবা মখুমদু ফক্তুনা হাংলগা খরা খরা শীজিন্নথোক্লগা অমুক য়োমশিন্দুনা অথনবা শাদুনা য়োনবা ওইরম্বসু য়াই। মসিগী ৱাখলসোমদা য়েংলুবদা হন্দক্তা কলিকত্তা হায় কোর্টকী মমাঙদা লাক্লদুনা কেশ থোক্লবগী ক্রিমিনেল লো জর্নেলদা ফোঙদুনা য়াওরক্লবা ইন্দিয়ান ওইল কোর্পোরেসন লিমিতেদ ভার্সস এস এ নেয়াজি ১৯৯৮ ক্রিমিনেল লো জর্নেল ২২৮১ দা অমুক্তং ওনশিন্দুনা য়েংবা য়াই।

দুর্গাপুরদা লৈবা ইন্দিয়ান ওইল কোর্পোরেসনগী বোটলিং প্লান্ট গ্যাস হানফম শঙদুদা বর্দৱানগী এসিস্ট কন্ট্রোলর ওভ লিগেল মেটিওরোলোজি অমসুং ইন্সপেক্তর অমগা লোয়ননা মাঙজৌনদা পাউ তাক্তনা য়েংশিনবা লাক্লম্মী অমসুং সিলিন্দর ময়ামদুগী অরূম্বা অদু অচুম-চুমদা য়েংশিনবা হৌরম্মী। ষ্টেন্দর্দ ৱেটস এন্দ মেজর্স (পেকেজ কোমোদিতি) রুলস ১৯৭৭ কী মখাদা পীবা নিয়ম মতুং ইন্না সিলিন্দর ৩২ থক য়েংলুবদা সিলিন্দর অমখক্তি অরূম্বগী চাং ৱাৎনা উরম্মী। রুলসিগী ২ শুবা সেদ্যুলদা ৱাৎথোক-ৱাৎশিন তৌবা য়াবা অরূম্বগী চাংসি গ্রাম-১৫০ ফাওবতনি অদুবু থেংনরুরবা সিলিন্দরদুদা গ্রাম ১২০০ ৱাৎলম্মী। মরম অদুদগী সিলিন্দর অদু ফাজিল্লে।

নীংশিংবা য়াবা অমনা মমাঙগী থৌদোক অমদা ১৯৯৫ দা অমুক থিজিন-হুর্মজিল্লবদা মফমসিমক্কী গ্যাস হানফমসিমক্তদা লুম্বগী চাং ৱাৎপা থেংনদুনা ৱাথোক ওইনবদা য়ানবা অমা পুরক্তুনা লুপা ৪,৯৯৫ গ্যাস হানফমসিনা কোংহন্দুনা লোইশিন্নখিবনি অদুনা হন্দক্কীসিদা থেংখাঙ অনীরক শুবনি। য়োমশিল্লবা পোৎ-চৈ শুংবা, শাবা, যোনবা, লীদুনা থম্বা, য়োম্নবা থেনদুনা থম্বা পূম্নমক লুম্বগী চাং অমা ইদুনা য়াওরিবদু ৱাৎলম্নবদি রুল ২৪ (৪)। (সি) গী মখাদা মরাল অমনি অদুনা বোটলিং প্লান্ট অদুগী মেনেজবদু দন্দি ফংনীংঙাই ওইবদগী

মেজিষ্ট্রেটকী কোর্টতা ৱাকৎ ওইনা থারকখিবনি। মেজিষ্ট্রেটনা ৱারেন্ট থাদুনা ফাদুনা পুথোক্লবা য়াথং তৌরবা মতুংদা ইন্দিয়ান ওইল কোর্পোরেসন্না কেশ অদু মখা চখবা য়াবা নত্তে হায়দুনা খাঙতপ্তা ককথৎনবা কলিকত্তা হায় কোর্টতা থারকখিবনি।

হায় কোর্টনা মায়কৈ অনীমক তারবা মতুংদা কেশ অদু কক্লবা মরম অমত্তা লৈতে অদুনা মেজিষ্ট্রেট অদুনা মখা চখনবা য়াথং পীখি। কোর্টনা হায়খি, লূম্ফম থোকপা চাংদগী ৱাৎলবা গ্যাস সিলিন্দর অদু মীয়ামদা য়োন্নবা এজেন্ট খরনা য়োনগদৌরিবনি অদুনা মদুমক্তু চাউরবা নমথাক অমা অদুম ওইরবনি, অদুগীসু মথক্তা রেটস এন্দ মেজর্স রুলদু শীংনবনি।

কেশ অসিমক্লা তাক্লিবসি গ্যাস হানফমদগী হৌদুনা কারবারৱালাশিং প্রজাদা নমথাক তৌরে হায়বগী লারবা খৃদমনি। গ্যাস হানফমদুমক্তা হৌজক-হৌজিক থোক্লিবা থৌদোকনি। ঐখোয়গী লমদমসিদসু যাম্না থোক্লমগনি, মদু য়েংশিনবা মতম ওইরে। গ্যাস লৌবিরিবা কাঙবুনা এজেন্সিশিংগী ওফিসতা হেক লৌবা লোইরবা গ্যাস সিলিন্দর অমা ওনদুনা য়েংবা য়াবা অরূম-অয়াং খল অমা পীয়ু য়েংগে হায়দুনা হায়বগী অধিকার লৈ রাইট টু বি ইনফোর্মদ অমদি রাইট ওব চোইস হায়বসি পোৎ লৈরিবা মী অমগী অধিকারনি। করিগুম্বা সিলিন্দর অদুদা থারিবা লূম্ফম থোকপগী চাংদু গ্রাম ১৫০ ফাওবগী ৱাৎথোক-ৱাৎশিন তৌবা ফাওবদি ৱাকৎনীংঙাই ওইদে অদুবু মদুদগী হেন্না ৱাৎলন্নবদি গ্যাস এজেন্ট অদু লূদবা পোৎয়োন শাজৎ অনফেয়র ত্রেদ প্রাক্তিস অমা তৌরে হায়না লৌদুনা পোৎ লৈরিবা মীদুনা মাগী মথক্তা চপ চানা থবক পায়খৎপা য়াই।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা নুমিৎ অকক্লবা অমফাওবদা বুক তৌহৌবা মীওই পূন্নমক গ্যাস লৌবা য়ারনি হায়দুনা খবরদা করিদা ফোঙদোক্তুনা খঙহল্লগা মদূগী মনুং চনবা মীওই কয়ানা লাইন্দা নোংফূং ঙানবদগী লেপ্পদুনা নুমিৎ যুংবা ঙাকয়া অদুৱাইদা গ্যাস লোইখ্রে হায়না ফংহল্লক্তবা থবক অদুদগী হেন্না চাউবা নমথাক লৈত্রবনি। ময়ান্না পঙয়াদা য়ারবোই খনবনি। কঞ্জুমরগী ৱাকৎলোয়শঙ ডিষ্ট্রিক ফোরমদা ৱাকৎপিয়ু পূকচেল শেংদবা পোৎয়োন তৌবা কাঙবুশিং মতীক থোকপা ৱারকহনসি ফাইন তৌহনসি। নিয়ম চুম্না য়েলহনসি প্রজানা ৱাফমসোমদা খজিক্তং খহুবিয়ু গ্যাস লল্লোনবশিংনা প্রজাবু মীনায় ওইহল্লিবসি তৌহন্দনবা তৌসি।

# অনৌবা চহীনা শা-ষণশিংসু মীওইবগী অত্যাচারদগী নাম্ভোকপা ফংহনবা ওইসনু

**অনৌবা** চহী লাক্লে, অরি-অনৌ শিন্নরে। অরি-অনৌ শিন্নফম থোঙ্গানসিদা লেপ্তুনা মরূপ-মপিজা ময়াম অমনা অমদা য়াইফ পাউজেল পীনৈ, অনৌবা চহীনা য়াইফবা ঙাক্তা পুরকপা ওইসনু নুংঙাই-য়াইফনা অনা-অয়েক লৈতনা পানবা ওইয়ু হায়না। অসুন্না মমাঙগী চহীদা থোকখিবা অৱা-অনা কয়াদি অনৌবা চহীনা লাকপদা কোকখিগদবোই খন্নে। লমদমসিদা শান্তি পুরকপসু ওইসনু লৈবাকমচা তাবা কনাগী থম্মোয়দা নীংনরি। অসিগুম্বা মতমসিদা জীবপানবা পুন্নমকসু তেক্ত-কায়দনা হিংমিন্নবগী ৱাখল্লোনসু পুথোক্লরকই। সংসারসিদা মীওইবগা হিংমিন্নরকইবা শা-উচেকশিংসু অমগী মপান অমনা তাংনদুনা খল চপ চানা হিংমিন্নবা হায়বা ৱাখল অমসু কন্না খন্নরকপা মতমসিদা মীওইবগী হরাও-তয়ামদা ফংবা চৈথেংদা মশীং খঙদনা হাত্তোকপিরবা শা-ঙাশিংগীরোমদা ঙাইহাকসু মায় ওনশিনবা চুমদবরা?

মীওইবগী হরাও-তয়ামদা চীঞ্জাক্কী মথেল অমা ওইননবা শা-উচেক কয়া হাৎতুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লবসি মীওইবগী হৌনশা ওইনা লাকই। ঙা চাবা কাঙবুসু অদু মঙায়। ঙায়োনবী অমদা লৈগদৌরিবী অমনা হংই- ঙামু লৈরৌ নৎত্রগা উকাবী ঙাক্রা লৈরৌদু অচঙবনা লৌবরা। অচঙবনা লৌবনি হায়রবা মতমদতা লৌনৈ মরমদি অচঙবনা লৌবনা হাউবা হেল্লি হায়নৈ। মদু হায়বগী অর্থদি অচঙবা ঙা ময়ামদু হিংনা মৈদা হৈজিন্দুনা মৈ থারগা লৈরৌ শেন্নকপদুনি।

লাইনীং লম্বীগী মিংদা শা হাৎপগী চৎনবী অমসু লৈরকই দেবীগী মমাঙদা হামেঙ, ইরোই বলি তৌবগী চৎনবী, ওক্পু চীঞ্জাক ওইনা চাবা জাৎনা ওক্ হাৎতুনা চাবগী চৎনবী, মপা-মপুগী মিংদা নীংশিংদুনা ষণ হাৎতুনা কৎপগী চৎনবী। মসিগী মথক্তা মীওইবগী হরাও-তয়ামদা চীঞ্জাক ওইননবা হাৎলিবা য়েন, ঙানু, থেবনচিংবা কয়া অমা।

অনৌবা চহীনা লাকপদা শা-উচেক মশীং নাইদনা হাৎতুনা চীঞ্জাক ওইথোক্লে। হামেঙ, য়াউ, ষণ, ইরোই, ঙানু য়েন হাৎতুনা চাবদা নত্তনা হুই-হৌদোঙ কয়া অমসু হাৎতুনা চানৈ। তৌবগীদি শা হাৎপা হায়বসি চীঞ্জাক্কীদমক্তনি খন্নরবদি তঙাইফদনা হাৎপা তারকই মসিবু "পার্মিসিবল ভাইয়োলেন্স" হায়না খঙনবনি। চীঞ্জাক্কীদমক্তা পার্মিসিবল ভাইয়োলেন্স তৌবা তারকপদা পুক্নীংদা থমগদবা ৱাফম অমদি শা-ঙা হাৎতুনা চারবসু ওৎ-নৈবিদুনা হাৎপগী তমথীবা চৎন-লোনচৎ অদুদংদি তৌদনবা খম্বফম থোকই। আইন শেম্বশিংনা শা-ষণদা

ওৎ-নৈবিবা থিংননবা আইন শেমদুনা চৎনবকই। "ডি প্রিবেন্সন ওফ ক্রুয়েলটি টু এনিমেল এক্ট ১৯৬০ "হায়বা আইন অদু ভারত শীনবা-থুংনা চৎনদুনা শা-ঙাদা তমথীনা ওৎ-নৈদুনা হাৎপনচিংবা দন্দি তৌগনি হায়দুনা ঙসিসু চৎনরি। "সোসাইটি ফোর প্রিবেন্সন ওব ক্রুয়েলটি টু এনিমেল" হায়বা সংস্থান কয়া শেমদুনা মীয়ামদা শা-ঙাদা তমথীবা লমচৎ চৎতনবা ৱাখল্লোন চেলহন্নবা থবকসু ফনা পায়খৎলি। অদুমক্তদা ৱাফমসি কনানসু ৱা ওইনা ইখন খন্থদবনা ওইবা তাই থোইদোক্লা অওনবা উদে। ঙসিদি ভারতকী লৈঙাকপথাপ্তা লেঙলি-পাল্লিবা নাপী-শীংবী, উৱা- শা-ঙা জীবপানবা পূম্বা নুংশিনা লুনা তৌবা হায়বসি নাগরিক পুম্বগী মথৌদাং অমা ওইরবনি। অদুবু, থৌদাং অদু চপ চানা লৌনবদি উদে।

শা-ঙা হাৎপদা মীওইবগী মাঙজবা ৱাফমলোমদা খল্লুবদা মখাগী মতাং খরসি পুথোকপা চুম্মীঃ

১) হাৎপনা মশীং হেক্স্লিন্নকপনা অনৌবা য়োকখৎপনা ৱাৎপনা শা-ষণগী মশীং য়াম্না হন্থরক্রে। ঙসি ষণ থিবা ফংনদ্রে। মদুনা মরম ওইদুনা শঙ্গোম হায়বা মীওইবগী খ্বাইদগী কান্নরবা চীঞ্জাক অদু ঙসিদি লমদমসিদা ফংদ্রে। কম্পেনীনা শেমদোক্লবা কোটাদা হানবা শঙ্গোম মকৃপ্না মহুৎ শিন্লে। শেন্থোক মরাঙ কায়নদবা অনংবা লমদমসিদা পোৎপু-লাঙ্গোন্না লৌ উবগী খুদোংচাবসু ককশিল্লক্রে।

২) শা হাৎতুনা চারিবা মীওই পূন্নমক মখোয়না চারিবা শা-ষণদু তীঞ্জেল-লায়চেন্দবা মীনা চাবদা লায়থুং-তীনথুং পক্লোইদবা শারা হায়বদা পঙখন খন্থরুবা লৈতনা অদুম চানৈ। ওক্কী শদুমদা টেপ ৱার্ম য়াওবগী বিজ্ঞানিক ওইবা ৱাই তাখ্রবনি। মদু মৈদা পুং খরা থোংবদা ফাওবা শিহনবা ঙমদে। মীদা চঙখ্রবা শিবা-নাবা থোকহনবা ঙম্মী অসিনচিংবা।

৩) য়ুমদা শা-ষণ হাৎতুনা চাবগী চৎনবী হৌদোকপনা জীব হাৎপদা হালেঙবা লৈতবা থৌসানদবা লমচৎ-শাজৎ পোক্লকই অমদি য়ূম-য়ুমদা শাহাৎপূং ওইনরকই। মদুমক্লা য়ুম শঙবিরিবা হূই অমদি উচি ঙাকপিরিবা হৌদোঙ অমদি লান্দা য়েকনবগী মায়োক্তা চোংশিন্দুনা লানগী মপাঙ ওইরিবা শগোলফাওবা হাৎতুনা চাবা তৌবিমল খঙদবা লমচৎ পোকহল্লকই। অদুগুম্বা শা-ষণ শেম্বগী মখাক ময়ামদু মফম চাদনা হুন্দোকপদগী লৈকায়-অমদি লৈরক-খুল্লক্তা লায়না তীন্না পোক্লনবা অচৌবা মরমসু ওইরকই।

৪) নুংশিবা কৌবা ইথিল অমনা সমাজসি ঈংনা-চীক্লা পানবা ঙম্নবা মীওইবগী মরী অসি শা-ঙা হাৎপগী চৎন-লোনচৎতা উংদুনা লৈখিবদগী জীববু নুংশিনা তৌবগী ৱাখল্লোন মাঙখিদুনা হিংসাগী থবক্তা মশীং হেনগৎলকই।

মরম অসিমক্তগী শা-ষণবু তাথী তাওইনা ওৎ-নৈবা থিংবা আইনগী মথক্তা শা-ষণ য়োকখৎনবা শা-ষণ মশা ফবা পোক্লরুবা আইনসু লম খুদীংগী অয়াম্বা শেম্নখ্রে। শা-ষণগী মতেঙ লৌদুনা মীওইবনা মখোয়গী মপান-তাংনা হিংলকপা অমদি থাদোক্লবা য়াদ্রবা শাগা মীগা লৈনবা মরী লৌউ-শীংউবদা, হার পুথোক্লবদা, শঙ্গোম ফংহন্নবদা, য়ূম-কৈশঙবদা,

উচিদগী ঙাকথোক্লবদা, গাড়ীচিংনবদা অমদি মখল-মখা কয়াগী খুঙ্গংগী পূন্সিদা মতেঙ লৌনবদা শা-ষণবু লুনা তৌফম থোকপা মীওইবগী দায়ত্বদু নীংশিংফম থোকই। আইন খরগী মমিং পল্লবদা ডি ৱেষ্ট বেঙ্গোল এনিমেল এক্ট ১৯৫০, ডি উত্তর প্রদেশ প্রিবেন্সন ওব শ্লোটর ওব কেটল এক্ট ১৯৫৬, ডি সেন্ট্রেল প্রোবিন্স এণ্ড বেরর এক্ট ১৯৩৯ নচিংবা।

ভারতকী লৈঙাক-পথাপ্তা হৌবদগী হৌনা আর্টিকল ৪৮ দা য়াওদুনা লাকই। আর্টিকল অসিনা এনিমেল হজবেন্দরি অমদি এগ্রিকলচরবু মাঙওইননা থমদুনা ষণ-ইরোই অমদি মচী লৈবা চীঙ্গাক পীবা ঙম্বা মখোম থোকপা শা-ষণ পূম্বা হাৎপা থিংউ হায়না যাথং পীরি। আর্টিকল অসিগী মতুং ইন্নদি এগ্রিকলচর অমদি এনিমেল হজবেন্দরিদা কান্নররোইদবা শা-ষণ হাৎতুনা চীঙ্গাক ওইথোক্লবদি অথিংবা লৈফম থোক্তে। মরম অদুনা শা-ষণশিংসি মীওইবগী য়াইফবদা শীজিন্নবা য়াবা মতেঙ অমনি হায়বা ৱাফম কাউনদনা পঙহাৎতা হাৎপগী চৎনবীদি লৈঙাক-পথাপকা শীংনবা থৌদৌনি থাদোকপা চুম্মী।

লমদমসিদা শা-ষণ ঙাক-শেন্নবা আইন অমত্তা ঙসি ফাওবা শেমদ্রি। চৎন-লোনচৎতা য়েংলুরগদি 'ষণ হাতম', 'ইরোই হাতম' হায়বা সাহিত্য অমা লৈ মদু হাৎপা য়াববা মতম হায়না কাঙবু অমনা লেপ্পা শা-ষণগী চহীনি। উত্তর প্রদেশ অমদি বিহার, রাজস্থানদা, ষণ অমগী চহী ১৫ লান্দ্রিঙৈদা হাৎপা, অথিংবা থম্মী, ঐখোয়গীদি লৈতে। অদুনা হাৎপনা মশীং হেনগৎলকপা অনৌবা মচা কয়া য়োকখৎতবনা ষণ মরাই তারে।

ডি মণিপুর মিউনিসিপালিটিজ এক্ট ১৯৯৪ গী সেক্সন ১৬৬ কী মতুং ইন্না কনাগুম্বা অমত্তা শা হাৎপগী অমদি শদূম য়োনবগী শিনফম অমত্তা মিউনিসিপালিটি অমদগী লাইসেন্স অমত্তা পায়দনা য়ারোই হায়রি। নগর পঞ্চায়েত নৎত্রগা কাউন্সিলনা ষ্টেট গোবর্ণমেন্টকা তানরগা শা হাৎফম অমদি শদূম য়োনফম অমা অকক্লনা শেমগদবনি। মদুদা হাৎকদবা শাদু ভেটিনরি সার্জন অমনা মীনা চাবা য়াবা শানি হায়না লাইসেন্স পীরবা মতমদদা হাৎতুনা য়োনবা য়াগনি। কনাগুম্বনা লাইসেন্স অমা পায়দনা অমদি লাউথোক্রবা শাহাৎফম অমা নত্তবদা শা-ষণ হাৎতুনা য়োল্লল্লবদি লুপা ৫০০ ফাওবা ফাইন তৌবা য়াই হায়রি। আইন অনৌবা শেমদবা য়াদরে আইন খরসিনা চৎনহন্দবা য়াদ্রে অনৌবা চহী হৌরকপা অসিদা জীবশিংসু খূয়া-তুশিৎনা হিংজবা ওইসনু।

# লেম্না পীবা আইনগী তেঙবাং

**ৱায়েনশঙ** অমদা কন্নাগুম্বা অমনা কেশ অমা তৌদবা য়ারক্তবদা তঙাইফদনা আইন খঙবা উকীল অমা শেল পীদুনা নেকপা অমদি দরখাস্ত অদু থাবদা নপফম থোকপা তিকেৎ মমল পীদুনা লৈদুনা নপ্পা, অমদি কেশ অদু লেংথোক্তুনা তাইপ তৌবা সমন থানবা চেরোল নমথোক্তুনা শেম-শাদবা য়াদবা পুম্নমকসিদা শেঙ্থোক কয়া মরাঙ কায়জদবা মীওই অমদি ৱায়েনশঙ অমদা কেশ অমা থাবদা চঙদবা শেনফমদু পুথোকপা ঙমদবদগী মশাগী অধিকার শোক্লবা মীওই কয়া খাঙদুনা লৈবা তারকই। অমরোমদা শেঙ্থোক মরাঙ কায়বা কনা অমনা শেল থাদবা ঙম্বদগী ৱায়েনশঙ হায়বসি শেল পায়বা কাঙলূপকী শান্নবূং, য়াকাবুং অমদি মীওৎফম অমা ওইহল্লকই। ভারতকী লৈঙাক পথাপ্তা 'ইক্বেলিতি' হায়দুনা মী অমগা খেন্নদনা মীচঙ-মীখায় নাইদনা অচৌ-পিশক য়েংদনা চৎননবা পথাপ ফন্না শেমদুনসু ৱায়েনশঙ পুম্ব ইনাকখুনবা কাঙবুশিংগী ওইখিদুনা লায়রবা কয়ানা চঙবা ঙমদবা মফম অমা ওল্লক্রবদি ইক্বেলিতি কা হায়বগী অর্থ লৈরক্তে। ৱাফমসিদগী ভারতকী লৈঙাক-পথাপ্তা আর্টিকল ৩৯ -এ হায়বা মতাঙ অমা য়াওরি। আর্টিকলদুদা য়াওরিবা ৱারোনদি ৱাহঙ্থোক ওইনা "আই, অমদি চৎনলোনচৎ পুম্বসিনা মান্নবা খুদোংচাবা পীদুনা অচুম্বা ৱায়েন ফংহন্নবা ষ্টেটশিংনা থৌদাং লৌগদবনি, অমসুং অখন্নবা আইন নৎত্রগা নিয়ম নৎত্রগা অতোপ্পা পাম্বৈনা ৱায়েন-বিচার ফংনবগী লম্বীসি নাগরিকশিংদা লায়রবা অমদি নংবনা মরম ওইদুনা ফংদা লাক্তবা থোক্তনবা লেম্না আইনগী তেঙবাং পীগদবনি।"

মসিগী থৌদাংসি লৈঙাক-পথাপ্পা ১৯৭৪ তা শেমদোক্তুনা ফোর্তিসেকেন্দ এমেন্দমেন্ত হায়বদুনা হাপচীল্লকপনি। ঙসিদি লেম্না পীবা আইনগী তেঙবাংসি লৈঙাক-পথাপ্তা য়াওরবা ষ্টেটশিংগী থৌদাং অমনি। অপঙবা লায়রবা নাগরিকশিংগীদি মসি ফংবসি অধিকার অমা ওইরে।

ভারতকী লৈঙাক-পথাপ্তা লেম্না পীবা আইনগী তেঙবাংসি হেক হাপচীল্লকপগা মণিপুর সরকারনা পন্থদনা লেম্না পীবা আইনগী তেঙবাং ফংহন্নবা থৌরাং অমা পায়খৎলি মদুবু, দি মণিপুর লিগেল এইদ স্কিম ১৯৭৬ হায়না কৌই। অসুম্না লেম্না আইনগী তেঙবাং লায়র-অনংশিংদা ফংহন্নবা পাম্বৈ লৈরকখিবা ফনা কুইরে। মসিগী থৌরাংসিগী মখা তাবা ওইনা মণিপুর সরকারনা অতোপ্পা নিয়ম অমসু শেমখি, নিয়ম সিনা হান্না চৎনরম্বা ১৯৭৬ কী থৌরাঙ অদু মুৎথৎখি। ১৯৮২ গী নিয়মসি কুইনা চৎনরবা মতুংদা ভারতকী পার্লিয়ামেন্তনা "দি লিগেল সার্বিসেস ওথোরিতিজ এক্ট ১৯৮৭"শেমদুনা ভারত পুম্বগী

ওইবা আইনগী তেঙবাং পীননবা নিয়ম চপ মান্নবা মওংদা লৈহল্লে।

ঙসিদি আইনগী তেঙবাং পীননবা লোয়শঙ খরা লিংখৎলে। অহানবা ওইনা আইনসিগী মখাদা মণিপুর লিগেল সার্বিসেস ওথোরিতি হায়বা অমা লিংখৎলি। মসিগী মখাদা দিষ্ট্রীক্ত খুদীংগী দিষ্ট্রিক্ত লিগেল সার্বিসেস ওথোরিতি অমমম্গা লিংখৎলি। অহুমশুবদা, সব দিবিজনশিংদসু সব দিবিজনেল লিগেল সার্বিসেস ওথোরিতিশিং লৈরে।

আইনগী তেঙবাং ফংবা য়াই নৎত্রগা য়াদে হায়বা লেপ্পনবা লোয়শঙ ওইনা ষ্টেটলিগেল সার্বিসেস ওথোরিতিসি লৈ। আইনগী তেঙবাং পাম্বা মীওইশিংনা ওথোরিতিসিদা দরখাস্ত থাগদবনি।

**আইনগী তেঙবাং ফংবা য়াবা মতাঙশিংদি মতেঙ পাম্বা মীওইদু ঃ**

১। সেদ্যুল কাস্ত অমদি সেদ্যুল ত্রাইব অমা ওইরবা;

২। ভারতকী লৈঙাক-পথাপ্পা আর্টিকল ২৩ দা অথিংবা থম্মিবা ত্রাফিক্কিং নৎত্রগা নমদুনা চাকনি ফিনিহন্নবা থৌদৌ অমগী মরীদা অৱাবা নংলবা অমা ওইরবা;

৩। নুপী নৎত্রগা অঙাং অমা ওইরবা;

৪। শোইনাইরবা নৎত্রগা ৱাখলগী থাক্তা মীমান্নদ্রবা অমা ওইরবা;

৫। মৈহৌ-লাংপোক, ঈচাও, কাঙলূপ য়েংথীনবা, য়ুহারাবা নৎত্রগা ইন্দষ্ট্রি অমদগী থোরকপা অৱা-অনা কয়াদা শোক্লবা মীওই অমা;

৬। শিন্মী অমা ওইরবা;

৭। মশাগী শেন্থোক চহীদা লুপা লীশীং মাপন্দগী হেন্দবা।

**আইনগী তেঙবাং ফংবা য়ারেইদবা মতাঙনা কনাগুম্বা মীওই অমা**

১। ৱায়েনশঙগী ৱায়েন্দা খূৎ থিংজিল্লবগী মরান্দা চেন্নরবা;

২। মীখলগা মরী লৈনবা কেশ অমা ওইরবা;

৩। মীওইবগী হকচাং লম্লোন-ইতীক্কী পান্দমদা থাংদোক-থাংজিন তৌরুবা কেশ অমদা মরাল লৈ হায়না চেন্নবা মীওই;

৪। প্রোতেক্সন ওব সিবিল রাইতস এক্ট; ১৯৫৫ গী মখাদা মরাল লৈ হায়দুনা চেন্নবা মীওই;

৫। সেদ্যুল ত্রাইব এন্দ সেদ্যুল কাস্ত (প্রিবেন্সন ওব এত্রোসিতিজ) এক্ট, ১৯৮৯ গী মখাদা মরাল লৈ হায়দুনা চেন্নরবা মীওই।

আইনগী তেঙবাংগী থৌরাং মীয়াম পাক-শন্না খঙহনবগী মথৌ তারি। মরমদি মসি খঙদ্রবদি কনানসু মতেঙসি লৌগে হায়না লাক্লোই মদুনা থৌরাঙসি অরেম্বা তাবোই। অদুবু লেম্না পীবা আইনগী তেঙবাংমক্তি প্রজাগী কান্নবনি।

# কোম্বীং ওপরেসন অমা চথবদা চৎনগদবা আর্মিনা মশানা শেমজবা চৎন-পথাপ

**নাগা** পিপলস মুভমেন্ট ফোর হিউমেন রাইটস ভার্সস য়ুনিয়ন ওব ইন্দিয়া এ আই আর ১৯৯৮ সুপ্রিম কোর্ট ৪৩১ গী কেশতা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্টপু শীংনদুনা সুপ্রিম কোর্টতা য়ৌনরকপদা ভারতকী এটোর্নি জেনেরেলনা কোর্টতা আর্মি হেদ ক্বাটরনা মতম মতমগী মতুং ইন্না শেম্বা মখোয়না তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা চৎন-পথাপ অদু পুথোরকখি। আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ট ১৯৫৮ গী মখাদা শক্তি শীজিন্নবদা তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা নিয়মদু লো রিপোর্ট অসিদা ফোঙদোরক্নে। ইংলিসতা ইবা "দুজ এন্দ দোন্টস অন্দর আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ট" কী মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা চেরোল মখাদা পীজরিবসিনি-

তৌগদবাঃ

১। ওপরেসন হৌদ্রিঁদৈদা পায়খৎকদবা

আইনসিগী সেক্সন ৩ গী মখাদা দিষ্টর্ব এরিয়ানি হায়না লাউথোক্লবা মফমদতা থবক তৌগদবনি;

নোংমৈ কাপ্পা, মীফা-মীপুন তৌবা হায়বা আইনসিনা পীবা শক্তি পুন্নমক জুনিয়র কমিশন ওফিসর, ৱারেনট ওফিসর অমসুং নন-কমিশন ওফিসরশিংতনা শীজিন্নগদবনি;

থিবা-হূম্বা, ফাগৎপনচিংবা তৌদ্রিঁদৈদা লমদমদুগী সিবিল ওথোরিতিশিংদগী নাখৈশেংবা পাউ লৌগদবনি অমসুং য়ারিবমখৈ থিবা-হূম্বা চথবদা লমদমদুগী সিবিল ওথোরিতিশিংগী মতেঙ লৌ।

২। ওপরেসন চথবা মতমদা তৌগদবা

চিংনবদগী নোংমৈ কাপ্তবা য়ারক্তবা মতাঙদা নৎত্রগা শাফু অমা পীথরক্তবা য়ারক্লবদা, অমদি আইন কায়না চৎলকপা মতাঙদা, অহানবা শাফূ অদু লৈবাক্কী য়েংদুনা পীদবা য়াদ্রববা হায়বদু লেপথোক্লগা মাঙজৌননা লাউথোক্তুনা খঙহল্লগা নোংমৈদু কাপকনি।

ফাবা তারবদা কোগনাইজেবল ওফেন্স অমা তৌরবা নৎত্রগা তৌগদৌরবা নৎত্রগা কোগনাইজেবল ওফেন্স অমা তৌখ্রে নৎত্রগা তৌগদৌরে হায়বা মরম চাবা প্রমাণ লৈরবা কান্দতা ফাগনি।

আইন্না য়াদবা থবক্কা মরী লৈনরমদবা য়ুম অমদা কান্নদবদা চঙদনবা হোৎনবতা নত্তনা হুকুম ইন্না থবক তৌরিবা লাম্মী কাঙবুনা মীগী লন-থুম মাঙহন-তাকহনবা অমদি মরাল লৈতবা প্রজাদা ওৎ-নৈবা তৌরোইদবনি অমসুং নুপী ফাবা অমদি মশাদা মাদুনা থি-হুম্বা

তারবদা মদু নুপী পুলিসকী মমাঙদা তৌগদবনি। তশেংবদি নুপীদা থি-হূম্বসি নুপী পুলিসতনা তৌগদবনি।

৩। ওপরেসন তৌবা লোইরবদা

ফারবা মীওইশিংদুগী মমিংশিংদ্রু পরীং নাইনা লেংথোক্কনি;

ফারবা মীওই পূম্বা পম্বুদনা মনাক নকপা পুলিস ষ্টেসন অমদা শিন্নৌ;

ফারবা মী পূলিসতা শিন্নবা মতমদা ফাবদুগী মরম য়াওবা মপূং ফাবা চেরোল অমসু য়াওগদবনি;

ফারবা মী পুলিসতা শিন্নবদা মতম থীম্বরবদি মরম পীগদবনি অমদি মরমদু য়াম্না মরম চাপ্না ওইগদবনি, হায়বদি ফারিবা মফম-মতম, চঙথোক-চঙশিন নুংঙাইতবা মফমদগী ফাবগুম্বনি। থীম্বদনা খূৎশিন্নবা হায়বদি পূং ২৪ দগী পূং ২/৩ হেন্দোক-হেঞ্জিন অদুক লৈখিবদুনা লৈখিবনি মদু মতাঙ মতাঙনা পুরে; ইদুনা পরীং নাইনা লেংথোকউ;

ফারকপা খূৎলায় চে-চাং পূম্বা সিজর মেমো অমা শেম্লগা পুলিসতা শিন্নগনি;

নোংমৈ শুলীদু ফারকপা মীদু নৎত্রগা য়োনফমদুগী সোই লৌগদবনি,

ওপরেসন চখখিবা লমদু য়েকথোক্তুনা থম্বা অমদি মদুবু কোল্লিবা মফম অমদি য়াওখিবা মীওইশিংগী মমিং তারীখ অমদি মতম ইশিন্দুনা থমগনি;

য়াওখিবা কমান্দর, জে সি ও, এন সি ও পূম্বা ইশিন্দুনা থমগনি অমসুং মায়োক্লবদা . শোক্লবা মীওই পূম্বা লায়েংবগী খূদোংচবা ফংহল্লু।

মায়োক্লবদা কনাগুম্বা শিদোকখিবা থোক্লবদি, থুনমক করম্না শিখিবনো হায়বদু ইথোক্তুনা পুলিসতা শিন্নগনি।

৪। সিবিল কোর্টতা চৎকদবা নিয়ম

হায়কোর্ট/সিবিল কোর্টকী য়াথং পম্বুদনা ইনগদবনি;

কোর্টনা কারক্লবা হুকুম তৌরক্লবদি কোর্টকী হৌন লোনচৎ ঙাক্না চৎতুনা মতীক চাবা ইকায় খুম্নবা উৎকদবনি;

কোর্টনা হংবা ৱাহং চীং-লেম্বা থৌগল্লোন কায়দনা খুমগনি অমসুং

চখখিবা থৌরম পূম্বা মচা খায়না ইদুনা থমগদবনি।

তৌরোইদবাঃ

ফারবা মীওই অমা পুলিসতা খূৎশিন্নবদা চঙদবা য়াদবা মতমদুগী হেন্না ফাজিনদুনা থমগনু;

চেনগে তৌরবা মতাঙদা নত্তনা ফারবা মীওই অমদা করিগুম্বা মখলগী শাফু অমত্তা শীজিন্নগনু;

আইন্না য়াদবা থবক অমদি চেন্নরম্মী হায়দুনা থার্দ দিগ্রি মেথদ শীজিন্নগনু;

সিফায় লাম্মীনা ফারবা মীওই অমা সিফায়শিংনা ৱাহং-পাউহংবগী থবক অমত্তা

তৌগদবা নত্তে;

ফারম্নবা মীওই অমা নখোয়না হেক্তা থাদোক্কনু। থাদোকপা তারবদি সিবিল ওথোরিতিদা শিন্নরগা থাদোকহনগনি;

ওফিসকী রেকোর্দ শেমদোক-খোল্তোকপা তৌগনু অমসুং

পুলিসতা খুৎশিন্নখ্রবা মীওই অমা আমর্দ ফোর্সেসশিংনা অমুক লৌশিনবা তৌরোইদবনি।

সিবিল ওথোরিতিশিংদা মতেঙ পীবা মতমদা তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা ময়াম তৌগদবাঃ

সিবিল ওথোরিতিশিংগা য়ারিবমখৈ নক্কনা থবক পায়খৎলু;

টেলিফোন অমদি রেডিওগী মতেঙনা পাউ ফাওনদুনতা লৈয়ু;

মেজিষ্ট্রেট লৈবা মতমদা অয়াবা লৌহৌ অমসুং

তৌগদবা থবক্তু মাঙদা থমদুনা য়ারিমখৈ মীচমগী লন-থুম অমদি মশা শোকহনগনু;

৫। নোংমৈ কাপ্লগে হায়না লেপ্লবদি-

লমদমদুগী লোনদা নোংমৈ কাপকদৌরে হায়না মাঙজৌননা খঙহল্লু লাউথোকউ;

বেঙ্গুল নৎত্রগা সাইরেন খোংদুনা নোংমৈ কাপত্রিঙৈদা খঙহল্লু;

নঙগী নোংমৈ পায়বা ময়ামদু লুচিংবা অমমম্‌গী মখাদা য়েঙ্খোকউ;

নোংমৈ কাপ্লদু চেকশিন-থৌরাঙ মখাদা থম্নবা নিয়ম তাকউ;

নোংমৈ কাপখিবা মরূ মশীংদু ইশিন্দুনা থমউ;

লালহৌরিবা মীওইশিং অমদি মকোক থংনা লালহৌরিবশিংদুদা নোংমৈ মচীন্দু ওনশিন্দুনা হায়বদি মীয়াম তিনবদা তুংদগী কাপকনু;

নোংমৈ মচীন্দু নেম্লা কাপ্লু তানখায়নবফাওবতনি;

লাইট মেছিন গন অমদি মেদিয়ম মেছিন গন পুম্বা শীজিন্নদনা থমউ;

পান্দম অদু হেক থুংবগা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্লু;

অশোকপশিংবু খুদক্তা লায়েংঙু;

পেরা মিলিটরী ফোর্স অমদি সিবিলিয়ানশিংগা নুংশিনবা মরী থমউ;

থকশি-খাশি কায়দনা ঙাক্লা চৎলু;

তৌরোইদবাঃ

শাফু হেন্না শীজিন্নবা তৌগনু;

খোয়শাওনরবা মীয়ামগা শয়েঙ-পাম্বোম ঙানবগী থবক অমত্তা তৌগনু;

নুপী-অঙাং অমদি মীওই পুম্বদা তাথী-তাওইনা তৌগনু;

মীচম প্রজা ওৎপা য়াদে;

মীঙোন্দা চৈনা পীবা তৌরোইদবনি;
সিবিলিয়ানশিংগী মথক্তা থবক চখবদা জাৎ-কুচু খায়বা লমচৎ য়াদে;
সিবিলিয়ানগী লৈবাক ঙাক্লোন্দা চক-চক খূৎ থিংজিল্লোইদবনি;
খুৎলায় থাদোক্তুনা নৎত্রগা মুলহন্দুনা মিলিটরীগী মিংচৎ থীবা তৌরোইদবনি;
অথেনপোৎ, খুদোলপোৎ অমদি মনা অমত্তা লৌবা য়াদে অমসুং
নোংমৈ কাপ্পদা মায়কৈ খঙদনা কাপ্পা য়াদে।

কোর্টতা এটোর্নি জেনেরেলনা হায়খিবা মথক্কী চৎন-পথাপ অসিনা আর্মদ ফোর্সেসশিংদা শক্তি হেন্না শীজিন্নবদা অথীংবা পী মরমদি মথক্কী পথাপসি কায়না চৎপদা আর্মি ঐক্ট ১৯৫০ গী সেক্সন ৪১,৪২ সি, ৬৩ অমসুং ৬৪ (এফ) কী মখাদা চৎন-পথাপ কায়না চৎপদা দন্দি ফংনীংঙাই ওইরি।

মসিগী নিয়মশিংসি মীচম পূম্বা খঙদবা য়াদবনি। মরমদি খুদোংথীবা নংখিবা প্রজা কয়ানা হন্না হন্না হংখি "আর্মিদি আইন ইনফম থোক্তবরা?" মদুগী ৱাহংদুগী পাউখুম মীয়াম পূম্বনা আর্মিনা নাখৈশেংনা পীবা ঙম্নখিদে মরমদি খঙদবনি। মীয়াম পূম্বনা আর্মিনা ওপরেসন চখবদা অমদি দিষ্টর্ব এরিয়া মনুংদা ইন্দুন চৎকদবা নিয়ম অমা লৈ হায়না নাখৈ শেংনা খঙলবদি নিয়মদু কায়না চৎলকপদা লমহেনবা আর্মিগী পার্সনেল অমসুং আইনগী মতুং ইন্না চৈরাক পীবা য়াই হায়বা ৱাফমসি খঙজিনবদা কান্নগদবা ৱাফমনি।

প্রজাদা খুখাবদা শক্তি লান্না শীজিন্নখিবা আর্মিগী মীওইশিং দন্দি ফংনখিবা য়াওথ্রবরা হায়বা ৱাহংসিদা খুদম অমা ফাওবদি তাকয়েল খোঙবানগী শম্বলনা হরাইমতোন চাবগী কেশতা মরাল লৈবা আর্মিগী মীওই অনী কৈশংমশঙদা লৈখ্রে। কৈরেনফাবীগী মতাঙদদি মরাল লৈবা আর্মিগী মীওই অমগী মথক্তা থিবা-হূম্বা চখরি অদুনা মদূ করি থোক্লগদগে হায়বা য়েংখিবা তারি।

খবরদসু আর্মদ ফোর্সেসকী অচৌবা ফম্নাইবা কয়ানা টেলিফোন নম্বর অনীখক পীরদুনা কনাগুম্বা আর্মিগী মীওইনা নিয়ম কায়না থবক চখরকপদা পাউ পীনবা লাউথোকখিবদুসু ইশিন্দুনা থম্বা কান্নগনি। মসিবু আইনগী লৈবাক কৌবনি অদুবু, আইন খোঙ্গাওনবা লৈবাক্তদি ওইরক্তবা ওইসনু। আইনসিবু ইন্নরবদি প্রজানা করিসু মিপাইনীংঙাই লৈতে। আইন্দা তৌবা য়াবা অমদি য়াদবা ময়ামসি খোৎচীন্দুনা থম্নীহৌ কাউখিদনবা।

# দ্রৌপদীগী ফি মুনবিববু ঙসি আইনগী মীৎয়েংনা য়েংবা

**মতীক**-মণ্ডণ লৈরবা চাউরবা নিংথৌরেল অমগী সভাদা নিংথৌদুমক্না আসনদা লেঙশিল্লিবা, চৎন-পথাপকী মপূ ওইরিবা বরমন্ত্রীদুনা থৌগল তৌরিবা, খ্বাইদগী অহল ওইনা মবুধৌ হনুবদুসু লেঙশিল্লিবা, শাগৈ-গুরু ব্রাহ্মণ অদুসু লৈরিবা, বিদ্যাতম্বীবা তাকপি-তিকপী তৌবা গুরু অমসু য়াওরিবা, লৈবাক্কী অঙম-অথৌ শুনা তিল্লিবা সভা মমাঙদা মশাগী অয়াবা লৌবিখিদনা মশা খঙহন্দনা মপুরোইবনা জ্বারগী লাইয়ুমদা থারুবদগী মাঙদুনা অতোপ্পা মায়কৈনা ফাওখ্রে হায়রবা, অচীকপা কাদা নাইতোম লৈজরিবী শক্তাচুদা চুং-ফীরাল ফজবগী মবেম্মা ওইরিবী শাগৈমৌগী মশম লাক্তুনা চিংথোরক্লগা সভা মমাঙদুদা মাগী শেৎলী-ইল্লিবা ফিদু অঙম্বা অমগী য়াথং মতুং ইন্না নুপা অমনা মাগী থৌনা-লিংজেল পুথোক্তুনা নুপী অদুগী ফিদু থোক্লবা হোৎনখি।

হন্না য়েংবদা মাগীনি হায়না পাম্বোম তিংবিনবা কনা উরক্তবী নুপীদুনা প্রজাবু ঙাকপি-শেনবিবগী দায়ী লৌরিবা নিংথৌরেন্দুদা ৱাকৎচখি, নুপীগী ইকায়খুম্নববু কনবিয়ু হঙ্গৎচখি। লাইবক থীবদি নিংথৌরেন্দু মীৎতাঙবা অমা ওইরম্বনা নুপীগী ইকায়খুম্নবা হায়ববু করিনো উবা ঙমখিদে। নুপীদুনা চৎন-পথাপকী মপূ ওইরিবা বরমন্ত্রীদুদা অমুক ৱাকৎচরকই, "ইপা-ইবুংঙো নমোমগী ইকায়খুম্নবা ঙাকপিয়ু" নিংথৌনা আসনদা লেঙশিল্লবদি বরমন্ত্রীনা থৌগল তৌফম থোকপদুগী হেনবা লৈনীংদ্রবসু লৈতবা য়াদনা তঙাইফদনা অশিবগুম লেপ্লিবা বরমন্ত্রীদু খঙদি খঙঙি অধর্ম্মগী লোনচৎ ওইরিবা মতৌদো অদুবু উপায় লৈতনা মখা চীক্তুনা খাঙবা তাখি। হন্দক্তি নুপীদো মবুধৌ ওইরিবা খ্বাইগী মপী-মপা ওইবা অহন্দুদা ৱাকৎলক্রে, "ইবুধৌ নশূগী ইকায়খুম্নবা অমুক্তা ঙাকপিয়ু কৈদৌবগে ঐগী ইরাল করি লৈদুনা ঐবু নুপা মযামগী মমাঙদা খোঙ্গোইনগদৌরিবনো?"

নিংথৌগী মচাক-মথুমতনা মবুক থল্লিবা অধর্ম্ম অমদি দুরাচারীগী লোনচৎ চৎপা নিংথৌদুগী পূক্কৈদগী চমাং চাদুনা হিংলকপদা মিংশেলগী মমায়দা উফূলনা থানা কূপখিদুনা অরঙবা শরুক পৃম্বা মকশীল্লবা শক্তম লৌথ্রবা মবুধৌদুনা খূম্লকই, জ্বারগী লাইয়ুমদা নঙগী নপুরোইবনা থারুরবনিনা নঙবু জ্বারদা ফাওখ্রবা অনৌবা মপূদুনা মাগী পাম্বা মওংদা নঙবু তৌখিবদা ঐখোয়না ফনা পামদ্রবসু থিংবা ঙমদরেকো ৱারৌনু।

সোমদা খ্বাঙদা শেৎলীবা সারীদু মখূৎনা ফারম্বদু শামু পাঙ্গল লৈরবা নুপাদুগা লাক্নরকপদগী শেন্নবা ঙমশিল্লক্তদুনা তপ্পা তপ্পা নাম্বোকপা হৌখিরম্মী মীকূপ খরগী মনুংদা মরাল লৈজদবী নুপী অমা লৈবাক মমাঙদা ইকায়খুম্নবা ঙাকচবা ঙমদদনা ঙৌরোক

ঙৌনা তাগদবা ঙাইহাক্তদি নাহ্লোকখ্রে। হৌজিক করি তৌবা তাই? সংসারদা কনা অমত্তনা মতেঙ পাংদ্রবদি ঈশ্বর লৈবনি, লাইবক থীবিদুনা নীংশিংলকই- "হে মাধবা"! থংনবা মীকুপ্তদি ননাইগী ইকায়খুম্নবা মপূং ফানা মাঙথ্রগনি, জগৎ সংসারসিদা মীওইবা অমত্তনা ননাইগী অৱাববু খঙবিদরে লৈবাক্কী নিংথৌনসু তাবিদরে নুপীগী ইকায়খুম্নবা কনবিরলাও, নুপীপুম্বসি ইমানি হায়না হায়বদাই, মদুনা অশেংবা মক্তা ওইরবদি নমাগী ইজ্জৎ মাঙখিগদবা মীকুপ অমত্তা ঙায়শিল্লক্রে।"

মমা অমা ওইনা মচানা থকচগদবা খোল্লাংদু মীওইবদসু দান তৌবমখৈ তৌরম্লগা অরোইবা য়াইপ তানখ্রগদবা শনবী অমা মাগী অরোইবা মীকুপ্তা, অশিবা হকচাংতনা চীঙ্গাক ওইবা লঙজা কয়ানা মরেঙ শূপকৎতুনা শন অদুনা তুথবকপা ঙাইবগুম রাজসভাদুদা তিল্লম্লিবা লঙজা ময়ামদু চুং-ফীরাল চারবী নুপী অমগী ফি য়াওদবা হকচাং য়েংননবা মশানা মশাবু কাউথোকচবমখৈ মশাদা কামগী ইথিল অমনা চক চক থিল্লকপা মতমদুদা লাইবক থীবদি মখোয়গী ইথিলদু মপূং ফানা ফুদোরক্লিঙৈদা শংশংনা চোংথোরকই তাইবঙগী শেম্বিবা মাঙহনবা ঙম্বা মপূ। মোং হাদনা পূক্নীং হুবা মোমোন মিনোক অমদা পূম্নমকপু কুবিবা শক্তম অমদা "নুপী পূম্নমকসি ইমানি মাগী ইকায়খুম্নবা কনগদবনি" হায়বা ৱাফম খূদম পীদুনা উৎখ্রে। চুম্মী নুপীগী অৱাবা হায়বসি ঈশ্বরতনদি খঙঙি। মসি ভারতকী পরম্পরানি। ইতিহাস করিগী তম্মী? মদুগী অরায়বা পাউখুমদি ইতিহাসতা থোকখিবা থোকহন্নীংদবা থৌদোক পূম্বা অমুক হলহল্লক্তনবা ইশানা ইশাবু শিক্ষা পীজবনি। অদুবু, ঙসি ইশানা ইশাগী শিক্ষা পীজনবা কনাসু ইতিহাসপু শক খঙবিদে। ইতিহাস অমুকসু হঞ্জিলহল্লকই। আইনশেম্বা কাওবুসু ইখল খন্দবদি নত্তে। নুপা হায়বা জাৎসিনা মরাল থরা পীশিল্লগা নুপীগী ফীজোন্দা মিতাবা কুইরবা চৎন-লোনচৎনি। ইন্দিয়ান পেনাল কোদ, ১৮৬০ দা চৎনরকপদগী হৌনা সেক্সন ৩৫৪ দা "আউতরেজিং মোদেষ্টি ওব ৱুইমেন" হায়দুনা নুপীগী ইকায়খুম্নবদা শীংনবা থৌদৌপূম্বা কৈশুমশঙদা মিয়াৎ ওইনা চহী অনী থবক শূবা অমদি ফাইন ফাওবা তৌবা য়াই হায়না ইরি। অদুদা নত্তনা সেক্সন ৫০৯ দা ৱাহৈনা করিনা খোনচোপ ঙাঙদুনা নুপীগী ইকায়খুম্নবদা চৈথেঙ পীবা থৌদৌ তৌবা মীওইদু চহী অমা থবক শূবা মিয়াৎ তাহনবা অমদি ফাইনসু তৌবা য়াই হায়না ইরি। মসিদা নত্তনা মীওইবগী মশা কঞ্জনবা "রাইত ওব প্রাইবেত দিফেন্স" হাযবা অধিকারসি ইন্দিয়ান পেনাল কোদকী সেক্সন ১০০ শুবদা থরা য়াওরি। মদুদা কনাগুম্বা নুপা অমনা ইন্দ্রিগী ঈখৌরাংবা কোকথোক্রবগী ৱাখল অমদা নুপী অমদা খোঙ থাংজিল্লক্রবদি নুপাদুবু চুম্না শোকহন-পলহনবতা নত্তনা হাৎপা ফাওবদা করিগুম্বা মরাল অমত্তা লৈরোই হায়রি।

অসুম্না আইন্না নুপীগী ইকায়খুম্নবা ঙাক্নবা করিগুম্বা থৌদৌ থরা দন্দী তৌগনি হায়না কিহন্দুনা থিংননবা হোৎনৈ। মসিগীসু মথক্তা ভারতকী নাগরিকশিংগী কায়হৈদ্রবা মখৌনি হায়দুনা ভারতকী লৈঙাক- পথাপ্তা 'ফন্দামেন্তল দ্যুতি' হায়দুনা থৌদাং কয়ামরুম য়েক্তুনা

তাক্রি। থৌদাং ময়ামদুগী মনুংদা অমদি 'তু রিনাউন্স প্রাক্তিসেস দিরোগেত্তোরি তু দি দিগ্নিতি . ওব বুইমেন' হায়বসি অমনি হায়বদি নুপীগী ইকায়খুম্নবদা শীংনবা থৌদৌ পূম্বা থাদোক্কদবনি হায়বনি।

ঙসি নুপাশিংনা নুপীগী ফীজোলদা মিতাবা খূদম য়াম্না উই। নুপীগী ফীজোলনা লৈবাক্কী শক্তম ঙাক্কদবনি হায়না য়াম্না হায়নরকই। নুপানা নুপীদা মখূৎ-মশা শাংঙিবসি নুপীনা ফীজোল কোম্বদগীনি হায়নসু তাইনবী। অদুবু, চুম্না খল্পদুনা য়েংলবদি নুপাদি লৈবাক্কী শক্তমসি ইঙাক ঙাকফম থোক্তবা জাৎলা ? হায়নরকই জিন খোঙ্গ্রাও, সলৱার কমিজ শেৎতুনা চৎচবী নুপী খরদা খোঙ্গোইনখ্রে হামুক তৈশীন্দুনা ফি চপখায়বিদুনা চৈদুনা অকামপেৎ থাংদুনা মদুবু মফম খরদা শঙ শাদুনা ঙাঙনৈ কুম্মে ওইনা পেন্নবী।

জগৎ-সংসারসিদা নুপা নুপী খেন্নবা থমদনা হিংবগী চৎন-লোনচৎনা মালেমসি শীন থুংখ্রবা মতমসিদা জিন হায়বসি লমদমসিদদি নুপাতনা শেৎকদবনি হায়বা ৱাফমসি অমুক্কা খল্পনীংঙাই ওইগনি। ঙসি অকোয়বসিদা অওনবা য়াম্না লাকই। অহল-লমনশিংনা লুহোং-কৈহোঙবা, শোরাৎ ফীরোইদা, চাকচাবা চৎপদা ফৈজোম পূময়াৎ শেৎতুনা চৎহল্লকই। ঙসিদি নুপাশিংনা বনারস, লক্ষনৌ দিল্লীরোমগী চৎনবী পায়জমা কুর্ত্তা অমমম্ মচু-মচুগী শেৎলদুনা লুহোংবা চাক্কৌবা চৎপা অমা কন্না চৎনরক্লে। খরা মফম চাবা অমা য়েংলগা খরা খরা পায়শিন্নরগা চঙলকপা অমা কন্না তৌরক্লে। মসিদি লমদমসিগী শক্তম ইমাঙ মাঙদ্রবা জাৎলা ? নুপী ফাওবদি ফনেক ময়েক নাইবা, ইন্নফি, পুঙৌ ফনেক চন্দোল থিনবা কায়দনা ঙাক্তুনা লৈবা উই। মখোয় অতোপ্পা ফি শেৎতুনা ধর্ম্ম-কর্ম্ম মাংথোকপা তৌদ্রি ঙসি ফাওবদি, মসি খল্পদুনা য়েংবা কান্নগদবা মাল্লি। মরমদি, নুপীবু নমথবিরম্বগী থায়নগী পূকফত্তবা চৎন-লোনচৎতু অমুক হঞ্জিল-হল্লক্তনবনি। মসিদি য়েৎননীংঙাই লৈতে। মরমদি, নুপীসু চপ চানা খূয়া তুশিংনা হিংবগী অধিকার লৈ; লমদমসিদা লৈবা নুপাশিংনা চুম্না য়ানীংবা কয়া ঙাঙদুনা তানদুনা খন্নদুনা চুমথোক্লবা তৌবা নত্তনা নুপীগী ফীজোল য়ৌনা মখূৎ শাংজিল্লকপদি দ্রৌপদীগী ৱারী হঞ্জিল্লকপা নত্তনা করিসু নত্তে। অঙম তান্নরকপা ওইনা ইচঙ থৌবী নুপী কয়া অমনা অমুক পূনশিল্লগা লম্বীদা চৎচবা খরা শোন্দম-নাদম্বা পাইজমা পূময়াৎ শেৎচদুনা মঙানি চাক্কৌবা য়াওনবা হাইফেৎতং পায়শিল্লগা চৎচবা নুপা কয়া অমা অমুক ফারগা লৈখোম তৈশীনবিদুনা জগোয় শাহল্লবদি মৈরীকপীদগী মৈজাওবী হৌনরক্কনি। লমদমসিদা নুপাবু হাকন্নবদা নুপীলান হৌখি। মদু পোঙজনিংঙাইনি। অদুবু, লমদমসিদা নুপীগা নুপাগদি নাকপাক তাদুনা খৎনহন্নীংদে। লমদমসি চাওখৎপা লমদম ওইহঞ্জনীংঙি।

লমদম অমা চাওখৎপা লমদম অমনি হায়না লৌবা য়াবসি মফমদুগী মীনা নুপীদা পীবা ইকায়খম্নবগী চাংদুদা ওল্লগা লায়না খঙবা ঙম্মী হায়না মহাপুরুষ কয়ানা তাকপিরম্মী মদুগী পথাপ্তুদা ওল্লগা য়েংবা তারবদি ঙসি লমদমসিদা নুংথিল পোবোপ্তা অচীকপা লম্বী

অমদা নাইতোম চৎচবদা নুপী অমনা নুপাগী মখূৎতা খুদোংথীবা নংগনি হায়না চিংনবা ফাওরিবা ঐখোয়গী লমদম চাওখৎলে হায়না লৌবা য়াখিরোই। নীংশিংবা য়াই, লমদমসিদসু হায়নরম্মী, নিঙোলনা হরাওরগা য়াইবী মরাঙ কায়, নিংঙোলগী মপি তাহল্লগা মাঙ-তাকই। ঙসি দেবী পূজা মতমসিদা নুপীবু ইকায়খুম্নবা লমচৎ য়োকখৎনবা তাঞ্জাদুমক লাকই। য়াইবী মরাঙ কায়নবা নিঙোলবু হরাওহনবা মতমদু লাক্লে লৈবাকমচাশা! থীক্লে!

# মীওইবগী অধিকার কন্না থা দিসেম্বর

**দিসেম্বর** থা মনুংসি মীপূম খুদীংদা মীওইবগী অধিকারগী মরমদা নীংশিংহল্লি। দিসেম্বরগী তাং ১০ সিমক ইউনাইতেদ নেসন্সকী জেনেরেল এসেমব্লিনা য়ুনিবর্সেল দিক্লারেসন ওব হ্যুমেন রাইতস হায়বা মীওইবগী কায়হৈদ্রবা অধিকার ময়াম অমা মালেমসিদা লৈবা মীওই খুদীংনা ফংগদবনি হায়না লাউথোকখিবা নুমিৎতুনি। খৃষ্টকুমওন ১৯৪৮ দিসেম্বরগী তাং ১০ গী নুমিৎসিদা লাউথোকখিবা অধিকার ময়ামসি ঙসিদি মালেমসিদা লৈরিবা মীওই খুদীংগী কায়হৈদ্রবা মীওইবগী অধিকারনি হায়দুনা মীপূম তিংনা খঙহন্দুনা লাউথোক্কুনা লাক্লি। অসুন্না চহী খুদীংগী দিসেম্বর থানা লাক্লবদা মালেম পূম্বনা নীংশিংনৈ মী ওইবগী অধিকার কন্না থা লাক্লে হায়দুনা। লমদমসিগী থাপালোমন্দা য়েংলুরে পোইনু থানি, লৌরোক পাম্থানি, ফৌ কারকপা থানি, লন- থুম লোকপা থানি, মীওইববু হিংহনবা থানি মরমসিদ চেঙ হায়বসি পুন্সিনি। মীওইবনা শিরবা মতমদা মাগী চেঙ লোইরে হায়দুনা হায়নরিবসিনি। অসিগুম্বা থানা লাক্লবদা নীংশিংহল্লি মীওইবগী হিংবগী অধিকার অমদি হিংহনবগী দায়ত্ব, মীওইবগী চেঙ মরাঙ কায়হনবা, মীওইবগী চেঙ লোইহনবা তৌদবা দায়ী ময়াম অমা।

দিসেম্বরগী অহানবা নুমিৎসিমক "ৱার্ল্ড এইদস দে" হায়না খঙনৈ। লাক্লবদা ৱারবা মহীকসিনা মীগী হকচাংদা চঙখ্রগা মীবু মনুং-মতম চাদনা চেঙ লোইহল্লি। অদুনা পুন্সি চেঙজেল ৱানশীন্নবা মহীকসিবু চঙহন্দনবা পাম্বৈ ময়াম অমা মীপূম তিংনা খঙহন্নবা পাউজেল, চেজায়, খন্ন-নৈনবা কয়া চৎথনরি। কয়া অমনসু লাউরি, মশানা য়াদবা মীদা নম-হাদুনা ঈ চাং য়েংদুনা মহীক চঙব্রা চঙদব্রা য়েংবসি মীওইবগী অধিকার শোকহনবা থৌদৌনি। অমা খঙদে, অমা খঙদে, সংসারসিদা হিংলিবা মীওইবা পূম্বদি হিংবগী অধিকারদি অদুম মবৈ।

দিসেম্বরগী তাং ১২ নুপীলানথোকখি হায়না কাউনদবা নুমিৎ অমা ওইরি, ঙসিনা নুপীগী নুমিৎ হায়না খঙনরি। চেঙগী ৱাহৌদগী, মপান্দা চেঙ থাদোকপা য়ারোই হায়না হায়নরম্বদগী য়ানরক্তদুনা চাকখুম পান্নরিবী নুপী ময়াম্না চোংথোরক্তুনা শীংনরকপনি চাকখুম মৈ মূৎতনবনি। নুপী কয়া কৈশুমশঙদা থম্বিখি, কয়া অমনা মশাদা চৈনা ফংহনখি। নুমিৎসিনা ঐখোয়দা তম্বিরি চরা অনী চাবা ফংবা/ফংহনবা হায়বসি মীওইবগী অধিকারনি মসিবু শীং নরকলবদি লান থোকই। শান্তি ওইবা মওংদা চয়েৎনবা য়ানদবা কয়া লৈখায় তাবা ঙম্নরক্তবদা লান হায়বসি অরোইবা উপায় ওইনা হেক হেক থোক্লরকই। মসিনা ঐখোয়দা তম্বিরি য়ারিবমখৈ শান্তিগী ওইবা পাম্বৈনা পোৎ খুদীংমকসি তেমশিন্নবা চুম্মী। ঐখোয় লান পামদে।

লানদি মাঙনবা মশক্কি ঐখোয় লান কিজে।

দিসেম্বরগী তাং ১০ সিমক হন্দক্কী ওইনা মীওইবগী হিংহন্নবগী খোঙজঙ ওইনা চহী ৫ শুদ্রিবা অঙাং পূম্বা 'পলস পোলিও ইম্যুনাইজেসন' হায়দুনা মীওইববু শোইনাইহনবা ঙম্বা পোলিওদগী কনবা ঙম্নবা তুংগী যূম্বী ওইরক্কদবা অঙাং পূম্বা শোইনাইহনবদগী নাম্থোকচনবা 'ৱার্ল্ড হেলথ ওর্গেনাইজেসন্না' শন্দোরকপা থৌরমনি। তশেংবনি অঙাং পূম্বা হিংহনগদবনি মখোয়গী পুন্সি চেঙজেল লাঙশীনবিবসি অহলশিংগী থৌদাংনি।

দিসেম্বরগী তাং ২৫ সি খৃষ্টমাস হায়না খঙনবা কৃষ্মেদু লাকই। যিশুগী লেংজুমদা য়াউমচা অমা তোংহল্লদুনা মীয়ামদা হায়রি অতোনববু নুংশিয়ু হিংসা তৌগনু, জীববু নুংশিয়ু। মহাক্কা হায়রম্বা 'বি এ গুদ নৈবর' লৈপাকমচা তাবা থম্মোয় চেনবিয়ু। ঐখোয় লৈবাকমচা ঙাক্কনি অদুবু লৈবাকমচা তাবদি কনা য়াওরি? মহাক্তি মীয়ামগী মহুৎ শিনদুনা শিখি, অদুগা মীওইবগীদমক্তা পাউজেল ময়াম অমা পীবিরম্মী।

হন্দক্তি দিসেম্বরগী তাং ২৮ দি ইদ-উল-ফিতরসু তারি। লাইনীং লম্বী তোঙানজরবসু ভারতমচা পূন্নমক অমত্তনি। চৎনীংবা লাইনীং লম্বী অমা চৎচবা, চৎননবা অতোপ্পদসু হায়বা অদুগা পাক-শন্না শন্দোকপসু ভারত্তা লৈবা নাগরিকশিংগী অধিকারনি। লাইনীং লম্বী অমনা পুনবসি অধিকার অমখক্তা নত্তনা লাইনীং লম্বী অমনা পুল্লবা মীওইবা অমদি ধর্ম্ম লৈবা মীগী মশক্কি। মরমদি লাইনীং লম্বী অমত্তনা অমগা অমগা নুংশিননু হায়বসি হায়বা লৈতে। মুহম্মদ ইকবালগী ৱাহৈ পরেংদা "মজহব নহী শিখাতা, আপসমে বৈর রখনা, হিন্দী হৈ হম বতন হৈ, হিন্দুস্থান হমারা" হায়না ঙসি ঈশৈ ওইনা সারে জহাসে অচ্ছা হিন্দুস্থান হমারা।

'সারে জহাসে অচ্ছা' ওইনবা ঐখোয়গী হিন্দুস্থান অসিদা মীওইবগী অধিকারবু ইকাযখুম্ননা চৎনববদি পূন্নমক্কী য়াইফবনি। সমাজ অমবু পান্নবদি লৈবাক ঙাক্কদবা কাঙবুগা প্রজাগা খরমথৈদি য়েৎনদুনা লৈবা তাই। মদু খবা চাউনা য়েৎনবা নৎত্রগা খরা পীক্কা য়েৎনবা হায়বদুনা অমনি। মসিদা লৈবাক মরা তপ্না পানগে হায়রবদি মীয়ামগী অরাং-অপা কয়া মেনশিনবিদুনা য়াইফন্নবা ৱাখল চেনবিবা তাই। অদু নত্তদুনা পাঙ্গল শাজিন্নরগা নমথংলি হায়না থনবদি ওইথোক্তবনি। লমহেনবা কাঙবু নমথদুনা লৈবাক ঈনাং হৌহনবা থিংনবা আইন ইশেম শেম্নদবদি নত্তে অদুবু, লমদম অমদা খুন্দাদুনা লৈজরিবা প্রজা ময়াম পূম্বা আইনগী মতেঙনা নমথদুনা থমগনি হায়রবদি মদুগী আইন অদু আইন নৎত্রে মীওংখুৎলায় কৌরগনি। মীগী হকচাংদা তিংখংনা চঙলবদা তিংখংদু কৈদৌঙেদা হকচাংগী শরুক অমা ওইবিয়ু য়াদে নাই চারক্তুনা নোংমা মথন্তা ঈঙ্গোরকই। অদুগুম্না মীয়াম প্রজাগী নমশীন্দনা মদুনা নমথগনি হায়বদি ইতিহাসনা শৌগৎতবা থৌদৌনি। জেমস দি সেকেণ্ড ইংলন্দগী নিংথৌনা মদুগী অরানবদুমক তৌখি। মদুগী ফলনা মমৈদা মা ইংলন্দ থাদোক্তুনা চেনখিবা তাখি।

ঙসি হ্যুমেন রাইতস দে না লমদমসিদা লাক্লিবসি লমদম্মসি চহী কুন চপ্না 'দিস্তর্ব

এরিয়া' নি হায়না লাউথোক্নুনা নোংমৈ কাপ্পদা ঙাওজবা, নোংমৈ নত্তনা অতৈ হৈত্রবা মীওই ময়ামগী য়াকাবূং ওইহল্লবা খূয়া তুশিংনা হিংদ্রবা, তঙ তাবা পুক্সি লৈত্রবা, মীগী পুক্সিসি হেক্তা খম্বা য়ারবা লানবূং অমা ওইরবনি। কনাগা কনাগা তৌনবা লান্নো, ঐখোয় ভাব তাদে অদুবু মীচম য়াম্না শিংখ্রে। লমদমসি নুপা য়াম্না শিংখ্রে নুপাগী মশীং য়াম্না হম্বরে। ইজ্জৎ মাঙহনখ্রবী নুপী কয়া অমা ফুম্বঙনদুনা হিংলি। চহী কুন শুরে। চহী খুদীংগী হ্যমেন রাইতস দেদি লাকই দিস্তর্ব এরিয়া ওইহন্দুনা শাপ ফংলবা লমদমসিদা। ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজৈ হন্দক্কী চহীদদি ঙমদ্রবসু মথংগী হ্যমেন রাইত দে লাকপা নুমিৎতদি দিস্তর্ব এরিয়া ওইদ্রবা লমদম অমা ওইহনবিয়ু ওঁ শান্তি! শান্তি! শান্তি!

# করপসন ?

**লৈবাক্কী** ফম্নাইবা অমনা মাগী ফংলিবা তলব নৎত্রগা সেলরী অদুদা পেন্দ্রদুনা মাগী মথৌনা মী অমদা কান্নবা ফংখিগদবদা, মীদুদগী অমুক শেল লৌবা নৎত্রগা অতৈ অতোপ্পা অতোংবা লৌববু করপসন কৌই, মীয়ামগী ওইবা লোন্দাদা শেল চাবা হায়বা লমচৎ অদুবুনি। ঙসিদি লমদমসিদা খোঙথাঙ খুদীংগী শেল চাবগী চৎন-লোনচৎ উবা তাবা ফংলে। লৈবাক্কী ফম অমা হাপকদবদা লুপা লাখ কয়া য়ৌরে হায়না হংনৈ। কনাদা পীরিবনো ? পীরিবা শেনফমদুনা তশেংনা কান্নরিব্রা ? নৎত্রগা অরেম্বদা চাইখাইদুনা মাঙহল্লিবরা ? করিমত্তা হায়বা ঙমদে। অদুবু, অঙাওবদৌনা ময়াম শেল পঙতিংদা তিংনৈ লৌ-ইশ্মোল য়োন্নদুনা। অদুগা ফীজোন নানবা দাকুগী শক্তম লৌরিবা ফম্নাইবশিংনা অতোংবদু চারী। ভোট মতমদা, পরীক্ষা থাবা স্কুল-কলেজদা, লৈবাক্কী ফম হাপ্পদা, লম এলোতমেন্ত তৌবদা, লোন পীবদা অমদি মখল-মখাগী লৈবাক্কী পুন্সিসিদা করপসনগী মফম চাউনা লৈ। ঈশিংনা চাউশিল্লকপদা ঐগী য়ুমখক্তা খাক্তুনা থম্লম্বা য়াদবগুম করপসনগী মনিল মীয়ামদা ইয়ৌ য়ৌই। ঙসি পোক্লকপা অঙাং অমদি মনিলদুগী মরক্তা চাউরক্কদৌরিবনি। চুরুপ থকপা কাঙবুনা কামথোরকপা মৈখু, থকচদবা কাঙবুনা স্বর হোঞ্জিন্দবা য়াদদুনা হোঞ্জিনখিদুনা মশানা য়াজদ্রবসু চুরুপ থকপা মী অমা নমদুনা ওইবগুম পূকচেল তিংবা, নত্তবা লমচৎ চৎচনীংদবা কয়াসু মীরক্তা সমাজদা হিংবদা করপসনগী মৈখু চুরবা চীঙ্গাক, রাখম্লোন অমদি পুন্সি মরেন্দা য়াওদবা ইয়া য়ারক্ত্রবনি, চেন্দুনসু হিংদ্রবনি।

লমদমসিদা প্রমাণ কয়ামরুম ফংদুনা খূদম ওইনা তারবনি। এদজুকেসন ওফিসতগী ওঝা খনবগী সরকারগী হুকুম কয়া, ময়াম্না ফেক এপোইন্তমেন্ত হায়না খঙনবা ওর্দর মীচম কয়ানা শাদুনা ওজা কয়া অমদি মপূকচেল পীকপা মীনম-শোরিবদা হালেঙবা লৈত্রবা মীওই কয়া অমা হাপচীন্দুনা শিক্ষাগী পুন্সিদা কালি তৈহন্দুনা মহৈ লাইরেম্মগী মশাইগোল পূম্বা চুরাম্থাবা কয়াগী য়ারেকফম অমদি য়াকাবুং ওইহন্দুনা থম্লম্বা খরদি ফারে হায়দুনা পাউ-চেদা করিদা হাপ্পরকপা থেংনৈ।

লমদমসি ঈরাং হৌবদা শান্তি থম্নবনি হায়দুনা ঙাক্লবা পুশিল্লকপা খূৎলায় পায়বা কেন্দ্রগী পুলিসশিংনা ত্রক লোদতা গঞ্জা পূরম্বদগী ফাদুনা মীয়াম তিংনা খঙনরবা পাউ ওইখিবা ফনা তোয়না থোক্লখ্রবনি। ভারতকী ওইনা বোফোর কেশ, ইউরিয়া ইস্কাম, হৱালা কেশ পাউ চেশিংদা ফোঙলকখিবা পূম্বা করপসন হায়বদুনি। হূরানবনা হুরানববু ফারবদি কনানা বিচার তৌবিনি ? অদুবু, হূরানবা মশেলসু অদুম করপসন তৌনবনিনা মখোয়না

অদুম ফোঙদোকচরকই। অদুঙৈদগী ইংলিস ফিলম্‌দা উদুনতা লৈরবদুনি। দাকু ময়াম্না পূনশিন্নরগা বেঙ্ক অমদি খুঙ্গং লুট তৌদুনা শেল হেক খোমজীন্নপ্রবন্দি মখোয় মশেল্ল শোয়দনা হাৎনরক্কনি।

ভারত্তা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা আইন অমা ওইনা দি প্রিবেনসন ওব করপসন এক্ট, ১৯৮৮ না 'পাব্লিক সার্বেন্স' অমনা তৌবা করপসনবু দন্দী তৌবা য়ানবা চৎন-পথাপ শেম্মী। পি ভি নরসিমহরাও ভার্সস ষ্টেট ১৯৯৮ ক্রিমিনেল লোজর্নেল ২৯৩০ হায়বা কেশ মীয়াম্না জে এম এম ব্রাইবরী কেশ হায়না খঙনরিবা কেশ অদুদা পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বর অমদি পাব্লিক সার্বেন্ত অমনি হায়না লৌদুনা কোর্টনা করপসনগী মরান্দা বিচার তৌবা য়াব্রা হায়বা ৱাহং অমা থেংনখি। সুপ্রিম কোর্টনা খুন্নমই, পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বর পুম্বা লৈবাক্কী মথৌ শূবনি অদুনা অদুম পাব্লিক সার্বেন্ত অমনি হায়না লৌগনি। অদুনা মখোয়গী মথক্তা করপসনগী মরান্দা বিচার অদুম চৎথবা য়াই।

হান্নগী তামিল নাদুগী চিফ মিনিস্তর ওইরম্মী অমদি মাগী কাঙবুগী মথক্তা লৈখিবা করপসনগী মরাল শীরদুনা পায়খৎখিবা কেশ কয়ামরুমদগী খঙবা ঙম্মী মীৎশিং-নাশিংবা লৈবাকমচা তাবা মীওই কয়াগী মীৎয়েং ওহোক্লা মমল য়ামখ্রে। মখোয়তনা গণতন্ত্রগী অর্থ থোকহল্লি। কমন কোজ ভার্সস য়ুনিয়ন ওব ইন্দিয়া এ আই আর ১৯৯৬ সুপ্রিম কোর্ট ৩৪৩৮ হায়বা কেশ অদুদা প্রেত্রোল পম্প এলোতমেন্ত পীবদা, গ্যাস এজেন্সি পীবদা মশাগী মরী-মতা ঙাক্তা খন্দুনা পীরে লৈবাক্কী য়েংদ্রে হায়বা ৱাকৎ অদু ঐচ দি সৌরি হায়বা লৈবাকমচা তাবা মীওইসিনা মশানা মশাগী কেশ লেপচখি। পেত্রোলিয়ম এন্দ নেচরেল গ্যাসকী মিনিস্তরনা পীরম্বা এলোতমেন্ত ওর্দর ১৫ দু কক্‌থৎলবা মতুংদা সুপ্রিম কোর্টনা মিনিস্তরদুদা লুপা লীশীং য়াঙ্খোখক কেশ অদু তৌবদা ৱাবা লৌখিবা ঐচ দি সৌরিদা পীননবা হুকুম তারবা মতুংদা মিনিস্তর মশাদুদা মহাকপু করপসনগী আইন মতুং ইন্না করিগী থবক চৎথরোইদৌরিবনো মরম পীয়ু হায়খি, অমসুং সিবি আইদা শিন্নদুনা মিনিস্তরদুগী মথক্তা চার্জ সিত থাগৎনবা য়াথংসু পীখি।

মতুং তাবা কেশ ওইনা শিব সাগর তিৱারী ভার্সস য়ুনিয়ন ওব ইন্দিয়া এ আই আর ১৯৯৭ সুপ্রিম কোর্ট ১৪৮৩ হায়বা কেশ সিদসু য়ুনিয়নগী মন্ত্রী হাউজিং এন্দ অর্বান দিবলপমেন্তনা মাগী মরী-মতাদা দুকান প্লোত লোইনা পীথোক্লম্বদা সুপ্রিম কোর্টনা মন্ত্রীদুদা লুপা লাখ ৬০ সরকারগী লনগৈদা জমা তৌগদবনি, মদু তৌদ্রবদি ইঙ্খোলগী খাজনা তোনবা খোমগৎপগুম মঙোন্দগী খোমগৎকদবনি হায়না রাই তাখি।

খূদম খরসিনসু অদুম তাক্লে, য়াম্না অৱাংবা থাক্তা করপসন তৌবা হায়বসি কনাদসু অঙকপা অনৌবা নত্রে। ঙসি ঐখোয়গী মীৎমাঙদা শগুন তৌরিবা ফীজোল নানবা দাকু কয়া কয়ানি অদুগা প্রজানা কূপ্সে য়েংদুনা লৈরি।

দুকান এলোতমেন্ত তৌবদা মরী-মতাদা ঙাক্তা পীরম্বগী কেশ সুপ্রিম কোর্ট য়ৌনরি।

ওসি লমদমসিদা মপাল কাওজৈবুংগী অৱাংথংবা সিমানা নপ্পা দুকান পরেং অমা মথোল অনী শানবা কন্না হৌগথলি। ৱাহং কয়ামক্কম লাকই মফমসিদা শাদ্রবদি লমদমসিদা দুকান শানবা মফম অমম্ভা লৈত্রবরা ? মফমসিদা দুকান শারিবসি তাউন প্লানিং পোলিসি কায়দবরা ? মপাল কাওজৈবুংগী অহাঙবা মফম অমথক লৈরিবসি খাজীল্লিবসি ইনবাইরোনমেন্ত, ইকোলোজী অমদি ইতিহাসকী ওইবা শক্তমদা শীংনবা থোক্তবরা ? শাবা লোইরবা মতুংদা লৈমায় থংবা দুকানশিংদুদি হাল্লনা ফম্নম্বা কাঙবুশিং লৈত্রবনি মথোল অহানবদা হেগৎলক্রিবা দুকানশিংদুদি কনাদা করম হায়না এলোত তৌগদৌরি ? দিল্লীদদি ঐচ দি সৌরিনা চোংথোক্তুনা কোর্টতা কেশ তৌই, অদুবু লমদমসিদদি কনাসু চোংথোক্তুনা কেশ তৌরক্তে প্রজা পুম্বা ফুম্বংনশ্রবরা ?

অকনবা আইন চৎন-পথাপ শেমদুনা করপসন লাকশীনববুদি লৈবাকমচা তাবা প্রজাশিংনা মীৎশিং-নাশিংনা লৈবিদুনা মতাঙ চাবদা থবক পায়খৎপিবা, পাউ-চে কয়াদা প্রজাগী মীৎ-নাকোং ওইনবা শেঙ্গা থুমজাগী থবক ইবিরকপনা হেন্না কান্নরি। ফম্ভবা চৎনবীসিদা চূরবা কাঙবুনা অমদি বানোমদুনা চাবা কাঙবুশিংনা ঙাঙলি লাইশঙগী লাই ফাওবদা পৈশা কৎতুনা খুরুম্নরিবনি হায়দুনা মী মশেল করপসন তৌনবদুদা লাইসু অমুক কোনশিল্লুই। লাই মাদি নোক্রুমগদবা মাল্লি 'গোদ সিজ দি ক্রুথ বত ৱেতস' হায়বদু নীংশিংঙি।

# লনাইগী লিংখৎচবা লায়েংশঙ অমদি মীওইবগী অধিকার

লায়না অমনা নাদুনা শিরমগদবা মী কয়া দাক্তরনা লায়েংবিদুনা হিংহৌবা য়াম্না লৈ। মরম অদুনা দাক্তরনা মীওইবদা পীরিবা সেবা অসি য়াম্না মমল য়াম্মী। হিংবগী অধিকার হায়বসিনা মীওইবগী কায়হৈদ্রবা অধিকার ময়ামগী মনুংদা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা অধিকারনি। মীওইবগী হিংহনবগী দায়ী ওইনা লৈবাক অমগী সরকারনা মাগী নাগরিকশিংবু নারক-য়েক্লকপদা লায়েংনবগীদমক্তা লায়েংশঙ লিংখৎলি। অদুগুম্বা লায়েংশঙদা লায়েংবদা খঙ-হৈরবা দাক্তর কয়া অমা থবক হাপ্পুনা লায়েংবগী থবক তৌই অমসুং লেম্না লায়েংঙি। অদুগুম্বা দাক্তরশিংদু মেদিকেল কাউন্সিলদা রেজিস্তার তৌরবা মতুংদা লায়েংবগী থবক তৌবা হৌই। কাউন্সিলনা শেম্বা, দাক্তর অমনা ইন্দুনা চৎকদবা নিয়ম কয়াদু কায়না চৎলকপদা দাক্তর অমা দন্দী তৌবা ঙম্মী মঙোন্দা পীখিবা রেজিস্ট্রেসন অদু ফাওবা কক্পা ঙম্মী।

মতমগী মতুং ইন্না সরকারগী লায়েংশঙ নত্তবা লনাই লিংখৎচবা লায়েংশঙ কয়া অমা ঙসি লমদমসিদা থোরক্লে। অমদি অনাবা কয়া অমা অদুগুম্বা লনাইগী লায়েংশঙদা চঙ চঙদুনা লায়েংনরে। অনাবা কয়া অমা অনাবা কোক্কুনা থোরক্কবা য়াওনরে, কনাগুম্বা খরদি চেকশীনথৌরাঙ ৱাৎখিবদগী শিবসু য়াওনরে। অসিগুম্বা লনাই লিংখৎচবা লায়েংশঙ কয়াদা চঙলুবদগী অবাবা নংনরিবসিদা ৱাহং অমা হংঙি, লনাই লিংখৎপা লায়েংশঙসিদি কনানা য়েংশিল্লি।

ক্লিনিক অমদি নর্সিং হোমশিংদা চৎথরিবা লায়েং-কাঙলোন পুন্নমকসি মগুণ লৈননবা অমদি সরকারগী নত্তবা লনাই লায়েংশঙশিংসি য়েংশিন্নবা মণিপুর নর্সিং হোমস এন্দ ক্লিনিক রেজিস্ট্রেসন এক্ট, ১৯৯২ হায়বা আইনসি পুথোকখি। মসিগী আইনসিনা লনাই লিংখৎপা লায়েংশঙ, নর্সিং হোম অমদি ক্লিনিক পুম্বা কোনশিল্লি। যেরৎটকী খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদাং ময়ামগী মনুংদা প্রজাগী খ্বাইদগী মরুওই। মণিপুর নর্সিং হোম্স এন্দ ক্লি নিক লিংখৎপা রেজিস্ট্রেসন এ হায়বসিনা রেজিস্ট্রেসন তৌদনা নর্সিং হোম অমদি ক্লিনিক লিংখৎপা থিংঙি। আইন অদুগী মতুং ইন্না সুপরভাইজিং ওথোরিতি হায়বা ফম্নাইবা কাঙবুসিনা নর্সিং হোমশিং অমদি ক্লিনিকশিং য়েংশিনবগী মথৌ তৌগদবনি। সুপরভাইজিং ওথোরিতি মথৌ হায়ববু লিংখৎকদৌরিবা ক্লিনিক অমদি নর্সিং হোমশিংদা য়ামদ্রবদা লৈফম থোকপা মচাক এনাসথেতিষ্ট, রেদিওলোজিষ্ট অমদি নর্সশিং মতীক চানা লৈরব্রা? অমদি মখোয়গী মহৈগী থাক অদু মতীক চানব্রা, হায়বা পুম্বা য়েংশিল্লগা লাইসেন্স অমা পীবা নৎত্রগা পীদবা অমদি কক্পা ফাওবা ঙম্মী। আইনসিগী মতুং ইন্না কনাগুম্বনা রেজিস্ট্রেসন তৌদনা নর্সিং

হোম অমদি ক্লিনিক লিংখৎলম্লবদি দন্দী ফংনীংঙাইসু ওই।

মরম অদুনা লমদমসিদা ক্লিনিক অমদি নর্সিং হোম কয়া লৈবগে? মখোয়গী মনুংদা কয়ানা রেজিস্ত্রেসন তৌখ্রবগে? কয়ান তৌদবগে? কয়ানা কক্থ্রবগে? হায়বগী জ্ঞান প্রজাশিংদা লৈতবা য়াদে। কনাগুম্বা দাক্তর অমনা অনাবা অমা লায়েংবদা লৌফম থোকপা চেকশীনখৌরাঙদু লৌদ্রবদি মদু 'মেদিকেল নেগ্লিজেন্স' হায়দুনা অৱাবা নংবা কাঙবুনা শেলনা অৱা-অনা কূপখৎতুনা ক্ষেতিপূরন তানবা য়াবা মতাঙ অমা অদুম ওইরি। অদুগীসু মথক্তা করিগুম্বা নর্সিং হোম অমদি ক্লিনিক অদু আইনগী মতুং ইন্না রেজিস্তার তৌরমদ্রবদি মদু লিংখৎপদা য়াওবা মীওইশিং আইনগী মতুং ইন্না দন্দী ফংনীংঙাই অমসু ওইগদৌরিবনি।

য়াফমসি হন্দক্তা মণিপুর হ্যুমেন রাইতস কমিশন য়ৌনরক্তুনা কমপ্লেন্ত কেশ নম্বর ১২/২০০০ হায়বা কেশতা অকোইজম ওংবী ঝাসিরাণী হায়বী অমনা থাঙ্গৎলকপা ৱাকৎ ওইনা ৱায়েন চৎথরদুনা ২০০০ গী দিসেম্বর থাগী তাং ১৯ দা রাই অমা তাথ্রে। কমিশনগী রাইসোমদা অমুক্তং মায় ওনশিনবনা ভাব তাবা ঙমগনি, লমদমসিদা প্রাইবেত ক্লিনিক অমদি নর্সিং হোমশিংসি কদায় ফাওবা আইন কায়না থবক তৌরিবগে, অমদি প্রজাগী অধিকার শোকহল্লিবগে হায়বসে।

কমিশনগী রাইদুগী মতুং ইন্না থোক্লিবা কেশ অদুদি দরখাস্ত থারক্লিবীসিগী মপুরোইবদু তাং ৫।৯।২০০০ দা মণিপুরগী চেম্বর ওব কমর্স হোস্পিতাল হায়বা লনাই লায়েংশঙসিদা রিজনেল মেদিকেল কলেজগী য়ুরোলোজীগী এসিসতেন্ত প্রোফেসর ওইনা থবক তৌরিবা অমনা ওপরেসন তৌবদা চেকশীন-খৌরাঙ লৌবিদবদগী শিঙনবনি হায়দুনা হোস্পিতাল অমদি দাক্তরদুগী মথক্তা লুপা লাখ ১৫ ক্ষেতিপূরন তান্দুনা ৱাকৎ অদু পাখিবনি।

দাক্তর অদুনা কমিশন্দা কারক্তুনা ওপরেসন অদু পাঙথোকখিবা অমদি অনাবা অদু শিখিবদুদি য়াই অদুবু মহাক্কী চেকশীন-খৌরাঙ লৌফম থোকপা লৌখিদে হায়বা মবালদুদি য়াখিদে। অতোপ্পা ৱাফম অমনা চেম্বর ওব কমর্স হোস্পিতাল হায়বসি আইনগী মতুং ইন্না তৌফম থোকপা মথৌ তৌরা হায়বা ৱাফমসু রেংবা তারকই।

মণিপুর সরকারগী হেল্থ দিপার্টমেন্তনা প্লান খৎলকপা চেরোল মতুং ইন্না চেম্বর ওব কমর্স হোস্পিতাল হায়বসি মণিপুর নর্সিং হোম্স এন্দ ক্লিনিক রেজিস্ত্রেসন এ, ১৯৯২ হায়বসিগী মখাদা রেজিস্ত্রেসন অমদি তৌখি, অদুবু মদু তাং ৩১।৩।২০০০ ফাওবগীতনি। মদুগী মতুংদা হোস্পিতালসিনা অমুক মখা রেজিস্ত্রেসন পীবিনবা থারকখিদ্রে। মরম অদুনা ওপরেসন তৌবা নুমিৎতুদদি হোস্পিতাল অসি রেজিস্তার তৌদ্রবা লায়েঙশ অমা তশেংনা ওইরে। দিরেক্তর হেল্থ সার্বিসকী ৱারোল মতুং ইন্না হোস্পিতালসিদা জেনেরেল সর্জরী ওপরেসন তৌনবা অয়াবা অমা ১৯৯৮ দা পীখি অদুবু মফমদুগী এনাসথেতিষ্ট অদু হোস্পিতালদু থাদোক্তুনা চৎখিবদগী তাং ১৯।১০।১৯৯৯ দা ওপরেসন তৌবা য়াবগী অয়াবা অদু কক্থ্রে। মরম অদুনা অনাবা অদু ওপরেসন তৌবা নুমিৎতা হোস্পিতাল অসি

ওপরেসন তৌবা য়াবা পার্মিসন অমত্তা পায়দবা মতমনি।

রিজনেল মেদিকেল কলেজগী দিরেক্তরগী চেরোল মতুং ইন্না রিজনেল ইন্সতিত্যুত ওব মেদিকেল সাইনসসকী দাক্তরশিংনা মেদিকেল কলেজসিদা লায়েংবা লাকপা অনাবা কয়া য়েংলবা মতুংদা নর্সিং হোমদা অমদি লনাই দাক্তরখানাদা চৎতুনা ওপরেসন পাঙথোক্লুসি হায়না হেক হেক হৌদুনা পুবা থেংনরে হায়না হায়রকখি। অমদি থেংনরবদি মতীক চাবা থবক পায়খৎকনি হায়না লাউথোক্তুনা হুকুম থোক্তুনা লৈ। মখা তাবা ওইনা নন প্রাক্তিসিং এলাবেন্স পীরিবা দাক্তর অমত্তনা লনাইগী ওইনা মী লায়েংবা চৎথবা পুম্বা আইনগী মতুং ইন্না তৌবা য়াদবা থবক্কি অমদি থেংনরবদি মতীক চাবা দন্দী তৌনবা থবক পায়খৎকনি হায়বা হুকুমসু লৈখি হায়রকই।

মণিপুর সরকারদা কমিশন্না হংবা মতুং ইন্না আইনগী মতুং ইন্না ওপরেসন তৌবা য়াবগী অয়াবা পীখিবা ক্লিনিক কয়া লৈবগে হায়বগী পাউখুম ওইনা লমদমসিদা ওপরেসন তৌবা য়াবগী লাইসেন্স পায়বা লনাই দাক্তরখানা অহমখক্তং লৈ। মদুগী মনুংদা চেম্বর ওব কমর্স হোস্পিতাল অসি চন্দে। মসিনা তাকপদি ক্লিনিক ওইনা থবক চৎথরিবা মফম কয়া অমা রেজিস্ত্রেসন অমা তৌদনা লায়েং কয়া অমা চৎথরি হায়বসিনি।

# এইদসকী খুদোংথীবা মায়োক্লনবা হায় কোর্টকী ৱায়েন

নেসনেল এইদস কন্ট্রোল ওর্গেনাইজেসন গবর্ণমেন্ট ওব ইন্দিয়ানা শন্দোরক্লিবা এইদসকী খুদোংথীববু মায়োক্লনবগীদমক্তা নেসনেস এইদস কন্ট্রোল প্রোগ্রাম পায়খৎনবা লুপা লাখ ২৫৮ মণিপুরগী শেন্থং ওইনা থাদরকখি। ১৯৯৮-৯৯ গী মতুংদগীদি কেন্দ্র সরকারনা হায়রিবা ফন্দ অসিগুম্বসি ষ্টেট এইদস কন্ট্রোল সোসাইতিগী খুৎথাঙদা পীথরক্কনি হায়বা ৱারেপসু লৈব্রে। মখা শেল থাদরক্লবদি সরকারনা হান্না থাদখিবা শেনফমদু শীজিন্নবগী ৱাফম নাখৈ শেংলবা মতুংদতা থাদরক্কনি হায়খ্রে।

ভারত সরকারনা শেনফম লুপা লাখ ২৫৮ অদু এইদসকী খুদোংথীবা মায়োক্লনবা চাইথোক্তনা থমজিনবনা মখাগী ওইবা শেনফমসু থাদরক্রে অমদি নেসনেল এইদস কন্ট্রোল প্রোগ্রাম অমত্তা পায়খৎতনা লৈরে। মীশি- মীনা কয়া থোকখ্রে অৱাবা নংলবা মী কয়ানা ফংজবা য়াবা মতেঙ অমত্তা ফংহনবা য়াদরে শেল লৈতবনা মরম ওইবনি।

ৱাফমসিদা পেন্নরক্তদুনা ইম্ফাল বেঞ্চ গৌহাতি হায় কোর্টতা লৈবাকমচা তাবা মীওই অমা ওইনা নোংমাইথেম শরতচন্দ্র সিংহনা মণিপুর সরকারগী মথক্তা পব্লিক ইন্তরেষ্ট লিতিগেসন ওইনা মশানা ৱায়েনশঙদা কাদুনা কেশ তৌবা ঙমজররোইদবা ঐচ আই ভি অমদি এইদসকা লোয়নরম্বা মীওই কয়াগী মহুৎ শিন্দুনা দরখাস্ত অমা থাঙ্গৎখি। সিবিল রুল (পি আই এল) ৮৩৪/১৯৯৬ হায়না রেজিস্তার তৌবা কেশ অদুদা মণিপুর সরকারনা ফাজিন্দুনা থন্নিবা এইদসকী খুদোংথীবা থেংননবা লৈখিবা শেনফম লুপা লাখ ২৫৮ অদু চাইখাইহন্দুনা নেসনেল এইদস কন্ট্রোল প্রোগ্রাম পায়খৎনবা অমদি এন জি ওশিংদা থৌদাং পায়খৎহন্নবা য়াথং পীবিয়ু হায়না থাখি। মে থাগী তাং ৩১ দা কোর্টনা কেশ অদুগী হুকুম হায়দোকখ্রে। কেশ অদু পিতিশনরগী মায়কৈদা চোংথাম নরেনদ্র সিংহ এডভোকেটনা লেপখি। কেশ অদুবু বিচার চখিবা জজশিং জষ্টিস জে এন শর্ম্মা অমদি পি সি ফুকোন্নি। কেশ অদুগী য়াম্না মরু ওইবা পন্থৱা য়াদবা মতৌ অদুদা সরকারগী মায়কৈসু পঙযেৎ য়েৎনদ্রে।

নেসনেল এইদস কন্ট্রোল প্রোগ্রামগী মখাদা

পায়খৎকদবা থৌরম ময়ামদি-

ইনফোর্মেসন এজুকেসন এন্দ কম্যুনিকেসন- মসিগী মখাদা স্কুলগী তম্বীনবা লাইরিক্তা এইদসকী মরমদা য়াওহনবা, স্কুলগী ওজা ময়ামদা ত্রেনীং পীবগী থবক, ৱার্ল্ড এইদস দে পালন তৌবা, এসে কম্পিতিসন দিবেতনচিংবা পাঙথোক-হনবা, সেমিনার ৱার্কশো পলিং

খৎপনচিংবা থৌরম ময়ামনি;

২। ঈ দান তৌবগী কেম্প পায়খৎপা, ব্লদ বেঙ্ক নিয়ম নাইনা শেমদোকপা;

৩। সর্বিলেন্স এন্দ ক্লিনিকেল মেনেজমেন্ত;

৪। এস তি দি কন্ত্রোল;

৫। প্রোগ্রাম মেনেজমেন্ত;

৬। রিসার্স;

৭। ত্রেনীং;

৮। এন জি ও সি বি ও সপোর্ত অমদি

৯। কোন্দোম প্রোমোসন, হায়বা ময়ামসিনি।

কোর্টনা রাই তাবদা অসুম্না হায়- "মণিপুর সরকারনা শেনফম অদু ফংখ্রে হায়বসিদি য়েৎননীংঙাই ওইদ্রে। অদু ওইরবদি করম্বা মরম অমা লৈদুনা শেনফমসি চাইখাইদবনো হায়বসি ঐখোয় খনফম খঙদে।" মসি হায়রবা মতুংদা কোর্টনা মণিপুর সরকারগী সেক্রেতরী ফাইনান্সতা য়াথং তৌদুনা শেনফদু ফংফম থোকপা শীজিন্নফম থোকপা থবক পায়খৎনবগী থৌদাং লৈরিবা মীওইসিংদা এইদসকী খুদোংথীবা থেংননবগীদমক্তা থা ৩ গী মনুংদা মপুং ফানা য়েম্লোকখিনবা ৱায়েন পীখ্রে। মখা তাবা ওইনা মণিপুরগী এডভোকেট জেনেরেলদা ৱাফমসি মপুং ফানা চৎনহন্নবা থৌদাংসু পীখি।

এইদসকী মতাঙদা খুদোংথীবা মায়োক্লনবা থৌরম মখল-মখা কয়া পায়খৎনবা কোর্টকী য়াথং মতুং ইননা লমদমসগী সরকারনা শেল য়েম্লোক্কদৌরি। অদুবু ধর্ম্ম লৈবা, মথৌ খঙবা, মরীল চুম্বা, লৈবাক মপু ময়াম ওইরম্লবদি ৱায়েনশঙসিদা চৎনদুনা লৈবাক মমাঙদা পূকচেল শেপ্পগী থৌওংসি পুথোক্লরমদ্রবসু য়ারম্বনি। সরকারবু অচুম্বা লম্বীদা লমজীং-বিগদবা আইন খঙ-হৈরবা মীওই খরগী তেঙবাং সেবাগী মথৌ য়াম্না তারক্কদৌরি। গণতন্ত্র হায়বগী ৱাহন্দোক্তি ইশাগী লৈবাক ইশানা ঙাকচবা হায়বনি ইশাগী লৈবাক্কী মাঙনবা তৌবা হায়বা নত্তে। লমদমসিগী চৎনবী ওইনা কোর্টকী রাই অমমম্ তারবা মতুং কন্তেমপ্ত কেশ অমমম্‌গা থানবগী চৎনবীদুদদি হন্দক্কীসিদা থোক্তবা ওইসনু।

# য়ূমদাঙবনা কৈনাবা

মীগী মতৌ তম্বা হায়বসি অদুম চৎনবা উবা ফংঙি, খুদম ওইনা মমিং লৈরবা হিন্দী মমিগী ঈশৈগী সুর অসিমক্তা ময়েক্তা মৈতৈরোনদা হন্দোক্লগা শক্তুনা কেসেত ওইনা নমদুনা কৈথেলদা মমল পীদুনা য়োল্লি, অদুগা মদুগী ঈশৈদু মীয়াম্না তাবা য়াবা মওংদা হৌনা খোংদুনা অদুম তানৈ। হিন্দী ফিলমগুম্বগী নুংঙাইবা ৱারী কয়া শুমাঙ লীলা ওম্থোক্তুনা অদুম শান্নৈ। অদুদা নত্তনা কনাগুম্বগী ৱানা খন্দুনা শাগৎচদুনা ইদুনা ফোঙলবা উপন্যাস নৎত্রগা ৱারীমচা কয়াদা য়াওরিবা ৱারীদুমক কনানো অমনা ড্রামা ওইনা ইথোক্তুনা মানা পুথোকচবা ৱারী অমদি ড্রামানি হায়না মীয়মদা উৎপা য়াম্না য়াওনৱে।

অসুম্না পরীক্ষাদা নোত তৌবগী চৎনবী অমদি লায়নাসি সাহিত্যে অমদি কলাদসু শন্দোরক্তুনা লৈ। অনৌবা ৱাখল্লোন, ঈশৈ ময়েক, ৱারী, অমদি ৱাখল কয়া পুথোকপগী অৱাবদু লৌবগী মহুৎতা, মীনা পুথোকখ্রবা কলাগী ৱাখল, অমদি ৱারী ঈশৈ কয়া মানা পুথোকপা শারগা অদুম নোত তৌদুনা পরীক্ষা ইবগী চনবী অদুম মতৌরি।

কম্পেনী অমনা পোৎশক অমা পুথোরকপদা মীনা য়াম্না তান্নবা মশক নাইবা পোৎ অমা হেক ওইরবদি অতোপ্পা কম্পেনী অমনা অদুগা মান্নবা অমা পুথোক্তুনা করম্বনা অশেংবনো অমত্তা খঙনদনবা অদুম তৌই। খুদম ওইনা বাতা হায়বা খোঙউপ পুথোকপা কম্পেনীদুনা শাবা খোঙউপতি মীনা মমল তাঙলবসু অদুম তান্নবনিনা বাতা হায়না কৌবা কম্পেনী অমা হেক্তা চোংথোরকই, মমীৎ থকপা প্রজাদা মমীৎ থকহল্লি খেন্নবদু লায়না খন্দোকপা ঙম্নদে। 'বোরোলিন' হায়বা মায়দা তৈনবা ক্রিম অমা লৈরিবসি চমন্নহন্নবা 'বোনোলিন' হায়বা অমসু হেক্তা পুথোরকই। অসুম্না মীনা তৌবা উরগা হেক্তা মতৌ তম্বা কন্না চৎখৎলকই। মদুনা শীজিন্নরিবা প্রজাশিংদা অশেংবা অপাম্বা পোৎ লৈদুনা শীজিন্ননীংবদা চমন্নহল্লি। অদুনা মশকনাইবা পোৎ লৈজনীংবদু মরলসু তিংহনবা অশেংবসু ফংহনবা মীগী অধিকার তশেংনা মাঙহনবা থৌদৌ মক্তনি।

কম্পেনী অমগী মিংচৎ অদু মান্নবা পোৎথোক পুথোক্লগা অতোপ্পা কম্পেনী অমনা অতোংবা লৌনবা হোৎনরকপসি চুম্না য়েংশিনবা কনবা কাঙবুনা খঙবা ঙম্বা খক্তা নত্তনা কম্পেনী মশেল ৱায়েনশঙদা কানদুনা কেশ তৌনরকপসু য়াওরকই।

বৃতানিয়া ইন্দষ্ট্রিজ লিমিতেদ হায়বা কম্পেনীসি চান-থক্লবা পোৎ-চৈ বিস্কুত, কেক্লচিংবা, অথুম -অহাও কয়া শারগা পুথোকচবা মমিং তানরবা কম্পেনী অমনি। কম্পেনীসিনা ১৯৯৬ অদুৱাইদগী বিস্কুত মখল অমা পুথোকপা হৌখি। মদু 'মিল্ক বিকিস মিল্ক ক্রিম' হায়না মিং

থোক্লি। মদু গ্রাম ১০০ অমদি ২০০ গী মপুনদা য়োমদনা মীয়ামদা ফংহল্লি। বিস্কুত অদু কোয়রোক কোয়বা মওংনি, অমদি নোক্লীংবা মমায় অমা পালহল্লি। অতোপ্পা মমায়দুদি ইতিং তিংঙি। অদুগুম্বা বিস্কুত অনীখক ময়ায়দা ক্রিম অমনা পুনশিন্দুনা শাই। বিস্কুত অদু থরাম্মিচাক থোক পা হীগোক মচুগী চেনা য়োম্মী, মদুদা ত্রেদমার্ক ওইনা বৃতানিয়া হায়না থাই। মদুদা 'ইত হেলদি থিঙ্ক বেতর' হায়নসু থাই, মদু অঙাঙবা মচুনা বিস্কুত মিল্ক বিকসি হায়না থারগা মখাদা মিল্ক ক্রিম হায়নসু থাই।

বিস্কুত অদুদা লৈরিবা দিজাইন অদু কোপিরাইত্তি অমা রেজিস্তার তৌই। অসুমনা বিস্কুত অদু শাদুনা কৈথেন্দা থাদোরকপসি ১৯৯৬ কী ওক্তোবর থাদ্গীনি, অমদি টি ভিনচিংবা কয়াদা লাউথোক্তুনা উৎতুনা মীয়ামদা খঙহল্লক্লবা শেল তিংনসু হোৎনখ্রবনি।

অমরোমদা সরা লী কোর্পোরেসন হায়বসি মালেম শীনবা থুংনা শন্দোকখ্রবা মশকনাইরিবা চান-থক্লবা পোৎ শুংবা কম্পেনী অমনি। ১৯৯৭ তা কম্পেনীসি ভারতকী কৈথেলদসু পোৎ থাদোকপা হৌরকখিবা অমদি চেনাইদা সরা লী বেকরী ইন্দিয়া প্রাইবেত লিমিতেদ হায়না মিংথোন্দুনা বিস্কুত শাবগী থবক হৌরকখি। মখোয়না ন্যুত্রিন হায়বা কম্পেনীদুগা য়ানরগা মখোয়না শীজিন্নবা ত্রেদ মার্ক শীজিন্নবগী অয়াবসু লৌরম্মী।

অসুন্না 'মিল্কাবালা' হায়বা ময়েক থাবা বিস্কুত অমা পুথোকপা হৌরম্মী। বিস্কুত অদু কৈথেন্দা থাদোরকই। বিস্কুত অদু শাদুনা কৈথেন্দা থাদোরকপসি ১৯৯৬ কী ওক্তোবর থাদগীনি, অমদি টি ভিনচিংবা কয়াদা লাউথোক্তুনা উৎতুনা মীয়ামদা খঙহল্লক্লবা শেল তিংনসু হোৎনখ্রবনি।

বিস্কুত অদু বৃতানিয়াগী মিল্ক বিকিস হায়বনা বিস্কুত অসিগা য়েংবদা মান্নে পাক্লা খন্দোকফম খঙদে, অদুনা মসি মীগী ত্রেদ মার্ক হূরানবনি হায়দুনা মিল্কাবালা কৌবা বিস্কুত অদু পুথোকপা থিংননবা, বৃতানিয়া কম্পেনীনা কেশ তৌরকপনি। কেশ অদু বৃতানিয়া ইন্দষ্ট্রিজ লিমিতেদ ভার্সস সরা লৰী বেকরী হায়দুনা এ আই আর ২০০০ মদ্রাজ ৪৯৭ হায়দুনা মদ্রাজ হায়কোর্টনা বিচার চৎথদুনা রাই তাখ্রে।

বৃতানিয়া কম্পেনীনা শাবা বিস্কুত অদুগী দিজাইন অদু সরা লী বেকরীনা পুথোরক্লিবা বিস্কুত অদুদা মতৌ তম্মী হায়দুনা শাবা য়োনবা থিংবিয়ু হায়না ৱাকৎলকখিবনি। দিজাইন্স এক্ট ১৯১১ হায়বা আইনসিদা মীগী পুথোকখ্রবা দিজাইন অমা মতৌ তমদুনা পুথোক্তুনা মীবু চমন্নহনবা য়াবা থৌদৌ অমা থিংঙি। অমনা কোপিরাইত হায়দুনা মীনা পুথোকচবা কলাগী থবক অমবু মতৌ তমদুনা মীবু নমথাক তৌবা থিংবা কোপিরাইতস এক্টতসু য়াওই।

কোর্টনা অসুন্না হৌদোকই, খেন্নবা লৈবা লৈতবসি মীচমগী মীৎয়েং অমনা খন্দোকপা ঙম্লা ঙমদব্রা য়েংদুনা কেশ অসি ৱায়েনবা য়াই অমদি মীচম্না লৈবদা মীবু নামথাক তৌবা থোক্কদবরা হায়বসি য়েংবদি মীচমগী মীৎয়েংদা য়েংগদবনি।

বিস্কুত অনীদুগী খেন্নবদু কোর্টনা অসুন্না ফংঙি—

১। বৃতানিয়াগী বিস্কুততুদ্দদি মদুদা হন্দুক্তা য়াওরিবা শক্তমদু অতেনবা মরায়বক অমদা পিশূম য়াওবা মমীৎ অনী হক্তুনা য়াওই, অদুবু সরা লী বেকরীগী বিস্কুতুদদি মরায়বক অদু পাকই অদুগা তুপি অমসু উগ্নী।

২। বৃতানিয়াগীদদি শক্তমদু মীৎ অকোয়বা অনী পালহল্লি, অদুবু সরা লীগীদদি ওয় থংবা মমীৎ অদুতমক উহল্লি মমীৎ অমদুদা তুপিদুদগী চোম্বরকপা মতোল অমনা খুমহল্লি।

৩। বৃতানিয়াগীদদি নাতোল অদু অকোয়বা ময়েক অমনা কোয়শিল্লি, অদুবু, সরা লীদদি নাতোল অদু ঈপাক পাক্না নমহল্লি।

৪। বৃতানিয়াগীদদি মচীন অদু কাথোক্তুনা ময়া অনীবু থিন্দোকহল্লি অদুবা সরা লীগীদদি মচীন্দু মোমোন নোকহল্লি ময়া অমত্তা উহন্দে।

অসিনচিংবা খরসি উবদা হেক্তা খন্দোক্তুনা ঙম্বা ওই। মরমসিদগী কোর্টনা সরা লীগী বিস্কুত শাবা য়োনবা থিংবা হুকুমদু তাবিয়ু য়াখিদে।

কেশ অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী, পোৎ লৈরিবা মীওই অমা ওইনা পোৎ লৈবদা মীৎ থকপা ইয়া য়াদ্রে। ঙসি কম্পেনী অমনা অতোপ্পা কম্পেনীদা অমগী মতৌ অমনা তশ্মী হায়দুনা কেশ তৌনরিবসিনসু তাকই কম্পেনী অমনা মীগী মমিং লৈরবা পোৎথোক কয়া হাইফেৎ মান্নহল্লগা লৈরিবা মীওইশিংবু চমন্নহনবা তশেংনা তৌগে হায়বা য়াওনা তৌরে হায়বসে। অদুনা কম্পেনী ফাওবা পরীক্ষাদা নোত তৌবগী চৎনবী মখোয়গী পোৎথোক্তুনা চৎথরকপদা ব্রায়েনশঙ য়ৌনরিবসিনি।

কম্পেনীশিংনা প্রজাগী য়েংদুনা কেশ তৌবা নত্তে, মখোয়গী কারবারগী য়েংদুনা তৌবা কেশনি। অতোপ্পা মতাঙ অমনা চপ মান্নবা পোৎতা কম্পেনী তোঙান তোঙনবনা শাবা কয়াসি মীরমদা এদবর্তাইজ তৌবদা ঐগীনা মফরে হায়নবা টি ভিগুস্বদা চুম্না হায়নরস্বদগী ব্রায়েনশঙ কয়াসু য়ৌনরকই।

পূন্নমকসিনা মীয়মদা খঙহলকইবদি কম্পেনীশিংনা পোৎ লৈবা কাঙবুশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েংসি শেন্দোং তান্নবনি অতৈ নত্তে, অদুনা প্রজাবু চমন্নহনবা অদুনা কারবারদা চাওখৎপা হেনগৎপদুগী ব্রাদনি। মীয়ান্না মসিবু খঙনা চৎপা চুম্মী ইরল তিংদৌরিবা ঐখোয় দেহেসে মাঙদনবা খনবা চুম্মী।

# চৎথোক চৎশিনগী পান্নে অমা ওইনা রিক্সা

মফম অমদগী অমদা চৎথোক-চৎশীন তৌবা অমনা পোৎ-চৈ হোনবদা গাড়ীশিংগী মতেঙ লৌনৈ। অদুগুম্বা মী অমদি পোৎ পুথোকপুশিন তৌনবা গাড়ী অমা ওইনা রিক্সা হায়না খঙনরবা গাড়ী অমা ওইনা, রিক্সা হায়না খঙনরবা গাড়ী অসিবু শীজিন্নে। রিক্সাসি মীনা চিংবা মখোঙনা চেন্দুনা চৎপা মখলগী রিক্সা ঙসিসু কলকত্তাদা চৎনবা উবা ফংঙি। অমনা খোঙনেৎ ওৎতুনা চিংবা রিক্সা মফমসিদা য়াম্না চৎনৈ। অতোপ্পা অমা ওতোরিক্সা হায়দুনা ইঞ্জিন্না চিংবা রিক্সা মখল অমসু থোরক্রে।

লমদমসিদা চৎনরিবা রিক্সা মশীং খ্বাইদগী য়াম্বদি খোঙনেৎ ওৎলগা চংবা রিক্সা মখল অসিনি। মসিগী চহী নহা অঙাং অহল খাক্তুনা অদুম শজিন্নরবনি। রিক্সাশিংসি মপূ কয়া অমনা লোইরগা মদুবু থৌরগা শেল তানবনা শিনফম ওইনা কাওবু অমনা থৌবনি। অসুন্না লম্বীদা চৎলিবা গাড়ী ময়ামগী মরক্তা য়াম্না মরুসু ওইবা মশীংসু য়াম্বা রিক্সাসি থৌরিবা, থৌহল্লিবা, তোংলিবা ভারা লৌরিবা পূন্নমক করম্না পথাপ অমা ওইনা লেপ্পগে হায়বস খন্থবা মতম য়ৌরে। জানুৱারীগী অহৌবদগীনা হাপ্তা অমা রোদ সেফতি ৱিক হায়না মিংথোন্দুনা লম্বিসি খুদোংথীবদগী লাপ্পা লৈবা লমদম অমা ওইহনবগী পান্দমদা পাঙথোক্লিবা থৌরমসি লাকপদা লম্বী পূবা খুদোংথীবা লৈহন্ননবগী পান্দমদা রিক্সাগী ৱাফমসু খন্নবা চুম্মী।

ভারত্তা লৈরিবা নাগরিক পূম্বা পায়নীংবা শিনফম অমা পায়জনবগী নীংতম্বা লৈঙাক-পথাপ পীরবনিনা অদুগুম্বা লমদমসিগী মচা অমনা রিক্সা থৌববু শিনফম অমা ওইনা চঙবসি লৈঙাক-পথাপনা পীবীবা অধিকারনি। অদুবু, অদুগুম্বা রিক্সা অমা লম্বেলদা থৌরক্কদৌবনিনা মীঙোন্দা থেংলুরগা তক্নুরগা খুদোংথীবা থোকপা য়াবনিনা থৌবগী মতাঙদা লাইসেন্স অমা পায়রগা থৌহনবা অমদি লাইসেন্স পীবা য়ারবা মীওই খনবা হায়বসি তৌদৱা য়াদ্রবনি। রিক্সা থৌবগী লাইসেন্সসি ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলনা পী। অদুতা নত্তনা রিক্সা পূম্বা রেজিস্তার তৌদুনা নম্বর অমমম্ অকক্লনা পীদুনা লৈ।

মথংগী রিক্সা ভারাগী মতাঙদা মতম খরগী মমাঙদদি রিক্সা খুদিংগী মনীংদা ভারাগী চাং অমা লেপ্তুনা ইদুনা থেৎলি। ঙসিদি রিক্সা অয়াম্বা মদুগী ভারগী চাংদু ইবা তৌদ্রে। ভারাদু চাং লেপ্তুনা ইরিঙৈদসু মদুগী চাংদু শুকচৎ চৎনখিদে। ঙসিদি ইরম্বদু ফাওবা ইদ্রবনি রিক্সা তোংবদা ভারাদু থৌরিবা মীদুনা লৌনীংবা চাংদু লৌই। মদুগী প্রামন হায়ববু রিক্সা তোংবা মীওই নুপী-অঙাং, অহাল-লমন পূন্নমক মফমদু য়ৌদুনা কূমথরগা ভারা পীরমদাইদা

রিক্সা থৌবদুগা অমুক্তং খ্বনদবা লৈত্রবনি।

ওক্টো রিক্সাসু অদু মঙায়, মীগী লমদা চৎনবা তেক্সি ভারা লেপ্তুনা মিতর পান্দুনা চেনবা মফমসিদা হৌদোক্লিদ্রি। মরম অদুনা ওক্টো রিক্সা অমা তোংবদা থৌরিবা মীদুনা লৌনীংবা ভারা লৌই। রিক্সা থৌবা মীওইশিংসিবু তশেংনা লাইসেন্স পায়বা মীওইমক্তরা? লাইসেন্স পায়দুনা রিক্সা থৌবনা শিনফম ওইরগে হায়না চোংথোরক্লবা মীওই অমদি মশাগী শিনফমদুদা থাজবা থমদুনা পূকচেল শেংনা শিনফমদুদা পায়গদবনি। অদুবু, ঙসিদি রিক্সা থৌবা মীওই কয়া অমদি মমায়-মমীৎ খুমজিন্দুনা খদাঙচেৎ লাক্তুনা মায়খুমফি উপ্তুনা রিক্সা থৌই। মমায়গী শক্তমদু উরুবদা কনাগুম্বনা খামদুনা তোংগদবা ফাওবা হঙ্গোইবা ফাওই। ঙসি মখোয়দু লাইসেন্স পায়ববা পূকচেল শেংনা রিক্সা থৌবনা শিনফম ওইরিব রা কনানা য়েংশিল্লি? মদুগী পাউখুম ওইনা ঙসি খাগী শেৎপা, চৈ পায়বা কাংঙবু অমা ম্যুনিসিপালিতিগী মীওইনি হায়দুনা লমজাওগী মচী খরদা লেপ্তুনা চৎলিবা রিক্সা পূম্বা খাম্বা উই। রিক্সা কয়া অমদি খাম্বদু তাশীন্নদনা থৌখিবসু য়াওই। রিক্সা খরগী মনীংদনা খাগী শেৎপশিংদুনা তান্নদুনা য়ান্নবসু উই। মখোয়গা য়ানরগদি রিক্সা অমা হেক্তা থৌবা য়াবগুম্বসু তৌই।

ঙসি, ঙসিগী নুমিৎসিদা লমদমসিদা রিক্সা চেনবগী শক্তম অমনি। রিক্সা থৌরিবা মীওই পূম্বা রিক্সা মপূদুগী এজেন্ত অমনি হায়না আইন্না লৌই। মরম অদুনা কঞ্জ্যুমরগী আইন লোমদা য়েংলুরবদি রিক্সা ড্রাইভর অমা মী অমা হেক্তা তোংহনবদা মানা পায়রিবা সার্বিস অদু মপূদুনা পীবনি হায়না লৌই। তোংলিবা মীওইদুনা মতেংদুবু লৌরিবা কঞ্জ্যুমর অমনি হায়না লৌই। মরম অদুনা রিক্সা অমদা থেংজিল্লদুনা তোংলিবা কাঙবুদু অশোক-অপন থোকহল্লুরবদি পীরিবা সির্বিস অদু চেকশীন্দবা মীগী মাঙনবা মতৌনি হায়না লৌদুনা মপূদুগী মথক্তা অশোকপা নংলিবা, রিক্সাদু তোংলুবা মীদুনা ক্ষেতিপূরন তানবা য়াবা মতাঙ অমা কঞ্জ্যুমর প্রোতেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ না পীরি।

ঙসি রোদ সেফতি বিক লোমদা ৱাখলসি থমদুনা ৱাফমসি শন্নরবদি মসিমদি নাখৈ শেংলে মদুদি, লম্বীদা অশোক অপন নংবা থোক্তনবা রিক্সা থৌবা য়ারে হায়না চাংয়েং লৌবদা মায় পাক্লবা কাঙবুশিং লাইসেন্স পায়দুনা থৌরিবরা হায়বসি য়েংশিন্নবা খাগী শেৎপা ফন্নাইবা খরদা লমজাও মপান্দা থাদোক্লগা য়ারোই তশেংনা পাক-চাউনা থি-হূম্বা অমা মথৌ তাগনি। রিক্সা থৌরি বা অয়াম্বা ফাংনরগা থৌই, মঙক্তুবু লীৎশিনবা চল্লবদি মনীংদু অচৌবা উপাক অমা য়াওরি হায়বা কাউবমখৈ মীরক্তা হেক্তা লীৎশিন্নবা হোৎনৈ। লম্বীদা খুদোংথীবা থোকপগী চাউরবা মরম অমদি খোঙনেৎ ওৎপগী রিক্সানসু ওইহল্লি।

রিক্সা য়াম্না কান্নরবা অমদি লায়না ফংবা য়ারবা চৎথোক চৎশীনগী মতেঙ অমনি। মরম অদুনা মসিবু চেলহল্লিবা লোয়শঙ ম্যুনিসিপাল কাউন্সিল য়াম্না কূপ্না যেংশিনবা মথৌ তাই। অমনা ভারগী চাং লেপ্তুনা তোংলিবা মী খুদীংগা রিক্সা থৌবা মীওইশিংগা নিঙাই-

শংদাইনরিবসি লোইশিনবা চুম্মী। খৎননবা মরম ওইহল্লবদি ক্রাইম মশীং হেঙ্গৎলক্কনি। মদু ফাওবদি থোকহন্দবা ফৈ। পোৎশক খুদীংমক নিয়মগী মতুং ইন্না চৎথবা ফৈ। রিক্সা চলাইবগী নিয়ম লাউথোকউ, থৌবা য়াদবা মীওই থৌরম্বা ফারগা দন্দী তৌ, ভারগী চাং লেপ্তুনা মীয়মদা খঙলল্লমবদুদগী হেন্না লৌগে হায়দনবা । মসি ইন্দুনা চৎলবদি লম্বীদা থোকপা খুদোংথীবা কোরুবা চাউরবা পাম্বৈ অমা ওইগনি।

# বাজার মনুংদা রিক্সা চঙবা থিংবা

**চৎথোক**-চৎশিন্দা অপনবা লৈতবা, অফা-অপুন লৈতবা অকি-অখং য়াওদনবা পুন্সি হায়বসি কবি অমা ওইনা পোক্লুবা অমগী অপাম্বনি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মঙলানলোমদা য়েংলুরগা 'হোয়ার দি মাইন্দ ইজ ৱিদাউত ফিয়ার' হায়বসি আইন গী ৱাহন্দোক্তা রুল ওব লো নীংশিংবা য়াই। ভারতকী লৈঙাক-পথাপ লোমদা য়েংলুবদা নীংতম্বা ময়ামগী মনুংদগা ভারতকী মনুংদা নারিকশিংনা নীংতম্বা চৎথোক-চৎশিন তৌজবা য়াবগী অধিকারসি মীয়মগী খুংদোংচানবা য়েংদুনা নৎত্রগা সেদ্যাল ত্রাইবশিংগী খুদোংচবা ঙাকপিনবা অথিংবা থম্বদি য়াই। অথিংবা থম্বদু আইন অমগী মতুং ইন্না থমগদবনি। ভারত্তা চৎনবা আইন পূম্বা চৎনবা য়াবা, মীচঙ-সঙ্গা য়েংদবা অমদি অচুম্বা পথাপ্তা শেমবা আইন ওইগদবনি। অসিগুম্বা লৈবাক অমাদা লৈবা ষ্টেট মনিপুর হায়বসিগী কোনুং ইম্ফলাদা ম্যুনিসিপাল হাউজিং এন্দ অর্বান দিবলপমেন্তকী লোয়শঙদগী থোরকপা য়াথংনি হায়দুনা ইম্ফাল বাজার মনুংদা রিক্সা চঙহন্দবদু খরমখৈ হন্থহল্লি। অমরোমদা থবক চিনখৎলকপা শহর ওইবকপসিদা খোঙথাঙ অথুবী থাংদুনা চেন্নবা মতমসিদা খোঙজেল তপ্পা রিক্সা চঙহনবনা খোঙলৌ খুরৌরোই। মমায়-মমীৎ পূম্বা খুমজিন্দুনা মায়খুম উপ্পুনা অনোক হাপচীন্দুনা রিক্সা থৌরিবা পূম্বা পুলিসনসু য়েংশিনবা ঙমদে, মখোয় উবদা চিংন্নীংঙাই ৱাখল পোকহল্লি অসিনচিংবা ৱাফম কয়া অমনি।

অমরোমদা পোৎয়োনবী, কৈথেলফম্বী রিক্সাতনা চৎথোক-চৎশিন ওইরিবীশিংনদি য়ানীংদনা হায়রি অরাপ্পা খুঙ্গংদগী পুরকপা য়োন্নবা ইসাং-নাপী বসতা পুরকপদু পোৎফম তান্না হোন্নবা, অমরোমদা কৈথেল কাবা কয়াসু কৈথেল মচীন্দগী ময়ুমদা পোৎ হোন্নবা, রিক্সাগী মতেঙতনা পাঙথোক্লম্বা পূবা লেপখিবদগী মখূৎ-মশা তেক্লে হায়দুনা কয়া অমসু লাউনরি।

ৱাফমসি ভাব তানা খন্থদুনা অমুক্তং য়েংবা চুম্মী। বাজার মনুংদা চঙবা গাড়ী ময়ামগী মনুংদা অতোপ্পা গাড়ীদি অতৈসু য়াম্না য়াওরি। খুদম ওইনা ঠেলাগাড়ী, শনগাড়ীনচিংবসুনি। য়াম্না য়াঙবা ওইরবসু অচৌবা ত্রক চঙবনসু মীয়ামদা ৱাই অদুম মাচলহল্লি। সরকারনসু ৱাল ৱেত্রাফিক্কী চৎন-লোনচৎ খরসু হৌদোক্নুনা লৈ। মদুমকসু মীয়ামদা ৱাইচিলহনবা হন্থহনবনি, অদুবু পুলিসকী গাড়ী অচৌবা ওফিসরশিংগী গাড়ীদি ৱাল ৱে ত্রাফিক য়াওদবগুম তৌই। মখোয়না থানীংবা মওংদা থায় ৱাল ৱে থুগাইদুনসু থৌজিল্লি। অদুনদি করিগুম্বা লম্বী চৎপগী লমজাও-শোরোক্কী চিনবা ফনবা পায়খৎপা নিয়ম পূম্বা মওং চানা চৎনহনবদি তৌদ্রে। বাজারগী ময়ামদা লনাই পুরকপা গাড়ীমচা ইঞ্জিন পানবা ময়াম অমা অথম্মন অখাম্মন তৌদুনা তৌরিবসিনা করি করম্বা খুজিং থৌরাঙনো? মরমদি পৈশা লৌরগা

গাড়ী থারিবু, নোং-নুংশা নুংশিৎনা শোক্তনবা খন্দুনা কুপ্তুনা তৌবসু নত্তে। গাড়ী থাফম কদায়দা ওইগদবনো মীয়ামদা অমত্তসু খঙহন্দে অদুগা দুকান মমাঙদা গাড়ী থাম্লুই হায়দুনা ট্রাফিক্কী পুলিসনা গাড়ী মমায় ফক্লগা পুদুনা চৎখিবা হন্দোক্লবগীদমক্তা পৈশা তিংবা তানরকই। পুলিস এক্তকী মখাদা লাউথোকপা হুকুমনি হায়দুনা সোরোক চিদাইদা পোফম ফমদুনা খোঙউপ কাপ থাদুনা লৈজবা মরম ওকপা প্রজা কয়াসু খঙহৌদনা হেক ফাজীনবিরগা ফাইন হেক তৌবিবা, অমরোমদা নোটিশ অমত্তসু থেৎতুনা প্রজাদা খঙনবদি লৈতবা। সুম য়েংলুরবদি শক্তি পায়বা খরনা তৌনীং তৌনীংবতা তৌবা মাল্লি। অসিগুম্বা ইম্ফাল বাজারগী কাংথোং চাইনবা মানবা শক্তমসিগী মরক্তা হন্দক্তা ভোট কাদুনা পোপুলর গবর্নমেন্ট অমা অমুক হেক লৈবগা য়াম্না অনপোপুলর ওইবা থৌদোক অমা হান্না পায়খৎলকপা উই মদুদি বাজারদা রিক্সা চঙহনদবা। করম্বা সরকারগী হুকুম্নো কদায়দা ফোঙদুনা য়াওবনো? ঐখোয় খঙদে, অদুগা হুকুমদু লৈরমবা তারগনা মদু থোকপগী পান্দমদু করিনো? রিক্সা মখল অনী লৈ অমনা মীনা খূনেৎ ওৎপা রিক্সা অমনা ওক্তো রিক্সা। রিক্সা মখল অনীসদগী অমখক খনগৎলগা থিংবনা করম্বা পান্দমনো ফংগদৌরিবসে। অমনা রিক্সা পার্কিং কদায়দা লৈ। সরকারনা নৎত্রগা ম্যুনিসিপালিসিতিনা লাউথোক্তুনা মীয়ামদা খঙহনবসু লৈতে, মখোয়তনা মথক্তা খঙজবগী ৱানি।

অনকপা লমদা আসামদসু য়েংসি, বাজার মনুংদা রিক্সা চঙবা অথিংবা থমদে। কলকত্তাদ মীনা চিংদুনা খোঙনা চেনবা রিক্সা থিংবা লৈতবনা অদুম চৎনহল্লি। ঐখোয় লমদসিদা করম্বা মীমান্নদবা অমা লৈদুনা অসিগুম্বা হুকুম অমা চৎনবনো লৈবাক মচা তাবা মীওই কয়ানা হংনরক্নি। ভারতকী মফম খরদা মীনা থৌবা রিক্সা থিংখিবদি লৈখ্রে, খূদম ওইনা মহারাষ্ট্রগী পুণাদা খোঙনা খূনেৎ ওৎপা রিক্সা পুম্বা থিংখ্রে। লমদম অমদা হুকুম অমা থোকপা মতমদা অঙম্বসিংসু অকোয়বদা চৎনরিবা পুম্বা য়েংবা চৎপা চুম্মী। ভারত হায়বা লৈবাকসিদি নাগরিক পুম্বা পায়নীংবা শিনফম কারবার, অমদি শেপ্তোক লম্বী অমা পায়জনবগী নীংতম্বা লৈঙাক-পথাপ্না পীদুনা লৈবনি। অদুগুম্বা নীংতম্বদু আইন অমগী মতেংঙনা লৈবক মীয়মগী ওইনা অথিংবা খরা থম্বা য়াদবদি নত্তে। রিক্সা থৌজরিবা মীওই পুম্বা শিনফম অমা পায়জরিবনি। অদুগুম্বা রিক্সাদু বাজার ময়ায়দা নহানমখৈ চঙবা য়াহল্লম্নগা হন্দক্তা খংয়া য়ারক্তবসি করম্বা পান্দম অমা ফংনবনো? মদুগী পান্দমদু চৎনবা য়াবা মীনা য়ানীংগদবা পান্দম (রিজনেবল রেস্ট্রিক্সন) ওইবা নৎত্রবদি নাগরিকশিংগী নীংতম্বাদা খূৎ থিংজিনবা হুকুম ওইদুনা ৱাকৎনরক্লবদি কক্‌খিবা ঙম্বা হায়কোর্ট অমা ঐখোয়গী ইনাক নক্না ফন্নি কাউফদে।

বাজার কোমহনবদি ঐখোয় লোইনা পামগনি। ৱাফম অদোমদা য়েংলুর বদি চৈরাউবা, য়াওশঙ, খৃষ্টমাসনচিংবা, ময়াদা বাজাব মনুংদা গাড়ী অমত্তা চঙহন্দবদুনদি খ্বাইদগী ৱাইশংগদবা মাল্লি। মদু য়াওশঙগুম্বদা নত্তনা মতম চুপ্পগী ওইনা চৎনহন্নবা খন্নবা মতম য়ৌরে।

# চহী কুন চুপ্পা 'দিস্তর্ব এরিয়া' ওইহল্লবা লমদম অমা

'দিস্তর্ব এরিয়া' হায়বা ইংরাজীগী ৱাহৈসি মৈতৈলোনদা 'কাংখো চাইরবা লমদম' হায়না হনবা য়াই। সেপতেম্বর ২০০০ চঙলকপসিদা নীংশিংবা য়াবদি আমর্দ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱারস এক্ট ১৯৫৮ গী মখাদা মণিপুর শীন-থুংনা দিস্তর্ব এরিয়া লাউথোকখিবা চহী কুন মপুং ফাখ্রে। খঙবু খঙহৌদে চহী কুনসিদি। অদুবু, অমুক্কা খন্থরুরবদি ঐখোয়গী লমদম অমা কাংখোং চাইরবা দিস্তর্ব এরিয়া ওইহল্লিবসি কয়া কুইনা চৎথখিগদৌরি? ঐখোয় মরা তপ্পা লমদম অমদা লৈরকখিগদ্রা? নৎত্রগা দিস্তর্ব এরিয়া ওইবা তোক্কদবা নুমিৎতু কৈদৌঙৈনো? দিস্তর্ব এরিয়া ওইনা থম্বা য়াবা মতমসি কয়াম কুইননো? নৎত্রগা পুন্সি চুপ্পা অমা অদুম থম্বা য়াবা জাৎলা? ভারতকী করম্বা মফমদা অসুক কুইনা দিস্তর্ব এরিয়া ওইহন্দুনা থম্বা লমদম লৈখ্রবা? ৱাহংগী ৱাহংমক্তা ঐখোয়গী মাঙদা তারি।

দিস্তর্ব এরিয়া হায়বসি লমদম অমা করম্বা শক্তম লৌরবা কান্দা ওইগদগে হায়বসি আইনদা য়াৎতুনা কক্কুনা পীদবনি, চুম্না 'আমর্দ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱারস এক্টকী' মখাদা লাউথোকপা য়াহনবগী ৱাতনি। দিস্তর্ব এরিয়া লাউথোকখিবা হুকুমদু থা তরুক তরুক্কী ওইনা পুথোক্কুনা খন্নরগা মখা শাংথখিগদ্রা শাংথরোইদ্রা খন্নরগা শাংদোকহনবসু ঙম্মী শাংথহন্দবসু ঙম্মী। অদুবু, কয়াম কুইনা শাংদোক শাংদোকহন্দুনা থম্বা য়াবগে হায়বা অকক্নবা মতমদুদি আইনদুদা পীদবনি।

লমদম অমা দিস্তর্ব এরিয়া হেক লাউথোক্রবদি আমর্দ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্টনা মিলিতরীশিংদা আইনদুগী মতুং ইন্না শক্তি শীজিন্নবা য়াহল্লি। শক্তি ময়ামদুগী মনুংদা খ্বাইদগী পীকপদগী পীকপা ফম পায়বা নন কমিশন ওফিসার অমনা ফাওবা মী তানখায়বগী মমিংদা মীয়ামদা নোংমৈ কাপশীন্দুনা মীশি-মীনা থোকহনবা ফাওবা য়াহল্লি। অদুগা অদুগুম্বা খূৎলায় পায়বা লান্মীশিংদুগী মথক্তা শিরিবা মীওইদুগী মীশিংনা মন্থৎ শিন্দুনা কেশ তৌনীংলবসু কেন্দ্র সরকারগী অয়াবা য়াওদনা তৌবা য়াদে।

লমদমসিদা হিংলিবা মী অমা ওইনা য়েংলবদি চহী কুনসিদা উরিবা তারিবা পাউ ময়ামগী মরক্তা খূৎলায় পায়বা লান্মী জৱানশিংনা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবগী পাউ কয়া কোর্ট মার্সিয়েল ফাওবা চৎথদুনা মরাল লৈবা জৱান খরসু দন্দী তৌখ্রে, মদুনা তাকই নোংমৈ পায়দুনা লৈবাক ঙাকউ হায়না ভারত সরকারনা ফম হাপ্পবা সিফায়শিং নুপী-অঙাংদা খুদোংথীনীংঙাই ওইবা পোৎশক অমনি। ঙসি ফাওবা কনাগুম্বা সরকারগী অঙম্বা অমত্তনা অদুগুম্না মাংথোকপিগ্রবী নুপী কয়াগীদমক্তা তৌখ্রিবা থৌদৌদু য়ানীংদবা ফোঙদোকখিবা

লৈতে। অদু ওইরবদি দিস্তর্ব এরিয়া মনুংসিদা নুপীদা খুদোংথীনীংঙাই য়াম্না ওই। ১৯৮৪ দা থোকখিবা উখ্রুলগী ফুংরৈদা ময়ূমদগী ফাদুনা পুখ্রগা মতমদুগী জম্মু এন্দ কাশ্মীর রাইফলসকী জৱানশিংনা থাদোরকখিদবনি, শিহনখ্রে হায়না য়ারদুনা সুপ্রিম কোর্টনা সেবাসতিয়ান হোংগ্রেগী কেশতা খূদম ফংখ্রবনি। শিংজমৈদা থোকখিবা কেশ অমনসু শ্রীমতি থোকচোম নিঙোলগী কেশতা সিফায়না ফাদুনা পুথোকখ্রবা শিহনখ্রবা কেশ ১৯৯৭ তা সুপ্রিম কোর্টনা খূদম ফংখ্রবনি। দিস্তর্ব এরিয়া ওইহনবনা মী কয়া বিচার তৌবিদনা শিহনখ্রবনি, খূৎলায় পায়বা লালহৌবা কয়াগা মায়োক্নবা ঙমহৌদ্রগা মরাল অমত্তা লৈতে খঙলবা রিক্সা থৌজবা, ড্রামা তম্বা চৎচবা, ভোটকী দ্যুতি চৎচবা, কয়াগী পুন্সি পিখম্নখ্রবনি। অঙাং কয়া অমদি অকি-অখং, তুফক-তুফাই, মিচ্চন চেঙ্গা-চেঙ্গুম্নবা পোক্লক্তুনা চরাঙনরবা মরক্তা হৌরক্লি।

লৈবাক্কী সিবিল ওথোরিতিনা ঈরাং হৌবা লাকশীনবা ঙমদ্রবা মতমদা লৈবাক্কী সীমানা ঙাক্নবা লৈরিবা আর্মিগী মতেঙ লৌবগী চৎন-পথাপ অদুগী মখাদা সিবিল ওথোরিতিগী মতেঙ পাংনবা আর্মিগী মতেঙ শীজিন্নবা ঙম্নবা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাবার এক্ট শেমখিবনি। অদুনদি দিস্তর্ব এরিয়ানি হায়না লাউথোক্তুনা সিবিল ওথোরিতিনা আর্মিগী মতেঙ লৌদুনা চহী কুন লাক্লিবসি সিবিল ওথোরিতিগী পাঙদবদু উৎলিবরা? সিবিল ওথোরিতিশিংনা আর্মিগী মতেঙ মখা কয়া কুইনা অমুক পামখিগদৌরিবনো? নৎত্রগা শেংনা সিবিল ওথোরিতিশিংনা হন্দোকখ্রগা আর্মিনা খুল্লিংবা লৈবাক অমা ওহ্নোক্নবা তৌরবরা? লৈঙাক-পথাপ্না পীরিবা নিয়ম মতুং ইন্না লমদম অমা চলাইবা ঙমদ্রবা মতমদা ইমর্জেন্সি লাউথোকপা য়াহল্লি। মদু অকক্নবা মতম য়াৎতুনা পী। ঙসি মণিপুরদা ইমর্জেন্সি লাউথোকপসু লৈতে। অদুগা মদুদগী হেন্না শাথীবা ফীবমদা সিবিল ওথোরিতিনা লমদমসি হোৎনবা ঙমদদুনা আর্মিগী মতেঙ লৌদুনা ইমর্জেন্সি লাউথোক্ত্রবসু ইমর্জেন্সি থম্লকইবা চহী কুন মপুং ফারে। চহী কুনসিদা লৈবাক্কী ঈরাংদি ইনেম নেমখিবা লৈতে।

তশেংনা আর্মিগী মতেঙ লৌবা মথৌ তারকপদা লৌদুনা শীজিন্নবা য়ানবা মতাঙদি মণিপুর দিস্তর্ব এরিয়া অমনি হায়না লাউথোক্ত্রবসু অদুম য়ারি। ক্রিমিনেল প্রোসিদ্যুওর কোদ সেক্সন ৩০/৩১ দা ঈরাং নমথনবদা সিবিল অমদি আর্মদ পুলিসনা ঙমদ্রবদা আর্মি কৌথোকপা য়ানবা মতাঙ ইদুনা য়াওরি। মসিমক ওইরবদি মীয়ামগী থম্মোয়দা নীংহন্নবা বাখল পোকহনবা প্রচার দিস্তর্ব এরিয়া করিগী লাউথোক্লিবনো লাউথোক্ত্রবসু শক্তিদু মতাঙ চাবদা অদুম সিবিল ওথোরিতিনা শীজিন্নবদা করি অকায়বা লৈবগে?

আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাবারস এক্ট লৈত্রবসু আর্মি অদুম মতাঙ চাবদা কৌথোকপা য়ারিবমক্তদা এক্ট অসি মফমসিদা মথৌ শূহল্লি। এক্টসিদা পীরিবা পথাপ য়াম্নমক ফত্তবা নৎত্রবসু এক্ট অসিগী মরুম থূপ্না চৎথরক্লিবা মীওইবগী অধিকারবু খোঙ্গাওনবা থৌদৌশিংদি তরাইনা লৌবা য়ারোই।

ৱাখল ময়ামসি ঙসিদি পূকচেল তিংবা প্রজা কয়াগী পুক্নীংদা খনবা হৌরক্লে। লমদমসিদা কুইনা লৈরবা সেক্যুরিতিগী মীওইশিংদি লান মনুংদা শেল পেকহৌরসি হায়বগী মতাগুম ঈরাং নমথবগী নামাদা থবক তৌরগা গঞ্জা ত্রক লোদ কয়া পুর পুরদুনা কারবারসু তৌরম্লে। অসিগুম্বা ফুম্বঙনরৱা মতমসিদা হন্দক্তা লমদমসিদা থবক খরা খূদম ওইনা উবা ফংলকপা অমদি 'পিপল্‌স কমিশন ওব ইনক্কারী' হায়বা অমা চংথরকপসিনি।

ইনক্কারীদুগী চেয়ারমেন ওইরিবদু বোম্বে হায় কোর্টকী থবক্তুগী পোৎথারবা জস্তিস সুরেশনি লোয়ননা মাবু তেঙবাংবা উকীল, সমাজসেবী, এন জি ও অমদি মীচমসু য়াম্না য়াওই। মাবু ওকপগী থৌরমদু অৱাং বি ও সিগী হোতেল পিস্তদা তাং ২১।১০।২০০০ দা নুংথিল পূং ৬ তাবা মতমদা পাঙথোকখি। তাং ২৬ ফাওবা চংথখিবা থৌরমদু য়াওনবগী বার্ত্তন ফংবা মীওই অমা ওইনা থৌরমশিংদু উবা ফংখি।

জস্তিস অদুগা উনবগী খুদোংচাবা ফংখি। মহাক্না হায় তুমিন্না লৈশিনববুদি অরানবদু ঙাঙথোক্লুনা ফোঙদোকপা ফৈ। ভারতকী আইন অমত্তুনা মীবু হেকতা হাৎপা য়াবা লৈতে অমথক্তুংদি আই পি সিদা রাইত ওব প্রাইবেত দিফেন্সতা খরা য়াওই। অদুবু ঙসি মণিপুরদা আর্মিনা নোংমৈনা কাপ্পুনা মী হেক্তা হাৎপা য়াবা আইন আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱারস এক্ট হায়বা অমা চংহল্লিবসি মসিদগী হেন্না হ্যমেন রাইত শোকপা অতৈ অমা লৈত্রে।

মাগী মোত অদু ঐখোয়না খল্লক্রিবসিগা য়াম্না চানৈ। ঙসিসু ৱাহংদি হংলি— চহী কুন হেন্না দিস্তর্ব এরিয়া ওইহনবিরবা শাপ ফংলবা লমদম শাপতু কৈদৌঙৈ কোক্কনি? পাউখুমদু খঙদ্রি, অদুবু মসিমদি চুম্বা তাই, লমদমসি কাংখোং চাইবা লমদম অমা নত্তে, ঐখোয় মীওইবনি মীওইবনা তৌফদবা থবক অমত্তা লমদমসিদা কনাসু তৌদে। ঈরাংদি বিহাবদা, আসামদা, পঞ্জাবতা, কাশ্মীরদসু থোকই মসিদি লৈঙাকলোনগী পুক্সিনি, গণতন্ত্রনি ফোঙদোকপগী নীংতম্বনি মসিবু নমথনবা তুমিন লৈহন্নবা কাংখোং চাইবা লৈবাক অমা লৈবাক ঙাকপা কাঙবুনা নমদুনা ওইহনবনি। চহী কুন শুখ্রে। দিস্তর্ব এরিয়া ওইহনবা লৌথোক্পা মতম ওইদ্রিৱা?

# করফিয়ু

**করফিয়ু** হায়বসি অথিংবা হুকুম হায়না হনবা য়াই। চীক্লা পানবা লৈবাক মনুংদা খঙহৌদনা থোরকপা ঈরাংগুম্বনা শান্তি থুগাইবা থৌদৌ ওইরকপা, অমদি অপূনবা ঈহৌগুম্বা অমনা থিংবিনবা লৈতনা পায়খৎলকপা থবক্তা আইন্না য়াদবা অপূনবনি হায়না লৌরবা মতমদা মদুবু তানখায়নবা অমদি পূলহন্দনবা, মীয়াম পূম্বা ময়ুম-ময়ুমদগী হেন্দোক্লুনা লৈয়ু হায়না হুকুম তৌরগা মদুবু কায়না চৎপা কাঙবুশিং নোংমৈগী মতেং লৌদুনা তানখায়রবদা, মীশি-মীনা থোকহনবা ফাওবা য়াহনবা হুকুমনি করফিয়ু।

ইতিহাসতা হন্না য়েংলুবদা ১০৬৬ সি 'নোর্মান কোংকেশ ওব ব-তেন' হায়না ময়েক লানা উবা ফংঙি। বুইলিয় দি ফার্ষ্ট হায়বা ফ্রান্স মচাসিনা ইংলন্দবু জয় তৌদূনা নিংথৌ ওইরকপা মতমদা মীরমগী ওইবা মীওই অমা ওইনা ইংলন্দগী প্রজাশিংনা লৌতুনদুনা নিংথৌ শেম্বগী থৌদৌ মাগী মথক্তা চৎথরকপা যাই হায়বসিদা মাগী লাঙতরুবা অমা ওইখি। মদু নমথনবা মহাক্লা 'করফ্যি বেল' হায়বা অচৌবা অন্নাংবা কাংশি অমা য়ুংখি। কাংশিদু নুংতিগী ওইনা সন্ধ্যা য়াচঙবদা খীংঙি। কাংশিদু হেক খীংলকপগা লমদমদুদা লৈবা মীওই পূম্নমক্লা মাগী মাগী ময়ুমদা চঙদুনা হঞ্জিন্নদুনা লেঙদনা লৈগদবনি, অমদি মৈ পূম্বা মুৎথৎকদবনি। মৈ মুৎথৎকদবগী মরমদি মতমদু ইংলন্দা য়ুম পূম্বা উপাক্লা শারম্মী। অদুনা ঈরায় লায়না মৈ লংশিল্লগা চাকহনবা য়াবনা মৈ পূম্বা মুৎথৎনবগী যাথংদু য়াওবনি।

অসুন্না মী কয়া কোক চুংশিন্নদুনা নিংথৌগী মথক্তা লান হৌরক্কদবদু করফিয়ু বেল খীংদুনা মীপূম খূদীংমক ময়ুম ময়ুমদা তানশিনখিদুনা লৌতুনরক্কদবা থৌদৌ পূম্বা থিংবা ঙমখি।

বৃতিশশিংনা মখোয়গী লোইলম শন্দোকপদা লমদম অদুদা লৈরম্বা প্রজাশিং নমথনবদা ফ্রান্স মচা বুইলীয়ম্না হৌদোক্লম্বা করফিয়ুগী ওর্দর অখাকপা লৈতনা শীজিন্নদুনা লমদম অমা নমথরগা মখোয়না পানবা য়ানবা কন্না হোৎনরকখি।

ঙসি নীংতম্বা ভারতকী নাগরিকশিংগী পুন্সিদা করফিয়ু হায়বা হুকুম অমা চৎনরিবসিদি করম্বা আইন্না শৌগৎপগে? আইন্না প্রজাগী পুন্সিদা খূৎ থিংজিনবা য়াবগী চাংদু কদায় ফাওবনো? হুকুম অদুগী মতুং ইন্না থবক চৎথরকপদা অশোক অপন নংবা প্রজাগীদমক্তা করম্বা পাম্মৈ লৈবগে? য়াহং কয়ামরুম হংনরি মীচমশিংগী পুক্লীংদা।

অহানবদা ভারতকী লৈঙাক পথাপ্পা পীরিবা ফন্দামেন্তেল রাইতলোমদা য়েংবা চুম্মী। আর্টিকল ১৯ শুবদা ভারত্তা লৈরিবা নাগরিক পূম্বা ভারত শীনবা থুংনা কোয়না চৎপা,

খুন্দাজবা অমদি শান্তি ওইনা খুৎলায় য়াওদনা মীতিন ফমদুনা খন্নবা নৈননবা য়াবগী নীংতম্বা পী। তৌবতবু নীংতম্বদু প্রজা মীয়ামগী য়াইফনবা য়েংদুনা অথিংবা থম্বদি য়াহল্লি। অমনা আর্টিকল ২১ শুবদা মীওইবগী পুন্সি অমদি লনাইগী নীংতম্ববু প্রজা মীয়ামগী য়াইফনবা য়েংদুনা অথিংবা থম্বদি য়াহল্লি। অমনা আর্টিকল ২১ শুবদা মীওইবগী পুন্সি অমদি লনাইগী নীংতম্ববু আইনগী পোরম অমগী মতুং ইন্না খুৎ থিংজিনবা নত্তনা য়ারোই হায়রি।

করিগুম্বা দিষ্ট্রিক্ট মেজিস্ট্রেত, সব দিবিজনেল মেজিস্ট্রেত অমদি অখন্নবা শাক্তি পীরবা এক্সইক্যুটিব মেজিস্ট্রেত অমগী মোততা মীয়ামদা অপনবা পীগদবা খোয়রাঙ খোয়শাওনহনগদবা থৌদৌ, মীশি-মীনা থোকপা য়াবা থৌদৌ, লৈবাক মরা তপ্পা পানবদা চৈথেঙ ফংবা থৌদৌ, ঈরাং হৌরকপা অমদি ফূনা-চৈনবা থোক্লকপা য়াই হায়না খল্লকপদা থোক্লক্কনু, চঙলক্কনু তৌগনু হায়বা অথিংবা হুকুম পীবা ঙমইবসি ধারা চাম্মা নিম্ফুমরি হায়না খঙনবা সেক্সন ফোর্তিফোর সি আর পি সিনি। হন্দ্রেদ ফোর্তিফোরমক্তদি মী মঙাসুনা পূনবা য়ারোই হায়নবা শক্তি য়াওদে। অদুবু আইন্না য়াদবা মীতিন অমদি মীয়াম তানখায়বগী শক্তি অমসু সি আর পি সিদা য়াওরি। আইন্না য়াদবা মীতিন হায়বদি মী মঙাদগী তাদবা মীয়াম অমা লৈবাক ঈরাং হৌনবা হিংসা তৌরক্নবা থৌদৌ তৌবশিংবুনি। সেক্সন ১২৯ সি আই পি সিদা হায়রিবদি অদুগুম্বা আইন্না য়াদবা মীয়াম তানখায়বদা পুলিসনা 'লাঠি চার্জ' তৌবা য়াহল্লি। মদুমক্তদা তানখাইবা ঙমদ্রবদি এক্সইক্যুটিব মেজিস্ট্রেত খ্বাইদগী ফম চাউবদুনা নোংমৈগী মতেঙ শীজিন্নদুনা মীয়াম তানখাইবা ঙম্মী।

মরম অদুনা সি আর পি সিগী সেক্সন ১৪৪ না যুমদা হেন্দোক্তনা লৈয়ু হায়বা হুকুম অদু ওইরগা ইন্দ্রগনা চৈ পায়বা পুলিসশিংনা তান্নদুনা কনবা য়াবগী শক্তিদুনা সেক্সন ১২৯ দা য়াওরি। চৈগী মতেঙনা য়াদ্রগা নোংমৈগী মতেংনা হেন্দোকহন্দনা থন্নবা সেক্সন ১৩০ দা য়াওরে। অদুনা ঙসি করফিয়ু হায়বা ওর্দর অমত্তা লৈতে। অদুগা মান্নবা ওর্দর অমা সেক্সন ১২৯, ১৩০ অমদি ১৪৪ গী মখাদা দিষ্ট্রিক্ট মেজিস্ট্রেত অমনা অথিংবা হুকুম অমা থোকপা য়াবদুখক্তনি। লৈবাক অমা লোই চল্লগা অঙম্বা কাঙবুদুনা মীচম প্রজা নমথনবদা শীজিন্নরকপা করফিয়ু কা হায়বা ওর্দরসিগী ইতিহাস নীংশিংলুরবদি হঞ্জিল্লক্তনবা কাউথোকখিবনা ফরবনি।

ঙসি ওর্দরসি তৌবা য়াববরা হায়বসি দিষ্ট্রিক্ট মেজিস্ট্রেত অমনা ভাব তানা খন্থরগা তৌবা চুম্মী। আইন্না পীরিবা শক্তিনা কদায় ফাওবনো? তৌফম থোকপনা কদায় ফাওবনো? তৌফম থোক্তবনা কদায় ফাওবনো? চুম্না খন্থরগা তৌদবা য়াদ্রবা মতাঙদতা তৌগদবনি হায়বসি মশানা তারবা ৱানি। নৎত্রবদি অদুঙৈগী লৈবাক পুরিবা কাঙবুনা প্রজা নমথনবা শীজিন্নবগী ইতিহাসতু হঞ্জিল্লকপনি। লমদমসিদা লান্না শীজিন্নবা মথাঙ ফনা য়াম্না লৈখি। চীংঙা তেংখায়বা মতমদসু মদুবু য়ানীংদে হায়না চোংথোরকখিবা মীয়াম নমথনবদা করফিয়ু তৌশিল্লগা ময়াম মপাল থোকহন্দ্রিঙৈদা চীংঙা তেমথোকখি।

অহানবদা ভারত্ত করফিয়ু হায়বা লৈতবনিনা সি আর পি সিগী মখাদা পীবা অথিংবা হুকুম অমা দিষ্ট্রক্ট মেজিস্ত্রেতনা তারকপা হুকুমদু সেসন্স জজগী কোর্টতা নৎত্রগা হায় কোর্টতা পুখৎতুনা, শীংনবা য়াগনি। অনীশুবদা, পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পা নৎত্রগা ফুরকপদা ক্ষেত্রিপুরন তানবা য়াগনি। মদুগী খুদম ওইনা পিপল্‌স য়ুনিয়ন ফোর ডেমোক্রেতিক রাইতস ভার্সস ষ্টেট ওব বিহার এ আই আর ১৯৮৭ সুপ্রিম কোর্ট ৩৫৫ হায়বা কেশ অদুদা বিহারদা থোকপা থৌদোক অমদা করফিয়ু মতমদা অশোক অপন নংহনবা কাঙবুশিংদা শিবদনা লুপা ২০,০০০/- অদুগা শোকপদনা লুপা ৫,০০০/- ফংহনগদবনি হায়বা কোর্টকী হুকুম লৈখি।

মুন্নবু য়েংলুরবদি সি আর পি সিগী মখাদা করফিয়ুগী ওর্দরদগী হেনবা আমর্দ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ট, ১৯৫৮ গী মখাদা লমদমসিদদি চহী ২০ চুপ্পা করফিয়ু থমদুনা লাক্লবনিনা পুন্সিগী খোঙথাং খুদীংদা করফিয়ুগী করফিয়ু মক্তনি। অঙাং কয়া করফিয়ু মরক্তা পোকখ্রে, করফিয়ু মরক্তা চাউরক্লে, কয়া অমা করফিয়ুগী নামাদা শিহনখ্রে। লমদমসিগী নুপা মশীং ফনা নীংথিনা হন্থহনখ্রে মদুগী দায়ী করফিয়ুননি।

করফিয়ু মপুং ফানা থাদোক্‌পা য়াদ্রি হায়নরিবা মসিগী কান্নবা লৈ হায়নসু হায়নবা য়াওরি। মসি মীবু নথনবা খুৎলায়নি, ইতিহাসনা সাক্ষীনি। অদু ওইরবদি ৱাহং অমনিদ হংজনিংই, লমদমসিবু নমথবা তোক্তুনা কৈদৌঙেদি শৌগৎপিগদৌরি?

# ভারত সরকারগী মহুৎ অমগা এন এস সি এন (আই এম) গা তৌনখিবা য়ান-চেদু আইন্না য়াবরা ?

**ভারত** সরকারগী মহুৎ কে পদ্মানাভায়া অমসুং এন এস সি এনগী জেনেরেল সেক্রেতরী তি এচ মুইভাগা থাইলেন্দগী বেঙ্কোক্তা তৌনখিবা সিজ ফয়ার এগ্রিমেন্ত ঙসি মীপূম খুদীংমক্না ঙাঙনফম ওইরে। অদুবু য়ানীংবা কাঙবুনা অচৌবা ফীরাল পাইহনখ্রে, অদুবু য়ানীংদবা কাঙবুনা ফিমু শেৎলদুনা অরাবা ফোঙদোক্করি। মী কয়া অমনা মদুগী মায়োক্তা লেপ্পুনা প্রতিবাদ তৌরি। ভারতকী অঙম-অথৌ কয়াদা চৎতুনা সিজ ফয়ারগী চৎনগদবা ঙমখৈ থম্লদবা য়ান চেদু শেমদোক্তুনা নাগালেন্দ মনুংখক্তদা চৎনজদুনা ঐখোয়গী লমদম মনুং য়াওশিলহনবিরক্নু হায়নরম্বদা ৱাফমদু থন্নগনি হায়না তাকপিরকই হায়দুনা মীয়াম্না ঙাইনরি। অখণ্ড-অহৈ কয়া অমগী মোত্তা অমুক্তং লেপ্নখ্রবা ৱারেপ অমা ভারত সরকারনা পঙহোং হোংদোরক্কদবা মান্দে হায়নরকপা য়াওই। অসিগুম্বা মতমসিদা অমুক নৈনবা য়াবা ৱাফম অমনা য়ান-চেরোলদু আইন্দা য়েংবদা কদায় ফাওবা চৎনবা য়াবা অমা ওইরিবগে হায়বসিনি। মরোল অদু ইংলিস লোন্দা ইবনি অদুমক নৈনবা নুংঙাইনবা অমুক ইথোক্নি।

**JOINT STATEMENT**

June 14, 2001

In continuation of the ongoing peace process, a meeting was held on 13 and 14 June, 2001 in Bangkok between the representatives of the Government of India and the NSCN and the following are mutually agreed upon:

1. The cease fire agreement is between the Government of India and the NSCN as two entities without territorial limits.

2. Both the parties would abide by the ground rules as revised on 13 January 2001, both in letter and in spirit.

3. It is agreed to extend the cease-fire for a period of one year with effect from 1 August 2001.

4. The Government of India and the NSCN agree to proceed with the peace process on substantive issues to bring about a

lasting political solution to the issue, It is recognised that there is a need for mutual trust and respect.

5. The next round talk would be held in the last week of July/ First week on August 2001.

| (K. Padmanabhaiah) | (Th. Muivah) |
|---|---|
| Representative of the Govt. of India | Gen. Secy. NSCN |

অহানবদা, ভারতকী কন্সতিত্যুসনগী আর্টিকল ২৯৯ গী মতুং ইন্দুনা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা তৌবা কম্ত্রেক্তা পুম্নমক ভারতকী প্রসিদেন্তগী মমিংদা তৌবা ওইনা অমদি ষ্টেট অমগী মহুৎ শিনবা ওইরগনা গবর্ণরগী মমিংদা ফোঙদোক্নুনা নখোয়গী মহুৎ শিনবা ওইনা পাঙ্গল হাপ্পবা মীওই অমা তৌগদবনি। মদুগী নিয়মদুনা ওন্দুনা য়েংলগদি য়ান-চে অসি পদ্মনাভায়া হায়রিবা মীওসিনা ভারতকী প্রসিদেন্তগী মীহুৎ ওইনা চোংথোরকপনি হায়বা ৱাফম অমত্তা য়ান-চেরোলসিদা য়াওদে। মরম অদুনা ভারতকী প্রসিদেন্তগী মিংদা মহুৎ শিনবা ওইনা থোরকপা নত্তবদা পদ্মনাভায়ানা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা দায়ী লৌবা য়ারোই। মরম অসিমক্তা য়ান-চেরোলসি মৱা লৌবা য়াবা অমা ওইদ্রে।

মথংদা, 'গবর্ণমেন্ত ওব ইন্দিয়া এন্দ এন এস সি এন এজ তু এনাতাইতিজ' হায়রিবসিদা লিগেল এন্তাইতি হায়বদি অহীংবা মী অমনি হায়না আইন্না লৌবীদুনা অধিকার অমদি দায়ত্ব কয়া অমগী মপূ ওইরবা পোৎশক অমবুনি। খূদম ওইনা জোইন্ত ষ্টোক কম্পেনী, অমা কোর্পোরেসন অমা, য়ুনিবর্সিতিশুম্বা, লাইশঙগী লাই মূর্ত্তিশুম্বা ইংলন্দ মহারণীগী লূহূপ অসিনচিংবনি। এন এস সি এন হায়বসি আইন্না অহীংবা মী অমগী থাক য়ৌনা মশক খঙবা সংস্থান অমা নত্তে, অমরোমদা আইন্না য়াদবা লূপনি হায়দুনা মদুগী মেম্বর পুম্বা অনলোফুল এসেমব্লিজ প্রিবেন্স এক্তকী মখাদা আইননা য়াদবা সংস্থানদু এন্তাইতি অমনি হায়দুনা লৌরিবদুমক আইন্না শৌগৎতবা পোৎশক অমনি। অদুমক্তা য়ানরিবা মরোলদ আইনগী শক্তি য়াওরবা চেরোল অমসু ওইদে।

অতোপ্পা ৱাফমনা আইন্না য়াদবা সংস্থান অমা ওইদুনা ভারত সরকারগী মথক্তা লালহৌবগী ৱাক চেনবা পান্দম লৈবা সংস্থান এন এস সি এন এলিয়েন এনিমি অমগী শক্তম লৌরি। মরম অদুনা ভারতকী পব্লিক পোলিসীনা এলিয়েন এনিমি অমনা নাকপাক ওইবা অমসুং প্রসিদেন্তগী মীহুৎ অমা ওইবগী শক্তি পায়জদবা নুপা অমগা য়ানরিবসিমক য়াম্না লায়না শেংনা চৎনবা ৱাৎনা য়ান-চেনি।





*Name :* **Chongtham Narendra Singh**

*Mother's Name :* Late Rajkumari Chongtham Ongbi Sanatombi Devi

*Father's Name :* Late Ch. Benudhor Singh

*Address :* Keishamthong Top Leirak, Imphal

*Date of Birth* 14-2-1953

*Primary & Secondary Education :* Bengali High School, Imphal

*College Education :* Dhanamanjuri College Imphal, passed B.A. in 1973

*Graduation in Law :* LMS Law College (Then affiliated to the Gauhati University), passed LL.B. in 1977

*Further Eduction in Law :* (i) Passed LL.M. from Poona University in 1980, specialised in International Law and Administrative Law

(ii) Conferred the Degree of Ph.D. in law by the Gauhati University in 2004 in the thesis entitled "Consumers' Access to Justice in Manipur"

*Enrolment as an advocate :* In the year 1977 in the Bar Council of Assam, Nagaland, Meghalaya, Manipur and Tripura.

*Occupation :* A practising advocate in the District Court of Manipur and the Gauhati High Court, started independent practice as an advocate assisted by associate advocates since 1984 and a Lecturer in LMS Law College, Imphal

*Other involvement :* A member of Senate Manipur University, President of the District Consumer Redressal Forum Thoubal and Chandel (1996-2001). Member, Imphal West District Legal Services Authority.

Has been an active participant in the legal awareness campaign launched by the Manipur Legal Services Authority in and around Manipur as resource person and an active participant in the move for propagating the idea of legal aid to poor and has been acting as conciliator in Lok Adalats held in Manipur since 1989.

*Other academic interests :* Has special interest in the study of customary law and made published work relating to "Interitence Laws of the Tribals of Manipur" in the Manipur past & present Vol. III edited by Dr. Naorem Sanajaoba, has presented paper in the workshop on the "Inheritance Rights relating to women in Tribal areas of North Eastern Region" organised by the National Institute of Public Co-operation and Child Development, Beltola Gauhati 21st-24th November 1991, has attended many workshops on legal problems held at Manipur, Shillong and Calcutta including the 3rd south Asia/SAARC countries conference on "the Right of the Child" Calcutta (21st 24th November) 1991